# "খম্ব-থোইবী-শৈরেং"

(তরুক অমসুং তরেৎশুবা শরুক)

"খুম্বা-থোইবী-শেরেং"

শ্রীহিজম অঙাংহলসিংহ



মমল—রুপা ১০.০০

৬

# থোইবীনা কবোদা কাং-শান্নবা

কবো পূম্নাং লাংথবে—লৈপাক চাইথনবক্রে।
ভরা চঙন চাহুনা সংলৌ এংঙন লাংহুনা;
কৌর-ইন্নুং ভড়া-সোয়—থোয়েন তুমখুন্ তানথবে।
অমুক সোরা তৈবক্রে, চিংথৈ লংদিং কাংলক্রে।
থংশাবক্রে কাবৌনা। এংথো' অহানবদগী
লানথাব কাং-ডুগী, কবো কোম্নুং কাংশংহু
শংগোচ কোচাবং শহুনা শাই—নিংথৌ মহারাণীগী
পাং মম্বি পেবিনা প্রজা' ময়াম অরাকপ
চহুহ চন্ন শেম্বনা মপান নাহদে চাংথবে।
মতিক মহিক চাবগী তাংবন্ ফরাংজা ফীভৌ
মচু মখল বয়াগী য়েকথোংলবা গালিচ',
ফীবোং মুগা অয়াম্ব' থাবে, খুরক হাংদনা।
অদুক চাংবা' কাংশংহু অরাংবদি অচম্বা,
অংংব মুব নাপু হিগেক উহি অশংবা।
য়েকথোংপা কয়া কয়া। মুগ মুখল কয়া 'ম্বা
পবেং পবেং যাল্লকপা, হুংশিংনা লেং-লেং হুম্ব'
নিংখিভবে কাংশদে—সোবারেনগী জগোহশ'
লাহগী কুমৈ শংদগী শরুক কয়া হেনথরে।
মচু মখন-শিংহুগী মুখন মুগা মচুনা'
কাং-শং চুমথা' থনথরে। য়েংবা ভম্নখিদ্রে॥

কবো মীয়াম তিনখরে মহারাণী, তরাগা
নিপান লোইনা ফমৃখরে তুমুরাকপা ফম্মক্লে।
অঙম অথৌ সুখরে কবো মাগী ফীজেৎনা
মুগা খুৎফা ওইবনে সভা অদু য়েংবদা
মীনা ইথক হৌখরে কাংশং থংকোক্ তিনখরে ॥
হৌরো হোরো হায়নরে কবো চংনিংথোম্বীগা
থাদোই, অনি হৌগৎলে, -কাংশংতুদা লেপখৎপা,
খোংনা খুরুম খোংদানি খুনিং ভাতেন মাগনি।
কাংশংতুদা নেৎপদা খোংদাতুবু লৈকংদা
পুৎথদোগুম উখরে তভাং তভাং ফজবা।
খুবোম মতা অদুদি চোমগী চংবী লায়োন-খোক্
মিৎনা য়েংবা ওম্নদে। মকোং ফনেক ফীবান্না
খুবোম ময়াই তাবদি লুপা চিংগী চিংমৈদা
নোংজাবিনা ফৈ-গুমই। লফু নেম্ব্রা ওমজবা—
ফৈগন তাব অদুনে, নিংতু ফান্দেং মতানে
নিংন ফন্ন তাবনে, চেৎশিনখিবা খ্াংতুগা,
লেংন-ফন্ন তারকপা, লংথোং লৈম লংচাকুম
ফুন্দ্রে ময়াং চিংগুম্বা য়াংলেন লাইগ ফবনে।
থবাক ভানফম অদুগা সনা চিংতুম ভানগুম্বী।
সরেন নোংশা সাওং-ওই লুগ-নাউগ-কাংবনে।
তাথরকপা পাম্বোমগী মরু লৈথরকপনা
শমু নাতান মানখিবা পাৎত-লৈথা মুংদগী
থম্বৌ হেরা মানবীনি। চেংথরকপা খুজেংদো

ঙারা মমৈ তাবনি। তাংনাইদবী খুৎনিদো।
পুম্বুম তাবা খুৎশানা লৈহাও লৈরেন মওংনি।
খুবাক তঙাং তঙাংই। ৱকশম তাবা অহুনা
তাংজ মাগী শুকতানি। লুতুং তাবা শম্নাংনা
লেংলেং চৎথবক্কুনা নিংহুদগী লৈথবা।
লুমাং তাব মথৈনা থম্বাল লৈবিক নদোগুম
শমদোল শুক্রুপ তাবকপা শাইনোন লৈথখিহুনা
মোইথেম চেক্কা মৎং-ঙই শম্নাং শাইনা তাথরকপা।
খোবা চাকয়োং তাবদা লাইজ চৎপা উদোগুম
লিক্লি খুজাহ নদোগুম। মিৎচি অনি অহুনে
মিৎনহাদি নাকোইচৎ ঙোবা চেবাং থকতুদা
কালি মতুম তাবগুম। নাতোন থোইদিং মপান্নি।
ওকশাবীগী লাইবকনি লৈগী লিরুং ওইরবা—
পিগুম মত্তা অহুন, নিনি পানবা থাজগুম
মচেক নাইনা লাইবক ওই, হুগী থকতা ঙাল্লিবা।
'ঙোবা চবা অমুব' শম্নাং শাইগী মবক্কা,
নাইন-হুন' ঙানখিবা, ডকতা সনাই লিক্লাংনে।
ঙোরুনবা কবোগী মুগা নমথাং অহুনে,
মকোং ফনেক অহুনে, হাবেম্বগী কুচুনে।
তুংদা তাবা শম্নাংনা পুম্মম মম্না লেংলেং-মু।
লুপা চিংগুম ঙোরোক ঙো— শাবান হুদি অমুকস্থু,
লৈরা জাতি নদোগুম শিঙেন মদোম নোপ_নোপ_লাও।
সেংগোই য়াইবোই মাইথোংনি নিংইমথৈ থুংবনে।

কোরৌ নোংদোন থক্তগী লোইদাম থাবু ওইখরে ;
চংনিং-থাবা ওইরকই ; কবো লৈপাক অদুনা
ইনুং শাংপ থরোওই—থাজ মশক উবদা
কবো লোইন-পেনখ্রে। ময়া ইকা-কানরে !
থোইবী মশক উবদা মমা ওইবী তমপাক্ত
খোয়াং চিংজরয়াশীং কৈস্নু-খংদ অঙাং-ফাও,
খোয়াং চিংব-তোক্তুনা থাদোই মশক য়েংঙকই।
"নিংথিজৈদা নিংথিজৈ অস্নুস্বদি উদরি।
খোয়ুম ছাইওন্নি।" হায়নৈ উতিংবগুম য়েংনরে ;
থাগৎপগি লোইদরে—কাং হৌরো হায়খিদরে।
থাগৎতুনা লৈথোক্লে কাংগী রাদি তোকথরে ।।
মলয়াগী চিংথক্তা চন্দোন পাম্বী হৌবনা,
মলয়াগী নুংশিংনা পৃথি থক্তা ফাওবগুম
ঙসি কাংসি ফাওদোরে।—"মতুংদস্নু ওইররোই
মমাংঙৈস্নু ওইথিদ্রি।" ঙাংনরক্লে অস্নুয়া।
কবো ভাবোক তুবুদি চংনিংখোম্বী শাওদরে;
"চংনিং ঐবু থাগৎতে মোইরাং ইতা সিবুদা
থাগৎথরে কবোনা" হায়না থোইবী মাঙোন্দা
চংনিংখোম্বী ভাইনরে। তুমু নিংথৌ মচাস্নু
'থিবা মুপী নত্তেদো ;—ইনুং ইচিক তাম্বদা
থাগেম্বগী কৈমাংদা মোংয়াং ঙম্বা কৈনিংদা
খোকচবস্নু সজিক-কুম্ ইংনা মঙান ফবিনি।
কেগে পুংদা পোকচবী ইবেম্মনা ফমুনবা

থোয়্নম লাংওন ওইবনা পাবা—য়াখিদবনা
চংনিং হম্বক্লবনি তাওন-পোকপী নিংভোম্নি ।।
চংনিং মানা থোইবীদা—"থোইনৌ ইতা চান্নবী।
নূরাই মীচং থনবিরো" হায়ন ব্রাহ্ম হোরকই।
থাদোই মানা—"ইতা-ও! করি ব্রানো নতাদি,
থংজদবী মীনৌনি। সিন ফনি হায়বদা
পিনবিয়ু ইতানা" হায়না খুমই চংনিংদা।
চোপহল্লগে থন্দুনা নূরা শক-তি ফজবী
পোকডৈদগী কাং-দদি শোকতরিবী তরুক-থক্
থল্লে পিরে থোইবীদা। নূরা তরুক অত্থুদি
হৈভে হায়সি হায়-ডমদ্রে তিভক তিভক হোগৎলে।
হৈরবী তরুক থল্লে চংনিং মানা লৌশিল্লে ।।
কাং-হোরো হায়নরক্লে। কবো কাংশং অত্থুদা,
পুং সেন-য়ৈব হোথরে—থোইবী ফমেন ফমথরে।
থাদোই মীচং নূরাশিং নুপী তরুক কাপ্থরে,
অম মকপু পান্দরে—য়োংনা তিম্ফোক পায়বগুম
কোইন থোক্লে নুমিৎতো। হৈতবগী হোনবা
কাংথিন কারন পাল্লুরে থরো মাল্লো ওন্দুনা ।।
তরুক অত্থু উবদা লৈপাক ব্রা লাওন-নোকই।
থংহোদানা নোকপনি ওইথোকতবা ওইবগী
মহৈ মহৈ তোক্লরে লৈগা-য়াগা কাহুনা,
চরৈ চিন্দা-খুমহুনা থাংনথরে মন্নামদো ।।
ইকাইথরে তরুকতো।—নূরা মজা ইবেন্মা

কাংহু খোনগে লেংথংলে ॥ থয়োং থনব-লোক্‌চাও-ই,
চিংগোই নারন্ ই-হুদা, ইরোক অনি পাফন্-কাং,
চিংজাউ মাপোম তেম্-শিং-কাং, কবো মিশি কাংচপ-হৈ;
খোইরু চানান্ পিরবা—ময়ুং হৈবা কাংহুবু,
সনা খুৎনা পায়থংলে। নূরা লমথাং মনম-থাং
সমু থক্তা হাইগংখ্রে, চরৈ খর তাশিনবোই।
নূরা মকোং ফীবুক্তা সমু ওইনা পায়হুনা
কাংহু হুনগে হায়হুনা থবাক নমথরকপদা
তেংনা মানবী লুতুংগী শম্লাং ময়াম অহুনা
ফৈরুদগী য়েৎ-ওইদা পুমচাই চাইনা তারক্লে।
লৈরাং থক্তা তাবদা খোইমু শিংগী মশানা
নাকন অনি শন্দোকপা। লৈরাং মচু অহুগা
খোইমু কুচু অহুগা খোইমু থম্বাল অনিগুম
নিংথিজরে ইবেম্মা। নূরা চুবা শাই-হুনা
চুম্ন তাজরম্বদই নিংথাইহুনা চৎথিবা,
মতম চুপ্পা শম্লাংনা খুম্মুবগী ভোরবা
থজাই মচেৎ-অহুগা নাইন্ ইরং লংবনে।
উরুরিবা ভাবোক্তো অমম্বদা নোংথাংনা
থংঙান ঙানথোরকপগুম মিংকী পাংগন মাংথরে।
লিক্লাই লাইজ থক্তা শাৎ, থম্না খেঞ্জোং থক-তুদা
লেমজরবী থম্বান্দা মালং লৈন হুম্বদা
সনা মচু মাল্লবা নোজরবা থমচেৎপু
লৈরিক-তুগা কাইনবা থম্বান লিশিং অমগী

শকক্কম-বুদি হেনখরে থাদোই মায়থোং অহুনা ॥
"ইরৈপাক নত্তে ঐবু চিংউ পাহ্লনবিয়ুকো"
হায়না কাংহু হুনখরে কাংখিন্দগী কাপ্ অমা,
য়াৎনা কাং-হু পোপ্-তারে কাংখিনহুদা পানখরে ॥
চেকফৈ নামা য়াৎপনা মখা কাপ্থরুদরে
চংনিংখোম্বী রোমগীনা কাং কাপ্প হৌরক্লে।
চংনিং লোমগী খুৎতুনা চেকফৈ তানবী অনিনা
হুল্লকপগা স্থখরে ॥ মতাই লমখা থাবগা
তন্ন লৌই, তন্ন-মুক তংকাপ্ কাপ্ই চেকফৈ'হু।
তন্ন অমুক তন্সু স্থই, লমখা অমুক তন্ন-থাই।
থাখিবগা থেংবগা, কাপই মতৌ অস্থম্না।
"পোপ্-তেক পোপ্-তেক্ সর-তেক"—অয়ুকতগী কাপ্পনা,
হুমিৎ য়ুংবা মতুংফাও থাদ্রে চংনিং থোম্বীনা ॥
কাংগী মতা অসিদা থাদোই লৈরাং মায়থোংদা
ইকাই মৈশা লাংখরে—চিন্বাল লাম্বা ফংদরে।
"কেনো চংনিং অসিদি নূরা মবুক ফগ্তেনা।
হৈতবা ভাক থন্দুনা পিরেদনা থোইবীদা।
দণ্ডি তৌগে থংগনি" হায়না থল্লে তুমুনা ॥
চংনিং পোকপী মমাস্থ তুমু মহারাণীদো—
"যাদু তোরে কাং অসি চোম্প তারে থোইবীদি।"
হায়না থল্লে—শাওখরে। নিংথৌ মহারাণীগী
নাত্তোন নাকচি অনিদা হুমাং লৈরিক কারক্লে।
ভাবোক ময়াম খণ্ডক্লে চংনিং মাগী মবুক্তো ॥

থাদোই মাগী য়েংবদা ময়াম নুংঙাইনদরে।
"কৈনো কৈনো" হায়নরে "খেন্ন মল্লি" ঙাংনখি ॥
চংনিং মাগী মবুক্তা "হন্দোকপস্থ ঙম্মরোই।
নুমিৎ মতা অসিগা—খুৎথারসি ইতাশা!"
হায়না ইংগিত তৌদুনা খুৎথারক্লে চংনিংগী ॥
"ইতা 'বেম্মা থোনবিরো।—ফনি ইতা ইবেম্মা।"
চংনিং থোইবী হায়নরে; সনা বুদ্ধি তৌবদা
লাইবু থোইবী থাদোইনা কাং অসিবু হন্দোকপা
উদরে ঙম্মি হায়বা—লৈপাক উরে মায়থোংদো।
থাংগৈশেংনা রাখরে তুমু নিংথৌ মপা দো।—
"ইপাই ইবেম্মা কাপউ! সেম্বী লাই-বু লৈরিনা!
ইচায় থৌগন তৌবি-শা! লাইরেকনু কাপউনা!"
হায়না তাংবন থঙ্গী হৌগৎতুনা লাওরক্লে।
মহারাণী ফমঙমদ্রে—"কবো লৈশাবী তরুক—
সনা তাংগ থাগনি ইচায় থৌগন চেকসিল্লু।"
সুম্না লাওরে মমানা। নুপী তরুককাদমক
থাদোই নুংঙাইরুদ্রবোই।—"পল্লেম 'ইবেম্ম ইতাশিং,
নুবা তরুক অসিনা নচা ঐগী অমুক্তা,
শান্নমিন্নদবা-ওই। কাঙ-ক্ষম শোয়নরদুনা
তৌজবনি; শান্ননি ॥" খুম্মে ঙাংঙোই থোইবীনা ॥
"খঙঙবোইনা থোইবীনা, খংজসনু কৈদৌনি।"
চংনিং সুম্না খন্দোকই, "মাবু অসাই থাগৎনৈ,
ঐবু থাগৎনদবা, মানা লেম্বা মতমদা

য়াওজরুদে চংনিংনা শক্ত থাগৎনবদি
কবি থোকপা য়েংহৌগে।” খল্লি পেল্লি মবুক্তা ॥
থাদোই মানা চংনিংদা—“ইতাই 'বেম্মা ভাহাক্তা
পোত্থাখিসি, ঐখোয়দি রাবে খিনব মক্তদা।
রাদবনে ইতাশা ?—ফনি, রাবে ইবেম্মা।”
খুমজৈ মীচং তরুক-তু। চংনিং মানা—“কৈদগী,
কাংদি পোংথা হৌনদে ইতাহ 'বেম্মা কাপপিয়ু।—
ভাইখো ইত' ইবেম্মা পোংথাখিসি ভাহাক্তা ॥”
শাওবপ খুমই থোইবীনা। তুময় মানা শাওবকহ
চংনিং মচা য়েংতুন'। মপা শাওব-উবদা
চংনিং তুমিল লৈথবে। থোহবীনা নমথেক্তুনা,
নাকন থোংলোমদা থোকখ্রে। “ইচা হাকচিং লাংথরি
কবে' মতা থোক্কনু” হায়না তুময় থিংথবে ॥
মোহবা, লোমদা ওন্দুনা মজাইবেম্মা কৌবক্লে—
“নোংপোক লৈমা পাম্থোইবী। ইবেন যুমজাও লাইবেম্বা
লেপাক লেমা! হবুধৌ, থাংজিং ঐদি চোঙ্লেদো
ব'বা মাবৈপুংদ', উদ্রবোইকে নস্থবো।” হায়
কপখ্রে। পাম্থোইবিদি শাগোন্নবি থাদোহগা।
শাওবতুনা পাম্থোইবী কবে' লাইদা তাইনবে।
“কবো ফুবা তবা-লাই! হাই! সেম্বী লুলাং মরাং-'থৌ!
নহোয় মীচং চংবরা ?—ননাহ ঐখোই য়াওজদে।—
য়াওয় থোহবী চোপফদে।” হায়নরম্মে। পাম্থোইবী—
মোহরাং লোমদা চেনখরে: থাংজি গীদা য়োবদ',

থাংজিং লাইদি তারমদ্রি, মুংথিল তুমখুন তাল্লম্মি।
পান্থোইবীনা কৌদরে—চোংশিন্দুনা কাংথোন্‌দই
মশা-লাক্লা চিংথরে। খংপেৎ থংই, থাংজিংনা—
"কনানো হাই?—হংগন্নু। হীঃ হীঃ কৈনো ইবেম্মা?—
কবো মীরৈপুংতুদা নস্থু 'বেম্মা কাং শান্নে;
কবো লাইনা চংনিংগী মীচঙ্, চংতুনা থোইবী
পোরে, নম্ম চোপহোরে। কপ্পনা লোইহোরে।—হীঃ!
লাই-কাংবান্‌বা কনা লৈ? কৌক্রুদি?—মাদি হৈতে,
কাংবান্‌বদি ঋাংব্রেগ্নি।—তুদি চৎসি।" হায়তুনা
ফুরিৎ 'ককপা অমগা ফৈজোম হোংবা নংদরে।
তুম্মুবগী ফিজোন্দা ঋাংব্রেন হৌরুরতুনা
নুরা থোইবী তেংবাংগে হায়না লাক্লে কবোদা।।
থোইবী হগ্গিল্লমদরি। নোংলৈ গুইনা ঙংলকই।
উরে কবো ময়ামস্থু কবো কাংশং তম্মকই।
কাংশং অতু য়োবদা শিংখিদরে নুংশিংবো।
সিনি হায়ফম থোকতবা হৈ লৈ মনম নম্মকই
থাদোই লেংশিল্লকুনা ফমই মাগী কাংফমদা।
পান্থোইবীনা "ইবেম্মা! ঐথোই লাকএ ঋারনু"
হায়বিক্লুরে থোইবীদা। কনা তাব ঋা নত্তে।
থোইবী পুক্লিং হরাওরে—কালেন তেংপাক থক্তুদা
শান-হৌব নাপীদা কুমগী লাইজ খিকপগুম
নুরা পুক্লিং ইংলক্লে। থোইবী থোইক্লম তোখরে।
— করাংথেন্‌গী থোন্-য়াদ্দই 'মুন্‌বা তয়ান মাঙ্গবী

খোই-খোই তৌবা উবদা কবো ভাবোক অহুনা—
"কৈনো শক্-লোন পুবোইনা লাইনি মতা অমনি।"
হায়নৈ ইঙক ঙক্লরে। থাংজিং ব্লাংব্রেন অনিনা—
"কবো লাইশা নখোইনা নূরা তরুক'সি-সেম্নৌ!
কাং-পু, কাংখিল্ ইন্থু।" হায়না শিল্লে কাং অসি।
কাপও কাপও হায়তুনা তরুক-তুনা কাপ্পদা,
পোপ্-পোপ্ তেক্তেক্, সর-ক্রোক্, নোংথাং কুপ্পহু
ঙাইরে।
"অসাই-মথৈ থুপ্পনি—হৈদা হৈদা" হায়নরে।
"কাপ্উ কাপ্উ কিগন্নু।" লাওই। থৌজিন্নরক্লে।
অয়ুক্তগী কাপখিবা পাঞ্জল অতু তরুক্না,
পুং অনি অহুম-লোমদা পুমৃতক্ তক হন্দোকখ্রে।
নূরা মজা ইবেম্মা শুক্কাপ কাপ্প নংহৌদে।
তরুকতুনা লংবগা—লমথা তম্থা পানবগা
সোর হোন্ব নংহৌদে। পাঞ্জন-নাইনু কিথরে।
নাইন্নু চামা হেনখরে। খিনবা মক্তা ঙমদরে,
চেন্নিংবদি য়ৌরক্লে॥ কোরৌ মঙান অকনবা
লৈরাং ওইনা নৌরক্লে। নোংচুপ থংবা অতিয়া
'শংবা লাইজ ওইরক্লে। সনাই থম্বান ওইতুনা
নোংচুপ লোমদা শাংলকই। সনা মচু অহুনা
নোংপোক পাংনা লাকপদা কবো কাংশং মুংহুদা
সনাই থম্বান অমনা কোরৌ থম্বান হেঞ্জনা
শাংখিবগী মঙান্না কবো কোন্নুং য়ৌদোবা

লম্বী তংখাই অতুদা সনাই থম্বাল অনিগী
মঙান অনি থেংনরে। থাদোই সনাই থম্বানগী
মঙানচুনা হেন্দুনা ইকাইরকই নুমিৎনা।
কোরৌ মঙান হনখরে। সমুদ্র লাইজ থক্তা
য়াংদৌ ইরম থিদুনা লোৎখরগে নিংখবে।
"মালেম থকতা পুহৌয়ো ঙাহেল্লোরো লৈরাং নংনা
অমম্বা লমদম অমা থিরদুনা ঙাল্লুগে।
ঐবু হেন্ন ঙানবীদি নং লৈরে কাম্নদরে।"
কোরৌ মানা হায়রকই। মাপন ফাংবা কোরৌগী
শাজৈ চৈদোন অতুনা লাংগোই নম্ফু ফুদুনা
সমুদ্র ইরম পাংনা থোথরকপা, য়োদোবা
থোকশাং 'মতা মঙাইরে। মতম অসি নক্তদা
কবো নুরা তরুক্তা চেকফৈ নাম্ম-পাল্লম্মে,
থাদোই মাদ-মঙাইবে—। মতম অতু চংনিংদি
ময়াদা হয়িং চংলে, "থোইবী হায়বী অসিগী
শক্তি সিদি করিনো!" হায়না পুন্মম মন্নমই॥
"থারে থারে" হায়নবা মখোল অতু তাবদা
চংনিং জ্ঞান্ থিৎ তারক্লে। "কনা ব্লাংলি" হংলকই॥
"ইবেম্মতা মঙাই—কাপই থোল্লু" হায়নরকই।
ইবেম্মনা কাপ্পদা থোন-পাল্লে কাং অতু,
হৈদা হৈদা ইবেম্মা কবো ভাবোক ব্রা লাওই।
থোইবীনা—"ইতাই-'বেম্মা! ইতা '.বম্মা কাং অসি,
:থামজগে ঐ অমধা? ইতা মতম -ৎতবে।—

করি ৱানো ইভা-ও, কাংদি স্মরবা কাংনি।
ঐগী খুংকাপস্ত থোকই।—'হু ওইরম্ব থোমফদে।—
করি ৱানো ইতাবো। নরৈপাক্সি হায়হুনা
য়াম্না চাওথোক্লবোইরে, থোম্মে হুদি।" হায়হুনা
ইবেম্মগী মিৎ অনি—ফুগাইনমক শাংলবা
'ঙাংবা লৈরাং থরোগুম লৈরকপন্থ উনরে।
তুম্ন নিংথৌ মচাদা—"সনরিক-চংনিং-থোম্বী!
করিনো হাই নংবো। ইমোম থোইবী থোম্মু—হাই!
লমহেনবা শাবাইবুনে।—থোম্মু থোম্মু ইবেম্মা!
ইচাই খুক্কাপ থোকইনা।" হায়রে মহারাণীস্থ।
মজাইবেম্মা থোইবীস্ত "অসাই মথৈ চোপউবা
কোকপা য়াবরা য়েংগে।" থল্লবদই ইবেম্মা
থোমগে নিংউই কাং-অহু। ময়াম চৈরবহুদা,
চংনিং মাস্থ ঙমদরে থোম্বা তারে—থোইবীনা।
ইবেম্মদো ৱারাক্ল। "শোইরবদি মাংঙেদো,
থোয়ুম নংল-কুবিয়ু।" খুরমজরে ঙাংগোইনা।
পাম্ভোইবীনা নাকোংদা—"কিরুগন্থ থোম্মু।" হায়।
পুক্লিং লুম্মে। পাম্ভোইবী ৱাংব্রেন, থাংজিংদা—
ইতৈ থাংজিং ৱাংবরেন্।—হাও, কৈনো ইবেম্মতোল্?—
হান্দক থোইবী কাং অসি শোইহনবা য়াবা নত্রে;
লৈপাক লৈমনা কাংসি কাংথিন্ ফাওবা পুসিনবা;
থাংজিংনা কাংথিন ইন্থু। ঐনা কাংসি সেন্নগে;
ফরে।" হায়নৈ লাই-শিংদা। থোইবী মাবু সেন্নরে॥

থাদোই কাংড লোতুনা কা'খিন তম্ন হুনখবে।
ফিংখ্রতুনা থা'জিংনা কাংন-ঘ্নোবকত্রিবৈদা,
'তেক'-হায়না কাংখিল অত চি'থুকবে থাংজিংনা।
কা'দি কোম্ন য়োবরে। চ'নিং থোম্বীনা—"পান্দে।"
ফাবে কাংহু। ভাবোক্লা—"হীঃ মথোন তাইনা কৈনে'?"
চংনিংথোম্বীনা "পান্দে" থোইবীনা পাল্লি কৈদৈ।"
ৱাসি অনি মবিদং হায়নবে। ভাবোক মথৈ—
"সনরিক চংনিং থোম্বী! পাল্লি পাল্লি কাপহন্সি।"
হায়রে। মপি তা মথৈ ন্নুঙাইখিদ্রে চংনিংদো।
"হান্দক খংগনি কাপডু" হায়না চংনিং থোম্বীন
কাংহু লংথংলকপহু। "কাংসিনা পাল্লুবদা
থোইবী থবাক কায়হুন শিবসন্ন।" অস্তুম্ন
স্নুন্দা পাহবকপতুদি—"হিং হিঃ" হায়নৈ ভাবোক্লা।
করে' নিংথৌ মহাক্তি মচা নিপা পোক্কবা
মাগী মহুৎ সিন্দোবা চংনিং ম্যান-হায়হুনা,
থাংদা তা-দা হেবদ খুৎহুন লাকহুল অসিদা,
তমবিহুনা হৈবদি মপাংগন্স পুম্নমক
অকল অথৌ খিবিক্তহ লোহন-পুম্‌হেন্‌ হেনবীনি।
লংঙকইবা কাং অসি উদ-পালে মতেকলে,
ন্নুদ-পালে ন্নুং—কায়বে—অস্তুম দোনা লাকপনি।
কাং অহুবু থোইবীনা ন্নুবা থবাক য়োদোবা
খুনিং অমগা কাপ-মুক ৱাৎলিবৈদা স্নুন্দগী
থোইবী সনা খুৎতুনা ওক্রে হলাই লাই-মথৈ॥

ইবেম্মনা কাং অহু অমুক তন্না লংতুনা—
"পাপী চংনিং খোম্বীসি হাৎলসিবা" খনবদা
নুরা পুক্নি' ফাজিনথি। কাং হুনবগী লমন্দা
ইবেম্মনা হাযবকই—"ইতা' তাকপিদবসু
এসু খংজে কাপকনি।" থোদৌ, রাখুম তাবদা
কবো থবাক য়েনবে "হা-হা! লাইনিনা সিদে।
খুমদোরকপনা, কবি-নফজনো ইবেম্মা!
নংগুম্বদি লোতেনা।" চন্ন-থোক্ল থাগৎনৈ॥
ভাবোক মতো উবদা তবুৎ তবুৎ চাকপদা
ঘা হৈজিল্লুব' মৈগুম চংনিংথোম্বী চাকথবে॥
রাংবরেন-ন—"কবিনে। অহন নৎতগুমইদা।"
পান্থোইবীনা—"ফিংমনখ্রে! কবিগী 'যাঁম্রিবৈন
হান্নমা চিংথুকবি -কাং থন্দো ?" থিনা-ডা লে।
"শাওবগম্ন হবেম্মা। হকৈ নুংশা থিবন',
নতাইবেম্মা খোইবীবু চোপ্লগদ্রা হায়বগী
তৌথববা থবক্নি।" সুম্ম রাবক্লবকহ॥
ইবেম্মনা কাং-অহু হুনথিবগা পানবগা,
লাইন-কাংহু খোমথবে। কবো ময়া কাথবে॥
কাংসিম-ওইবে কা সি।—"কাপ_উ কাপ_উ।—কাপ_কনি /
ফে, এন থিল্লিদনা।—ফে এনা কাপহদনা।
পাল্লু পাল্লু।—পান্দনা।" অওক কোকথোং তৌনরে।
নুবা শিংগী মেংলবা কাংগী মেথু অতনা
কবো কোম্বং মল্লক্লে। মজা ইবেম্মা থোইবী,

অতুক য়াম্বা কবোদো তুমিং ওইনা উথবে ॥
কোরৌহনবা মহাক্তি সমুদ্র লাইজ পুংদা
তংখাই হেন্ন লেথখ্রে। নুবা মাগী মডান্না
কবো কা'সংদগী মালেম তূনা ডাহেন্লোই।
মতমসিদা অকোনবা লমথা অমা কাপ্লকহ।
পান্থোইবীনা—"হৌতেবু!" থাংজিং লাহনা—"ইবেমা?
কুমৈ সিবু নুংঙাইত্রা? নুংঙাইবেদা নুংশিবা।-
থংনহল্লিদো ইতৈ?—থংনবেনা সিমচাহ,
য়ৈনগদদা ঙাইবে।—ব্রাংলি হৌতৈ ঐ তৌগে।"
হায়না পান্থোইবা সিনা থোহবী মানা কাপ্লকপা
কাং অতুবু কা'থিন্দা য়োগদবা খুতুপ মুক,
ব্রাংলিডৈদা লেপ্ তৌগুম তপথথবে। থাজারে
য়োনি হায়বা কাং অতু। লেপ্প মকি হেক-লেপ্লে।
পান্থোইবীনা কা' অতু খ'জক খজিক ইন্সিল্লি।
শাওগ শাওনিংবতুনে—চ'নিং তাপ্ চেক ফাক্রবে।
থোইবীনা—"ইতাই' বেম্মা! লেংহডৈদা কাং ফাব—
হৌনদবনি। ইতাবু! ক।" ফন-শায়ৈ হায়বদায়?"
হায়বে। ব্রাসি তাবদা, কবো লেপাব যাওবনি
ইকাইনবে মতমতু। চ'নিং মাবু শাওনবে —
"চুমই ফান হৌনদে—ইবেম্মা! মবক চ'উ।"
হায়রে য়াম্রে ভাবোক্র, তুমু নিংথৌ য়াওথরে॥
কাংগি জাংতা হৈবসি, কাংলোন চক্রি ফংতবা
লাই থিবিকী মঙ্গুংদা পান্থোহবীনা মহেল্লে।

থোইগদবসু লৈরে সিবু থোইবী তাক্করে।
পাম্বোইবীনা ইন্সিল্লে "থোইবী-ইতাবোই চংউ।
চসি মবক অসিদি।" থোইবী চংগে নিংখরে॥
থোইবী কাংত্থ কাপ্‌উবা—তুংগী শম্মা চাইথোকপা,
লৈশাক থকতা চিংব-শম্‌। নমথাং মুগা অঙোবা,
মকোংফনেক অত্থনে, মুংথিল চুপ্পা নৈনব
নূরা কুচু অত্থনে। হুমাং লিবি কাকবা
ইংথবকপা মতম ওই। নোংজাবিনা চুমথোকপা
কোবৌ মঙানগুম্নবা নূবাহ্ন মঙান অত্থনা
কাংসং অত্থ ঙানখবে। লমথা কাংত্থ কাম্নগী
খুৎত-পক্‌পা উফুন্দু নোংবোই য়েবোই তাম্বোকই
মায়কৈ মম্বা নোংগুম্বী তুংদা চাহবা শম্মাংত্থ
চকশম শাহগুম ওৌত্থন পুম্না তুংদা তাহল্লে।
চাওবাক ফানা ফাবগুম চান্নসু চন্দানা
তাসিন থোমজিন মঙং ওহ। চবৈ নমথাং মচিত্থ
সনা খুংনা লৌত্থনা ভংও লেব মাহল্লি।
তুম্মু নিংথৌ ফম্বা-মাং অত্থমওা চংলকহ
খুৎক ফাগ খন্দুনা কাংশং মযুং হন্দুনা॥
তুম্মু কোণ্ডং গপুম্ব বসন্তদি ওইখবে।
হেনৌ মপান শাৎখরে। কোকিনশিংনা নিন্‌খবে।
সবৎ কৌবা থাজনা মুংথিনত্থদা থোকখবে।
নূবা মঙান অমুকসু—লাংবন মুংশা শুমখবে।
নাপুং ফাব উপাল্লা মালেম মুল্পা লেঙেংব।

তিংথৌ মকা অম' ফাও নাপুং ফাব-ব্রাংতবা
থব্লাল লাংবন মতমগী পৃথিবীগী মতোগুম
লূম্না লেম্ন উথবে। তুর্গা কৌবা লাইতুগী,
লখী, সরস্বতীগী ইকাইনফম ওইবক্লে।
ওইদা থাংই ওইদ-চেপ য়েৎত থাংই য়েৎত চেপ্
কবো কোম্নং হাইথবে। ফম্মি ভাবোক ময়ামদো --
কন' 'মনা ময়া কাউ। মওক চৎলি কনানা।
নুরা' চেপ্লে চেপ্পকহ পূম্লেং লেঙেঙ কাংশংতু।
খিনগনিস্তু থংখিদ্রে চংনিং মাগী মাচংদো।
নুবা মমান্নবীফাও, হেক লৈবিবা পুম্বদো।
মফী ফাওবা লোইশিন্দ্রে লোইনা পুম্স্তুম্ স্রুক্ষংলে।
চংনিংথোম্বী মহারা মবক কাংচু খিন্দুনা,
থাদোই মরক চংথবে। লোবে কাংচু পাঙ্গল 'মা।।
নুমিৎতাখ্রে মম্লক্লে। অতু যৌববদদা—
"এং নুমিৎ তাথরেন।—তোকও তোকও" হায়নখি।
বুদ্ধি তানৈ তুতদা। লৈপাক চাহথ য়াকম্লে।
থোইবী চংনিং অনিস্তু চংখ্রে মকা মকাদা।
তুমু নিংথৌ লেংশিনখ্রে সংগাই ওন্নাং চান্-তুদা।।
নুবা অনি কৌনদ্রে। চংনিং থোম্বীগী মনাই
পোংনুনা "কম্নো সিদে। কৌনদবে, মাসিদি,
কৌনৌ হায়সি এগীদি ইতিক ইপা থোকতবে।
নিংথৌ হংগৎলুরগে।।" হায়না পোংনু চৎতুনা
হংগৎলবে তুমুদা। তুমু নিংথৌ চেল্লক্লে।—

"ইমোম অনি লৈতরা ?—ননাই ঐথোই লৈ-অজ্ঞা ।"
কোই স্নুম্না খুম্মকই "নহোয় অনি কৌনদ্রা ?—
ননাই ঐথোই কৌনজৈ ।" হায়নবগা চংনিংনা—
"ইত্তা চাক থোংবিক্করো । --ইতাইবেম্মা ফনি ।
ঙাহাক পোৎথাখিসিদা ।" স্নুম্না কৌনৈ অনিদো ।
লমচৎ থংবী ঙাক্তনি, পুক্রিং ন্নুংঙাইত্রবম্নু
মপা তুমুই মমাংদা ওস্পোক্লা ন্নুংশিননা
কৌনজবা মাহল্লি । তুমু নিংথৌ হনথবে ।।
তুমু মপানা থংই—ঙৌন্ন কৌবী মনাই'মা
থাবক্তুনা থোইবীগী সেবা লাংবা তৌহল্লি ।

———— ——

৭

# থোইবীনা কবোদা শিং চন্‌বা

চংনিংথোম্বী মবুক্তো অইংবাইবা লৈখিদে ;
চংনিং পোংনু তানবে—"মোইবাং ইতা ইবেম্মা !
কবো ঐগী চংনবি। নুবা ওইবী ঐথোইনা
থালৈ লোয়াল্লবদি, লোয়মোম ফোগোৎ থল্লিদো।
লেম্নৈ মাস্থ তানগনি, স্থম্মা তৌরবদদা,
কবো ভাহোং চাকহোংই ।।" লোয়াল্লু হায়না থাবে।
থাদোই সনা পুক্কিংদা কবিমতা শনখিদে।—
"পাম্মুবগী দমক্কি স্থংশিবগী দমক্কি,
নুবা ইপাপ কোরবা রাজবগে।" নিংথৌব।
শুমিং মঙা লোয়াল্লি ।। হকুম খোংমৈদা কুম্মে।
কোম্প্রেক মঙম্ লাংথবে—থোইবী মবুক পেনখবে ।।
মতুংসিদ চংনিংনা—"হৌনবগী তৌবনি,
লোয়াল্লে ইন্সাং থিবে। ইতা রাবোবিগনু !
হয়েং সিদি শিং-চন্সি ?—ইতা ! কদায় চনগনি ?—
মাংদ-উবিবা চিং-সে, সোমদা চন্সি ।।" হায়বিবে।
অহানব থুনুদা-দ, শুমিং নিনি শিং-চন্নে।
হুম্নিদা কদাং চিংদা, অতুদই মোযুম-চিংদা,
মঙ-নি সুবা হুদি সোবা চিংদা লেঙঙক্লে ।।
কবো নিপা ভরাগ মঙা থোইবী টবদা
ভাংনবকই চিংথক।—"নহানগী কাংলৈপাদা,

নংত্রা সিবো য়েংউ-হাই।—মানি মানি মানি হাই।
করিনোনে মাসিবু—মোইরাং যুবরাজগী
মচানিস্থ হায়রিকো। তুমুরাকপনা 'চানি
ঐনা হেক পোকপনিকো—সিনি হৌজিক হায়রিবা!
হুদি করি মরমগী অস্তক মোৎনা লাকইবা!
শিংচনগে হায়বা মশানি মানা লাকইবসি।
হৌনদবা রাফম্মি, খংসি ঙসি ফীগৈ 'মা।—
নৌনা লাকপা ওইবগী য়েংনিং খোৎনিং লৈহুনা
লাকচবা ওইরমগনি। মী লাই কীবা মী থোক্তে,
কনানা শক অসিবু থোদাগদৌ' মতিক লৈ।
মীতা 'মা ওইনা তৌহ্ন। করি কান্নগবনো।—
অচা অথক পুরম্মি নিহুনা চাসি নহাই!—
শক্-অসিনা, হাওনি-হাই, মানা য়াওরম্নবদি,
অস্তক মোৎনা লাক্ল-ফাও ফজরিবসে য়েঙেঙো,
মবুক মুংঙাইরমদ্রগা 'খোইবু পংচোপ চোপ্লদ্রা?—
করি চোপচরুগনি।—ফরে ফরে য়েংলসি।"
হায়নৈ ভরা' মঙাদো থোইবী তম্ম চংলক্লে,—
"হাঃ ইবেম্মা, কাংতৈবী?—হাঃ কনানো ঐবুরা?"
কৌরে খুম্মে অস্থম্ন। "মানি মানি ইবেম্মা।—
কবো ইবুংশা! শেম্বী মিন্নাই তাম্গী তাদ-খোই!
নচন মানবী ঐহাকপু করিগুম্বা?—'বেম্মা!
নুরা ওইবী নহাকপু তুমু নিংথৌগী মচা
মোইরাংনা য়োকখিবনি, কনা অমনা নত্তে,

মোইরাং যুবরাজগী মচা ইবেম্মনিস্তু
হায়নৈ। মোইরাং নিংথৌনা য়োকই সিমস্তু তাজে।
নিপা মচাই মতৌগুম লোইবী হাও-নূরা শিংগুম,
নহান্ কাং মুমিৎতগী ইবেম্মই নতৌ তুগা,
ওসি লেংওকৃইবসে 'খোইবু্ য়াম্না ওক্লরে।
নওং 'মতং থংনিংই ?—"নগোয় তাব-মুংঙাইরোই,
করি দোক্লগবনো।" স্তুন্না থুমই খোইবীনা।
ব্লাথুম অসি তারগা অমুক হেন্না থংনিংখ্রে।
"হায়গবা ইবেম্মা! নূরা নংগী নরাদো
লাইজ ইথৌ লাংগুমই অরাম্বগী চাক-ওইরে।
নিংথৌ মচা নংনবু শিংজনবদি হৌনদে।
ঐখোইবু য়াম্না ওক্লে ?—ইবুংশা চুম্ই ওকপা,
ঐ কবো চন্ম নত্তে।—কৈদোবা লাকই তুদে ?—
চংনিং খোম্বী' মনাইনি।—মাতু হায়ম্ম পকচদে।
ইচন ওইনা উবগী নুংশিতুনা হংবনি ?—
মোইরাং ইরৈপাক্লগী মুংঙাইতবই লাকপনি।—
করি নুংঙাইতবগে ? নূরা নতিক চাদনা
সেম্বী মীরৈবাকসিদা মুজা খোংদারকইবা ?—
ইবুংশিংবু ঐ অসে ইপুরোইবা লৈবি-নি।
নূরা খোইদৌ তাদবা মক্ষম তুদা য়াংগোইরু
হায়রি ঐবু পম্মৌনা। মোইরাং যুবরাজদো
ঐবু পোকপা ইপানি। ঐনা য়াদরবদা,
শাওরতুনা অসিদা "লোই" থাবিরকইবনি :

লমদম মুংশিবশিংসি য়েংনিংতুনা লাকপনি ।—
ফরে ফরে ইবেম্মা ! খংদবগ্ন তাক্কনি
য়েংজৌ য়েংজৌ লমদমসে ।।—তুদি শাইদা চংঙকউ,
ঐশু চনগে নহোয়স্ত চনবিম্বকো ইবুংশা !”
হায়জবকই থোইবীনা । নক্সিল্লকই ময়ামদো ।
নক্সিল নক্সিল্লক্লগা য়েংসিল য়েংসিল্লবদা,
ময়াম অতু ঙক্লরে চিংদা থোকপা মণিগুম
লমদম অতু ঙানখবে—“সবু লৌই হায়বদো,
কয়া ফজরিগবা, মপা’ পি হায়বতুনা
কয়া চংখোল্লিগবা ।” স্থম্মা খনৈ ময়ামদো ।।
মচিন থোক্লে ময়ামদো—“ইবেম্মা ’থোইবু ঙসি,
তাক্কুনা তাকপিববদি তাকপিরোগবা শেংনা !
ইবেম্মগী ইবুংঙো সনা পুক্কি তাবিবা,
মাগী মাশক্ত মূরতি, য়ুম্নাক শাগৈ পূম্বদো ।
নপাই ’বুংঙোনা পিবা অতু মনা কম্দোবা ?”
হংঙে ময়াম অতুনা । ইবেম্মনা—“ইবুংশা !
ঐগী ইবুংঙো তুদি য়ুবেঙ্গায় খুমল্লি ।
নিংথৌ মচানি মিংদ খম্ব কৌইদো ।
য়াং চাঙই মোইরাংদদি মপা লেন্তে, অতুগা
লমদম অতৈ ’মদস্থ নৈরমগনি ’নংজদে ।—
ইবেম্মা মাগী মনাই ওঙনিংইদা ঐখোইসে,—
’মুক্ত উজরগদি ।—লাইন-তম্ব লাকনি ।—
তুদি ’বেম্মা অমদি ?—মঙোম নিংথৌ মচানি

মাদি, ইনাক্সু খুল্লি। হৈ শিংই ফজৈ কল্লি।
ঐগী ইবুংঙো ত্থদি—শাইদাংবনি মোইরাংদা,
খিৎ লাইরৈ। ইকু, ইবুংঙোত্থবু পোকপদো
মোইরাং নিঙোল লৌইদো। ইনম 'মগা লৈজরি,
অনি সিদা মঙাইরে। ইনম-ত্থদি ফজৈ,
ঐদি মনাইবু মান্দে।—ফজরিনি, ইবেম্মা!
অতৈ অসি য়ায়াম্লি, 'খোইন-হংনিংব 'মবু
ঙমদত্থনা লৈরেনে?- করি য়ানো হায়র্বিয়ু?—
কিদি কিদা ইবেম্মা।—কিবিগনু হায়বিয়ু!—
লোইবা থক্ত লাকপসি মতম থর কুইথরে।
ঐখোই কৈস্ম য়াওরক্তে; ইবেম্মই করি য়াওরি?
থরদদি পিজোনা—করি করি য়াওবিরি?—
সৱাই তাম্‌গী ইবুংখোই নচন কৈস্ম য়াওরক্তে।—
য়াওরবদি পিজোদা—নূরা শিংস্নু থিবিগে,
পুনবিগে থোংগৎপিগে, শকনে চুনে ইবেম্মা,
নংনা পুব পোৎতুদি চাওগদবোই নিংইদো।—
ঐদি য়াওদে হায়জরি লংনবিন্নু নচনবু।—
প্রেমনা চায়বা য়াক্র'দি মুন্না চানি।" হায়রুরে।
ইবেম্মগা অপংবা কবো মচাশিংসগা
পুক্লিং য়াঙাং অনিসি ইশিংগা থাওগ-তারে॥
মতিক চাবা মৈশানা তিন্নহন নৎতানা
য়ারোইদৌরে পক্নবা। ইবেম্মনা—"ইবুংশা!
য়াওদবা পোৎ অসিবু মুন্নরগা থোকপরা?—

থোকই থোকই মুনগনি ।" ব্রাকম অ.স য়োবদা
শাওরে সনা প্রুক্লিংদা । "ধর্ম্ম .লতবা জাংনি"
খল্লদুনা—"কবোশা ! কবি নতিক লৈদুনা ?—
লৈ লৈতে খংনগনি । দুদি লাও মুল্লো য়েংগে ।"
হায়বম্লগা ংবেম্মা—"নাদুনা শি'সু শিবা,
লৈবম্মু ওসি কবো লৌঞ্জাবশা ।" হায়দুনা
নূরা থাংলেন মখুৎসু—খুদুম চেৎনা পায়দুনা,
নোংথাংগুম্না তাম্নরে । চেপ্লে তবা মঙাদো ।
চুম্ন মীচম্ ওইনদি চেল্লুবদা খন্দুনা,
হেঞ্জল্লক্লে থাদোইনা । থাদোই মতৌ উবদা,
থরাই খুবাক হাপ্পুনা চেপ্লে িংগী বক্তা ।
উগী মরূম্ খুদিংদা লোইন পুম্নোং লোংখরে ।।
"লিন-জাবা য়ানবশা ! ইপাই লংলোই মচাশা !
করি লোংলি থোকই !" হন্না হন্না চেবদা
থোকতরে ময়ামদো ! ইবেম্মদো পোংখারে,
লোইবী মতা ফনগী শিঙেং-উ খম্বালগুম্না ।।
ময়াম অতু ডাসনখ্রে িংয়া মতা ফবদা,
অনুক হন্না লাওবক্লে—".মাইরা নি থো মমোম্নোই !
ননাই ঐথোই লাঞ্জবে ! গুণ .য়ংজনিংদুনা
চৌরুবনি. কনবিয় ।—খংউ কবো লংলোইশা ! —
ননাই 'থোইবু ভাকপিয় চোবোন ননাই ওইজগে ।—
ভাংঙকনু তানিংদে ।" সুম্না লাওবে থোহবীনা ।।
কবে নিপা শিংদুগী মরক্তগী অমনা—

"হা। ইবেম্মা শাওবিন্নু, লেংশিনবিয়ু মাংদৈদো
'থোইনা য়োক্তুনা থমজৈ, ইবেম্মনা চনবিখ্রো,
অতৈ থিবা য়াবনি।" হায়দোকউরে অমনা।
ইবেম্মদি হয়াওরে। মবুক শেংবী ওইবনা
হায়জবতু তাবদা থৌজান হৈবী মহোশা,
নুংশিবিরে ময়াম্নু। ইবেম্মনা—"ইবুংঙো
চঞ্জগেকো।" খুম্মকই। ময়াম অতু কিনরে।
হোরেন কবো নিংথৌদা তম্মুরবদি মাংডে।
হায়থসিগী হায়মরক তৌমরক ওইতুন স্নুম্
তিঙক তিঙক লৈনরে। শিংফম-তুদি ময়াম্না
থোই শারি হায়নতুনা শোক্লদবা মফম্নি।
শুম্না থোকউ হায়বগী লাওহৌরস্নু ফদোবা,
চিঙখুন তিন্নদে হায়নি—হায়বই কিরুবদগী
"শোকউন্নু থোই লৈবনি" হায়দোমক্তা হায়হৌদে।
মহোশাস্নু তৌজদা নুপী পাঙ্গল ওইবনে।
থোয়ুম মানা পিবিরে নুংঙাইজরে হায়তুনা,
শিং অতু ইবেম্মনা চিংউরে পাক-পায়তুনা॥
পায়থোরক্লে থোই-য়ামদো—থাদোই সনা হকচাংদা
তু-থোং 'মগা থোই-'মগা পারে চিক্লে। ইবেম্মা,
হা-ইমা, হায়রম্লগা—হৈরাং মমুন-ফবীনা
মালেম লৈদা কেনবগুম থোইবী মদোম তুথরে।
ময়াম চেন্সিল্লক্তুনা থোইয়াম অতু হাক্তোকই,
তিন্ন-চিকপা লৈরাংগুম ইবেম্মদি মতমদো

তাবে—তি'দম্ শিথবে। চরৈ থাংচেৎ-মণ্ডাইবে
অতৈ লোইনা ভাহোরে। হকচাং অদু কামথৎলে।
খোইগী মচা লৌদুনা তেরে নোইথাহবদুনা।
হিদাক এনা মহি-তে—চিং এন্‌সিন থিদুনা তৈ।
রাম্ববদহ হবেম্মা—মৈচাক কোল্লকপতুগা
অদুম হংথরকপদা পোংথাবোইনা তুমথবে।
কবো মচাশিংদুনা, তাহৌবিবা নমথাংনা
নূরা মোল্লাং শেম্বিবে। উশা পুংবা অমনা
যুংদে সনা নাক-তুদা—মালং ইচিক লাংহল্লে।
হন্দোক্লবে মযামদো। মুংশা থিনখিবনা
নিকশ্রে কবো শিং অদো। শিংবু অমা থিবিবে।
চেৎন নাম্ন পুদুনা লুখুম ওইবপ যুংলমই
মুরা মানা উদবা থুগুক তৌবা মফমদা,
হন্দোক্লুনা লেনবে। রাতামরে—"কম্‌দোনি
সিনা হাবেন ঐখোহবু—শিগদোবদি নংন্দো।
কবো কোন্নং ্রবগা ইনিংথোদা তম্মুবো,
হিংগদরা। চন্সিবা? চংহৌসিবা হৌজিক্লা?
হায়জবদা য়াবিবো ফে, তুদি নএতুনা,
শক থংডো ফাবো হায়ন চংউবদুম থোক্লদ্রা।
তুমু বাকপা মপুদা চেন্সিন্সিবা কমদোনি?—
নূবা সিনা কন্দানা কন্‌বিনবা ঐখোইবু
লৈতে মপোক অসিগী, চংসি, চংফম অসিদি
লংজকবা অসিদা চংলদদা ফগনি। -

ফরে তুদি হায়জসি।" স্নুম্না খন্নৈ ময়ামদো ॥
ইবেম্মদি—মঙ্ তুদা—লম্লান্-কাইগী খোইরো-দি
লোয়ুম্ব-লমজা খম্বা, মোইরাং নৈপাক অতুদা
নূরা মস্তুংলাংগীদি কং-গুম্না তাউ—লা-গুম-কা,
পাখং চেন্‌সি চেনফদা—নূরা হৈনা ইনফদা !
সরং মুংদা তারবা সরেন মাবু ওইতুনা—
চক্রবাকতি চেক্লানা ইন্নুং মতম ভাইবগুম
ব্রানা লৈহৌরবদো, সোরা চিংদা উরক্লে।
খুমন চংসিল্লক্কুনা—"নূরাই-বেম্মা নুংশিবী !
পাখং থরাই ওইবীও ! অস্নুক ব্রাব-সিন্থাবু
থারকপগে কনানা ? কবো চায়নগে হায়্মু।
তুমু কোন্নুং থুগাইগে।" শাওনা চংলে খোইবীদা ॥
চেক্লা মরুম কনবদা নোংজু নুংশা নংবগুম
পোম্বী অমোম শিংগুম্না ইবেম্মনা খুম্মকই,—
"থংলেন শাওবিথিজন্নু ! তুমু নিংথৌ ইপানা,
মহারাণী ইমানা চংনিংথোম্বী মহাক্সু
করি লাঞ্জব-নত্তে। ননাও ইপাপ কোরুবা
চৎচবনি ইবুংঙো। থংলেন কুইরে কায়নবা,
ইপাম মোইরাং লমদমস্থু ননাও ঐবু য়েংজগে।
চুম্ন-লাকচবদগী চঞ্জবনি লম্নাই-শিং ॥—
ফৈদনা তুদি 'বেম্মা ! ব্রাররিনি নহাক্তি,
খম্ব-ইস্নুং লাংগীনা ! চনবিরমগে ঐ-শিং-সি ॥"
হায়রে খম্বনা শিং-তু থিরে, পুন্দুনা য়ুংলে।

"ইবেম্মা ঐ চৎলগে, কবোদা চৎলি হায়বা
নপাই 'বুংঙো তারগা মোইরাং ৱাথোক ওইগনি,
নংনা মাহ্‌ কিদ্রগা থবাক চুংবু ওইনগে
পাম্বোম তা-ওইনহুনা মোইরাং তুম্ন হাৎনগে ।
ইপু ইনাই কারসি ।" হায়রম্লগা চৎখরে।
ইবেম্মনা—"লোয়ম্ব! থংলেন ঙাহাক ঙাইবিথো!
করি হেকতি চৎপগে ননাও নুংশিত্রবরা !
পাম্মু পরৈ অরূবা নুংশি থোক্লথিসিবা !
কোরৌ চুপ্পা চিং-সিদা ননাও লাকচবসিদা
লাইজ ইখৌ লাডেঙদো ।" হায়না থাম্মি মঙ্‌হুদা।
খম্ব মানা খুম্মমই—"নূবাই 'বেম্মা অহুদি,
চিং-জুম লাইজ থিরুগে ঙাইবিরমখো ।।" হায়হুনা
চৎখ্রে খম্বা অহুম্মা থোইবী ঙাইরে লাক্রুরে ।।
"শাবি 'বুংঙো লাক্রুরে—মাঞ্জ কেদোরবনো ।"
খনবদগী থোইবীদো অহুম মঙ্‌-ফাওনরক্লে ।।
কোইরৈ লেহুনা য়েংই,—শিং-য়ুংহুনা লৈরমই ।
চরৈ চোইনা তারম্বা—চিং-এন্নিন্নচিংবগী
নূরাই হিদাক তৈরম্বা উরে খুদম ময়ামদো
থাদোই পুমঙাও ঙাওখরে । "মঙ্‌ নত্তেদো, তাইবংদা
লেংবিরকপা মাঞ্জবু; লাইজ থিনি লেংখ্রগা
হল্লক্তরে! ইবুংঙো! লোইদাম অম্বুক কুইববু
উনদরবা নংনি । মোইরাং ৱাথোক কিহুনা
তৌরবোইদো নহাক্তে । থংলেন হনবিরকথোবা ।"

হায়না মজা ইবেম্মা,—য়ারৌ সঙাই অমোম্না
মথংলেনবু ফাখ্রবা শাদানবনা মতমদা,
কপ্পগুম্না কপখরে, সোরা চিংগী লমদমদা ॥
অপংবা অঙাংদৌগুম ইবেম্মনা ন্নারিসি
উরে কবো শিংহুনা—"হা ইবেম্মা, কপকনু !
নথংলেন-ছু লাক্-অমৃদে !—হুদি হা ইবুংশিংবু !
য়েংউ শিং চনবিরমই, য়েংউ লৈরিবা শিং-সে।—
ঐখোইনা চনবা শিংনি। খোইনা চিক্কুনা নংদি
ন্নাম্বরুরে খংঙরোই। তরেৎ তরা ঙাংইদি
শাওরগনি খন্দুনা 'খোই লৈবনি শোকউন্নু'
লাওজহৌদ্রে ঐখোইনা। পাপী অম য়াওহুনা
মীনম্মুরে নংঙোন্দা। নুরা নংনা তুরবা
ন্নাম্বরম্বা মতমদা চংজহুনা খোই-য়ামৃদো
হাংলি ননাই ঐখোইনা। হিদাক লাংথক তৌজেদো।
'বেম্মা ঙাহাক চেপউরে, নথংলেন্দো লেংঙক্কে ॥
মচিন থিব-ননাইদো ননাই ঐখোই ময়াম্না,
মৈবা মখৈ য়ৈরগা হাংকে তৌরবহুদা
চেনখ্রে থন্নাই পুহুনা ঙাকপিয়ু ননাই 'খোইবু !"
হায়না লাওরে হায়জরে হন্না হন্না কয়ারক।
খোয়ুম শক্তি লৈরবী থাদোই মাস্থু থাজরে ॥
"মীন্নাই তামগী ইবুংখোই ! ইবুংশিংগী লমন্দি
করম হায়না শিংগনি। তুম্মু কোন্নুং য়োরগা
পাপ্পু চেনবী নচন্না তরা মখেল লুক্কোই-লাঙ্

চাক-কৌজগে মুংভাইরে। ঐবু লংনরম্মিবা
ওক্তবদি ইবুংঙো! পাখং মাস্তু য়াওরকউ!
ঐগী ইরাইবরক্নি শাওজদরে নচন্না।।”
শুন্না লাওরে ইবেম্মা। অহল ওইবা অমনা
শিং-বুল অদু থিল্লক্লে। পেল্লহনা “নহাক্তি
লেম্ম মাঙঙগন্নুকো।” বোর সিমা পিবিরে।।
মজাই ’বেম্মা থুংখরে—কবো কোন্নুং নৈলফমদা।।

# থোইবীনা কবোদা লোং খোন্‌বা

শিংজল্লুবা নুমিৎসি থর থেংঙে লাকপদা ;
চংনিং খোম্বী মত্তানা—"মোইরাং ইতা ইবেম্মা !
ঙসি নংগী নতৌসি, ইশা তুম্মু নিংথৌনা
ভারবদি মাঙেঙদো। নিংভোন হায়বা ঐথোইসি
শাজৎ য়াম্না লুবনি।" হায়না ভাংই ইবেম্মদা।
ইবেম্মদো ইকাইরে। "ঐবু ঙসি শাগুসিরা ?"
থল্লুবদা "চুমইনা, ঐগীদমক হায়বনি।"
অসি থল্লে শাগুদরে। "কৈনো ইতা ইবেম্মা,
নূরা নবুক শেংলদি করিগীদি থেংলকপা ?
হায়্ হায়্ ?" হায়তুনা হুংঙে চংনিং খোম্বীনা ॥
লোইন তম্মে 'বেম্মনা। চংনিংখোম্বী, পোংন্নুনে,
ময়াম চংনা য়েংবদা থোইগী মমু মক্তুনা
সনা হকচাং অতুদা ইমু মুনা লৈরম্মে।
সংলে ময়াম চংদনা কুংঙাইতরে ময়ামদো।
লাই-মক্লা থোরাংনবা, সনা' শাবা হকচাংদি
কোরৌ মানা য়ৈব-কাও কুচু মাংনি থন্দুনা
মঙান্ থাক্ল-থাবনি। নূরাই দোশা অসিদা
য়্যারসন্নু নিংইবা চংনিং খোম্বী মত্তাদো,
থোইবী মাগী গুণ-তুগা য়্যারুরিবা অতুগা,
মতিক চামনখিদবা থবক অতু থনথরে।

থমোই শোক্ল মুংঙাইতে।—"মোইবাং ইতা ইবেম্মা!
কবো নিপা শিং-অদো, হায়ু! মশক খংববা?
ইপা নিংথৌ ভাক্কেদো, দন্দি তৌগে ঐহাক্না?—
ইতায় 'বেম্মা শাওবিয়ু, চুমই ঐবু মুংশিবা,
প্রেমদু দগী ইতানা ভাংথোকপিবকপদুদা,
নতাই অল্লা পূম্বদো,—অমোৎপদি অচাকপা
নতা ঐগী থমোইসে লাইজ খিক্লেল ওইজরে।
ময়াম অদো ব্রাখবে নতা ঐগী দমকৃতা,
অৎঙাং 'পংবা 'মঙনা থোকহনবনি থোদোক্সি।
মোইবাং লম্দম ইপামদা থোক্লম-লৈদি মথোইবু,
শেমগদনি নতানা। হতাই কৃপা লৈবদি,
মথোই তবা মভাদে শেমজকগে।" হায়বকই।
মন্না ব্রাবি শানবে লেল্লকই ইন্নুং অসি॥
খোয়ুম মানা শেম্বদা হবেম্মগী দশাসে,
লম্ন-চাওন শেমখ্রবোই, থেংথাং থেংথাং থমদুনা॥
হন্নুং মমৈ ওইরকলে—চংনিং মবুক অতুদা
মথল মথল খল্লকই। চংনিং ওন্না হৌগংলে।
ভাইবং মারোন-নাইববু চেক্লা লোন্-য়ামদবনা
য়াকৈবগুম থোইবীবু হোদোবক্লে চংনিংনা,—
"থোইনৌ ইতা ইবেম্মা নুংশি থোয়বোয় চান্নবী
ইন্নুং ভাল্লে লেংথংলো তাবিবরা?" হোদোকই।
লেংথংলক্লে থোইবীদো। ভাহাক পুংগোই লৈরগা
চংনিং মানা হোরকই—"ব্রাববিনি ইতা-ও।

ওরাং শিংজা চল্লুবে।—ইত' ইবেম্মা য়ারে।—
তুদি নংবু থৌদাবা নত্তে য়াবৌবিগন্নু'।
ডাং'ক-ডানৌ তুম্ চাসি। নংন-খিৎ হৈ শিংইদো,
ওসি ওাতুম ফাকুদা।—ফাঁনি ইতা ইবেম্মা।"
হায়না খুমই থোইবীনা। পামু লমন শিংলগে
মুংশি মস্থং লাংগিনি য়াজবগে লেপখবে॥
তবা চঙন্ চাতুনা সংলৌ মথেন হাত্তুনা
লেম্মৈ তানগে লেংলক্নে। পয' চে'। তায় ল্যোং, নূবা
সংগাই য়াঙনপ-লোং -লেংলেন থোইবী খুৎত পায়তুনা,
তুংগোন খ্বাংদা থাংতুন। কোবৌ নোংদ' থোক্লবা
থাজ মানা তৎতুনা মালেম লমায অমোৎপা।
উফুল লেথোম্ মথক্তা তাবগুম্মা কুমখবে,
কোয়ৌ শিংবুম মঙান চুপ্প লেম্মৈ তাল্লকই।
পামু মস্থং লাংগীনি য়াহ-কোবদা সোনখ্রবোই,
ডম্মোই কোব হায়খ্রবোক লেপ্খি নূরা পুক্লিংদা॥
মঙানিগী লোং-খানব লৌসি পাংকী মন্নংদা,
লূ-পাৎ কোবা লমদমদা লেম্মৈ মাবু তাল্লকই।
ইবেম্মনা লোং-অতু লাইজ মুংদা থাদরে,
থোং অনি থিল্লতুনা লেম্মৈ মাবু থৌরকহ।
তিমফা ময়াম ওমতুনা চিক্নে নূরা মহাক্কী
নৌজববী খুবোম্দই খুকউ মথক তু-ফাওবা
লাইজ ইবোন মুংতুদা মুক্তা মুন্বী ওইবদা।
লোং অতু শাংগৎপদা য়াওবক্তবে ঙ' মতা॥

থর অমুক কুমথবে অদু ফাওবা ঙা-লক্কে।
তীম্ফা চিকই হায়বসি ইবেম্মদি খংদরি।
অমুক থর কুমথবে অদুদস্তু ঙা-লক্কে।
"ঙা লৈত-বোইবেদন।" খন্দুনা ইবেম্মনা,
লেপ্পকপা মতমদে', নুবাই হকচাং তনৌবী
নৌগ নৌই মথক্তা মতম চুপ্পা চরৈনা
খুম্ব শরুক অমুক ওই, নৌঙবৰী হকচাংগী
উন্‌শা অদু তুপ্পক্লে। তিম্ফা ময়াম অগুনা
চুপ্পবক্লে ঈ-অদু। অদুদদা থোইবী খংঙকই
সজিক সজিক লাওরকই॥ ওইথংবা সনা খুৎনা,
নাম্ভকবা মতমদা পুন্নান নান্ন ক্রি-ক্রিক হেক,
ইন্নবদু থেংনবে। পাখংখরে ইবেম্মা।
"হো ইমা" হায়বদুনা চেংখংথরে কংফান্দা।
খুবোমদগী হৌদুনা ওম্‌ইবা তিম্ফা ময়াম,
খুবীং খুবায় অফংবা ফুমদি খুদাপ অমনা
তুকথজবে। খুবোম-দো—পুমঙাং ওইনা ঙাংখবে।
'ডোবা খম্বাল লকাদা সিন্দুবনা চাই-গুম্লে।
কিখিবনা ইবেম্মা থক-থক নিকই কিথবে॥
পাপকী মপোক ওইবা জীব ময়াম অদুবু
ব্রাবৌথবে চৈবকই,—"পাপকী মপোক সিদগী
ঙসিদগী লাঞ্জরো লোইনা শিরো; অদুগা
মপোক থিবী থোইবীনা কুমজরম্বা পাং নংদি
ঙসিদগী হৌদুনা তিম্ফা হায়বা জাং অসি,

ওইরসন্নু লৈতবা।" থোইবী বোর পিরম্মে ।।
"কান্নদরে কারগে, ঙাদি ফাদ্রে ইকাইদা।"
স্নুম্মা খন্না কারক্লে ।। থাদোই স্নুম্মা লাকপদা
ঘ্নাংত্রেন খান-চাওবদি মবুধোনা উরক্লে,—
"ইকাইরেনা ইস্নুদে ঙা খরদি পিক্লুগে।"
হায়না লাক্লে, থোইবীগী হল্লকইবা লম্বীগী
ময়াই মক্তা শেমমরে কোম্ মচাদি অমথক্।
তরু তরুই ইশিংদো, হুপ্পৌ হৌই মপান্দা।
ঙাথা-ঙাক্তা সয়াই-হেক লাওনা চোংই মাং-হুদা।
থোইবী সংত্রিক য়েংবদা ঙা অচৌবা অমনা
লৈরদুনা ঙাথানা চাখৎপোইনা উরকই।
কুমগদর্বদি কিরে—মপান্দুদা লেপচরে।
লোংতুনা কোৎলুবদা লিক্কোনগুম্না লূরবা
ঙাথা-তু-ঙাক লোং-কোৎ-তু অনিরকতা তুংগোন্দো
থংকোক তৌরে, ইবেম্মা মথা অমুক তারুদে ।।
স্বর্গদগী লাইশিংনা মালেম খুংগম্বগুম্না
লোংগ-তুংগোন অতুগা নূরা কোক্ত থোংতুনা
লেংখৎলকই থাদোইদো। থোয়ুম কনাগুম্বনা
পিনবিবা লেম্লেনো পায়ম নুংদা থল্লকই।
য়ুম য়ৌবদা চংনিংনা—"থোইনৌ ইতা চান্নবী
য়াম্না ঙম্না হল্লকই শাওরতুনা তৌবরা,
লেম্লে ফারকত্রবরা ?—মপু নংনা হায়ববু
মনাই ঐনা শাওগত্রা : খর ফারে ওকএদি

লাক্-অবনি ইতা-ও ।—রাভা সিবু করিনো,
ননিংলনে ইতাগী ?”—হায়না চংনিং চাওখোকই।
য়েংউবদা ভা অঙ চংনিংখোম্বী হবাওবে ।।
খোংবান মচাই হশিংগুম ভাহাক অমুক হবাওই ।
অমুক থুনা হেক শাওই। মমদাং ওইরক্লবদা
চংনিং মানা—“হতা-ও। ভসি ইতাই ভাসিদি
য়াম্না হাব্দো মানখবে চামিন্নসি ঐ খোংগে ?”
হাযবে মজা ইবেম্মা—“কবো চমু অসিদি
হেঞ্জিল্লকদোবেন, মমুন্ ফাহনখিগেদো
ভুগা চাগে।” খন্থবে। ইবেম্মনা খুমমকই—
“হত ইবেম্মা ঐদি মীগী খুং কয়া চাদে।
ইযুন মোইবাংদম্মনি, ইপা, ইমা, নিংথৌনে,
মহারাণী. সিদদি চায়—ইপুরোইবগী ’মা।
চাফৈ ইতা খোংবম্ম—অম্মম্নদি ওইববু
নবুংতুবু উদ্রিফাও চাবোহ মীখুৎ নিংখবে।”
কনখোরকহ অম্মম্মা।। ফরে হায়বে চংনিংনা।
ভাখা মযাম অতুবু মহি লাংন খোংতুনা
থকপগদি তোংপগা হরোইদনা চাখবে।
চুম্না চাদে হিপ্পুনা পোংথা পোংথা চাবকই।
মনাই পোংলু কোবিনা “যাম্নমক্ল চাবেদা।—
চাদনাকা, হাওইদো।—হাওররিনি হাবিযু।”
স্নুমা হায়নৈ মুংভাইনৈ। ইন্নং অসি লেল্লকই।
ইবেম্মদি বারুবে—নিংথৌ মচা ওইবগী

নোম্মক্কবা মহৌশা, সংলৌ লাংব-লেংবনে,
শিংজল লোংখোন তৌবনে নৌজরবী হকচাংদো,
ৱারে ইতুক তুক্থরে। কোৱৌ মাং-ওই মাংওইনা
ঙন্তা ঙন্তা লেংখৎপা তৌদ্রে নুমিৎ অতুদি।
চংনিং ঙন্তা হৌগৎলি। "মোইৱাং চন্থ ইতারোই।
কৈনো, ঙরাং নহান্সু ইতৎ তৎতে হৌদোক্লে।
ইতাই হৌদোক্লনবা মীনাই তোঙান থমগদ্রা!"
স্থম্বা থারে খোন্দাসি। ইবেম্মস্থ লেংখৎলে।
সনা পুক্লিং অতুদা, "পাপী সিগী খোন্দাদে।"
স্থম্বা থম্বা য়েংহৌই। সনা চিন্দি পোকউদে।
চাক চারো থৌদারকই। চারিঙৈদা "লোইদ্রিব্রা?"
হংজিল্লকই খুৎথক্তা। ইবেম্মনা—"ইতা-ও।
লোইরে লোইরে, করিনো?—ৱা লৈতুনা তৌবনি।'
হায়না হায়না ইবেম্মা লুক-তু গাব লোইরক্লে।
ইবেম্মনা "ইতারোই! করি ৱানো হায়বিরো!—
হায়নি মোইরাং ইতারোই।" স্থম্বা চক্রি থাংনরে।
পোংন্থ কৌবী মনাইনা কম্ব গায়সি ঙমজদা
মবেম্মঙাক ওইবনে, সমু লংহি' পুন-গুম—
"ৱাহৈ শিংসি কায়নরে—তৌনবিন্থ ইবেম্মা!
তুমু মমোম নিংথিবি।—পোংন্থ! করি থংতুনা
ঙাংজরবা শাররি!—খংজৈ 'বেম্মা ননাই ঐ—।
সিদই হেজিল্লবদি, পাবুং মহারাজদা
হংগৎকনি ননাই ঐ।—হায়জরুনা কৈদৌনি!

মীনাই নসিল্-লৈবরা ?" মতাং সিদা থোইবীনা—
"তম্বুম পোংম্ব ইতাবোই ! তম্মুগনু ইবেম্মা,
হংগোইনদ ওইবগী পাংজাং চাংনবনিদা ।"
হায়না খামহ পোংম্বদা । "ফজৈদকো ইবেম্মা !
মোহবাং নিংথৌ মচাও ।" স্তুম্মা খনখি পোংম্বনা ॥
চংনিং মতৌ অসিদা পোংম্ব পোইনা শাওখবে ।
"খনবা হোনহ খন্বনি- পোংম্ব ঐগুম বনবু,
হমন লৌন খনবরা—চৎলগেদো" খল্লক্লে ।
পোংম্ব কৌবা মনাহনা—"তুম্ন নিংথৌ মমোম্মোই
সনবিক চনি থোম্বী । চৎলখিগে ঐ য়ুমদা ?"
চংনিং মানা- "করিগী চৎখিগনু" হায়বদা
চৎখ্রে খাম্বা পালান চংনিং মদোম চাগহোবে ।
তুং-অসিদ থোইবান —"হত কেনো হায়বিরো ।
অসাই হ য়নি শাযবদো ।"—চংনিংনা—"মোহবাং ইতা !
ডবাং নংলা ক্ষাবকপ চাদে। য়াম্না হাওখবে,
ওসিম্ন যারু চাংস ।—এবা কাব ডা তুবু
উসি চংব-হোনদে । উবা তিম্ন-চিকপগী
নাইজ নাত কোবহুনে চম্মোহ যুমগী সিম্বা-থাও ।—
কবি য়ানো ননি লাং নপু ঐগী য়াথংনি
চৎলু চৎত য়ারোইদো ।—কবি হাম্রে নংগুম্বা
কবো ইবোহ ল লোহ নং—খংদববা ঐহাকপু ।"
হায়না মজা হবেম্মা । প্রলয় ওইনা শাওবক্লে ।
চংনিং খাংব-উমদবে । "শাওমনখবে কবিনো !

ফরে ইতা অতুদি, মোইথাপ মনা সিমনা
মকি লংথুম ফাবিরো। লংথুম তুনা ফী-ম-শাও,
তুদই লেম্বা অতুনা নিংথোল লন্নাই ওইবিম্ব।—
করি! কবো লিন-জাবি! লিহ্লা চামায়দা ঙানবী
থারো চমফুৎ চাবিশা! কবো শেম্বী সন্নাং লাই,
ফুরা তরা মিৎতাংবা কৌতুম মুনিগী মনাই।
নপা' ওম্ন হৌনব্রা? কবো খুয়া পাম্বোম-লাই!
নহান মথৈ লাক্কবা ঐবু রাহল্লকপগী
লমন-শিংগে ঙসিদি।"—হায়না মজা ইবেম্মা,
পাম্ব-মথৌ কনবনা সজি সংঙাই ফাবগুম
চোংসিনখিবা উহৌদে। কবে' চন্নু চংনিংগী
সনাই থাগৌ থেৎলবী লুতুং-শম্মাং নিংখিবা,
সনা খুৎনা পায়থরে। লোংন-চিংথুই, চংনিংদো
নামনখিবনা "অমে" হায়, "অমেবু হায়ব-সাই"
মচিন অতু স্নুদৎলে—পোংন্নু মনাই চৎখিবা
তুং অসিদা ইমুংদো থোইবী চংনিং অনিবু
থাম্বিনবা লৈখিদ্রে। পোইন্নু ফুদিৎ ফুবগুম
লাংবন উৎতি ওৎপগুম সন্ ফুবগুম ফুরক্লে।
কাওবগা নেৎপগনা, চংনিং তিংদম শিথরে॥
—'কনবা লানগী ময়াইদা থোকপ-তুর্গা ওইথরে,
কবো লৈপাক অতুবু মথক মথা ওল্লগে
নিংঙে, লেপই থোইবীনা। চংনিং জ্ঞান্ লাক্লবদা
মমিৎ লৈন য়েংওকই—থাদোই মানা খংতুনা

য়েংজব-শায় চৈ-বুদি, হায়রদনা নাচৈ'মা
সনা খুংনা লৌদুনা হৌগৎ ফাত্রিবৈদুদা
কারল-লাক্ক ফুবিরে। মশন অমুক পায়দুনা
ইশিং পুন্দা চিংশিল্লে। উৎক ই শং অদুগা
মচিল অদু শুদুনা কয়া অমা য়ৈথরে।
পাংগল হেল্লি খম্বুনা চংনিং শিজ্জিন্নথরে ॥
চংনিং মানা খল্লকই—"মীরৎ নাবন থোকপদা
হৌগৎতুনা চেল্লগে—তাক্কে তুমু মপাদা।"
হায়না লৈবে ঙাইদুনা। লৌশিং চাওবী থোইবীনা—
"কবো মরৈপাকনিকো ঐনা হান্না চৎতুনা
তুমু নিংথৌ তাকহৌগে; ফুমন্থরে, অদুদি
চৎহনথিরোই চংনিংসি।" খল্লে। চংনিং য়েংদুনা
"থংগনি ঙসি নুমিৎতা শিদ্রি ফাওব য়ৈগনি,
হেকত-লেংট ঙসিদি।" হায়না চৈরে থোইবীনা।
কিখিবনা চংনিংদো শোর ফাওব হোন্দরে।
চৈরকসিদা থোইবীনা পাংথাক মকা অনিদং
থুনা থৎলুরদুনা মেদা তন্ন য়াইথরে।
সনা হকচাং অদুদা কারন কাবন ফুদুদা
মদোম চৈফম শেমজরে। পুমঙাং ঙাংন পোমথরে
চংনিং মচিন নোইবগী উৎক ইশিংগা লৈব
দুদা ওল্লে শম্নাংস্থ হকচাংস্থ, উৎনা তৈরে।
চংনিং হুন্দোক্লমদুনা - থন্নাল হায়বা থাজগী
মপুং ফাব প্থিগুম "ইপা তুমু নিংথৌও,

লেম মহারাণীবু !" হায়না থোইবী লাওতুনা
তুমু নিংথৌ মনাক্তা চেন্সিল্লক্নে হান্নবা ॥
ছাইওন-ফবী থোইবীগী নুরা খোম্ফম্ তাবদা
তুমু নিংথৌ মপানা—"কৈনো কৈদৌরবগে ?—
ইপাই 'বুংঙো ঐহাকনি লাইবক থিবি থোইবীনি !—
চাঁঃ ! করিনো, ইচাবো" হায়না তুমু নিংথৌনা
ফারে মচা ইবেম্মা ! তুমু পুমুওক্ ভকথরে,
থাদোই মাবু কোন্দুনা—"ইমোম থোইবী করিনো !
চৈফম লৈরেনা সিদে !"—থোইবী হিক্-হিক্-কপ্লুনা—
"পন্থৌ ঐবু ইতানা, মাগী কাদ-তাডডরে,
তৌব য়ারে হায়দুনা—খালৈ য়াল্লু য়ানুজরে,
লেম্মৈ থিরু থিজরে, লোইবা থক্তা কাদুনা,
শিংজা চল্লু চঞ্জরে, তৌ হায়-মথৈ তৌজরি।
এবু তানা ভসিস্লু লেম্মৈ থিরু হায়বিরে।—
ভসিদি এবু ইতা হকচাং খসি ভমদরে,
হয়েং চৎকে হায়নদা, চৎতবা য়াদে হায়না
থৌদাবিরে ঐহাকপু—এনা ভম্মোই হায়রুরে।
চিন্থক্তা খুমই হায়না—য়ৈবিরিবনি এবু।
পন্থৌ 'বুংঙো য়েংবিয়ু। ইনমদা ফুবা পুম্বা
ফুফৈ পন্থৌ ফুমন্নু। মীগী শম্-বু অম্মুম্না,
ফোইদংপিবা হৌনব্রা !" হায়না থাদোই মমিংতা
পি তরং তরং চেন্থে। ন্নুরা ওইবা শিংতুগী
মনম্ তৎন ফুবদা থোইনা ন্নারোরুদবা,

মাগী লুন-থমজবী লুন তৌবা মাদবু,
শম্নাং হায়বী লন্-হুব্ থেংনা পাম্মুজবদো—
অচুগুম্বা পুক্নিংবু উৎলে থোইবী তুমু-দা ॥
তুমু নিংথৌ শাওবনা মৈরী থোক্না লাওরক্লে—
"মহারাণী কৈদৌরি! ইশিং পুরকউ থিল্লে!—
কৈদোহৌই নতাদে?— ইপাই 'বুংঙো লাক্-অনি।—
অপোকপা মক্তি ঐবু নৎতবা কৌবনিনা—।"
হায়নরিডৈ মক্তদা চংনিং মাস্থ থুংলরে ॥
চংনিং মাগী মওংস্থু মজাইবেম্মনা ফুব—
উৎতা নৈরম-চিংলম্বা মুর্ত্তি অচু ওইদুনা
চেঞ্জরকই অচুবু; চংনিং মশক উথিদ্রে।
মাবু পোকপা তুমুদো—"করিনো হায়" হায়দুনা
য়াম্না থিন-লাওথরে। চংনিং মবুক নুংঙাইত্রে,
নুংঙাইতবৈ মথক্তা—"পঙৌ 'বুংঙো ঙাইবিথো!
ইত্তানা ঐবু শুম্না—য়ৈরম্বনি অচুগা,
য়ৈদে ঐদি মহাকপু—।" হায়না চংনিং তম্জরে।
মাগী মন্না তাবিদ্রে—"নচিন থিন্নু চিন্থিবী।"
হায়না য়াম্না থি-মথৈ চংনিংথোম্বী চৈদুনা
মপা' য়ৈগে তৌবদা মমাই নাক্তা চেন্থরে।
মহারাণী লাক্তুনা হংগৎলরে—নিংথৌদা—।
অমুক হন্না নিংথৌনা মমা মচা অনিবু,
'মুক-স্থু হন্না চৈরক্লে। তুমু শুংশা থিবনা—
মমা মচা অনিবু য়ৈগে হায়না চোংশিল্লে।

৯

# ফি-শাব তান্নবা

মুরা 'নি উন-হনদে, মদোম মদোম শাহল্লি।
চংনিংথোম্বী মাগীনা—চিংলাই লিন্নচিংবগী
ফজ ফজবা মওংদা য়েক-থোক্তুনা শারকই ;
চিংথোং লাম্লো ফীগুংনি ; নিংথিজরে ফী অদো ॥
মজাইবেম্মা মাগীস্থ চরৈ অদু শারকই—
ফী অসিগী মশাদা পুখ্রি অমা হাপ্লকই।
মোয়ুর অমা য়ুংই উচেক অমা তোংহল্লি।
চেক্লা মথোং নাম-না লেমৈ অমা পায়হল্লি।
চেক্লা মচিন অহুনা ভাহু শেংতুনা চারি ॥
পুখ্রি মপান মরিদা লৈরাং পাম্বী হৌহল্লি।
লৈরাং ফুগাইনা শাংলি খোংইমু মপৈ পাইহল্লি।
ইশিং কংকান তাইনবা মরকতুদা হুপ্লৌনা
সংন-লেংন হৌহল্লি, ভথা সংগু চেলহল্লি।
থরো থম্বাল হৌহল্লি, কয়া অমা শাৎহল্লি।
অপোম্বনা কয়া'মা। লৈরাংশিংগী মরক্তা
লাইজ চেক্লা মথৈনা মথল মথল ওইরবা,
কাভঙ-তাওথ্রা ফাওবনি, ইরোইদুনা শান্নরি ॥
মালংবনা হুম্বদা লাইজ ইপোম হৌহল্লি।
কোরৌ মঙাল লাকপগী লাইজ থক্তা তারবা,
ইলং লংনা কাহল্লি। সনা মচু ওইহল্লি।

"পাম্মু মাগীদমক্তি - খুমন কংলা কাবদা
কংলা চরৈ ওইহনগে। ইমোম পোকপা থোক্লগা
ইমোম য়ান-ফী ওইগে। পারি শাৎপ থোক্লগা
পারি কোন্ন-ফী ওইগে। খম্নুং কুম্ব-থোক্লগা
খম্নুং শিগুম্-ফী ওইগে।" খম্ব-শাজৈ ফী অসি,
থোইবী মবুক নিংতুদা ব্রাখল তরেৎ তরানি,
লৈরাং মতম ওইবগী হৌনবদি পুক্লিংগী ॥
চেসবনা শাবদা খ্াইদৈ পাব-চে-গুম্না
শারে ফীসি থোইবীনা। মুরা মদোম য়েংবদা
লৈরাং পুক্লিং পেঞ্জরে। হয়েং অসি কক্লগে,
স্নুম্না খল্লে ; ফী অদো—তিংতুনা থনম্বদা ;
কবো চন্নু চংনিংনা ফীতু য়েংগে চংউরে।
থোইবী মাগী তুং-দদা—চংনিং পুমৃডক্ ডকথরে,
চরৈ মতৌ উবদা লেপ্ই কোক-চাওবী কারে ॥
কল্লকৃপগী মৈখুনা কবো চন্নু মম্থরে।
"ফাদান্নবা য়্যাররোই অত্তাইবদা অথিবা
ওইহল্লগা" খন্দুনা থোইবী মাগী ফা অতু,
লোইগদবা অদোম্দা চপথংলম্মে চংনিংনা
মফৈদা তুবৎ তুপ্না, চংনিং লোম্ন হন্দোকখ্রে ॥
"ফীসি অয়ুক লোইরগে, মুমিৎ য়ুংবা মতমদা
কৎ-কে" খম্না থোইবীনা ইয়োং সংদা চংলকই।
চরৈ ককৃথৎলগ্বদো ইবেম্মনা উক্লরে।
লৈরাং তিন্-না চিক্পগুম থাদোই পুক্লিং ব্রাথরে।

ইবেম্মদি ফীতুবু কৎলুবগে হায়তুনা
মুমিৎ য়ুংবা মতমদা কাখ্রে তুমু মপাইদা ॥
থোইবী জর্-জর্ চংলকই—উতোং অমা পায়রকই।
থাদোই মচা উবদা—"ইপাই 'বেম্মা করিনো ?"
কৌবিরমই মচাবু। থাদোই মানা "পম্বোব্ !
নমোম চরৈ কৎচগে ! কদায় ফীদে ইবেম্মা !
করিগীনো ইচানা ফনা লুনা তৌতুনা
উতোং অমা পায়বনা ?—ইপাই 'বুংভো চরৈদি
য়াওরি উতোং মনুংদা।" হায়রে উতোং লান্সিল্লে।
ময়াম ইঙক ওক্লবে। কবো কনা অমনা—
"থোইবী হায়বা নুপীসি লৌশিং চাওবা নুপীনি।
মাবু পোকপ মপানা, মপন্-মোওরাং নিংথৌনা
ওমদ্রে লাক্-ডন্ ফাওম্দ্রে—সিদা থারক্লবনি।
চংনিংথোম্বী অসিবু, তপ্তা মথৈ মহাক্না
ফুব মথৈ ফুরগা মাবু ফুরে হায়তুনা
কয়া লাক্লথরবা। চাংতম্ য়েংগে হায়তুনা,
মহু কন্‌ব লিন-তুম ফা। উতোংসিদা হাপ্লগা
পিররিবরা কৈনো।" শুম্না খল্লি কিনরে।
ফীতুগী মঙান-তুনা উতোং মনুং অহুদা
লংন মঙান ফাওবনে। নিংবমক্সু য়াবনে।
কবো শিংদো থঙ্গানৈ। হু-কাদনবগি
মন্ত্র লোইন শোন্নরে। হৈদোক্লনা য়েংনরে।
মুগা ওইব হৌনবা—সর্ লাওনা তারকপদা,

থংই কবো ময়াম্-দো হান্ন থুরু লৈবগা ॥
তিংথোক্তুনা য়েংনরে। থাগৎনরে থোইবীবু।
"ফাসিদি ইপাগী ইতিক ওইদে ইবেম্মা!
সন্নাং লাইদা কৎলুগে" হায়না তুমু নিংথৌনা
সন্নাং লাইদা কৎখরে। ফীহু খোনবদা লাইদো,
সনা ফুদোংবগুম্মে। হুম্ম খাদোই তাজরে
হরাওজরে থোইবীস্থু। তুমু নিংথৌ মপানা—
"ইমোম্-'বেম্মা ফী অসে মতিক চাবা ইনবদা
নপা ইতাও যুবরাজ, নপন মোইরাং নিংথৌ 'ম।
সিগী মতুং তাবদা ইমাক্ ইবুংঙো থম্বা!
নোংয়াই মা 'মা মতিক চাই -ইপা ইনগে হায়ববু
ইতিক চাদে নং-লৌরো।" হায়না চরৈ অত্নবু
হনবিখরে থোইবীদা ॥ তাঞ্জা অসি মক্তদা
চংনিংথোম্বী চঙকই। মাগী ফীস্থ কৎলুরে।
তিংথোক্তুনা য়েংনরে—থান্দুনা য়েংই, ফী দো
তুংদা লৈব পোৎশিংদো ফী অহুন' থল্লগা
অমুক হেন্না শেংন উই। নোকই ময়াম অহুনা ॥
থাদোই মাগী ফীহুদি চংনিংথোম্বী উখিদে।
য়েংনা-শিন্থরে থোইবীনা। তুমু নিংথৌ মপানা—
"ইচাই 'বেম্মা থোইবীদা চংনিং নংনা লানবনি।
নংগী নপাপ কোক্নবা, নবেম্মগী সেবা তৌ!
নংনা শাব ফী অদো-—নম্বেম্মদা কৎচরো
হয়েং মোইরাং য়োরগা য়োনগে য়োম্হোকচম্নু।

খোংদৈ ফীদ ওইবিরে নংগী লাইবক ফবনি।
শোইবা য়াদে।" হায়বিরে।।  চংনিং মাস্থু থংজবে
ইবেম্মগী গুল-অদো, ইবেম্মদা চংজরে।
থোইবী মানা খাম্বদা চংনিং থোম্বী য়াখিদে।
থোয়ুম লাংওন্ চংথোনবী থোইবী' মথোং হামজখি।
চংনিংনঃ সেবা তৌখি মবেম্মনি থংখরে।।

---

# খম্বনা কবোদা কোয়ব

য়াচংবা মতম মক্তা খুমল লাইর শংলোমদা,
নোংম, মচিন মৌপুন্না মাংগোল্-লাংদা লৈরকই।
য়ুমগী মথা থংবদা থন্নাই-রাকপী থোংলকই।।
মখোল অড়ু তাবদা খুমন মানা—"ইচেম-হন!
কৈনো মখোল অসিবো?—" হংজরকই মচেমদা।
নোংয়াই চন্থ মচেম্না—"থন্নাইরাকপী হায়'ত্থনি।—
ত্থদি ইচে মাসিবু স্থম্' খোংত্থনা লৈরম্না?—
ভাইখো ইচেম তৌথিগে" হায়রত্থনা থম্মুনা,
উতোং অমা থিরুরে। খোংই' মপা অড়ুদা
ছুঞ্জিনখরে তোংদো। খোংলখড়ু তোকখরে।।
নোংয়াই মাদি খংজদে খম্ব মচেম য়েংত্থনা—
"থন্নাইরাকপী হায়বসি করিনোনে ইচেম-হল?—
তাইবং মীগী থন্নাইনি; কনাই ওইরুগদনো।—
ত্থদি ইচে কনাইনো?—শিগদবা মীগীনি।—
হীঃ করিন্নানো ইচে! করম্ হায়না তাসিবা?—
কনা' খং'নি অড়ুদে। শিগদবা মী সিদি,
মাগী থন্নাই অড়ুবু চংথোকই হায় হান্ননা।
ত্থনা খোংবনি হায়নৈ।—ত্থদি ইচে করিনো!
কনা শিদোরিবনো!—লাইগুরুনা হায়ব-লৈ,
মীগী ইংখোন মন্নুংদা স্থম্না খোংলরবদি

ইংখোন তুগী ওইনৈ হায়।— তুদি 'খোইগী তারেদো।"
হায়রম্মগা খম্বদো রাতু মথা তাখিদে ॥
খুমন মপুক্লিংতুদা চিংনবসি উবদা—
"ইন্থ নিংথৌ ইবুঙ্গো! ঐগী দারি মপান্দা,
য়ুমগী জুরি মক্তদা হেক-মক্ থোংলরবদি
লুই, ঐগী নংগী থোকই। ইংখোন্-সংবন্ মন্নুংদা
স্নম্না ককা থোংবসে মাতুমক্তি থোক্ওইদা,
সিনা ওইব য়াবদি—গ্রাম্–সবন্ধ ওইব'মা,
য়াম্না লুনা তিন্নবা চান্নব মরূপ-মপাং
সুগুম্বগী থোক্ই-হায়।" হায়দোকউরে খম্নুনা ॥
নোংয়াই রাসি তাবদা অমুক হেন্ন রাখরে।
"ঐগী ইবেম্মা 'তুবু সেন্বী মীরৈপুং তুদা,
শির-নার-রিগত্রা!" স্নম্না মায়কৈ অসোমদা
থোইবী মাগীদমক্তা নোংয়াই রাখন তৌথরে ॥
রাকচিং উল্লেল্ য়ৈরবা পামেন মনা পুংবদা,
বসন্তগী মাং-থংবা মালংবনা য়ৈবগুম্
তোলেন্ মায়থোং লাংশিনখি। অমুক হন্না খম্বনা—
"মাসিগী থাংগৈ শেংবা থেংনখিবা থোকখিবা
লৈখ্রবরা ইচেম্-হন্? – ঙসি' সিগা চপ্ চাবা
মরূপ মপাং কাদদি ইচেম্ থেংনখিদরি।
পলেম পম্মৌ হাক্তা, ফক্লাং-শিংথোং মক্তদা
খোংথি; মতম অতুদা পলেম পম্মৌ লৈখিদে।
নং ঐগী মক্তি থোক্-ওই।— ইচেগী থোক্তুবদি

ঐগী ওইরবস্থ ফৈ।—করি ব্লানো ইবুংঙো!
তোলেন তোম্বা হায়হৈদে। খোম্মম পথাপ্ তুং-ইন্ন
কোন্‌গদ'নি নহাক্না 'চেম্‌গী সেবা পুন্নমক।"
মচেম্' ব্লাসি তাবদা মচিন থোরক্লে খম্বনা,
ঙাংনরকই অনিদো। পুকচেন তিংবা খম্বদো
ইশেং শেংনা হায়খরে।—"ইচে থোইবী অদু-দুম্
কবো মীরৈপাকতুদা না-য়েক্লরিগদরা?—
চুমইনহো ইবুংঙো,—না-য়েকপমক্তি তৌরোই!
সুম্না খল্লি ইচেম্না। করিননো হায়ববু,—
ইবেম্মা নারবদি খুদম চাংদম লাক্কনি,
মঙ্‌দ-হাদ-উগনি। অমরোমদা থোইবীদি,
নক্তে অতোপ্প অমা, ঐগী ইমুং মনুংনি।
ইচন করি তৌরম্মোই।" হায়বিরকই মচেম্না।
খম্বা পুক্লিং খিৎ-নুংঙাই। সুম্না ব্লাসি তানরে॥
মচিন মোপুব্না অনি চাব থকপ লোইখরে,
কোব-ইনুং-য়াহিপ্লে থোম্লেন-তুমখুন্ তাল্লকই।
নোংয়াই তুম্ব য়াখিদ্রে ইবেম্মগী খনবদা।
নোংঙাল্লমদায় মতমদা খম্ব-খংউই উইথরুই।
ইবেম্মা ফোং ফাওরক্লে—নোংয়াই মমঙ্ অতুদা।
লম্‌য়াইদা চপ্ লেপ্পুনা—"লোয়ম্ববু লৈতরা?"
হায়না কৌই থাদোইনা খম্বা মঙ্‌দা—"ইবেম্মা!
ঐ লৈ কৈনো, কবোদৈ কদৌঙৈ লাকপগেনে?—
ঐ হৌজিক্তা থুংঙরি।—কোম্নুং য়োক্লরবরা?—

করিগী য়োজকনি, ইমুন্-দদি লাক্তনা !
লোন্ন লাকচরিবনি পুন্নাক লাকপ নত্তে।
ঐদি য়াম্না ৱাথবে, খুমন নশক উদবা,
তবা লুখাক চাদবা কোবৌ কয়া ওইববা !
ননাও ইবুক থন্দবে লুখাক খিত্ত চাজগে,
থংলেন চেঞ্জবকপনি। তবা লেমৃমমদববো ?—
লেত্রে 'বেম্মা কম্‌দৌনি।—চক্ষুদা যেংবিকবা।—
য়েংগে ইবেম্মা ভাইখো।" নোংয়াই চংখ্রে য়েংউবে।
"লেবে,—হন্সাংম্নু-লৈবে।—য়াম্না ফবে ইবুংঙো!
লাইন থাকপিবম্বনি। থংলেন হান্না হাবিবো,
লুখাক অতুবু খিওা ননাও চাজখিগেকো।"
হায়বে খম্বা হান্ন-চাহ। চাকতু তোক্লে, খম্বনা
খুমন মাগী কাংথোন্দা থোং য়াম্নত্তুনা থমই।
থোইবী' সেবা তোজবে। তবা লেম্বা চাজরে।
ভাহাক মীকুপ লৈবগা—"ইবুংঙো ঐ চৎলগে,
কবো তুম্ন নিংথোনা থিরম্লনি ননাওবু।—
ফবে হবেম্মা লেঙেঙা। নপা ইবুংঙো মক্না
কৌথৎপিবো য়াত্র'স্নু হবাইগা ভানরগা,
কৌথৎকেকো নহাকপু। মোইবাং লৈব য়াদরো,
মুরা নংবু পুত্নুনা ঐগী খুমল লম্‌দম্‌দা
লৈজক্লনি, ৱাকনু থিন্দোক্লগে"—হায়ত্তুনা,
থাদোহ মাংদা থাত্নুনা হোজং লোমদা থোরক্লে,
নোংয়াই মণ্ডলান্-জান্-তুদা। লেংঙো 'বেম্মা হায়ত্তুনা

হম্ন হম্ন য়েংহুনা মজাই 'বেম্মা থোইবীনা
চৎখ্রে কবো পাংহুনা। থোইবী মাবু চিংন-য়েং,
খুমন হোজং লম্দম্দা খম্ব মানা লৈহৌরে,
চিংন-চিংন য়েংহৌহ মিৎত পিবু তাহৌহ।
মতম অহু মক্তদা খম্ব মঙ্ ফাও নখবে।
খম্ব-ফুক্-হেক্ হৌগৎলি, থমোই অদো লাংখবে।
মফম ময়াই অহুদা ফম্ন ফম্ন থল্লকই—
"ইচেম্-হন্দা ভাকসিবা! নাঙহুম্ চাওননবনি,
ইবাই তাম্ন চৎলগে। মুংঙাইতবে থরাইসি।
নহা ওইরবমকপু তরেৎ-সেপুংহন্‌বনি
থংলম্‌গনি ইবাহদি। খংলম্‌দবা থোক্ল'স্ম
অহৈ অশিং অভৈদা হশেন ইবাই তানগে।"
খুমন মবুক লেপখরে। লবাং শিংগী শক্পুদি
শিঙেন মাগী মনম্না হেন্ন পুক্নিং হুবগুম ;—
মুংশিবগী মকাদা নুবাই মপাও থোন-হুনা
থোইনা হেন্ন লুমথরে। লৈব-য়াদ খম্বদো।
অয়ুক তু উরকপদা মবাইগী তান্ন লাকএ।
লাইনা সুমজিনবা দোনা খম্ন স্ন তুমথরুবে।
মচেমস্ন খংহৌদ্রে খখনঙ তাক্-অম্‌দ্রে॥
নিংথৌগী চাইথবদা নংননবা হায়হুনা,
ওস্তা কারকপহুদা মশেন অঙাং খম্বগা
ফৈরোইজাম্বা থেংনরে, খুন্দিনবীদা অনিদো।
ফৈরোইজাম্ব মবাইনা—"সিবু ইবুংঙো নত্রা ?—

মানি ইবাই ।—কৈদনো ?—ইবাইগীদা লাকপনি,
কদোম্‌দনো উন্তানা লেংথোরকইবসিন। ?—
সনা থৌগন্ নংনবা ইবাই থব থুবক্লে ।"
মবাই ৱাসি তাবদা নোয়াই পুক্লিং কাইথবে।
মসেন্‌ শক-তু উবদা —"কেদৌরবগে নংবো ?
কনা'কবি হায়বগে, নচেম্‌গা খৎনববা ?—
মাহু নত্তে হবাইব্‌। - করিনো ?—মঙ্‌গী ৱানি ।—
কররা ? নচন '.বম্মা এ'দে চৎখ্রি হৌজিক্কা ।—
মঙ্‌-দনিকো ?—হবাতবু ।—মঙগী ৱাবু নংশিনা !
সমুদ্র থো'ন-লান্‌বা,--মঙ্‌ গুম্বগী ৱাহুবু
ইলু-লুনা খ'ঞ্জল্লে, মঙ্‌গুম্বা হায়বহুনি।
তুমিন্নতুম্‌ লেথোকও হশেন-সি'দ কবিনো ।—
ইবাই। নুংশাইতবেদা, মঙ্‌-'মুক্তা লীজগে ?—
এঃ ফবে তুদি লীবে ।" হায়বহুন মবাইনা,
মঙ্‌সি স্নুপুক লীবকই। মমৈতুদ খম্বনা—
"ইবাহ 'বুংঙো নুংঙাহত্রে, খম্ব ঐগী ইবুঙ্গি।
হেক্‌-মঙ্‌-ফাওনবগা ঐ লাকচবিবা অসিনি।
ফীডৌ ভাক্তা শেৎপগুম, ফাক খুম্ব ওইন-উই ।"
হায়বে লীবে মঙ্‌-আস ।। ফেবোহজাম্বা হায়বসি,
খম্ব মাবু চহি-তু অহুম ফান-হঞ্জদে।
মঙ্‌ অতুবু তাবদা থোংবী লৈ-দ তক্কুনা
ৱাথন তৌই মবাইনা—মঙ্‌ অতুগী অবথ
থংউবগীসু নত্তে। ৱাবে ফৈবোইজাম্বদো।।

খুমন্ মানা—"ইবাইবু ! ঐ ইবাইবুনা থোইন
য়ান-উখ্রে কবম্নো ?—ইবুংঙো ! চুমই, মঙ্-সি,
ইবাই' সুম খল্লুবদা ঐদি হায়জনিংদবে ।—
করি ঙ্কানো ইবাইবু ! হাযদ' য়াদে ভাকপিমু ।—
করি কাম্নগদগে—মজাই 'বেম্মা লৈতবে ।—
অওইবরনে ইবাই ?—ইবুংঙো শিবে শোইদ্রে ।—
হীঃ পাম্মুইদা ইবেম্মা !" হায়বম্নগ' খম্বদো.
মঙান ফবা মুমিৎপু বাহু মানা উম্বগুম
পুম্মু ওইনা মৃশিনখ্রে । ফৈবোইজাম্বনা—"বুংঙো
ফীঙৌ শেৎলি হায়বদায ?—মানি ইবাই ।" হায়দুনা
খম্ব মমিৎ অনিদো মপি ওবে'-বো তানা.
খুমই মবাই য়েংদুনা ।। লেপ্প ঙমদে খম্বদো ।
মখোংদগী কোক্-ফাওবা ফু'লাওনা কাখিবনা,
খুন্দিনবীগী লম্দম্দা থাদোই মাগী মৈ-তুনা
ইকং শিংবু চাকপগুম খম্ব যাবু চাকখবে ।
পামেল মউ অচৌবা মপান মবা ফক্কুনা
"হাই-হাই !" হায়বমতুনা তুম্—লৈমায়খক্কা তাখবে ।।
খুমন মাগী পুক্নিংদো মবাই তুনা য়েংহৌই ।
মসেন মতৌ উবদা ফৈবোইজাম্বা নুংঙাইত্তে ।
তুথরবা খম্ববু চিংথৎপিরে মবাইনা ।—
"ইবুংঙো কবি কপহ্ই ! কপ্ডগম্নু ! হৌনৈদো ।
শিরবদি শোইদানা পাও মবাইনা লাকচনি ।—
করম্বা কান্দ তানি পাওসিমদে ইবাইবু ?—

হুমিং সাইজুম ত'ফম ক', —তাব-য়াইনা 'তুরাইদা।—
কবো সিবু ইবাহবু হাক্ল-মক্তি থাপ্তর?—
কবি রানো। ঐখোশিন চৎতগী তৌবনি।
ঐখোইগী নমান্-খোইদি চহি নিফু য়াংথৈ মুক,
স্নবক্পা তাঞ্জা 'তুরাই কল্লিথৈ মত্তমদদি,
কবে' লোইপোৎ থৌবদা ঃংমদা অনি 'হুম্নক
হুংগৎ হন্দা চৎলি-হায়। হবাহবু রা অমতা
হায়জগেবা?—ক'বনো? চৎনিংঙোইদকো ইবাই?—
কদায়-কবোদবান?—চৎনিংঙোইদকো, মানি।—
নংন-হায়দ' তৌব ন, হবাই 'সাইন চৎনিংঙেঙ।
সনা থৌগল্-লোমগী দি?—মীলৈহোই শোইবোইদা।—
লেংঙসি হবাহ 'তুদি। —ঙাইথো ঐথোই নিগীসে,
বিধি থংবা অচৌব অমতদি তাক্-অম্সি।—
হীঃ কনাদ?—নমান্দা।—ফবেত্তুদি ইবাইবু।—
নমান্ দি নংগা থেনো।" হায়নতুনা—অনিদো
লাকএ কোম্হোং যৌনক্লে। "ইবাই অস্থুম লৈরমগে,
ঐ' ইন্সিনবনি হায়নি"—ফেবোইজাম্বা লৈহোবে।
চাওবৈ খবাই থোংজিন্দে নোংয়াই মদোম চংলক্লে।
চাওব মাঙ্গোল-লাং-তুদা লৈবম্মি ঙন্তা, হোই।
চাঞ্জরবা খম্ববু উজবদা ময়ামদো
হরাও হবাও তৌবমহ। নোংথোনবনা—"করিনো
শাজৌ ঙন্তা লাকপদে?—" হংই। খম্বা—"ইমানবু"
হায়না খুমথববদা- রাদি মথা তাজ্রিথৈ,

খুমন মাগী ফীজোন-তু উকবদৈ নোংথোনবা
য়াখন অমা পোক্লকই। 'ওম্বা !পম্বম স্মুক্-তক্লা -
"শাজৌ!—ইমান ইবুংঙো।--নংবু মীনা ভাংনবা,
চুম্ব তাবে, নং অসে য়াম্না ওক্তে হায়নবে।
তৌনু তৌনু ; নপাগা ঐগা অনি চংদুনা,
থংউ য়ৈগদবনি। নং হৌজিক কদায়-চৎলুই ?
টশিংতবাইবু মাসে। নোংথোম্বী চৈ পুবকউ।"—
সুম্না য়াক্ল ভাংওকই। খুমন লৈদ-পক্লুনা—
"ইমান 'বুংঙো ননাই ঐ তৌজদে। সোম্দা চুম্না
হমান্ খুরমগে হায়না লাকচরিবা 'চুম্বনি।—
করিনো তুদি হায়।" হায়বকপদা খম্বদো
খুম্ফম্ লেত্রে। নোংয়াইন য়াত্ত থৈরে—
"ইমান ইবুংঙো ঐহাক. ইংথোন য়াম্না কোইজবে।
ঐগীদা থানবা পোৎ. মরু মরাং থরদং
হংজসিরা হায়দুনা লাক্চবনি।" হায়রকই।
খম্বগী নুংভাইতবা মায়থোং থুপ্প য়াথিদে॥
"নত্তে খম্বা করিনো ? থুপ্কনু শেংন-হায়ু।
নংগী ভসি রা অসি ওইগী লমদাং' য়ারমনি।"
অসি ফাওনা হায়রকই। লৌশিং চাওবা নোংথোম্বা,
ভিল্-র লাইরা হৈরবা, নিংথৌ মরোন য়াম্নবা
মীগী খোংথাং পুক্লিংবু হোক্রোং লোইন উবনি।
সিগী মরা তাবদা "ওইগী লমদাং" হায়থিবা
য়াহৈসিদা খম্বদো—স্বাই লাওই কোক্চাওবী কায়।

থোইবী শিরে হায়বসে—থুমন্ পুক্লিং লেপখরে।
হায়দোরক্লে খম্বদো—"চুমই ইমান ইবুংঙো।—
কনানো নংন পাম্ব ?—মাচু নত্তে ইমান্-বু।"
হায়বতুনা খম্বনা মজাইবেম্মা থোইবীগী
য়াতু লোইনা তমজবে। নোংথোম্বনা—"নবাইদে ?
থোংগান সিদা লৈহোরি।—নংদি নহান মথৈবু
চৎপোই নিংই অতুগা চৎতবোইরেকো শাজো।—
ইমান 'বুংঙো চৎচদে।—থিল্লে, নবাই কৌশিল্ল।
নোংথোম্বী তাববা—চাক থিল্লে, থোংত্রিবরা,
সগোল্ল ফনি নিংই।" স্নম্না থৌরাং তৌথবে।
"সগোন' চৎপ হায়বসি সজিক স্নুংজিক হায়বনে।
খুদোং চারোই ইবাইবু থোংনতুম্ ফগদবা,
স্নুম্ন থল্লি নসেন্দি ?—চুমই 'বুংঙো ইবাইস্নু
মাতুনতুম পামইদা।" হায়নতুনা অনিদো
খম্বা-ফৈবোইজাম্বগা কবে' বোমদা খাংশান্-খ্রে॥
খুদোং থিবা লম্বী 'মা, লমশাং ওইবা লম্ অমা,
স্নুম্বা লম্বী মতাদা সগোনদগী থোংন-কৈ।
কনাগুম্বা অমনা সগোন' চৎপস্নু য়াওই।
পাংগন কনবা অনিনি খম্ব ফৈবোইজাম্বদি,
লাংগোই লোংবা কনানা তান্বা লাকপা ওন্নদে।
মালং মাংবু থাতুনা অনিতুনা লাকপতু
ক্ষেব-পুংতু থনম্মে, ইথাই লম্দম্ পায়খবে॥
ফৈরোইজাম্বা খম্বদি বসন্তগী থোইমুনি।

অনিতুগী থরাইদি লৈবাং শাংপ লম্‌দম্‌দা
পাইখ্রে হান্না য়োথবে। কেগে লৈপাক লোমদদি
থরাই য়াওদ' হকচাংগুম ইপং পংনা লৈরুবে।
লৈবাং গুন-না হেনথিবা মাগীদমক খনবদা
চাওবা নোংথোন্‌-ফাওবনি। সামদা চৎলু হায়বসি
তাকপিরক্তে অনিদা অনিনস্থ হংলাক।
কবো লম্বী থংলক্তে। "হনাই লম্বী থংবা?"
হংই মসেন্‌ খম্বনা। "কবি রানো হবুংভো!
নংত্তম থংব্রা হায়বগা?—ঐদি কদায় থং'দগে?
মীন ভাংন শানবা তুক্‌-তাব মখৈ মডাই।
অতুদি কবম দৌনি—খংদ-হৌনদে ইবাই—।
চৎসি লাকপিয়ু"—হায়না শাজৌনা মাং থাবক্লে।
রাংচু কিহোম্‌ থাকমদা তাবে অনিতু খৈন্নে—
কাব্রং চাক্‌ হৌদ, নত্তে'—হায়না নোংপোক পাংত্থনা
হন্দোক্লুনা লাকপনা হুমিং যুংব মতমদা
মোন্দুম য়োরে।—"মাসিরা ইবাই?—নত্তে,
কাব্রং চাক হৌত্রবদি কবো নত্তে" হায়নবে।।
মপাম মোইরাং লম্‌দম্‌দা—খুমন চন্থ লাইরবী
নোংয়াহ চন্থ পোজেম্বী—মত্থ নিংখৌ থিথরে।
নোংথোনবগী য়োবদা মোপায় খোংগুন্‌ খংথবে।।
থম্নু মদোম হবাওজে,—কোবৌ রা'না পামেন-থক্‌
তাংন শাংপী লৈবাংগী শিংেন গুন্না রাংবনা
মুংশিবনা মচনবু—খোয়ুম লাইনিং চেংথরে।

মসেন মবাই লাকপদি—ব্রাইখোং লম্নুংশি য়ৌরে ॥
লমদা তুগা য়েংবদা কবো ওইরবোই নিংউই ।
মীওইবৈ হৌনবা পাথংনা পাথং উশিংতে,
মুরা মসেন থানদে—ওম্থোক্লসু নিংথিজে—
থোয়্নম মানা শেম্বদা পাবোৎ শনগী পাংথকুনি
তান্ন হিগী মওংনি—ব্রাইথোং লমদম অতুগী
কোম্থোং খ্বদিং মী ঙাক্তা য়েংনরকই অনিদো ।
পাথং মমান্নবনা—খুরম্হোদে হায়ৰদা
থাকই নিংথিজথরে। হন্নু হনা পুম্বনা
মচা ওইনা পাম্-হোই মুরা ওইবী শিংতগী
মিংকী কুমৈ শুইহোই। "করি লম্দম্ দগীনো ?
কদায় তান্ন লেংইবা ? মোইরাং লমদমদগীনি ।
কবো চংকে লাকপনি—লম্বী সিবু কদায় ?—
সোমদ অম্লম লেংবিয়ু।" অম্লম দোনা হংনরে।
চিংগী লম্বী কারকই—থোইবী খুবম থেংনরে।
থোইবী মাগী খুবম্নি হায়বা থংলে অনিদো।
ঙাহাক মুংঙাই অমুকমু থব্রাই ব্রানা ব্রারি শাই।
মুমিৎ স্নুমাং ময়াইগী তাঞ্জা অতু ব্রাইদদি
থান্ পোকপী য়োরক্লে। তুদগী হংলকপদা
শোম্দা চংলু তাক্লকই। কবোনি হায়না থল্লুই।
মুংউ লাই-মনাহ য়োরে। তুদা মুমিৎ তাদোরে ॥
তুদা অমুক হংউরে। লম্বী তাকত্রে থাম্বীরে,
চাক চাথরো হায়না। মতম অতু হোথরে ॥

"কবোদি সিদৈ খুন্‌সি য়োনবা চৎলু" হায়বে ।
য়োরে হায়না নিংজকই। লম্‌শিং যৈন-লাকপনা
থৈরোই চিংজেং য়োবদা মুমিৎ তাখ্রে ।। মবাইনা—
"কয়ো 'বুংঙো লেপ্লিব' মুমিৎ অসি তাখ্রেনা ?—
ইবাই য়োনবা চৎসি।—ফরে।" হায়নৈ চৎলকই।
অনিতুগী মশাদা পোক্তে অকিব 'মতা ।
পাংগন-নগা কনবনে। ময়াই কাব-অকনবা,
মুংশিৎ 'মনা য়েবগা—শা কে লাইন থেদোক্লে।
থেউ পোকপী য়োবদা সন্ধা নারন ছুপ্লিনখ্রে
চেংবোন খুবম্‌ য়োবদা মুমদাং চাক চানরবা
অঙনবনা, সুম্না থোকই। ফুদৈ চিংথৈ পাংলকই।
চোম্নাং পোকপী য়োবদা অথেংবৈ চাক্ তোক্লরে।
ব্রাংহিদেল্-লাল্লঙু্না ককচিং খুল্লেন চংলক্লে ।
মী ওক্লদ্রে তুম্নখ্রে। চংন হংসি কদায়নো,
হোরেন কাবা ওইবম্লো, অকায়বতুম লাক্কদ্রা
সিগী খম্বক্লবদা মসেন মবাইনা হংদ্রে।
কবোরা খল্লে কোম্নুং থিসি চাযনা থিবক্লে।
ককচিং খুঞ্জাও খুল্লক্তা নোংয়াই মতুং লৈথখ্রে।।
থ্নিবা খংদ্রে খন্নবে।—"হবাহ ঙাকওবে 'বুংঙো।
মসিদি কবো নত্তে,—ককচিং মোরে য়োৎ-সুংবৈ
মকাই-কম্নী ককচিংনি।" হায়রে কৈবোইজাম্বনা।।
থ্রুম্ মচা মচা শারি। খংঙক্লবা ছুদদি
থেংনরে য়োৎসু কেসু। "চৎসি সোরোক অসিনা

হেক থেংটবা মফমদো কবো পুংনি থারম্ম।"
হায়না সোরোক ইন্দুনা ককচিং পঞ্জাও কোইবক্লে।
ইরুম তুরেল লাল্লক্লে। লৈঙাং লমদোং তাথবে।
অরাং খুজাই-বৌ য়োবে। রাইন্নুতা লম্‌দম্ পাম্মরে।
কবো খুম্নদা য়োবে। কাত্রং চাক পাম্বী হৌবে।
মফম আস যৌবদা কাইবৈ য়েঙ্খোং তাবক্লে।
"এন-থোংঙেনা হবুংঙো ? ইবাই-থোংএ।" হায়নবে
চিংদ লেপ্তুনা য়েংই—কবো খুন্-দো নেম্-নেম্না
লৈব ন্নুংশিব মতা নোংচুপ পাংনা টরকই।
"হবুংঙো অসি ওহনি—য়েংউ অসে উবং-চাক
নামিবস্থু হৌরেদো। হবাহ করম দৌসিগে,
নোংদি ঙান্ খিগদোবে। হৌদোক্কুনা হংসিস্থু
কদায়নো, ইমান্না কবো থংব যাদে হায়।
চিংথৈনি ঙাল্লিবসে। ঙানগদোবে হবুংঙো !
কোম্নং আদা লৈবে-তু। অা-দে সং অহনবসে
ইবেম্মগী ওহব তায়। কবম্ তৌসি হায়বগে ?
ইবাহনা স্থুম্ ফগনি হায়বা অচু তাকপিরো।
ঐবু কম্‌দো হাযবগে ?—তুদি নরা ফোংদোক-ও।
মোইবাং নিংঙোন কাত্তুদা থাদোই হিপথববদা,
করি হায়না ইশেন্না হৌদোকপগে মমাংঙৈ ?
মরুপ মপাং থাজিনত্রা হায়নিংবা কবম হায়বং ?
কবম হায়না কৌবগে ?—ইশৈ শকই ইবাইবু,
বাশী অমগা লৈজৈ। শিবে হায়বা অত্তুগী,

থোংচং মন্তা 'মনিনা বাশীতুস্থু পুবক্তে ।
ঐগী থোন্দি থংগনি ।—তুদি হৈশেতু শকও !"
হায়রে কৈবোইজাম্বনা । থোযুম লীলা ওইরবোই—
অহিং স্থব লম্নাইনি থোবম অসি পুতুনা,
চংনিং থোইবী অনিদো তুমৃদ-মতম থোকউবে ।
ইন্মুংশোইবা অতুমা মকুপ মপাং কয়াগী
ৱাবি ৱাতাই শান্ধুনা মপু মনাই লৈবমই ॥—
"নথোং য়োংহি' থাংলবদি পোম্বী অল্লা থক্তগী
চেল্লা নংগী কাদগী পাথোবকউ হা চেল্লা ।"
থুমন মানা শক্লকপা হারি মানবা থোঞ্জেন্দো ।
ইন্নুং ইচিক তানবদা পিক্ল ৱাংন থাপ্লপ্-তায় ।
স্মুবা অনি তাবকই—খংলেপ লেপহ হোনদে,
চপ্-মাৱৈ লেপ্প । য়েংনবে । চংনিংনা হাম্ন হৌই ।
"ইত্তাই 'বেম্মা কনানো ! কবি মন্মুং শিনোনে,
ন্নুং-নৌনা শকথবেদা ! ন্নুংশিখ্রেদা ইতাবোই ।—
নত্তে কবোগী থোন্দি ?—কনাগী মাল্লি ইতা ?—
অথাপ্লগী থোম্ফমনি । কবো চম্নু হতাবোহ !
থোম্ফম অসি তাবদা—পায়ম তিংথং ষুবগুম
ইতা ৱারে ঐহাক্তি । ইপাম-লমৃদম্ থোম্ফম্নি ।—
পাথং কনায় থোম্থোক্লো ?— ইবুংঙোগী থোন্-মাল্লি ।—
শোইরোইদরা হবেম্মা ?—থোইনৌ 'তারোই শোইররোই ।
হ্রাদ থোকসি !" হায়তুনা চংনিং থোম্বী হৌগংলি ।
থোং হাংগে তৌকবদা থাদোই মানা থামথরে ।

থোইনৌ ওইবী ভাইবিথো—হোবেন থোংহু হাংবদা,
ইপাই মীশেং থাংবদা থোংথোন অহু তাগনি।
অমুক্তগা তাথিসি।" স্থুম্না সোমদা ভাইথবে।।
অমবোমদা মবাইনা—"'মুক্তা হনথো ইশৈসে।—
ফনি ইবাই।" হায়হুনা খুমন ইশৈ হল্লকই।—
"ঐগী মোইরাং লম্‌দমদা থম্বান্‌ নাইতোম শাংপনি।
বিধি মাগী নোংদম্না শেম্বী মীরৈ পুংসিদা
লৈবাং নংবু তাথিবী। শিঙেন নাসোন ফংথিজ্রে।
মোইরাংদা পাইবা থোইনা—লৈবাং থোংগুল্‌-লীরকই।
শিঙেন্‌ মরাক চাম্‌খ্রব্রা? অমন্‌ থরৈ কুম্মব্রা।
থোইমু মফম থংদবে। শেম্বী চিংজিন অসিদা
পায়ম নিংজিং মাংজিংনা—লৈবে নপাও তাগল্লু।"
ইশৈ অশি শকপসি নুবা অনি তাথবে।
নোংভাল্লম্‌দায় মালংবা মমায় মথা পাংবনে,
জাৎ-ছন্দনা চিংথিবা, মোইরাং লোম্ন ওইবনে।
কবো মথৈ অমতা মবোল লৌবা ভম্নদে।
ইশৈ শকই হায়বত তানৈ থংনৈ নুংশিনৈ।
চংনিং মাস্থু লোভমদে। থাদোই মদোমদা লৌই।
থাদোই চংনিং য়েংহুনা—"শোইজ্রে ইতা নবুংনি।—
'হুদি ইতা থোক্লসি"—হায়না চংনিং থোম্বীনা
থোংহু পাক্‌ হেক্‌ পায়বদা—চংনিং মথুৎ ফাহুনা
মজাই 'বেম্মা থামথরে,—"থোংভারেন অপান্‌ব-নং
থোইবী হায়বি ঐহাক্লা, অপাম্‌-কাদ-য়োদোবা

লৈরবদি থোং-অসে মখোন হৌহনবিগন্নু।
পাম্মু চিংগোয় মেঙ্গগে" হায়না থোংহু হাংবদা
হৌদ্রে মথোল অমতা। নূরা অনি থোবক্লে।
উথোক্‌তেন্‌ অম-মম্‌দা লেপই অনি ঙাহুনা।
নোন মিব থোঞ্জেন্না নুবা অনি—"ইতাবোই!
শক-তি উদে কবয়ো! চংব য়াদববা,
চংফম খংদববা।" খন্নবকই হায়নজে॥
সোমদা ফৈরোইজাম্বনা —"ইবাই সিদ লৈরমগে,
লাওভজে অনি তুম্মো! তুম্ব নিপাই সোর-না
কল্লপ্‌ কল্লপ্‌ থোনবনি। নুবা শিংগী সোর-না
সি-সি লাওনা হোন্‌বনি" সোর থোম্ফম্‌ মখন-সি
ফৈরোইজাম্বনা তাক্লে। ফৈরোইজাম্বা লৈহোবে।
খুমন মদোম চংখরে। ওম্পোকপনি খম্বদো—
কবো লম্‌দম্‌ তাব-দৈ কোইয়েং কোইয়েং য়েঙভকই।
লম্বী লমখাং কোম্বোংফাও –মোইবাংগী মঙগী য়াদো
ইকাও কাওবা ওমখিদে। নুবা শিংগী য়ুমহুনা
নোংচুপ ওল্লি মমায়হু। নিন্দুং থাবন অহুদা
খুমন মাগী মমিদো নোংচুপ পাংনা তাবকই।
য়ুমগী নাকন্‌ হুদগী খম্ব চংসিল্লকপনা
সুমাং মচি অহুদা খম্বে মমি উদোবে॥
অহু য়োরফাওবদা য়ানখরে অনিদো।
অশি অচং অনিবু য়াপ্রোম্‌ 'মনা খন্‌বগুম্‌॥
"চংফম্‌ লাক্‌ফম্‌ খংদবৈ লম্‌দম্‌ কৈদা পন্মুনা

লৈবমগবা অতুগা ইমুং অথেংবসিদা
মুবা ওইবী ঐথোইনা কবম্নস্থ থিগবা
কৌসি কদায় কৌগমদে কবো শিংন তাথিনি।
কদায়দনো।" হায়বগী নুবা অনি ষ্কাবকই।
খুমন মানা "কম-দৌনি। থোম্নেন তুম্খুল্লমহুনা
তাদ্রমাম্লে থোইবীদো। চুম্মবিম্রা ষুমসিবো।
কনা কনা লৈবিবা! কম্বা কাদ হিপইবা।
নুবা মানা তুমথিরম্ কনা 'মনা তুম্লমদা।
তাবক থোংলক থাক্লগা—ষ্কাগী মফোন থোক্লম্রা!"
ষ্কাখ্রে খল্লুবদগী। খম্ব'সুম খম্ন খম্ন
থোংথাং ইলেপ-লপ্তানা জর জব চংলকপা,
পাথং মাগী মপিনা লিংশিল্লক্রে স্নমাংগী
মচি রোমদা তাবকই। কোংক কোইরু য়েংজবী
নুবা অনি উথবে—হবাওব-ওই খংবোইনা
স্বাই লাওই নুবাশিং। তুমিল তুমিল লৈনয়ে॥
মুবা অনি লেপ্ইব উরে খুমন্ মানস্থ॥
মীও লাকপা নংহোদে নিংচিং নিংচি হন্দোকখ্রে।
"মী লৈবেনা নিপাবা, কনা ওইবিগদগে!
ইবাই তানক্লথিগে।" খন্খ্রে খম্বা। চংনিং-না—
"মোইবাং চন্নু ইতারোই! ননাই-থামগে।" হায়হুনা
ইমুং গারি মাল্লবা চংনিং চেম্মোরকতুনা
থোম্ফম অতু পিকৃতক্ল—"লাব-তুজংবিগনু,
লেংসিল্লকউ ইবুংঙো! ননাও শিংনি ঐথোইনি।"

হায়না থাম্মে লেপথবে "লেংসিনবিয়ু" হায়দুনা
খম্ব চংশিল্লকুনা চপ্-লেপ্লরে দাবিদা।
ঙোরোক ঙোব ফীঙোথক—লুপা তাংগ তাবগুম
ইমুং থাবল্ অদুদা খুমন মশক উবদা
চংনিং মাগী মবুকনিং পুমচায় ওইনা চাইথবে ॥
নিংজবগী হায়রগা থুন চেন্সিনখিদুনা
খম্ব মাবু কোন্দুনা পুশিন খিদবোই নিংই।
থোইবী কৌসি কোউমদে ইবেন চংসিন্খিদুনা
খুমন্ নাক্তা লেপউরে।—"ঙোরকইবা অসিদি
কদোমদৈনো!" হায়কবে। খুমন মান— "ইবেম্মা!
মঙ্ মুংঙাইত্রদুনা ঐ,—কনা কনা লাকপগে?—
ইবাইগা 'থোক্ত নিলাকই।—কদায়?—আদা ফমহৌবি।—
কদায়দনো কৌবিক।" হায়রদুনা থোইবীনা,
মবাই নাক্তা চংথরে।—"ইবাই নচন থেংনরে।—
মুংঙাইরেদা ইবুংঙো।" হায়নদুনা চংলক্লে।
ফম্মে ইমুং চংদুনা। "খুমন মানা কদায়নো!
মবাই দুনা কদায়নো।" হায়বা চংনিং থংখিত্রে।
চংনিং ঙক্লে মতমদো। মজাইবেম্মা য়েংলগা
লোম্না হংলে থোইবীদা।—"য়েংথংবসি মবাইনি।"
তাক্লে, চংনিং থাগৎলে মুরা মবুক মুংদুদা -
নোংম্বাই চমু থম্লদো, লাইবক ফৈদা মুংঙাইদা
অসিগুম্বা মীওংদি হান্দক উ'সি মঙাইরি।
নিংথিজৈদা থল্লকই। ব্রাহ্ম মথা তানরে।

মঙ্স্থ লীরে। মমৈদা—"স্থকস্থ ষানা লেঙঙকএ,
পুখৎপিরো ঐহাকপু।" হায়জৈ মজা ইবেম্মা ॥
সেলুংবনা—"ইবেম্মা! পাও তারে কারগনি,
ঐখোই পুগে হায়বব্ নপাবুং ইবুংঙোগী
মায় য়েংদবা থোক্-অনি। মাত্থ য়াদ্রি ঙাইবিখো।"
হায়রে। "ফরে" হায়নরে। "ষাররিনি চাক চারো
ঙাহাক পোৎথাবিরগা।" হায়রকপদা থোইবীনা,
লাংই চংনিং চাক্কী পোৎ। "ঙাইখো মতম চাদরে।"
থাম্মে মসেন মবাইনা। চাক্কী থোরাং ভোক্লনা
অমরোমদা লাংলক্লে, য়াখিদরে থোইবীনা
চাদ'য়াদে হায়রকই—কবো পুখম অপাকপা
নিংথিজবা অমদা পুন্না তোৎলে থোইবীনা,
ফোলা নিংথিজন-মক্। মসেন মবাই চাখরে।
চান-চান খম্বদো উইরে ষামনখিবনা।
ফৈরোইজাম্বা মবাইনা—"তুমনিংলবরা 'বুংঙো ?—
ইবাই ঐ তুম্জনিংদে।" অনি ঙাংন তাবদা
নূরা ওইবী অনিদো লৈবা লাকপা ঙমদরে।
মজাইবেম্মা থাদোইনা—"তাদ মুংশা থিবরা ?
নোং ঙাম্লবোই নিংবরা হাওগী পাম্ থাবনিনে।
ঙাহাক পোত্থাবিখিসি।—ইবেম্-সনা কৈদগী।—
অওইবনি সেলুংবা।" হায়নতুনা খম্বগা
মসেন মবাই অনিদো, কাব্রং কাংখন্ মম্মুংদা,
ইমুং মমৈ অতুদা মসেন মবাই তুমখরে ॥

মুবা ওইবী অনিনা সেবা তোবে অনিগী।
ভাহাক অতুম লৈবগা থোইবী মপান থোকখবে।
নুবা খুবাং লোম্নরে থুবম্লক্লে মুমিংপু। -
"সংসাবগী মবুংভো মুমিং কোবা লাইওদা,
ননাই এগী দমক্কা য়ান-লাক্লে অনিসে!
ইন্নুং মীকুপ অমতা ভাইবিথো" দি হায়রুবে॥
থাদোই মাগী মবুকপু খোযুম ময়াম উত্নুনা
মাগী নিংবা খুংনবা তানতুনা লোইখবে।
কবো তম্পাক অতুমা পুম্সুম্ লোইনা স্নমখবে।
খোযুম মাগী নোংদম্না কবো মায়বৈ নোংভান্‌দ্রে॥
মসেন মবাই অনিদো পুং 'নিবোম পোংথাবক্লে।
হেম্ফদবা মতমগী পম্ফাবা খোংকাপদা
কোবৌ খোংকাপ য়ায়বক্লে কাইবৈ এংখোং তমখবে॥
মসেন মবাই হৌগংলে। তাঁদৈবুংভো য়াবেকো,
থংলেন নংস্লু ইবুংঙো। থোরুবী ইন্দুং লাংগিদি,
অয়াবা শরুক ওইবে। মুবা হপোক অসিদা
ভমগনি হায়বা নিংদ্রে ননাও লমন শিংববু;
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইনা পোক্কুনা,
শিংগে লমন ননাওনা। লেংভো লেংভো থেংভনি।
তাদবনা তাবগা কেগে মোইবাং থংগনি।
মুরা ওইবী অনিমক, লৈহৌবোকো।" হায়তুনা
লাকএ মসেন মবাইদো। পামেল উকং তাবগুম্
সেম্বা মীবৈপুংছুদা থাদোই মাস্থ লৈহৌই।

খুমন মাস্থ মোইবাং লোম—অকংবদি উনাব্
মাল নোংলৈ' পুবগুম ইয়াং যাংন চৎখরে ॥
ককচিং খুঞ্জাও য়োবদা চিংথৈ পুমথান ভানখবে ॥
মসেন-মবাই অনিনা চবৈ তাখৎনদুনা
চেল্লকই লমজেনগুম্না রাইখোংদা অনিবকনি,
ইথাইদা এংখোং অঙুম সুবে মসেন-মবাই 'নি ॥
ঙুংশিৎকী মাংদা থাখি অনিডুনা চেল্লকপা।
যল্লা শিংখোং য়বকপা গুমৎ খোকপা মতমদা
মাংগান মযাই যোবদা হাওগবম পাংকী তুরাহ
যোরবদা মবাইনা—"য়োবে শাজো" হায়বকই।
তপ্ন চৎলে ভুদগী। থব চংলংা নোংবান—
মাগী সগোল সোই-কংলংগা অসি মত্তদ
লাকপ হোংনবগী সুম্ কসেন মবাহ লাকপসি
উবে নোংবান কংয় নব মতোমদা ফ্রং হেক্ শাওহ।
"হাই চৎলিবোহরে মাদে! খংগানদো ভসিদি—
ইত্তাগুগা তাদ-গদি কদায়দা চৎলুবগে?"—
খম্বনা "হবাই পাপী অসি লেবে" হায়বকহ।
ফৈবোইজাম্বন 'খংডে সুক্খুম্দা খুম্মুখিন্ন।"
হায়রে। মবাইস্থ খুমচে। হন্না হন্না হংডকই,
নোংবান মমৈ খংডুদা -"ননা পান্দ্রা করিনো,
মীনা হডভ' খুম্দবু?—কবি নোংবান নং চসি
ন'তক চাবা তোগেদো—লমন শিংগে— 'ভুবৈভগী।"
হায়না খম্ব মুক্তং ভংডক্পাদা, নোংবান্দো

করি 'মতা শাওরক্তে। "তাদগা ইত্তাওগবু
কদোম চৎপিরুবগে ?" হায় ইহন্ হন্থহুনা।
"চৎনিং' মফমদা চৎলুই।"
হায়না খুম্ই খম্বনা। "কবে তাম্না নহোয়দি
মজা ইবেম্মগীদা চৎলিবোইবে ?" হায়রকই।
"চৎনিংলগা চৎকনি, চৎনিংদ্রগা তোক্কান,
নংগী কবি নসিল্-লে, থাংউ নোংবান নং ঙসি।।"
হাযরহুনা খম্বদো লাক্কদোবে নোংবান্বু।
খুমন্ মাদি হুমিৎতো "লোইগে ঙসি নোংবান-সি,
মানা ঐবু লাকচথি মাগী মযাম থোমহুনা.
ইবাই কুম্মে য়েংসন্ন" মবুকনিংদা খন্নবে।।
খম্ব মতৌ উবদ অমাবামদা শাঙহুনা,
সগোল্ গুন্দোক্লমহুনা নোংবান মদোম চেনখরে।।
মসেন মবাই নোকহোই। নোক্লা নোক্লা হুম্ লাকএ।।
মসেন মবাহ অনিদো নোংথোন খবাহ থোংজিন্দা
থুংই--তারে অনিদো—চাওব নোংথোনবী অনি
"চাক থোংলো ঙসিদি ঐ, কবো য়োঁদ' য়াদবে
বন্দি লৌথোকউথিগে।" হায়নরম্বা ব্লাফমহু।।
ফেরোইজাম্বনা "শাজৌ!—ইবাহ 'বুংঙো!—তাবব্রা?
ঐথোই 'নিবু নমান্না, কবো মীরৈপুংহুদা
বন্দি লৈখ্রে 'নংমাল্লে।" হায়নৈ। অনি চংলকই।
অনি মশক উবদা "হায়! লাকএ হায়"—হায়রকই।
মবুক-মুংদা হবাঙজে। ব্রাহু হংনৈ—"নহোয়দি,

কদায়রাই কান্দা য়োই ? চাক-কাদি চারক্রা ?"
পেৎন পেৎন হৎলকহ লংনৈ সুম্না চাওবনা ॥
"চাকতি চাবাক্ত খোলা ওইনা খব চারকই—
সোবাৎ নুমিৎ মক্তুদা থুংভু বরোই নহোয়দে।"
ফাগি তৌই চাওবনা। মমৈত্তুদা নুংঙাইতে—
"কপ্ হৌবরা থোইবীদে ?—ইমান্ 'বুংঙো কপ্ তৌই।
হায়নৈ মকু মমাকনা। মোইরাং নোংখোন অঙম্বা—
মবুংঙোই মচাগা-ওই। থাদোই লাংওন্ ফবনে,
ইপু ইপু হায়ত্তুনা মশ্ম মচা নাদোগুম্
হেক পোক মহাক-মক্কী, লোয়নরকপা খন্‌বনে।
সেম্বী মীবৈপুংতুদা মাগী সংগ কায়ত্তুনা
লৈবাং মদোম তাখিবা—ময়াম অসি খনবদা,
কোবৌ শিংবুম কযাব্ থাদোই শক্ক উথিদা,
ব্রাথরেদা চাওবাদা নুবা মশুই খনবদা।
মিৎত পিবু তাত্তুনা হিক্ক কপ্ই নোংথোম্বা ॥
নোংথোম্বনা "ফবেদে লোই—কৌথৎননবসি
তোংনবগে ঐহাক্লা" হায়নবক্লে। খম্বনা—
"ইমান 'বুংঙো ওস্থোকই! কবো লম্বী ফৎতবা
লম্‌দম্ ত্তুদা কেদোদে। ইয়ুম মোহবাং য়োরগা
হল্লকপদা লমখাংদা খুদি অমা থিবক্লে।—
কবম দোনা অমুদোন্! কয়া' নান-শোকপগে ?—
মাহু নত্তে।—করিনো ?—মোইরাং হাওগরম পাংতা,
মী খুদিনি নোংবান-নি।" হায়রে তম্মে ব্রাফম্‌দো।

ইন্দোন চাইবেন ওংবী 'দা চৎলুবনি হৈ-থিন্‌বা,
খুম্মমই. 'তুবু নোংবান থাজখিদে, চেনখবে।
সনা কোম্লংদা ম'ল্লি।" সিম্ন অম্মে খম্বনা।।
য়াফম অসি অবদা—"শাজো! নমুম চৎখ্রম্ম,
ঐ'দা স্থম্মা নৈথোরে'। সমু থোংগী লমন্-দো
শিংগে ইকু মহাকপু।" যনা থামখ্রে চাওবনা।।
কোম্লং য়োংখ্রে নোংবানদি সনা মাংদা তুকবে।
মপু সনা য়াথংনা -"তমুম নোংশান কবিনো?—
ননাই ঐবু ইনিংথো পুক্কি' য়াম্না ন্নুংশাইত্রে। -
ন - যকপ য়াওত্রা নো বান? মাত্থু নত্রে।—কবিনো?—
নজাহ 'বেম্মা' থোহবীবু লন্নাহ নিপা অনিনা,
কবো পুংদৈ পুবক্রে।—হেক উৎব্রববা নং?
পুৱকপ মী কনানো?—ইম্মাওগা মবাইগনি
থোইবীবুনা লোৎলমও। তোদ-শান মহোয়নি
লাকই। ঐনা হংবদ—'নশিন্ ক'ব লেৱগে,
চৎনিংবদা চৎকান' হাযনা এবু চেবকই।—
ইচাই শক্তি উববা?—শক-মক্তি হেক উৱক্তে —
দৎ। করি! করি-হায়ে! নিংথৌ এনা কবিগী
খংদগনি। চিংখুবা নোংবান অনি অনবে।
থোইবী লোম্না লাই-থাবে। মোহবাং হায়বা লৈপাক্কা
নিংথৌ ইচিন হনাওনা ইচা 'মতা পোকইনা!

× × × × × ×

নং-মাত্থুদি খংদবা কবি ন'সিন লৈবগে।

× × × × × ×

মবুংগী ডানা মচাক্কী মনেম মচা লৌরু'বু
মনিংনিনা তৌসনু। নোংবান নরা তানিংদে॥"
হাযবিবক্লে মপুনা। "তযাবদা হায়রুনি"
হাযনা নোংবান থাবক্রে। চিংখু'বদা চংলক্লে॥

# খম্বনা কবোদা কোইবগী ৱাথোক অমস্তুং বিচার

নোংবান ভস্তু তুরুবে। চিংখুবনা নোংবান্দা—
"ভযুম নোংবান করিনো? ননাই' চাবোন য়োবসি
ভপ্‌মন্‌খরে খরদং। নমোম 'বেম্মা খোইবীবু,
কবো লোইদ থাবসি, মুমিৎ মশিং ককপবা?—
কক্তে নংঙোন্দা লেগে হেক হাযত্রি ফাওবা নোংবানবা!
মুমিৎ মশিং পিখিদে। ইনিংনিনা কবিনো।—
নচাই 'বেম্মদি লাক্লে।— কবি নোংবান কোংয়ানবা?—
ইবেম্মা লোইদৈ লাকএ কবমদোনা অপানবা?—
মীনা পুখৎলক্পনি।—করি, কনাগী য়াথং?
কনানা লৌথৎলুবা?—খংবিবিবা 'হু মঙাই
মঙৈন মবাই অনিনা।—কৈদৌঙৈনো?—ঙসিনি।—
শোইনি নোংবান?—শোইরোই-গ্যা।—হবাওত্রিবরা
কোংয়ানবা?—
সনা য়াথং তাকপিসি!—লোন্না হাৎপা ঙমখিদ্রে।
ঙসি ফোংন অনিবু হাৎলগ'ন ৱারম্মু।—
সনা চরোন্ কুপানি। থুন কুম্মো নয়ুমদা,
তম্ন নোংবান থিনগম্মু—লেরম্মুকো চেরাপ্তা।"
হায়বিথরে চিংখুবা। নোংবান মযুম য়োরুব্রে।
কেগে চৈরাপ্তা চংখ্রে। চিংখুবদো শাওখবে॥

মতম অসিদা নিংথৌনা সনা বুদ্ধি তৌরকই,—
"ধর্ম্ম লৈতবা 'নিদো, শোইবোই উনরম্মনি।
মশেন মবাই অনিদো হাৎথিবনা হাল্লনি।"
থল্লে। শমু খো'গিদৈ নোংবান চিংখ্‌' অনিবু,
সনা পুক্লিং চিংনখি। সনা য়াথং—"অতোন্ খোই!
কনা কনা লৈবগে?—ননাই ঐথোই ঐগ্যা।—
নিপা কুম্ভা চোংথোকউ! চৎলু, মোইবাং খুল্লক্তা!
লুরাংজৈ পাযু, থিল্লে। .কগে খুল্লক থুং-মথৈ,
চেল্লু. থিল্লে চাইথোকউ। লোইন প্রজা, অওস্বা,
কোথৎলু চৈরাপ তান্না।" হায়না নিংথৌ হায়দোক্লে॥
লুরাংজৈ, ফৈদাজৈ, পায়রে—"পায়রিবসি উববা?—
লৈবাক নিংথোগী পাওান। কাবো থিল্লে চরাপ্তা।"
হায়না পাওত্থু থুংখবে। "কবিনো। করিগীনো!
কল্লি-কল্লি পাও-অসে?—খুমন্ নিংথৌ মহাক্না,
'শমু খোংগী হাক্তক্তী মনাও লমন শিংগে।'
হায়ন হি-বাল্ লাকপবা?" হংনৈ পুম্নাং লাংখরে।
চেংজেন্ ডাচেন য়োম্নরে। মীতিন্‌খরে চৈরাপ্তা॥
হান্ন লৈরম্ব মানা কোনবা লাকপ খুদিংদা
"করিগিনি হায়বগে?" হায়ন হংই নোংবান্না।
"থংদে সনা য়াথংনি।" স্তুম্না খুমই ময়াম্নস্থু॥
নো'বান মবুক অহুদা—"ইমাংদদি চৈরগা
শিন্‌বীরকইবোই তুংদা. মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো,
মুংশিদা" স্তুম্না থল্লি। মুংঙাই মদোম কোংয়ানবা॥

মোইবাং তক্ক পাও—খুংখ্র। অথোব থোংলেন-দবু
তাকহনখিদে নিংথৌনা। তাবদি তাই থোংলেন্ বা
"করিগীনো" হংবদা "খংদে মৌদি কানখি।—
কাজসনু কৈদৌনি মবাং থোক্কী এবাংথোক।"
স্নুম থোংলেন লৈথোকই॥ খম্নু থরাই রাবক্লে—।
লাকএ নোংথোনবগীদা মসেন মবাই থেংনবে।
কৈবোইজাম্বনা হংই- "তফিং তফিং করিবনো ?—
হৌনববা করিনো! নুংশা থিবে ঐগাক্তি।
ঙবাংদৈনি করিনে!—চৎলো নুংশা থিকনু।
করি দৌবগদগে ইসেন অঙাং খম্বগী,
ঐ-লেবিদো।" হায়রিবে।—মমৈ রারন অপুম্বা।
খম্নু অতুম হনখবে। মাসন মবাই লেহৌবে॥
তম্পাক য়ুমদা চিংখুবা—সাবেং লাম্পোং শেংখবে।
শাবাং পাল-লাঙ-খোল-লাওরে। লাংগোই থক্তা কাখরে॥
লিরুং তন্দাং পোথবে। ঐরিগীনো হায়বদো
খংদে মাগী তাল্লোইশিং চরুতোই ময়ামদো॥
মতুং ইনবা মনাহ'মা তালোইশিংনা ফাখবে।
হংঙে রাসি নমহুনা— "খম্বা, নোংবান, চিংখুবা,
অহুম সিগী মবঙ্গা শিনি ঙসি অমদি।
'নজা ইবেম্মা থোইবীবু খম্বা মানা পুবক্লে।'
হায়না নোংবান-লাক্লুনা ঙমৈ যুবরাজদা।
ছুগী ঙসি শাওহুনা খম্বা হাংকনি হায়না
হৌবিবনি।" হায়রক্লে। রারম অসি তাবদা

মথুং 'খক্কুন' কপখ্রে এংখুবাংবা মমাদো ॥
মাগী মতৌ উবদা মনাওশিংস্তু কপ্পবে।
ময়াম ব্রাখ্রশ তৌবদা 'কৈদগীনো তৌবম্মোই।
মীনম্বা ব্রানি' স্তুম্না লপ্পগৌঃ তালোহশিং।
লাংগোহ সযাং থকৃতুদা—চিংখুবনা লাওরকই—
"কেগে মচা থাংউদো।" লাল্লোয়নবা চিংখুবৈ,
মতৌ খসি উবদ মোইবাং পুম্না লাংখবে ॥
ধনি খসি খম্বুস্তু—চাওবা, খোংলেন' খম্বস্তু,
লোইনা পুমতা তানবে। "মসেন মবাই পুহ্লোহ,
নোংখোন নাক্তা লহে ই" খল্লুবনা খম্বুদো
মবুক থোহনা ব্রাখিদে। "নংথৌ মচিন মনাও সে
লাস্থংনগে হাযগদাঃ।" বন্দোকথবে নাংথোম্বা।
"ভোজসন্থ কোদোন" স্তুম্ন ভূনিন লেথোকই ॥
থোংলেনবস্তু "কবম্বা লানগী ধনিনো" হায়না
যেংহ ভোজোন তৌহ্না। শামা-লাম্মা ভথিদে।
তুমিন অহুম লেথোকখি। মবা নরক্লুবদা
ফৈরোহজাম্বে মচাদো খুমন মানা উবক্লে,
খম্ব কাব নোশাদে— অহুন্ তুমিল লেথোকহ ॥
কেগে চেবাপ পুংহুদ যুববাজ থুংখরে।
চেবাপ পু লাং লাউকহ।—"বাবনে।"—কেস্তু নস্তে।
খম্বা, ফেবোহজাম্বাস্তু, মপা নোংখোন্ অহুম-মক্
কথেন 'ওম্বা নংনবা থল্লে-থিল্লে কৌথংলু।"
হায়ন যুবরাজনা ফিংনা আনরক লাওরে ॥

"তপ্‌থবিথো" হায়ত্তুনা খাম্মে থাংগরাকপনা।
চিংখুবদো খরদং তপথত্তুনা ফমথরে।।
"খম্বা মাবু হাৎকনি, মুংগোইবীদা চনগনি,
নোংথোম্ববু তুম্বিদা, ফৈবোইজাম্বা সেবোদা,
লোই থানি থিল্লে চৎলু।" হায়না 'মুক্সু লাওরক্লে।।
খুয়োল-লাকপা থাংগ্রাকপা—'ঙম্বা অনি চৎত্তুনা
"তৌবিগন্নু যুব্রাজ, খুমন মাগীদি 'মনি ;
নোংথোন মপা মচাবু সনা য়াথং হাকৃমল্লি।
ঙসি থুমিং অসিদা শাবোৎ লানপোৎ সেৎপনে,
সনা য়াথং মতানে, নিংথৌ নাকোং তারগা
করি থনখিগদগে, তৌবিগন্নু ঙাইবিথো।"
হন্না হন্না খাম্মকই। য়াখিদরে যুব্রাজ,
থিল্লে থিল্লে হায়ত্তুনা য়াথং য়াক্না তৌথরে।
দোলাই পাবা অনিমা খম্বা মায়দা থারকই
অহুম অমা নোংথোন্দা মঙা অসি থারক্লে।
খম্ব মাবু উন্নদে—খুমন্ চম্ভু মচেন্না—
"ইত্থ নিংথৌ লাইরবা মমান্ নোংথোন্‌বগীদা
চৎখি" হায়না খুম্মকই। অনি অদো থোরকই।
নোংথোন্‌বৈদা তম্মকই। অহুম অদো য়োরমজ্রি,
দোলাই পাবা মঙাদো নোংথোন মায়দা চংলক্লে।
নোংথোন মানা কৌসিনবি। অথাপ-পদৈ খুরমই।
মঙা অত্থ কায়দানা অন্না' থংবা সংগোইদা
নোংথোন ইংগিৎ ঙাইত্তুনা স্থম্না দোনা ফমজরে।

মপাই য়াথং পুতুনা ফৈরোইজাম্বা হংউরে।
সিনি তুনি হায়বদো হায়রে দোলাই পাবনা
"মরমদদি খংজদে।" হায় নিপা মঙা তুনা!
নোংথোন্ খম্বা অনিস্সু মরোন অসি থাপ্লপ তায়।
"শাবোৎ লানপোৎ শেৎলকই" অসি কাওবা হায়জদে।
"খংঙে খংঙে 'য়াম্ব-শা চৎলো ঐহাক লাক-অনি।"
হায়বিরকই নোংথোন-না। মঙা তুনা "ননাই 'খোই
হংগৎপদি ঙমদরে—লোয়নরকউ হায়রকই।"
নোংথোন! ফুরুং শাওখরে—দোলাই পাবৈ রা 'হুদা—
"দৎ—করি হায়ে চৎলো! ঐবু কৌরিবা মীদো,
ঐগী সিদা লাও-হায়ু।" হায়না লাওরে নোংথোন্না;
মঙা অতু চৎখরে—কেগে চৈরাপ য়োৎখরে।
লোইনরক্কে হায়তুনা মঙা তুবু চৈবিরে।
চিংউবদি ঙমজদা মঙা অদো নংথরে॥
সোম্‌দা মোইরাং নোংথোম্বা শেম-শাব লোইথরে
কিব মান্‌গনি খল্লি, পাকতি হেক কারক্করে।
পুংতু খর কাম্নরে। "করিননো লাক্কেনা।"
চিংথু অমুক হংলকই। অসাই চৎলুবা মঙা—
দোলাই পাবা শিংতুনা—"নোংথোম্বদি কারক্-ওই;
'লোইনরকউ হায়বদি, ঐদি ইরাল লৈজদে,
মরম খংদানা ঐনা চৎকদরা, লাও-সিদা
থেংনসি হায়রু।' হায়না মমৈ ওইনা-ঙংহৌই।"
হায়রে চৈরাপ ক্তিনবদা। চিংথুবদো শাওবনা

মৈগুম হৌবে ; লাওবকই,—"নিপা তবেৎ হৌজিকমক্
থিল্লে :কোক চৎত্রিব্রা।" নোংডাকপড় মঙাইবে।
লোইশং নিক্রুবদা 'ঙম্বাশিংনা লাওবল্লে,—
"কেগে চৈবাপ হায়বসি নয়াম্বুংগী লোইশং-নি।
ইবুংঙোগী য়াথংনা কোবা তৌনৈ কোকরে।
নিংথৌ ভম্ব' 'ঙম্বনি সিদৈ তেঞ্জিল্লুবদি,
নিংথৌ য়াথং নৎতনা মনাই 'বংগাইদনদি
চৈবাপ দোলাই পাবদি থাবিরদ থনবিথো
নিংথৌ নাকোং ভাবগা চেবাপ ঙম্বা পূম্ব-সে
নিংথৌ দণ্ডি ফংলনি।" হায়নরল্লে যাথিদ্রে।
যুবরাজগী মনাই নিপা মঙা থাবল্লে।
নোংপোক্সৈদা থুংথবে। নিপা মঙা অসিনা
রাশা মথৈ শান্দাকএ, রাজু তক তকনা
কেগে চাওবা নোংথোন্দা—"নিংথৌ সনা য়াথংনি
থুমন নমাক অ াংনে, ফেনোইজাম্বা সেলুংবা,
কেগে ভাঙেঙা নোংথোন্নে, লেংখৎলকউ হায়বকই।"
হায়না রাফম ফজনা হংগৎচবে মঙাদে
নোংথোন্ মানা—"ফজৈদা পান্না চাবো" হায়তুনা
পান্না থুদপ্ লানবিবে। থাগৎপিবে মঙাদো।
মসেন মবাই মকুনে তনবা নিপা য়াইঙ্খনে,
নিপা মঙা অতুগা কেগে লাংথোং তমমকএ॥
চৈবাপ্ থোংজিন য়োবদা নোংথোন দোলাই থাবমই।
কোংগোন তোনা চংথবে। "রাংগোন্ নিংথৌ ইবুংঙো॥

লৈবিবম্মে !—ইভেঙোশিং। ঝাবৌবিন্নু, ঙসিদি
ঐদি খব থিন্থবে।” হায়না ভক্তি তৌনরে।
চৈঝাপ চেগপ মথাদা ফীদা থাবে নোংথোনগী।
খুমন-মমাক খম্বনা নোংথোন মাগী মাংহুদা.
কাগোক থৌগন তৌবকই। নিপা যাঙ্খে অতুমা
মবি মবি চংল্‌কই। থৌদো অসি উবদা
কেগে মীয়াম অতুনা "তাবদা 'হুম মকল্লু,
ঙ্য়ংবদা হুম মচৈম্মু।” হায়না নাপ্প চিরুখি।
ফমফম লাংদা নোংথোংবা চিংনা-লেম্ন ফমথরে।
নোংথোম্বদো ঝা-হৌদে, চিংখুবগা অনিদো
থানা থানা য়েংনবে চৈবাপ নুংশা তোন্নদে ॥

১২

নুম্ন হৌবা নোংলঙ্গা নোংথাং হাহদোরক্‌পগুম্
চিংখুবনা চাওবদা –“ঙপু চেংলৈবাকপবু !”
চাওব চোংথৈ ফীদ-দৈ খুরু খুদক লেদা তা—
"অজ্ঞা !– নমাংদগীদা, ফম্মিবদো কনানো?—
ননাহ কাওবিরবা ?—অহুদ্ব কনানোনে ?—
ননাই মেলৈ লাংবনি।—কম্‌-দোবা কনানোনে?—
ননাই সিজ মতৈনি—সিজ মতৈ হায়বদে?
নমাক্ ইবুংঙোনিনে।–চাওবা করি মিং-হায়নু !
লমজা অহু নংতরা ?—মানি ননাই খম্বনি।”
থনমতুনা চাওববু খম্ব বোমদা ওন্সিনখ্রে

চিংখুবনা খম্বদা—"হাই ! লমজা ! খম্বা !—অজ্ঞা !—
নং ঐবু কিদবরা ?—অজ্ঞা ননাই ঐহাক-কি !—
করিগী কিবিবনো ?—নিংথৌ নচিন ননাওনে,
ইচেম ইপা গুরুবু ননাই ঐহাক য়াম্না কি।—
ফবে তুদি খাংউকো !—ফনি !—সংলিংবা লৈত্রা ?
মুবিবদা পুথখো, লমজা মণ্ডক ককউবো !
মুমিং তবেংনি ফৌরু।" চিংখুবনা লাওবকই।
সংলিংবা নিপা মণ্ডা খুদকৃতুদা চোংথোকই।
খুমন্ নাক্তা চংখবে—"খুমন্ অণ্ডাং চংসিদো।"
মণ্ডা তুনা হায়বকই। নোংয়াই মানা "য়াম্ব-শা !
ঙাহাক্তদি ঙাইবিখো, ইমান্-ইবাই অনিদা
খুমন্ চম্নু ইচেম্গী কোলোই পাওমেনজখিগে।"
হায়না খম্বা খামজখি। লৈপাক পুম্বা ঙকখবে॥
য়াগী লংজিন থংদানা কেগে চৈবাপ চোম্ন-তিল,
ইম্নুং নোংয়াই মতুংদা খুমন্ মাবু কৌতুনা
সমু খোংদা য়েংপদি কেগে কনা উদবৈ
তুরাল্ লাম্না ওইবনি। ঙসি মোইরাং তিনবদি
অহিং মক্সু নংতবা। লোম্ন তৌবা থোক্তবা !
কংলা-য়াইবুং থিন্দুনা মোইরাং লৈপাক তিনবনি,
মপু সনা য়াথংদি নিংথৌ মাগী ওইনা-থোক্।
য়াংগোন নিংথৌ হায়তুনা চিংখুবনা চাওবনা,
মোইরাং লৈপাক অসিদা লেপাক তংখাই হাংপম্নু
ময়াম্বনা নিংথৌনি, মনিং তৌব ওইবনি।

লৈপাক মীয়াম অত্থনা ব্রাগী মচেৎ অমতা
য়ানখিদব অত্থগা খুমন মাগী মবিদা;
মায়কৈ পূম্বা য়েংবদা খুমন পুম্মম মমৃথবে।
লৈপাক নিংথৌ পানবগী ব্রায়েন্নদি কাভি ওই
কল্লি থৌই হেন্ ফদা। মাগী পাম্বৈ ওইজবা
মকু মবাহ অনিনা মতম অসি ফাওবদা
ব্রাগী মচেৎ অমতা য়ানাথদবা উবদা
কেগে চৈরাপ মন্নুংদা পলেম পম্বৌ অনিদি
নোংগাখিদা থোক্লবা পুরেম্বদো মপানা
মাগী ব্রাকম থিবিনি, মোইবাং নাম্ম ওইরগা
সয়েং চুংবু ওইত্থনা পাম্বোম তাবু ওইত্থনা
খুমন্ থরাই হিং'দোবু খন্থরবোই খম্বনা,
মিৎতা পিবু তারক্লে, নোংয়াই মকু মবাইদা
মমায় লৈশিল্লকুনা মচেম খম্বু কৌরকই।—
"লমজা ওইবী ইচেম্‌দো, ঐ-দমকতা ব্রাবি-নি।
ইমান্ ইবাহ অনিনা মীবাইবিন্নু ইচেমদো।"
হায়না মচেম শিন্নবে॥ নোংয়াই মতৌ উবদা
লৈপাক মপি তানরে। অতৈ 'ভম্বা ময়াম্মা—
"ভাইখো ভাইখো সংলিংবা—করি মরোল লৈবগে?"
শুম্মা হায়না হংলকই। যুব্রাজনা—"পুখ্রো" হায়।
"নোংথোন্ মপা মচাসে করি তৌরি" ভংনরে।
চৈরাপ ময়াম অত্থনা য়েংথি মপা মচাবু॥
ফৈরোইজাম্বা মবাইদি চরৈ পুম্বুম তাথৎখ্রে।

মসেন মতৌ উবদা মোইরাং চৈবাপ তিনববু
কাং-তুমিৎ কুম্না উখ্রে। ফৈবোইজাম্বা হৌগৎখ্রে ॥
নোংথোম্বনা লাওরক্লে "হাই! কবিনো সেলুংবা!
কেগে চৈবাপ মমাংদা হৌগৎপা হোনববা।—
দোলাই পাবা লৈতবা? -ননাই 'খোই লৈ নোংথোনবু!—
ফু! নিপা মঙা অসি সংলিংবা ফুত্রিববা।"
হায়বা নোংথোন য়াথংনা, দোলাই পাবা মঙানা
সংলিংবা নিপা মঙা ফোংোম ফুগুম ফুগৎখ্রে।
চিংখুবগী মনাক্তা মঙা অদু চোন্সনজৈ।
যুবরাজ মমাং ফাওবা তান্ন-তান্ন ফুথবে।
লু-দগীদি ঙানপ্লু, খাওদগীনা ঙবোং-খাও
ব্রাকবোক্ খু-বগুম্না চাওবা ফাক্ ফাক্ নোক্থোক্লে।
দোলাই পাবা মঙাদো চাওব-পান্না কোক পিজৈ।—
"ঐনা হায়বদা ওকে!—ননাই ঐথোঙ তৌজনি।"
খুমই মঙা চপ-মান্নৈ, মঙা চে মুক্কুনা ঙাই।
"হাই হাই তাও সংলিংব-শা! হোনববা,—অদুম্না!
করি' মবম্ হংদানা নহোয় মঙা হৌগৎলি?"—
নোংথোম্বনা চৈবিবে। চিংখুবনা—"নোংথোম্বা!
অজ্ঞা! কয়া চাওবি নং?—পিকই চাওই, হায়বিয়ু।—
সংলিংবা কবিগী ফুই?—থোগল-লোম্না ফুবনি,
হায় হায়দুনা, হংদানা চোংথোকপগী ফুবনি।—
নিংথৌ ওহরি 'য়াম্বনা—ঐনা হায়রি; করিগী
ফুই নংনা সংলিংববু মবম ইহং-হংদানা?—

কেগে মোইরাং লৈপাকত্তা অঙম্বা ওইরি ঐনা,
কি হায়রগা মী হাংপ্রা ? মরম ইহং-হংদানা
ইমাক করি হাংকনি ?—লম্ হেল্লি অহুগীনি
নমাক হাংকে তৌবদি ।—কথেন ওম্থংলকপদা
হায়রকপঙু সিগীরা ?—মানি নমাকপু হাংপা,
নপা নচানা লোইদা ।—মরম থংনা ননিং তৌ,
থংদনদি কৈদগী, নয়াম্বুংগী য়াথংনা,
ইবুংঙোদি কৈদগী ।—ঐনা লোইদা থাখিবা
ঐগী ইচা থোইবীবু করি লোথংপিরুরি ?—
লৈরম্মনি অহুদি, কবোদস্থু মী থারো,
থিহনবিবো অহুগা লৈরমদবা থোক্লবা,
করম দৌনি হায়বিয়ু। রাকম সিনা কনানা
যুব্রাজদা হংগংলি ?—নোংবান্না হায়বা রানি।—
হুদি করে কোংয়ানবা ।—ইপঙ্খৌ ।—অঙোম নিংথৌ।—
য়াম্বুং নোংথোন তাকপিয়ু ।—কৌথংলম্দরবদি ?—
থম্বা মসেন্-মবাইদি কৈদা চৎলু' অহুদে ?—
য়াওস্নুরাকপা হায়রিবা চাইরেন নিংথৌ ইসেন্-না
ইচন তোম্বী লোরিদো, মনে নারে ; মনেনা
মশক উগে অহুগা হে অহাওবা চাগে হায়,
হুগীদমক ঐছাক্লা মসেন মবাই চৎহল্লুই ।—
নজাইবেম্মা অহুনা হোরেল লৈরমত্রবদি
মনাও 'বুংঙো তাবিসি, মনাই নোংবান হিংগত্রা ?"
রাকম অসি য়োবদা থুম্কম লৈত্রে চিংখুবা ।।

নোংথোম্বনা লৈপাক্কা—"লৈপাক পুম্বা ভাবিয়ু,
হায়নরিবা ৱাফমসি !—ঐখোই মোইরাং লৈপাকতি,
মপু সনা য়াথংনা মোহরাং নিংথৌ মপুগী.
কংলা য়াহপুং থিন্দুনা লৈপাক তিল্লু হায়বগী
লৈপাক ঐখোই তিনবান , মবম সিনি হায়বদি
ভাব থংব লৈনাত্রি। মনাও 'বুংডো লেংথংলি
সাবোং লানপোৎ থোল্লকই । থুংলবগা নোংথোনবু
সনা য়াথং কৌহুনা তৌনরিবা সি মভাই।"
স্ত্রম্না খুম্মে লেপাক্কা । নোংথোনবনা—"ইবুংঙো ।
ননাহ ইমাক খম্বদি চৈফম্ মকস্থ কোকতরি,
ঐদি ভমই হায়দনা পংতৌ মতৌবিবোইবে!"
যুব্রাজনা—"কান্নদে ঙচা পুথোকপিবকউ।—
থিয়ু থিয়ু হবুংঙো।—কবি' থিজকগনি,
ছুরানবনি নংথোহনা পুথোরকউ ইচাদো।—
থিবু।—থিরোই।" হায়দুনা নোংথোন যুব্রাজ লাওনৈ।
"থোংলেন অমুক ভাববা ঐখোই মৈস্থং ওইগনি।
হস্থনবিয়ু।" হায়না লেপাক চংনা থাম্মকই ।
"নিংথৌ মক্কা হায়দুনা য়াবরোইদো ঐহাক্তি।"
হায়রে চিংখু নহানা। "তুদি ফরে খিহল্লো
মপু চোরোন হংগৎলু।" হায়না খুম্মে নোংথোম্না।
"খুমিৎ খুদাং মচা নং' বিচার তৌবিবত্রা।"
থিনা চাওরে যুব্রাজ। নোংথোনবগা অনিদো
যুংথংনরে চৈবাপতা কংলা লাখোং মৈহৌবে।

যুব্রাজগা নোংথোনবা মাংগা তুংগা চৎতুনা
চংনথবে নিংথৌদা। অনি লাকপা উবদা
নিংথৌ হোড্রোং-উবকই ।। "কৈদৌনরে শানোদো ?—
নোংথোন কৈদৌরবগে ?" কৈথা পোনবা শাগুম্না
নোংথোল লৈদা কুন্দুনা ৱাবম লোইনা হংগংলে,
হংবিবদা মপুনা। মোইরাং নিংথৌ শাওহুনা—
"ইনাও তোন্দি তৌবেনা। নং ঐনা থাজখরে,
নংনা নদোম কোৎখংলে, খুমন মঙ্গম নাক্তগী
থোইবী লোইদ থাখরে ঐনা পোকপ নত্তেদি
থল্লহুনা নহাক্লা নচা তাংই হায়তুনা
ননিং তৌরে ইনাওদি। নোংথান মাদি অসাইনা
ঐগী সিদা লাক্-অম্মে। মচিন থি হায়বত্তনা
ঐনা তাম্বোকথিবনি। মাগী ৱাবু লৌবদি ।।—
নংগী নতৌ অসিনা নংবু কিরে 'য়াম্বনা
সিনা ঐনা ঙসিসে চৈরাপ তিহল্লবনি।
ঙাইঙমদ্রবো ইনাওদে 'য়াম্নৈ পুন্সি লোমথ্রগা
ঐগী ফম্‌সে লৌহোদ।" শাওবে চৈরে মনাওবু ।।
চিংখুবনা—"য়াম্বুংনা ইপু থোইগী অস্থম্না,
মীচং হেক হেক চংতুনা তৌহল্লিবা ঙাক্তনি।
মুপী মানবা হায়বনে, লোইবে মীনি খন্দরে।—
করি ৱানো ইবুংঙো! 'পুনা হায়বদি সিনি,—
মুপী গুম্না খন্দদে হায়জবনি ৱারৌহ্ন।"—
খুমই মোইবাং নোংথো'নবা। "চৎলো চৎলো শানৌতোন

নপুনা হায়বা চুমই। নচা অদো থিজক।"
হায়বিরক্কে নিংথৌস্ন, চিংখুবদো চৎখরে।
"থোংলেনবদি য়াওদেকো ?—ননাই ইতাও লাক-হৌদে।—
ফরে থোংলেন য়াওদবা—লৈপাক মাংঙমগনিদা।—
ননাই কোয়া লাকসন্ন ডাগাক লেংথোকপিন্নুনা
বিচারসি লোইবিয়ু; ননাও 'বুংডো, কোংয়ানবা,
অনি অসি মোইরাংদা লম্ য়ায়া হেনগদৌরে।"
হায়নন্নুনা নোংথোনবা মোইরাং নিংথৌ অনিদো
কেগে চৈরাপ্পা থুংখ্রে। লাইজ ইচাও নদৌগুম
অতোং অকুৎ তেম্নক্লে,—"কেগে চৈরাপ অসিদা
'ঙম্বা ওইনা ফম্ববু করি দৌনা ফম্বগে।
অমৈ ৱাদা তাববা—তাননবা ফম্ববা।"
সনা য়াথং তাওখবে। 'ঙম্বা লৈপাক মথৈনা—
"ননাও 'বুংডো হায়বদি অচৌবনি লাই-গুম্বা
ননাই ঐংথোই অঙম্বা ময়াম চংনা লাওজবা
করিগুম্বা তাবিদে।" ৱারম লে'ইনা তমজরে।
মপু সনা য়াথংনা—"অঙোম হায়বা অসিবু
ঐগী মোইবাং অসিদা কমদৌথিগে হায়রিবা।"
হায়না অঙোম ডারকই।—অঙোম মথৈ লোৎনরে।
কনা অমা চোংথোকই থোয়নথেমদা অঙোমগী
ঈ চংজক্কবদনি, অঙোম অঙোম মায়দে।"
লাওজরকপা য়াওরকই। "অঙোম নিংথৌ চাওমল্লি।"
নিংথৌ অমুক ডারকই। অঙোম নিংথৌ—"ননাই ঐ

ষ্বারকচবা ওমদরে। ননাও 'বুংঙোই মনাইনি।
ঐগীদম্মু চংদবে নোংবান হায়বা ইচাসে।"
লাওইজে সনা চোরোন্দা। অঙোম মথৈ নিরুরে।
"পুখৎলম্মে খম্বনা পুখৎলমদ্রে নোংবাম্না,
লাল্লে অহু মঙাইবে।" লাওনৈ লৈপাক মীয়াম-দো

১৩

চাওবা মী থাখরে—থোংলেন্‌বব্বু কৌরুরে।
থোংলেন চৈরাপ্তা থুংঙে। মাগী মফমদা ফমদে,
চাওবগীদা ফম্মুবে। চাওবা ইরেন থৈদোকই।
ঙুংশিনৈদা অনিদো। অনি মতৌ উবদা—
"চাওবা থোংলেন অনিনা শিব-ঙুমিৎ অত্তদা
ঐম্মু শিগে।" হায়তুনা মোইবাং নিংথৌ লাই-নিংই॥
খুয়োল-লাকপা চোংথোকই। মন্ত্রি থোংলেন মঙোন্দা
ষ্বারম লোইনা তমখরে—থোংলেন মানা—"খংজরে।
খুয়োল-লাক্‌পা হুঙ্গিল্লো।—অতোন নোংবান কোংম্নানবা
ইমান্‌ ইবুংঙো!—কম্না?—চুমই ঐনা হংগৎলি।—
মজা ইবেম্মবুদি, অতোন নংদি উবরা?—
হেক-শক্‌-মক্তি উহৌদে। হুদ-শাব-শাজৎতা,
অনি মশক উবদা হংগৎপোইরে ঐহাক্না।
নয়াম্বগা নতাওগা হল্লকইবা মায়কৈ সি
কবোদা মরৈবরা?—মাহু ঐদি খংজদে।—
ঐনা খংজ মথৈদি হায়জবিবা অসিনি॥"

স্নয়া নোংবান খুম্মকই। মোইরাং নিংথৌ খম্বদা—
"খম্বা কৈবোইজাম্বা ও! শৌরুবম্ম লৌরুফৈ,
অতুমকপু মতাসি, পুরকপবা নগোয়দে ?—
ননাই ঐখোই চৎচদে হৈ খিঙ্গরুই চাইরেন্দা।
তুংইঙ্গবনি ঐদি সনা য়াথং ইবাইদা!
ননাই ইতাও মতোমদা সগোল লাক্লম্বদগী,
ঝাবু খোইনা হায়নদে ইসেন্ ইবাই উবদা,
চেনখি অতুম্ হৌতুনা—হংগৎলম্ইবসনি।—
কৈবোইজাম্বা চুম্বরা।—অচুম্বনি ইনিংথৌ।—
তুদি চাইরেন্দা চৎলো, নারি নাদে য়েংঙুরো,
তুগা হেকতা মরোইরে।" হায়নতুনা চৈবাগ্গে
দোলাই পাবা অনিদং চাইবেন তাম্না থাখবে॥
চাওবা অমুক নাবোন্দা সগোল তোংবা অর্নিমা
চাইরেন তাম্না শিবকই। দোলাই পাবৈ মাং-থাখ্রে।
নাদবদি কোবনা চাইরেন ওংবী অতুদি.
মোইরাং কৈথেন কাগেদি লাকচবদা লমথাংদা
চাওবৈ মনাই থেংনরে। ঝাতু তল্-হায় হায়নবে।
থৌরাং পুম্বা তোহোরে, চাইবেন ওংবী নাথরে।
অনি অতু হল্লক্লে—দোলাই পাবা অনিবু
উরকপদা লমথাংদা হাইজিন্দুনা লোৎখরে।
হেন্দোকখ্রগা থৌরক্লে। চাওবগা উম্নখরে।
দোলাই পাবা থুংউবে। "খোইগী ইবেম্মা নারি।"
হায় পাক হেক চংগনখিদে। দোলাই পাবা চংলকই।

সুমাং মাংগোন অনিদো মীনা পিক হেক থল্লমই।
চান্দরা য়াংপা য়াওই তুমিন তুমিন লাংনরি
অনি অহু চংলক্পা থুদি চেল্লে থোংজিন্দা।
থ্রোং লাওনা হেক তুরুরে। সুপী শিংদো হেক থংই।
মাইবতুনা মথুং চাই। ময়াম অহু থাম্মকই।
হান্না কুচু শেস্মম্মে। অনাবগী লুথুমদা
থাংমৈ অমা থানজিল্লে। মমতক্ ঙাস্তুক তৌবদা,
উচান মচি ঙৌনা তৈ, য়াইঙং থর থরস্থ,
মরৈতুগা তিংথোকলে। থবেৎ থবেৎ হোনবনে,
সোর মতা অহুগা ফিবম অহু উবদা
অনি অহু ঙকথরে। ঙাহাক য়ারি শানরে।
"থম্বা ফৈরোইজাম্ববু লাক্-অম্বরা" হংজরে।
থংনরবা কৌবনা নাতৈ 'মতা হোথিদে।
"লাকই" হায়না থুম্মকই। অনি অহু থোরকই।
থোংগান কাম্থোরকপদা ময়াম হোনা নোকহৌই।
পুথোক্লে হায়রতুনা অনি তুনা চেল্লকপা
কেগে চৈরাপ য়োথরে। পুথোকহৌরে তমুথরে।
চাওব মবুক্তা নোকই। থোংলেনবনা "অহুদি,
নোংবান লাল্লে তাবিসি হাংলোইদরা অঙাংসে?"
কনা 'মতা থুমথিদে থোংলেন য়াহং অসিদা।—
"কম্দোবনো লাইনিংথৌ?—চুমই।—থোংলেনবা ঐনা,
অঙোম নোংবান হাংপদা, কনা কন্বা য়েংগেদো।—
তাবিয়ু যুবরাজ! 'চানা ইমৌ মনাক্তা

চৎতবদি কৈদৌনি। সনা মাংদৈ হৌজখো
চেংজেন কোয়া থিল্লকে, নসেন নবাই চৎখরো।
কুরাক অমস্থ ফাদা—যুব্রাজ ওইব-শাই।
নমোম লোইদা থাবদি ঐদি তাদে কনানো?”
হায়না থোংলেন অথৌবা লোক্চপ্ মুংগাই থাদগুম
থাক্ক থাক্ক লাওখরে। চৈরাপ থক্ থক্ নিক্ককই।
ইথুম্ থুমদে হায়গনি অসিগী চুক খন্দুনা
“ইপু পংহায় হায়রেনা।” হায়জরুবু থোংলেম্না—
য়ুম্মন লেগাইবশিং মাইরেন মপান শাৎপগুম,
মমিৎ উরু লৈরকই—“করি যুব্রাজ” হায়বা
থোংলেন স্বোর অমনা য়ৈরুববু যুব্রাজ
তেরা মফোল ওইখরে। চেন্দে হায়বদা ঙাইরে।
ময়াম্বুংনা মনাওবু—“উই-দৎ করি।” হায়দুনা
লৈপাক মাংদা চৈহৎথি। থোংলেনবদা য়েংদুনা—
“ইপু! হচাগীস্থ কো, নচাগীস্থ অনিগী
দোশা কোক্লবা।—অজ্জা।—ইপু মন্ত্রি নোংবান-সে
হাৎপা য়ারে অসিবু ঐগী হাকৃতক অসিদা
মী হাৎপা হায়বসিদি ঐ তৌহন্নিংদবনে।—
ফরে অজ্জা! য়েসিনা?—ফরে ইপু য়ৈরসি।”
হায়না নিংথৌ য়াথংনা নোংবান মাবু য়ৈখরে।
থম্বা চোংসিল্লদুনা চরৈ মনম থাংদুনা
মতাও নোংবান কুপ্লুরে। কেগে লৈপাক তিনবদা
থুমল মতাও নিজরে। পেনথরেদা লৈপাক্কা,

খুমন মাবু পেন্নখ্রে। "খম্বা নংন লৈবনা
মোইবাং হাযবা অসিদা নুমিৎ থাদ থোকপনি।"
হায়না লৈপাক শোম্নবে। অঙোম নোংবান পুথখ্রে।
কেগে চেবাপ লাংদগী লৈপাক চাইথনথবে।।

# লোইকাব

১

খুমন লমজা খম্বনা কবো মীরৈপুংহুদা
কোয়কবগী ঈাখোকপা বিচার লোইবা মতুংগী
কোবৌ শিংবুম্ মঙানি কোনবা অহিং অহুদা,
ঈাংগোন নিংখৌ মপাগী খোম্লেন মংলান্ জান-হুদা
মজাই 'বেম্মা থুংঙবে। মপাই মাংদা লেপ্লুনা,—
"হপাই 'বুংঙো চাক-লামই ! পম্বৌ নংগী ইমাগী,
নমোম্ লুক্ফম্ থুন্দবা লোইদাম কুইবে , ঙসিদি
পম্বৌ লুক্ফম্ থুঞ্জগে। হায়জরবে খোহবীনা ॥
চিংখুবনা—"ইবেম্মা। হওা উদবা কুইরে,
লাও চাবো।" হাযবহুনা মচাবু চাক-তু পিজৈ।
চাকতু হেক তোকপনক্না—"পম্বৌ ঐদি চংলগে ?—
ইপাই 'বেম্মা চংখিগ্ন।—ঐদি চংতবা যাদে।"
হায়বে খোইবা য়াদরে। চিংখুবনা মঙ্ হুদা
নোং-খোংবগুম কপ্লুনা খোইবী মাবু থাম্ববু
মজাইবেম্মা যাদবে। পম্বৌ হোজং লানথোকখি।
মমায় মথা পাংথবে। চিংখুবনা কৌববু
খোইবী হন্না য়েংখিদে। মচা মশক উখিন্ত্রে।
যুব্রাজ মিকপ্ খোকই। ফমুংদা ফুক হোগংলি ॥
যুব্রাজনা খোইবীবু হেক পোকপা মুমিংতগী
মমোম কাদা মুংশিবা মুমিং অহু মঙাইবি।
চিংখু নহা ঙাওথরে। "মমাশিংবু লৈতরা ?"

চিংথু থংলাও লাওবকই। "ননাই ঐথোই লৈজে"—হায়;
ময়াম চেন্সিন্নথবে। "সনা হকচাং কবম্বা ?—
ঐ করিস্সু তৌদে।" হায়। চিংথুবা য়া ডাংথিদ্রে।
মপু সনা পুক্লিংদা—"ইমোম 'বেম্মা থোইবীবু,
কবো মীরৈপুংহুদা কবি তৌররিদনো !
ইচা য়ানিংদববু ঐনা ঙমই হায়হুনা,
কবো লোইদা থাবনি। ইমোম্ তরা স্নুজদে।
ইচাই পাপ্প ঐহাক্তি মাঙেড।" হায়না থনথবে।
মুমিৎ থা উথিদবে—ইন্দ্রি থক্-থা ওনথবে।
"লৈবাংগুম্না নৌববী থাদোই তোম্শাংনবিবু।
বজ্র গুম্বা দগুবু পিরে ঐনা ইচাদা।"
স্নুন্না মওন মওন্ থন্ চিংথু নহা পাঞ্জুম্বা,—
থরো থরো ওন্দুনা ও-ও খোংনা কপ্ থরে।।
ময়াম অহু ঙক্করে, মীয়াম পৈবে য়ানবে।
মাইবী মাইবা চংলক্লে। "ঐ নাদে, ইমোম 'বেম্মা!
নংগী মৈনা চাকুলা ইপা লৈবা ঙমদরে।"
হায়বহুনা চিংথুবা হাইহৎ-হাইহৎ তুহুনা
নোং-থোংবগুম কপথরে।। "ইচাবু স্নুম্ তৌরমই"
হায়না কপ্প কপ্পদি চিংথুবনা মঙ্হু লী।
মঙ্গী য়াহু তাবদা চিংথু তালোই মথৈস্নু
ময়াম হৌনা কপথবে। চিংথুবনা—"তালোই-শা!
ঐ ইতোমতা মঙ্বরা? নহোয় থ্ৰাইদি মঙ্দরা?
ঊদববা ইচাবো ?—ননাই 'থোইস্নু ইচা ঊই,

মুতি লৈথাক্' মাম্নদে। ননাই ঐনা উবদি—
কবো লৈপাক তিনবদা ইচাই বেম্মা থোইবীবু,
সজিবু কাংলেন শান্নে। হায়না এংখুবাংবীনা
কাংবু-মণ্ডপ্দা উবহু চিংখু কাদা লীজবে।।
"গর্ভ ফী য়াঞ্জবদি—থোইবী পোকপী নহাক্তি,
অমন্ শি-শুম্‌বমক্তি থোক্তবোইদো ইচাবু।"
হায়বহুনা মপাদো কপ্প অহু তোক্লক্লে।।
"ঐঙোন' অন্নাবা উৎলি কবিগীনো খংদবে!
তালোই অতৈ নহোয়দি, নমোম মণ্ডপ্দা উদবা?—
ননাই ঐথোইস্ম উজে!" হাযনা তালোই ময়াম্ন'
মানা মানা উজবা—মজাইবেম্ম থোইবীনা
কবো মীরৈপুংহুদা শিংজন্, ঙাথি, লৌয়ানব,
পুন্নমক্তু লীজরে। কপ্পৈ সুম্না ময়ামদো।
মমৈ খংদা যুব্রাজ—"হায়্ন হাযু তালোইশা!
ঐ ইচা .কোথংনিঙেঙ, নহোয় কবি হায়বগে?—
কবি য়ানো ইবুংঙো! শুণ-না হেনমনখিবনা,
ঙমদবগী তোবনি! ইচা লৈতঙৈদগী
সগোন সমু পুন্নমক লোইনা তিঙ্গং য়াঙ্গংলে,
হৈকোন লৈকোন অপূম্বা ভাওজিং মপুং ফাদবে।
মোইরাং মণ্ডাল লৈতরে।—চুমই নহোয়না হায়বা,
ইচা ওইবৈ ঐতন' লাইনা য়াংনা থনবনি!—
ইমোম্ থোইবী ইপানা ইচায় শুনবু খংঙেদো।"—
হায়না পম্বৌ চিংখুবা অমুক হন্ন। কপ্পকই।।

অতৈ সিনা হ্রাবনা মচা ওইবী মৈদগী
থাদোই মাবু চাগবা ; চিংখু তালোই অতোম্বী
মচা ওইবা মৈছুনে, নহা ওইবী লেংগানি
মমা তোনগা থোইবীগা, হৈবাং সেম্মে শেম্মিন্ন,
লৈরাং শেম্মে শেম্মিন্না, অরাই অরু পুম্বদা
মুজা ওইবী অনিদি লৌশিং লংজিন পুথোক্লা,
তিন্নজবী মচানি। থাদোই লৈতভৈদগী
মমা তোন্-দো হ্রাবনা লৈফম খংদরবীনি।
মমা মতা ওইবীনি থাদোই কৌথৎননবা
লংজিন অসি উবদা লৈব' ভুমদে তোম্বীদো।
মৈনাক নকপা থাওগুন্না—চিংখুবদা হায়বকই—
কৌথৎপিবো ওসিমক নৎত্রবদি ঐহাক্তি,
কবো মীবৈপুং ফাওবা ফদি থ া দা থাংছুনা
ইচাই নাক্না চৎলনি।" হায়না চোংনা কপ্লকই।—
"ফবে ছুদি তাববা ? নাইজহন্বা লৈতবা ?—
ননাই ঐ লে তাকপিসি ?—নহান্সু নংনা থিল্লুই,
ইচা লোথৎপিক্নরো। ইচা থুংভদ্রিকাওবা
ঐদি চাক চাখ্রবোইদো।—শোইদরবরা ?—শোইদ্রে।
হায়নু ?—হায়বে।—শোয়গনি ?—শোয়বোই।—
শোইবরোইদবা ?—
মৈনিং চিৎনা হোবেন্দা সফম্ চাকনি ?—শোয়ন্ত্রে।
নহোয় পুম্বা অসিনা ঐগী সাম্বী ওইসনু।"
হায়রম্মগা চিংখুবা—"নংনা ইচাবু লোইদা।

থিন্দ-থিম্বরুবত্রা ? ঐনা শাওব-কোরুবা,
মক্ষম 'মদা লোৎপবা ? কবোমক্ হেক য়োঁখ্রত্রা,
নংনা ইচা কবোদা থিল্লুবত্রা 'চ'-পিয়ু,
হঞ্জবা ! ইচা পিয়ু, ইচা কৈদা থম্মুরে
ইচা 'বেম্মা থোইবীবু নংনা মাংহন্‌খ্রবরা
ইচা পিয়ু হঞ্জবা ।" হায়দুনা অঙাওবগুম
নাইজহন্‌বৈ মখুৎ পায়, নোংথোংগুম্না কপ্তুনা
চিংখুবনা চিংউরে। নাইজহনবা কপ্‌খরে ॥
থোইবী হায়বী অদুবু কয়া নুংশিজবনো
মাতুই প্রমান লৈখিদে। নাইজহনবা কোবনা।
পাম্বোইবীগী লাংওন্দো মনং-গন্দা চাওবনি।
চিংখুবনা, মমানা থোইবী মাবু ঙাংবদা
মতু চুংদে থাদোইদো। ইকা অমা লংউবা
ঙম্বা নত্তে থোইবীদা থোযুম লাইবু থোইববী,
চোংলেল্ লালেন্ থাদগী তম্‌ফা য়াইবং চান্‌-ওইবি,
সনা থক্ত' থিল্লুবা মনিদগী থোইববী
থোইবী মাবু, হঞ্জবা— রাশ শাজে পায়দুনা,
তাম্নদুনা ফুবদা সনাই নংগন নিংথিবী
মতিং মতিং পোমইদো। মপু নাইজহনবদা
করি 'মতা হায়ঙমদে। চৈক্ষম অদু নান্দুনা
থাদোই মদোম মকপচৈ। অস্তুক চাল্লি মপুবু।
থোইবী মানা চানবদৈ মপুগীদি থরাইনি।
থোইবী উদবদগী নাইজহনবা অহন্দো

চবা নামা চাহুনা মস্নুই লাইনিংঙকপনি।
'নস্নু কৌখৎচক্কবো' হায়বকপত্নু ভাবদা
য়াথংহুন পলেম শক্ নাইজহন্‌বা নারা-ওহ,
পলেমতুগী মমাংদা হিক্না হিক্না কপথবে ।।
ভৌনরিবা অসিদা অত্তা' মথৈ চংলক্‌এ।
থোইবী কৌখৎলগনি হায়বা ভানবকপদা
হবাওনবে মীয়ামদো। হৌহৌ লোইন চোংখবে।।
কেগে মোইরাং খুল্লক্কী শা উচেক অপূম্বস্নু
পাও অসিবু ভাবদা লোইনা চেল্সিন্নবক্লে।
হৈপাল্-লৈপাল অপূম্বা লোইনা মনা য়ুংখৎলে।
তানরক্লে য়াকম্সি। তম্পাক্‌য়ুম অদোমদা
লোইনা মমায় ওল্লিনৈ হবাওনবে মযামদো।
থাদোই মাগী পাওসিনা অমতবু ওইহুন',
ইন্দ্রি লোইনা ইংনরে নাকোং ইপেন পেন্নবে।।

২

চিংখুবনা—"হঞ্জবা! কবম মত্তমদা ইচা
পিগদগে হাযবিয়ু?—মনাও 'বুংঙো হায়বিয়ু?
ঐদি হৌজিক্‌মক্ পাম্মে?—খোয়াংইবু হায়হুনা
নাত্তোন য়াওনা থকপদি কদায়দগী য়াদগে?—
হয়েং ইম্নুং ভানবদা পিযু হুদি কম্‌দোই?—
য়াম্না চুমই সিমকপু মীবৈবাক্লি থাপইদো।
ঙসি চৎপা হয়েংদা থুংবা হংচিং লাক্কনি

মশেম অতু থুংগনি। অসিমকপু ঐহাক্না
ঙম্বা মথৈ হোৎনগে। খোরি কথেন হাগৎপা
মুমদাং রাইগী মতমদা নজাই 'বেম্মা থুংনবা
পুজবক্কে ননাই ঐ।—ফবে ইপু হঞ্জবা।—
তাবিবরা মমাশা! নহান ঐনা ইচাবু
কাওরেন য়োম্থোকপগুম্না থৌরী মতং অমগা
থাখিবনি ইচাদো।" হায়বম্মগা চিংখুবা,
"ইচা তাংথিহনবা লাই।" হায়না লাইদা শাওবকহ।
মিংতা পিবু তারকই। কপ্প কপ্প যুব্রাজ
ধর্ম্মে মপোক ওইবকই। রাথন স্বন্না তৌরগা—
"ইচাই মতিক চাজবা পোৎচৈ লোইনা হাপথখো!
চাঙাং তৈবা দোলাইস্থু—সনা মযুং মফেল্ ওহ,
ইচাই চবৈ মথৈনে। সনা কপ্প সাত্তিনস্থু,
নহাল্-লৌহৌবশিংদো লোইনা পুখো। অদুগা
অকন্ব ঙাক থন্দুনা নাইজহনবা লোইনখো।"
হায়না খৌবাং তৌহল্লে। নাইজহনবা মুংঙাইরে।
অহন ওইদ হায়বনি—নাইজহনবৈ কোকসি-দি
লোংঙাই-শাইরোংদগীস্থু হেন্না কনবা কোকসিনি।
নাইজহনবৈ কোকসি-না থৎতুনা হেক্ খল্লবা
মনাই তরা মরিগা অহন সিনা চিংতুনা,
নিপা তরা মঙাদো কবো মায়কৈ খোংসানখ্রে ॥
মুমিং হেক ছন্দোকপ-দৈ লাকপসিনা ময়ামদো,
কীরৈদগী পান্নদং লোখোক্তুনা চাবনা,

মহোয পোৎথাবা ওইখি। নুংঙাইবগা লোইননা,
ঊনিংবদা ঙোংতুনা কবো তান্না থৌবকপা,
নুমিৎ তাগদবহু পুং অনিবোম রাৎপদা,
তন্‌বা তবা মঙাদো কবো খুন্নদা য়োরে ॥
কবো লৈপাক অসিনা 'সংবা তমফা ওইবকই।
নোংচুপ থংবা মায়কৈদৈ কোবৌ সনা মঙান্না
'সংব, তমফা থক-তুদা তাবকপদো য়েংবদা
মিৎফম হোংবা য়াখিদে কবো লৈপাক নিংথিবা।
নোংপোক থংবা মায়কৈদা লোইবী মানা ভমথৈ ওই।
চিংগী চিংখোং অতুদা লোাশ পাৎনা মিক্সেন ওই।
লোইবী মাগী শকফমদো কেনা য়েংই মিক্সেন্দা।
শৌশি পাৎতা থম্বান্না ভকশম চেপ্পা ভাইরগা
চিংজাওহুগী খোইমুনা থম্বান পুক্লিং থৌগৎলি।
অকুৎপদা পাৎনা ওহ অতোংবদা চিংনা ওই।
নম্‌নেম হুইথবকপদা তুমু মাবু লেপ্পুনা
মথান তুনা য়েংবদি পুক্লিং রাথন পোকহল্লি।
অপাম নুংশি কাইনব মাগী মচাক হেহ্লল্লি
পালেম পস্থৌ কাযনবা মপ মমা নিংশিংই।
মপু ওহবা থম্রাহগী ঈশ্বরগী চোবোন্দা
ভক্তি লেবা জাবনা ভক্তি মথোন কারকই।
কবি শিংনা টবগা বীনা পাণি মমাগী
বানা থোঞ্জেন তারকই। তাইবং মীগী য়েংনবা
থোযুম লাইনা লুনমক্ শেম্বিরম্বা লম্‌দম্‌দি

তুমু লৈপাক অছুনি। হৈগী লৈগী পাম্বীদা
হৈবাং লৈবাং শাংলিবা। উচেক খোউমু সংগুগী
য়ারা শৈশক তাবদা ময়াম অছু মুন্থবে ।।
চিংদা তমদা হৌবিবা পামেন নেমেম তৌবদা
উগী লৈনা শাংপনে। মালং থংগোন খোংথাংনা
লিবি লিরি ছুম্নকপা চংত নম্বু চংন-উই
সংনা লেংলেং চংলকই ।। কবো অংগো চিংগী-লৈ,
কবো চকৃপী উথাও-লৈ, লোইবী চৗংয়া কবোক-লৈ,
লবুক্ লৈরি তোল্-লোংবী, লাপ্প-মনম্ ফব-লৈ,
নাগেশ্বর মনমগা লোইনরবা চিংদগী
ছুমথরকপা অছুগ চিংগী তমগী লৈবাংগী
মনম অনি য়েংনবা ঐনা হেল্লি হায়সন্নু
ঐনা হেল্লি হায়সন্নু থোক্লবকপা মতাদো
কবোশিংনা য়েংজবি। খুন্নুদাগী চিংজিন্দা
নিপা তবা মডাদো চিংজিন-খুংবু ওইছুনা
অছুম উংলে লেপখবে। অসিগুম্বা লমদমগী
মুংশিববা মুংশিংন' নোংমা নোংমা থোগাই পু,
থাদোই থৌগন তৌজরি ।। খোয়ুম লাইনা তাকতুনা
পাম্বোইবীগী লাংঙানদো কবো থাদোক্লদোবে
হায়না লোইন' তারবোই। "হয়েং ইন্নুং ঙানবদা
থাদোই লেংখবগনি মপাম লমদম মোইরাংদা।
ঙসি ইন্নুং মডাইবে মুবা থৌগল তৌদোবা।"
হায়নছুনা কবোগী হৈবাং লেবাং লৈবনা

মাগী মাগী মনম্‌দো, হোরেন হয়েং হায়নবা
লৈখিদবে—থানখ্রে মহৌশা কৌবী কবো,
অবৈ মথৈ শেংথরে। গুমিং অত্তুই ফীজোন্দো
থাদোই গুণনা ওইববোই—কবো মাগী শকফমদো,
মতুংদস্থ লাক্‌-অবোই মাংলম চৎস্থ থোকখিদ্রি।
লুপা তাংগ মথক্তা অশংব মনি তা-গুম
কবো লৈপাক ফজবে মতা অমা ওইথবে॥
মোইবাং তবা মঙাদো—'থোইগী মোইবাং মুংঙাইতে,
ইশিং থুম্মে পংথুম থুম, কালেন্দা লৈক্রক চৎলি॥
কয়া নিংথিজরিবা! চিং অসি য়েংউনেসে,
পাকৈত্তে থম্বান ময়াম-সে, চিংয়া অসে—তম্‌-অসে।"
সুম্না থাগৎনবকই। সুম্না ঙাহাক লৈবগা
সিনা ঙাক্সু য়ারক্তে, চাক্‌ লাম্নবক্লবোইরে।
চয়োম থোক্ল' চানবে॥ হঙ্গবনা—"ইনাওশা!
এথোই ইখোন তাবগা ইবেম্মস্থ মুংঙাইনি।
যুম্‌ সিদা লৈয়াইবস্থ তশেংনা হেকস্থ থংদে।
ইশৈ শকউ।" হায়বকই। নিপা 'মনা ইশৈত্থু
কবো কোম্নুং য়েংতুনা মিৎতা পি-মক তাতুনা
পুক্লিং ময়োন চোংনদি শৎই মুমদাং ব্লাইহুদা।—
"কেগে মোইরাং কোম্নুংদা লৈবাং নংবু শাৎপ-লৈ,
তমপাক য়ুমদা হোব-লৈ ময়ুম মোইরাং লমদম্‌দা
নমাম্নবা লৈতবৈ নমাম্নবা লৈবদা
সেম্বী পুংদা শাংথিবী, শিঙেন ননম তাদবা

মোইবাং 'খোইদি কুইথরে। মোইরাং 'খোইন ব্লানরে।
খোইগী মপাও পুরকই। পলেম পম্বৌ অনিগী
তাওজিং মপাও য়াওরকই, খোইগী মখোন তানদি
নৈরাং লেংথোকপিবকউ।" অসি হায়না শক্লকই॥
মতম সিমক থোইবীদি তুমু নিংথৌ নাক্ত নৈ।
তুমু মানা—"ইবেম্মা; মঙ্ খুনবদা হৈবিনি,
ইপা মঙ-'মা মঙইনে খঙঙমগনি ইচাদি? -
পম্বৌ 'বুংঙো থংজদে, অতুমকপু তানিংই।—
সিনি মঙ্ দো ইবেম্ম,—ইপাই সম্বো' পাংবদা
পামেল অমা তৌববু উশক খংদে ইপানা,
ব্লাংখ্রে চাংখ্রে, মশাদি অমা ফক্-ফাও লোংঙমদে
মতোনদগী হেন্দেনে মতোন্দা মতোন তুদা,
মেনৈ-নৈস্না-মুংজুম্-পান কদাম্বা নৈনুংশি-নি
নৈদো চবোং 'মা শাংলি। ইপানা 'নৈ নংবুনে
নিংথি ফজে অসিবু হেক্লবদি ঙম্মোইদো'।
সুম্না খল্লি মঙ-তুদা। খংহৌদানা নৈ অতু
ইরেন তপ্ন-কেল্লকই। ইপা' পায়গে তৌবদা,
মায়কৈ সি-দনি হায়ব' খংদে 'হাই, হাই কনানো?
নৈরাং অতু শোকউন্ন মপু নৈবা নৈরাংনি।'
হায়না ইবেন লাওবকই। শাওরতুনা ইপানা,
নৈ অতুদি পায়দরি কোইন' সুম্না য়েঙ্ভিঙউৈ,
চৈরকসিদা নিপাদো মোইরাং নোংবাম্নি হায়এ
নৈসি লোগে তৌবদা কঞ্জাও অমা লাকতুনা

নোংবান তুবু তান্নখ্রে মখা পাংনা তান্নখি।
সিগী চৈরক অসিদা, ইমাক অঙাং নোংম্নাইনি
হায়বোই তৌই নিপাদো লৈতু লোরে অতুগা—
মাগী মাওবী পোংশং থক্ লাবা লুকোই সলাইথোং
কোয়েৎ থক্কা থেৎখরে। অতুগা তম্না লাওরমই—
'নহোয় নতিক লৈবরা। লৈরাং অসি ঐগীনি,
খংদ-উদ খংহৌরো হায়রম্মগা চৎখিদো।
অসাই নোংবান তানখিবা কৈতু অমুক লাকতুনা
নোংম্নাই মাংদা কুপ্লুরে তোংউ হায়বা মতা-ওই।
খম্বা কৈতু তোংথৎলি। কৈ অতুনা পুতুনা
নোংম্নাই মাবু ময়মদা ইরেন্ থিঞ্জিল্লুরগা
পাম্ব তম্না হনখরে। থাংজিং লাইকোন-নুংতুদা
পাম্ব মাবু চংশিন্থি!—হায়ু হায়ু ইবেম্মা!
ইপাই লৈপাক অসিদি পণ্ডিৎ লৈত লৈপাক্নি,
ইমোম মঙ্সি করিনো? ঙাঙেঙাই মচা ইবেম্মা
থোংবী লৈদ তক্কুনা মম্না থল্লি মঙ্-অদো।
থোয়মুম মানা খংহন্দ মঙ্ অসিগী মরম্সে॥
"ইপাই 'বুংঙো খংজদ্রে, নচা অপংবিনিনা,
মঙ্গী মরোন অসিবু পম্বৌ চোরোন্ তাকপিরো!—
ইপাইবেম্মা খনখোদা!—পম্বৌ নমোম খংদরে।
ঐনা অতুক খন্বদা—নমাক খুমন লমজাবু
শানা কৈনা শোকপরা?—কদাইদগীনো থোইবী!
ইমোম নংদি খংজ্রবোই?—ইপাই 'বুংঙো খংদরে!—

অফবনি ইবেম্মা !—পম্বো 'বুংঙো তাকপিসি,
নমোম মবম তানিঙেঙ ?—উদো কবো মোইরাংনি,
লৈরাংচুনা নংনিদো। উতোন চুনা কবোনি
মউচুনা মোইরাংনি। মঙ্গী মতা হায়রদি
লোই কৌথৎপা য়াবক্লে। মুরা নংগী লমথাংদা
লাংলৌ অমতংদদি লৈবা থোকই মাচুসু
অচুনদি চৎনরোই। থাংজিং মাগী থৌজান্না
থোংনা চৎনা খুমন্দা য়োথো হায়বা থোকইদো।—
পম্বো নমোম মুংঙাইবে!—ইমোম থোইবী মুংঙাইজো
নপা ঐগী য়াথংসে থোয়ুম মানা কুসন্নু। –
ইপাই 'বুংঙো ?—ইবেম্মা !–ঙাহাক্লা চেপ্ পিয়ুনা।—
করিগীনো ইবেম্মা ? – মঙ্ অসি মুংঙাইত্রিবন,
অমুক্তগা মঙ্ বিথো। –করি য়ানো ইবেম্মা,
মাচুদি কৈদৈ য়ানি।" স্নুম্না হায়নরিঙৈদা
মোইরাং তরা মঙানা খুনুদাদা শকপদো,
তাবে থোইবী মহাক্লা।—"হীঃ—করিনো পম্বোবু!—
করি দোরে ইবেম্মা ?–থোন্‌ফম্ অসি তাবিয়ু,
ইপাম মোইরাং থোন্-নৎত্রা ?—হীঃ মানিনা ইবেম্মা।—
ঙাইথো পম্বো তাথিসি।" স্নুম্না হায়না তাবকই।
মোইরাং নিপা অচুনা অমুক হন্না শক্লকই।
মপা মচা তাথবে। "মানি ইপা ইবুংঙো,
নমোম ঐবু থিবনি অমুক্তা থোকচক্লগে ?—
থোকউ হায়রে তুমুনা॥ লোইবী মাগী তমথবা

কবো কোন্নুং শাবনা পুক্লিং হুন-ওইবিবা
কবো খববান্ থক্-তুদা লেংথোরক্এ থোইবীনা।
লৈপাক্লা তাবা লৈপল্ লৈচিল অত্থু পায়ত্থুনা
খুন্নুদা-গী মায়কৈবোম ন্নবা মিৎয়েং তম্মকই।
চাঙাং তৈবা দোলাইনে মাগী পোৎলোই থিবিক্লে
নিপা তরা মঙাগা লৈবিবদো উরক্লে।
তরা মঙা হুনস্থ সনাহ লিক্লাং য়ানবগুম
থাদোই মাবু উজরে।—"হবেম্মনি নুংশিদা,
রাবংবোইদা কুচুসে য়াম্না মক্না উরেদা।"
ডাংনৈ তবা মঙানা। ইবেম্মস্থ খংঙকহ—
"ইপাই মনাই মাল্লিনা, তৌরকইবা অসিবু
পম্থৌ মাবু লাকপরা পলেম ওইবী মহাক্না,
ইম্হান শিংলা কনানো।" খল্লুরগা থাদোইনা
"ইমা" হায়না কৌবকই মিৎতা পিবু তারকই।
"ঐমক্তা কৌজবগে খংত্রমাল্লে ঐসিবু।"
খল্লত্থুনা থাদোইনা তাম্না নায়ৈ খোনগুম্বী
হারি মানবী সোবনা—"খুন্নুদা-গী চিংজিন্দা,
কায়দোং ওইবা থোইতদা, রারোই চিংগী থোইরা-শা!
থোইগী কুচু য়েংবদা ইপাম মোইরাং থোই-মাল্লি।
ঐদি মোহরাং তম্পাক-যুম, রাংগোন পুখ্রি চাওগোই-মুং,
শাৎচবিদি খম্বান-নি! সেম্বী পুংদি ওইবনা
ঐগী ইশক খংত্রবোহ, শিঙেন-থাদোই খম্বান-নি।"
হায়না থোইবী কৌরকহ। "মানিনা ইবেম্মনি।"

হায়বত্তুনা ময়ামদো চেন্সিল্লক্লে থোইবীদা ।।
নাইজহনবা মপুনা থামেন্-চৎপা অত্তগা
লমথাং খুৎলৎ যেৎপনে গুনবু লৈনা উবকপা,
মতৌ অত্তু উবদা অহানবদা ওকউরে,
মমৈ থংদা থংজবে । মপু মশক খংলবা
নল্লক্লবা অত্তুদা—"ইপু । ইপু ! চেনগন্নু !
চেনগন্নুনে ত্তুনিনে ।" থাদোই ত্তোইরাও লাওরকই ।
থাদোই মাস্তু চেন্থোবক্লে—নিপা ত্তবা মবিদো
থাদোই মখোং পায়ত্তনা কোংয়াং ওইনা তাকরে ।
নাইজহনবা মপুদো থাদোই লোক্-লৌ কোন্দুনা,
মস্থ মপু কপ্লবে । ইবেম্মগী স্না-খুৎনা,
ত্তবা মরি চিথংলে । হবেম্মনা—"ইপুখোই !
ব্রাবিরুদ্ধ ঐহাক্কী ইবাইবক্লা থোকপনি ।
ওসি তৌরকইবসিবু কবিগীনো ইপু ?
ইমা লাক্কনি হাযব্রা ? পোৎলোই সিদি ইমাক্কনি !
কবি নো, ইবেম্মৈনি !—কবি হায়না ঐগীদে,
পলেম পম্থৌ আননা থোইবা ঐগী ইপোৎনি
থিন্থক্রুবো হায়বব ?—কবি থ্রানো ইবেম্মা !
পাবুং সনা ম্নাথংনা হৌজিক লেংথৎলগনি
দোলাই সিদা তোংনবা ইবেম্মগী পুরকই ।—
ফবে, ইপু মুংঙাহরে, ব্রা মতদি হংজগে,—
পম্থৌ লিংজেন থাবনি কাবগীদি কারনি ;
আদোমদদি যুম-কৈগী পাওদি থংনববরা ?

( ময়াম পুমুংক ডক্লরে—নাইজহনবা হেক থংই )
মাতুঙ্গীদি ইপুখোই মুম্না ভারক থংলক্রে।
পাবুং' মণ্ডদা উবে হায়—থুনা কৌথৎলুরো হায়;
মাতুঙগী লাকপনি, ঐখোইগী তুংদা অমুক
ভাংন লাক্লবিগদ্রা।—তুদি ইপু ব্রাবেকো।
পাপ চেল্লবী ইস্নুংলাং ঐ পাক হেক চংপদিনে,
চুম্মোহন্দমাল্লে ইপু! পাও অমুক্তুং হনবিরু!
নোংয়াক্ত নাক্ত ঘোবদা য়াবোইদবা লৈরবা,
কাজববোই নস্নুদি। কবো পুংদা অস্নুম্মা
শিজবগে। হঞ্জব।—য়াম্না চুমই ইবেম্মা,
অতুদি কবম্ দৌনি!" হায়নৈ মযাম ব্রানবে।
অকনব অমা যাওবি—পাওহন্‌বা তারবদি
শোইদে মান চংকনি। মানা থল্লে—"মীনস্না,
তুগী পাপ্তি লৈগনি— কোম্না কোম্না কোক্লগে।"
মান হায়রে।—"হঞ্জবা! মাতু কাব ব্রাকরি!
তাবে ঐনা লোইনবা।—করি হায়না ভাদ-বু।"
থোইবী হুৎ লৈশিল্লকই —"কপ্লকপদি মমৈদনি,
ব্রাদি হান্না ভাংনখ্রে। মতম অতু ইতোমদা
চোবোন থোগন্ তোন-লৈ।—'ইচা মদোম পোকপবু
কবো লোইদা থাখবে। ঐগী ইবুক অসিদা
যাম্না নুংভাইবকতরে 'হায়রতুনা ভাংনরে।—
কবম হায়তুনা তাদা?—সিনি মজা ইবেম্মা।—
'নো বান হায়বা নশাক্কী মীচ চংউবদগী

অস্তুক য়াম্বা কায়বনি। ইকাইবমম্তু পোকখি
অয়াম্বনি তুনম্তু। হচাহ মশক উত্রিফাও
ঐদি চাকস্তু চাববোই।' হায়না লুকৃতু হাদবে
মঙ্দা টরে হায়তুনা কপ্প লৈপাক তাবদি
কাইন থংগী ৱাকম্নি। হান্ন লোইরে ঐ তায়দো।"
হায়না ৱাতু শাতুনা নিপা তুনা তম্মকই।
মজাহ বেম্মা থাজবে।—"নুংঙাহবেদা তাদবু—
ফবে ইপু অতুদি, ঐ ৱা 'মতা হংজগে ?—
হাযু সনা কবিনো ?—না-য়েক-য়াইবা তাববা
ঐখোইগীদো হপুখোই ?"—অতৈ 'মতা থুমহৌদে
নিপা তুনা—"ইবেম্মা! নাবা য়েকপা হায়রুনু!
কবি হায়না তাদবু ?—ইবেম্মনা অসোমদা
লেংখিডৈগা 'বুংঙোদি হকচাং য়াম্না ফগৎলে।
নহান কাংজে য়াওইনে, লৈশাবী মৌ ময়াম্না
পোৎলান হৈবান তৌতুনা"- ময়াম অতুম্তু থম্নে—
"শরোইবরা হবোশা মানা হায়রিবসিবো।"
ৱাদি থক্ তায়দোরুদে। মজাইবেম্মনা—"ইপু!
শান্দ শান্নবরনে ?—হোয়, ইবেম্মা ইপুদি
চৎপ মক্তি চৎলুদে তাবগুম্দি তৌই হোয়।
চৎখোক-তেদো 'পুনদি।—তুদি তাদ ঐখোইগি,
নয়াম্বরা ননাও-রা, কনাম্তু লানবিদবো ?—
লাল্লি লাল্লি ইবেম্মা।—তাদ কনানা লাল্লি ?"
নিপা সিনা সিৱাইদা—"মাসিদি লুইদা থল্লি।

লকক্ তৌই অতুগা—"হৈ লৈ পান্নিনি
ইবুংঙোদা লান্‌বনি !—তাদ কনানা লাল্লি ?—
ঙাঙৌ লৈকাই রোমদগী লৈশাবীনি অনিদো,
ইবেম্মগী মখাদা নিংথিজৈদা মোইরাংদা !
কম্ন লাল্লি অত্তুদে ?" নিপা তুনা খনবনা—
মরুপ মপাং খিবিক্লা মীরাইবোইরে হায়রনি
খনজতুনা হায়রকই—"পান্না ইল্লি অত্তুগা
নুরা শিংগী খুৎ-মক্লা লৈরাং অদো চিনবিদো !—
অওইবরনে তাদ ?—মানি ইবেম্মা চিল্লি,
পান্ন অতুস্তু ইল্লি !—য়াম্না নুংঙাইরিবোইরে !
সোন্দক শোল্লে খোইবীনা । নাইজহন্‌বনা উরে—
"দং-মচিন্‌ খিবাইবুনে য়ৈম্ন মাসি ।" হায়তুনা
নিপা তুবু চৈবিরে । মজাইবেম্মনা খামৃই ।
য়ৈবমক্তি য়ৈদরে । ইবেম্মনা --"তাদ সে,
ইশৈ তৌরম্নবদি নুংঙাইখরনিদা ।" হায় ।
"অসাইগীতু ননাইনি ব্লারিম্ন তৌজৈ ।" হায়না
নিপা 'মনা খুম্মকই । বসন্তগী পাও-বুবা
কোকিন্‌ মখোন তাবদা লৈরাং পুকচেন ওল্লবী
মোমোন মোমোন নোকচরে । ময়াম তুম্ন নোকচরে ।
হরাওনরে মুংশিনৈ । স্নুম্না তৌনা চংখরে ।
ব্লারম পুম্বা হায়নরে । ব্লারি ব্লাতাই শানরে ।
তুমু নিংথৌ মপানা—"ইচাইবেম্মা কারনি,
কুঙ্গম তৌনি থৌরাং তৌ" হায়রে । থৌরাং তৌরিঙৈ

মুমিৎ তাখিগদোবা মতম অদু নক্লক্লে ॥

৩

নূরা মজা ইবেম্মা, মকোং ফনেক ভোংথবে।
'ভাংবা 'ভোবা হৎলবা ফীগে ফীবান অদুনা
খুবোম থকতা তাবকপা, মকোং থোংলক ফীবান্না
ভান্ফম্ থারৈ কোয়ন্থা -রাহাং চন্দ্রিকা শিংনা
মমৈ থেক্কৎলকপগুম নিংথিজবে শাথান্দো
সনা খুজি ভাবা-গ্ম অহুম অহুম লোন্দুনা
নূরা খুজেং চনথবে। নাইন্ চিংলাই শাব-হাপ্,
সনা ওখ্রৌ চিন্নায়না, লিখাও শাবা সনাগী
চোমায় অনি নাক্-য়েংত তকুপ্ তরেং চিন্থবে ॥
খুমন্ মানা পিখিবা সনাই নাসিকা হাপ্লে।
কজেং লৈনা কোক-থক্তা অদুই মন্নং চন্দুনা
রাঙোং মভু মনিংমা য়েংতা ওইদা থেৎথবে ॥
খুগা চংবি রা শমজেৎ শমজেং তান্নান্ হাংলাক্র।
তুংগী শম্মাং অদুনা শম্মে শমকোক্ মান্নবা—
মপাম কোম্থা ই-গুম্ই না-গা কাইবেন্ ই-গুমই ॥
সাইনোন্' তাবা শমতুনা—লম্লেন কনা হংবকোন্,
সজুং নিংথৌ সদাং লাংমৈ লেম্বগীদি পম্বক্,
পান্ফোই লৌ, শিংগা সিন্দম্ লোদা হৌবদি পামেল.
তলা চক্পী উচান-গী মনা মানবী শম্লাংনি ॥
লুমাং তাবা শম-তুনা অউপ্ লাংগী মতানি।

'মুবা নোংদোন থকুগী লৈচিন্ থক্কো থোকপা থা,
লোইদাম মাবু মাঙবী হৈবেম্মগী মায়থোংনা
ঙাম্লে সরৎ থাজগুম সেম্বী মীরৈপুং-হুদা ॥
সনা খুদোপ্ অম-মম খুৎশা খুদিং সিথবে।
থোইদিং মপান্ ঙমজবী নূবাহ্ নাতোন নাকুচিদা
সনায় নাসিকা হাপ্লে। অরাবগী লৈচিন্-সু
শম্থৌ পাওদি মালংবা ভন্না হুমদোকখিবনা
থাদোই মাগী কুচুদা সনা ফদোংবগুম্না
পুম্নং ওইনা লংথবে। হুমাং লিবি কাবনা,
নাতোন নাকচি মাযাথাংশ, সনা হকচাং পুম্বদো,
সনা কোন্দুম থকুতুদা লুপা কোংকুপ্ চাইগুম্লে ॥
থোইবী মশক উবদা কবো ময়াম অহুনা
কেনো কৈনো হায়নরে মমিৎ মনা কুপ্তুবেং।
উদা তোংবা চেক্রা ফাও অথেৎপগুম লেংদরে।
থাদোই মাবু যেংবদা লোইনা পুম্মুন মুনথরে,।
চংনিং থোম্বী মহাবম্ম য়াব মথৈ শেৎথরে ॥
কবো কুম্মে তোফমদা পুং-সেন য়ৈবা হৌথবে।
মোইবাং ভনা মঙানা থোইবী থৌগন্ তৌহুনা—
তুর্গ কৌবী লাইহুগী লাইয়াম থৌগন তৌবগুম
লেংথোক্লক্লে হৈবম্মা। সভা হুদা থুংবদা
পুংসেন য়ৈহুনা স্বর্গ নিংথাই গদোবগুম,
নিল্লম্বদি পুম্বদো নোংযাই ইচিক্-হুন্বগুম
লোইনা পুমৃইং ইংথবে, পুংয়ৈবা, পেনা থোংবা

ক্লংশা সোব কন্‌থিদে চপ্‌ লেপ্তুনা য়েংনথি ॥
ঙসি মুমিং অসিদা নাইজহনবা মপুনা
লেম্মকপদি থেখবে—সঙ্গৈবৈনা শাংলুব
সঙ্গ পামেন্‌-দোঙুম লুম্ন ম'না ফমখবে ॥
তুমু মানা থাগৎলি। "কবো কনা লেবগে—
ইচাই মূর্তি মান্নবা য়েকপা হেবা হৌজিকমক
থৌগল শিংগা লোইননা য়েকউ। ইপাই ইবেম্মা
নিংথিজৈদা ইচাদে!" তুমু মমোম থাগৎলি ॥
থাদোই মূর্তি য়েকখবে। ক'বা ময়াম অদুনা
বোর পিবে থোইবীবু। থোইবী মাম্ম হৌরাওবে ॥
তুমু নিংথৌ মপানা তুমু লৈপাক মাংতুদা—
"ইমোম্ থোইবী নভাসে কৎলবনি ইপানা।
নখুম মোইবাং কমদমদা পুজখবো, য়েংউসে।
মক্কী মরোন শেৎচবে।" হাযবিখরে থোইবীদা।
থাদোই সনা নাক্‌-তুদা চ'নিং মাম্ম চংলকলে ॥
থোইবী মানা—"ইতারোই। নুবা কবি মতৌনো ॥—
মোইবাং চন্নু ইতারোই! ঐ ননাই ওইরবনি,
ইতাই নতুং ইল্লগে। কবি রানা ইতারোই।
ইপা তুমু নিংথৌন' পল্লেম মহাবাণীনা,
ঐগা নংগদা পোকহ। ঐখোই 'নিমক্ মোইবাংদা
লৈথোকলো কবমদোনি। পলেম পম্মৌ সেবাদি
নুর'! কনা তৌবিনি। ইতা সিদা লৈহৌবো।"
হায়না চ'নিং থাম্বাগী খুজেং পায়না চিংশিল্ল।

সিন্নথরে তুমুদা ।। "নপন্ মোইরাং নিংথৌগী
কবো লোইপোৎ কৎপদি—কোন্গে ইমোম ইবেম্মা !
ইচাই লোইপোৎ হান্গেকো ।" হায়রে তুমু মপানা
খুদোন পিরে থাদোইগী । লুপা চাম্না অমস্থু—
"ইমোম থোইবী মাসিনা নত্তাই মমন ইপানা
হল্লবনি লোজরো ।" হায়না পিরে অহুস্থু ।।
থোইবী য়াদে লৌ শীন্নবা লোদ য়াদে হায়হুনা
নমহুনা লুপা পিরে । লুপা য়াঙ্খে লৌহুনা
চংনিং মত্তাই মখুৎতা মচাই 'বেম্মা হাপউরে ।
"লোদ য়াদে" হায়হুনা নম্'না পিরে চংনিংদা ।।
তুমু মানা চিংহুনা অহুক য়াম্বা অহনা
মমা' মচা' কায়ন-গুম—"ঐথোই করম্ লৈহৌনি !
থংন-উন-জরমদা নূরা নংবু ইবেম্মা
ফরম্গনি ঐথোইদি ।" হায়না ময়াম কপ্থরে ।।
তুমু নিংথৌ মপানা—"ইমোম্ ইবেম্মা !—পম্হৌ !—
ইপা ৱা 'মা হায়গেনে ?—ইপাই-বুংঙো তাকপিয়ু !—
মোইরাং থাংজিং লাইমাংদা, ইবুংঙোগা ইচাগা,
জগোই শাই-হায় ইপা-তাম্ন ইবুংঙোদি য়াওদেদো
ইপাই লাইবক খিবনি । ইপা জগোই য়েংনিংই !—
পম্হৌ 'বুংঙো শাজগে । থোইবী ঐনা মোইরাংদা
জগোই শাবদা শেৎপা ফীজেৎমকস্থু মাসিনি ।—
ইপাই ইবেম্মা ফরে ।" হায়রে তুমু হরাওরে ।।
পুং-সেন য়ৈবা হৌথরে বাশী-ঋৗনা খোংথরে ।

পুংলোন চানা থোইবীন জগোই অহু হৌরক্লে।
অন্না, মুংশি, হবাওবা, অকল, অথৌ, অনৌবা
মওং পুম্না উৎতুনা পুং-সেন্ বাশী বীণাদা
তোংডতুনা টংলকপা ভাবোক ময়াম তান্নবকই ॥
জগোইতুগী ধনিনা থক্-খা তুনা তাথবে।
স্বর্গে জগোই শাবিনা জগোই শাবা লেপথবে।
ভাবোক শিংগা থোকতুনা থোইবী জগোই য়েংথবে।
থাদোই জগোই লৌইবদা লাইয়াম সাভা হল্লিরম্ন।
লাইগী জগোই শাবিশিং—ইকাইজবে হায়তুনা
ইন্দ্র মাগী সাভাদা জগোই অমুক শাখিদ্রে
চসি কৌবা মুমিৎতি লাইগী জগোই লেপথরে ॥
জগোই লোইবে হায়তুনা জ্ঞান অমা কাইখিদে
থাদোই মশক য়েংবদা ডুচেক ফাওবা পাইথোক্নে।
তুমু নিংথৌ মপাদা কবে তবা মঙা 'ম
টল্লে। তব মঙাবু "লাংকক কেদ নগোয়দে"
থাগৎনবে অতুগা "চৎলসিরা ঐখোইস্তু।"
শুম্না কয়া ভাংনখি। পুপা ব্রাইখু সনাস্থু,
মীপোৎ মীপোৎ শেমথরে। কাব্রং-লং-মুকি লংগী
চরৈ মখল কয়া 'মা পুমসেম্ শেম্না লোইথবে।
মুমিৎ ময়ুম চংদোবে। থোইবী মমা খুবম্মে
তুমু মপা খুবমমে। থাদোই মাবু কোন্দুনা
নোংথোংবগুম্ কপ্থবে। মমা মপা অনিদো,
কবো খররবান্ ফাওবা কপ্প কপ্প কোন্দুনা

মমোম থোইবী থিল্লকই। ইন্দ্রি পুবা য়াথিদে
মঙ্গাইবেম্মা কপথরে। মচাই মতৌ উবদা
তুমু মতৈ মনাওদো ইন্দ্রি মদোম্ ফাজিন্নৈ।
ইলাই লাইনা তৌহুনা—"ইমোম থোইবী চৎথরো
অহন ওইবা ইপাথোইদি লৈহৌরগে,—নত্তাথোই,
মথোং থরা কন্নবনা থর থাপ্পা থিন্ সন্নু।"
হায়রহুনা লৈহোরে। মচা মাংবা শনবীগুম
ঙাওবে মতৈ মনাওদো। থোইবী মানা লৈরম্বা
মচাই কাদা চংহুনা থোইবী থোইবী কৌহুনা
ওন্নথোহনা কপ্থরে। তুমু নিংথৌ মতাওনা
চিংখুববু চৈথবে। থোইবী প্রেম্-না ঙাওহৌরে।
অঙম অথৌ ময়াম্মা নাইজহন্বা মপুবু
ইকাই খুম্ন-লোইননা থিল্লি। পাথং লৈশাবী
চংনিং-থোম্বী মতানা চিংলহুনা ময়াম্মা
নূবা নাক্তা কোইহুনা ময়াম অসি থোবকই।
লৌশি পাৎনা মিংসেন ওই, কবো তমপাক তাবিবা,
নেম্নেম নেম্নেম তাবকপা নোংপোক মায়কৈ ঙমখৈদা
লোইবী পনগুম লেপ্ইবা। চিংথোং চিংম্বা লমদমদা
পুংতক পুংতক কাব্রংচাক পবেং পবেং হৌরিবা
পুমশং শংনা উবনে। কবো সোবোক অহুনা
ঙৌরোক ঙৌনা থোইথোইনা চিংয়াহুদা থেকইবা।
হুপচিৎ লমদম কয়ানা চিক্পক্ চিক্পক্ উরিবা।
তুথুপ কোনজিন নাহহুনা লম্দম্ মচেৎ কয়ানা

হানৌ লেংলেং চংলিব'। কাওবেন শনগী শল্লুপ্না
মপৈ মপৈ লৈবিবা। চিংগী চিংমাই খুদিংদা
চিংথ্রাও লেনা ভৌবিবা, কুবাও মপান ভাংন-শাং;
নোংচুপ থংবা চিংদোন্দা দিন-মনি কোববা
ভান্থোইরবা মনিনা সংবান্নবা ফীজংথা,
চিংগী খুদা থক-তুদা, অয়াকপা মডান থাদোক;
মেং-নৌনা ভাল্লকপা। চিংন্না কোয়বা থংগোনবা
মালং নেম্নেম চংলকপা। কবো মীয়াম অতুগী
অঙাং, অঙৌ, অশংবা, কালেন ফীদি অপাবা,
থুংশিংতুনা য়ৈরকপা, চবৈ শিংগী মবুকপু
মালং মানা থুগাইবা কায়নবকপা হকচাংগী।—
কুবাক পাইবা মাল্লবপা। নুবা পাথং থিবিক্লে
মীগী মথন্ কয়ানে—নুমদাং রাইরম অসিদা
কবো সোবোক অসিনা ফজথিবা নিংথিব'।—
মন্দাকিণী ইবিক্লা য়োকচরবা স্বর্গগী
নন্দোন কানোন্ লকোন্না লেচু লৈথল কয়ানা
শাংচবদো কান্নদ্রে, য়েংনবদা চমথরে।
কবো খুন্নদা চিংজিন্ কবো মাগী মায়ক্লেনা
স্বর্গ লৈক্লোন হেন্নথবে। কবো মীয়াম অতুনা
ইবেন্মবু য়োমতুনা কবো খুন্নদা চিংজিন্
অসি শাওবা থিল্লক্লে॥ ইবেন্মগী মায়থোংদো
কোরৌ মশক ওইবিবে—কবো থগ্যান ওইবদা
লৈশিল্লকই হায়রকই।—কবো চন্নু ইতারোই,

খোইনৌ মুংশি চান্নবী মরুপ সোভা পুন্নমক !
ইচিন সিনা হায়নিংদে—লোইনরগা নখোইবু
ইপাম মোইরাং য়ৌফাওবা চংলবদি পেনগনি,
লম্‌দম্ থাপ্লে হনবদা ল্লারগনি হনবিরো।
লাইবক থিবি খোইবীদি চৎচরগে মরুপ-শা !”
হায়রম্নগা ইবেম্মা—অম্নুক শাৎপা থম্বান্দা
ইন্নুং লাইজ চোৎপগুম পিগী তরং হৌরকই।
কবো মীয়াম পুম্বদো—মুরা মায়থোং উবদা
ভাংভোই মপাও তাবদা চিংগী চেক্লা চাগুম্না
খুম্নুদা চিংজিন তুদা পুম্নিন নিম্না কবোনা
খোইবী য়েংনা কপ্‌থবে।। চংনিং খোম্বী মতানা—
থাদোই চোরোন কোন্দুনা—“ইমা শকপী ইভারোই,
লেংখ্রনিকো নহাকপো।” হায়রত্তুনা কপ্‌খিবা
মতৌ য়েংবা ঙমখিদ্রে। মথা তাব মথৈদা
মমা মচেম কাঁয়নবা, লেংমান্নবী মথৈনা
চংনিং মানা ল্লাবগা চপমান্ননা ল্লানরে।
কবো ময়াম লৈহৌরে। কবো তরা মঙানে
মোইরাং তরা মঙানে, মুমিৎ ময়ুম চংত্রিদৈ
মজাই ’বেম্মা কারক্লে। নূরা শকপু উরিবা
লম্‌দম্ অত্তু ফাওবত্তু ময়াম অত্তু য়েংহৌই।
উরক্তুবা মতমদা—খুৎতা পায়বা মনিবু,
নাদা চিনবা লৈরাংবু মাংখিবগুম কল্লকই—
ময়াম অত্তু হস্লোই কপথি খোইবী মাই-দমক।।

লেপ্পা লবুক খুজাই-রৌ, লৈঙাং লমদোং লম্নুংশি,
ইরুম্ তুরেন ককচিং পঙ্গাও অয়াঙ্ লমজাউ হৈরোক
সেংথোংপাং-খুঙ্গাম ঙাম্নু-হাই, য়েংওই নাতৈনরে ।।
মাস্তুক থয়াইরোক থয়াই পাম্ফেল-লোক-মাস্তুক য়েংতা,—
মমায় মথা পাংহুনা ব্রাং-হিদেন্ থোইবী লানখ্রে ।
মমায় নোংচুপ ওল্লক্লে । চোম্লাং পোকপী য়ৌথরে ।
মমায় মথা ওনথরে—থাদোই ঙান্বা-চিং য়ৌরে ।।
কেগাম শাবি থুংথরে । লাই মনাই য়েংওইনরে,
চেংবোন মখুম য়ৌথরে । খৈরোই চিংজেং লানথরে ।
থান্-পোকপী এংলোইনরে । ম্নুরান চিংজেং য়ৌথরে ।
মহাদেব লোকচাও-লাল্লে, লিক্লা পোকপী য়ৌরে ।
ফান্দু লোকচাও য়ৌরক্লে; থাদোই ঙাহাক পোথারে ।
ব্রাইথোং ময়াম চংহুনা ইবেম্মবু পোংলাল্লে ।
বোর পিনৈ 'বেম্মনা । অমুক তম্না লেঙক্লে
ব্রাইথোং কৈথেন য়ৌথরে । থা থোংজাও য়েং-লোইনরে ।
মৈনম্বা-খোং, মৈচাকপী খোং থোইবী তম্না লাল্লে ।
ব্রাপোকপী লমদম চংলে লাইকন্ পোকপী য়ৌথরে ।।
উয়ুং তোমজাও পোকপীদে তোংলেম্বা লোকোক য়ৌরে ।
মায় নোংচুপ ওল্লকনা মরাম্বা খোং লাল্লক্লে ।
লোলোই মহাদেবগী চিংউ লম্দম্ য়ৌজরে,
খুরম্নমই থোইবী, লময়েং চিং অমুক য়ৌথরে ।
মোন্দুম স্নুমাং থাংজ কোনিং, হৈবোংথা চংহুনা,
স্নুংপাক থাবী য়ৌরক্লে । লমদম থর চংলগা

মোন্নু শোষ্ট চিংজিন য়ৌরে। কোগ খাংবন্ চৎখরে,
পুকশ্রি পোকপী ৱান্দংন্নু মকাইফম্ পুকশ্রি পোকপী-চৎ,
শবিক চিংগোন লান্দুনা তোকপা-য়েন্‌ফৈ-চিং য়ৌরে ।।
হাপ্‌চা য়েংওইনৈ থোইবী অঙোম্ খোং লান্দুনদি
পুম্নেন্ য়েংওই-নাতৈনৈ—'ঙৌব-তোৱা লুত্নরম্
য়ৌবে। লোক্তুবী হিয়াং তেক্ হিদুম্ য়েং-ওইনরে।
হৈয়্ খোংম্নুং চৎলকৃই থোইবী খব চৎলগা—
মপু নম্ই-পুনম্ চিং—ইথাই চিংজিন য়ৌথবে ।।
সজি খোংগ্রায় লৌহৈবী সজি মানা ইতাক্-লম্,
ফৌওইবীনা ইথাল্ লম্, কোংগ্রেংনদি হি ওইরম্,
কৌথ্রাংগোন্না নৌ-ওই-বম্, নাওসেক্নদি ইকোন্-ফম্,
খম্বাংচাক্লা ই-চিং লম্, লম্নেল্ ইথাই লাম্লক্লে ।।
লম্‌দম্ খব চৎলগা ৱাগা লা-গা থারম্বা,
নূরা মাগী মন্নুংশি ক্ষেব-পুংখোং য়ৌথরে।
লম্‌দম্ অসি য়ৌবদা—"ইপা মনাই ইপুখোই
ঙাহাক পোৎথাখিসিবা।" হায়জরকই থোইবীনা।
মুংশিবেদা ময়াম্না—"ৱারবোইকো ইবেম্মা!
থাসি থাসি।" হায়দুনা লম্‌দম্ পুংখোং অতুদা
পোৎথানবে ময়ামদো। লম্‌দম্ পুক্লিং হুরক্লে ।।
ৱাস্নু ৱাপুং ফাবম্মে লাস্নু লাপুং ফারম্মে।
লাগা ৱাগা উবদা থাদোই পুক্লিং নৌরকই।
ৱাপুং লাপুং অনিনা লোইকুমঙৈদা শরুবা,
ৱাশক ৱাহু নিংশিংলে। 'হুনা মন্ত্র ওইরকই।

অপান্বগী দমক্তা, নুংশি মস্নুং-লাংগীদি
নুরা লাইথুং ওইরুবা অরাবত্থ কোক্লক্লে।
ইরুবগুম শেংলকই। ক্ষেব পুংগী পুংথোংদা
পুক্লিং লাইনা লাইথোবে॥ ভাহাক পোৎথারুরগা
মায়কৈ খুদিং থোইবীনা মায়থোং থাজ লৈত্নুনা
কোয়না কোয়না য়েংলকই। মপাই মনাই মপুদা—
"ইপু! মাসি রাংমুনি! মথাবোমদৈ অসিনা
সুগুম্নু ওইরমাল্লে। নোংচুপ লোম্দৈ অসিনা
হাওতক্নিনে ইপুকো! নহান করবো চৎপদা
উবমদেদো ভসিদি থম্না থম্বান ময়ামসে,
কন্না নিংথি' শাৎলবা!" মপা শকপা মপুদি
নাইজহন্ববা কোবনা মম্নুই মবুক হবাওব
উজবদা হরাওই। "চুমই থোইবা নহান্দি
ইপুথোইস্নু য়েংউদে।" সুন্না রারি শানজৈ॥
অরাংলোমদা য়েংবদা কৈবুল লমজাও অচিকপা।
পুমপাক পারু পুমসং-সং, থমচেৎ মমায় শারিবা,
মালং ইপোম হোবনা সংনা লেং-লেং চৎপদো
থাদোই মানা উবক্লে। লমজাও অসি উবদা—
"ইপু কৈবুল লমজাওসে! থাংগচিংস্নু উরেনে!
'থোইনা শন্ কাবা চৎপা, হৈস্নাম্ মমাং, উচিরা,
লোইনা উরেদো ইপু! য়েংউ ইপু নুংশিদা!—
উরে 'বেম্মা নুংশিদা।" খুমই ভাংনৈ অস্নুম্না॥
কোরৌ মৈশা থাংউবা ভান্নু থারা চাশিংনা

কুমগী ইনৌ তাবদা হুপ্নৌ লেংলেং চৎপদা,
চেক্লা চাকতাজবগুম থাদোই পুক্লিং চেক্লানা
লম্‌দম্‌ কোয়না য়েংলকই। মমৈ থংদা থোইবীনা
মোইরাং লোমদা য়েংলক্লে।—“ইপু মায়কৈ অপুম্বা
ইউ উহনে য়েংউদো, কৈনা নোংপোক চিংথৈদা
চরিবসি কবিনো ? –নপা তুমু নিংথৌগী
মাস্তক চিংনিনে থোইবী।—হীঃ ! মুংশিদকো ইপু !
সিদনিকো ইপুনে লৈরুবদো॥” হায়রকই।
মায়থোং অমুক্‌ লেবকপা নোংচুপ লোমদা থোইবীনা
মোইরাং লম্‌দম্‌ উথিক্লে থংহ নকই হায়বদি,
হাওস্থ বাকপা থৌদেম-চিং, থোংজাই ওম্বা চিং-হুনে,
কেবুন্‌ চিংনে, শপ্লেন-চিং চিংয়াম সিনা থন্‌থরে॥
নিংঙোন ওইনা পোকপনা মপাম লম্‌দম্‌ হায়ববু
উনিংবাদি, মুংশিবা লেম্লে ঙানা লাইজবু
নিংজবগুম নিংবনি অ'সদস্থ নত্তেদো
থোইবী মাগী কাদদি ; অপাম লমদম হায়বসে
চেক্লা ওইবী মথোইগী পোম্বী তুংনজফম্নি।
লমদম অনি সুপ্লবা অপাম্‌-মপাম লমদম্বু
চিংনা থনখিবসিদা থম্লুরিবা চিংহুবু,
থাদোই নিন্দা তৌরকই, ইবেম্মনা চৈরকই—
“ইপাম লমদম য়েংবদি চিং নথোইনা থনবিরে।
থোংজাই ওম্বা চিংনিদি হায়ররোইদো ঐহাক্না,
থোইবা কৌব ঐসিগী মিৎয়েং সম নাওথন্‌-চিং

নিংঙোন বৈরি চিংনিদি—হায়রগেকো নথোইবু।”
মুংডাইথিদে থোইবীনা ।। নোংচুপ পাংনা য়েংবদা—
উরে—সন্দোং-মুবিবা-য়াঙম্-থেন্-উমুং তোম্জাও ।।
অপাম্বনা য়োম্বনা মুংশি মৈনা কাবদি,
উরু উরু খুদিংদা মাগী মৈদা মহেল্লি
লমদম ইচিক হুনবদা মায়কৈ অসি য়েংহুনা
অচিকপদি লোক্তগী তাম্না নায়ৈ থোন্-গুম্না,
মুরা শৈশক তম্মকই—“পোক্লেন পোকপগী লমদম
মুরিবদা হৌবিবা, উমুং পাম্বী নথোইস্সু
পামেন নাপুং কাবম্মে। নংনা নাপুং ফাবগুম,—
অপাম্ কাদা থুংজগে লাইব-শংদা য়োজগে।—
ঐ লাকই হায়বসিবু পাম্মু মাবু থংইস্রা,
মাঙ্গ মঙ্-ফাওনরিদ্রা ?” অসি হায়রুবদগী
মায়থোং লৈশিল্লকপদা—থাদোই মানা কাবকপা
লম্বী মতুং ইন্তুনা ক্লাক অনিথক পাইথৎলকই।
থোইবী ক্লাকতু উবদা—“হেস্পাৎ ’মুবা অমুবী,
চেক্লা নহোয় অনিবু মাল্লি সেম্বী পুংদগী।
লমদম কৈদা পাইরিবা ? পোম্বী নথোই অনিদি
য়েংকা ওইগা কায়নদে, হেস্পাৎ য়াইফরিবিনি।
ঐদি নোংদম থিরেদো ইথং মাগা কায়নরে।
ইপাম লমদম য়োদোবা থোংথাং মাল্লি নহোয়দি
ইপাও ’মতা চেঞ্জগে—হাদা চেক্লা পাওহনচেক্!
ডাইবিথোবা ঙাহাক্তা।” হায়না থোক্লবী কৌরক্লে।

পোম্বী মতৌ মনাওদো থোইবী য়াম্না তাবদা
চেক্লা মমায় ওন্সিল্লে—লৈনা লৈনা পাইহনা
থাদোই মপাও ভাইরকই।—ইবেম্মনা—"ইতারোই!
চেক্লা ওইদা থংইবী! মুপী ঐগী মৈসিদি,
মুজা নংদনা থংই, মোয়্ মসেন ওইবনা।
চেক্লা সাগন পান্‌বনা নংনা নমিং তৌইদো।
খুমন লাইর সংহুদা চংবিরম্মু ইতারোই!
'নরনাই-নমেম-মচা কবো মীচাক চাবিদো
কারকহৌরে হায়বম্মু! মুমদাং য়াইদা ইমানগী
লাইর-থরাই থোংজিন্দা ভাইবিরম্মু হায়হুনা।"
মুম্না শৈথারহুনা থোইবী পাওহু চেক্লকই।
থোইবী মপাও মেনবহু হেক লোইবদা কাক-শিংদো
চেংগৈ পাংনা পাইথরে। কাকী মতৌ উবদা
মপাই মনাই, কবোশিং ময়াম অহু ভক্লরে।
থোয়ুম লাইনি হায়নজৈ থাদোই লাংওন্‌ ফবিব্॥
কাক্ অনিনা পায়থিবা চেংগৈ পন্দোন য়োথরে।
খুমন পোলাংথোক-তুদা পাওহন্‌ চেকশিং তোংউরে।
নোইন-নোইনা থোংউরে। খুমন্‌ চম্ন অরেম্বী
নোংয়াই চম্ন পোক্লেম্বী লাইরবীদি থম্নুদো
লাইর থেজাং লাংহুদা মোইথাপ্‌ নাইনা-লৈরমই।
মচন মপোক কবীগী, থাদোই নিংশিংউহুনা,
থোনদি থম্ন্‌ থোক্তানা পিম্নী মতুম মতুম্
তারহুনা কপ্পমই। কাকী মথোব তাকনা

য়েংথোরকই থম্মুদো। মওন মওন থল্লকই।—
"লোইবী পাওহন্ চেক্-ওদা করি পাওনো নহোয়রো?
মুবা ইচন্ ইবেম্মা থাদোই মাগী মপাওরা?
চেক্লা নরোন্দি খংদা তোনখ্রেদকো ঐহাক্তে!—
শাজৌ য়েংডো থোবকউ, ওসি ক্বাকথোং অসিবু,
লৈথাক্কদি মায়দে।" মহু নিংথৌ কোথোকই।
নোংযাই মানা—"ইচেম্মান! ওসিগী ক্বাক অনিসে
ঐথোই' মোইবাংগী মান্দে। করি পাও ওইরিদনো,
চেক্লা মবোন ইবোন্দি খংনদবা কোনিনা।
কবোগী ক্বাক মাল্লিদো, কবোগী পাও ওইববদি,
হে পাওহন্-চেক অনিমক্! লোইবী খুদম্ পিবিরো।
শিব-নাবা কবোগী পাওনি হায়বিববদি
কাইনত্নুনা পাইথোকনৌ। কৌথংপা চংখ্রে হায়বা
তাবদি সিস্সু তাবে। নাদ-য়েক্ক ওইববা,
খুমন্ লাইরশংসিদা থুংলগদৌ লৈরবা।
হে চেক্লা, নথোই অনি পোন্থী চাক্ইন্নবিয়ু।।"
হায়রে খুমন মেঞ্ববে। থম্বৈ মপাও তাবদা
উচেক অনি চাকইন্নৈ। মচিন মৌপা অনিদো
ক্বাকী মতৌ উবদা হরাওজবা লোম্থরে।।



চিংখুবনা—"ওরাংদি মচা কৌব চংহনখ্রে,
ওসি মুয়দাংব্রাই থুংবা ইচা মশক উরনি।"

হায়রবা মবুক অসিনা কোকখ্রে মাগী অরাবা ।
"ইচা থোইবী লাক্লগা কমদোবা" হায়বা সিগী
মশুন মথল থল্লক্লে। তালোই মথৈ কৌন্সিনখ্রে ।
যুবরাজ সংগাইদো থো'বী থোংনাও য়ৈসিনখ্রে
মনাই মশন তাহন্ত্রে। যুব্রাজনা—"তালোইশা !
ইচাসিবু ঐথোহগী য়ুমদা য়োইহল্লমুসি ।"
তালোইশিংনা—"চুমইদো—নহান লোইদা থাখিবা,
লাইব-শংদহ থাবনি। ওসি সিন্থু অহুভাই
থুংজখিসনু 'সোমদা। ঐথোই কোম্না উল্লসি।"
হায়বে হরাও হবাওনা। স্বর্গ পাতাল্ কাম্নরে,
যুব্রাজনা শাওবনা নাকন্দগী থাং সৎলে ।।
মমা মথৈনা অমা মপানা অমবোমদা,
অসিগী য়েৎনবকপা মতম কুহশিল্লক্লে।
মমৈ থংদা মমাশিং তালোই মাপল মাম্নখ্রে।
যুববাজ চোরোন্দা "ঐথোই ননাই মাপন্নি,
থোইবা থুংডব্রিডেদা 'থোইবু হান্না হাৎপিরো।
হমোম থোইবী কৌবিবু থুমন য়ুমদা থুংহনবা,
নৎত্রবদি য়াববোহ।" হায়না চপ্তি মাম্নখ্রে।
শিব নাবা কিথিত্রে। ময়াম অহু কপ্খবে ।।
য়াররোইদৌ উবদা যুবরাজ তপথবে ।—
"ফরে হুদি রা হায়গে—ইবুধৌ থাংজিং পম্না,
নোংবান্দা পিগে হায়না রাশকখবে অহুনা
ঐগী রাশক কোক্লবা য়ারো ঐগী রা অসি ;

ইমোম থোইবী হায়বীসে লৌশিং চাওবী ইচানি।
মালা থোকপা তৌসন্নু। থাংজিং মাগী কৃপানি।
কুন্দী তেরা থা-কাওবা ওকহল্লসি নোংবানবু।"
হায়রে লোমদা লৈথরে। তালোই মন্নাম অহুনা—
"মপু নংগী ননিংনি, তৌনিংবদা তৌবিয়ু
অন্নুম্নদি ওইবদা হোয় হায়বদি ওমজরোই।"
হায়না মন্নাম য়াখিদে। থোইবী পোকপা মমাদি
য়ানা ওাইরি মচাবু থোদৌ অসি উবদা
লৈবা ওমদে ওাওথরে। চিংখুববু য়েংহুনা—
"লাও! ইবুংগো নচাগী গুণ-দি নংদি খংজবোই।—
করি গুণ-নো?—য়েংউসি, নচাদি লাইনি।" হায়না
তালোই মানা চিংহুনা লৈকোল লোমদা থোরক্লে।
মন্নাম অহু য়েংলকই। এংখুরাংবী মমানা—
"ইচা পোকপা য়ুমিংতা; য়েংউ যাত্তি পাম্বীসে,
হরাওহুনা মপুনা 'ইচাই মরুপ ওইজোকো
শাংলু' হায়না থাবনি। হৌমিন্ কামিন্নরকই,
মপুং কানা শাংপনি। ইচা' চংলম্দাই হুদা
লৈরাং শিংগী মথোংদা কপ্পমইদো চংহুনা।
অসুক য়াম্বা লৈরাংসে ওরাং ঋাওবা খুইরুরে।
মানা চংখি মতমদা পোম্ব পোম্ন লৈরুরে
লোইদাম থাবুম অহম্নি। ইচাই-মখুৎ অহুনা
সজিক হুন্খিদবদই শা শন্ পুম্নমক অসি
লোইনা মযাং কংইবা—উদবরা ইবুংকো?—

য়াম্না চুমই ইবেম্মা—!—য়েংউ য়েংউ ইবুংঙো !
লৈরাং মনা ভেকথৎলে। থাবুন অহুম্ চুপ্পবু
চেক্লা অমা ফাওববু পাইরক্লবা অহুবু,
ওসি কোবা অসিদি কয়া নিংথিজরবা!
লৈরাং লোইনা শাৎলক্লে, চেক্লা শিংনা থোঙরে।"
হায়না ময়াম য়েংনরি। মতম অসি মক্তদা
শগোন, শন্ অপুম্বদা খেক্লকই থোংনরকই,
ময়াম অসি তানরে। উনা ম্রানা অপুম্বা
হ্রাওনবা উরক্লে। চিংখুবনা—"তালোইশা!
খঙেড উরে সিমকপু–খোকপা মরাই ভোজনি।"
হায়না লৈথি চিংখুবা। "ঐনা ওম্বা শক্তিদি
ভোগে সৈত লেপ্পবা।" খনথিহুনা মবুক্তা
নোংবান কৌরু হায়হুনা মনাই অনি থাখরে॥
এংখুরাংবী মচেম্মা মনাও নিপান কৌসিনখ্রে।
ম্রাতানখ্রে চাকশংদা। "খুমন ম্রমদা য়োদোবা
চোংথোরকউ কনানো?" হায়নবদা ভোম্বীনা—
"ঐ চৎকে" চোংথোকখরে। এংখুরাংবী মচেম্মা—
"করে হুদি অভোম্বী! 'থোইবী লোইদই কৌথৎখ্রে,
কুম্বী তায় নোংবানবু থাদখরে, অহুগা
হুরা ইচা ইবেম্মা লম্থাংদগী ফাহুনা
অঙোম মাইদা পুসিনখো।' হায়না শিন্নখ্রে হায়।
ঐথোই মাপন্দি য়াদে,—ঐথোই মাপনগী ইরল,
ইবেম্মা-মহারাণী তরা মঙাগী মরল,

ঙকতা খুৎতা শিবিবা সনা মনি মানিকস্থ,
শেংলি চারি অপুম্বা, ফীজেৎ ফাওবা থাকখ্রবোই,
ইপামদগী পুবকপা, নিংথেম য়ুমগী ওইবস্থ,
খুমল মাগী অরৈবা. মপা থোংলেন, নোংথোনবা,
পুম্নমক্কী মবনস্থু, অসিদগী হেন্দুনা,
মোইবাং যুমথোং খুদিংদে নীনি হাযুকো তোম্বী!
য়ানাগনি হায়কো। সমু থোংগী লমন্দো
শিংখ্রবরা হংউকো। শিংলম্‌দবা থোক-অদি,
ঙসিমক্ লোয়্ু গায়ু অঙোম নোংবান হায়বদো।
তগা নুবা ইচা' পুসিল্ল হায়্ু ময়ুমদা।"
হায়রু হায়না তোম্বীবু খুমন মায়দা থাংলে,
নোংবান থুংঙড্রিবৈঙদা নাবোন্দা মচেম শিংনা।
নোংবান পাও ফংলদুনা যুব্রাজগা উন্নবে।
যুব্রাজনা—"কোংয়ানবা! হোবেন ইমোম থোইবীনা
অঙোম নখুবাক্কী নাম্থোকুনা চৎখ্রবা,
মাতু'মা ঐ খংদবে। নংবু কনাস্থ যাদে।
নংনা সিদা লাকপসি যাওব। মুপী ময়ামসে
উহনগন্।" হায়বিবে। নোংবান মযুম কুমথরে॥
'সোমদা খুমন ময়ুমদা তোম্বী থুংউড্রিবৈঙদা
মচিন মোপ্া অনিদো লিনরমই মঙ্-অমা।
য়াবোন পুম্বা হায়নবে। তোম্বী তন্না হনখরে॥
য়াসি মচেম তাহোদে॥—"ইচে ইপাগী লোংঙা
চৈ অমা লৈ হায়বদায়?"—হঙেঙ খম্বা মচেমদা।

মচেম খম্ব কৌবিনা—"করিগীনো ইবুংঙো ?—
ইচে নোংবান লান্দাগে।—হী করিগী ইবুংঙো ?"
ছুংলকপদা মচেনা লোইনা তম্মে ৱা-ফম্সি ।।
খম্বা মচেম্না খামখ্রে। "চেংহি শম্বাল লাংথোকউ
লৌশিং চাওবী চচম্মি। খুমন কৈস্ব ৱারুন্নু,
নোংবান মাগী শক্তিনা ইচল 'বেম্মা ফাবদি
মঙদা থোকু-ওইদবনি য়েংউ নাম্থোরকনি ।
সিবু মশোক্টববদি ইচেম্ নৈবোই মোহরাংদা ।।
অঙোম উব' লুংঙাইবোই।" হায়না খম্বা থামখবে।
খুমন চম্বু মচেম্না পম্থৌ যাত্র মখোংদা
থমই থাংমৈ অমত্তং নিংথিজনা থান্দুনা ।।
অসোমদনা নোংবান্না চাবা লকপা লোইখরে
মাগী তালোই শিংঙ্গদা—"নুপী নখোইদি চংলো,
নুপী নহোয়দি চংলো। মজাই 'বেম্মা লাক্-অনি ।
ঐনা লোই একউবনি 'তুমক পুনক্লগনি।
নহোই থাইগা লোম্নবা মতিক চাব নত্তেদো।
অচুগা 'খোইবু কম্না—লৈ সল্লুরে হায়রগ',
মথা থংবা সংগোইদা নহোয় পুম্বা হোংদোকউ।
ৱাইবম শেংদোক থোংতোকউ তনান্ তনান্ তৌদৌনি ।।
ঐখোই অনিনা হোরেন চংলকপদা নহোয়না
ঐখোইগী মঙ্গোন তৌনি; ঐঙোন্দনা সনা থা,
ইবেম্মদা ইমা কৌ। কাওররোইনা,—কাওনি।"
ত্তায়রে স্বপি ময়ামদো হরাওবনা থৈথরে ;

অপোম্বদা খুত্নম খাবগুম্না ইংজরে ॥
নোংবান শাজোন লোইখরে, পে মাপু খংগংখরে ।
নোংবান ভালোই শিংছ্না মৈদা নেংনা সেবা ভৌ,
লাংগোই কাক্ল ভোংখরে । ভৌব ওম্বা নিপাদো,
পেজাও নারেক খাত্নদা সোয়ারেনগুম লেমছ্না
কুমথখরে কুম্বিদা লৈসোক্পুংদা থুংখবে ॥
নোংবান্না—"সৌবা ইবো, অসি য়াইদা ভাইবসি!—
ফরে।—সৌরা ফীদাদো ফজননে থাদৌনি।"
হায়রে, ফীদা থারক্লে। ফীদা অত্থ খর কুই।
নোংবান্না—"কুহনগম্নু।—য়াদে ইবুংঙো।—ত্থবু
খর মহোংনসিদা।" হায়রে ফজহন্নিংই।
নোংবান মানা ভৌখিবা ধুমোক মতা অত্থমক্
চিং কিম্মগদৌথরে। কেখিবনা নোংবান্দো
কোথ-কোথ ভাংবনা চিম্বান মখা থংবদো
নেৎকদৌরে মথোংনা। নোংবান্না ভৌবা বাপ,
মানা কুংঙাইখিবদি স্বর্গ-পাতাল্ ফাওবক্লে।
"থোইবী মানা পোকচবা নোংবান ঐগী ইচানা
অঙোম নিংথৌ মগুনা অঙোম নিংথৌ ওইরবা,
থোইবী নোংবান অনিনা অহন মতম ওইরকপা,
ইচা নিপানা পোকপা ইস্মুত্থনা ঐথোইবু
সমুত্থনা ত্থক পুরবা।" অসি ফাওবা খনখরে।
খন্‌বগী খম্বা লৈত্রে ॥ নুরা মচা ইবেম্মা,
নহান কুমথিবদদি অরাবনা পোৎলু'-ফা,

মোইরাং কবো চংনবা লম্বী লমথাং অচুগী
লম্দম্ ময়াম অচুবু হংদে থোইনা য়েংঙমদে।
হান্দক কারকপদদি পুক্নিং অমা ওইচুনা
মথং মথং মপুদা হংই, ভাকখি মপুনা।
মত্তৌ অস্মম্ তৌচুনা খেব-পুংদা লৈরিঙৈ,
নোংবান সগোন কান্নবা লৈশোক পুংদা থোংবসে,
থোইবী মানা ভারক্লে। সুম্না ভা' তানা লাকই।
নোংবান মাগী পে-চুনা তেবাদা ঙারিবা,
থোইবী থাপ্না উরক্লে। নাইজহনবা মপুদা—
"অঙোম্ নিংথৌবু ইপু! হৈকা চাবা, ঙা ফাবা
কুম লাকনিকা হায়বা, ভাবিবরা ইপুবো?—
ইবেম্মা! ইপু তাদে।" সুম্না হংনৈ লম্বীদা।
সগোনচুনা খেকপদো থোইবী মানা তাবদা—
"লাংগোই অসে ঐদোনা অপাম্ মুংশি কায়নবোই,
পারি নমোম শেৎনব্রা।" হায়রগুনা থোইবীনা
সগোন চুবু থাচুনা লমহাং শৈশক থারকই।
সুরা মাগী সোরদো পুথিচুনা সগোনগী
নাকোং চক্র অচুদা হাপিরুরে মুংশিংনা॥
সগোন্না—"নংনা নিংবা থুঙেঙা" হায়না পিনরে
থোইবী মাবু বোরসি। থোইবী মানা লৈরিবা
কোংয়ানবনা ঙাইবিবা আন লমদম লাপ্নবা
পুং অনিগী লমদমাব। মাসি নোংবান ঙাইবদা
চহি অমা ওইখরে। মনাই শিংবু তেরাদা

কারদুনা য়েংহল্লি। সুম্না নোংবান ভাইরকই ॥

৫

নাইজহনবা মপুদা—"ওসি হরাও ওয়াম্বা
চাকচা হৈজানববু তৌরিবরা? অদুবু
মীনিন্ কাদি ভাদেদো। পে অমা উরিবসে,
নাপু মনা-লেক্পনি, ইপু অঙোমগী পোনি।
ঐবু পোকপা ইপানা নমথাক তৌবা তারেদো।
পন্থৌ লিংজেন ফত্তেদা। কবো তরা মঙাগা
হঙ্লোরগে ইপুও। নম্ভই ইপাও তম্খিরু
ঐদি মোইরাং চৎলবোহ। লাইরবদ নম্বুদা
লমথাংদগী হঙ্লোবে, ইনমগা লোইননা
লাকও, সেম্বী পুংদুদা, লেরসিদি হায়বিয়ু।"
হায়না থোইবী কপ্লকই। নাইজহনবা রারক্লে,—
"য়েৌদবদি য়াদেসে" মখন্ মখন্ খল্লগা—
"রারুখিনু ইবেম্মা। নিপা ঐখোহ কুম্হ্রানি,
নোংবান মাগা থেংনগে, মীকোক অমা ফাওবনা
খন্নাই হিংলি ফাওবদি থাবোই নোংবান মহাকপু।
সিগী মরক অসিদা খুমন নাক্তা য়োনবা
চৎখ্রো।" হায়রে ময়াম্না। কবো তবা মঙানা—
"ঐখোই হান্না থেংনগে।" য়ারে খবাক লোংদুনা
খাদোই লৌশিং চাওবীনা "মাসিনদি কান্নদে,
নোংবান লেম্নৈ ওইসনু, য়াই থাগে, ভাওহল্লগে,

পামদ-অপাম শাহুনা নোংবান খুৎতৈ লাল্লগে ॥"
লেপ্লে। "কবো ইপুখোই !—ইবেম্মা !—ইপুখোইদি
কাবিরম্মো, হোরেন্দা পোৎয়াম অসি য়াওনদি—
য়াম্না খুদোং চাররোই, থোক্লবনি অমদি।
ঐদি দোলাইদা স্নম্মা—। নোংবান মচিন থিবনি
ইকাইদবা মীনিদো হংলম্‌গনি হোবেম্নে;
লাল্লোনবনি হায়বিযু। ঐবু হংবা মতমদা
লাকহৌবেদা মহায়।" হায়না থোইবী মেনথরে।
থম্বা যুমদা য়োনবা লম্বী অহু তাকতুনা
কবো তবা মডাদো থাগৎথবে হায়না।
নোংবান মাগা থেংনবে—ফরাংজী ফীবুম থাবে,
য়ানা ঙাইবমহ নোংবান্ ঙাহৌ ঙাহৌ অমুক চৎ,
লমদম হুগা চিকপনে নোংবান হায়বা নিপাদো
তবাইবদি নৎতবা তবা' মঙা ঙাংনবে—
"নোংবান হায়হু অসিবা! নিংশিজৈদা মাসিদে।
'থোইগী ইবংঙো হুনা সিদৈ হেল্লিবনিকো।"
থম্ব ঙাংনা লাকপদা, নোংবান হায়া কোরকই—
"হাই হাই নখোয়গী পোৎতো ঐগীদা যোগদান।"
সৌবানা—"চৎথোদা কৈনো মত্তা ইচা চাদনা"।—
নোংবান থোৎইনা তাদে। "কনায মনাই নো, নহোই ?"
অমুক তলাও লাওবকই—সৌবানা "চোপ্লবনি।"
হায়নবিঙে মক্তদা—"নংদি কনাই মীনাইনো,
মীবু মীনাই হায়বদে, য়োল্লিবরা, নংবুহুম্

নৈপে কয়া লৌগপে ?—মহোয় সিদি চাওরেদা !
লৌরা' য়েম্নু কাও ইবো ।—লাও পাবোৎ চৈ অসিনা
নবুক অহু থিংগাইপে ।" নোংবান ডহ্লন হেক্ হৈ—
"ইয়াম্বা শা ! শাওনুদা ; চৎলু ঐ য়া অমতা—
করো কদায়দগীনো ?—'থোইদি তুমুদগীনি ।—
থোইবী হায়রী অহুবু নহোয়বু খং-লাক্পরা ?—
করি থোগী খংদনি । নংদি খংবরা ?—ইহে !
ঐগী মুপী নিদনা !—হোয় ওইরিনি ওইরি'ন ।—
নগোয় ঐ'দা নৈরম্মু—পোংতো লোইনা লৌবিগে ।
নবেম্মগী দমক-কো !—মতিক চাদবা য়ানি,
নহোয় খ্বাইদৈ হেন্নবা নবুংগো অমা লৈরি
মাগী ইবেম্মগীনি । মানা চেন্‌বা কুইরেদা !
নগোয়দি নতিক চাদে ।" য়াঙাং অসি তাবদা
খঙেঙ লৌরা মবুক্তা । চংখ্রে তরা' মঙাদো ।।
ইরোই য়াগী লম্দম্ 'হু ইবেম্মনা তাক্লকই ।
তরা মঙা অসিনা চংথরবা তুং'হুদা
"করিগুম্বা লান্দুনা মোইরাং হায়বা অসিদা
'মুক্ত চংচদরিবা কোবনিনা মহোয়দো,
খংদহুনা লায়না অঙোম্ মাগী ময়মদা
চংউহুনা ।" হায়হুনা ইবেম্মনা য়াহোই ।
থাংজিং কোবা লাই-হুনা থোইবী মিচং ওইথরে ।
ইবেম্মনা য়াহুনা থোয়্মম মাবু খুরখা
উরে চিংউ মহাক্না । করো তরা মঙাদো

থোয়বুম্ মান্না পুন্সিনখ্রে খম্বা মাগী মহুমদা ।।
খুমন মাগী মবুক্তি পুন্নাং ওইনা লাক্তমই ।—
থাদোই মাগী মপাওন্না মালংবব্ ওইরমই
খম্বনা গুপ্তি ওইরে । লমজা মচেম লাইরবী
নুঙ্গায় ময়াথং 'হুনা নোংময়াই মাবু্ কারমই,
গুপ্তি থৌরী ওইহুনা । চংনিংবনা লোইরম্মে ।।—
কবো মীরৈপাক-হুদা থাবুম অহম্ লৈথরে ।
ওসি উচিন্' কারক্লে । নুঙ্গা মানা তোয়রকপা,
খুজিন-নিংস্থ মহায়রকৈ । মমাতোম্না লাকহুনা
মরোন পুম্বা হায়ররে,—নোংবান মখুবাক্তগী
থোইবী মুনবিয়ু হায়না । কমজে তামহ্ মওাইরে
গুপ্তি গুম্না লৈরমই খম্বা মাংগোল লাংহুদা ।।
কবো শিংহ্ উবদা খুমন্,—“ছিঃ—কবো নিনা”
খল্লি । কবোশিংহুনা,—“ইবুংঙো সি, ইবেম্মনা
হায়বা অহ্ মাল্লিবো ; খংদানমক্ চংবদি
চোপকনিদো ইতাওশা । হংগেকো,—হো ইবুংঙো !
পুক্নুং লিন্ন তানবব্ !”—হায়না কোই খম্বব্ ।
“হো” হায়বগা খম্বনা, ঝা তাংদে মথবাক্তা,
মথুংনা কুই মতোমতা ।। 'শিংবা কবো অমবা—
“মানি শোইহন্নে ইতাওশা ;” হায়না ময়াম চংসিনখ্রে ।।
“কাও কাই হাকবা অহব্ ইবুংঙোরা ?” হায়হুনা
হত্তেঙ—“মানি । করম্ লাকই মথোইদে ?—
তুম্মু নিংথৌ নমুনা উজকপানি কমাই 'থোই

ইবেম্মদা ।—হীঃ হায়মু, ইপা চাদে 'য়াম্ব-শা ।"
হায়না থুমই থম্বনা । কবো তরা মঙাদো
হুবাওবনা ঙাওখরে—থুমন চম্নু থম্ম্ বু
হঙেঙ, তাকই থম্বনা । থম্ব-থম্ম্ থুবম্মে ।
"ইবেম্মা স্নুম্ তোঙৌই, নিপা তবা' মঙাগা
নোংবান থে'নবিটৈদা নাম্থোবক্কে হায়হৌই ।"
হায়বনচিংবা লোইনা তম্মে কবো শিংথুনা ।
সোমদা স্নুম্না লৈনরি ॥ থাদো'ই দোলাই তোংথুনা
খুগা তুবেন লানথবে । তিংঙিগুম্না মীপুক-ছ
থবা গুম্না মীপুক-ওন, নোংবান মশক উবদা,
নোংবান মশক টবদা কুমথবক্কে দোলাইদৈ
মজাই 'বেম্মা থোইবীদো । কবো চেক্লা তেম্নবা
চেক্লা-চানা তোবগুম্ নোম-নোম্ লৈদা চংলকই ।
শিঙেন থম্বাল মনানা লৈকং থক্কা তাবগুম্
নৌজববী থোংতুনা চংশিল্লকই নোংবান্দা ।।
নিংথিজখ্রে থোইবীদো চেক্লা টরেংনা তোগুম্ ।
নোংবান মানা পোকপ-দে ইবেম্মগী ঙসিগী
শকক্ষম শাওং অম্নুম্না নিংথিজবা ফজবা
উখিদরি কোংয়ানবা—মীথুং চংনা শেম্নবা
লৈরাং নাচোম ওইথরে । সুস্মাং-থরে নোংবান্দো ॥
থাদোই থোংথাং খুদিংগী নোংবান মঙক চেপ্লকই ।
তাল্লোইনরে মঙকতো । উরে মনাই সোরানা—
"মাঙেঙ নোংবান ঙসিদি" হায়না থনখি মবুক্তা ॥

থাদোই সনা পুক্নিংদা খুমন মাবু খুরম্মে—
"য়ারৌবিয় ইবুংঙো। থংলেন কাদা য়ৌনবা
ননাও লাংজরকপদা ঙসি কুম্থি লমদম্দা
নোংবান পঞ্জাও লান্নবা উপায় থিগে ননাওনা।
পামজদবা নোংবানবু অপাম্-য়াঙাং ঙাংগেকো
মাঙ্গ নংগী দমক্কি।" হায়না হায়না নক্লক্লে।
নোংবান মখুৎনা ফুবে ফীদা মথক অত্তুদা
"সিদা ফম্মো" হাযত্নুনা। ইবেম্মনা—"ঐ সুম্মা
লৈজাগদা।—কদগী, লেংসিল্লকউ।—মায়জৈদা।"
হায়নত্নুনা ইবেম্মা নোংবান ওইদা ক্ষমথরে।
"ইবু' নোংবান সিদদি, কোদৌবিবম্মিবনো?—
'বেম্মা নপা ইবংঙো সনা য়াথং সিদগী
ইবেম্মবু ওল্লগা অংোম ঐগী বোমদা-সুম্,
লেংসিন্নবা হায়ত্নুনা—।" নোংবান কোম্ম হায়রকই।
থাদোই য়া স ভাবদা নৈগুম হৌহ ইন্দ্রিদো।
সনা পুক্নিং যাক্তিল্লে। মোমোন মোমোন নোক্লকই—
"হায়মা ইতে নোংবান" হায়। ইবুংদৈ ইতৈ ওল্লে।
নোংবান মবুকনিংঙ্গুদা—"মনাও 'বুংঙো শিংইদা
নিংঙোন পোকপা মতিক চাই মচা য়াবকপা দৈদা
চাক্মুক্ থোংলেনা সিদে।" চিংখুববু থাগৎলি।
নোংশা ফাবা ঙস্মিবা নোংবান কোবা নিপাদো
মানা থোংপা, হুমিংতো, চাকী মথা ওইথরে।
ইবেম্মবু মানদি চাক্মুক থোংলে নিংবা শাই।

মানা থোংলিবছুদি নোংবান মাদি থংথিরে।
মন্থুং মপান পুমথোংনি। ঙাংনা ঙাংনা অস্লম্মা
নম্মিলকই। থোইবীদা। ইবেম্মনা—"ননাওদি
কবো লাই-কোকচদরি, মীনম ভাবা য়াম্রিবে,
হয়েং ভুং ফাওবা লাইনা সিনা নাওসন্দুননে,
ঐদি মী ওইররোইদো!—চুম্‌হৈ নহায় ইবেম্মা।"
হায় নোংবান হেক হন্দোকই। হন্দোকপগা চৈম্বুনা,
থল্লি মজাই 'বেম্মনা। "য়াসি লমচৎ থংদেদা
মকম মতম চাদানা।" হায়না য়াহু পাক-লৌই
হন্দোকথরে নোংবাম্না। "নোংবান 'পানবা কম্নিনো?—
কৈনো মজা ইবেম্মা?—ঐবু মুংশি হায়বদায়?—
ইস মাহুদি ইবেম্মা, প্রমান কৈদা ভৌক্কনি!—
'হুদি নংবু কবোদা লাকপিবরা নোংমত্তা?—
ইকাইথরেদা সৈত! লম্নাই মচা হায়'হুনি!
কাওবা নত্তে, লাকইনে; হুদা 'হানবা থোংফম্ম দো,
ইথাই ইহৌরকপদা থেংনক্করে, অতুগা
অনিস্থবা থোংফমদি থুগা চাওমনগ্রহুনা!
ইলাক লাকই লাকপদি, উনরমজ্রবনিনা
লাকত্রবা হায়'হুনি হোয়! লাইমক্ মেংনা হায়রদি
ঙসি অস্থম্ লাকপদা ভোর্ব্বান্দনে থোংঙনবু
উরম্মিনি!—হায়নৈনে হোম্নে, অসাই অম'নি,
থোংঙন মত্তা, থোংদাদো—ঐথোইনা হায়নয়বো।"
মুম্মা হায়নৈ। থৌদৌসি কৈম্বু খম্বে বোধ্বান্দি।

সৌরা-মনাইদি খংই। কোংযানবনা—"করিনো!
চৈস্থু-সিবু 'স্তুক লুনা?—ইপা ইমা ইবুংনি,
লিল্-লৈবে মানা তানবি, লাইজ লুবে তাকপিদো,
লম্‌দম্ অসি য়ৌবকপা অপাম কাদা থুংবদি
চৈস্থু মাগী মপাননি অকেম-ফাৎতা করিনো!—
লাইবিক হৈদা ইবেম্মা।" হায নোংবান মতম 'ত্তুদা।
সৌবানা—"হিঃ হৈত্তানা!" হায়। নোংবান কৈস্থু খংদে।
নোংবান চেস্থ থল্লুবে। থম্মে হান্নৈ মফমদা।
"অবোক্স্ ইকুবোকস্থ ইবাইথোই খ.াই তাধনস্থ
রাবৌবিন্থ।" হাযত্তুনা দণ্ডবৎ সজ্রা' কৎলে
নোংবান চৈস্থ খুবাম্ম। মজাইবেম্মদি পেল্লে।
সৌরানা উরুবদা ওম্থাক্ক নাকনিংথ্রবোই—
"ননাই 'খোইস্থ খুবথ্বা য়াইন—চৈস্থ অসিবো?—
য়াই সৌবা লাও থুবম্মো! নবেম্মবু 'খোই-নাক্তা
যোইহনবনি মাহাক্লা, নোংমত্তবু নংনস্থ,
ঐদি ইকাইদো সৌরা! ইবেম্মা ত্তুবু হায়বা।
রা 'মা ফাওবা তৌদোক্কে। মনাহ ওকত্তবা লোইবা
মপু চোম্প মশিন্নি বুদ্ধি লৈত্তে নহোয়নসে।"
হায়রে। মচিন খুমত্তুনা খাংই নোক্লিংখ্রে সৌরা
নোক্লিংবগী মথক্তা অমুক হেন্না নোক্লিংখ্রে॥
ওকত্তা নফী য়েংত্তুনা "হে লাই ওইববা চৈস্থু!
প্যান্স তোলোইবা পিনৌ।" হায়না সৌবা খুরম্মে।
নো বাক্লা—"হাহো মানি মাহুতনি।" হায়রকই।

সৌরামা নোকপা মীনোক ময়ামতু থাংবা য়াত্রে।
নোংবান, মনাই ময়ামস্থ, মজাইবেম্মা ফাওবা
নোক্লিংবাই-তু হেক্ য়োই। নোংবান খংব-দায় লৈতে।
মনাই খাওবুবা রাতানৌ হায়বতু সিদনি।
কুম্বি ভেরা খাসিদা মুমিৎ অদো নোংবাম্মা
মনাই তান-রম্ম'দি ওখাক কান্নরম্বা য়াই ॥
স্থম্না তৌরিডৈসিদা তাগদৌবা মুমিৎতু
পুং মুক্তা মঙাইরক্লে। থোইবী রাখন তৌরক্লে ॥
মপা মনাই শিংতুদা ইঙ্গিত তৌরে থাদোইনা।
মনাইশিংনা তৌরো হায়' হোদোক্লরে ঈঙ্গিৎনা ॥
মালং ইচিক হুনখ্রবা চিক্লবা চিংগী লোক্লুং
'শংবা পামেন মনাঙ্গক্ তাম্না কৌবা চেক্লানা
চেক্লা মদোম খোংবগুম, হারি মানবী মপাও
নোংবান মাবু মেল্লক্লে—"ইতৈ নোংবান!—ইবেম্মা!—
ইচেম্ অন্থম অতুদি?—চংলোদি হায়জরমমে,
চৎপ-মক্তি চংহৌদ্রি।—করি রানো মাতুদে
থোইবী ঐদি ভমজরোই! মুপী ওইবা ঐখোইনা
মুপী হাৎপা হৌনদে। তৌজিকমক্ মী থাবিয়ু।"
থাদোই মরা লোইফাংত্রি, কোংয়ানবনা—"হাই সৌরা!
মী থাও থিল্লে।" হায়তুনা নিপা অনি থাথরে।
নোংবান তালোই শিংতুদা পাও অপুম্বা হায়ক্লরে।
মুপীশিং 'তুনা খঙেঙ—"লাক্-অরোই থোইবীদো,
চৎখ্রবনি ইনাওশা!" হায়রদুনা নোংবানগী

ভাল্লোই অহল অহুনা মনাও অনি থামজিখ্রে ॥
থাদোই অমুক হন্দুনা—"ইতৈ নোংবান !—ইবেম্মা !—
ইকুথোইদি ওসিবু ঐ লাকনি হায়'সিবু
খওওববা ?—কৈদগী !—হুদি কবম্ তোৌগনি ?
রাসি ইকায় কায়বেনা !  ঐদি শক্-'মতা থংদে !—
কবি রানো ইবেম্মা !  ভৌরোক ভৌবী, সনাস্ন
লাক্-লাক্ য়ানবী হমানি চাওদম্ শাংদম্বা মীনি ।
মনাই মুপী কয়ানা তুংদা ইন্দুনা চৎপী
কেগে সনা কথেন্দা কাব্রং য়োনফম্ ককাদা
লেংথোক খোৎতোকতবগী উরিবোইত্রা মহুনি ।—
রা' চাওবী ভৌরোক ভৌবী মিৎ নাম্মদি তাংবরা
ঐনা ওম্নরবরা ?  নত্তে নত্তে কৈদগী !
অহুগা পাবুংদিনে চৈবাপ্তা ফম্ন মীচাও
ভৌরোক ভৌবা—।  হাইমা করি রানোনে,
ঐনা চৈবাপ কারুব্রা !—কবম্ দোনি অহুদে ?—
স্নারৈ পবেংলা কৈনো ! সরিক হেক য়াহ্ললনবিরো !"
হায়না হুনা অমুক্কা হোবেন থোইবী লাকপদা
শক্ থংনরোই হায়বগী পাও অমুক্কা চৎথরে ।
হান্দক নিপা অনি'মা, অসাই 'মমুক অনি'মা
নিপা মরি 'সুখরে, হল্লক্কবে মরিদো ॥
পাওসি হায়রুবে—"শরিক কনা কনাই লৈবগে ।"
হায়হুনা শবিক থিরে ।  লম্নাং মাইবী'-শরিক-তু
হুংউবদা পিরক্কে, মচা সেবোকশিং 'মনা

পুখ্রে হায়রে। সমুগী শরিক অনি পিরকই।
সনারৈ পরেং 'মগা শরিক-তু অম-মম্‌গা
নোংবানগী খরাই-থোংজিন—নাকুয়েৎ অনি থাব্রাংনা
খুরাই-লৈমা-মমানে মপা অঙোম নিংথৌনে
লৈখ্রে থোইবী ঙাইতুনা। সরিক অনি অতুগী
নিল্লকপগী খোঞ্জেল্লা ব্রা ঙাংনা তানদরে।
সরিক্কা লৈগা য়ানবা অরুম্বতু থাংবদা
পুংখাই অমই মন্নুংদা ঙেক্কদোরে ঙকশম-দো।
পুবা ঙমদ্রে হায়রক্কে। "থাঙেচ্চা ইচায়-দমক্কি।"
হায়নতুনা থাংনখ্রে। কুম্বি রোমদা থাদোইনা—
"ইথৈ নোংবান!—ইবেম্মা।—পাও থুংউররিনিনা?—
মরক নত্তে অঙোমদি ব্রাবিরুন্নু ইবেম্মা;
করি 'মত্তা হেক্‌-ব্রাংলোই চিন্তা কা তৌবিরুন্নু।"
হায়না নোংবান ঙংতুনা ব্রাঙাং ককা তৌথংলি।
থাদোই সনা পুক্কিংদা চংফম লম্বী থল্লকই।
"ইথৈ নোংবান-খোইরোমদা করি হৈ পাল্লিবগে?—
করি ব্রানোনে সিজ। পাল্লি লোইনা, ব্রাংতেদা।
হৌক্তিকস্তু য়াম্ পুরকই। খ্বাইগী দমক্কি কৈনো!
হাবিয়্যুনে য়াম্'-লৈখ্রে। অতৈদি চাজনিংদে.
মনম নাইবা চাজগে।" হায়, লৌশিং চাওবী মানা।
নোংবান্‌ঃ মরক সিদা শোল্লিবা মায়োক ব্রাসি,
মপান হায়বা নাইথিদে। মানা হেক শোল্লিমথৈ
সিদ্ধ ইওই ওক্তরকই। মমৈ থংদা শোনবতু,

থাংগ লন্নাইগী পিয়াইন্নু মমাদগী লৌবা
ইনৌ নৌবা মায়োকন্না—'ওংসবি সংতংলো-হাই !
সৌবা ভাবি গ্রোং চংলো, নিঙোন কাদা তেহিং নপ্,
লৈম-কোন্-কোন লৈসিল্লো ।' হায়না নোংবান শোল্লকই,
মখুৎ খুবাক অনিদা, তৈরে মমায় ; তুগা—
"সৌবা হবো কম্‌দৌই ?—সিদ্ধ ওইরে ইবুংঙো ।—
কদায় ! সৌবা করম্না ?—ফজরে ।" হায় সৌরানা ।
ইবেম্মানা—"হচা সিদনা ইতৈ কো'য়ানবা ?—
ইবেম্মা হাওনে সিজ ! সৌরা কদায় ?—" হায়বদা
হেগী চাকপোৎ পুশিল্লে । থাদোই লৌদে য়েং'না লে ।
"হাওনে সিজ করিনো !—হাইমা পিদি পিদানা !"—
হায়, মজা-হবেমমনা । নিংথিজবা মস্তুং 'মা
লৌতুনা পি-নো'বান্না । লৌবে থোইবী হৈ অতু ।
"চাদি চারোহ মনমদা মরৌবগে"—থল্লকই ।
হৈ-তু থমই ফৈবোমদা—"ইতৈ নোংবান আদৈসে !
করি উনো ফজৈদা ।" হায়না খুংনা থিন্দুনা
হং'ই ময়াম অতুদা । "কদায কদায়" হায়তুনা
অওইবোইনা ময়ামদো লোহনা ইয়েং য়েংনরে ।
ময়াম য়েংখ্রিভৈতুদা হেবাং অতু হুন্দোকখ্রে ।।
থিন্দে মজা হবেম্মা—"হাইমাই পেম্মা ঐহাক্তি
কবোরাই হোরেনা ।" হায়রম্বগা থোইবীদো,
ইক্-ইক্ লাওতুনা তুখ্রে নো'বান-ফিদা মথক্তা ।।
নো'বান-মনাই ময়ামদো চেল্লিম্নবদা, 'মতা

চংবিরক্লমু হায়বে। চংইনখিদ্রে নোংবাম্মা।
ফরাংজি ফীদা থক্তা সনাই-হৈবাং কেন্‌বগুম্‌
তিংদম্‌ তা'না লৈবদো নোংবান য়েংবা গুমদরে।
শিদ-শিবরোই নিংঙে। "সোবা! নবেম্মা শিরে!
নবেম্মা উহৌদরা!" হায়ত্তুনা নোংবান মানা
খুয়া লুখুম্‌ চেন্দুনা তেংথাদনা কপ্লক্লে।
সোরানা—"ইহে শোল্লো! কপ্লগবু হিংগত্রা?
চুমই সোরা শোনগেকো।" হায়বে নোংবাম্মা শোল্লে॥
মপাই মনাইশিংত্তদি নোক্লিংবনা লোইখরে।
থাংবা ভম্নবক্তরে, চেন্‌থোক্তুনা ইশিংবু
থিবা, উক্লম থাংজবা শানত্তুনা লৈখরে॥
শোল্লে নোংবান মুমিংত্তো— ওং ভিমবীরেন্‌ শিরো-হাই!
তাওরোগ নাই নমৈ লুপ্লো। "থোংবাল্‌ লাই তিংখাকতগী
লৈতোং সন্দোং ফাওবা-থাই। লোইরে থোইবী নোক্লিংবা।
থাংবা ভমদ্রে লেঙঙকই। সোরানা—"লেংই কান্নৈ
শোল্লো শোল্লো সেলুংবা।" হায়রকপদা নোংবাম্মা
শোংগৎলকপা অত্তুদি মমা খুরাই লৈমগী
মমিং ফাওবা য়াওরক্লে। থাংবা ভমদ্রে থোইবীদো।
মিৎ পাংথোক্লে হোগৎলে —"ঙস ঐদি য়ারুরেদা!
ঐ যোম্‌ য়োজরুবেদো!—'বেম্মা কর্ম্মা লাকই?—
মী অমনা শোল্লি!—এনিনে শোল্লি হায়'দো!—
ঐ যোম্‌ ফাওবা হেক তায়দো। মাইবা য়াম্মা ফবোইরে?—
য়াম্মা তোই হবেম্মা। ইতৈ ঐ লাইথোজগে।"

হায়রে থোইবীনা পাম্ম খুদপ অনিদং পিরে ।
নোংবাম্ম—"সে হবেম্মা ! থোইদৌ অমুকতা পায়গে,
অমুক হৌবকৃত্তনবা ! - মায় কৈস্থ পায়বিবন্থ,
মীনম তার-.হল্লনি । হৈসিত্থন পুথোকপিখ্রো ।
হৈনম্ অসি-শিদোরে—ওক" হেক হায়সিন্নবগা,
সনা খুৎনা চিন্-খুমই । ওই থংবা থাদোহ্ খুৎনা
হাইদোক্লুনা তাক্লকহ্ হে পুথোকখবো হায়না ।
মনাই কৌবা ন াখদে ন"বান ফুক হৌগৎতুনা
লম্ মঙা ঙবামুক্তং হে অত্থ পুথোকউবে ।—
"সৌরা ! তুবেন খোংনু'দা হুন্দোউবো" হায়রকই ।
সৌরা হৈত্থ তাপ্- হক পায় । ময়াম্ ফন্ ফন্ চোংসিনখ্রে
নোংবান মনাহ ময়াম্মা খোংন্নংদা লে'ইনা চারে ।
অয়েনবা য়া ওদবা পোৎ-লাকতুনা চানবা সি
কয়া মফজনদে উবম্ব' য়া ওরবাদ
কাওবা য়াবা পোৎনত্তে । ময়াম অত্থ হল্লক্লে ।
"হুন্দোকউববরা হাহ ! - মনম্ মহাং লাক্কনি ?—
লাকৃওই আদা পুরু্'দা !—করি ?—আদা লোক্লু্ংদা ।"
স্থয়া ঙাহাক নেনরে । .থাইবী' পিবা পাম্ম-দো,
শাইবগা য়োৎপগা ত্থম্ লোইখরে । নোংবান মানা
"ফরবরা ইবেম্মা ?—কদাইদৈনো ফৎতরি,
দোলাইকা ভোংবা লাকপা য়াবোই হুজিক হোরেন ।—
কবোদদি হৌদরা ?—হোই ।—হুদি কম্-দোই ?
পাম্মুইদকো করম্মো ! মুম য়োরগা ফনবা

কোয়ৈ কোয়া খয়সি ঙহাক লেংবা য়ানবা
করি উপায় তৌগনি ? হিদাক লাংথক খংব্রবো ?—
খংই ।—ত্থদি করিনো ?—মীনা পায়রিভুনা স্থম্
খব খর পুবগা, শগোনছ্থ কাংজৈবুংদা
কয়া থোর ফাওবদা হাপ্পা অনিকা হৌদে ।—
ত্থদি, সোরা ! সগোন-দো ।—সগোন পনবদা ইতৈ !
খর য়াংগুম তৌইদ ।—সগোন কারুনে, সোবা !—
হায়রকপদা সোবানা সগোন অদু চিংসিনখ্রে ।
নোংবান' সবোং হাপথরে । "নেৎলো 'বেম্মা !" হায়রবদা
থোইবী সগোন খুবম্মে । লাইস্থ স্থনা খুরম্মে ।
পাম্থোইবীস্থ থুংঙরে । মার্জ্জিংনা সগোন্ সেম্মৈ,
য়াংব্রেম্মা খুর্জ্জি শেল্লে । কৌব্রুনচিংবা লাই-য়াম্
ওমখ্রে সনা হকচাংদা । সয়াংথক্তা লেংথৎলে ।
খুর্জ্জি পায়না চিঙঙকই নোংবান মানা থাদোইগী ।
থাদোই মঙক চেপ্পদা লৈশিল্লকই নোংবান্না,
ঙাকই । থোইবীনা শাজৈ ফৎ লাওন' হেক থারকই ।
সগোন মথোংনা নোংবান-খুবাইদ' কাক্ হেক শোকথবে ।
ইবেম্মনা—"ইতৈবু শোল্লমাল্লে খুরাইদো ?—
শোকচসনু ইবেম্মা ।—ঐ অমুকতা সোঞ্জগে ?—
ফৈ ইবেম্মা শোনবিয়ু ।" হায়বে সগোন খুনেংতা
নোংবান মথোং থাংগৎলে । খুর্জ্জি লৌরে থোইবীনা ।
ইবেম্মনা—"হাই-হাই তাও ! য়ানবগী খুরাইও ।
চেরে ওল্লো চিংথেকও ।' হায়না শোল্লে মন্ত্রদি ।

ঈচু খরে—নোংবাম্না "হৈদা" হায়না খঙখি।
থোইবীনা পানা মতপ অমা পিরে নোংবান্দা—
"ননাও সগোন তোংজগে ইতৈ দোলাই তোংবিরো।"
হায়রে। নোংবান হরাওই। থাদোই মাগী দোলাইদা
কোংয়ানবনা তোংখবে কোংয়ানবগী শগোল্মা
থোইবী মানা তোঙভরে। শগোল্মা মাংদা থারে
দোলাইনা তুংদা চৎলি। ফৈদোম অনি থোদোকই
ফৈদোম অমা হঞ্জিল্লি ফৈদোম অহুম থোদোকই
অম মথাই হঞ্জিল্লি। পবি অমা থোদোকই
সংভম অনি হঞ্জিল্লি। থাদোই স্নুম্না লাকম্মিরে।
মতম সিদা নোংবাম্না শাজখিবা ভাব-অদু
শকচখিবা ইশৈদু লোইরে পুমশা শাহুনা।—
"জগোই মকোক চিংহনগে, কুমশিদি লৈশাবীগী,
মশম হেক হাইগৎপদা মোগী অমুক লিংখৎকে।
নুপী পালা দোহার তৌহন্গে ঐ পুং য়ৈগে।
খুবাক ইশৈশু তোগে, ঐনা হেকতা তম্বিনি॥"
সিগী রাগ তোবনা পুমশা শারে লোইখরে।
নোংবাম্না শকখিবদি—থৎখ্রিবা পুংনা কয়া
হাইবনে হুম্বনে—দোলাই তোংই হায়বা কাওরে।
দোলাই লেং মরিত্তুনা "চৎপা য়াত্রে ইবুংঙো।"
ফনা লাওজে তাখিদে। হৌগৎতুনা জগোই শাই।
মমিৎ-তুদি থোইবীদা, দোলাই লেংকা য়েংখিত্রে।
দোলাই লেংশিং তানরে। মথোই মরি কুম্বরে।

লৈশোবুং মতোন 'মদা দোলাইদু ইরেন-খম্মে
তাদনবতা ভাকই মরি অদু পোৎথারে ।
নোংবান মাদি থ:থিদ্রে পাম্ম চারে মরিদো ।।
সোরানা হৌদোবকপা লৌশিংনি হায়বদুনা,
পাম্ম লাক্লে সোবাদা অতৈ অহুম অদুনা ।।
সুম্মা মুংভাইরিভৈদা মুরা মজা ইবেম্মা,
নিঙোন খোংস্থ লান্দুনা কাংসোইবী থোং য়োৎথবে ।
কৈরেন্ ফাবি পায়থরে—থাদোই হন্না য়েংবদা
লৌ পরি কুন্‌মঙারোম লাপ্ল নোংবান লৈহৌরে ।
থাদোই সমায় লৈসিল্লে। নোংবান্না—"মী হন্দোকউ
সমায় লৈসিল্লকএ হাই ।—লাকথিসনু ।" খুমকই
নোংবান মনাই মথৈনা। নাইজহনবনচিংবা
মপাই মনাই মথৈদি নোংবান মাবু সেম্মরি
হাক্ল থাপ্তোনা চৎলি । ব্রাতা শিংদু তাবদা
শিরে নোক্লিংখিবনা। অব্রাং অমুক ওনথবে ।
সগোন থামৃই, মায় ওনখি হায়বা ময়াম উহৌদ্রে ।
অমুক ওন্সিল্লদুনা খুর্জি অদু চপ্পুনা—
"মোইরাং নোংবান কোংয়ানবা, খুগা নান্‌বী শিংজন্‌বা,
খুগা কৈনা চাহৌবো, চাদ-শিম্ম চথোম্-চাও,
য়েংদ-সিম্ম মিৎ-লাওবা, চিংথম্-তাংলৈ খা-রাওবা,
লোম্ম-চৎপা নত্তে ঐ, কোংনা চৎপা মুপীনি ।
মচা মনাই খংহৌবো, য়াম্ম-কক্সা তাজেংবা ।
লৈজহৌরো ।" হায়দুনা ওয়না সদন্ ওইদুনা

য়েংনা থাংলেন শাত্থুনা মখুৎ-য়াম্ন চৈরম্মে।
লাংগোই শাজে থাত্থুনা থাদোই সগোন থৌথরে ॥
তারে নোংবান অপান্বা। "খুৎতা অমা তৌথরে,
খুৎ থৎলি দোলাই দোলাই, কম্না চৎলু,—হো 'বেম্মা !
খুৰ্জ্জি শেল্লু, ঐ লাকএ !" মনাই শিংনা "খুম্মুম্নু !—
কন্নিগী ?—চৈরিবনে !—হো ইবেম্মা ঐ লাকএ !
খুৰ্জ্জি শেৎলু ইবেম্মা !" তোইরাও লাওই নোংবান্না।
মজাইবেম্মা তাত্থুনা "খুম্বু খুম্মি য়ানবা !
য়েন-কাংক্রেম্ মফোন্-থোক্, পুন-সংবাই নাত্তৎপা,
খৈন-য়াংকোক সেগায়বা, সাবন্-চোচৈত্রে মান্বদি
অঙোম মচা নপ চোবা, হায়রিবৈঙদা হায়হৌগে,
খুমন-নবুংঙোত্তোনগী, লৈরোই-হঞ্জবা মাগী
মোংবা-মরান-য়াই-ত্থুদা ইতৈমা চৎলে নোংবান,
লৈজহৌরো কোংয়ান্বা। হয়েং ইমুং ভাল্লগা
নোংয়াই নবুংঙোত্তোন্গা ইতৈমগা অনিগী,
হৈরাং-চাকপোৎ পুরো-লাও।" অমুক হন্না চৈরকই ॥
নোংবান্না—"হো ইবেম্মা ! খুৰ্জ্জি সেল্লু ! ঐ লাকএ।"
হায়না পংখুমদা খুমই। "ঐদি মাঙেৎদো সোরা !
অরেম্বৈ তোংহল্লুবে ! সোরা দোলাই চেল্লুনে !—
য়া নৎতববু সগোনগা দোলাইগা তান্নবা !
পা-য়ারি পু-য়াবিদা কৈদৌবৈঙদা তাথিত্রি।"—
খুম্মে সোরা মনাইনা। নোংবান্না "লয়াই মচা
মীনাইশা লৈজহৌবো।" হায়ত্থুনা দোলাই থক্কৈ

চোংথক্লে। দোলাই পুৰা নিপা মরি তুহৌরে।
সুমাং লাকং পাইবগুম মুংশিং-মমাং থাহুনা
ভান্নরক্লে নোংবান্না নূরা মাগী তুংতুদা ॥
সগোন শাজৈ কারনবু য়ৈরক্লে মজাই 'বেম্মা।
লাংগোই মথোং মরিতু মালেম থক্তা তাদরে।
মথোং মরি অতুনা লাংগোই নাক্লম লামথবে
লাংগোই শাজাও অতুবু নোংথাংগুম্না থাদো'ইনা
চেংথৈগ পাংনা থারক্লে। সনাই নাইন্ অনিগা
কজেং লৈগা পান্ননা থদাং মথা কোন্দুনা
সনাগী ঝিঞ্জুরনা সাইনোল্ লিংনা কাথিবা,
সাইদোম্না সুন্দা পাইবা, তুংগী শম্ অশাংবনা
সুক্লা মুনা শাংন-পাই 'মুবা নো'গুম্ নিংথিবা।—
লমথাং কারন পুনবনা ফীদোন হায়দোবকপদা
যোগিনী মশা ওইরে,—মায়থোং থাজ ওইথবে।
নাইন্' সজিক থবা ওই, কোক্তা থোনবা কজেংলৈ
'মুবা নোংগী নোংথাং-ওই। ফুরিৎ কোংগোন থিনবনা
নিংথৌ তুরেল ওইথবে সনা খুজি, খুদোপনে
থরান মিচাক ওইরকই। লাংগোই মুস্থক মুশিল্লে
মথোং মরি তাংশিল্লে। শাবন্ তুনা মুবনে!
মকোং ফীগে মচুনে লাংগোই অতু থারকপা
কেগে থোয়া লমদম্না পুমশং ওইনা সংথনে,
মোইরাং শৈশক ইবনা করি হায়না য়েকউনি।
নোংচুপ চিংদোন অতুদা কোরৌ মানা তোংবনে,

মুনা-নৌনা-ছৌব-নোং নোংদোন ফিজং খনূবা-কাল,
'মুবা-কীজং খাহ্নদা কোবৌ মঙান চাইরকপা—
লাংগোই মানা চেল্লকপা, খাদোই মাগী মুর্ত্তিদো—!
উদবমা খংভরোই, 'মুবা লিনগী কোক্-থক্কী
মনিদগী হেনখরে। মতোক মনি পুববা
'মুবা লিন্না পাইবগুম্ লাংগোই অহু পাইরক্লে॥
নো'বান্না "হো ইবেম্মা। খাম্মু খাম্মু।" লাওবকই।
নোংবান্না লাওরকপসি নক্ল ভাবে খোইবীনা।
শাজৈ কারন হাইহুনা লাংগোই অহু ইল্লগা
য়েংখিববু তুং-হন্না, নোংবান সগোন ফংদোরে।
অহুক কন্না তিং মখৈ খাথরবা শগোনদো
নোংবান সমৈ রাইবক্লে। ইবেম্মনা "মাভেঙনা।"
হায়রহুনা খাদোইদো মদোম থুপথবহুনা
লাংগোই সরুমদা নপ্লে। মভা—লোইনাই পাম্হোইবী
খাদোই খাগোম্নবক্লে। লাংগোই ক্লুংশিং চেনখিব্রে
খাংজিং মাগী ক্লপানে শগোন খোংহোং য়াংলক্লে।
নোংবান অমুক থনম্মে। য়াংদবা নোংবান নত্তে
মাহু নম্ম চৎনব্রে। ফংবা ভাবে হায়হুনা
চবুং-য়াংবী অহুদা পাম্হোইবীনা খোইবীগী
মুর্ত্তি পুন্নৌ লৌহুনা লাংগোই থক্তা লৈকরে।
পাম্হোইবীদা নোংবান্না—ইবেম্ম ভাবে হায়না,
কোনগে তৌজক্লবদা খাই লাওনা মাংথোকখরে।
"মা'থরেন' হি কৈনো।" হায়না ওক্লে চপ্-লেপই।

পাস্থোইবীগী খুবাক্লা মথজাইদা নোংবানগী
থারকপবু—অমুক্তং উরু-ক লৈ পোপ্-হেক্-তুই।
"অৎচা" হায়না নোংবান্দো ফুক্ হেক্ হোৌগৎলি,—থংদে
থোইবীদবু নিংথবে। কনা অমা উখিদে'।
'সিরাইদনি হায়তুনা, পাস্থোইবীনা লেপ্লম্বা,
মপা চুদা নোংবান্না তিংগোই ফাক্লা থিরকই।
নোংবান মমঙ্ ওইথরে। ওইথোকতবু ওইরক্লে॥
যুব্রাজগী মনাইশিং নিপা তবা মঙাদো,
চেংথৎলক্লে—"ইবেম্মা, তুরু তাকববদি!"
হায়না মুৎশা থিতুনা নোংবান-কাংবু য়েঙঙমল্লে॥
নোংবান মনাই মথৈদি দোলাই ভোংবী শান্নরি।
দোলাই হুন্দোক্লমতুনা থোইবী তান্নথিবদৈ
নোংবান্না, মীনাই মথৈ—অমনা অমুক ভোংই
থর'মনা অমুক পুই। সোৌরানা খ্বাই মকোক্লি
মানা খিৎ তোইনা তোংই সুম্না তৌনা লাকপনা
নোংবান মনাক য়ৌবদা, সোৌরা তম্না চোংথবে॥
নোংবান্না,—"সোৌরা! সিদা নবেম্মদো মাংথরে।
নশক থংবা শগোম্নি সোবা থিৎ কৌ-লাকউনে।—
জ্ঞান মাঙওনা সেলুংবা লাই অমুক্তা নিংশিংউ।—
লাইনবু থোইবী পিগত্রা সিদ' চংখ্রেনে ইবো।—
মাঙথ্রসনু সেলুংবা কংঙরোইদা তোক্লসি।
মী উরগা ইকাইরে।—ফবে অচু মঙাইরে
কঙঙরোইদবা মাব থিরুবা হোৌনদরে॥

হায়নচুনা থিথিত্রে। নোংবানগী মনাই ময়াম
মগোন খোংগুন থিরক্লে। খোংগুল অচু তাক্লরে।
নোংবান অমূক হন্দুনা লাংগোই খোংগুন ইন্দুনা
তাম্নরক্লে খোইবীবু। ইবেম্মদি মতমদো
লম্‌দম্ ইরোই-ব্রা য়েরে, লাংগোই মানা চেল্লকপা ॥

৬

চিংথুবগী-ভালোইদি—থাদোই মমা তোম্বীনে,
মমা-ম্নাইমনে, সেনু কৌবী অচানবীনে,
মুপী অছম অসিনা থাদোই ওক্কে হায়চুনা
হৈরাং লৈরাং পায়চুনা ভাইরি—পালা হিদেন্দা
অছম সিনা লৈবসি উরে মজা ইবেম্মা।
থাদোই সনা পুক্লিংদা পামদবগী মৌশিংনি
নূরা মদোম নিঙভুরে। ইরোই ব্রাগী ব্রাখোংদৈ
খ্রিবোল লোমদা ইবেম্মা লাংগোই সমায়-থৈরক্লে ॥
অমম্বা-অহিং-'মুকপা-'সংবা-বোনূগী উনুংদা
লোইদাম্ মানা খোকপগুম মজাই-'বেম্মা লাকপদো
মমাতোন্না উরক্লে—"ইচে য়াইমা! কনানো?
য়েংউ! মী মরক অমা লাকইবসি উবরা?—
মরক হায়দি করিনো? মুপী হায়সি কদায়নো?
লাংগোই তোংই ইমা-ও—হাইমাই পেম্মা অতোম্বী
নচানিনে ইবেম্মা! সোমদা লাক্তে করিনো!—
খুমল্ লোমদা চংথরে। চুদি তোম্বী কৌরসি!—

ইচে 'বেম্মা কৌরসি।" হায়নদুনা তোম্বীনা,—
হা ইবেম্মা! ইবেম্মা! ইমা খোইনিনে থাদোই।
নুরা নংগী দমক্তা হৈরাং-লৈরাং পুরকই।
ননাই সেন্নু য়াওরিনে হৈবাং চাথোনে থোইবী।"
লমজাউ হারি খোক্ষম্মা নুরা মচা কৌরকই॥
ইঙায় থকপা চেক-কুম্বী থোইবী মাগী মনাইনি
থাবুম অহুম অহুবু মবেম্মবু উদ্রবী,
থৌরাংলবী সেন্নুনা—"হা ইবেম্মা ননাইনে,
সেন্নু লাইবক থিবিনি! সনা মাইথোং উদানা,
চাথররোই হায়দুনা চাদরিবী সেন্নুনি
য়াংগংলবী ননাইনি! ঐবু উননিংদ্রব্রা!
কদায়দনো লেংইবা লাংগোই থামথো ইবেম্মা!
ননাই সেন্নু লাকথিগে।" হায়না কৌই থোইবীবু।
ইবেম্মনা "নত্তেনা ইমা খোইনিনা সিদে।
হা পলেম ইবেম্মা'নি—ইমাতোন্ পলেম য়াইমা!
সেন্নু কৌবী ইতারোই! হয়েং ইন্নুং ডাল্লগা
হৈরাং-লৈরাং চিঞ্জগে। ডসি সিদি য়াত্রেকো!
পম্মৌ সনা য়াথংনা লমজাউ থাম্বি ওইথরে!
কুম্বী লম্দম্ অহুনা য়ারো মক্ষম্ ওইরকই।
সক্ষম থাম্বী মৈ-চাক্লে। নোংবান্ পামজদবনা
য়াংলৈ-তাওবা হুই-ওইরে। মাগী মনাই মথৈনা
লোইবী হাওবু ওইরেদো। পম্মৌ মাগী মনাইনা
থাম্বী মৈচম্ ওইরকই। নমোম্-য়ারো-য়াও-সভাই

সণ্ডাই—লাম্বীশা ওইরে। থাম্বী, তাউবা অনিনা
মৈনা চাক্কে, হুইনম্থ নমোম লাক্কে তাল্লকই॥
মথুংতা তা পায়রুনা হাওয়াম্ অমা তাল্লকই।
নমোম ওইবী ঐহাক্তি মৈমাং থংনা চেল্লক্কে।
পলেম চিংগোই মেল্লিডৈ হৈরাং-লৈরাং চিল্লিডৈ,
তাওবা মানা, সণ্ডাইগী খুত্তুং তুদা চিত্তুনা
ফাররবা মতমদা সিনিংদবা মবম্না
সণ্ডাই চোংত্নুনা থাংবা, পলেম করম য়েংগগে!
খোইনৌ ইতা চাম্নবী মুংশি খোইরোই ৱারোম্থ॥"
হায়না লাংগোই থক্তুগী থোইবী সুম্না লাওরক্কে।
মুরা মৱা তাবদা "ইমোম্ 'বেম্মা য়োখরো!
অপাম কাদা থুংজবো। হমাখোই স্বা লমথাগে,
ইমোম 'বেম্মা স্যা" হায়না থোইবী মাবু থারক্কে।
নুবা সেম্থু লম্থাংদো সুপ-পায় পায়শিল্লত্নুনা
লম্বী উফুল থক্তুগী লাংগোই থোংগুল মুংলকই।
ফনা শাংনা মুংলম্মে অত্নুম অত্নু চংথরে॥
থোইবী চেংগৈ পাং শম্মে, কৌক্ত পাংনা থৌরকই।
চেংগৈ পাংচাও লাইমকোন, থোংত্নুম লাইমহন্ অনি
লোম্নবগি লমদমদা খুমন্ মাবু কৌরক্কে।
কবো তরা মণ্ডানে, থম্মু মচেম 'বেম্মনে
ময়াম সিনা "ইবুংঙো! লাইরেক্কম্থ!" হায়রকই।
খুমন্ মমিং অনিদো হোজং লোমদা থারকই।
থোইবী সয়াং থক্তুগী—"মীবম্বী খোয়বোইবু,

মীরাই-তামগী পাম্মুবা, থরাই ঐগী চেংবোন্-গুই,
উপু-চজুম শকইবা। নবনাই মোম্ন্ ননেম—
মচা কবো তাবিবু—সেম্বী-শংবী কারক্লে।
পম্থৌ সনা য়াথংনা লিরী ওইরে ইবুংঙো।
নোংবান-ছু তৈরবা তেন্ থারক্লেনে পাম্মুবা।
পানগদৌরে ননাওদা। ছুগী তেনবু কিবনে
পাম্মু মৈনা কাবনে, ননাও লাংগোই তোংহুনা
চেঞ্জরক্লে লোয়্রম্বা। থবাক চুং-বু ওইহুনা
পার্মোম তা-ওইনবিয়ু! তেঞ্জিন য়েথেকপিরো লাও
লাংগোই অসি ফাবিরো! মাঞ্জ তাবিত্রববা!
তান-তানা ইবুংঙো থংলেন্ থোবকতববা।
সমু খোংগী লমনবু নবনাইদি থৌজগে।
পাম্মু নংগা ঐগবু উনহল্লোই হায়হুনা,
থংলেন্ ফাবিখ্রববা! মাঞ্জ কৈদৌববগে।
লাংগোই থাম্বা ঙমদবে। ইরৈ কনবা ইচেন্দা
লাংগোই হিবু ওইবকই, শাজৈ-নৌবু ওইবেদো!
ননাও সয়েং চোকথরে খুজ্জি থৌরী পায়বদা।
ইরৈ কনবা ইচেন-দৈ কঞ্জহৈবা নপাংগন,
নপামবোম্না কনবিরো! মাঞ্জ য়াকয়ৈ ফাবিরো।।"
লাওজরক্লে থাদোইনা। খোম্ফম অসি তারক্লে,
থম্বা মতু চুংথবে। তঙক তঙক য়েংহুনা
নোংয়াই অহুম লৈথোক্লে। লাইরবীদি মচেনা—
থম্ব!—ইচে!—কৈদৌরি? ঙমদরগা নথস্তা

ইচেম য়াওগে ইবুংঙো !" হায়রম্মগা খম্বদো
হোজং লোমদা চেন্থোকখ্রে। "ইচে ঙাইখো।" হায়রদুনা
অঙাং ইবুংঙো তোম্পোক্, তাংলৈ এন্সম্ চাই-শুম্বা,
কাইরৈ ভোপ্ থা-য়েন্ শুম্বা, তেন্না-মৈরী সৎ-কুম্বা,
ওক্লেন্ তোম্চং শাশুম্বা, পাম্ব-কৈরেল অথোবা
সপু-সরাবা-মচা, পাম্ব-তকুপ্-তবেংম্ন,
মমা অদুনা পোকপা পাম্বা সরাক্ ক্ষবা-শা,
কৈরেন য়াংবা কাইবা-শা. কৈবেন মানবা খম্বদো,
চোংথোক্লক্লে খম্বদো। পন্থৌ খরাই থোংজিন্দা
চপ-লেপখবে নোংয়াইনা। মবনাই মনেম মচা
থাদোই মাগী মায়কৈদা লাংগোই লাবা মিৎয়েংদো
মিৎকম থারে ঙাইখরে। থোংবী লৈদা লুকখরে।
খুবম অদু থিদুনা চিংসউদি পামেন-শুম,
খম্বা সগোন ঙাইবক্লে। সবেন্-নোংশা মচানা
সজি সঙাই লাক্লেদি ঙাইরকপগী শাওংনি।
ফীবম শাওং উবদা মুজা খম্ব পেনখরে।
খুমন মানা—"ইবেম্মা! সগোল অদো ফাবদা
লাংগোই খংলেপ্-লেপ্লদা পাইখোক্লনি সনাহল্!
খুৰ্জি অদো থাদোক্লো সরুম্ কোম্ন ইবেম্মা।"
তাকই থোইবী কৌদুনা। "খংলেন খোমকম তাবদা
পেনখরেদা ইবুংঙো।" হায়না খুমজৈ মবুক্তা।।
পাংগন *য়েংগ* *নিংথৌব* থোইবী সনা পুক্লিংদা—
থাদোই মখোং থিন্দুনা শাজৈ কারন ফুরক্লে।

সগোন মথোং মরিনা মালেম নৈদা ফুরকপা
হোজং অদু নিরুকই। থুমাং নারুম্ লামছুনা
পাইশিল্লক্লে সগোন্দো। থোইবী খুর্জি থাদোক্লে
লাংগোই সরুম কোন্থরে থাদোই মিং উইসিনথরে ॥
লাংগোই ফুজিল্লকপ-তু লম অমতা মণ্ডায়রে।
"ঐরা শগোল অসিরা, মজাই 'বেম্মরা 'মদি
শোইবা ভারে ঐহাক্না থংকা ফারুরবদি।"
হায়না নোংমাই থল্লক্লে। লম্ অমদগী লাংগোই
চিদোন থবাক ন্নায়রক্লে। থবাক লৈথরকপদা
লৈশিন্দুনা খুৎ-য়েৎনা লাংগোই সমৈ লামথরে।
সমৈদগী লাবন্ সোংয়া—খুর্জি তল্লা পায়রে।
নোংমাই লৈথংলক্লনা লেংনা ভারে শগোন-দো,
ইরোইননা কোন্দুনা খঙ্গা শগোন খামথরে ॥
নোংমাই লেংনা ভাবদা 'ইক্' লাওই লাংগোই অদো
উচুক্তা পুনব'-মণ্ডাই লেংবা লাকপা ওমজদে।
লাংগোই মদোম তুদোই। ইবেম্মদি মিং পাংত্রি।
শগোন ফারে হায়ব'তু ইবেম্ম-থংন-থংনা—
"সগোন ফাবিরবরা ?" হংই—"ফারে ইবেম্মা।—
থাংথবিয়্ কোক ভাওরে।" হায়রে মচা ইবেম্মা।
খুমন মানা খুর্জি 'তু খুৎ নাম-না পায়রগা
খুৎ নাম-না কোন্দুনা থাংথজগে তৌবদা—
"মাই কিক্লনে তাগনি।" হায়রছুনা থাদোইদো
কুমথৌ হায়বা য়াদরে। নোংমাই ওকৃশম লৈসিল্লে ;

থাদোই মথুং অনিনা থৈদ্বে ওক্তা কোজরে।
তুম্নৌ নায়োক ফরবা মীপোৎ ফাবা লুতুংগী
ইবেম্মগী শন্নাংনা চেপথবদা থোইবীনা
থম্বা মাগী ওকশমদৈ থবাক লোমদা চাইথরে।
লুপা চিংগী চিংয়াইদা 'মুবা নোংনা কুপকুম্মে।
লাইরবীদি মচেম্মা য়েংজবদা পেনথরে।
মুজা থম্ন কৌবীদো পিগী ইরা হৌরকই।
থুমন য়েংনা থুর্জি পায়, ওইনা থোইবী কোম্দুনা
লাংগোই মানা তুংদা চং, থাদোই নমদা পোম্ছুনা,
নোংয়াই থরাই থোংজিনৈন্দ মাংগোন দারি য়োথরে।
মমা শকপী থম্নুনা মনেম' মমৌ ওক-পগুম্
থোইবী মাবু কোম্দুনা লাইরবীনা ওকচরে॥
কবো ভবা মণ্ডানে মনাই ময়াম চংছুনা
সেবা তৌরে থোইবীগী মীকুপ থর পোৎথাবে॥
মমা শকপী থম্নুদা—"ইনমা করি দৌবে,
পোৎ ময়াম্-সি 'মতা লোইসিন বিত্রবা?—
ইবেম্ম! লোইসিঙদরি!—করিগীনো ইনম্মা?—
পোৎয়াম অসি ইবেম্মা, হোবেন করিগুম্বনে,
লাইরবীগী মযুমদা থম্বা য়াদ' থোক্ল'দি
ইমুংদগী চিংথোকপা, লৌথিবদি কদায়নো!
থল্লুবদৈ 'নম্ম-না!—য়াম্না চুমই ইনম্মা।"
ছায়না থম্ন-থোইবীনা পোৎ অপুম্বা লোইসিনখ্রে॥
পোৎ লোইসিনবা লোইবগা থোইবী মানা—"ইনম্মা!

ইবেম্মা ?—সুক্-মতা পিবিয়ুবা ইনম্মা ?
করিগীনো ইবেম্মা, সুক্ কানবা হায়বত্তুদি,
অসাই 'হান্‌বা চংলকপা ত্তুদা কানগদবনি।
হৌজিক্তি কৈদোননি ?—মাত্তুগী নত্তে 'নম্মা!
করিগীনিনা 'ত্তুদে ?—সগোন অসে সুক-তুনা
মথোং অসি য়েংথেক্কে!—ইমাই-পেম্মা মাংঙেনা,
হিঃ হায়হৈদে ইবেম্মা।—করিগীনো! কিজরে,
কৈদৌগেনে ইনম্মা ?—করি ব্বানো ইবেম্মা,
লাংগোই মাগী কৃপানি, মায় মনমদা পোত্তুনা
থিনবিরকই-বনিদো! হীঃ ইবেম্মা কায় হৈদে!
পূজাত্তুম্ তৌজরুসি লাও!—হিঃ চুমইনা ইনম্মা,
ওম্থোকপনিদা ঐদে পূজা তৌসি ইনম্মা!!"
হায়নত্তুনা শগোন্দো পূজা তৌরে খুরম্মে।
বোর নিরে লাংগোইদা। সগোন ত্তুনা "ইবেম্মা,
নুংঙাই-য়াইফা মরাংকাই পুল্লি তোলোই পাল্লকো!"
হায়না বোর পিবিরে। মচেনা মৌপুব্বাদা—
"লাংগোই পুল্লি থাদোকউ।" তাকপিবদা খম্বনা,
লাংগোই পুল্লি থাদোক্লে। সগোন সোর হন্দোক্লে॥
ইবেম্মনা—"ইবুংঙো! শগোনত্তুগী শাবন্‌দো
মনিং মমাং ওম্থোকউ।—হিঃ ইবেম্মা হৌনদে।—
ঐ তৌজগে।" হায়ত্তুনা থোইবী ইরেন্‌ চংথরে।
মনিং মমাং ওম্থোক্লে তাম্থোরক্লে লাংগোইদো॥
ভাঙৌ পাংঙ্গা সগোন্দো লৈখ্রে ইবেন চাত্তুনা।

আদোম্দনা নোংবান্না ইবোই ব্রা খোং য়েৌবদা
সগোন খোংগুন মাংলক্নে। পালা হিদেন য়েৌবদা
নোংবান ঙাহাক লেপউরে। "ঙসিগীসি করিনো!
থোইবীবু নজ্রব্রা" হ্নম্না থল্লি নোংবান্না॥
থোইবীগী মপায় মনাই তরা মঙা থুংডরে।
নোংবান্না উরদুনা—"ইয়াম্বা নাইজহনব্রা।—
'বুংঙো সেলুংবা নজ্রা?—মানি, ঙসিগী সিবু।
থোইবী নজ্রা কনানো?—ঙসি ঐনা ঙানবদা
ফংদবসি করিনো?—পাংদবননিদনা।—
সগোন খোংগুন্ তাজ্রেনে?—লাইনা পুশ্রবোইদনা।—
কদায় লৈরম্নি দুদে?—'খোইস্নু থংজ্রে মাদুদি।—
অমুক্তদি থনবিয়ু।—অতৈদা চংলবদি
বেরা তৌনি হায়দুনা করিগুম্বা, থংজ্রেদো,
সনা কোন্নুং লোম্দদুম চংলম-লাক্লমগদরা!
'খোইদি চৎচরম্নগে, রাখোক লাম্বোক্লক্লগা
পুখোকপিন্নু 'খোইবুদি।" হায়রমদুনা ময়ামদো
চৎখ্রে। রারম পুম্বসি যুব্রাজ হান্না তারে।
মনাই তরা মঙাদা অয়াম্বস্নু হংথরে।
পুংথাই 'মগী মন্নুংদা নোংবান লাকএ; কোন্নুংদা।
নোংবান ঙাঙঙক্রিঙৈদা—"তয়ুম নোংবান কম্দোই?
ইচা না য়েক্কেদনা?—নাদে অজ্ঞা।" হায় নোংবান।
নোংবান মানা তৌরকপা রারম্ন পুম্বা হংগথলে।
মপু সনা পুক্লিংদা "ঐগী দোষ লৈতরে,

পিখ্রে ঐদি লোইথরে অতৈ মতুং তাবদি
মরা চান্নি।" খনথরে। নোংবান মানা মমৈদা—
"থিবা খংব্রে ননাই ঐ, তৌবগিদি ননাইনা
লানবা ভাক্লি চোরোন্দা। মপি থোক্কী মপীথোক,
অসোমদা করিগুম্বা ইবেম্মা লাক্লবদি
ননাই নোংবান ঐঙোন্দা পিনবিয়ু হায়রতুনা
লাকচরি ননাই ঐহাক।" হংগৎলুরে কোংয়ানবা।
যুব্রাজনা—"দৎ-করি? নপাং পাংজদরগা!
খংনা খংনা করিগী সগোন পিরুই ইচাদা!
খংগনিদো হান্দক্তি। সগোনদগী থোইবীনা
তুরম্-তারম্ থোক্লবা, ইচায় তুবুম অমতং
তেকপা-শোইবা থোক্লবা নথ‚াই লৌগে নোংবান-নং।
ইচা হৌজিকমক পিয়ু। থিল্লে নোংবান কদায়নো?"
হায়না যুব্রাজনা নাকন্দই থাং-লাম্মকই।
তালোইশিংনা পেনথবে। য়ানগে মক্তি নিংদবা
লাম্বা থাং-লাম্ অত্থবু য়াল্লসন্ন খন্দুনা,
যুব্রাজ তালোই তোঙ্গীনা থাং অত্থবু ইল্লিল্লি॥
য়ান্দ-য়াল্লে খন্দুনা ওক্তো য়েংপা চরৈদো,
নোংবান লৌথোক্লতুনা হাইরে মশা কন্দুনা/
শিরে হায়না কোংয়ানবা হৌগৎতুনা চেন্থরে॥

৭

"মতম কুইনা কায়নবৈ মমা মপা ওইবগী

চংলম্-কৈদি হায়দুনা হংগে হায়না হংবনি ।
ঐস্ম থংই থোইবীদি লেবম্মনি থম্বৈদা
ঐমক্তা হেক চৎলগে।" হায়না নোংবান অপাম্বা
লাকএ খুমন মাগীদা ।। ভাঙৌ পাংকা চেংগৈগা
লোয়নবদা সোবোক্তী ভনত্তাদা চারম্মি,
নোংবান মাগী শগোন-দো। শাবন্ অমুবা দুনা
মবুক লোমদা ওন্থবে । নোংবান মানা উয়কই—
ভোজোন্ ফবা নোংবান্নি "পাক হেক চৎদুনা থোইবী
চিংউবস্ম য়াবোহকো" থনখিবনা কন্বনা,
সগোন মশক থংথিত্রে। "'য়াম্বা নিংভোল-লাকপগী
সগোন অমোম অসিদি মচা পোক্লবোইরেনা,
মচা সিস্ম কাকনি! মচা অনি স্মবোইনা!
চাজেন্ ফৈদা মাসিদে! লাবা ভাক্তা ওইরিত্রা।
লুপা ফংবা তারেদা, থারা ফবা সগোম্নি,
অমোম্ য়াওবম্নবদি 'মত' লহৌবা থোকই।"
স্মম্না ভাং-ভাংলদুনা নাংবাল লাকই। সগোন-দো
মাগী মথোন তাবদা হেহে হায়না থোংদুনা
নোংবান্ তাম্না চৎলকই। পুক্লি নাম্থোক্লদুনা
শাবল অমুক তাহৌবে। "থোক-হাই" হায়না থাম্দুনা
ছুপ্নৌ খুদাপ অমতং ফোইবে উৎলে। সগোন-দো
থেমদুনা ফারে নোংবান। "ঐনা নংবু থাকপদি,
নোংজু মুংশা থাকতানা সজিক ফাল্লি, অদুগা
খম্বা মাগী ময়মদা থোইবী খিল্লুননবা

থাক্ পোইরেকো নহাকপো ? নংনা ফজম্নবদি
চেন্সিল্লুদনা ঐ'দা। তৌবিমন্ খংদবা শা।"
হায়না নোংবান শাওহুনা খুহুম্না থাই শগোল্পা।
লাংগোই মুংশা থিংখরে। হোন্দোরকপদা অমুক,
সোবদো ফুৎ-লাওবকই। "ফুৎপু হায় লবাই মচা"
হায়না ফুরে অমুক্না সগোন অহু থাদোকখ্রে॥
খোংকাপ থর চৎপদা ইপাক পাক্ল শাবন-দো
তারম্মে নোংবান শাওবে। চোংসিন্দুনা নেৎথেক্লে,
পাম্মুবক্লে মমৈদা। থাওল ওইবা মফীদো
লৌথোকহুনা শাবনহু ইবেন পুল্লে পোশিল্লে।
খম্বে তাম্না চৎখরে॥ থোইবী' শগোন ফাকবৈ
খম্বদি তাংবন 'মদা ফম্ই কবো-মনাইশিং
'হুনা হুমাই হুন্নম্ই। মনাইশিংনা হুম্বদৈ
থাদোই সনা খুৎমক্না মনাইশিংদৈ লৌহুনা
খুমনগী তুং-ওইবপ্না ইবেম্মনা লেপ্তুনা
হুমায় অহু হেক হুম্বা মতম অহু মক্তদা,
হোজংদগী নোংবান্না সংসংনা হেক উরকই॥
অনি হুনা ফজবা পুংয়ান য়েংবা ওমদরে।
হোজং ফল্লাং হোগাইহুনা নোংবান মানা য়েঙকই।
নোংবান মবুক অহুদা "লৈরেনা মুংঙাইরেদা।"
হায়না খন্বদো মচিন থোকখরবোট। তারে
মজা ইবেম্মনদি। তৌহুম তোগে হায়হুনা
খুমন নাক্তা থম্মিবা পান্না চহুম হুদগী

চহুম অমা লৌহুনা খম্বদা পি। খম্বনা
পান্না অহু লৌগেদি মখুৎ তিংখোবকপদা
খম্বৈ খুৎতা পিদবে। "ঐ ইনজগে" হায়হুনা
লকক্ লকক্ তৌহুন খম্বৈ চিম্বান মপাদা
পান্না অহু থাংজিল্লে। হোজং লোমদা নোংবান্না
"ইল্লু ইল্লু খংগনি পান্না হু হেক ইনবদা
লৈতুমসিনা থাগেদো।" হায়না ফকই লৈতুম 'মা।
নোংবান মাদি খংজদে মানা নিংবা রাহুদি
মচিল্ লোইনা থোকখরে, 'সোমদা ইতা ভারম্মে।
খুমন চিন্দা থোইবিনা পান্না অহু ইনখবে। ⁀
উই উই হায়না নোংবান্না, লৈতুম অদো হুন্দরে
ময়াদা কোক্ হুকচিল্লে। প্রোক প্রোক শাইরে, ওথোকই।
"পাপী লৈতুম সি-ফাওবা মাগী মীচং চংইদা।"
হায়না মদোম শাওবকই। মুংঙাইভরে নোংবান্দো—
"উই—! হাই হাই ইতাও খম্বা! ননাক্তা লৈরিব-হু,
নিংথোগী মচামুপী নত্রা? থোইবী হায়বীদো?"
হায়না লাওবকই। খম্বা খুমগে ভৌবদা থাম্মে
মজা 'বেম্মা থোইবীনা। নুবা ঙাংঙোই 'বেম্মনা—
"হাই হাই, ঐগী ইমিংবু পল্লহুনা কনানো?
কুম্বী কোংয়াং শুগুমু করি খুন্‌গী মচানো?
নবুংঙো ভাখিনি হাই! নংবু কবম্' মীনোনে!"
হায়না খুম্মে। নোংবান্না—"নত্তে, নংবু কুম্বীদা
ইতৈ কোরম্বা ঐগী মুপী নংতরা নংবো?

নিংথৌ মচা হায়বিবা নহোয়গী জাৎ অসিবু
নরম্ চৎতি অসিরা ?—হাই হাই তাজো কোংয়ানবা!
নংবু ঐনা কুম্বিদা ইতৈ ইতৈ হায়বদি,
নখুবাক্তে নাম্থোকপা য়ানবদা হায়তুনা
মিংতা উকুন চাইবনি। ইতৈ কোবু কৈদৌগে।—
কুম্বীদা ইতৈ কোবী! ঐখোই য়ুমদা চৎলসি।”
হায়রতুনা নোংবান্দো অতেকপা শাবন্-তুগা
ক্রোক্-ক্রোক তাল্-লোইনবক্লে ফন্-ফন্-ফন্ চোংলতুনা
ইশৈ ওইনা শকথবে। ইবেম্মদো নুংঙাইবে,
নোংবান মতৌ উবদা, চিন্ খুমতুনা নোক্লবে
উরি ময়াম পুম্বদো। ইবেম্মনা নোংবান্দা—
“কুম্বীদা ইতৈ কোব’ ঐবু লোব শকচরো,
লৈতেং হৌবে সরুদা, হোবং-হৌবে কেগামদা!
ইকাইদরা চৎখরো।” লাওবে। নোংবান্না অমুক—
“হাই ইতাও খম্বা নংবু! ঐনি নংনি খংদানা
করি’ থমই নংগীদা। নং ’দোম্‌দগী ইল্লকউ
ঐনা ওক্তে অসোমদা। খুদোল্ লৈপাক তাদানা
ইন-ইন্দুনা পুখিগে। মপুবোই’ শক্ থংদবা,
মচা তুবু কবম্বা মচানো।” হায়বে। থোইবী শাওতুনা—
“তারববা ইবুংঙো’ ?—তায।—তুদি কবিদৌবে?
য়াম্মা কিক্লরবরা? ‘কবি লমগী হাওনো হাই?’
হায়বদসু হায়বিয়ু।—তাব ফনা নুংঙাইরি
অনি চৎতুনা ডাংবা ফক্তে হায়না তৌবনি!—

ইমিৎ থিৎনা য়েংজগে সম্‌ থোংগী লমন্দো
থোইবী ইমাং অসিদা লমন শিংউ ইবুংঙো !—
ফরে ফরে ইবেম্মা, হাই হাই, হাওবা ! নংবু ই-বো
করি খুন্দে নোন-হাই ? থালৈ 'থুম্বা থক্কুনা
য়াংলৈ 'য়াকপা ফংহুনা ঙাওববা হাও নংবো ?
চংলকউদনা ইবো ! হৈগাং লমগাং, কৈদৈনো ?
পামেল উকম থাংঙো লাও, ছিদাক মনা শায়বো-লাও ।
দোলাই বেং ওইনিংদরা ! ঐ সিজ মতৈনি হাই ।
নবেম্মনিদনা সে ফজত্রা, য়েংউ হাওবা ।"
হায়না খম্বনা অমুক ল'নবক্লে নোংবানবু ॥
নোংবান মানা "অচৎ-চা ! লাকচবেদা সবিসো ।
ঐগী মূর্ত্তি অসিবু কয়ামুক থিরহুনা !"
হায়না নোংবান মতোমদা হন্থহনা য়েংজবে ।
"চুমই চুম্‌ই, শ'বন'সি সেম্বুং ওইনা উবোইবে ।
মাদি ঐবু থ'গ্রিনা । খল্লে নোংবান, অহুগা
মচিন থে'ক্লা—হাই ইতাও । ঐনিনে ইতাও খম্বা ।
সিজ হুব সগোম্মা পংপু তেক পুখ্রমাল্লে,
পুথোবকউ পুখ্রগে, সাবন্‌নে করিনে, ঐ
চংলক অরোই ইতাওবু ।" হায়না নোংবান লাওরকই ।
নোংবানগী ব্রা ভাবদা মজা ইবেম্মা শাওরে ।
"ইবুংঙো মাসি পংডাং ঙাংহুনা লৈগদোবি ,
শমু থোংগী লমন্দো শিংঙো ননাও য়েংজগে ।"
হায়রে মজাই 'বেম্মনা । খম্বনা—"হাও চিম্থিবা !

মাসি মতা চাদেদা চোংবগা ফনবগনে !
নপা নপুগী মংলা থাবগী কুমৈরা হাই !
খংগনি নং ঙসিদি লৈরম্মুদো।" হায়রদুনা
চরৈ পুম্বুম ভাথংলে। খুমন অঙাং চোংথোকখ্রে।
নোংবান্না—"হি মাঙেঙনা ! সমুথোং-লমলম লৈরি,
খুম্বনা মথোংদা কল্লি মাগী ময়ুম থোকই।
মাগী কোম্হোংনি হায়না খল্লদুনা কোংয়ানবা
চেনখ্রে। সাবন অদুগা চেল্লকইবা মৃত্তিদো
য়েংবদা কুমৈ ওইরে। খোংকাপ থর চেনবদা
পোরোম্ন লৌরে খোংদা, উকৃথুননা তুরুরে।
মনমদগী শাবন্না মঙক শমদা নমথরে।
উকং অকোনবা দুনা খুৎ-ভৌনা চপ চাবদা
মঙক্তা খম্বা মাগী মখুৎনা নম্মে হায়না
নোংবান্না নিংলদুনা—"নাবা-ইভাও লৌজৌদা !
ফাগি ভৌবনি কৈনো ! শগোন পিখ্রিবদুনি,
লৌজৌ নংগী দমক্তা ওকপিরুবনি ঐনা।"
ভাহাক ভাংলে মভোমতা। কনা অমতা খুমদে।
"থাদোকউনে ইভাও" হায়। উকংনিনা খুমদরে।
মঙক লৈ'না য়েংথংলে কনা 'মভা লৈরমদ্রে।
"উকং ওইরে লাকচৈদা মা ফাওবা মীচং চংই।"
হায়না নোংবান শাওদুনা উকংদু খুদুম' সুরে।
ইভোয় ভোয়না কায়রে নোংবানগী মখুৎতু শোক্লে।
নোংবান ইচোয় চোয়থরে "চিকপু চিকই লম্লাই-সে"

হায়না শাবন অহুবু অমুক হন্না শাওরকই।
নোংবান্না খুমল-লোমদা মায় ওন্দুনা লাওরক্লে—
"হাই হাই খংউদো হান্দক। তিডিডগুম্না লৌওনবা,
থায়ানগুম মীপুক-হুবা কৈ খংগনি, থাংউ!
খম্বা নংনা ঙম্মে-লৌ! ঐনা ঙম্মে লৌগেকো!"
হায়বম্নগা নোংবান্দো চংখ্রে মমায় ওন্দুনা।
কুম্থি তেবা থাহুদা থোইবী ওকপা চংপসি,
নোংবান মাগা থাবগা নিপা তরা তরুকনি
মরি অমা চংখ্রগা মনাই তবা মাথোইদি
নোংবান নাক্তা লৈহৌই। নিপা তরা মাথোইসি
হাইজিন্দুনা অঙোমগী মুংজেং পুখ্রি মপান্দা
ফন্থি রা তানবন্থি।—"করম্ তৌররিদনো!
কবিগুম্বা খম্বগা য়েন-সুনহুনহুম্
লৈররিদরা কৈনো! হৌজিক অঙোম অসিনা
লাল্-হৌগদরা। ঙম্মোই! থোংলেন মাবু কিব-দৈ!
নোংবানগী ফিগৈ 'মতং খংউবনা থোক্কত্রা।"
হায়নরকই ময়ামদো॥ নো'বানগা থেংনররে।
রা অপুম্বা তমখরে। শিবমক্তি য়াদবা
মনাই তরা মথোইগা ময়ুম লোমদা চংলকই॥
নোংবান মাগী য়ুমদদি মীনা পৈবা লোইখরে।
নিংথৌ মচা অমবু লাকপা হৌনবহুগী
হৌন' মথৈ লা'খরে। 'মগা 'মগা মায়োক্লৈ
রারি-রাতাই শারিবা, মহৌশানা নাপনগা

চাওবা অঙোম ওইবনে মীনা পোকখাইগদৌরে ।।
সৌরানা মাং থাক্লুনা—"অসাই' ঐনা হায়'হুনি,
মতা অমা ভৌইনে, মাবু হেনবা ঙাক্কা-লৈ,"
সুম্না ঙাং-ঙাংহুনা তরা নিথোই চংলকই ।
নোংবান লাকপা উবদা ময়াম অহু হরাওই ।
লাকএ লাকএ হায়হুনা চোংথোক্লরে ময়ামদো ।
খুরাই লৈমা-'ঙোম্ নিংথৌ "ইমৌ সিজ লাকপিরে ।"
হায়না জগোই শারকই । নোংবান মচন তোরোনা
'ইনম্মা সিজ লাকএ' হায়না জগোই থেল্লকই ।
দিউতি মৈরা চম্‌ই, ময়াম রাম্না লাওরকই ।
নোংবান্না—"তুম্মিন লৈয় ।" হায়হুনা মৈশুম শাওই ।
মপা মমা অনিনা—"করিদৌরে, ঐখোইদি
সরিক পুবা মক্তদা রাবনহুম্ শিদৌরে ।
করিগীনো শাওরিবা ! মজাইবেম্মা কম্‌দৌরে ?
ছিঃ য়াওদেনা করিনো !—সগোন ভোংহল্-লুবদৈ
ঐ' কোয়েৎ য়েৎলিঙৈদা শাজৈ থাক্লরমাল্লে,
থুর্জি নাম্থোকখিহুনা সগোন চেন্দুনা পুখ্রে ।
থিবদা খম্বগীদা লৈহোরে ।" হায়রে নোংবান ।
তিল্লম্মিবা অপুম্বা—কবোক অফাবা—সংবাই
ইশিং লুপ্লহু ঙাইরে, নোংবান মরা তাবদা ।
মীয়াম তিল্লিবহুদৈ অঙোম শাগৈ মখৈদি
মকোক্তা বজ্র তারে । অতৈদি চিন্ খুম্লরে ।।
মমৈহুদা মপানা—"মপাই মনাই অতৈদি

খোংলা কনিনা লাকই।" হায়ন হংই নোংবান্দা।
"থোং ঙাক্তনি।—কয়ানো?—মরি মঙা থক্-তনি।
মহোয়দি ঙম্ন-চংখ্রে যুব্রাজ মপাগীদা।
মখোই য়াওনা খিনবনি, ঐ' হায়নিংদ' তৌবনি।
পুবকপা য়াখিদবে, ঐনা হংউবত্নদা
থোইবিদি 'চুমই' মহায়। খম্বনা খিংখ্রে। য়ামখ্রে,
মোইরাং হাযব অসিদা শাগৈ নাতৈ পিকপদা
মরুপ সংগ য়াংপসি নোংবান ঐনা মহেল্লে।
কনা লৈতবগুম্মে॥" হায়না কপই নোংবান্দো।
মপা অঙোম নিংথোদা। অঙোম নিংথৌ শাওথরে।
ভাবনা শাবা অঙোমগী নোংদোন থক্কী ফুরানা
কিম্থত্নন' মাংথরে। তুগী উফুল অত্থনা
অঙোম কোন্নং মমথ'র।—"ফবে নমত্থনা-ফানি,
মাগুম্বা লমজানবু।" হায়না অঙোম নিংথৌনা
ঙসি নুমদাং অসিদা অঙোম শাগৈ খোম্মে, তিনথরে।
শাগৈ পুম—তিন তিনবদা অঙোম নিংথৌ লাওরকই,—
"মজাই 'বেম্মা লের'দি ঐদা নত্তে, খোং খোংপা
অঙোম শাগৈ লেম্হইদো। মীনা স্নুম্ ঙমখ্রবদি
উশিংলরোই মতুংম্ম। করম তৌসি হায়বগে?
ঐখোই ইহাক থক্কিদি খম্বু থমথবত্থনা
অঙোম হায়বা অসিগী মতুং ফাওবা মাংবনি।"
য়াফম অসি ভাবদা অতুক য়াম্বা অঙোমদো
পুমহৌ ওইনা হৌথরে। "নম্দনা ফাসি" হায়না

ময়াম চপ্-মান্নথরে। ময়াম চৎপা হায়বসি
খুন্নৌ ওইনি অতুদি মথোং মমিৎ শিঙঙবা
নিপা চহুম খন্দোকলো হায়না নিপা চহুমথক
খল্লে। হৱাওবে নোংবান—"পাবুংথোইগী বুদ্ধিসি
মপুং ফাইদা ওম্মোক্লা অসি মক্তনা ওইরে
অঙোম নিংথৌ ওইরিবা।" হায়না নোংবান মপাবু
লন্নাই মদোম থাগৎলি। মপানা—"মানি অতো
ইপাথোইগী বুদ্ধিসি লোজ্জৌ তমজ্জৌ নোংবান্-ও!
—মানি নোংবান অপানবা! নহোয় নহারোন্-সিনা
অহন 'থোইবু থানদে। খুরাথোইনা নথোইবু
হায়রিবা অসিনি "অহন-থিনা চক্ষু মেল্লি"
হায়বতুনিদো ইবো। মাগুম্বা লমজানবু
ঐথোই' লাকচগদরা। মহোইদি মচিন মোপ্পা
অনিদনি। কৈদোনি। অহিং অথেংবতুদা
ইক্-য়াক্ ফাতুনা হেকতা, লোইরে খঙঙবরসে।"
হায় অহন ওইব'মনা। "মানি সিদা য়োরকউ
ঐনা থোকপা তৌগনি।" খুমই অঙোম নিংথৌনা
'লিন্ উত্রিবৈঙদা চৈথোক শাংবা উর-চৈথোক তেনবা'
অঙোম কাংবু হোৎরক্লে। ইন্নুং অথেংবসিদা
নিপা চহুম চাক চাখ্রে থৌবাং পুম্নোই লোইরক্লে॥
অমরোমদা খুমনগী লাইর-থাংপোক-সংদনা
লাইরবীদি মচেম্মা খুমন মাবু কৌথোক্লে
ইবেম্মবু ইকাইজে; লাইরবা হায়সি তোল্লি

মহোয় প্রেম-সি উবদা মপোকচৈদে কপ্পবু
মমড্ ওইনা থোকখ্রবা থোংলেন চাওবৈ মনাইশিং
কপই। পেহৌ পেহৌই। পি তাদবা য়াওখিদে।
ঙাহাক অত্থুম লৈকরে। থোংলেল লাম্থোং শিল্লক্লে॥
নিপা হুম্ফু অমনা অচা অথক্ হোল্লকই।
মুপী কাংবু অমনা য়েল্লি অচা অথকতু।
দেহুতিনা ইংথোন-তু মুংথিন গুম্না ঙাল্লক্লে॥
অউবা লৈকাই মীনা—"হী কবিনো অসিদে,
মীনা চগা কাথবে, চাওবা থোংলেন-য়াওরি হাই!
অঙাং মুবী থোক্কনু চোইথোক্কনু ইচাশা।"
হায়না মচা মস্থবু থাম্মৈ পুম্ঙক্ ওক্লরে।
চেম্থোক চেম্থোক্লত্থুনা লোম্না লোম্না য়েংনবে।
মপা থোংলেন মহাক্কী নিংদোন নিংদোন মুক য়াংশা
হুইজাও কৈমান্ মরিনা ইংথোন চিথেক মবিদা।
নিপা নিপান নিপান্না শেম্মৈ, থাম্ন-খমথরে॥
নিপা হুম্ফু অমনা ইমুংদগী কোম্থোং ফাও
পরেং শানা সিনথবে। খুমন মাগী পরিকোব,
চাওবা থোংলেনগী মনাই মিকুপ নাহুম্ শিংলবা,
ময়াম শিনা কোয়থবে। মুবনা কোম্থোং পুথরে।
কৈরোইজাম্বনা মাংগোন পুরে শিনবা লোইথরে।
অহল্ অনি হনথবে। ইন্নুং শিৎপা মুংশিৎনা
লেংবা লাকপা য়াখিজ্রে লাংনা অমা ফাওববু।
লেংজরকপা লাংনাতু ফুদৎতুনা শিংনা-শায়।

সুংশিৎ নাকোই শিৎখবে। "লাবা ওইরগা হাৎলু
অমোম ওইরগা কল্লু" হায়নৈ কৌজেং অম-ফাও,
লাবা ওইর-হুন্দোকই মঙক হেকতা লৈথেক্লই।
অমোম্শিংবু হুঞ্জিল্লি পল্লু লোমদা ময়ামদো
কৈদৌঙৈদা করম্না লান-বু 'মুক-ভং হায়রুনা
ঙাইজরবা কাংবুনি হবাওবনা লোইনরে ॥
কৌজেং অমা ফাওবসু পাইসিনবা ঙম্লখিদ্রে ॥
অঙোম কোম্লং অচৌবা মৈ অমতা থানখিদ্রে,
তুমিন তুমিন লাংখরে। লাংবা পুম্নোই লোইখবে ॥
নুরা সেনু মতাবোই ইবেন্মবু নিংজবী,
মোইরাং তমপাক য়ুম'তুদা মদোম লৈবা ঙম্মক্রে।
যুবরাজদা চংলক্লে—"পঙ্খৌ ঐগী ইবুংঙো!
ঐবু লৈবা ঙমদবে চৎচরগে ননাই ঐ ?—
ইমোম সেনু কদায়দা ?—ইবেন্মগী মনাক্তা !"
হায়না কপই সেনুনা। যুবরাজ কপ্লকই।
সেনু কৌবা মনাইনা মবেন্মবু সুংশিবা
মাগী প্রেম-তু উবদা। "য়াম্না ফবে ইবেন্মা!
নবেন্মদি অসিদা লাক্নি হায়বা ইপা
উদ্রে সেনু চৎলোকো।" হায়না য়াথং পিবিরে।
লমগী চেক্লা-চাশিংবু চেক্লা পোন্দা থম্ববু
থাদোকপিরকপগুম্না হরাওজবে সেনুদো ॥
"চৎলগে লোইনা পুগে, ইবেন্মগী পোৎ মখৈ"
থল্লহুনা সেনুনা নিংঙোন কাদা চংলকই।

থন্দা মোম্পাক মোন-কাংথন্ লোইনা পুম্নমোম ম্নোমসিল্লে।
পুনখ্রে লিমোন্ থোরীনা। য়েন্দায় লংথোক অরেং-ফাও,
সমুক্ পাংম্নোংগী পোং চৈ, চিংখুবগী ইমুংদো
কোমগোম্ ভোরে, হাংহৌরে, পোং মথৈ লোইনা ম্নোম্মে।
সেম্নুই মতৌ উবদা ময়াম অহু গুরুরে।
লোইনা থোক্লা য়েংনরে॥ যুব্রাজনা—"সেম্নু!
নংগী পোং অসিবু করম হায়না পুগদগে?—
ইপাই 'বুংডো ননাই ঐ ইবেমমগীনি হায়বা
থল্লুবদা অমতা থনম্ জনিংত্রহুনা!"
হায়, সেম্নু নিংডাইদে। মনাই সেম্নুগী শক্তি অসি
য়েংনিংথরে যুব্রাজ—"হুদি সেম্নু কমদৌনি!
নবেম্মগী অচোবা পুথম মরি লৈহৌরি?—
পুখোকপিরকউ পাবুং,—পলেম তোন পুবিরকউ।"
হায়রে সেম্নু। তোম্বীমা পুথম মরি পুম্নক্রে;
থরগস্থ পিনিংলে, যুব্রাজ য়াথংনা
অচোবগা হায়থরে হাকজবদা খুৎপু,
থাজিনবগা মায়খ্রে। চাওরবা পুথম মরি
থল্লহুনা তোম্বীনা কোকথোং নান' থোরকই।
পুথম হাপ ফম্ লৈরমদে। সেম্নু গুবোং কীবুম্ 'মা
মথ্ াংদা থোক্ য়েংসিল্লে, পুথম মরি থেংথরে
থ্ াংদা ইকোয় হেক কোয়না। "সেম্নু! তেংকোংঙি!" হংই।
"পিবিয় ইমাভোন" হায়। তেংকোং মরি অহুমা
মনা পাল্লে অহুগা পোংম্নোম্হুদা য়ানসিল্লে।

সেম্নু তুমিৎ অসিদা তমপাক য়ুমগী মীয়াম্বু,
মাগী শক্তি থংহনগে হায়না নিংখ্রে নুরাদো।
ময়াম অচু নোক্লমই মাগী মতৌ অচুদা,
পুনিংচুনা তৌবনি খিনবু খিনবিগদরা
সি ফাওবা নিংনবমই। "ঐদি চৎচরগে।" হায়।
মপা মমা খুরম্মে—সেম্নুনা পোৎযাম অদো,
তেরা মফোন থাংবগুম খুদোংননা থাংগৎখ্রে।
ইয়াং য়াংনা চৎখরে। ময়াম অচু নোক্তরে।
তিগুক তিগুক য়েংনখি য়া অমতা ভাংনদ্রে॥
সেম্নুই মতৌ উবদা ওস্তোকপা য়াথন 'মবু
থম্নুবগা এংথু, সে য়া'মা লৈবে।—ইবুংঙো!—
সেম্নু হায়বী নুপীসি থোইবী নাক্তা থম্বদি,
চুম্ম-রোইদ মাল্লেনে!—করিগী ওইরবনো?—
করিগুম্বা নিঙ্ঙাইকা তৌনম্নুংচু থোক-ওদো,
ইচা থোইবী হিঙ্ঙরোই! য়েংউ মাগী শক্তিসে!—
করি য়ানো ইবুংঙো। সুম্বা শক্তি লৈবিগী
মবেম্মনি ইচাদি থনবিগম্নু।" হায়জখি॥
থাংজিংমা সেম্নু মাগী পোৎথক্তা তোংখ্রে, য়েংই।
থাংজিংনে পোৎয়াম্-চুনে সেম্নু পুচুনা লাকই।
লম্বী অচু হেক ফুল্লি। সেম্নু মঙক অতুমক্
গেগে লাওনা পুরকই। পোৎচাও 'ঙগী নাক-য়েঙা
চুইত্রি অনি পুন্সিলে খুদৈসেন কাওসেন থক-থা
অনিঙ্গুগা য়াম্নিম্লে। তেংকোট মরি অতুনে।

পুথম মরি অহুনে থ্ াংদা পুম্নং লংবনে।
খাবন মুৎলি মুৎলিনে নোংম্নু মংই মুমিৎতো।
খুজাই অমা থবক্তা—পোৎ-ম্নাং 'হুগা লাকইবা।
মুবা অদো উইরুরে। থদৈ হোজং অহুদা
সেম্নু চংলকপহুবু মুবা থংখ্রে পাখংখ্রে।
কিব-থংবা লৈত্রবা মুবা "আঃ" হায়রুনা
চৈতুপ অমা পায়রুনা চোংথৎপদৈ মুব-দো
চপ্-লেপই। চেন্সিন্নবে ময়াম্। ফৈরোইজাম্বম্নু
চেম্হোরক্লে হোজংদা।—লাইনি লাইনী! ইবোশা,
লাইশক থংবরা?—থংই!—কবি লাই কৌবগে?—
ইংথোন সিগী লাইনিনে, মহৌশাদগী খোকই,
লমথম্নি; নোংবানগী লান কম্হোক কদৌবিবনি।
মী চংউম্নু থনখিনি। হায়নৈ ময়াম হন্দোক্লে॥
"ফনেক শেৎলি অমোম্নি। লমৃথল-লৈশাবীনি" হায়।
থদৈ হোজং চংলক্লে। ময়াম অহু কিবিদে।
লাইনি লাইনিদা মহায়। মাং থংবা মথৈ অহু
খৈদোক খৈদোক লৈহৌই। সেম্নু মানা মতোমদা—
"ইমাই-পেম্ম-ম্নারেদা" হায়রনা শোল্লি। ময়াম্না,—
"সেম্নুনি, হাই-সেম্নুনি" হায়নৈ, থংমরে। ম্নেংনৈ—
"হরে হরে ডকখ্রেদা মাসি' তৌরিবসিদে।"
ময়াম স্নুম্না নোরুরে। ফৈরোইজাম্বনা—"মুবা!
ঐ চংলে।—ইবুংডোবু, ঐডোন্দা পিনরোনা?—
করিবুনো করিনো?—সেম্নু সিবো?—কৈদগী

ঐগী ইত্তিক নংচদে, নংনা থোকপা সেন্নুদা।"
হায়রল্লগা চংখরে। "সেন্নু !—তা-মুবা কৈনো ?—
ঐ তুক সিনবিগেদনা ?—নত্তিক নত্তে তা-মুবা।"
হায়না সেন্নু চংখরে। দারি মচিন য়েৌখরে।
কৈরোইজাম্বদো ওকই। হোয়নি মায়নি হায়দরে
ভিংদম য়েংন-লৈথোক্লে। সেন্নুনা—"হা ইবেম্মা!
ইবুংঙো-'বেম্মা 'নিবু উনিংহুনা লাকচবে।"
হায়না কৌজৈ মপান্দে। থোইবী খম্বা অনিমক্
থোরক্লে, সেন্নুই পোৎ-তু অনি চংনা থাবিরে।
অনিমকপু থুরম্মে। ইবেম্মনা—"সেন্নু-ও
করি অস্নুক য়াম্নবু পুরকপগে নহাক-তে!
নয়াং কংলে ইত্তারোই চারমদবা-বোইরেকো।"
হায়না সেন্নু নাম্দুনা মনাই সেন্নু কোনবিরে।
মবেম্মনা শোকপদা লৈগুম থোৎলি সেন্নুদো,
পলেম শিংগী তমপাক্কী নারাদোগুম সেন্নুদো
হিক্ক হিক্ক কপর্চথ। "য়াবা কোক্লে ইত্তারোই!
কপ্ উরম্নু।" হায়হুনা খেমজিনবিরে মনাইবু।
নুপ্পা অনি উবদা নুংশিখরে থুমম্না
"সেন্নু য়ারুয়গম্নু" খেমজিনবিরে খম্বম্নু॥
অতৈ পোৎচোই থাদানা ওসি সেন্নু' পুরকপা
মোয়পাক-তনা অহুম্নি। থুদা অম্না থোইবীগী,
অমনা খয়ুমীদা, মত্তৌ স্নুম্না লোইশিনগ্রে।
নৈপাক্ক মীয়াম জসিনা অত্তোমগী লান ওাইরকই।

থোংলেনগী মনাই শিংসি লানসি 'মুক্তা কায়হুনা
ভাইবদা ভসি ভৌনি হায়বগী হরাওনা লৈ।
ভাইভমকত্রে থোকনিডেভ॥ নোংয়াই মকুং ওইরক্লে।
পুং অহুম হেক্ তাবদা অভোমগী লান হৌরক্লে।
লানগী মীনিন্ তারক্লে। "মীনিন্ তারে লাল্ লাকএ।"
মুবা শেম্ শাবা লোইরে। "লাকএ লাকএ-লাক্লয়—
থোংলেন-থোংলেন্-ভাক-ভাইবা থংই লাম্লাদো এৌনা।
লুম্মসি! হোরেন খর হেনজিন্থরবা ময়াই
ওইনা চোংশিল্লু কন্ কন্। দম্ দম্ হেক্তা মুথবা!
হাৎলবরা হাই?—হাৎলে।—তুরবরা হাই তুরে।
সুম্না হায়নৌ; থোং-থারো!" হায়না ময়াম থোং থারে।
থোং ইহাং হেক হাংদোকই। অহুক য়াক্না মীয়ামদো,
চেক্-মোক মক্তা লাওমদে॥ নোংবানগী মী তরেৎ-থক্
হেজিনথরে মুবনা লৈপাক্তা দম্ থাবদা,
"হাৎলবরা?" লাওরকই—"হাৎলে!" অমনা খুমই।
শিরে হায়না লাওসিনৈ! সিদৈ-কাইহুনা চেনখ্রে।
এং এং ময়াম হৌবদা—নিংগী অহুনা কাইখ্রে।
তরেৎ পম্লুংদা তারে। হুই মরিক্ থাদোক্লে।
মরিহুনা ভাম্লরে, তরেৎ থোংবান চোংবদা
অনি অনি অহুম্না অমনা অমা লাকএ।
কারে ময়াম থৎহুনা কারে মকু হুথরে
কুরে ময়াম অহুনা। "মনাই 'থোইবু জীবনি
থাম্লাইতদি কনবিয়ু?—দং করিসীদি লাকই?—

ইরাং মক্তং য়েংসিরা হায়না অস্থম লাকপনি।—
করে তুদি সুমদোরো, নহোয় মশেন য়ৈনরো।
তাং-তৌর'দি ঐ য়াওই" হায়রে ; মুবা তরেংতা
চৈ অমমম্ য়েনখিরে। অহানবদা অমনা
খিংতং ফুই, অমনসু খিংতং ফুই, মুবনা—"হাই।"
হেক হায়বদা অমনা খুবিং-খবাই ওইনা—"তাক"
কংলে মথৈ ফুরে। অমহুসু কন্-মথৈ
তাক্-তাক হেক কুরকই। তরেং অসি থারুক্রে।
মুবা মানা ফুবনা খিংতুম শাকরমগনি
অসি য়োনা য়ৈনরে। ময়ামহুনা "ভালো হাই।
অঙোম খুপ্পু অসিদি মীচং মসেন থেংনবা
তাঙ্গাদদি ফংগ্রেদা।" খুবাক খুহুনা নোকই।
মহৈ মহৈ লোইনরে, পোপ্-পোপ্ তুনথরক্লে।
মুংশিরক্লে মুবনা—"হাই হাই নিপা তরেংমক।
অজ্ঞা মুবা তাকপিসি।—অজ্ঞা হায়না মহোয়সে।—
ননাই ঐথোই ঙাওরুরে। লাঙ্গিং পুরেন, তাকপিসি।—
চংলো চংলো।" চংচখ্রো হেক হায়বদো তরেংমক,
হৌথিবা অঙোম মুংজেং, য়োখ্রে পুখ্রি মপান্দা॥
অঙোম মচা থরদং পুখ্রি মপান অসিদা—
"তরেং অহু ফাহোরে। চোপ্-হেক লাওই থাং য়ান্দো।
অরোইবনিদো মাদো।" অসুম্মা ঙাংমরমই।
তরেং অহু উবদা—"লাকএ শিবদি শিদে !
কমদোই তম্মু তাসি।—তমগে ঐথোই ওইবগী—

অতৈনদি কৈদপী। থাং হৈপ্রেদা মুব-সে,
ঐনা য়াল্লি মা' ঙাকই, মানা য়াল্লি ঐ' ঙাকই।
মহোয়নদি মীয়াম-ওই, শোকইবসে থাং-দোয়া।"
হায়না ভরেং অতুনা উংলি অশোকপা শিং-থু।
নোংবান্না "চুমই শোক্লে।" হায় নোংবানস্থু য়াওরম্মি।
"মীদি য়াম্না য়ামথুবো ?—য়ামদে চনি য়োমদনি।—
থুদি ফোংনা ফারসি অতুনথুম ফরক্রা ?—
নোংবান নহাক থক্কীনা ঐখোই শিবা ঙমথিরোই
ইচা পিশক পিশক-ঙাক য়াম্না লৈরি অপাম্বা।"
হায়রে। মী লৈরকভরে। নোংবান পাংগল লৈভরে
মশা ভাবা পোম্বীগুম মতু ইপোন পোনখরে॥
থমোই উইন্ অতুদি য়োংকী য়ুম্বী নদোগুম
নোপ্তে, লেংভ্রি কোংয়ানবা। "ফরে অতু মঙাইরে
হয়েং ইমুং ঙানবদা লাওগে কেগে চৈরাপ্পা
লাওগে থুগা লৌগে।" লেপথ্রে নোংবান অপাম্বা॥
অঙোম নিংথৌ মপাগা অহিং অসি ভানরে।
উপু চজুম থুগাইরে। লুপা ভরেং সেঙ্গানা
নোংবান মথোং ওইথুনা পুথম' মশা ওইথুনা
কেগে চৈরাপ কম্মিবা 'ভম্বা খোংজিন পাইরক্লে।
নোংবান্না সেন য়েনবদা থাংগরাকপা মঙোন্দা
ইকোন কোম্না চংলক্লে। নোংবান মভৌ উবদা
"করি য়ানো কোংয়ানবা! নংবু পোকপা নপাদি
কেগে কম্‌থোন্ পুম্বগী কমগী মকোক ওইবনি।

মাগী মচা নোংবান্না তরেং সেঙ্গা পুত্থনা
অঙম থোংজিল চংবদি হৌনবরা ! খংদরা !"
খাংগরাকপা গুগুকই। কোংম্নানবনা—"চুমহৈদা !
ইপল্-ইবুংঙো চুমখ্রে ! 'ইচা গুকউ' হায়ত্থনা
মপু সনা য়াথংনা থোইবী গুকপা চংপনি।
মানা দোলাই তোঙগুকই, ঐনা সগোল্দা লাকচৈ।
হয়াও হয়াও লাকপনি মজাই বেম্মা গুসিসি।
ইয়োই-য়াগী লমদমদা পালা ছিদেন মক্তদা,
মীসি য়াংথৈ মুক গুইনি কন্-কন চোংশিল্লত্থনা
খাং-ঙা পাইবা য়াওরকই, হাংকে তোরে ঐহাকপু।
মীওইবগী হোনবা য়াইবী পাম্মুবদগী
কুম্থিরোমদা চেত্থে ঐ। মজাইবেম্মা থোইবীবু
চিংথৈ দোলাই থক-তগী। ইতৈ নোংবান হায়গে-হেক
হায়গে লাওগে তৌবদা, ইক্-লাওনা তোকখিবনি,
ফীবুন নমত্থনা পুখ্রে। নিংথৌ পানবা লেবাক্কি
য়াদেদো লান তৌবদি। তৌববস্মু চৈরাগ্না
নোংবান কোম্না তৌজগে। সিগী লাকচরিবনি ॥
চয়েং ফেগে কংলাদা নমাই ঐনা লাওবদা,
'চুমহৈ নোংবান্না হায়বা' মাসিতংদা নম্নাই ঐ
ইপল 'বুংঙোই চরন্দা।" হায়না নোংবান নোল্লকই ॥
খাংগরাকপনা—অতো ! কনা কনাদি য়োরে ?—
কম তরা শুজরক্কে, থোংলেন-চাও-দা মডাইরে।—
করে নোংবান অত্থদি, চিথুংবস্মু নংগীনি ;

লৈপাক থোম্বদি কদায়, বিচারগী অসিবো ?—
মাসি ইপল্-বুংঙো, মী থাদুনা কোৎনবা
তারেদনা কমদৌনি !—মাত্ত ভোকও পুং-য়ৈরো ;
করিগীনো হায়বগা মরা লৈবা মুপীবু
ফাবগীনি খম্ববু দগু তোগনি হায় ।
নংমক্তি ঙমগদবা কংলা য়াইবুং য়ৈবদে ?
য়ৈনি ইপল-হবুংঙো । ঐনা খনবা নিংথৌদি
অরেম্বরা ! য়ৈজনি ।" হায়না নোংবাল-লৌখরে
থাংগ্রাকপগী মরাদো । হন্নুং মমৈদা হনখ্রে ।।
নোংবান তম্বা লৈখিদে । লিংজেন থাবা কোংয়ানবা,
ইন্নুং কোম্গোম্মকপদা ফাবোই ফাঙাম হোংখরে ।
সনা কোন্নুং তমথবে নিংথৌ চোবোন য়ৌখরে ।
কোম্না শায়ে নোংবান্না—তুরে সনা চোরোন্দা ।
মপু সনা য়াথংনা—"করিনো হাই । কোংয়ানবা
তয়ুম কৈদৌরবগে ?– অজ্ঞা ননাই নোংবান্দি
কেগে লেপাক অসিদা লৈরুহুনা কৈদৌনি ! –
হায় তয়ুম কৈদৌরে ।" নোংবান মিংতা পি হেক তায় ।
নোংবান্না—"ননাই ঐনা ননাও 'বুংঙো স্না-য়াথং
নক্তাইবেম্মা থোইবীবু কবো লোইদৈ লাকপদা,
ওকচৈ কুম্বী পুংদগী । ইবেম্মনা দোলাই তোং
ননাই ঐনা লাংগোই তোং, লাকমিন্নজে হরাওনা ।
পালা হিদেন য়ৌবদা নিপা য়াঙ্খে লৈরম্মে ।
খুৎলাই ঙম্না ইপায়-পায় । নোংবাল হাৎলু হায়দুনা

ফুজিন্নরকই সিদা ননাই ঐস্মু খঙ্গানে।
মীনা য়াম্মনথিবনা কনবা ওমদ্রে, ফাথরে
মঙ্গা কীবুন নমদুনা নজা ইবেম্মা পুখ্রে।
ননাই খম্বগী মীনি মানা মকোক চিংলকই॥
সনা চোরোন মরুমদা পাঞ্জরিবা মোইরাংনি,
কল্লি কন্‌ফদবগী নোংবান শাগৈ চাওনস্থু,
হাৎনা সুনা তৌফদে। সনা নোংদম্ তম্বিয়ু।"
হংগৎথরে, নিংথৌদা: "তয়ুম নোংবান ব্রা অসি—
অসিমক্পু কৌথিগে চেরাপ্পা বিচার তৌনি।"
হায়রি মোইরাং নিংথৌনা।—নোংবান মানা—"ইনিংথৌ
ননাই ঐ সনা য়াথং কংলা য়াইবুং-য়ৈজগে!
কেগে চৈরাপ তিল্লগা শাগী লানগী পুং নত্তে,
ইমাক নোংবানগী দমকনি, লৈপাক্তা তাকপিয়ু।
খুমন ইত্তাও কৌদুনা বিচার অসি তৌবিয়ু।
ননাই নোংবান ঐভোন্দা নজাইবেম্মা থাবিয়ু।—
কোন্না বিচাবনা তাবা লাকথিগনি কোংয়ানবা
ঐনা হায়বা ওমদেদে। কংলা য়াইবুং য়ৈবদি
হায়নু অনিরক হন্না।" সনা য়াথং তাকপিরে।
তৌভমদবা নোংবান্না অনিং ছুম্নক নম্-নম্না
হংগৎপদা খুমথিদ্রে নিংথৌনা সনা মায়থোং
লৈথোকই। নোংবান চেনখ্রে। থাম্মু তাল্লু হায়দুনা
তাম্নবদা হানথরে—"কংলা শংবা লৈতরা?"
নোংবান তলাও লাওরকই। "ঐথোই লৈজে সেলুংবা।-

য়াইবুং য়ৈয়ু ।—কবিগী ?—কবি ককা থিফদে,
মপু সনা য়াথংনি ।—সনা য়াথং ওইনস্ম
সেলুংবনা হায়বদি হায়ফম ।থাক্তে কবিনো ?
লাখোংদগী চৈবাপ্তা পাওনী নিয়ম লৈবিনা ।
কবি য়ানো সেলুংবা ' হায়বে কংলা সংবনা ।
"হি য়ৈহৌদবা তাবে, কোন্না থোকপা লাক্কনি ।"
থল্লে নোংবান সেল্লুংবা । "ফৎ ৬দি য়ৈবনি,
নংনা য়ৈয়ু যাদ্রগা ঐদি ইখুৎ পান্দবা ?—
অচৌবনি যৈবিয়ু ঐদি য়ৈবা দ্মরোই ।।"
হায়নত্থনা পুং অত্থ নোংবান চাংসিনখিত্থনা
মখুৎ অনি থাত্থনা দবং-দবং যৈকবে ।
নিংথৌ সেম্বা থুঙবে । পু থোংদা নোংবান' ফাবে ।
চৈরাপ্তা সিন্নবস্মে নিংথৌ সেনব-শিংত্থনা
হংগৎলে স্না চোবোন্দা । মপু সনা পুক্কিংদা —
তৌউমদেদা নোংবান-সে । মহাক থক্কী মোইরাং-সে
হংব-কৌবা লৈঙবে এসি ন্নমিৎ অসিদা
করি থোক্লবগবা । "চাবা থকপা লোয়ু"--। হায়
সনা পুক্কিং হুংগ্রাহুতে চাস কদায় মক-ওই
হুন্দোকসিস্ম মতোং-ওই , মপু পায়মা-লাউওকই ।।
মোইরাং থাংস্ম হৈবদৈ, পজেং ফীবান থেৎপ-ফাও
লোইনা ফুগৎনবক্লে । কেগে থোস্ত্রে থোল্লাং-মৈ
মোইবাং বিজয়া থনখ্রে লেপাক চোন্না তিনথবে ।।
অরোন্-বন থংগাল্ল , ওবাং মুনদাংয়াহরমগী

কবোদগী কারকপা নূরা মাগী পাওসিনা
মোইবাং পুম্নিন্ নিন্থিবা। অস্তুম্নদি নিল্লগা
নিনমনথিবা মক্তুনা মরোন শেংনা তানজ্রি।
মগুন চেনবী সুপীনি নূরা মাগী মল্লানা
পোংথানবা মোইবাংনি। পংভাং ভাংনৈ য়ামথরে।
তাঙ্গা সিদা মোইরাংদো কংলা য়াইপুং খোঞ্জেন্না
খোমমকপদি মী অসি মপান হায়বা নাইখিদ্রে।
মীনা য়াম্মনথিবনা কেগে চৈবাপ চনখিদ্রে।
লোইবা নাইদ্রে কাবকপৈ। মোইবাং মাগী চৈকক্-পুং
কেগে-কুচু-খোঁদাকম্ চৈরাপ মন্নুং চন্দবে।
মীনা পাথোবক্তুনা পন্থান ফাওবা ক্ষমথরে।।
ওকচিল-লাকপা অওম্বা, তোংলোং থোম্বা ফম্নাইবা,
ভাঙৌরাকপা, ভাংখম্বা চেংলৈহনবা, খা-থন্বা,
নাইথ-বাকপা, নাইঙ্গ্রাকপা, পোংলেন-খোম্বা, থাংগ্রাকপা,
শাংদো নাইখু অথৌবা—ফম্নাইবা তরা মাথোই
নোংবানগী তবেং সেঙ্গা ফংবা শিংসি কাবকই।
"ভৌবা ভমইদা নোংবান! মাগী সংগ ওইবদি
লেমই।" স্নুম্না স্নুংভাইনৈ, রাবি শানৈ, থুংওরে।।
মনাও 'বুংভো-যুব্রাজ, যুব্রাজ-শিংখোং-'নেম্বা,
অবাম্-রাংগোল-তম্পাক-মুম-লৈমাবা—চিংখুবা,—
উরা নহা পাঞ্জুম্বা-তেল হৈবনা—"কবিনো?
কাদ'য়াদে অত্তে-খোই, শেম শাবো নখোই পুন্না।"
হায়রে শেম্বা লোইখবে। মনাই নিপা চামগা

থোগন্দুনা কারক্লে। মোইবাং লৈপাক অপুম্বা—
"ঙসি পুংসি কবিনো, থোইবী মহাক থক্তগী
মোইরাং লেপাক অসিদা অঙোম লাহ্লোরমাক্লে।"
স্থম্না কথা অমনি। পুক্লিং মফাং মফাংনৈ,
খনৈ নিংনৈ। থোইবীগী হায়বা মবম্ সিমদি
ইথং থংনৈ; অতুগা চিংখুবগী পুক্লিংদি
ইতোপ তোপ্প খল্লকই নূবা মমোম থোইবীগী
মবমগীনি হায়বসি খন্দে থংদে যুবরাজ।
"য়াম্মুং সনা পুক্লিংদা যুবরাজ ঐবু শাওরি।
য়াম্মুং পুক্লিং পেম্নবা প্রান্ কৎকেদো ঙসিদি।"
স্থম্না নিংই। লাওবকই—"কেগে নিংথৌ ইনিংথৌ
মোইবাং-নিংথৌ পুবিক লাই— ঐবু-লোহবা—লৈমাবা।
যাম্মুং 'বংডো য়াইফবা। সংগাই হুংনান-চান্দগী
চেংডা খুবম হোংবিন্তু। ননাহ ঐহাক লৈজবি।
থবাক চুংওইননি পাম্মাম তাওইনজগে।
ঐনা থেংনজগনি।" হায়না চিংখু লাওরকই।
চৈবাপ থোংজিন য়োবদা—"কবিগীনো লেপাকপু।
উন রাইগুম চিকপিববু শাগী লানগী কবম্বা
ঙসি পুংগী পুংথোন্নো?" লাওই মনাও 'বুংঙোনা।।
থাংগবাকপনা—"অজ্ঞা! সনা পুক্লিং অমুক্তা—
খুদারোমদা—" হায়জরে। যুবরাজ ফমথবে।
মপু সনা চোবোন্দা থাংগবাকপনা—"অজ্ঞা
শাগী লানগী পুং নওে।—করিগী নিনা ইপু?—

ননাইঁ নমাক ইবুংঙো, অঙোম নোংবান্ কোববু
নজাই ইবেম্মা ওকউ হায়াবতুনা ম্না-য়াথং,
ওকচতুনা লাকচৈ-হায়, মপু মনাই হবাওনা।
মীতৃ হুবা থম্বনা লামখাংদগী ডাইতুনা
নজাই 'বেম্মা ফাখরে। মপু পান্দ' লৈপাক-ওই,
চৈবাপ কুচু লৈতগুম কেগে মনিং তৌনরে।
মোইবাং লৈপাক তিনবদা মনাও 'বুংঙো ফম্বদা
বিচার তৌবিননবা, পুল্লপ্ তিনবা, য়ানবা
য়ৈবোইরে কংলা-য়াইবুং সনা বুদ্ধি তৌবিনি;
অঙোম মবন্নাহ নত্তে সনা য়াথং ওকপনি।"
হংগংলকহ, লাওবক্লে॥ যুব্রাজ থুক্ লাওই!
লৈপাক ভূমিল-লেনাখ পাক-চেক খুমদে যুব্রাজ!
"হিঃ যুব্রাজ খুমদেনা।" ম্লম্না থন্নৈ লেপাক্লা।
ডরৈক্লে। যুব্রাজনা থোম্ফম্ নেম্না--"থাংগ্রাকপা!
অজ্ঞা!—ঐ ব্রা হায়গেকো! খব কায়বে ব্রা অসি
ঐ ইকাই বিচাব-সে য়াওনিংদ্রে নংদি খংউ!
ওবাং নোংবান লাক—অমহ। মানা তম্মম্বা তুগা
থেঞ্জোংনবে ব্রা অসি।" হায়রম্মগা থোকখরে
খুজেং খুজাই পায়তুনা লেপাক্কি তাদে ব্রাসি॥
মুংঙাইখিদ্রে যুব্রাজ চংসিনবম্ব য়াদরে
হন্দোকপম্ব ওমখিদ্রে সন' পুক্লিং চাকথবে—।
মপু সনা মায়থোংদো চেংগৈ রোমদা থাংওকই।
"ইমোম ইবেম্মা নংবু! থোইবী ইপাননিকো!

নিপা ওইরবদি যুবরাজ ওইদৌবনি
ইচাবু। হোবেন চৈবাপ তিন্বা মমাংদা,
সৈত-য়েংউ হায়গনি থংগনিদো নহাকপু!
নপা নপল অনিনা কবি হায়না তাগনি!!
হে থাংজিং ইবুধৌবু লৌসিনবিবো ঐসিবু!
চৈবাপ-রাহৌ-তোইবা-নাই, মরিং-নাইথোং-শেংদবা
নাইবু, কৈনা রাহৌবা লোইনা রাকৎপত্থবু
ইমোম নংবু ইপানা থোকহল্লেকো ইবেম্মা!
নূরা রাবৌগন্নুকো।।" হায়না যুবরাজ,
মচাই নুংঙাইতবনা মথোন থাক্লা কপ্লকই।
চিংথুবা হঙ্গিনখবে। লেপাক তিনখ্রে মোইরাংগী।।
খুমন লাইব-শং লোমদা পুংথোন অসি তাকবে।
ইবেমমনা খম্বুদা, মমান ঙচা খুমন্দা—
"ঙসি পুংসি কবিনো?" হংই। লমজা খম্বুনা
"থংদে সনা কবিনো শাগী লানগী ওহবিয়া!
নোংয়াই নংনা চৎতনা ইমান থোইদা তুক-হংউ।।"
হায়নৈ। মতম অসিদা "মাঞ্জ ঙসি পুংসিবু
কবিগীনো থংনিংই। সাগী লানগী মবোম্না
হৌনবগে কয়ানা।" হংই থোইবী খম্বদা।
খুমন মানা—"সনাহল! লানগীনা মঙারক য়ৈ,
শাগীনা অহুম্নক য়ৈ।—তুদি ঙসি পুংসিদি
অনি মথাই য়ৈ-গুম-তায়। শাগী লানগী নত্তবে।
ঐবু 'মুক্তং চৈবাপ্তা মপুথংলগে হায়না

ঘৈবা-পুংতুম ওইহরিব্রা ? চুমই ! মাহু নকইদা !
ওইরম্লবদি মাহু ইবুংঙোদি থোইবীবু
চৈরাপ-কাবী নুপীনি হায়বিথবগদবা ?—"
থাদোই মল্লা তাবদা লংননিঙেঙ খম্বনা—
হোয়—চুমই রা অমদি,—পুংকা ঘৈব গুমস্সু তৌ
কুম্বী দৈগা ওকইদো। মপানস্সু পিথবে
মপু পানবা নুপীনি খম্বা লাল্লি হায়গব্রা !—
মাহুই-শরুকপুদিনে সেন্নুগা নপু ননাই
অঙোম লোমদা—চতাওগী—লেংবনতুম্—কদায়নো !
মজাই 'বেমমনতুম্মা সনা বুদ্ধি মাহুত্নম—।
নুপী হাংপৈ পাপ্-অসি স্নুক্ চাওহ চাওদে হায়বা
ইবুংঙোদি তাবিব্রা ?—এনা হাংপা নত্তেনা ! -
কনাননো ইবুংঙো ?—নপাবুংনি, ঐ নত্তে !—
'তুদি ঐ শিরগেকো'—ঙাইথো ঙাইথো হাখিস্নু
পাম্মুই সনা ইবেম্মা, ঐ 'মুক্তা হংউখিগে।—
কবি হায়না কনাদা ?—ঐগী কনা লেত্তেদো।
ইমান-নাংথোম্ব-দনি কনাদবু হংউনি।"
স্নম্না খম্বা থোরকই। মুবনা—"ইবুংঙোত্তোন !
কদায়দনো লেংহবা ?—ইমানগীদা চংলগে !—
লেংউ লেংউ ! অতুগা পুংঘৈবনে করিনে,
খিত্তি থুনা লেংঙকউ।" হাযজৈ খম্ব স্নুম্ লাকই।
পে-তোরে-দি থোক-শাংবা, মথোক শাংনা খন্দুনা,
মমান নোংথোল-লাকপদ ফুংগাং-থোংদা ওক্লবে॥

চাওবনা হায়রা—"মাক্লোয়েন [illegible] নং নিংবরা।—
ইমান-ইবুংঙোবু।—ইমানবু [illegible] শাইনে সে।
পুংনা কোয়ি নপাদি, থেং[illegible] [illegible]-হাই।
কৈদৌরি হৌজিক ফাওবা?—ইমান্ খুরমগে লাকপা।—
করিগীনো?—পুং-থোন-সি, শাগী লানগী পুংলোন্দি
থোক-ওইদরা—অসিবু, ভগ-ভগ্নদি নত্তে।
ননাই ঐনা নিংবদি, চিংখুবগা নোংবানগা
মান্নবরা। বিচার তৌহন্নগে তৌবিবরা,
মজাইবেমমগীদমক্; সিগী হংগৎনিংঙ্গনা।—
হাঃ মাক্লোয়েন চুমইনা। ওইরসন্নু ফরেনে,
হুদি নংদি লৌথিত্রা মজাইবেম্মা থোইবীসে?
নং' পুক্নিং করি লৈরি?—ইমান ইবুংঙো ইমা—।
ফরে থংঙে অহুদি, নোংবান মানা য়ৈবমক
অশেংবা ওইরবদি নংনা লৌরে—থোইবীসে।
নাই হায়রো কান্নরন্নু। চাকুম চাকাদা নোংবান,
ইকু থাগে ইবুংঙো। লোইদাম থাবুম অহুম হেক
ইকু কুম্মোই চৈরাপ-তৈ, মৈতৈদগী হেক ফাওবা
লৌশিং থিগে ইকুনা। নংগী দমক শোন্নগে।
ওম্মে হায়বা থংলবা মতম হুদা লোইগেকো,
চংলো হল্লো নয়ুমদা অহাও-অহাওবা চান্ন
মুংঙাইনা লৈজরুরো।" হায়রে চাওবা কাথরে।
চৈরাপ্ত হেক থুংবদা চৈরাপ তুমিন তুমিল-লৈ;
হিদাক হানবা অঙাংশিং তুবৎ তুবৎ চৎলমই

লায়া লাওবা লাকখিদবে, লাওবা হেক কমথিবদা
অডাং ঙিলাক হাম-লাওবা 'মভা ভুবং চংখিরে,
নোংথোন [illegible] অহুবা গিং হেক কমথখিবদা
নুমথিবনা চৈরাওবো ক্রিক-লাওনা নমথখরে ।
কেগে চৈরাপ মনুংবৈ পন্থান কাওবা পারবা
শাবন ভুয়ৌ মপানগুম পুমপাক-পাকথয়রবহু
ভুমিন ভুমিল লৈনখি ইমুংগুম্বা চিকথরে।
ভুমিল্ লৈমু তাসিকো হায়রবা, থনবা মাম্নংগ্রে ।

---

# কংলা বিচার

কনা' করি হৌদোকপা রাকম অসি ভাইহুনা
প্যার মণ্ডপ অমতং চাওবা চারে রেঙকই।
হৌদোঙ্গরে কনাস্তু। কায়দরে হায়রুনা
চাওবা মানা—"লৈপাকপু। মনাও 'থুংঙো য়াওবিরে
প্রজা, অঙম্বা তিলে। কোয়ৌ ওসি কৌবদা
কংলা তোমান পুংজাওবু রৈবসিবু কয়ম্বা
শাগী লানগী মরোয়ো? থারসিদো তাকপিয়ো।
মপু পুক্কিং লাংগনি। সনা থৌগল অঙম্বা
মত্তিক চাবা কনানা তৌগদবা থারসি।"
লোরে য়াগী নাতৈসি॥ থাংগয়াকপনা—"ইচা
নোংথোন! ননাই নোংবানবু, তঙ্কায়ু তাসি য়ানা
মরোল লোইনা থংবনি।—তম্মো তম্মো।" হায়বিরে।
নোংবান মানা চোংথোক্লে—"শাবাও লানবাও নংচদে,
ননাই ঐনা লিজনি।—করিগীনো কোংয়ানবা।—
সিনি ইপল ইবুংঙো—মুংঙাইতবৈ মরিনি।
কনা মুংঙাইতবৈনো?—থুমন ইত্তাও থম্ববু।—
করিনো হায় তাসি।—লৈপাক পুম্বা তাবিয়ু,
পাংজদবা অঙোমগী নোংবান কৌবা ঐসিবু,
মপু সনা য়াথংনা 'কবো লোইসি ওকচক'
তাকপিবগী চংচরে। কুম্বিদগী ওকচরে।
'ঐনা নিংজরকপগা পাবুং সনা য়াথংপা

চপ্ চারে' হায়বিরদুনা ইবেমমনা হরাওই।
ননাই ঐ' শগোন-তোংই, ইবেম্মনা দোলাই-তোং,
খংজসম্ম মওংনি, উজসম্ম মতানি।
কাজরকই য়ুম্-য়োরে। য়ারবম্ম য়ানা-হুম্
সনা খুৎনা হৌজরে: অম' মনা তৌরগা
হৎগোইগত্রা হায়দুনা। ননাই ঐদি চাক তোক্লে।
ঐগী লুক্‌ফম্ অসিদা ইবেম্মনা ফংবিরে।
'ইচেম শিংনা নৈথাক্কী লুক্‌ফম্ অসি ফংবিদো
ভসি কৌবা অসিদি ঐ ফংগে' হায়রদুনা
করি কায়দে ইবেম্মা। লুক হাবসি ল্যোইদুনা
চিন-তেংবগী লেংখোকখি। গুং গুং লাওই হায়দুনা
চোংখোকচৈ ননাই ঐভাক। খঙ্গা য়াওই, নিপাসি
য়াখ্যে হুম্ফু ওইগনি। ইবেম্মদা ওমসিল্লে
ক্সাদুনা চিংবিথরে। ইবেমমনা হা ইতৈ
নোংবান হায়গে তৌবদা—ইক্-লাওদুনা পুবিখ্রে।
ঐবুম্ম হাংকে তৌবে। থরাইনা লম্নি খনজ্জে।
লোংচত্তৌই ইমুংদা। সিগী মুংঙাইতবদৈ!
মীনা চেনবা পাওঁ-অসি অকোল অহান-নাইগল্লি।
খোল্পা মাম্ননবা তোমান পুংজাও য়ৈবনি।"
হায়রে নোংবান কোংয়ানবা। মোইরাং চাওবা নোংথোম্না—
নতিক চাইদো মুংঙাইদা! চাওরম্মেদা ইচাদে!
ইবেম্মবু অতুম্মা কারবদা নহাক্কী,
ইমৌ অহুম অচুজি লাওদবরা কোংয়ানবা?—

"লাওবে, লোম্বিনিনা কল্লকুগুম্ তৌমাম্লে।—
"নচা ননাইদি? লাওব্রা?—চাক্রো-লাক্রোগদৌগী,
ঙম্ম খোইজা থেম্বগী লোক্তাক ঙম কুম্থি।—
অহুদরা ননাই-সে?—মানি।—অঙোম-নিংথৌদি?—
তাকহৌত্রে, ইকাইহুনা।—ঐঙোন্দা হেক তাকপদি?—
ইন্তাওগীদা ইপন্দি সমন্ধ 'মঙং লৈবা—।
করে হুদি ইবুংঙো ঙসিগিদি কম্‌দৌই?—
ঙসিগিদি লৈপাক্লি।—চুমই ইচানা হায়বা।
শিঙেঙ 'চাদি মুংঙাইরে।' অঙোম, শাগৈ চাওরেদো।
ইচা-'শিংবা পোকচরে, শানৌ থাদরাকপবু।
মুংঙাই শাগৈ চিংথংলে। অসুম্মদি ওইববু
ইকাই পুক্লিং মুংঙাইতে। শাগৈ পান্দবা মাল্লি॥
হাই। শাগৈ মচা লৈত্রা? চিংথোকথো নোংবান অসে
ফুক কংলা কাচিন্দা।" সুম্মা ঙাংই নোংথোম্বা।
রাগী মায়রৈ থংদবা নোংবান মাগী সেম্লাবা
অঙম' তরা মাথোইদো "চাওবা খোইগী ওইরেনা"
থল্লি, মবুক হুরাওই। অঙোম শাগৈ মচানা
নোংবান য়েনি হায়হুনা মরাং মরাং তৌরকই।
মোইরাং লৈপাক অসিদা অওইবা ওইরে ওইরে-
ঙৌদ' ওইরে মওইরে। চাওবা মাঙ্গ হায়বদা,
কম্মু কুম্মু মকমদা মমুম হুম্মু চৈরাল ঙৗ,
কংলা হুম্মু মহুন ওই। সুম্মা নোংবান মৈনৌরে,
চাওবৈ, মরাং কিদবা কেগৈ পুল্লা পোকখিরে।

"তোকও তোকও ময়েরম্নু কোম্না য়ুমদা" হায়রকই ।৩
তোকএ—তরা মাথোই সেজাবা ওম্বা শিংদো
"সেন-সি খরা হায়থিসি কংডদোবা সেনফম্নি
চাওবা চাওরে ঐথোইদা মাবু য়াওরবদিনে,
ফনা লৈরি থল্লুদো মান্নরক্কে 'বুংভোশা !
মাগী মাগী ঈ-য়াইসে !" থরন্থনা হবাওরে ॥
লৈপাক মীয়াম অপূম্বা—"শা-লানগিরা হায়ববু,
লম্নাই য়াগী ওইরম্মে কুম্মসিনা ।" হায়নরে ।
চাওবনা ("শা-লান-দদা থৈনসি হায়নবনি ।
অসিগী মুক মথকতা—মপু মোইবাং নিংথৌনে,
মহারাণী যুব্রাজ অহুম অসিনা শিবা,
লিমা-য়ৈসি । অতুগা পুংথোল অসি তাবদা
চেংজেন-ঙাচেল য়োম্নসি ;) সি নত্রা ?—মানি মানি ।—
খুম্নক-ইরক অসিদি মুপী অঙাং অপুম্বা
চিংদা মান্দা পাৎকোন্দা চৎনথরে থোং-খোংপা ।
কথেন মাপন মুৎথরে । লৈপাক চরা হেল্লনি
কম্দোগনি মাসিনা ? লৈপাক য়াবা তাথরে !
চাওবৈ চাওবা ইচাদি—কথেন মাপন কাও হায়ু !
চেনখিবা পূম্বা হজিন্ন হায়না পাও তুক চেন্ন ।
তারেলনা কোংয়ানবা ?—মনাও 'ঝংভো তারিসি,—
মী সি থোমজিলহল্লগা মপু সংগাই মাঙগোন্দা
ময়াইবেম্বা থকপা লোংবানকুম্ন কৌথিন্ন ।—
কৌমিংজা কৌদলি কৌমিংথ্রমা তোক্কনি,

ইচা হুরানবা লমজা মাবু লৈপাক থোক্কনু।
ওন্মোক্ত হায়র’ মাত্তনা,—নোংথোনবনে মন্ত্রিনে
কৈরোইজাগী থোই-সিনা থোমজিনবিয়ু মীয়ামসি।—
মনাও ’বুংঙো হায়বিয়ু’।—হায়রে। তুগা ইচাদো’
ঐদা নত্রে নোংবান্দা থিল্লু ইকাই’ নাইদেদা।
লমজা ইকাহদবদো। অপোকপা মপা’ য়াদে
হায়রবদি মতোকউ করি মমায় মথানো।।—
মীচং মীথাই নাইবিনু সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু।—
মীচং মীথাই হায়বদে?—নত্রা কৈনো যুব্রাজ?
নোংবানবু, যুব্রাজ-নিংথৌ সুপ্লবরা কৈনো!
মজাই ’বেম্মৈদমক্তা কংলা-য়াইবুং য়ৈবদি
মত্তিক চাদে অতুগা হায়সু হায়ন-থিদেনা।
খম্বা, চাওবা করিগী মী থোমগনি মন্ত্রির্না?—
সুপী তুরান-বৈ দণ্ড!—তুরান্নমদরবদি?
মোংবান সিদি হাংকত্রা?—ঐনা লৈরিঙৈসিদা
নোংবান শোক্লগদবদি কনায় মতিক লৈদনা?—
লৈরি—নয়াম্বুং লৈরি।” অনি ঙাংনরকপদা
লৈপাক মুংশা হোন্দরে। হৌগৎতুনা চৎপা-রে,
তুমিন তুমিন লৈনত্রে লৈপাক থক্-থক্ নিক্করে।
থাংগ্রাকপনা—“ঙাইবিথো! পংলাও হেক লাওনবিরে!
মরা লৈবা সুপীবু হুরাক্লগা মাসিবু
তুমিন সুম্না তোক্কনা? পুংরৈবকনদি লানরো?
নিংথৌবী মচাল্লী হুরানবা, মানি লায়ি।”

হায়না থেংজিল্লরকই । অতৈ ভরা লৈহৌবা
নোংবানগী সনা কংবা ফমাইবশিং অহুনা—
"মরা লৈবা মুপীবু হুরানবদি মাহুদি
লান্-হায়বু অতৈ লৈব্রা ? অচম্বু নংতবা,
লৈম-নিংঙোন কাদবু অচুম্বনি, লান-নত্রা !"
মথং অমা পাংলকই। নোংবাম্না—"লৈপাক পূগা
প্রেজা 'ওস্থা তাবিনি, পুং য়েবগিদি য়েরে,
ঙাংনবিল্ল মথাহু।" লাওই নোংবান থোরকই।
নোংথোম্বনা—"অহুদি মজাই 'বেম্মবু লোইদা
থাবিববু কৈদেনো? সংগাইদগী থাবরা ?—
করি হংই যাহু নং ।—নং মাদি হায়বিম্নুদা।—
হায়রে নংনা কেদৌনি ।—হুবানবদি কৈদগী !
যুবরাজ নংতরা ।—কল্লী ?—ক'র হায়বিনু ।
মজা ইবেম্মা সিবু হরাওবা লমজেন কাওদা,
পিখিবহুদি কাওরে। হাই। মাইবী চংবা। নোংবান
কৈদ। নংগুম্বনবু নিংথৌ ম১া লোবরা।
করি নতিক ওইহুনা ! লাইর-লমজা থম্বদি
নিংথৌ মচিন মনাওনা পিবিবনি থংদরা ?—
ঐদি পিদে।—কৈদগী পংহায় মহায়নরেনা !
নোংবানগী লুখাক চাবী মুপী, অহু গুম্বীবু
থম্ব-লোবা হৌনব্রা। মচিন মথা চোনবনি।
খম্বা মস্থুংলাংশীদি কবো লোইদা চৎলগা,
কায়কপা নোংবাল্লা—চপেনি হাত্তবা হান্‌দে,

মঙ্-মঙ্গা ওইরোইদবা য়ানি তাবা য়াররোই ।
যুব্রাজ-নোংবান 'নিনা নিংথৌ মকম সিনগেদি
তৌবা ইশেং শেংবনি ॥ লৈবাক লোইনা লেপ্লিখো ।
খোংলেন চাওবা অনিনে, ফেরোইজাম্বা, থম্বগা
লেপকে নিংথৌগী দমক । লৌশিং য়াওদা-সেঙ্গাবা,
নপাংগন্দি লৈতানা থদাং চিকপা শাবদো,
উরগনি হন্দক্তি ।" হায়না লাওরে চাওবনা ।
অঙম্বা ওয়া মাখোই নোংবান্গী সেন চাব-শিং,
নিকলে ফম্বা ওমদরে । অমুক হয়া চাওবনা—
করি হায়রে ? নিংথৌগী মজাই 'বেম্মা গংগা-ওমু
শেংনা, লৈরিবী সিবু মিংদা থিনবা ওাংবা !
অডোম নোংবান মা-গুমগী লুথাক চারে হায়রিবা ।
সিগী য়াদি থমহুনা নিংথৌ মফম সিনগেদি
থৌরাংলগা হুগস্থু—। ( চিংথুবনা ) করিনো ।
নংনা নিংথৌ মকম সিনগে তৌই হায়বা য়াসি
ইতং-তংতানা পনবা । নঙক অহু ককউরা !-
ছে । করি যুবরাজ ? ঐগি থাংদি সেঙ্গাগী
লৈপাক্লা শাবা থাংলা ? কবাকলা, নংগীদনা
থাংলা লেংখোরকউ লাও । চংশিন্নকউ হায়বরা ?"
হায়না চাওবা চোংথরে । ইকাই খোংদৈ যুব্রাজ
কম্ফমদগী হৌগৎলে । চাওবনা—"লাও য়ানজরো ।
পায়বা হৌনৈ পায়বনি য়ারকনি নিঙ্ঙৈ !"
হায়দুনা থুক থুদক কুমুনা তাইরে চাওবা ॥

লৌমিয়াকপা চোংথোক্লে, যুবরাজে থাংদোকখ্রু
কায়ে,—"হৌ করিনোদা ! থাংনা ককে হায়বদি,
য়ানিংদে ননাই ঐথোই ! লানবগীদি লাল্লিনি
ননাই নোংথোম্ব, সিবু—মাদি যুগ কয়া ওইরে
পুন্সিরবা মিপানি ! মূর্ত্তি সিস্থ য়েংউমা !
লান-কোক্লি, চুমদরদো ! কংলা য়াইপুং অসিবু
পংথৈ য়ৈব-য়াবরা ? চৈনা-হেক থিন্-থিন্দুনা
হৌবা সিদি চুম্বরা ? ঐথোই থ্বাইস্থু লৈরিনা !
নয়াম্বুংনা তারগা করি হায়নি থনফৈনা !!"
স্থুম্না থাম্মে। নোংথোম্বা—"থাম্মুন্থ য়াল্লসনু (?)
ঐদি অহন-স্থ ওইরে থ্বাইগী নাকোং য়াইচিল্লে !
থাম্বিবা কনানো ?—হিঃ ! হওজাবু ননাই ঐনি !—
অতোন্-করি থাম্বগে ! মনাও 'বুংঙো করিনো !
ঙম্মোইদবা য়াহুদি ঙাংদবনা ফগনি !
নমাম্বন-তারগা নোক্লগনি থংউ শা !
খয়োল্-লৈয়োনবা ফত্তে, নচাদি অমত্তনি !
ইবুংঙোনা চোপ্পদি ঐথোই থ্বাইসি চোপ্পনি !—
করে ! হুদি নোংথোম্বা, ঐবুনা নিংথৌ শেমগে
তৌই হায়বা অহুগা ইচা, নমাক্তা পিরে,
অসি নংতরা ?—মানি । নোংথান নংখা য়ৈকদি
ওসি কংলা য়াইপুং-সি মপু সনা য়াথংনদি ?
অজা !—করে চংলসি মপু সনা চোয়োন্দা !"
হায়না যুবরাজ নোংথোম্ব অমা মাক্তা চকনদে ।।

সনা নাক্তা য়োৎদা মপু মোইরাং নিংথৌনা
উরে অনি' মত্তোদো—"নিংথৌ ঐগী কাদদি
ইনাই শিংনা মহেল্লি।" থনবিত্থনা নিংথৌনা—
"ইপু চেংলৈ লাকপবু! অত্তোন করিগীনোনে?
লাকসি লাকসি! নোংথোম্বা! মোইরাং নিংথৌ ঐহাকী
লাইজ ওইবা নংনিকো! ইচা-ইনাই পুম্বনা
থম্না থেঙ্নোং ওইসনু ঐনা থম্বাল ওইবিরে।
মমাংথৈদা চুপ্লমই পুরেম্বদি নতাওনা।
খোংলেন্-চাওবা নবিঙাই থম্বাল লৈহি কংদব্রি।"
সুম্না কৌরে চাওববু। মতু চুংই যুব্রাজ ॥
চাওবনা—"মনাও 'বুংঙো অচুম্বা তুক কৌইদো,
হংগংপিয়ু হান্ন-তুক।" হায়। নিংথৌনা—"করিনো
অত্তোনবু? হায়ু তাসি?—অজ্ঞা! ননাই ইপুনা
মোইরাং হায়বা লৈবাকসিদা লৈরিবা মথৈদি,
ননাই ঐদি লৈররোই।—হৌনদে অত্তোন কৈনো—?—
হংগংচরিবসিনি!—নোংথোম্বা করি দৌরে?
অস্থক মুংঙাইত্রিবসি নবুংঙোনা করিনো?—
ননাই ঐনা কায়বনি,—কায়বগিদি সিমক্পু,
সনা চোরোনগীদমক কায়বনি!—কয়ম্ দৌনা?—
ঙসি মোইরাং লোংবান্না কংলা য়েবুং মৈবসি
সনা য়াথংনা মৈত্রা?—বিষ্ণু! বিষ্ণু! কৈদগী
মানা মৈঙে হায়বলা অহম্নক থামই ঐনা।
চেনখ্রে নৈরকরে। ঐহী মী অমা থাম মথাখাই

করম দৌরে নোংথোম্বা ?—ননাই নোঙ্মানগা ননাও
ইবুংঙোগনা, থোম্মে হৌজিক থাং-সু হৈ-মথে।
ননাই ঐনা থামজরি। সিদা মুংঙাইত্রে ঐবু
ননাও 'বুংঙোই পুরিংদা।—ইপু মাহ্ হায়রুনে।—
মনাও 'বুংঙো করিনো ? মাসি নৎত্তরবদি।
কংলা পুংজাও করম্মা য়েগদবনো ইবুংঙো ?—
সানৌতোন্ যুবরাজ। অসিরনে ইবুংঙো ?"
হায়না ময়াম্বুংনা মুক হংই। যুবরাজনা—
"অজ্ঞা।—হুদি ইবুংঙো। 'মাইদি মোইরাং অসিদি,
কয়া মুংঙাইবা থোক্রে। অতোম্মা পুক্নিং তাবা
মফম অমা থিগত্রা ?—" হায়রে মোইরাং নিংথৌনা।
যুবরাজ লৈফম্ থংদরে। তিঙক্ মায়-ওক ঙাহাক্তং
লেপ্লম্লগা যুবরাজ মদোম অহুম থোকথরে
কেগে চৈরাপ পাংহুনা মঙ্দা চৎপা খোংথাংগুম॥

৯

চাওবনা—"ননাই থোংলেন ইত্তাওদি ওয়-চিংদ
হৌনবা তেংগোন শাখ্রে, পুংগী পুংথোন তাবদা।"
হংগৎলক্লে নিংথৌদা। নিংথৌনা—"হুদি ইপু
কমদৌনি নোংবান-চিংখুবা অনিগী হাকচা
লৈপাক শোকপা তারেদো। লান্-সি থামদবা মাদে।
ঐখোই অনি থোক্লসি।" হায়না নিংথৌ নোঙ্মানবা
অপু মনাই থোমক্লে। নিংথেম লেংথোরকপদা
কেগে চৈরাপ তিন্নবা মীয়াম অহ্ থোক্লুনা

তাইরে অউম কৈথেন্দা। মন্না করা পানবা-থাং
নোংপোক চবী থাংহনা, পোইহু খুদাপ কাইরংবা
মতৌ অহুম নিংথৌবু ভক্তি কৎখি ময়াম্না॥
মীয়াম সিগা লোইননা চৈরাপ-হুংদা লেংসিল্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"হায়রিনি লৈপাক্তি
ভরা চারক্তবস্থ য়াওরিনিদো করয়ো।"
তাকপি পেন্নে ময়ামদো—"অরাম-থৌরাং লৈজদে
সনা চোরোন উবদা মঙ্গোল ওইরে ননাই-থোই।"
হুন্না খুমজৈ লৈপাক্লা॥ সয়েং তাঙ্গৌ শিজবা,
পজেং ফীবান্ থেংলবা, পামহু-লৈথাম্ চিন্‌বস্থ,
কেগে ক্ময়াই 'পৃস্থসি মাগী মাগী ফিদা-দৈ
হৌগৎনরে—মপুগী থৌগন লোইনা তৌথরে।
মমাং মমাংদা থাবা, কাওসেন-কাগোক অপৃস্থা
মপু সনা মাংদগী তুংদা লোইনা থৈদোক্লে।
ওসি মোইবাং চৈবাপ্পা নিংথিজবা অহুদি
লাইগী সোভা নদৌগুম নিংথিজরে য়েংবদা॥
মপু মোইবাং নিংথৌনা কোরৌ মঙান ফুবগুম
ভানখ্রে। থৌগন মীয়াম্‌না হায়দোরকপা কজবা—
শিংডেল-লৈপান্-নদৌগুম নিংথিখিবা অহনা,
শিঙেন-পাম্বরা-কবোক্লেগুম পুমজৌ ভৌথরে॥
মিকুপ অনি মবিদং পোৎথারগা চাওবনা
মনাই অনি কৌসিনখ্রে—নোংথোন্ মপাও মেক্লে,—
"তন্‌বা অনি ভাবরা। চৎনু থোংলেন ইভাওদা

মোইরাং তাহন্‌কদেকো। হায়রক-'ভনিগী পুরো
মচা খম্বা হাংনন-পুং, নমোম খম্ব্ কৌবীগী
খুজোইনবা পুংনি, মন্ত্রিদি তাবিদ্বরা ?
নতাও চাওবা কৌববু বন্দি থম্বা পুংনি।
খম্ব-থম্বাই মাংত্রিত্তে মোইরাং কথেন মাপন্দা
খম্ব্ পুথোকত্রিত্তেদা, নমাক কৈরোইজাম্ববু
লোইদা চংখিত্রিত্তেদা, মন্ত্রিগী মায়থোং ছবু
অয়ুক্কদি উজগে হায়না থুরুমজরকই।
নতাও চাওব কপ্‌হোই হায়গদবনি।" হায়বিখ্রে।
চাওবা-য়াথং-লিরী-ওই ; ভন্‌বা অনি অচুনা
তেল্‌-ওইরে কাপ্লকই নারোন্দা চাওবা'-থোংলেন্দা॥
থোংলেনগীদা থোংলেনগী মচা মনাই পুম্বমু,—
"ঙসি ঐথোই মন্ত্রিবু য়াম্না ইংথৈ করিনো!
ঙসি পুং অচুবু তাদবরা করিননো!"
হায়নৈ মন্ত্রি মহাক্কী ঈঙ্গিৎ ঙাইনা লৈরমই।
চাও-মনাই অনিচুনা—"ইঙেঙা মন্ত্রিবু ?" থোংলেন
মনাইশিংনা "মাংগোন্দা লৈ হায়না তাকপিরকই।
অনিচু চংলক্লুনা থুরমই। "কনা কনা—?
ননাই 'থোইনি ইঙেঙাবু!—ঐথোই হায়বদে ?—নতাও
নোংথোনগী মনাইশিংনি।—হিহি করি 'তো-থোই ?
ঙসি কংলা পুংজাও-দৈয় ইঙেঙা তাবিদরবোই ?—
থাংগৈরমকতি শেংনদি তাহোদরে ছুম-দি হায়।
অহিং তুমদরদনা তুমথক্করে। ইত্তাওদি ? নতাও নোংথোন

কুইরে কাহৌরে দক্তি ওইবা নতাও কাবনি।—
করি হায়দা কয়া!—নপারী থম্ব-থয়্,
নমাক কৈরোইজাম্বা, নজাও নোংথোম্বা অসিগী
রাজ দক্তিগী পুংনি।—করি দৌরে হায়বগে ?
মরোন 'কুপ্পা থংজদে, থম্বা হাংপা তাহৌরে,
নমোম থম্ব্ কৌবিবু মোইরাং কথেন মাপন্দা
খুঙ্গোইননি হায়হৌরে, নমাক কৈরোইজাম্বনা
রাজ দন্দি তাহৌরে। নপারী থম্ব অদো
ইপাই-শক্তদি উগে হায়না কপ্‌ই ডাইহৌই।
নতাওনা হায়জরকই—ইতাও শক অমুক্তদি
উজগে হায়। ঐথোইস্‌ ইভেঙা মম্বি চোরোন্দা
চেনসিঞ্জবদা মতাই।" হায়রে কপ্‌ই অনিদো॥
থোংলেম্মা—"হাই হাই! করি! ঐগুম্বা লৈরিভেদা
থোংলেন ঐগী থাংনা ময়া কম্‌ত্রিভৈ অসিদা,
ইপাম-ম্বোম্না তেকত্রিভৈ, করি মতিক লৈহনা!
ইপারি থম্ব-থয়্, ইতাও মপা মচাদো।—
অজা! চৎলো ঐ লাকএ! থোংলেন শিত্রি হায়কো।"
হায়না থোংলেল-লাওথরে। অনি অত্ চৎথরে॥
থোংলেন তালোই অহান্ম চেকসিনবদা রাতানৈ।
থোংলেন্‌বীদো কপ্লকই। "ডাইথো কপ্লুথিগনু।"
খামথি থোংলেন-তালোইবু। থোংলেনবী কৌবী অদো
মথোনাদা মরিং-জেন কপ্ল হৌনদবনি।
সমজা অনি কাদদি মিংতা পিবু তাক্লরে।

চাব-থকপা থৌরাংছু লোইবা তৌত্রে লোইরক্রে।
থোংলেনগী মনাইশিংছু হরাওবনা লোয়ক্রে,
চাবা থকপা থনদরে লান-ভবু হায়রব'দি॥
চূরা মণি কৌবনা থোংলেন শা চিংথোকখরে।
নিপা তরা চংছনা লান-শা শাবোং হাপখরে॥
অরাম্বাই তেন্দোং য়াল্লে। থাংশাং য়াল্লে, শাবন্দা
ছোরী ভরা মভাদং য়ৈসিন্দুনা ফুমখরে॥
থোংলেন মফী সেংথবে পজেং-ফীরান থেংথরে।
চরায়বা নোংশাগুম থোংলেন য়েংবা ওন্মক্তে।
চহি কুনগা মরি কুনগা মভা অসিবাইগী
মীওই ওইনা উখরে। ভালোইশিংনা চোংথোক্লে,
মপুবোইবগী মঙ্গোল্ তৌজবক্লে মতমদো।
থোংলেনবীনা—"ইবুংঙো! থংলেন নপাও ভাত্রিফাও
অসিদগী লেঙঙস্মোই।" হায়না সৈত তৌছনা
থোংলেনবীদো ফমথরে। "কৈ ইবেম্মা চুমইদো,
ছুগা নংদি থোংলেনবী শামীৎ লানমিৎ থংবিনি।
য়েংউদনা কৈদৌবি!—ফৈ ইবুংঙো য়েংজগে।"
হায়না য়েংই। "ইবুংঙো! পাবি, ইমোম, ইমৌনে
করি মতা তৌদেনা। য়াম্মা ইংনা ময়ুমদা
লৈনা কৈনো ইবুংঙো।—শোয়নি?—থংলেন্ শোইরোইনা"
থোংলেন থর তপথৈ।—"নবুং চাওবদি কমদৌরি?—
নভাওদি থব রারে, মতোমদগা চৈরাপ্তা
লৈপাক মীয়াম নাম্ম-ওই থেংনরি 'তৈগী নত্তে।

ইমৌ ইবেম্মা হাক্তক, থংলেন মোইরাং তিনথরে ।।—
চুমই ইবেম্মা 'ছুনি। পাপী"নোংবান খুজিন্নি।
লোইগে ভসি মুমিংতা—কেগে থক্-খা ওন্নগে,
সেন্দরাম্ম হোগাইগে, হনুবী-চিংছম্ খুক্তোকে,
নাপ্প-চিংদা সোইরোগে,, উভা লেন্দা সোইবিগে,
অরোং ভাথা পিগে, কৌগাক্চাও ভারি লেংনগে,
খোরদাক্ ঈ-রিগে, মোইরাং ছিরানচুনদি
মোইরাং তুম্না হাংকেদো।" হায়না থোংলেন লাওথরে ।।
থোংলেন শগোন তোংথরে। নোং মংদে নোংথাং কুপ্_ই।
মুংশিং ইশিং শিংতানা কোকথক্তগী, থেংলিবা
পজেং ফীরান অপুম্বা কোম্মুংলোমদা ওন্দুনা
ফ্র-ফ্র ইহাই হায়রকই। লিনগী মতোক ওইথরে।
থোংলেন লান-শা মথোং মরিনা পৃথি থক্তা ফু,
ছুইজাও মরিনা থোংবা। থোংলেন লাম্মুং য়ৈরকপা,
লাল্লোইনবা মুংশিংনা ভংচুনা হোরকপা সিগী
ধনী অসিনা মোইরাং ছায়বা লৈপাক অচুবু
পুম-য়াং ওইনা য়াংথরে—মোইরাং পাইথোকখিদোরে ।।
লাল্লোইনবা মুংশিংনা উফুন মথৈ ফজুনা
নোংদোন থকতা পৈথরে নোংদোন ফুন্না মমথরে।
মোইরাং মাঙেস্ত হায়চুনা লাওনরে চেন্নৈ কপ্পে।
কেগে খাংম্মু হৈ মথৈ লোইনা লৈথ্রে চৈরাপ্তা
মুপী অভাং কপ্পথ্রে মোইরাং থুম্মক অপুম্বা ।।
অভোম কোম্মুংদা নোংবান চৈচুনা কপ্পরকই।

ভমপাক য়ুম মৈ থারো হায়বা থোক্ষম তানরকই।
সেগাদগী অঙাংফাও হাংখ্রগত্রা সন্তুনা
অলি কাওবা কিনখ্রে অঙাং কাওবা লোৎনরে ॥
অঙোম নিপা খম্মমু হায়নরকপা তারকই।
কংজবা নোংবান পোকপদৈ মোইরাং অঙোম রারে,
অতৈ প্রজাদৈ হেন্না থোইরেন মশা খপ কুম্নৈ।
মরক মরক্তা থোংলেন নোংশাগুম্না লাওরকই।
থোংলেন মাগী শুন্দুদি য়েরুবনা নিক্লবা
মীচংদনা কংখৎপা থোংলেন মাগী থোক্ষম্নি।
লান-সি কোন্নুং তম্মক্লে। ওথিওন কৈথেন পায়রক্লে।
মতম সিদা নিংথৌনা—"নোংথোন কবম তৌসিগে?—
ননাই ঐস্নু খংদরে বুদ্ধি লায় কংদরে।
মাংজোননা অসাইদা তানহৌস্নু থোক্তরে!—
ইপু! মাংব তারেদো। অথিক-অচোই ময়ামসে,
লাজদবা ওাক্তনি চুম্ন ঐগী দমক্তা
কংলা য়াইপুং য়ৈরে হায়বগীদমক্তা লাকপা,
ইচাগী খম্বাদি বৈরী ওইবা থক মত্রে।
অসি হাৎপগী দোষদি ইপু। কনা পুগনি?—
করি রানো ইনিংথৌ! বুদ্ধি লৈবা ইতাওনি।
করি পংভৌ তৌগনি। অঙোমগা-যুব্রাজগা
অনিতগী মরান-নি।—মাহ্‌ চুমই নোংথোনবা।
কনবা য়ারবদি অঙোম মাবুস্নু কল্জি।
ইনাওনিদো য়ারদি কন্নবা তৌসি ইপু।

ইনাও শিরবদিনে কপকনি ইপু ঐপু ।
ইমোম ইবেম্মা থোইবী মপা লৈভবা মচা,
ইনাও মাপন নি ইপু লুখ্রা ওইরগনিদো ।
ইপু চাওবা য়োরক্লে, থিল্লে ইপু ।" হায়রক্লে ॥
চাওবা বুদ্ধি ভৌবদা—"চুমই অজ্ঞা" হায়দুনা
মোইরাং চাওবা লৌশিংবু চৈরাপ থোংজিন্দা লেপখ্রে ।
থোংলেন লোমদা ওন্দুনা—"ইভাও ! কক্য়েন্ স্মজ্ঞ, ৬৮ )
অথৌবা, যুগ অমদা কাপ্পী অথৌবা হায়না
নমিং ক্যাওবা নহাক্কি । ঐ কৈদোদে নচাস্ক,
ইভাও থোংলেন্ কৈদোদে " হায়না নোংথোন লাওরকই ।
লানগী মৈনা তাথিত্রে । ফুজিল্লক্লে থোংলেন্দো ।
"থংলু থংলু" হায়দুনা ভোয়না ভোয়না লাওরকই ।
চাওবনা "লেপাক পূম্বা চেনগম্মু উপ্রাক্লনা
লৈয়ু ।" হায়ন* লাওবদা উপ্রাকননা লৈনখ্রে ॥
"হো ইভাও থোংলেন" হায়না চাওবা কৌরকই ।
চাওথবু থোংলেন্, লান-দা ওইনা অহুম উথরে ।
থোংলেম্মা ফুজিল্লক্লে । "ইভাও ঐনি" হায়দুনা
চাওবা চেল্লে হৌদ্লনা । থোংলেন থংল্লে তায়রে ।
থোংলেন সগোন মথক-তৈ থাংনা লাম্-হাই হায়রকই ।
চাওবা খুদি থিবদা উপ্রাক্লনা ভুথরে ।
চাওবৈ কোয়েং ভোলোক-তু থোংলেন-থাংনা ককথরে ।
থাংজিং মানা কনুথরে মোইরাং চাওবা কৌববু ।
থোংলেন অমুক শাওথরে—ঐওম্মা হাইবা থাংবু

শোয়না কৈনো হায়তুনা থোংলেন থাংদোন অমুক্তা
লাংগোই মথা রোমদা সং খিস্থরক্লে। য়েংবদা
পাথংতুনা চাওবনা তুরিবচু উরক্লে।
থোংলেন মানা—"চাওবা" হায়না মভাওবু কৌরকই।
থোংলেন মশক য়েংতুনা নোংথোনবদো কপ্লকই।
থোংলেম্না লাংগোই থকৃতে চোংথৈ মভাও চাওববু
কোংথংলে; "কৈনো নংবু চাওবা শাওনা লাকপদা
সুমা হেক-হেক থোরকপা নংবু তৌমু হায়রগা
কৈদৌদনা থোরকই।" হায়না ভাং-ভাংলতুনা॥
মভাও চাওবনা কপ্প উরকপদা থোংলেনস্থ
কপ্লে। অনি কোয়রে পংকপ, হেক কপ থোক্লরে॥
চাওবনা—"ইভাও ইভাও হায়তুনা কয়া কৌই
নংদি ইভা হেক তাদে।—লান্গী মৈথু সিদবু
কদায়দগী ভা'দগে; নংদি করিগী দমক
থোরকইবা সিদদে?—থামদবা য়াত্রদনা।—
ইচা থুমন্ হাংকনি, ইমোম থুংগোইনগনি,
নংবু লোই থাগনিকা হায়-হায়বদাইনে ইভাও।—
কদায়দৈনো ইভাওবু, মীনাই শিংনা কানবা
হায়জিনম্মরিগনি। ভসি পুংজাও য়ৈবদি,
মজাইবেম্মা লাকএদো লুহোংগনি হয়েংমক।
শাশিং লান-শিং লাংগনি। বার্ত্তোয়দি নংগুরোই।
চুগী মী থোম্বনি, মীনাই 'মগী মরাদৈম্ম
লান-হেক মহোবা, নংবু করম্বা মীনোনে।"

হায়রে চৈরে চাওবনা। থোংলেম্না—"চুমই ইভাও!
ইকাইদা ঐদে নিংথৌ ইবুংঙোনা শাওরনি।
ঐদি কিরে নোংথোম্বা। পুসিন্‌বিম্বা নংনা
মপু সনা চোরোন্দা! মীনাই পাওদম ফঙ্গেদা!"
হায়রে থোংলেন চাওবদা। থোংলেন নেম্মে হায়বসি
উরে। মীনাই শিংসিনা যুগোৎ চাদ-বাইবুনে,
থাং শিংসি লৌশিল্লু হাই।" হায়না চাওবনা মন্নাম
থোংলেন মনাইশিং হুবু চৈরে। লোইনা লোইশিনখ্রে॥
চাওবা-থোংলেন চংলক্লে। "ইভাও! থৌগংনরে ঐ
ফিংউহুনা তৌরবোই পাম্না য়াওব্রা নোংথোম্বা?—
ইনগে ইভাও।" হায়হুনা চাওবা থোংলেন অনিদো
কেগে চৈরাপ মমাংদা চেক্লা চানা তৌবগুম
পাম্না অহু ইম্নরে। নিংথৌ পুক্লিং পেন্নবা
থোংলেন মাবু চাওবনা মশা শাগন পায়হুনা,
ইরোই শম্বী শিংহুবু কৈজেং লাংনা চিংবগুম্
মপু সনা মাংদনা চিংশিন্নকই। থোংলেন-দো
থাংই অশেংবম্ন কি। কিবা মানখ্রে থোংলেন্দো।।
"ইভাও নোংথোন ডাইবিথো।" হায়জে থোংলেন চাওবদা॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"লাল্লোই তানবা মন্ত্রিও
হণ্ডা মীকপ্ থোম্ফম্নু তাকদবা অথৌবা!
খুদা লোকপা নংদবা চংবিরকউ ইপুবু।
ফিংথরেদা করিনো!—অজ্ঞা পুংথোন্-তাবদা
ইনিংথৌবু শোকস্না থঙ্গহনা ননাই ঐ! —

কেগে লাজাও অকনবা শাগী লানগী পাও লৈতে।
নতাও নোংখোন লৈরিঙৈ ইপু মন্ত্রি লৈরিঙৈ
কনাই মন্তিক লৈবগে।—ননাই ঐদি ফিংউরে।"
স্মুগ্না খর হায়নরে। মমৈ ওইনা খোংলেম্না—
"ননাই ঐদি ঙকচরি, খঙ্জদরি ননাই ঐ।
ঙসি তোমান্ পুংজাও-তুক য়েবসিবু?—মাহুনি
শাওরমই ঐশু ইপু। নোংবাম্না য়েবনি হায়।—
হীঃ হুদি করি য়ানো। মনিং মথা তৌনা হেক
য়েঙ্কবরা পুংসিবো। করি মরম লৈবনো?
নোংবান য়াম্না চাওরেনা।—মানি ইপু, মরমদি—
ইমোম খোইবীগী দমক য়েবনি হায়রি ইপু।—
করি হায়না ইনিংথৌ?—কবো লোইদৈ কারক্লে,
নোংবান মানা ওকচৈ হায়। মথুংতগী ইমোম্মু
নচা খুমন মাগীদা চংখ্রে অহুইনি হায়রি।—
য়াম্না করে ইনিংথৌ, মনাও 'বুংঙো অহুগা
ননাই নোংবান অনিনা নিংঙকপাম্ম থুংলনি
ননাই ইপু নিংবস্ম থুংঙে হান্দকী সিদা।
কেগে লৈপাক কনাস্ম শোক্লোই মোং-হাবিগস্ম
কুশ্মে নিংথি' য়েংবিয়ু।" হায়রে খোংলেন। মাসিদা
লৈপাক মতু চুংনখ্রে "হীঃ করিনো য়াসিদে।"
হায়নৈ তুমিল্ লৈনখ্রে। খোংলেন মায়খোং ওল্সিনখ্রে—
মাক্লোরেন-নোংবান-'পাম্বা।- ইমান্-ইবুংঙো।—তায়স্ম
নোংবান করি হায়নি ইবুংঙোকা হান্নহুনা

কৌবিবা ইভিক চাদে। যুবরাজ 'মশী মমাক,
অচৌবনি নহাক্তি 'থোইনা অজ্ঞা কৌদৌনি।
অস্তুমদি ওইনমকপু, নংনা হান্দক লৌরিবা
ইবেম্ম ছবু কনানা পোকপা ওইরিগবা ?
কনা নিংথৌ মচানো ?—ননাই ঐনা চান্নবা
লৌরে পাৰৈ হায়জদে। কেগে লৈদা পোক্ৰী
মমোম মজা ইবেম্মবু হায়জবনি ঐদি।—
হিঃ থোইবী য়ামবোইদা।" স্তুন্না ভারে থোংলেন্না।
চাওবনা—"কোইমনথবে নংনা পুংবৈ হায়বদি (১৮)
করিগীনো লোইরেনা।—মানি চুমই মাহুনি,
ইকু ভাগে কোংয়ানবা, মনাও 'বুংঙো য়াথংলা,
কনা অওম্বগীনো, নরয়াইরা ?—ইরন-নাইনি ননাই ঐ
মুংঙাইত্তরহুনা য়ৈ।—মুংঙাইদা অঙোম নোংবান,
চাওইদা কো ইবুংঙো। হান্দক কংলা পুংজাওসে
নিংথৌগী পুংস্থ নত্তে। মোইরাং হায়বা অসিদা
নিপা ওইনা হেক পোকপা লৈপাকত্তা পোপ, তাবদা,
মাগী শরুক সেন্-মথাই অমত্তা ওইরবস্থ
থাংনরবা স্তুস্থা পুং লৈবাক্তী লমা ভিংবা,
পুংজা খেন্দোং য়েংহুনা। শাগী লানগী মমীদা
পুংথোন মদোম থোংবা পুং—লৈপাক্তী খুদম্ ওইবা
স্তুস্থা পুংবু নংতনা ননিং ভৌনা য়ৈবদি।
চাওরে নোংবান নহাক্তে।—চাওবা পিকপা থংজদে
ননাই ঐহাক য়ৈরুরে।—করে ছদি কোংয়ানবা,

মজাই 'থৈম্মৈ বিচারদো তৌনি চিন্‌-মিং পায়রি।
কংলা য়াইপুং য়ৈয়্ঙনা লৈপাক খোম্বগী অসি
হায় তৌখিবা থোকই। খুংলাই পায় কোংয়ানবা।
নিংথৌ শেমগে তৌবনি—ইনিংথৌবু সি নত্রা।
লৈপাক ঐগী য়েক্লবনি, নোংবান যুব্রাজ ওইগে,
নিংথৌ ওইগদবা 'মা লৈরমখিনি মন্নুংদা।
তৌরমইবা খুজিন্নি নংগা ফুক থেংনবা তারে।
থোকও নোংবান খিল্লেদো। নংদি ইংথংলকপনি।
খোংলেন ঐদি অহন্নি। ইথৌ ওইবৈ তৌবনি।
মোইরাং লৈপাক কোয়বিন্ন পন্নোন কয়া থোক্লনো।
হায়না খোংলেন লাওরকপা অরূম্বা নোংগী-লক্তা
নোংখাকপন্থ মঙাইরে। চৈরাপ থ্রক্‌-থ্রক নিকখরে।
নোংবাল-লৈত্রে হায়নখ্রে যুব্রাজ করম্লো,
লৈপাক স্নুম্না থন্নখি। চৈরাপ ইন্নুং ময়াইগুম
পুমমম্‌ মমখ্রে চিকথরে। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"ইপু চুমই, থোংথোংপা ইপুগী লানবা লৈতে।
পুংগী অসি থম্নিঙিঙ ইমোম 'বেম্মা ইচাগী
অসোমদা স্নুম পুথিসি। ইপু করি হায়বগে ?—
সনা য়াথং লৈরদি লোইরে ননাই ঐগিদি।
হায়রে খোংলেন ঙাংথিত্রে। মপু সনা য়াথংনা,
অঙোম মচা নোংবান্দো চৈরাপ মাংদা চোংথোকই।
খাদোই য়ারম লৌরক্লে—"মনাও 'বুংঙো স্না য়াথং
লোই ওকচৈ ননাই ঐনা। সনা কোম্নুংদা, অমা

/তমপাক্‌-য়ুমদা য়োরকথো তাকপিবা লৈতে, য়োত্রে।
অঙোম হায়বা নংগীদা পুসিঙ্গরো হায়বিরে।
ননাই ঐনা ওকচরে নিঙাই পিয়াই লৈনদে
চংজরে। সনা খুৎনা চাক অত্থু থোংলে। ঐনা
ইবেম্মনা থোংবক্তু চারে ঐগী প্রসাদ্‌-তু
ফংলে মজাই 'বেমমনা। চিন-তেংগে হায়না থোকখি।
গুরুং লাওই, করিনো, তু তাবরা হায়রুনা
ঐনা থোকচখিবদা সুক্লি হায়বা অশেংবা
মীশিং তুদি থংজত্রে। ইতাওনে মী ময়ামি
চোংসিন্দুনা ঐহাকপু হাংকে তোই। ননাই ঐ
চেন্সিঙ্গরে ইমুংদা, থাংই থোং লোক্সিন্দুনা।
নাপ্প-চপ্তা য়েংবদা—ইবেম্মদি ওক্লুনা
লেপ্‌ই। মতম অসিদা চোংসিন্দুনা ইতাওনা
চিংই খুজেং পায়হুনা। ইবেম্মনা 'তোবিয়ু
ইপুরোইবা লৈরবা মুপীনি ঐদি' হায়জৈ।
খুকুওম্ শাওম থিহুনা পুরে ইতাওনা অতুম্।
"হা" হায়রুনা লাওজগে তোজবদা 'বেম্মনা,
ফিবুন্ ইক্ নম্বিহুনা পুখ্রে ময়াম নমহুনা॥
সিগী নুংঙাইতবদৈ য়ৈব-পুংনি ননাই-ঐ॥"
হায়না নোংবান অপাম্বা তম্মে চৈরাপ মমাংদা॥
থোংলেম্না—"অতোন-নোংবান! থংডে তোকও ইকুনা,—
মনাও 'বুংঙো যুব্রাজ!—ইপু!—নজাইবেম্মবু,
সংগাইদগী থোংবানত্রা?—পাল্লি ইপু মন্ত্রিবু।—

মী মকোক্তি কনানো ?—ননাই নাইজ-হনবনি ।
ননাইদি লাকইবরা ?—লাকই ইপু ।” হায়বদা
নাইজহনবা চোংথোক্লে ; থোংলেম্না—“নাইজহনবা !—
ইঙেঙা মন্ত্রি ।—করম্না ! হায়ু তাসি থংমথৈ ।—
ননাই ঐথোাই তরাগা মঙা শম্না অমতা
থাদোক্লদে ’বেম্মগা কুম্বী লৈশোকপুং ফাওবা ।—
অচুম্বরা অথৈভদি ? কবো নাইউন তরাগা
মঙা ’মগা য়াওরকই । নপোৎ লুম্মে নথোাইদি
চৎথৎলম্মো হায়চুনা থাগৎথরে হায়না ।
সগোল্লে লাংমৈনে লৈশোক পুংদা তৌবচনা
নোংবান সেলুংবা থেংনৈ । ওকপনি হায়বা য়াহৈ
অসাই হায়নখিবচু হায় । ইবেম্মনা হোয়-মায়
খুম্‌দে করি অমতা । নোংবাম্ন—লেংলসি হায় ।
মতম সিদা ‘ইপাগী মনাই ইপুথোাই হৈরা
য়াওরিবরা হায়চুনা হংই মজাই ’বেম্মনা ।
য়াওরি ইবেম্মা হায়না হৈ পিরে নোংবান মানা ।
হৈনম্ অচু তাবদৈ ’বেম্মা তিংদম য়াম্থখি ।।
নোংবাম্না শোল্লি ফরে । হংবদা পুমশেং মক্তি
শেংদরি কম্নো চুদি হায়নৈ । হিদাক লাংথক্তি
থংত্রা হায়নরবদা—‘ইপা কবো নিংথৌনা
শগোন তোংহল্লি সুম্না অনা লাইকোক্‌ই’ হায়রে ।
সগোন তোংও হায়তুনা শগোন তোংই । চুদগী,
ইবেম্মনা তোংলক্‌পা দোলাই চুনা নোংবাম্না

তোংলে। সগোন-হু অহুক্—কালৈ কালৈ তোৱমই।
মতুং হুদা থোৗথরে। কাংসোইবী খোং লায়খরে।
কৈরেন্-কাবি য়াংবিদৈ কোংয়ানবদা লাংগোইশী
সমায় লৈসিল্লকই। ঐথোইদি চুম্নগীরা শুম্
খল্লি। মীকৌ অহুবু—'মোইংরাং নোংবান সেন্নবা'
অসিদা মহায়রমই। লৌ পরি অনি অহুম্
আন্দাজ শুম্না লাপ্লে। ওই-খংবা খুৎ তিংথোকই।
য়েংনা সদন্ ওইহুনা য়ানুব-শুম্না উহৌই।
'হা' হায়বা থোক্ফম 'মগা হাইফেৎ ওইনা তাহৌই।
হুদৈ শগোনহু থোৗখ্রে। নোংবান্না তায়খরে।
চেনবা তমজদবনা লৈহৌই ননাই ঐথোই।
চাইথোক্লুরকই শুম্না।— য়ারম সিদি অহুদি
তম্ব্রা মনাও 'বুংঙোদা ?— তমজৈ ননাই ঐথোইনা।—
করি হায়নৈ ?— করম্নো হায়নরিঙৈ মক্তদা
নোংবান লাকই। মতুংদা নোংবান মপু মনাইনা
তাংনথিবা অহুদি ননাই ঐথোই তাদরে।"
খুম্মে নাইজ হনবনা। থোংলেম্না যুব্রাজদা—
"মনাও 'বুংঙোবু! —মন্ত্রি।—ননাই নোংবান-লাকপরা ?—
ইপু মন্ত্রি হায়শিয়ু।— হায়রিবসিনি কৈনো।
নম্নমদা পুসিঞ্জরো হায়রিবগী, মশানা
য়াদে-য়াই, মা-য়েকই হায়বগী খনবিক্রম থোকই।
মাহু চুম্ন তাকপিয়ু নত্রবদি য়াররোই।"
হায়না মোইরাং থোংলেম্না মতিং কোৎনা তিংশ্লোক্ল

তিংথাক উংনা ভাগুগুকই। যুবরাজনা—"লাকই।
'লাব-য়েকপদি লৈতে, অনাবা হৌই, অহুগী
সগোল তোংগে হায়রুনা তোংই, শুম্ তৌনি হায়বা
থংদবনিনা সোমদা চংলক-লাক্লকইগত্রা
ইবেম্মবো হংজগে লাকইবনি' হায়রুনা
হায়রৈ হংলৈ নোংবাম্মা। ঐনা কৈনো মুপীনা
সগোল তোংই হায়বদি পাব্রারিদা ভাবরা
পুব্রারিদা লৈবরা। ইচা-শি-নারবদি
হায়না চৈথি নোংবানবু; মাস্ত্র অহুম চংথরে।"
হায়। থোংলেম্মা—"ইবুংঙো। ফরে হুদি যুব্রাজ
কুইরুহুনা কায়দে বিচারসি ভেন্সিন্সি।
'মত্তা চেন্নগা য়্যাংই।" হায় চৈরক অসিমক্তা
"কবো নাইউন ভরাগা মঙাহুদি কদায়নো।"
হায়না লাওই প্রজানা। থোংলেন মানা—"ভাইবিথো
মাহু কোম্না থিগনি। ব্রাগী মক্ক হায়বদি
থোক্লে মজাই 'বেম্মনা 'বেম্মা কোক্ল।" হায়রক্লে।
নিংথৌনা—"চুমই ইপু। সিদা ইচানি হায়বা;
অমতংদা থোকথরে। মরা লোৌবা য়্যাদৌবা
মী অমতং থাসিনে।— অজ্ঞা, সনা চোরোম্মা
ননাই 'ভাওবা থোংলেনবু ভাকপিগনি চুমথরে।
ননাই ইচা থংদি কোহনদবা য়্যাদরে।
কৈ ইপু কৌগম্লসি।" হায়নৈ দোলাই পাবা 'নি
খম্ব-কোবা থানরে॥ নোংবানগী সেন চারুবা

অঙম্বা থর অহু লাওই—"করিনো থম্ব।
চাওমল্লিনা।— করিগী?— শা ওঙীগে ওইজসম্মু
অমা ওইগে ওইসম্মু কংলা য়াইপুং য়ৈর'দি
কারকফৈ করিগীনো। মজাইবেম্মা ফাই হায়রবা
মাগী মতৌ অসিনা থাজে ঐথোই।" হায়রকই।
মপু মোইবাং নিংথৌনা—"করি য়ানো 'ওম্বা-শা
ঐগী স্নমাং শিংতানা মীগী শিংলুবা থোকই।
চাওথোকপা নত্তে থম্বা—ঐগী য়াথং ইন্দুনা
কারক্কবা থম্বনি। কাওকাওঁদা হায়খিবা
নিংথৌ ঐগী য়াথংনি। ঐগী য়াথং নৎতনা
কারকম্মু হায়থরে। তুনা কারকতবনি।
হাই হাই দোলাইপাবা 'নি।—অজ্ঞা। নিংথিনা ওাংউ।
য়াহৈ কারন্ চন্নুম্ম। অথৌবগী মচানি।
পাওদম্ ফজো থংউকো। থম্বা হায়বা নিপাদো—
লৈপাক ঐনা নাম্ম-ওই, লাতোল-লময়াইদা মাগা
থিন্নবদা মমায়দি ওল্লোইদবা মচানি।
থংউ।" হায়না নিংথৌনা পুথৎলকই থম্ববু।
হিঃ হায়বা চপ মান্নথি থুমন মাবু কিনথি।
স্নমা তাওনা চাত্রবা তুমসিনবস্থু লৈত্রবা
মোইরাং চাওবা লৌশিংবা তাব মথৈ তারগা) (১৭)
হুংগৎলক্লে নিংথৌদা—মপু মোইরাং নিংথৌবু।
কেগে লৈপাক তিনবদা নজাইবেম্মবু পন্না
ওাংনরকপা মতমদা করি হায়না হান্নগনি?

সনা য়াথং তাকপিসি।—করি য়ানো নোংথোম্বা
হংঙকইবা য়াসিবু ঐদি ভাবপু তাদরে।
শেংনা হায়ু ইপুনা।— সিনি অজ্ঞা, চৈরাপ্তা
নজাইবেম্মা থোইবীবু সনাইবেম্মা হায়্রগত্রা,
মরা লৈবা মুপীবু হায়গদরা—অসিনি।—
করি য়ানো নোংথোম্বা—'নজাইবেম্মা, মমৌদা
মমৌ 'বেম্মা, মসুদা মসুইবেম্মা অসুম্মা
চংনবদায় অসিবু অভাং দৌনা হুজিক্তা—
হাও অরাম ওইরগনা নহা মুপী সুম্, হায়নৈ।—
অজ্ঞা! নজাইবেম্মবু কেগে লৈপাক ভিনবদা
মরা লৈবা মুপীকা সুম্না ভাংশকপসিদি—?
কনা কনানো নোংথোন্? ননাইশিং ফম্ ভরাগা
মাথোইনি লাইরিক্তা লৈ।" হায়রগা নোংথোন্—পাবে।
"থাংগরাকপনচিংবা ননাইশিং অসি ওইরে।—
নোংথোন হুদি করিনো। ভরাংতা নাইবা ফম-নত্তে;
মহোয়মক্তা হুম তৌবা।" হায়রকপদা নোংথোম্না—
"ফমদৌ নিমাইপা" কৌই। নিমাইপানা—"নোংথোনবু।
ফমশিংসি চিংথোকউ। কাওসেন কাগোকস্থু লৌথোকউ।
চৈরাপ কাচিন্দা থম্মু।" হায়বদা নিমাইপানা
ভরামাথোই চিংথোকখ্রে। ইম্থোকথরে। চৈরাপকী
কাচিন্দা থমখ্রে। লৈখ্রে—অকংবা চৈরাপ্তদি
ইথৈ থোংশো শেমথরে। কংকাল-লু থুম্ব হৌরে।
ফমশিংসিগী মনাইশিং লোইন্ লাকপা মথৈদো

মুংঙাইনদে কপ্পরে মাগী মাগী মপুনা
ফমঙাবত্থ উবদা। চাওবনা—"নৈপাক মচা,
মশক মতৌ ফজবা গুণ-নৈবা কনা নৈবা।
ফমহুৎ হাপ্পবা য়াদে।" অস্তুম্ হায়না লাওরকই।
কনা 'মতা থুম্নদে। চাওবা ঙোয়না থোক্লক্লে
মপান অত্থ। থোংলেম্না—"চাওব নং ছৌগৎমল্লি
মপান ঙোয়মল্লি ইবো, শেন্ চাগদৌরিবরা?—
করি ঝানোদা ইতাও। হকচাং ঙমদেনে ইবো।—
নহুৎশিনবা ঙম্নবা থোংলেন্ ঐ নৈরিদনা।
করি ওইনা ঙমদ্রিবা হায়্ম ভাগে।"—চাওবনা—
"নংনা শিনবা য়ারোইদা, শিগে ভৌবা নত্তেনে।
ঙরাং ইরোনবা থর, মোরোক অত্তেকপনিনে
চাশিল্লুরে হুনগি পুকসি ইন্নুং মুংঙাইত্তে।—
ফে অত্থ ওইরবদি।" স্তুম্না থোংলেন থিথিক্লে।।
মবুক হোবা থোংলেন্দো মোরোক অত্তেকপা পানবা
মতম্নি নত্তে থন্দে। নিংঙাইখিদে ভোক-থোকই।।
ফম তরাগা মাথোইদো—"কম্নো য়ারবদি 'থোই,
ফমসি হজিন্নবা অমুক্তদি নোমসিনা।"
থম্নরকই। অমনা—কনাদ নোম্মুগনি?—
চাওবদা। কৈদৈ য়ারোই, মমাক কাদা ম্লেৎপগী
ঙম্মবদি হাংলগে নিংইবনি চাওবদি।
নোম্মুহুনা কাম্নরোই।" হায়বা য়াওই কনানা।।
থাংগ্রোকপনা—"ঐ তৌগে।— কৈ য়াবু য়ারবদি।"

হায়নৈ থাংগরাকপদো কোইরু কোইরু য়েংওকই।
লুকাইবা তাজ্ঞা ওইরে ; থল্লে চাওবা থোরকই।
থোংদা থাংগরাকপনা চাওববু থৎলে।—"ইচা!"
চাওবনা—"ইতোন করি ওইরবনো ?— খুরাবু,
করিগুম্বা অমতং ?—করিনিনা হায়বিয়ু।—
কম্ অসিবু ঐথোইবু 'মুক্তদি হংগৎপিয়ু।
অম'মগী ওইরোকো ফৈ থোইনা ইকাইরোই।
নিংথৌ মরোন কয়াবু থৌগল লাকপা ইতোনবু,
থৌগন লোন থংদে হায়না ইফম তাথি হায়বদি
কয়াই নিংবৈ নত্তেদো শিবনা ফরৈ ইকাই।
ইচা নোংথোয়া 'মুক্তা।— লাল্লে হায়বদি থংব্রা ?—
থৌগল্লোন থব কাইখ্রে লাল্লে ঐথোই। থংবোইরে।
নরৌশিংদি লৈত্তনা করিগী সেন চানিডিঙ।
হংগৎপিয়ু হায়রদি—নিংথৌগী প্রনামিদি,
ঐগীনা কয়া তমমি ? নিংথৌগীনা চামনি
নোংথোনগীনা কুম্হ্নাদং।— কৈদৈ, মাহু য়ারবোই।
ঐগী চামা নিংথৌগী চনি, 'হুগা হংগৎকে।
ফরে ঐথোই তৌজনি।—হুদি ঐ চংলে" হায়না
চাওবা নোংথোন চংথরে। ওম্বা তরা মাথোইদো
লুপা চহুম থোম্মুরে। লুপা থুংলবা মহুম
চানা চাওবা থোরকই। য়ারিভৈদা থোক্তোকে
নিংঙে চাওবা। "লাইরিক্লা তায়রি—সনা কমজনবা,
সনাদি কররমদোনি ?— সনাদি য়াওদে কয়ো ?—

ককও য়াদবা য়াদে।" হায়বিদুনা চাওবনা
অওম্বা তরা মাথোই কক্লে মনাদৈ সনা
নাম্বা নাম্বা থাইদুনা। ময়াম মতৌ উবদা
থাং-ওমদে চাওবা নোকই। ময়াম দুনা—"করিনো?
ইওঙবা নোংথোন নোকপদে।—সনা নাম্বা য়ানবদি
য়াদে সনা মাংদদি মপুই দণ্ডি ফংগনি।
নাম্বা দুস্থ লৌথোক্লো।" হায়রে—দুস্থ লৌথোকলে॥
"সনা য়ামদে হাপ্লকথো" অমুক হায়রে চাওবনা।
দুস্থ অমুক হাপহল্লে। পুল্লপ পায়রে নোংথোম্বা॥
"তোল্লে তারে হায়দুনা সনা বুদ্ধি তৌসন্নু,
খুদৈ ফুরিৎ লৌথোকউ। খুরম্মু এৈনা হোরেন
খুং হেক্‌ হৎলকপদনে, সনা তাংগ অহুমনে
লুপা তাংগ অহুমনে থাও কৎলু হায়বিরম্মে।
চাওবা চংখ্রে। ময়ামদো মফী মরোন লৌথোক্লে।
মাগী মাগী ফমফমদা লোইনা পৈরে। চাওবনা—
"ননাই শিংসে ইনিংথৌ কুইজরবা ডাক্তনি।"—
হৎগৎপিরে মপুদা চাওবৈ ঈঙ্গিৎ য়েংদুনা
খুরমজরে ময়ামদো। মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"ফরে নোংথোন কুইবক্লে ময়াম অসে, অহুদা
থোগল্লোন্দা থজিক্কং।—অস্তা অহন ডাক্তনি।"
সুম্বা পাংসিনবিদুনা তরামাথোই লৌথৎলে॥
লৌথৎলবা তুংহুদা ময়াম ডাংনৈ—"করিনো!
অসাই সন্না লুপাদু উদে কৈনো কৎতেনা?—

তুমিল-লৈয়ু হৌরুনু। চাওবৈ কেপ্তা ময়ামদো
মহুম শাখ্রে। মমৈদা মচা ওল্লবা কান্দা
কোম্না কংকদৌরিবা। মানা লোগে লৌসনু
লোইরে 'খোইদি লৌখংলে।" সুম্না হায়না ভেন্নথি।।

১০

চৈরাপ দোলাই পাবা 'নি খুমন কোবা চংখিবা
খুম্বক খুংথা অনিগী দোলাই পাবা 'মমম্নি।
খুমন অভাং খম্বনু কবি হায়না কৌগনি।
খম্বরকই। য়েংনরে য়েংন- য়ংন লাকপনা
খুমন হোজং য়ৌরক্লে থাংলেন মনাহ মুবনা
গোদা অমা পাইশিল্লে াাং শংভুনা পেরমই।
খুংথা দোলাই পাবদো—"অজ্ঞা" হায়না মুবদা
দণ্ডবৎ তৌরে। "ন দি অসাহুদি সিজমতৈ
হায়বা ফাওবা হায়বোইকা ভাম্নবদায় হুগ হাদিক
থোং-শংবদা করিগী অজ্ঞা হায়না খুবাম্ন।"
হায়না চৈবে নোক্লে। সুম্না চানারিচৈনা
মুবনা "কনা কনানে। করিদোব পাওহ ?-
ইবুংঙো সিজ মতৈ খুমন অভাং হবু ৮
মপু সনা য়াথংনি কারকউ হায়বা য়াম্না।—
ভুদি সুমৃতুক লৈরম্মু, এমী 'থক্তা ইথাম্না
লৈরি অভুক য়ৌখিগে।" হায়বে মুবা চংখরে।
কৈরোইজাম্বদা তম্মে কৈরোইজাম্বনা -"ভুদি
চংহন্দবদি চুমদে অহুমকপু ইসেনগা

মজাইবেম্মগদা হংবা থোকই। হায়রুনা
চংখ্রে কৈরোইজাগদো। খুমন মানা –"'বাইবুংভো।
সনায়াথং ইবাইনা ওকপিথিবা, য়ারবনি,
অহুমকপু নসেম্না ওকচবনা ফগত্রা,—
ইবাইস্থ হুম্না থল্লি।" হায়। মজা ইবেম্মনা—
তাদৈ 'বুংভো মহোয়দো থোগল্লোন থর কুপ্ন
থাজিন্‌বিবকউ হায়রে মুবা– "দোলাই পাবা 'নি
চংবা য়ারে, অহ্নগা ফীদা ককা নেংকনি
নিংথি নিংথি চংলুকো" হায়রকই কিয়ে 'নিদো॥
ঙসি হুমিং অসিদা মজাইবেম্মা থোইবীনা,
খুমন মাগী মাংগোন্দা ফীদা মুংদা শেমথিবা
তৌগে হায়বা মতানি। করি ইয়াওঁ য়াওদানা
উনা 'মতা থেংপদা সন' খুংনা শোকপদা
য়েংবা ঙম্মদবনি। থোম্মম লাংওন্ থোইবীনি।
ফবাংজিনা থুংনা-থাই ফীভো অমুক থাজিল্লি।
কবোদগী পুবকপা মালং ইপোম হৌরবা
যুথল মথল মথগে পুমকোই কোয়না য়াম্লিল্লে।
বসন্তনা ওইবগী কোকিল শিংনা লেপ্নি,
ইবেম্মগী থোম্ফমদি মতম হায়বা লৈতবা
ইবেম্মনা লেপ্পদা বসন্তনা ইপ্পবা।
থাদোই মাগা লেপসিল্লে নোংয়াই মাগা কর্মজিল্লে।
মাংগোনহুনা নিংথিবা পান্দম লৈতে হুমিংতো।
মপু মোইরাং নিংথোনা লেংলকপদা চংবদা

হৃৎগোইনবা কিনবা থাদোই শক্তি হাণ্ডনা
শেমই মুমিৎ অসিদা। দোলাই পাবা অনিদো
হায়না হায়না য়োরকই। কিথিবনা অনিদো
মায়কৈ সলাই খংদরে। শিগুম্-লম্বীদা কারে॥
খুমন মানা লৈপাক্তা খুরু খুদক কুন্দুনা
সনা য়াথং অহুবু ওকই কৌগাও শাহুনা।
"—কারকউ হায়রি।— ঐস্ম বাঙগে হায়না
ভৌজরম্মি, করম্বা?— লোইনরকউ হায়রি।"
অম্বুম্না দোলাই পাবা অনিগা খুমন মাগা
ভাংনৈ। মজাইবেম্মনা নোংয়াই মাবু থাম্মম্মে।
দোলাই পাবা শিংহুদা—"নহোয় করি লমদৈনো।
খুরু খুদক কুন্দুনা পাও তম্বা হৌনৈ কৈনো।
শিগুম-লম্বীদা চংবা। ঐবু লৌবা নিপানি।
খংত্রা নহোয় ঐহাকপু। নিপা ওইরবদি ঐ
নিংথৌ ওইগদবনি। নহোয়বু ঐনা হুজিক
শিব কাওবা ফুবদা কনা কৈদৌজরনি।
অহনু পান্দবা কোয়েৎ-য়েৎতবা য়াভাং ভাংবা।
য়েরো লাও হাই কনা লৈ।" চৈরকপদা থোইবীনা।
দোলাই প'বা অনিহু উচি হৃশিং তাবগুম
মুর্ত্তি অমা ওইংখরে থক থক নিকখ্রে। খম্বনা—
ইবেম্ম ওক্রে—হায়না থাম্মে মনেম্ মচাবু॥
"চাজৌসে" হায়না পান' চহুম অনি 'নি পিরে,
মনাই অনিদা। 'নিনা—"ননাই 'থোইবু ভাকপিযু"

চোরোন্দা খৌগল্লোন খর কাইখ্রে" হায়, খুরমই।
অনি অছু খোরকলে। মতপ অমমম খাকই
অমমম্না চাজরে। খোং য়োৎদা মুবনা—
"নহোয় নফীদো কল্লু" হায়বিরে।—"ননাই ঐখোই,
কৈস্নু পুজ খোৎচদে।—তুস্নু কল্লু য়েংগনি।"
অনিদো মফী কল্লে। চহুম অমমম্ তারে।
মুবনা—"কৈদেনোসে, হুরাল্লকইবনি, সি
নহোয়গুম্না চাবদা মতিক চাবা পায়-রা।"
হায়, অনিদো ফাবিরে। ফৈরোইজাম্বনা—"মুবা
তৌবিরুস্নু হৌনদে।—মাগী মাগী কা-হায়বা
লৈরিদোসে মাসিবু, ঐনা মন্ত্র হৈজবৈ
ফাজরিবনি মাসে।" সুম্না শোল্লি মুবনা।
অনিতুনা—"ইয়াম্বা, পানা চহুম অনিসে
চাঝিহৌরো, ঐখোইবু খাদোকপিরো—" হায়রক্লে।
মুবনা পায় চাহৌরে—অনি চৈরাপ য়োখ্রে।
সোমদা মজাইবেম্মনা—"ফীদা পুগদবা মী
কনা কনা লৈবগে।" হায়না অছুম্বক লাওই।
কনা 'মতা খুমখিল্রে। মুবনা তারে—"কৈনো
ইবেম্মা। শকওই-চাবা মীনাই অমতা য়াওদে।
খুম্মরোই কনা 'মতা। হোয়নে তাদ-মুব-নে
কনামতা খুমদেদো।—ননাই ঐনা পুগনি।
ফীদা থাকমদি খংত্রা?—খংই ননাই ঐ য়াম্না।—
কদায়দা?—অহাংবদা।—কৈদগী মাহু নল্লে।

পাবুংগা ইপনগনে অমিত্তগী মব্‌ক্তা।—
ইনিংথোগীদি মথা ?—মানি।—'থোইগী মল্লিবু
কায়ম্লগনিনকো ?—শৈবম্মনি।—ফরেদা
থাগে ননাই ঐ।" হায়নৈ। ফৈরোইজাম্বা মবাইনে,
মনাই নিপা হুম্ফ্‌গা মুবা-ফাদা পুত্থনা,
খম্বা মশেন মবাইদো কেগে চৈরাপ কাবক্লে॥
পাংচাও-লাইম-কোন ঙানবম্‌ চিথেক য়োরকপদা—
মনেম নিপাল লৈরম্মে। ইমা শরু ঐহাকপু
লাংগোনগদোরিবিনি খঞ্জতুনা খম্বনা
খুরু খুদক্‌ কুন্দুনা ময়াম অতু খুরমই।
করিগীনো হংজরে। মনেম নিপাল অত্তুনা—
"খুমন ইবুংঙো কুইরে; নকু শাখিবদগী
ঙাইরিবনি ইনেমথোই। পুংগী মরোন অসিবু
ইমাথোইনা থ তুনা। য়া হায়গে ঙাইরম্মিদো,
য়ারম য়াম্না খুম্মুনু। অনি মরিদা খুম্মু।
লোইবী কন্তকপনা, ছম্পা কল্লেম্বশিংনা,
সংঙাই মাগী মশাদা ঙানা থিনগদবদা,
কিরত্তুনা সঙাইনা চেন্সিল্লক্লে মতোমদা॥
কনবিবা য়াবা মীনা সঙাই মাবু কনবিরে।
চংজরক্লবা জীব কঞ্জরক্লবা সিবু,
হাঙ্গী থুংতা পিথোক্লে নিংলবদি, মাসিগী
পাপ্পু কনা পুগনি। করিগুম্বা য়াদরো,
ঙাগী মমন অতুবু হাওদা হনবা তারুরো,

শা অচুগী মমন্দো ঐথোই নিপান অসিনে,
ননেম তরা মঙানে ইনেম থোইনা থাংগনি।"
হায়রে চিংখু তাল্লোইদি নিপান অত্ত মাম্লনা।
খুমন মাগী কাছুদা ব্রারম চিন্দায় পাঙমেল্লে।
খুমন্ মানা—"খংজবে ননাই ঐহাক লেংজরোই।"
হায়না য়ারে মরাদো।। ফেরোইজাম্বা হরাওই—
"সিবু থোক-ওইগবরা থল্লুবগী ব্রাবনি।"
হায়না খুমই ময়ামদা—চৈরাপ তম্না কারক্লে।।
য়োরে, মচা উবদা থোংলেন মপু চোরোন্দা—
"ইনিংথৌবু।– ইপুবু?—নমোম ইবেম্ম সিবু,
মোইরাং ফম্নাইবাশিংগা মকোক কনা' ফমগনি?—
কবি ব্রানো, মন্ত্রিবু ইথং-থংদ-অঙাংগুম্
ইচানা মকোক ফম্বা, হৌনৈ। মমা মাপনগা
মম্মান ওরা মঙাগা অসিগীদি মথাদ।–
থংব থ'দরবদি অঙাংগা অমর্তনি।'
মনাই থম্বা কারক্লে। নঙাইবেম্মা হায়ববু
থম্বনি। ননাইনা ছক্ মথক্তা?—চুমই ইপু।–"
নিংথৌ য়াখ' ফংদ। লো'লেম্না—"ইপাই শাক্তৌ
চংলকউ, ফামা সিদ।" হায়না কৌসিনবিথরে।
ফম্বাল্লে অংগম নোংবান মাগী মথক থংছুনা।
নোংবান মমিং সৈরকই। লৈফম্ থংগ্রে শাওবনা।।
ফেরোইজাম্বা চংথরে—মনাই ময়াম হাইজিনখ্রে।।
মুবা ইকোন কোলবদা ফীদা য়েপই, চংলকই।—

"ইনিং-য়াংগোল-লাকপবু, কেগে কম্নাইবা পুম্বা !
খংজে 'নৌবা ওইহনা ; ইবুংঙো তোনবু কৈদা
ফমথ্রবগে, ননাই ঐ থিংতং কোম্নহোবনা
থংহৌদরে। ফীদানা কৈদা থাজগদগে ?"
লাওরে মুবা শেপ্তনা। ময়াম ইঙক ওক্লরে।
কনা 'মতা খুম্নদে। "তাকপিম্ন ননাই ঐবু"
অমুকম্ন হন্না লাওই। মপু সনা য়াথংনা—
"ইপু চাওবা কনানো ! — অজ্ঞা।" থোংলেন মন্ত্রিনা—
"অঙাওবনি ননাইসি, কুম্মৈহুম তৌসি।" হায়না
লমথাং ওকই ফাজিল্লি। চাওবনা—"হাই কনানো ?
কনা তাকপা কৈদগী থোগল্লোম্নো ?" মুবনা—
"সিজ মতৈ মনাইনি।—সিজ মতৈ হায়বদে ?
খুমন ইবুংঙোতোনবু।" হায়না খুমই। ময়ামদো
কনা অমনা মুংঙাই মুবৈ পাওখুম তাবদা॥
চাওবনা অমুক—"লাকই করি দৌবা সিদদে ?—
লম্নেন-কা-বু থিজগে লাকই।" য়াসি তাবদা
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ইপু চাওবা।—ইনিংথৌ।—
নিপা অসি ঙাওদেনা। মীথোইনসিনবা 'মনা
ইন্সিন্দুনা নিপাসে য়াবু হৌগে লাকপনি।
মুংঙাই হাই।" হায়না হায়বি। চাওবনা—"হাই! কঁরিনো।
নবুংঙো-তোনগী য়ুমদা লৈতবরা লম্নেন-কা ?
মাহু নক্রে য়াদরে ; মজাইবেম্মা অহুমনি,
'মর্ঙা নক্তে হুননি !—কনা কনাদা হুদে ?—

ইবুংঙো তোন-দদনি ।—করি হায়না তারসি ?—
ইনিংথৌম্নু, যুব্রাজ, ওন্না, প্রজা, পুন্নমক !
ইবুংঙো-তোম্ন-লোনবা সিজ অহুম ; অহুম্না
লাইঁমাং' অগোই শাথিবী মেলৈ লাংবী কোলোইনি !
ম্নাইম-হুদি লমজেন্দা, কোম্না কুম্বা নিপানা
হান্না নৈশা পায়্রবগী শকনে চুনে হায়তুনা
উত্রাদা পিবিথিবা লমজেন-ম্নাংবীম্নু কৌই ।
যাত্রা থাবিম্নু হায়নৈ । ইতোন তোনবী সিজদি
নিংথৌ অনি কম্বদা কাও কাবদা পিথিবা
শনক্বা মনগী ক্বংজবা ইবেম্মগী মমিংদি—
ইকোপ-পুংদা তেমশিংবী কাওরেন-সন্দোক্বাবিবু
সিজা তোনগী কোলোয়নি । চাম্নৈ সিজ অহুমসে ॥
ম্নুম্না নৈজরিঙৈদা ওরাং -'মম্নু 'মুক লাকএ ।
ম্নুমিং চিংদোন পকপনি, মজাইবেম্মদো,
কবো লোইদা থাথিবী । মপাইবুংঙোগী ম্নাথং
লোইদৈ কৌথংপনি হায় । খোংনা লাক্কে শগোম্না,
হৈখ্রে সগোন তোংবদি । লাওরকই—"ঐ লাকয়ে—তাও
খোংনা নক্কে শগোন-নি । ঙাঙৌ নৈকাই অসিবু
মীপোং নৈতরবরা !" সিনি ময়াম খোক্লবে ।
ময়াম য়েংনৈ । ঐখোইগী ইবুংঙো-তোনম্নু য়েংই ।
শকৃথংবনিনা 'বেম্মবু—হি-মাঙেঙনা সিদে
হায়না ইবুংঙো তোম্না কাবোইরেসে শগোনসি ॥
সগোন ক্বারবা তুংদা ইবেম্মনা হায়রক্লে ।—

'ঐদি চুন্না লাকপদি নত্রে নম্বম-নাক সিদা
চংজররুবী ঐনি। কুইদা লান্দা হৌরি
চেক্ষরকবি সুজি পাংগন শোনবী অমনি।
মৈগা হাওগা ছইগনা তান্নকই ঐগী প্রান্-সি
অমুক্তদি কম্লুনা।' হায়ররে য়াম্না কপই।
পুশিন্দুনা হৌজিকপু লৈহৌরি। য়াম্না য়ারে
মেন তাবা ওম্নদরে। হান্নৈ অহুম অচুপা
য়াম্না থিনা থংনরে। কোনবা লাকপি সিজনা—
"হান্নৈ অহুম তাম্নোকথো মদোম পানগে হায়হৌরি।
মরি য়ৈনরমজুনা শিনরম্নস্নু য়ারি।
মোন্-নাকন্দা চপ্পুনা লৈনহৌরে ময়ামদো।
ইবুংঙো তোম্না সিগী বিচার সি ওমদরে।
ঐগী পতিদি লৈত্রে য়োক্লখিগে চৈরাপ-তুক
স্নম হায়না লাকনবনি। ঐনা ইশিং থক্নুনা
খোংকাপ থর কোম্বরে—অসিগী লাকচবনি।"
হায়না মুব খুমমকই। খোংলেন চাওবা নিংখোম্নু
পেনখ্রে মুবৈ মরাদো। "মৗনাই মচং"—বুজিরা,
ইন্সিন্‌বিবা য়াওবরা।" হায়না চাওবা খোংলেন 'নি
য়েংনৈ থংনৈ অম্নুম্না।—চাওবনা—"আদা লৈরে
নবুংডোদি।" তাকপিরে। মুবা ফীদা পুম্নিলখ্রে।
থাগে তৌবদা খামই, থম্বনা—"স্নুম্না কমগে"
হায়রে। কৗদা থম্বগা মুবনা মৗ য়েংলক্রে॥
মুবা সৌরা অনিসি উনবা স্নুকম্না য়াদে।

মথা হেকত্তা চিক্লবা য়া'মত্তা হায়বা ওাইদে
য়েনবা হুনবা লৈতে। মুবনা কোয়না য়েংই।
সৌরা লৈবা উবদা মুবা মথা হেক চিকই।
পাম্বোম গিরি হেক ভিংই। "মী য়েনিংইদা" হেক হায়।
সৌরাস্থ মথা চিকই—"মী য়েনিংখরেদকো"
হেকত্তা খুমই। মুবনা—"কনাবুনো হাই—নবু
নিদনা হায়।—শকথিবা। হুপীনা পামদে মনাই।—
হৌদোং মানবা অসিগা, হুপী হুয়ানবৈ মনাই।"
হায়নৈ য়া মথা ভাদে। মুবা তুমিন হেক খোকথি।
সৌরাস্থ সং-থোরকই। চৈরাপ কাচিল অহুদা
অনি য়েনথিবহু—মনিন্ কাকা নাইনদে,
কিয় হায়জিন্ হায়জিয়া থিয়রকপা, মী ওমগ্রে।
চাওবনা চংশিন্থিহুনা—"শাহিং মশেন্ য়েনবা ;
লাল্-হিং মশেন্ থিয়বা চারে চারে।" হায়রকই।
কীদা লংসিন্বিক্লরে। তোক্লখরে—মুবনা
"অচিকপদা থংগনি"—সৌরাস্থ—"অচিকপদা"
হায়রমই মথা চিকই। অনি থাইদোক্লখরে।।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ওয়ুম থম্বা ?—ইনিংথৌ।—
চুম্বরা ? অজা।"—নোংবান—খোকউ হাক্লুনা নোংবান
খোক্লে লীরে য়াকম-হু। মপু সনা য়াথংনা—
"থম্বা মংদি করি লৈ ?—ননাই মুবনা অসাই
হংগৎচবা অহুনি। ননাই ঐদি তোজদে,
ননাই ইভাওসী চৈরে অমন্বা খুনবা, লৈাক্লাং

অমন বা থুনবদি ননাই ঐ করিস্থু লৈত্তে।
ননাই ঐগীদগীনি লোই থাখিবা অসিদি
লোইদৈ কাররকপসিদি ননাই ঐদি থংজদে।
থুপী সগোন তোঙ্ঙকই হায়রবা তাজরবদা
মজাইবেম্মা ওইরমই—হংগৎচখ্রিবছুনি।"

স্নম্মা শম্মা হংগৎলে। মোইরাং নিংথৌনা—"নর্দি
নোংবান কোংয়ানবা নতাও খম্বনা ফাখি হায়রি।
ফাবা লাকপা মীশক্তা নতাওগী মী অথংবা
কনা কনা য়াওখিবা ?— কনা 'মতা থংজজে।—
মাছু নোংবান থংমন্দে। লৈপাক 'ঙম্বা তাবিরে।
বিচারসি তৌবিরো।" হায়না য়াথং তৌবিরে॥

নিংথৌ য়াথং ফংবদা চাওবা নোংথোম্বা—"অজ্ঞা।
অনিগী য়াসি য়াকোক্ য়াম্মা লৈরে। নোংবাম্মা,
সগোন তোংখি হায়রছুনা মনাও ইবুংঙোগীদা,
হংলৈ মজাইবেম্মবু হায়রবা য়াফম অসিমা
ননাও 'বুংঙোগী য়ানি। ননাই নাইজহনবনা
ইবেম্মা কুম্বীদগী সগোন তোংখি হায়জরি।
মনাও বুংঙো কৌবদি নোংবান মাগী মীচংনি
খুমন মাবু য়াত্রিবা। নাইজ হনবা হায়রবসি,
যুবরাজগী মীনি। কৌথংপা চংপা ময়াম
অসিগী সাখী 'ম মুক—পুমমক অসি সাখীনি।
খম্বগী মীদি হায়রবা য়াওদ্রে সাখী লিবা।
নোংবান মাগী মীদনা থম্বে সাখী ওইরবি।

মুব-থম্বে মরাদি লৌবিরম্ভু, অসোমগী
নাইজহন্নবা, যুত্রাজ অনিগী না লৌখিয়্ম।
নোংবানগী সাথী কনা লৈরিবা সিগা অহুক,
হংবিরনা খোকজ্রা।" হায়। মপু মনা মাথং—
"জম্বুন নোংবান নংগীদি সাথী করম কয়বা
লৈরি হায়ু ভাখিসি।—ননাই ঐদি ইনিংথৌ।
অহিং ভাংলৌ 'থেংবদা খোকপা থবক ওইবনা।"
হায় নোংবান অপাম্বনা। মতাং সিদা খোংলেম্রা—
"অমগীনা সাখিসি মরাম থংই অত্রবা
অমগীদি অমতা লৈতে করম তৌগনি।"
হায়। মোইরাং নিংথৌনা—"ঐভোজ্বা হংবিরগম্ভু।"
হায়রে। চাওবনা মন্ত্রি খোংলেনবব্ লেংহনা—
"অহিং অথেংবা ভরাং লাম্ছেংনবগী রাসি
হৌদোক্লিরা?" হায়হনা অনিদা ঈঙ্গিৎ ফৌনৈ।
খোংলেম্রা—"মাহ্ ভোকও। অহিংদা নোংবানগীদে
কাখি হায়বা, রা অমা লৈরি দোমদা চংখিনি।"
হায়না রাসি নমথরে। নোংবামসু হৌজোকত্রে
ভরাং থম্বে ময়ুম্রদা নোংবান মনাই কয়াম্রুক
চৈ চাখিবনাচিংবগী রাকমসি। জুম-লৈনরে॥
মোইরাং নিংথৌনা—"নোংবান।—অজ্ঞা।—করোগী
নিপা জরা মঙাথক লোইনরকই হায়বদায়?—
অজ্ঞা।—মথোইদি?—'ননাই শিংহু লৈশোক্-পুথহদা
কাথংলকপদা ঐগা হায়া থেংলরবনি।

ইবেম্মদি মত্তমসি ননাই ঐগা থেংনজি
ফুংদা লাকহৌরি হায়না, ননাই ঐনা হংবদা
মহোয় লিনা হায়রম্মি। কবো ভয়া মভানি
কাখি মাং-খায়হনা। নৈত্তে ননাই ঐগীদা।'
হায় নোংখাম্না। নিংথৌনা—"মুবা নংদি থংবরা
কবো ভয়া মভানে?—ননাই ঐথোইগীদা নৈ।—
থুংলে মথুং করয়া?—য়াম্মা ওয়া থুংগরে।
খুমন-লাইরবগী ঘুম কদায়নো হায়না হংলৈ।
কনানো করিগীনো হায়হনা হংজে ননাই
ঐথোই। মপা তুমুগী নিংথৌনা ইবেম্মদা
উনবা, থোইবী মনাইনি। 'ঐগী য়ুমনি নৈরম্মু'
হায়না 'থোই ইবেম্মনা তাক্কই হায়না লাকই।
—হৌদি মুবা অসাইদি লোই কারকনি হায়বা
থংদে হায়বা করিনো?—ইনিংথৌবু ননাই 'থোই,
সগোন তোংহনা 'বেম্মা লাকনি হায়বা অসি
থংদে হংগৎচবনি। অমরোমদা 'বেম্মনা
চংথিবদি লোই-কুম্বা ঐথোইদগী ওইবনা
মনাইশিংদি খারকথা য়াই 'ঘুম থম্নুব্রা নৈনৈ।
'ঘুম থজানবিত্তেদা পুরকপনি সগোয়া॥
মনাই খাজরকপবু করম্মু মাচুবু
তাহোকসিগে থয়ৈজে। কারকহৌদে হায়বদি
কথোশিংগী মপাওনি। মোইরাংগী মত্তা থোক্কে॥"
হায়না খুমই মুবনা॥ চাওবা থোক্লেন অমিনা—

মপোম্‌গ থাগৎলকপা য়াই, কায়রবদি থুংবা
মরুমদা লিস্থ হৌনৈ। পোৎস্থ থুংবা হৌনৈনা।"
খুমই অনি মান্না। মপু মোইরাং নিংথৌস্থ
"চুমই ইপু।" হায়রিরে॥ নোংবাল লাক্ক হায়রসি
উরক্লে অস্থুম অস্থুম। ইস্থোক-ইকিল্‌ তৌদুনা
লৈনরক্লে অস্থুম্না। লাক্লে হেক হায়দোবদা
হায়রক্লে। চিংখুবরুদা মুত্তুনা লৈরে চাওবা—
থোংলেনগা অনিসিনা।—"সনা চোয়োম্না সুমদৌ
হায়বা হুনা মরোইরে থোংলেন চাওবা অনিদি।
হায়না মোইরাং নিংথৌদা ইনিন্নক্লে।" নিংথৌনা—
ঐগীদি মমাংঙৈদা পিশ্রে লোইখ্রে অসিবু,
অপোকপা মপা কৌই।—'কাইদা 'য়াম্বা সানৌতোন!
ঐনা পোক্কে হায়রবদা থঙ্গদবী ইচানি।
নংনা সমু-থোং-য়েৎলে! লোই থারেদো নংননে!
অসি নক্রা লৈপাকপো!"—ইকাই খুংশি চৈয়োইনৈ।
মপু সনা পুক্রিংদা মনাও থারোনা ভাংই।
চাওবা-থোংলেল-অনিনা—'সিননি সনা বুদ্ধি
তৌবিয়ু হংগৎচরি।—ঐগী বুদ্ধি হায়রবু,
হায়রিবসিনি ইপু।" হায়না খুমই। থোংলেন্না—
"ইবুংঙোতোন যুব্রাজ!" যুবরাজনা—"ইপু।—
নয়াখুংনস্থ হৌজিক তাকপিয়িবা অসিনি।
ঐথোইগীস্থ 'হুমডাই; সগোল তোংখি হায়রৈস্থ
মতাকপিরি 'বুংঙোনা—।" হায় থোংলেন। যুব্রাজনা—

"ঐগীদি থংদে ; কাপে কাও কারোই তোকউ। সগোন
তোংগে তোংউ তোংওই তোকউ ঐদি স্বুকখং থংদে।
ঐদি নোংবান্দা পিরে।" হায়। শিং কন্ুত্ম্ কল্লোকই।
নিংথৌ মৈ থোক্লে শাওগ্রে—"করম্মা যুবরাজ।
ইনাও' মতিক করি লৈ।" যুব্রাজনা—"নমাই ঐ
পিথোকথ্রবা ওইবনা।" স্বুম্মা খুমই। থোংলেনবা
মৈ ওইনা হৌরকই—"পিযু পিয়ু মনাও 'বুংতো।
নম্বাখংনা পিখিবা নচা অহুম স্নুনবা
পিদ ম্নাদে পিবিয়ু। কবোদগী কারকপী-দি
ভম্মে লৌনি—ভমদরে তোকচগনি সিগীদি।"
নিংথৌনা—"পিথো শানৌতোন।" যুব্রাজনা—
"ত্নুদি কুম্মে ওইবগী পংভাং ভাংনা থিবনি
হৈনাই স্নুংনাইদনবু।—করি নাইদনি থাখ্রে।—
মাত্নুদি নোংবান-হাল্লি।" হায়রে যুব্রাজ অসো
নোংবান মাগী লেপ্পদা কনা মতা য়েংথিগ্রে।
চাওবা থোংলেন অনিনা—"কনা কনা লৈবগে
ইবেম্মে য়াথং 'মতং তারু কনাদা পুবা
হৈজিংনো হংউ।" হায়না মী মতিক চাবা থাখ্রে।
ইবেম্মদা ভম্মরে। বারম অসি হংবদা
ইবেম্মনা—"ঐহাক্তি খুমনগী হৈজিং থংই।
ইপন নিংথৌম্নু য়াওই ইম্মান মহারাণীম্নু
ইম্মান ভরা মভানি। ওম্মা লোইনা য়াওবিখি।
পাম্নুংদি শাওম্নুনা লৈ ইমা মাপনগা, মালি

ইমা মাপল থংবনি।" হায়বিরক্লে থাদোইনা।
ইবেম্মগী মপাওসি তম্মে চৈরাপ তিনবদা ॥
যুবরাজনা "ঐগীদি অহু অদা থংজদে
হায়রিবসিনা লোইরে।" হায়রে ইশিং চংদরে ॥
অসুম তৌনরিবৈদা অহল মতম ওইরবা
থাইনগী অচৌবী 'মা কাররুই। মোইরাং নিংথৌ
অহল অহু উবদা—"ইপু অচৌবী কৈনো
কাররুবস্তু রাইনা।—অজ্ঞা ননাই ঐহাক্তি
অহল মতম ওইরক্লে কম্-কৎথোককে হায়না
কাজরকইবনি।" হায়। নিংথৌনা—ইপু কৈনো
নথাগী অভাংশিংনা তৌসন্থু বিচারদি
অহুগা ইপুদি হুম মরৈম্নুনা। পুন্সিগা
অহুম কোয়ক্তৌ করি হায়দোকদৌরিবনো।
কমদি হায়দোক হৈদেনা। অজ্ঞা চোরোন কৃপানি।—
রা 'মা হংগে ইপুদা, 'পুদি অহল ওইরবা
মুপী বিচার তৌবা মতম কুইরক্লবনি।—
অজ্ঞা লৌবিগদবা?"—হায়। সনা য়াথং—"লৈপাক
চৈরাপ তিনববু ইপু অচৌবীগী মরাসি।—
ননাই ঐথোই য়াজনি।—হায় ইপা লৈপাক্লা
য়ারে ইপুই বিচারদা।—অজ্ঞা ননাই ঐথোইনা
মুপী বিচার তৌবসি—হাও অরাম ওইরগা,
লুহোংলমদায় মতমদা ঐদি পামদে হায়রুনা
চংগ্রবদি মুপীনা মাগা মায়বী অমা

তম্না পিনৈ নত্রগা মমন ছৈম্নে হায়বনি ॥
লৈম-সিজ অমদি ব্রাহ্মন্ সুপী ওইরবা—
চেক্লা চাগী পান্দম্নি ॥ উনা অপুংবা 'মদা
চেক্লা মানা কায়দোংবা। অমুক তম্না পায়থোকখ্রে।
ওরাংগী পাম্লেন 'হুদা তোংপদরা হায়ববু,
তোংদে সোইরোম্বা উক্রোং 'মদা 'মুক তোঙগুনা
কৌবা ইমুংশোই লেনখি। কায়দোং হায়বা নাইনদে।
মমন মকাপ পিনদে রায়েনজে অসুম্ তৌনা।"
হায়রে অচ্ষীহুনা।) থোংলেম্না—"হুদি,—ঐদি,
তোংনিংবা মতম মথৈ খুমন পামেন কায়দোংদা
লৈবিসন্থু হুদগী পাইনিংঙকপা মতমদা
থাদোই চেক্লা ওইবীনা পাইথোকখিবা মতমসু
খুমন ইচাই মন্নানা চৈরাপ বিচার কৎলোই।
ননাই রাথৈজরগে ॥" হায়রে থোংলেন মখুৎতা
'শুপা পায়রে থোরকই। চাওবনা কন্নাংজী পায়
থোংলেন মতুং ইন্নরে ॥ মতম অসিদা চিংখুবা
থাত্রাকপবু য়েংহুনা ঈঙ্গিত তন্দো তোরে।
থাত্রাকপনা—"ইসেনবু। মন্ত্রি ননিং তৌমল্লি—
য়াররোইদয়া য়াথিরোই।—হুদি লান তৌবা তারে।
খুৎতা পায়বা মশিবু হুন্দোকপদি হৌনদে।
খুৎলাই পায়রো থোরকও লৈপাক কুম্নৈ য়েংবিরো।
করি তোকনি লেয়া। কনাগুম্না 'মতনা
থাম্বা লাকপা য়াররোই মপা মপা, মচাগা

মচাগা খুংলাই পায়রো।" লাওরে থোংলেন থাকতরে। থোংলেন থোইনা হরাওরে। অঙোম মরু লুক্লরে; নিংথৌনা—"চুমই য়ারে, অঙোমস্থ ইনাওতোনস্থ চোংথোকপিরো য়েংঙসি। শানৌতোম্না থাংবগী অঙোম লোম্না থাংবনি। থাংঙো।" হায়রে শাওরে। থোংলেনগী মায়কৈ রোমগী মী মথৈ হরাওনরে লান তৌরনি হায়বদা। থোংলেন্না—"অহাংবদা থোরকও।" হায়না তোয়না থারু থাক্না লাওরকই। মপু মোইরাং নিংথৌনা মতিক লৈতে হায়বসে উরে। অঙোম কাংবুবু। সনা বুদ্ধি তৌরগা "ইপু মন্ত্রি ঙাইবিথো মতিক লৈতে ঐ খংই। খদাং পাল্লি হায়দুনা ঙাংব-শাব-হায়দুনি। মচিন তারগা লোইগে ইপুই থোকপা বিচার তৌথো ইপু।।" হায়বকই। থোংলেন মানা—"অহুদি ননাই তৌ হায়রবদি লৈপাক, নিংথৌ, কোংয়ানবা, খম্বস্থ লোইনা লাল্লে। সিদা চুমইবা হায়বা অসিদি নজাইবেম্মা নংতানা কনা য়াওগ্রে।" মাহু তাবদা লোইনা লোকই। অঙোম 'খৈদদি নোক্কে তুমিন তুমিল লৈ। নিংথৌ কাওবা নোকথরে। থোংলেন মবুক্তা শাওই—। "নিংথৌবু লাল্লি হায়বা ননাই ইতিক নংচদে থৌদোদবু হায়বনি।" সুম্না তারে থোংলেন্না। মোইরাং নিংথৌ পেঙ্খ্রে। মবুক হোবা থোংলেনগী য়াঙাং খুদিং খুদিংদা।।

নিংথৌনা—"ইপু তাসি।—ইনিংথৌবু ঋাসিনি
থাদোকপগা থিন্দানা নূরা মজাইবেম্মা
সেম্বী লোইদা থাথিবা মপু সনা নাকোংতান্ন।
লমখাংদগী থাম্বিদে, লাম্রা, ইনিংথৌনদি?—
লাল্লে ইপু মাগুনি।।—ননাও 'বুংঙো লানবনা—
অঙোমদা লৈররোই হায়বগীনি লোই কুম্মে।
অঙ্গা অঙোম্বু 'মুক লোই ওকহনবা অসিমা
লানবনি মুত্রাজনা।। ননাই ঐথোই-লানবদি—
পাংতা তাবা চেক্লাগুম কাবা ডম্মরোইদবা
নজাইবেম্মা থোইবীগী বিচার তৌনি হায়না
তিনবা লৈপাক ঐথোইসে লাল্লবনি মাসিদা।।
থোংলেন মাবু কিবনা অতৈ লৈপাক ময়ামদো
মথা থোইনা থিরুদে চুমই চুমই হেক হায়নৈ।
"নোংবান মানা—মহাকপু পামদে হায়বা খণ্ডবা
নজাইবেম্মা অসিবু ঐ লোই ওকনি পম্মৌ
সনা য়াথংনি ফেক্তা হায়দুনা চংলিবসে,
নোংবান মাগী ময়াম্নি। করি দৌবগে মাম্নু
মপা মমানা পিদে লাকএ মথোং থোংদুনা
সিবু ডরাংদগীনা লাকএ ঐদি থমর্গনি,
হায়না হেকতা মথম্বা থম্বনা সিদা লাল্লে।
চোংলেন-লীলেন-থাদগী তক্কা-য়াইয়ং-চাল্-ওইবী,
চেক্লা ওইবী থাদোইদি-করি অমতা লাল্দে।।
হায়না লাওই থোংলেম্মা। ময়ামদো হায়মরক্তি

তৌমরক ইওই-হেকওই। চুমই ইহায় হেক হায়নৈ।
মপু মোইরাং নিংথৌনা মনাই নোংবান কৌরক্লে—
"ভয়ুম নোংবাম অপাম্বা খম্বু নংনা ম্না হায়গে—
চাম চামা খুজিং ওই ইচা শরু লুহোংগে।
কেগে লৈপাক সিদগী নংনা পাম্বা খম্বুকো,
ভয়ুম করি হায়বগে?—নংনা চোরোন কুপানি
ঐগী লাইবক ফবনি অশুম্নদি ওইববু
হাও অরামগী মচানা লৈম শিঙ্গ শাবনি।
ননাই ঐদি পামজদে।—খওেও নোংবান লৈরোকো।
খুমন ইবুংঙো শাজৌ!—অক্তা।" হেক খুম্মকপদা
চাওবা থোংলেন অনিদো মুংশা থিরে করিনা,
মবুক ফবা থম্বনি পিথোকথিজ্রা খন্দুনা।।
নিংথৌনা—"খম্বা নংনা পাম্বা খম্বু ইবুংঙো
ঐভগী ইমায় য়েংউ। ঐগী য়াইশ তোঞ্চুনা
তোংমিন্নসি ঐহাক্না মোইরাং কৈথেন মাপন্দা
নিংঙোন মথৈ পৈহনগে। নবুক ভাবা মহাকপু
ইচা মরি হায়দুনা য়োক্কে নিংথৌ ঐহাক্না।
মহারাণী মনাক্তা থ্বাইগী মথক কন্নগে।
নিংথৌ ঐনা পোকপনি। চামা খুজিং ওইদুনা
উনগে ইচাই দমক্তা।" খম্বনা "ননাই ঐহাক
ইজনি" হায়। মাহুবু ভারকপাদা লৈপাক তো
ম্না লাওখরে চৈরাওো। চৈরাপ ভিনবা লৈপাক্না—
খম্ববু পাংদে হায়বা কন্না জমা য়াওখরে।

"মানা কয়া পামদে থোইবীদনা লাংবিবনি।"
য়াকম তরেং তরানা ময়াম অসি নৈনরে।
মীকুপ অসি মমুংদা হাংনদোবা য়াওরক্লে,
য়াকম অসিদমক্তা লৈপাক অচু নিনথরে॥
থোংলেন শাওখ্রে—"পাপীসি মণ্ডক কক্কে ঐথোইগী
ইমায় য়েংদে।" হায়রুনা কুক হেক হোগৎলি। চাওবা
থুকতে। থোংলেন্দা—"হাই-দৎ,অপংবা য়া লাকখিনি,
মপাগী মচানি, লৈপাক অমুক্তা ঙাইবিথো।
খবৈ মন্না লোয়দরি।" হায়না থামই চাওবনা।
খম্বনা—"ননাই ঐগী ইন্না লোইজ্রি ইনিংথৌ।—
অমুম লোইজ্রিবরনে?—ননাই ঐহাক লোইজজ্রি।
হায়ু হায়ু শাজোবা।—ননাই ঐনা ইতাওদা
হেক পিথোকপসিদি ইতিক ওইররোইদরা খবৈ।
লংখুম্নু মচা লোকপা মুপী হাৎপা পাপ অসি
য়াম্না চাওই স্নুম্ ভাবৈ। হোরেন নজা 'বেম্মনা
শিগে নাগে হায়রুনা শিখি মুংখি থোক্লদি,
কনাগুম্বা অমতং চোংথোকহনবিগদবা
চোরোন নোংদম তমবিয়ু নক্রবদি নমাইবু।
হান্দক মপোক অসিম্নু লমজা মপোক হায়রুনা
পাণ্ডা পোক্লে অসিদা অমুক হয়েং অমম্নু
পাণ্ডা খুম্মা পোকপদি চোরোন কুপা তৌবিয়ু।"
হায়না খুম্মে খম্বনা॥ চাওবা থোংলেন পেনথরে॥
মপু সনা য়াথংনা—"ইচাই পাপ পুগদবা

ভমগনি হায়বা কনা লৈবিবগে চোংথোরকউ।"
হায়না লাওরে। কনাম্বু খুমদে তুমিল লৈনখ্রে।
ভম্মোই ভম্মোই হায়বসি সোম্বাংলবা হায়নখি॥
মপু য়াথং—"লৈতরে তম্বুম খম্বা।—অহুদি
ননাই ঐম্বু ভমজরোই।—তম্বুম মতিক চারেনা।"
হায়রে। মতম অসিদা নোংলে খম্বনা য়া 'মা।—
ননাই ঐবু চোরোন্দা করিগুম্বা অমত্তা?—
হায়ু খম্বা করিনো?—ননাই ঐম্বু থাংগনি
ননাই 'তাওম্বু থাংসম্বু। সনা য়াথং পিখিবা
সিজ অহুম তুন্দদি—। —করিয়ানোনে খম্বা।
ঐদি ইচা পোকচদে ঐদি অত্তাংবনিনে।
অতোন্ যুব্রাজ পিখ্রো।" স্থয়া হায়না নৈনরে॥
য়াসি নৈনরকপসি মথাং মথাং ওইরক্লে।
মমৈ সিদা থোংলেম্না—"করেতুদি য়াফেনা
মপা-মপা য়ারম্ব মচা-মচা পাবদি
য়াফেনা করিদোই—?" হায়। নিংথৌম্বু—"য়াফেনা"
হায়রে। যুব্রাজ য়ারে। মমৈ খংবা বিচার
চাইনবুং থোন্দুনা চাইনবা তারে অনিসি।
মতিক চাবা লৈপাক্কী মীনা লমশিং ওম্বুনা
চাইনবুংবু থোনখরে খম্বা নোংবান অনিগী॥
মখুৎ চাবা ভা-ছুবু খম্বা নোংবান পায়নরে।
চাইনা পুংদা কানরে লৈপাক কুম্মৈ য়েংলক্লে॥
থোংলেনবনা—"ইচাদি অয়ানবনি অহুনা

কোয়া তা-সি হুনলমু।" হায়না লাওই নৈপাকতা।
নোংখোয়ম্বগো পাখংলে।—"করি খোংলেন ইচানা
করি কোয়া হুনগনি।" হায়জে চাওবা মুংশাখি।
খোংলেম্না—"নংনা থংত্রা।" চৈহৎপিরে চাওবদো।
শাগী লানগী মরমদি চুমই থংদে চাওবদো॥
মুম্বা মৈরান অসিদা অহল মতম ওইরবা
অমা, নৈপাক তিনবগী চাওবা নোংখোন মাংহুদা
তুররে য়াদি হায়দে। লোকতা পংথু খুরকই।
হুংবা খুম্বা ভমদরে। কৈনো য়েংউ—য়েংবদা
মৈহুম মুরোক য়াওরম্মে। মৈহুম মুরোক থৈদোকলে।
ভাহাক পোংথাহল্লগা মাগী মরা হংলক্লে।
ফুবালাগী অহল্লি—ফুবালাগী ইপুবু,
করিগীনো ?—খোইরেনতাকতা কৈ ভাওরে মী শোক্লে।—
নিপারা মুপীরা ইপু? মুরা লাইবক থিবী।
লৈশাবীনি খোয়াংজম চন্নুনি মুজা কোলোই
কুজমালা কোই। থালৈ লৌশং ভাকপদনি
মশা কাওবা ফংদরি শোকই হায়বদি থংডে।"
চাওবনা—"করম থংই 'তুদি সগাই মথোংদা
ঈ তৈহৌরে। ফীরোন-তু মচেৎ মচেৎ ভাহৌরে।
লোক্কুং চংবা ওয়ত্রে—ওসিগা হুয়ি মুরে।
শোইত্রে হায়তুনা ঐথোই লাকচরবনি" হায়রে।
মতম অসি নোংবান্দি তা হুল্লগে হায়তুনা,
মমিং মৈবুন ওইহুনা তা অহু চিংলকপদা

থাগদবদা ঙাইরে। নোংথোনবনা—"তাফাথো।"
লাওরকপদা ফারে তা নোংবান ঙকই লৈপাকস্থ
কৈনো কৈনো হায়নবে। চাওবা থাংজিং খুরমখ্রে
সনা মাংদা চংলক্লে। নিংথৌনা—"ইপু নোংথোন
করিনো? ঐনা নিংবা অসি থুংজনিংইদা।—
অজ্ঞা থুংগনি চিংউ কুপা তৌবিগনিদি
নিংঙৈ। নজা ইবেম্মে সনা থৌগনগীদমক
সনা মিংয়েং থিগনি থল্লিঙৈদা থাংজিংগী )
রায়েল লাকএ ইনিংথৌ! পাম্বা ঙাওরে হায়নদি
থোরুম মাগী নোংদম্না কৈবাও লাকএ পুরিক্-লাই।—
কম্না ইপু নোংথোম্বা!" হায়না মোইরাং নিংথৌদো
কাংগাং তৌনা ফম্ফমদৈ হৌগংলি হংই লাংই॥
নোংথোম্বনা—"লৈশাবী মুপীমচা অমবু,
পাম্বা মানা শোক্লে ওায়। সিদা চাইনবদি তুক
তোকহল্লগা ইনিংথৌ! পাম্বা ফানহল্লগা
কৈনা শোকপা মাতুনা তোকচরবা অতুগা
অফবনা ফংজবা নমোম নজা ইবেম্মা,
অসিনতুম ফগত্রা? বিষ্ণু কৌবা গোরোম্না
নম্বিবনা ফগনি। ঐদি পাপকী রাথম্নি।—
মুংঙাইরেদা নোংথোনবা। ঐগী ইবুক অসিদি
পুবা ঙমমমত্রবনি, খম্বে ঙানা নোংবান্দা
নোংবান-ঙানা থম্বদা পাল্লবদি ইমিৎনা
য়েংঙসিগে করম্না সিগী রাথিবদনা,

ঐদি স্নন্দা লৈরম্মে ঐগী অম্লাবা কোক্লে।
নংগী নপাও ভাবদা মুংঙাইরেদা অওম্বা।
নংগুম্বা অওম্ববু কংজবদি ঐসিনা
করি লাইবক মফনো লাও অসি লৌজরো।" হায়।
চাওবা কোংগোন চংজখি। সনা কোকথোন থাথরে।।
চাওবা মাবু নিংথোনা পেন্‌বিথিবা অহুদি—
তুংগী লমদাং ভেল্লক্লে চাওবা হায়বা ইনাইসি
যোমগী কোমুং ফাওবদি লোইনথিগে নিংখরে
মপু মোইরাং নিংথৌনা। নিংথৌ থাংজিং কৌরকই।—
"ইথৌ থাংজিং কোইবেল-লাই। ননাই নম্ভু পেজরে
চিংউ নংগী কৃপানি, নংগী ছত্র কংকেকো।।"
হায়না মোইবাং নিংথৌনা খাশকথরে মবুক্তা।।
"ইপু মন্ত্রি, লৈপাকপু। করম তৌই থনবিয়ু।
চাইনবসি তোক্লসি।" লাওরে মোইরাং নিংথৌদো।।
ফরে হায়রে য়ানরে।। "হুয়েং ইনুং ভানবদা
খম্বা নোংবান অনিমক্ খোইবেন-তাকভা কুমগনি,
কৈ ভানবা মাসিদা অশোকপনা শোক্লে, তুগা
পাম্বা ফাবা নিপানা ইমোম থোইবী ফংগনি।"
সনা য়াথং তারকই। খম্বা নোংবান য়াথরে।
চাইনবদগী তোকপা পাম্বা ফাবা তাত্থনা
লৈপাক চাইথনরক্লে। হুইজিং পুরেন পিত্থনা
চাওবা খোংমী লাম্মীগা নোংথোন ময়ুম য়ৌরমদে।
কৈবন শাবা কুমথরে। খম্ব ময়ুম য়ৌথরে।।

মজাইবেন্মা থোইবীদো খুমন মাগী মাংগোন্দা—
চেক্লা নোংগৌবী চানা ৱাশা কৈদে থক্তা তোং
নোংদোল লাইজ ঙাইবগুম চৈরাপ পাওবু ঙাইরমই ॥
খুমন মানা থুংবদা "থংলেন মাঙ্গ কম্‌দোরে ?
লাইবক চাওবী ননাওবু খুমন্ মংদা তিল্লত্রা ?
নংত্রবদি ননাওদি নস্নুং লাংগী য়াইবীবু
থারগনি ইবুংঙো।" হায়রে মজা ইবেন্মা ।।
খুমন মানা "ইবেন্মা ! মুরা পুক্লিং লাংথিনু !"
হায়। ৱাহৈসি হেক তাবদা—খুমন মাগী মায়থোং
মজাইবেন্মা য়েংবদা—হিঃ করিনো হায়ব 'মা,
পোকই সনা পুক্লিংদা। ইবেন্মনা—"ইবুংঙো !
করি হায়নরবগে ?—'বেন্মা ঙসি ৱাফম-সি
তম্বদা কয়া ফুংঙাইতজুনা !" হায়। থোইবীদো
ৱাহৈ তু হেক তাবদা—"ইমাইবেন্মা করমনো
অঙোম্‌দগুম্ ঐসিবু পিখ্রবরা অত্থুনা,
ওইবা তারে ৱাসিদে ॥" থনৃগ্রে থোইবী, খাহ লাওই ॥
তুগদোরে থাদোইদো। উথোক তেন্দা পায়জুনা
থাংই মজা ইবেন্মা। সেম্নু হায়না কৌরমই।
কুম্হথরে অত্থুম্মা। সেম্নু চেন্সিল্লত্তুনা
মবেন্মগী থোইদৌ কায়। থম্বনা—"নূরা সেম্নু !
'বেন্মা কৈদোরবগে ? পাও খিং থুনা তম্বিরো !
নত্রবদি শিবনা হাল্লগনি।" হায়রকই ॥
খুমন মানা পাও অদো তম্মে মনেম মচাদা ।।

ইবেম্মা হয়াওজরে—"কৈনো, কৈদো ফাওদনা ?
অতুগা হেক লৌবিরো। অতুগবু করিনো,
চিগ্গান্ কংনা কংন-হেক লাকপিবসিবু কৈনো।
য়েংনিংঙ্গ্রবো মুংশিঙ্গ্রবো কৈনো ঐ অসিবো ?—
করি য়ানো ইবেম্মা। সনা ইবেম্মা নংবু
পাম্মুবদৈ হায়বনি। কৈ হায়বতুদি কনবা
থৌবদদি ইবেম্মা নূরা হংউদো নংনা।"
হায়। ইবেম্মনা থিন্দে লমজা থম্ব কৌরক্লে।—
হো ইনম্মা ইনম্মা। বিচাব লোইত্রি হায়নে,
কে ফারগা লোইনি হায়। কৈ হায়বা অতুবুনে
কম্দোবগে ইনম্মা ?—করি য়ানো ইবেম্মা।
কৈ হায়বা অতুদিনে অহিংবদা মচাইদো,
মৈ চংবা চাদে, মী, শা চাই। অম-লাকই অমা,
তরা লাকই তরাগী চামা-লাকএ চামাগী।
য়াইদকো শাজো ন শো ইতু নিংথৌ ইচেম্মা—।
ইকোপ পুংদা কয়ামা য়ারে অসি মক্তদা
লোম্ম তমজ্রবোইদকো।" হায়না শোল্লে থম্বদো।।
ইবেম্মনা—"ইনম্মা। য়াম্মা চাওখ্র-কনখ্রবো ?
ইবেম্মা।—তুদি 'নম্মা করম্মা করিনা ফাই ?—
হাকথং-তাদি তারোন্ তা পায়রত্নুনা মাত্নুনা
ফাই থিন্দুন সনাহংগ। শোইরবদি মাঙেঙদো।।"
হায়জে খুমন্ চন্নুনা। "ইমুং অসিদদি তা
অমতস্ব উদেকো" হ য়না মজা ইবেম্মা
নূরা থয়াক য়াথরে। ইন্নুং অসি লেল্লকই।।

| হিরম | | লামাই |
| --- | --- | --- |
| থোইবীনা তা ৱাইবা লাকপা | . | ১২৭১ |
| খম্বনা থোংলেনগী তা ৱাইবা লাকপা | ... | ১২৭৮ |
| খম্ব-নোংবান অনিনা কৈ কাবা কুম্মকপা | ... | ১২৮৭ |
| খম্ব-নোংবান অনিনা পম্মুং চংবা | ... | ১৩১০ |
| অনি খৎনচ্ছনা পম্মুংদগী থোম্মকপা | ... | ১৩৪০ |
| অকোনবা পম্মুং চংবা | ... | ১৩৫৩ |
| খম্বনা নোংবান পোঙ্গনা পম্মুংদগী থোম্মকপা | .. | ১৩৭৭ |
| পম্মুং মৈ থাম্মকপা খম্বা অমুক চংলকপা | ... | ১৩৯৫ |
| ফুথালাগী কৈবাও পুম্মকপা হম্বুবা | | ১৪১৭ |
| কৈগী মনা পীবা | ... | ১৪৩৬ |
| কোম্বুংদা হম্মকপা | ... | ১৪৪৩ |
| খম্বা থোইবী নুহোংবা | ... | ১৪৫৩ |



১১

# থোইবীনা তা ৱাইবা লাকপা

মজাই 'বেম্মা থোইবীনা —"পাবুংদগী ৱাইরুনি তাদি" হায়রে থম্বদা। খুমন মানা—"ইবেম্মা। ইকাই ৱাইরুম্নু।" হায়জে। থম্নুনম্নু—"সনাহল্। লেংখিগন্নু।" হায়জরে। "পাবুং সনা পুক্লিংদি খুমন ঐবু থোইদাদে অফবা পিরককনিদি নিংদে সনা কাম্নরোই। নপন মোইরাং নিংথোদা লেংগে হায়র'দি লেংউ। পাবুংগীদা লেংউম্নু।— ইবুংঙো ইকাইবিম্নু ননাওগীম্নু লৈহৌই।— লেংখিগন্নু সনাহল।— ছদি কোন্নুংদা চংকে?— ফৈ অতু ওইরবদি।" হায়না থোইবী থোরক্লে॥ চংনা চংনা থোইবীনা চিংউ থাংজিং খুরম্মে— "চিংউ থাংজিং কোরেল-লাই। পাম্মু কাদা মীনমত্রি, মাগীদমক্তা থঞ্জে ঐদি মা' কাহুদা ৱাহৈ লৈনা খুম্মম্মে। নম্নু লাইরবা-কাদা ৱাহৈ লানবা অসিদি থাংজিং নংনা কোকপিম্নু। পুক্লা চিনগা থেম্নরে।" হায়না থাংজিং কৌরকই। সৈত কৌবা লাইহুনা—"ইবেম্মা করি নংনা চিংনজরুরিবগে! মাগীদমক ফনবা তৌবনিনা করিনো দোষ লৈতে।" হায়হুনা তাকএ সনা পুক্লিংদা। সেম্নু মপু মনাইদো

কোয়ুং লোমদা চৎতরে ভম্পাক য়ুমদা চংলক্লে।
মপাইবুংঙো অতুনা থাদোই মাগী কাহুদা
থুমন মায়কৈ অসিবু অশুক য়াদে হায়বসে
থংই উইদো অসিবু কাওই নূরা থোইবীদো॥
মপা মমা ওইবনা, মচা ওইবা শিংহুদা
প্রেমগী ইচেল অতুবু তৎপ-কংব-লৈভবোই।
মাসিদবু উহুনা থোয়ুম মানা ভম্বরা
হংগোইদবোই মচানা। যুবরাজদা চংলক্লে—
"পাবুং" হায়না ইবেম্মা মপাবুংবু খুরমই।
যুবরাজনা—ইবেম্মা। কৈনো নপু ননাইবো?—
ইপায় 'বুংঙো চুম্বরা, কৈনা শোকপা মীহুনা
লমাই ওইজো হায়হুনা ভাবি হায়না তাজরে।—
মানি।—হুদি ভসিদৈ হৌরে, হয়েং জশেংনা
লুপ্লা ওইরে ঐহাক্তি।— করিগীনো ইবেম্মা?—
লাইরবা লমজা মাদি নাচৈ অমা ফাওববু
লৈজদেদো পাবুং। করম্না কৈ ফারুগনি।"
হায়রম্মগা ইবেম্মা মিংস্না থম্বান মানবীদো
পিনা পুম্পা পাহুনা মায়থোং পুমচোৎ চোৎখরে।
কোরৌ নোংনা য়ৈরবা মরাক চাম্বা লৈরাংগুম,
মপাই মমাং অহুদা হিক্ল হিক্লা কপ্লকই॥
মচাই মতৌ উবদা—ইচাই পুক্লিং অসিদা
শোকখ্রবোইদা হায়হুনা থক্লে চিংখু নহানা।
হুংশিপ্রহুনা—"নংনা নিংবা থুংজদ্রো ইমোম

থোইবী—" হায়রকনা থোর পিরে যুবরাজনা।
মমাশিংদো হরাওরে। মমা নিপান অহনা
পিজনিংঙমগ্রহনা তাদি অমত্তদা
নিপান চংনা পায়নরে। তাহু কৈনা পুরকই।
পিরে মমোম থোইবীদা। থোইবী তাহু লোঞ্জরে।
চাকতাংবা চেং কংবগুম ইবেম্মদো হয়াওজে।
মপা মমা খ্বাইহবু খুরমহনা থোরকই।
থাদোই তা'হু পায়হনা সুমাং মতোন য়োবদা
সেম্নু তুং থংই। থাদোই কল্লাক অহদা সুম-তায়।
সেম্নু—"কৈনো, ইবেম্মা। ইবেম্মৈ কল্লাক সিবু
সুম্ চারবরা কৈনো?— করি সেম্নু কল্লাকপু
সুম চাবা হৌনরবা। য়েংউ য়েংউ।" হায়হনা
য়েংনবদা সুম অদো তাথোকভগী ওইরম্মে।
শাওরহনা থোইবীনা মুকথেক্তনা থুদেক্লে।—
"মীবু শিউ লাংহৈব্রা তেসিল-হজিল্লি হায়দো।"
হায়না চিংখু-মপাদা 'তেকপা তাহু থাদোইনা
থোক-হজিল্লমহনা—কেং লাওহনা চংখরে॥
যুব্রাজনা—"করিনো। ওম্মোকপনি মমাশা,
তৌদানা তৌবা মাল্লে কল্লো ইকাইদা ঐদে।
তা পুথোকউ।" হায়হনা নিংথিরবা থনখরে॥
নিংথিরবা লম্নুহ চিংখুবনা থিহল্লি।
মনাই শিংনা লম্নু-হ পুদনা লাকপা অহুগা,
ইবেম্মমা লাকপগা তুংথ-ম্নাংখ ওইমরে॥

থাদোই মাংদা থারকই খুমন মানা—"ইবেম্মা
কদায় ভাদে ?— ইবুংঙো। সুপীনা খুংলাই শোকপা
তৌহৈদরা হায়রুনা তৌজবনি ননাওনা।"
খুম্মি মজা ইবেম্মা। নিপা শিংতু চংলকই।
খুমন মাগী মকমদা তা-তু ইরেন কংলরে।
"সনা কোম্নুংদগীরা ?— নত্তে ভম্পাক য়ুমদৈদনি।—
মজাইবেম্মা করিনো ?— ইবুংঙো ননাও চিন্দি
হায়দোকউরে অতুদা, ইবুক্তি ইপা ইমা
উনিংহুনা চংলুরে।— চুমই ইবেম্মা।"—হায়নঃ
খম্বসু পুক্লিং তেরে। "চংলো চংলো।" হায়রকই
থোইবী, মনাই অনিদি তা থিল্লকপশিংহুবু॥
মনাই শিংনা—"ইবেম্মা! ননাই ঐথোঙ্গ চংলরোই
পাবুং-সনা য়াথংনা উল্লরুবা ঐথোইনি।"
হায়রে নিপা অনিদো চংলো হায়বা য়াদরে।
খুমন মাগী মমুমদা অউন-নাইদি ওইহুনা
লৈজখরে অনিদো হরাওজখ্রে মবুক্তো॥
মরক সিদা থম্নুনা থোইবীবুদি তাহন্দে,
মতু নিংথৌ কৌথোকই—"খুমন ইচেম য়া হায়পে,
ফবগীদি করিনি তাসিন্নু অসিমকপু
ইচেমদি ইবুক পেন্দে। মপাই 'বুংঙো হায়বদি
নতাওগীদি মীচংনি। ইপা ইবুংঙোদগী
লৌকরগা ইচেম্মা ইহু নিংথৌ পেনগনি,
থাজগনি নচেম্মা।" হায়রে নোংয়াই চন্নুনা।

খুমন মাগী মপোকতা পিক্লা উল্লেল নংলবী
থম্বু কৌবী মচেমদি অমম্বগী খাংমৈনি।
লাইজ ইপাক অচৌবে নৌবু হি-বু শকপিনি ।।
মায়কৈ মাংবা ওইববা তাইবং লমজাও অসিগী
নোংম্নাই মায়কৈ লেপ্লিবী—"ধ্রুব তারা" থম্বুনি ।।
নুরা মচেম অতুগী মপাও অতু তাবদা
থম্বা লৌশিং থোকচখি। "ইচে ইবেম্মা চুমই।"
হায়না থম্বা চৎথরে। মপা-থোংলেনবগীদা ।।
অমরোমদা অভোমগী নোংবান কৌবা মাগীদা
থৌরাং পুম্বা লোইথরে। চাবা থকপা লোইথরে।
মফী মরোন শেৎথরে। নোংবান কৌবা মহাক্কী
লৈপুল মকোক ওইরবী থর্ম্মৈ য়ুম্‌ফম্ ওইরবী
ভালোই অহল অতুদি লৈবা ল্যাকপা ভমথিত্রে।
মপুরোইবৈ রাবনা। থম্মোই অতু নিকথরে।।
ধর্ম্ম কৌবা শম্বম্না চেৎনা কোয়না থাতুনা
সুজা মাগী থমোইগী নায়োক ফবা লমজাওদা
মনিং তম্বা কাওরেনগুম নোংবান মাবু থমজবা
নোংবান-ভালোই অহল্লি। ধর্ম্ম চেনবী সুনীদা
মপুরোইবৈ তুংগীরা থোক্লগদবা হুবু
থোয়ুম মানা উৎলক্লে। চৎখিবগী অহিংদা
মণ্ডলানজানদি ওইদুনা।। মথংলেনগী দমক্তা
চিংনখিবা রাবদো সুজা থমোই সুংদুদা
থমজবদা চল্লক্রে। মৈরী ওইনা চাকথরে।

পায়রা-মৈথোন থোয়রক্লে।  তালোই অহল অহুবু
নোংবান মাগী মকমদা খুরুখুদক কুমুমা—
"লোয়ুম নোংবান সেলুংবা ননাও লাইবক থিবিবু
থংলেন্ হংগংচয়রোই নিংজববু ঐহাক্না
হংগংজবা ইবুংঙো ওম্মোইদৌরে ননাওনা।
মঙ-লান-জানগী য়ারমদি হংগংচগে ইবুংঙো।
নংত্রবদি ননাওগী পেল্লোইদৌরে ইবুকসে।
থংলেন করি হায়বগে ?" হায়জরক্লে। নোংবান্না—
"য়াম্না কৈনা কৈদৌগে লীয়্ তাসি ইবেম্মা।—
ননাও ঐগা লোইননা থংলেন নংবু ইবুংঙো,
লাইতোম্বা চংলি।  হুই অমা চোংথোরকই।
চিক্লে মাঙ নহাকপু ঐনা তাম্লি চেনথরে।
পুমচেন চেন্দে হুইখদো লৈসিল-লৈশিল অহুম-লৈ।
হুংশঙ্গীদা উরোকথোং অমা লাম্লি ইবুংঙো।
ননাও ঐগী মাংলগী থংলেন নংবু তাথরে।
মাঙ অহুম উথিত্রে।"  হায়রনা লীরে মঙ-অসি॥
নোংবান কৈম্নু থুকপিদে।—"করি য়ানো ইবেম্মা।
অহুক কবা মঙ-হুবু।  পাম্বা কৈনিন্-হুম্-দোই
হায়বা অহু উৎপনি।  শাগী শামিৎ পিবনি॥
ইহুং-বুংদা লুপথিবা অহুনদে ইবেম্মা,
মজাই 'বেম্মনে মহোয় মরাম সেবা তৌহনা
ইংনা পানগদৌরিবা 'হুগী প্রমাম উৎপনি।"
অহুম তৌনা নোংবান মঙ্ অসিবু চুমথোকই॥

নোংবানগী ঙাসি তাবদা তালোই অহল অদো
শরুক কয়া থোরুদি থমোই শায়ুম কায়থরে।
লিংজিং মাংজিংনছুনা মমিংতা মপি তাখি॥

---

## ১২
# খম্বনা খোংলেনগী তা য়াইবা লাকপা

খম্বা মপা খোংলেনবু খুরুমখরে। অনিদো
অরৈ মথৈ তানরে। খোংলেনবনা—"ইবুংঙো!
ইচাই কুম্মে য়েংগেদি নিংউবদা ইপানা
খোয়ুম মানা থৈরেদো। কৈ ফাগনি হায়বদা
ছুম্থু মফৈ হায়রুনা তোক্লবনি শাজোবা।—
পম্মৌ ইবুংঙো চুমই, খুত্থুম্না খুবাক্লদি
খেংনবা য়াবা খোক্কে। অকবা তা 'মতদি
পিনবিয়ু ইপানা।—করি য়ানো অতোম-পোক!
ইচাই ঙাক্লি, সুক কুইবা লাংঙকপবু কনাইনো!
লৌনিংবদা তোজোনা। সো কোক হেক লৌরগনে
হাংদোকউনা থিয়ুনা সেংনিংবদা শেংলুনা
পিনৌ তৌনৌ হায়বসে হপা তাব-মুংঙাইতে।—
পম্মৌ 'বুংঙো ঐনদি করম চংনা লৌগনি!
তাগী তা-শক অত্থুবু সিনা থৈম্মু খংজদে
ফত্তে হায়বস্থু উজদে, অত্থুই দমক হায়বনি।—
চুমইহো ইচান হায়বা, ইপা' পিনি।" হায়রুনা
খোংলেন মুংই চংখরে। খুমন মাবু পোকলম্বা
পুরেম্বদি মপানা পায়রম্বা তা-অত্থু
পিনরগে খম্বদা নিংই খোংলেন মপানা॥
লুখুম কাদা খোংলেন্না মমায় নৈসিন্নকপদা

নিংথ-থুডেঙ হায়রদুনা করাওরকই অথোবা।
মথুম মন্নুংদা লৈবা খেরে হুবু মপান্দা
হুমিংকুম্না ভাল্লমই লেংবগুম্না নিংথরে।
থোংলেন মাসি উবদা কপ্প হৌনখিদ্রবা
থোংলেন কপ্লে।— "ইভাও। পান্থ-কাবদি
মকাদোক্কী মকাদোক। কারগেদি লাক্লবোই।"
হুম্না খল্লে অখোবা। ভা-হুদা চংখিদুনা—
"ইভাও লেংথোক্লসিদো নচা লাকই উনরো।"
হায়রদুনা লম্বুহু অতৈ অনি অমগা
লোইনদুনা থোংলেন্না পুখোরকই মাংগোন্দা।
করাংজি কীবুম থারে পসোং কীভৌম্থ থামই।
কক্লাং কীভৌ য়াম্মুনা থম্মে ভা অহুম অসি।
"মজল ওইগদববু লৈরবদি খম্বনা,
মপাই থুংম্থ তাসিবু পায়বা পাম্বা ওইসম্থ।"
হুম্না নিংখি থোংলেন্দো। পুরেম্বগী লম্বুদো
অহুবৈভদা ভোর্ব্বুংদা কৈ মভা কাখিবগী
পকপা ঈদো ভসি কাও পকই ইনৌ নৌমথৈ।
তৈথোক্লমদে মপানা। থোংলেন কৌবা মপাম্থ
মপু মানা তৈথোক্তে, এম্থ তৈথোক্লরোইদি
হায়না থোংলেন মানম্থ তৈথোক্কানা খমগ্রবা
পুরেম্বগী থুংম্থনি। তাসি মপাই থুংম্থনা
ওই ইখং থংখরে। মচাকৌদনা থোংলেন্না—
ইপাই-ইবুংভো শান্জৌ। লৈরিবা ভা অহুমলে,

পায়রকপনি ইপানা ওয় ওয়া অম্সুমা।
যুগ কয়াদি ওইরক্লে। পায়নিংবদা হেক পায়
অহুম পুল্লপ পায়গেরা ?— পহৌ 'বুংঙো য়েংজগে।"
হায়না খম্বা য়েংজরে। পুরেংবদি মপাগী
পহৌ মখুৎ সুত্নুনা—"ইপাই ইবুংঙো শাজৌ।
নোংয়াই পিশক পিক্লা কায়নহনা অমুদোন
ইপাই শক্লি থংগ্রবো। ইপা লৈদি।" হায়হনা
নোংমাই মচা কৌরকই। খম্বা সংত্রিক য়েংঙগা
মপাই খুৎসু তাদবু পায়জরুরে লমজানা॥
তা-হু পায়হনা খম্বা সুমাংদা থোকই লেপই।
মচাই মঙৌ উবদা থোংলেন কৌবা মপাদো—
"ইচানা জয়বু ওইরে।" হায়না নোংশা লাল্লাওনা
লাওবা থোক্ফম অকনবা মী-লাই তিন-কাং থোংথোংপা
সেগাক-কায়না তাখরে॥ খুমন মচা য়েংহনা—
"ইপাই ইবুংঙো শাজৌ জয় ওইনি ইবুংঙো !—
ইপা ইবুংঙোই কৃপানি। পাংজদবা ঐনি।
ঐদি কৈস্নু থংজদে! নপার্রি কৈস্নু থংদে।—
হুদি ইপা কৈ-শাগে। থিল্লু নংনা ইপাবু।
থিনগদৌবা তাথিন্দি নংনা কৈদা থিন্দোবা
শরুক তরেৎ মাহুদৈ কয় থিনগদবনি।—
হুদি পহৌ ইবুংঙো শিরোইদরা করিনো ?
শিনিস্নু ইপা হায়রোই শিরোই হায়স্নু হায়নিংদে।
চৎলু হংউ নমাদা।" হায়খিরক্লে থোংলেমা॥

থম্বা ইবেন চংথরে থোংলেনবীদি মমাদা—
"ইমা ইবেম্মা।—শাজৌ!— পলেম মা থুম্নিগম্ম।"
হায়রুনা থম্বা মমিংতা মপি তানা কপ্পুরে।
থোংলেম্বীনা—"ছি কৈনো" হায়না নোংমাই মচাগী
খুজেং পালোইনহুনা মপাই নাক্তা পুরক্লে॥
"অহনস্থ ফনা ওইরে কৈদৌহুনা ইচাবু
কপহন্‌বিরকইবনো" হায়রুবে কৈরেম্বীনা।
থোংলেনবনা—"কৈদৌগে কপচেৎপৈ কপচবনি।
কৈ শাগে থিল্লু হায়রুরে, শিরোইদরা হংষ্ট,
নচানা ঐঙোন্দনে, ঐনা, শিনিস্থ ঐনা
হায়নিংদে শিরোই হায়সি হায়নিংদে, নমাদা নং
হংজরু হায়থিবনি।" হায়রে কৈরেম্বী অদো
থোংলেনগী মগুনবু থংজরবীনা নোক্লে।—"পারী
খম্বা লাও" হায়না পুসিনথবে। "পারি ইবুংঙো!
নংগী নপা অসিবু নংগুম্বগী শক্তিনা
থিল্লবদা তাহুনা ঈ মরিক অমতংদা
থোকচহনবা ঙম্মবা লোইরে পারি ইবুংঙো।
কৃপা পিগে হায়হুনা তৌবিবনি নংঙোন্দা।
হায়না মমা 'বেম্মনা তাকপিথরে খম্বদা॥
হরাওজরে খম্বদো। থোরক্লে মপাই নাক্কা।"
মপানা—"পারি খম্বা! করি হায়রে নমানা?—
ইমানা থিল্লু হায়রে।" হায়জরুরে মপাদা॥
লফুং মপুন অমথক্ থম্মে স্থমাং ময়াইদা।

অহন ওইবা থোংলেন্দো ;"চংগ্রে অহুই , মরুমদা।
থোংলেন কৈ শাগ্রকই ! ভুং-ভুং ভগুগুকই মমৈছ
দম্-দম্ খুই লৈপাক্তা। লৈপাক্তা খুজিন হুনা
খ্রো খ্রো থোংলি। খুহুম্না দম্ দম্ অমুক হেক খুথরে।
থোইয়েনতাকী কৈহ্নুনা ভমজনকম্ ওইখরে॥
খম্বনা স্নুম রেংবদা থোংলেনবদি মপাদো
মরাং মরাং উরকই। খম্বদি ইভক গুক্লে।
"করিনো ভৌরিসিবো" হায়না খম্বা খজিভৈ
মরক সিদা থোংলেম্না, শম্না 'মতা হোদনা
খা মাং কারব চোংলকই। "ইপা মচা নোংথাইগে,
ইপু মচা নোংদমগে" হায়না থোংহু লৈপাক্তা
খম্বা জং জং থিনবদা থোংলেম্না হিঃ হায়হুনা
ঝিংবা, খিতা হোথিবা, খুমন মচা খম্বনা
শখুম অম অহোবা হিঃ হায়বা সিত্র সিদা
উথিবগা চোংসিনখ্রে খুংতা পায়বা মপাগী
পাম্ব মগা ফাথিবা ভানা মপা থোংলেনগী
য়াংলেনদগী থিনবনা মালেম লৈদা খুবোম্ 'মা
চংলে। ইক্-হেক লাওখরে॥ খম্বা-মাগুও হায়হুনা
য়েংথথিবা কান্দদি থোংলেন্‌থদি লৈরমত্রে
লফূংহুদা ভশেংবা লমু হুনা থিল্লম্মে॥
পুমৃভক্ ভকথ্রে খম্বদো।— "কৈনো ইপাই 'বুঙোবু
অহুম নোংগাখ্রবরা।" হায়না খম্বা খনবদা,
ইশৈ ওংহুনা থোংলেন কোম্মোং জোমদৈ চংলকই॥

থোংলেনবনা কৌরকই- "ইপাই ইবুংঙো শাজৌ !—
পম্মৌবু ! - ঙাইখো ইপা লাকথিগে।" হায়না লাওই ।
থম্বা শংতে তা অদু মপা ঙাইহুনা লৈরে।
"কনাদা থিল্লি থম্বা ?— পম্মৌদনি !— কদায়দৈ
শোইদয়দো লফুংতা থিল্লগবু নহাক্তি !—
পম্মৌদি কৈদা চংলুই ? — নকুখোইগীদা চংলুই !"
থুমই থোংলেন মচাদা। থমন মানা—"অহুদি,
পম্মৌ কৃপা তৌবিরো ! শিনবিয়ু থৌজাল্লো !
অমুক্তগা শাবিখো। ফরে শাজৌ !" হায়বিরে।
কৈ অমুক্ত শাথরে। ইকাই কায়দে হায়রেহ্ ।
অকোনবগী অসিদা, চাইথশং লোমদগীদি
শিংঙা থর পায়হুনা থোংলেন অদু চংলকই ।
তা সংথিদু হায়হুনা থামই। তোরবাং 'মনা
লফুং অদু ককথংলি। থদনা তা নংপদা
ওকশাবী মতৌ মনাও লেংঙমই। থোংলেনবনা—
"জীব 'নিসি থংবরা !—ইপাই ইবুংঙো থংই !
কনা কনানো হুদে ?—ওকশাবীনি।—হুবুদি
থংই ইপাসু কনা কনানা ওল্লকপনো,
হায়বনি ওকশাবী-সে ?—ঐদি মাহুদি থংদে।"
হায়রে থম্বা মপাদা। থোংলেনবনা য়েংথরে।
মমিৎ অনি উটশিল্লি। উরে থোংলেন ডগোনো।
থোংলেন মাসী শক্তিনা থোকদোম্বা অপুম্বা
চিংশিল্লি।—মমিৎ-তম্না পাংথোকই—

"ইপাই 'বুংঙো তাবরা—নমা নপা অনিগী
কুপা পিনবিধনি কৌজেং শাইওল-ওইহনা
নংনা পাম্বা ফাবদা তেংবাংবিগে লাকপিরে।
শোইরোই পাম্বা-ফারনি। থোইবী লৌহনা পানবা
চিংউ কুপা ফংলনি," তাকপিরক্নে খম্বদা।
খম্বা হায়বা মচাবু লমজা লাইবক থিবনি
পিকনা পলেম পম্বৌবু কাইনথরে হায়নরি।
য়ানা হৌবা অমনে, পিদোন পাদোনদবনে,
অনি পাংথক ওইবদা তোয়া হৌবা মহাকপু
'নংজরবা মচানি মানা মমায় পাকসম্নু'
স্নুন্না নিংনৈ মুংশিনৈ।। তাইবংপানবা লৈকোন-মুং
হৈরাং লৈয়াং ওইরবা মীগী মপোক হায়বসি।
অরাবনা মউনি মুংডাইবনা মহৈনি।
খুমন মাবু পোকপদা পলেম পম্বৌ কায়নখি।
লমজা মাবু চাজবা কোনবিরিবা মপাদি
মগুণ চেনবা থোংলেনবু ফংজবদি খম্বনা
নোংয়াই লাইবক কখরে। লমজা ওইবা হায়বনা
থোইনা পাম্বে চংথোল্লে। কৌজেং অনি অহুবু
থোংলেন ইরেন-ফারগা খম্বে য়াদা থাজল্লি।
খম্ব কৌজেং য়োংখরে। কৌজেং অহু য়োংপগা
থোংলেন মচা খম্বদা তোরথাং অহুনা তাপ
মঙারক হন্না য়াল্লে। খম্বনা--"পম্বৌ করি
মতৌনো? ইপাই-শাজো! চংবরা য়েংবনিনে।

ইপাই 'বুংভো চংদেনা !— নাবরা ?— ইনা-না ভুক
খেৎপা, পম্বৌ 'ভুগুয়া থোকই। ভাওসে রা হায়গে।
তা-সে, ইত্তাও ইবুংঙো! ঐগী ইবুংঙো অদো
মানা পায়রম্বা ভানে, নমা লৈমা লৌন-তা ;
পকইবা ঈ অসিদি তৈথোকপা নংহৌত্রবা,
অহুভৈদা তোর্ব্বুংদা কৈ মণ্ডা ফাখিবদা,
পকপা ঈনি পম্বৌনা থুপখিবনা হানথরে ॥
থাংজিং মানা তৌরবোই নহাক থক্তি য়ৌনবা,
লৈরম্মবোই শাজৌবা।" হায়না তাক্লে থোংলেন্না
মপাই রাসি তাবদা নোংয়াই মবুক ওনথরে।
"পলেম পম্বৌ অনিনা য়েংতা ওইদা লেপ্লিয়ু
পাংজদবা নচানা পাম্বা ফাবা মতমদা।"
হায়না খম্বা কপ্লকই। মচাই মভো উবদা
থোংলেন মপা কপ্লকই। পলেম কৈরেম্বী কপই।
থোংলেন মচা য়েংতুনা—"ইপা রা হায়গে তাওকো।
খম্বা! ভাগী মমিংদি, থাংগ থোকত্তি করাংথোক,
থোক্লাং তাংদা চুম্ব-খোক-ত্তি, থাংজিংথোক—নানপ থোক,
উকা নানপ থোক, তোক্লেন লিশিং মাপন ফাংববু
য়ৈনথোক—হায়না কৌই। পায়তুনদা চংবদা
পাংজদবা নহাকী পুক্লিং থৌগৎপিরবা,
খিনগে হায়না নিংবদা খিন্দনিডাই লৈত্রবা,
মসিগুম্বা ভানিদো ॥" হায়না রারি লৌবিরে।
শা-গু-য়াই লানগু-য়াই-সু, পথোং থুরৌ চন্দ-রা

শথি থুনান-থোক্ত-ব্রা, বারিদগী হেন্দুবা
হি-য়াই কাওবা পিনরে। মপা থোংলেম মচাবু
থৌজানখিরে হুমিংত্তো। মচাই মঙ্গল ওইনবা
কৈরেম্বীদি মমানা পুংজা থেন্দোং থোংথাং-রেং,
তরা চাকপু থোংথরে। তরা চাবা লোইথরে,
থৌরাং পুম্বা লোইবদা মপাই মনাই য়াংথৈদং
থাংদা তাদা হৈরবা মচাই থৌগন তৌনবা
থল্লে থোংলেন মথুংনা। ময়াম অসি লেংথরে।
মপাই লাংগোই থোংদাংবা থোংলেন মাগীদি লান্-শা,
মশোং ইরুম্ থাংপোক শাবা শা, লান্দা থৌববা শা,
থুজিল্ লৈম-তোনবা শা, নাকথং-সনা-রুপ্পা শা,
সমায়-কোংগোন থিনবা শা থুমন মাবু তোংথরে ।।

---

# থম্ম-নোংবান অনিনা কৈ ফাবা কুম্মক্পা

খোংলেন মনাই ময়াম্না নোংয়াই থৌগন তৌহুনা
মভান কন্বা করৌগুম থুমন যাত্রা তৌরক্লে ॥
মোইরাং নোংবান অপাম্বা মনাই নিপা য়াংথৈগা
মানা লাংগোই তোংহনা নোংয়াই মাংদা থাথরে ॥
অউবনা উবদা নোংবান মাগী মায়খোংদো
ফজনদি উববু লৈচিন থাংবা নোংদোনগী
থাজগুম্না উহৌই। নিংকোক তৌনৈ থ্বাইসিনা
ময়াই কনবা নোংবান্দি থন্দে থংদে মবুক্তা ।।
মাংদা চৎপা নোংবানদো—লোইনরিবা ময়ামদা
মচিন খোক্না—"তাদথোই ইচিন ইনাও অপূম্বা।
খোইদা চৎপা কায়দে, শা-মান ইমান লেংমায়ৈ,
চৎমিন্নসি ইতাওগা থুমন মাবু ভাইথিসি।"
হায়না লাওই ময়ামদা। "চুমই কৈনা।" হায়নরে।
ইপুৎ-কোমগী-লমদমদা থুমন মাবু ভাইহনা
নোংবান অস্থুম লৈথরে ॥ থুমন মানা লাকপদা
লাইর শংদৈ থম্বুনে মনেম মচা থাদোইনে
মনাইশিংগা লোইননা নোংয়াই মাবু য়েংহৌই।
নোংয়াই মচেম থুরমই কৈরোই লৈকাই মমাবু
পল্লোশিংবু থুরমই। মচন ওইবি কয়ানা
থম্বা মঙ্গোল তৌরকই। ভক্তি ইরোইনহুনা

খুমন মানা লৌরকই—কুমথরক্লে খম্বনা ।।
চাংখ-লম্নাইদগী তমথরকপদা নোংবান
লৈবা, মাগী মাগীদি তা-লম্বুনা লৈপাক্তা
মনিং মনিংনা য়ুংবা মতোম ইরং লংবদো
খুমন মানা উরকই। "ইতাও' ঙসি যাত্রাসি
ছাল্লবোইরে, মানা করি হায়গবা, ঐদি
কোল্লে।" হুম্না পোল্লি। মনাইশিংনা—"হানজসম্ন,
মখোং ইখোং তিম্নত্রা।" হুম্না খুমই ; খম্বনা—
"হায়ওমদবা নোংবাম্নি।—মশিন করি লৈদনা।"
হুম্না চাংনা চাংননা লাকই। নোংবাম্না "লাকএ!
আদা লাকইবসিবু খম্ব নত্রা 'য়াম্বা-শা?"
মনাইশিংনা—"খম্বনি।—ফরে অচু মডাইবে
অসিম্নাইদা অহুম্মা লোইনরবস্থু ফরে।"
হায়রম্মগা নোংবান্দে হোৌগৎলে, খম্বরোমদা
মমায় সম্ন লৈশিনখরে—"হো ইতাও খম্ব-ও!—
ইতাও ইবুংঙো ঐ লাকচরে।" হায়না খম্বনা
খুমজৈ, হুংশিনবা ওই। খম্বৈ পাওখুম ভাবদা
নোংবান্দো—"খম্বা অসি কিরবোইরেনা ঐবু"
হুম্না খল্লে মবুক্তা। "কিরবদি কিনবা
তোবা থোকই" হায়ত্নুনা নোংবাম্না— হাই হাই করি
লাকএবু হায়বা-শাই! অম্নাইবদি পোৎকুম্না,
থমইবা নিংথৌ মচা, ম্নাংস্ত-পাদবী ওইবৈ,
মানা থোংবা থাকপদা ঙরাং মথৈ থরদা

অহাও অথুম চারগা কংদবা মহৌশাদি
লৈম সিঙৈ খুৎতাদো। নখোং থাংদোকপা কাওরা
লাকএবু হায়খ-শাই হাই। থোইবেন ত্রাকী পাম্বদি
কোম্না ফাগে ওসিদি নংবু হান্না ফারগা
নন্না কবাক খনুনা পুগে কৎকে নিংথৌবা
কংদোকওবা অতাক্লা সংগুনা লৈবরা-হাই।”
হায়না নোংখান চৈরকই। খম্বদো খাই হেক লাওই।
মখোংদগী কোক-কাওবা চিং-চিং লাওই, ইঙ্গনা
পিঙ্গনা সুখমনা শিংসি পুম্বা হৌরকই
মরোল লোইনা লোনথরে। ইকাইবনা খম্বদো
সগোল মথক্তা মক লুকই। “হি করি হানো।
ঐনা করি কায়থরে।” সুন্না খল্লে সগোলদো
মাং ওইরপ থৌগৎলি, “ইয়াম্বশিং লাকপিন্নু।”
হায়রকই খম্বা। “করে ওসি শম্বুথোংগীদি
লমন শিংগে নিংথরে।” খম্বা চিন্দি থোকতরি॥
মুবা মুংওাইখিদরে। “মজাইবুংগো।— তা-মুবা।—
কৈ কাবসি তোক্লসি থোংখাননবনি তাই।
ইবুংগোস্থু হনখ্রগা পাম্নবিরো লীক্ অচৌবা —
করিনো তাদ-মুবা নংনা হায়রিবছুবো?—
করি নত্তে ইবুংগো লীক লৌরো কান্নরোই।—
করিনোনে, নহাকপু ঐগা লোইননিংজন্না?—
মাহু নত্তে ইবুংগো।” হায়না খুমই মুবদো,
মবুংগো শাজরে হায়বা মুবা খংজরে কিরে।

খম্বনা—"তুদি মুবা করিনো করি হায়বা।—
নোংবান মন্না তাবদা মুংভাইজরে মনাই-থোই।—
দং।" হায়রে খম্ব অদো। তুৎ-দা হায়দবা খম্বা
দৎ হায়বা থোক্ফম অহু তাবা মন্তম অসিদা
মনাই ময়াম অহুনা মুবা মানা চিংবহু
কিনখিবা অহুনা খম্বা মাগী মনাক্তা
অমা কাওবা লেপ-ওমজে। মথা তারে খম্বনা—
"করি য়ানো মুব-ও অহুম হায়বা হৌনত্রা
ঐনা স্নম্বা খুম্মরোই মতোক্-অনি হায়বসি
তাদ মুবা নহাক্তি করম্ থংই।" হায়হুনা
শাওরপ য়াহু হন্নকই। মনাই ময়াম পেন্নরে।
নোংয়াই মানা শাওরকপা পিস্তুম অহু স্নুক্রকপা
উনৈ নিংথিজরে। মুর্ত্তি অসি য়েংবদি—
সরেন শয়াক থৌরবা নোংশাশিংনা শাশিংবু
কারম্-লাক্লম-দাইহুবু ওইরে মতৌ অমনি॥
"ময়াম কোল্লপ লাকপিয়ু" হায়রম্মগা তোলেন্না—
লাংগোই লান-শা থৌগৎখ্রে। লাওরকই—"হাই নোংবান।
চুম্না ইতাও থেংইদা, মহায়ুনা ঐহান্নু
ঐস্নু থেংখ্রে মহায়রি কিনা-কিনা মরাকই।
নংনা হেন্দে ঐনদি কৈদা তারি—লৈরম্মু।
শাগৈ মসেন য়াংনদে ইপা নপা হেন্নদে।
ইনাদা থোংনা-দা ইথিং পম্থিং কদায়দম্নু
স্নুক-স্নুং-থোংয়াই মাংজোংদা খম্বা করি য়াংতুনা।

নোংবান তাংজ-ইকাইপ্রা ? নিংশিংউ কাক্তা লমজেল ।
কোয়া কুম্বা ঐহাক্তি লমদমদানা লমথোইবা,
এম্মদানা মুয়া থায় ! কাওরবরা শুসিদে
করি হায়ে লৈরম্মু ।" লাওনা লাওনা শগোম্দো
খুমাং নাক্তম লামথরে । লাংগোই স্থন্দা পাইতুনা
থোংলেন-লানশা ফুজিনখ্রে । লাংগোইতুনা খৌবনা
থাংথোন তাথোন তারগা মথোই কাবা লান-শানি ।
খম্বা লাকপা উবদা—"তাদথোই কোয়শিনবিয়ু,
শগোন থিংউ" হায়রকই । থাংগা তাগা লম্বুগা
মীনা ইকোই কোয়থরে নোংবান মমুং চনথরে ॥
লাংগোই তাংখক লৈথিদে থাংগী তাগী মত্তোনম্ভ
সৌবু শানা লৈরিবা তুগী নাইত থিতুনা
লাংগোই খুমাং ফুকথরে খুমন মাবু নমদা-থোং
লাংগোই হুজিন্নকপনা কোকতোন লায় চংথরে ।
নোংবান নাক্তা তারুরে । থোংলেন মাগী মথুং-স্থু
কোরি শাজৈ হায়বসি কৈগী মচক তংলিবা
শাজৈ তুনা খম্বনা নোংবান মাগী কোক্তোম্দা
য়ৈথরকপা অতুনা শাজৈ মত্তোন অতুনা
চৈদোন তারে পুকনোংগা ফরৎ ফরৎ অহুম-লক
য়েৎতা ওইদা হাইত্রনা ফুরে । নোংবান ফুরিং-তু
থবং থবং তংতুনা উন্‌শা ফাওনা তংথরে ॥
নাথিবনা নোংবান্দো মমিং চেংকুপ শিথরে ।
খম্বা চণ্ডি লেপ্পুনা—"নংস্থু ঐস্থু মরাকই !

অহুম হায়না হৌনব্রা।" হায় নোংবান্না—"অচং-চা"
হায়দনা লম্বু তাথোক হাইগংখরে। লাংগোইগী
সৈবেবু রায়না রায়না মুবা ইন্নরকপনা
খুন্নন নাক্তা খুংথিবা মতম অহু চাখরে।
নোংবান মাগী তাথোকতো মুবা মানা কাখরে।
সং সংলি তাথোক অহু লৈপাকতা চক্ যুংশিল্লি।
খুন্নন মানা "কবিনো তাদ-মুবা কাক্নু
মনিং তৌনা রৈসম্নু ইত্তাও মবুক পেন্নবা।
সুম্মা হায়জৈ। মরকসিদা নোংবানগী
সৌরা কৌব মনাইনা ওন্সিনখরে মুবদা—
সমু হন্নাই মানবা ভুজোম্বা, কালন্দি মানবা,
থিগাংজাও ঐদি মীচং চংদেনা করি নংনা,
মপু মসেন তৌনবা মীনাই নঙিল লৈবরা।—
মুগী পাম্দৈ মনাই নম্মিৎ অহু উদর-হাই,
ইবুংগোইদি শাজৈনি, করি তা-থোক্না তৌই।
হায়নরগা থিরদে। চোংসিন্দুনা কোয়-খ্রে।
সৌরা খুদোং পুথংখ্রে। মুব থাংবা তৌথিদে
লমচুম য়েংগে হায়হুনা সৌরাগী লেংবান তান্না
অহোইননা চোথংলে। সৌরা সেংথরকপদা
মুবদি লম-য়েঙঙমই। অনি লম্হেক তাবদা
মুবা' মথক থংলম্মে। মীনাই ওইবৈ তোকপনি
থম্বা নোংবান অনিদি নোল্লক চাগদবনি
খোংলেনগী মনাই মুবা, চাওবগী মনাই মুক্রাম্

নোংবান মনাই সোৗরানে কনবা চাওবা হৈবদা
মোইরাংদা তাংই লৈতে। তুমাই চঞ্জিক হুমক্তা
মোরোক মতেক থরগা ওথা অনি দংদগা
উতোং মডা ফংইবা মুবা মুক্ত্রাম সোৗরানি ॥
লাম্বা লাম্বা মনাইশিং পুমতিন-পুমক্ত ফুনরে।
নোংবানগী মনাই মথৈ মন্নুংদা, কোম্না থুংবা,
খম্বগী মনাইশিংনা কোয়থরে ॥ মতম সিদা
থাজ্রাকপা নোংবান পোকপা মনাই থৌগন নিঙ্গুগা
লাংগোই তোংনা কুম্মকই। মনাইশিংদা—"আদৈসি
কনা কনানো য়েংউ।—নজাইবুংঙো খোইনি,
খম্বে কাংবুগনিনা য়েনরেনা ইঙেঙাবু।
হুদি থোংলেন লাকপ্রা য়েংউ ইঙেঙাবু লাক্তরি।—
ফরে হুদি, হো নোংবান্! ইপা লাকএ লোইথোকউ
লমজা মাগী কনাস্থু উক্রিৈঙ তাঙ্গা সিদা!
লাওই অডোম নিংথৌনা ॥ থোংলেন মতম অসিদা
তুংওইননা লৈরম্মে অসাই য়েংবা হুদদি
উরমদবা মন্ত্রিনি অথেকপা লম্বী 'মনা
খাজ্রাকপনা লাওবসি মন্ত্রি থোংলেন তাহোরে।
"কনাস্থু লৈক্রিৈঙদা" হায়খিবা ৱাহৈ অসি।
থোংলেনবনা মনাইশিংদা—"আদৈসি কনানো?—
খাজ্রাকপনি।" হায়রকই। থোংলেন পিং-হেক লাওথরে।
"হাই। মাগুম্বনবুনে, 'কনাস্থু লৈক্রিৈঙদা'
হায়খিবদি খংগনি নোংমাই ইতাম্নু ওইরে।

ফরে থংগনি ওসি—ইপাই ইবুংঙো শাজো।
ইপা পাকয়ে ঙাইরমথো। অঙোম মপা মচাদো
হেল্লনখিগ্ন থংলম্মো।" খোম্ফম অসি তাবদা,
থাজ্রাকপা স্বাই-হেক-লাওই। মনাইশিংদা—"নহোয়দি
অসাই লাক্কে হায়বদায়।" হায় থাজ্রাকপা 'মুক হয়।
"থম্বা নোংবান অনিমক করি মতৌ কৌবগে।
তৌনগম্নু করিনো।" লাওই। হুদৈ থোংলেন্দা—
ইবাই 'বুংঙো লাকপিয়ু। অঙাং অনিসি য়ৈসি।
হায়না অমুক থৈরকই॥ থোংলেনবনা—"থাজ্রাকপা।
চিংথৈ থাবী চাকথা, অমাপথি চাক্কৌ য়াত্রা?
লৈরম্মু ওসি থংনি।" হায়না থোংলেন লাওখয়ে॥
থাজ্রাকপনা—"থৌজিনখ্রে, থম্বা নোংবান অনিগী
মনাক্তদি য়োহৌগে" হায়না থল্লে মতমদো॥
থোংলেন-লালোই তাম্বদো মমিৎ মৈবুল ওইথরে॥
লাংগোই থৌজিন্নকপদা মুংশিৎ মাংদা থাখরে।
থাজ্রাকপবু তমমকই- "ইপাই 'বুংঙো ফারম্মু"
তোইনা লাওই অথোবা। থাজ্রাকপম্নু মশিরে
হায়না লাংগোই থারকই। থোংলেন হেজিন্নক্তুনা
থাংনা লামহাই হাইবদা থাংদোন হেন্দোকথিল্লুনা,
থাংগী খুহুম অহুনা তাক্লরে থাজ্রাকপদা।
সগোন শগোন থেংনথি অহল অনি ওম্বরে
তারে মালেম থকতুদা লাংগোই সয়াং থক্তুপী।
মচা মচা চেঙ্গিজি। মপা মপা কোঙথংজি।

লাংগোই খক্তা থাংগৎনৈ। খোংলেন থাং 'মুক সংখরে থাজ্রাকপদা য়াম্বরে। থাংতু লমথাংদা থম্বা' কারে। থাজ্রাকপনা—"হিঃ ইবাই মন্ত্রি করিনো!— করিনোবু হায়-হাই! কনাস্থু লৈত্রিভৈসিদা হাৎলো হায়ে নং-গুয়া!— করি য়ানো ইবাইবু ননাই ঐদি হায়দেনা। থাম্বিনবা লৈখিত্রে নচা ইচা য়ৈনরে থামসি ইবাই। হায়বনি। অচচা নং হায়দে হায়ো? – নচাই-বুংঙো হংবিয়ু।" হায়না খাদরাকপদো থরাই শিনিংদবনা খুমল লোমদা নপসিল্লে। খোংলেন মচা য়েংতুনা— "হায়ু! থম্বা হায়খিত্রা?" মপাই য়াহং তাবদা থনখ্রে থম্বা—"করয়ো! কৈ ফাবগ্নু কায়ব-তায়, জীব-'নিস্থু শিব-তায়! পুইন কনা' হেনগনি ঐদি নোয়োক তারগে জীব অনি কল্লগে, লৈপাক নিংথৌ অনিগী য়াথোক লোমস্থু তাক্লগে।" লেপলে থম্বা মপাদা—"ইপাই 'বুংঙো ঐহাকপু, তায়োম্নরবনরা হাৎলু হায়বা অসিবু তাহৌদেনে নচাদে।" হায়রে। খোংলেন থাজরে।— "ঐনা অহল-ওইবগী তায়োম্লনা তাবোইরে।" থল্লে খোংলেন ইংথরে।—"ইচানা হায়দে হায়রে চুম্বা তারে কোল্লসি।" হায়রতুনা অহল 'নি কোল্লথরে। মসিদা খোংলেন পুক্লিং মুংভাইত্রে। মৈগুম-শানা হৌরকই—মলোম্ পুম্বা নিংশিংঙে।—

কাক্না লমজেন্দা য়েংপা ; মাইবী চংসিন্নখিবা
মমৈথংদা তাবকপা খোংলেন-লালোই তানবদি,
উকায়-কাপ্ন, হৈজিংগী, সমুখোংগী মলোম্নু,
লোই কান্নকপা মানা নংতবা ঙাক হায়জিনবা,
মাত্নুদগী বিচার লোইন্নকতবা অত্নুনা
ঙসি কৈ ফাবসি ফাও—মথং মথং ওইনদি
পরে পরেং থুঙঙরে। খোংলেন খোইদৌ অত্নুদা
কুক্নক কুক্নক ইন্নখ্রে। খোংলেন মবুক খোংবসি,
তারে নক্ন মখৈদো। কিনরেদা কাংবুদো ॥
খম্বা মাগী য়াংথৈ 'মা নোংবানগীম্নু য়াংথৈনি
খোংলেনগী নিফু মঙ, খাত্রাকপগী নিফু মঙা
থুংলাই পায়বা ময়ামসি পরেং শানা মাংদা থায়।
মপা অনিনা মাংদা মচ অনিনা য়াইদা।
লম্বু তাগী মতোনদা কোরৌ মঙান য়ৈরকপা
মন্নাম অত্নু লাকপদো—নিংখিজরে য়েংবদা
খোইরেন তাকী লমদম্না চিংগী নাপোম নাপোমদৈ
নেয়েম তমথরকপনা থুদেং শানা কুংথবা,
সগাই পবেং শাবদা মীনা পুমকোই পুমঙৌ ঙৌ,
সগাই মথক অত্নুদা, নিংথৌ যুবরাজ অনি,
পেগা পেগা লৈরিবা, চিংশা নাপোম খুদিংদা,
হাওনা পুন্নেং লেংথিবা পুংগী সেনগী মখোয়ে ;
ইচিক হুনবা খোইরেম্তাক ইংনা নিন্নে নিংথিরে ॥
সুনা পমপাক সগাইদৈ খম্বা মোংবান অনিনা

পরেং শানা লাকপসি মোইরাং নিংথৌ উরকই ॥
মলোম ময়াম অতুনা নুংঙাইবনা থোংলেম্না—
"পারি খম্বা তৌনম্মু  য়ৈয়্যু শাজৌ"  হায়রকই।
থাঙ্‌রাকপম্মু হনখিঙ্রে,—"পারি নোংবান তৌনম্মু
য়ৈয়্যু ইবো" হায়রকই। থাঙ্‌রাকপগা থোংলেম্না,—
অনি পাবা হেন্নদে। লাম্ফু লাম্ফু ফুনরে।
তেংগোন অনি অসিনা ফুনরকপা অসিনা
মত্তৌ অমা ওইরকই। অঙোম নিংথৌ হায়বসি
মখুৎতা থাং পায়তুনা হাংনর্‌সি হায়বদী
হেল্লি থোংলেন মহাক্না। শিনবদি নৎতানা
সুম্না অতুক য়ৈনবা হেন্দে থোংলেন মহাক্না
ঙসি নুমিৎ অসিদি থোংলেনচু ফনা শোক্লে।
অঙোম নিংথৌ হনখিঙ্রে। মোইরাং নিংথৌনা উরে
মাংঙে য়ৈনরে হায়না দোলাই পাবা কৌরকই—।
সনা য়াথং পুজবা দোলাই পাবা অনিদো—
"লাল্লোই তাম্বা মন্ত্রিবু, অঙোম নিংথৌ ইঙেঙাম্মু,
খম্বা নোংবান 'বুংঙো 'নি—মপুসনা য়াথংনি।
লৈপাক প্রজা অপুম্বা—থাইদোক্লুনা লাক্নৌ হায়।"
শুম্না লাওই। থোংলেম্না—"নিংথৌনা লম্বী অনি
ফাংতে, অঙোম তবুদি চাওহনবা চৎলু চৎলোই।"
হায়না লাওরে থোংলেম্না। অনি অদো নুংঙাইরে
কুম্মৈ য়েংনিংঙেঙ। "চুম্না য়েংবদি য়াদে ঐথোই,
ফুরকনি, মীচংম্মু য়েন্নসি হায়র-কদায়।

য়েন্নকমন্থু খংদরে। ফুনসিন্নহুনা নে
কুম্মৈ য়েংসি" হায়নরে। নান-কাদি ফুনদে,
অন্নি অহুম্থু মৈনৈ কুম্মৈ য়েংই শুম-দোনা।
সনা মিৎয়েং তাবদা "অনি সিম্থু মৈনরে,
কয়ো মাংবা তারেনা—" হায়না হায়না য়োরক্লে।
সনা পংথোং য়োবদা সনা য়াথং—"করিনো
অঙম্বা নহোয়-অনিবো" সনা য়াথং সিদা
'ঙম্বা অনি চোংথরে সয়াং থক্তে লৈপাক্তা।
থাংনা নিংথৌ খুরম্মি। খম্ব-নোংবান অনিম্থু
দণ্ডবৎ কৎলে। নিংথৌনা উবদা সনা পুক্লিং
পেন্নে। অঙাং অনিগী মওং মতৌ নিংথিবা,
নিংথম শমজিন চিনবদা, পান্দু লৈথাম্‌দগীনা
চপ-চপ মান্নৈ উনম্‌-শুম। মপু ওইবা মপুনা—
মরল-ওইবা মনাইবু নিংথিবদা হরাওবা
মপুশিংগী মথৌনি। পম্পাক অনি থাইদোকই।
মচা মচা পংথোংদা লেপই। ঙাহাক লৈরগা,
মোইরাং চাওবা চংলকই খুমন মমাকী নাক্তা।
নোংয়াই মকু খুরমই। মবাই ফৈবোইজাম্বদি
সনা থৌগন ভোম্বুনা সনা নাক্তা লৈরম্মে।
খম্বা মবাই খুরম্মে। মপা মমা লৈতবা
নোংয়াই সাগন তুকাংদি থোংলেন চাওবা-মবাইগা,
লাইনা থাব শিংসিনা খুমন পাংগল ওইজরে॥
স্নেংচিংগী চিংথাংদা কবুই ওইবা জাৎ-মানি,

মবুক হোৌবী অহল্লি সলাং নিংথৌ উরকই।
থোংলেন কৌবা মহাক্না থিক্লোই 'মদা চাংদম্বা
হৈব-শিংবা মাল্লবা, মনাই ময়াম লোইননা
কুম্মৈ অসি য়েঙ্ডকই। মনাইশিংদা—"কনানো
নিংথৌ পম্মাং অসিদা কৈনো য়াম্না লাংইনা ?"
মনাইশিংনা—"ইবুংঙো ! থোংলেন চাওবা থম্বনে'।—
হাই হাই ইচা থুংলরে।—শিক্লরবা ইচানি,
মোইরাং থোরৌ কৈথেন্দা ইচাই থম্বাই মঙানা
হকচাংদগী তোংঙাননা লৈরম্মবা ইচানি।
ঐনা থিজরুদনা কনজরবা থম্বনি ॥
ইচাই মশক উদবা লোইদাম কুমজা য়াম্মক্লে।
ইচা মশক য়েংউগে।" হায়রে সলাং কুম্মক্লে।
মনাইশিংগা লোইননা চেম্বরক্লে তম্পাক্তা,
নোংয়াই মচা কৌরকই। নিংথৌনা—"কনানোনে"
থন্দুনা সনা মিৎয়েং তারকই। হংই মনাই
সেলুংবা কৈরোইজাম্বা থুমন মাগী মবাইদা।
সলাং মাগী পরিচয় মবাই হুনা হংগৎলে ॥
"অসিমস্থু থম্বগী মী ওইরে" হায়রিথরে ॥
"লাইবক কৈদা থম্বসে—পুরেম্বাইম্বা অঙম্বা
সংগ তৌইদা নংদে। নিংথৌ ঐদি পংইদা
অসিমস্থু ঐহাক্কী মীবু ওইনা থম্বদা
মনিঙম্বা নিপানি।" স্থম্না থনখি পুক্লিংদা ॥
সলাং মাইবা লাওরকই—"লাইবক ফবা থোংলেনবা

মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা নবিঙাদি ইচাগা
মুমিৎ খুদিং চামিন্নে। চেক্লাগুম্না চিন্দিন্নে,
পারি 'বুংঙো।" হায়দুনা খম্বা মচা কৌরকই॥
সলাংমাইবা থোংলেনবা মোইরাং চাওবা অহুমদো
প্রেম্থু তৌনৈ। খম্বদো পাক হেক চংবা ঙমজদে।
তিঙক তিঙক য়েংজখি। সলাং নিংথৌ মপানা—
"ঐ ইচা পম্গে" হায়না খুমন লোমদা চংলকই।
নোংয়াই মপা সলাংদা কোংয়াং চৈস্থ তাবগুম
দগুবৎ তৌই খম্বা। "ননাই লাইবক থিবদি
পম্থৌ শিরুরবনি ইপাই 'বুংঙোই থৌজাম্না
নচা তিংজরকপনি পম্থৌ নংনা অনিরক
পোকপিরবা নচানি।" হায়না খম্বা কপ্পকই।
"ইপাই 'বুংঙো! ইপাদি থাদৈ 'য়াকপা থকপনি
য়াংলৌ 'থুম্বা চাবনি, পারি হংগোইগদরা,
ইপা অমুক্তা চুপকে।—ইপাই 'বুংঙো হায়বিন্থ।"
থোংলেন চাওবা অনিনা—"নোংয়াই চংউ নপাবু
নোংয়াই করি কিবগে।" লাওবি। খম্বা চংদুনা
সলাং চোরোন শোকউরে। মপা সলাং নিংথৌনা
"পারি খম্বা ইচাবু মঙ্গল ওইবা ওইসন্থ।"
হায়না মচা কোনবিরে লাইবক থেদৈ চুপ্লিরে।
য়েং থংবদি মখুৎনা নোংয়াই মচা কোম্লগা,
ওইথংবা থাংগৎদুনা, পুরেন-ভাম্বরৈম-দি
মচল্ মতাও কৌদুনা সলাং মাবু কপ্পকই।

মচন-মতাও অনিগী মোমোন নোকপা শক-কমদো,
সলাং মানা উবকই। মচিন থোক্লা সলাংনা—
"ইচন-ইতাও অনিমক নচাগী মতেং পাংলো।"
হায়রকপদা মূর্ত্তিদো মচা থৈম্বে মশাদা
তিনখিবতু উহোরে। থোকইবদি থৌদোকসি,
থোংলেন মাসু উজখি। "ইতাও সলাং ওকএ-হাই!
কৃপা পিরে নচাদা, ভোজন্ তৌরু লৈরুরো।"
হায়রে থোংলেন মতাওনা। "ফরে ইতাও ইচাগী
মঙ্গোল ওইননবা লাইনিং পরৈ চেৎপিয়ু।"
হায়নথরে অনিনা। সুম্না সগাই কানখ্রে॥
কৈরোইজাম্বদি তাদে থোগন অতৈ থরগা
সনা নাকোং চিকতুনা—"খম্বা নোংবান অসিবু
করম দৌই ভসিবো?—ননাই 'থোইনা লানগত্রা,
নোংবান সিবু মক্তকপু—। থোংলেন-মপা অনিদি?—
অভোম নিংথৌ অসিসু কয়া কুচু পাংজদে
ননাই থোংলেন্না পাল্লি ননাই 'থোই উজবদা।—
অসি মভাইদনকো!—অজ্জা।" সুম্না ভাংনখি
মনাইশিংগা নিংথোগা॥ মতুং ভারকপসিদা
মনাই থোংলেন কৌরকই—"ইপু থোংলেন অথৌবা।—
অজ্জা।--ঐদি কুইরেদা।— অজ্জা!— নংদি হুজিক্তা?—
লোইনজনিংলদনা ননাই লমজা খম্বগা,
ননাই ঐবু চোরোম্না—। হায়দে ইপু হায়জদে।
শাওরুবদি হায়রুম্নু ঐনা থোইনা মুংভাইখ্রে।

অহুবু ইপু ঐনা নোংথোম্বদা, কৈ সিবু
হুংই লৈরিবরা হেনখরবরা হায়না ;
হেনখরে হেন্দ্রি হায়বা পিদে অরেপ্প 'মতা।
'ঙরাং য়াচংবা কাওবা কৈগী মনিন তারমই।
মতুং অসি খংদরে।' অসুম খুমই নোংথোম্না।
ঐদি খরাই য়াক্নরে মমৈসিদা হায়খনা—
'লাকথিসম্নু ইতাও-তুক কৈনা হেনখিরম্মগা
চাওবা ইম্না কবাক-খল, পুখৎপিয়ু ইনিংথৌ।'
সুম্না খুম্মিনে ইপু।" হায়—তন্মি থোংলেনবদা॥
থোংলেন ফাক-ফাক নোকতুনা—"পাম্বা হেল্লোই ইনিংথৌ!
তাম্মোক্তনা চৎলরোই।— করিননো অথৌবা ?—
নজা ইবেম্মগী বিচার লাংওন ওইরদুনা
পোক্লরবা পাম্বনি। খম্ব-নোংবানবু ভাইবি,
কৈ তুমই।—অওইবরা ?—চোরোম্দবু থোংলেম্না
করম মীনমগদগে, লৈখ্রবরা ইনিংথৌ ?—
দুনা হংইবসিনি—শোইররোইকো ইপু ?—
শোইররোই।- শোইরবদি ?—শোইরবদি থোংলেম্না,
পাম্বা শরুক শিনগনি কৈ শাগনি পম্নুংদা।
ঐবু থিনবা হানবনা কৈবু ফাবা শকসম্নু
মানা ওম্বা লৌবিয়ু।—দুনা থোইনা কিখরে।
করিনা হোরেন নংদি, মুংশিদবা অমদা
চিক্লে থোৎকে হায়নিদো।—করি য়ানো ইনিংথৌ,
মীনা কৈ শাক্লবদি হৌনদবা য়াকমি

শোইরোই হায়জক্লবনি।— তুদি মন্ত্রি কৈ অসি
কয়া রাং চাওবা কৈনো ?—খোইরেনতাক্কী কৈ অসি,
মরেপ্তা খুতুপ মন্ডা ময়ুংদা খুতুপ তরুক
ওইদৌমাল্লে ইনিংথৌ।—ফনা চাওরিনা মন্ত্রি।—
অজ্ঞা। মচুদি করি ?—ডাং-য়েক্লি, কোরি চেল্লি—
ময়াংলেন্দা, মাসিনা নিংথৌ,শাগৈনি হায়রি॥
মমৈ চামোর তাংই মসি লুরাংনি। মডাংগী
মথোং মরি তাংবনি। মবুক তাংই মাসিনা
অঙোম্নি। মবাইবক তাংই মাসিনা খুমম্নি।"
থোংলেনগী রাসি তাবদা চাওবদা—"ইপু!
মন্ত্রিনা কৈ লৈরি হায়রি, পমপাক পাও চেম্বোকও!
শাসি থৌসি নোংথোম্বা।" হায়বে। চাওবা নোংথোম্লা,
"অজ্ঞা" হায়না খুদে 'মা তাগী মতোন্দা থেৎলে।
"লৈপাক পুম্বা শাথৌরো—মপু সনা য়াথংনি
শাগী মওং থংলসি অপায়-অপায় লংসিল্লো।
কৈবল হৌরো নিংথৌনা পাম্বা মচু য়েংলসি,
হায়রে য়াথং তাকপি র।" হায়না লাওরে চাওবনা॥
সনা পম্পাকতগীনা মথং মথং লাওনখ্রে।
পুংসেন য়ৈরকই, নিল্লে। খোইরেনতাক্কী মীয়াম্না
রা রা য়া য়া লাওরক্লে। হাওগী পমপাকতগীনা
শাগী শারাও তৌহুনা থৌনরক্লে নিনথরে॥
মতম সিদা খোইবীনে খুমন চম্বু থম্নুনে,
মনাই সেম্বু কৌবিনে মুরা অহুম অসিদি,

কৈবাও ভানি হায়রুনা—ফুবালাগী লোকোক্সি,
পিয়াইন্নু পাগী লোফম, লমদমসিদা লাক্লুনা
মনি থোকপী লমজাউদা মনি মথি কোংবগুম
ঙাল্লে অহুম ঙাইজরি ॥ পান্থা থোনবগীদি
নিয়রকপা মীথোন্সি নূরা অহুম ছারক্লে।
থোইবী পুক্লিং লাংওকই, নূরা পুক্লিং হুরকই।
নূরা অহুম লৈরিবা লমদম সিদৈ য়েংবদা—
উরে মীয়াম ভিনঝদো খুদেং শাবা লোক্লুংদা
সগাই মথক অহুদা। লোইবা ভাংথোং লোন্ কোবা
লোইবী মাগী চিংয়াংদা—লোইবী পাম্বা কবোক্লে
লৈরাং মানা শাৎপগুম বসন্তগী ময়াইদা
নিংথিজরে লমদমদো। ঙোরোক ঙোই সংবায়ে,
মপু মোইরাং নিংথোগী চোং-সেকপিন, কয়া 'মা 'মুক
অঙম অথৌ কয়াগী হুনা মরোল অমা 'মুক।
কৌরান মথন মথম্নে—নূরা অহুম উরকই॥
ফুবালাগী লমদমদা থাদোই থমোই লোক্তগী
অকুৎপদি লমদমদা থোইরেন ভাক্তা চেম্বখ্রে,
খুমন থমোই ইপাক্তা প্রেমগী ইচেন তিনথরে।
মবুক শিংপা তুরেনগুম সোর পিক্লে থোইবীদি
মথংলেনগী থনবদা হকচাং ভনিক ভনিকই।
নূরা মাগী থয়াইদি চেক্লা চাদি ওইহুনা
মাগ তুংবু ইনথরে। নোংয়াই মচেম লাইরবী
মোপ্ াইদমক হায়রকই। নূরা সেম্ব কৌবিস্ম

মবুঙেঙাইদমক থনখ্রে। ঙাঙোই মজা 'বেম্মনা—
"ইমান সেম্বী ইনম্মা। নহু নিংথৌ অহুব
পন্নুং চংল-মাল্লেনে।—ইবেম্মা চংল-মাল্লে।"
হায়নরে। মীয়াম নিনবা, কৈনা ঙংলকপহুনা
লোকমাইদা ৈয়রকপনা থাংজিং চিংজাউ নিল্লক্লে।
লাই-মনাই হম্জি-চিংশু লেংই—খ্রক্ খ্রক্ লাওরকই।
ফুবালা ফাওবা নিকখ্রে। হান্না পান্থা মহাক্তি—
থোইরেন-ভাক তি রাংথরোক, থৌখুরোক-তি থামেল-লোক,
উরাং ফাইগীদি লমদম, হাওবম্-লোক্কিদি তুথুপ,
সিদা কৈনা তম্নমক্ত। ভ্রুং-ভ্রুং হৌ-হৌ পান্দনা
চোংথোক্তুনা থা-রাংদা নোংপোক নো চুপ থুংলকই।
পান্থা কোয়চেন্ চেল্লকই। য়া য়া য়া ভ্রুং ভ্রুং রা রা রা
পুম্নিন ওইনা নিনখরে। চিংউ থাংজিং মহাক্না
পুথোরক্লে কৈ অদো মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা পমপাক মক্তদা চোংথোক্তুনা লেপ্লরে॥
ফিরান অমা হায়হুনা তুমিন তুমিন লৈনরে।
ঙাহাক লেপ্লম্মে, মমৈ ইশাং শাংনা চিংহুনা
হান্নগী শাথুপ ফমদা কৈরেল্-অমুক চংখরে॥
ফুবালাদা থোইবীনা—"লেপাক তুমিল লৈনথি,
শাগী মথোন তাথিজ্রে। পান্দ-হুবু কাবরা,
কোংয়ানববু শোকপরা নহু নিংথৌ শোকপরা।
'নম্মা লাংনা পাদম্মু।— চুমই ইবেম্মা য়েংগে।"
হায়না থম্লু মচেম্না লাংনা তম্না থৎচরে।

য়েংই। "'নম্মা কমদোই ?— মজাইবেম্মা য়াকম্ম
ইচু নিংথৌ কৈদোদে খম্বা নোংখান চংদরি।
পাম্বা শাথোবদনি। লাইনিং পরৈ চেৎপিম্ম
অনি পন্নুং চংদৌরে, থোঁদৌ সিনা হায়বনি।"
শুম্না হায়না লৈনরি। খোইবেন-তাক্কা নিংথৌনা
মোইরাং চাওবা কৌবকই—"নোংথোন্!—অজ্ঞা।—মন্ত্রিসে
মরা মক্তি শোইদেদা।—শোইদে অজ্ঞা ননাইসি
মনা পিবব্ যাইএ।—নিঙঙম্মি ঐস্মু ইপু,
মনা পিসি—মন্ত্রিবু।—অজ্ঞা। · ইপু লাকপিসি,
ইপু নরা শোইদবা মুংঙাই মনা পিজগে,
চান্দ্র-মরোং-লৌ, সংগাই কোংজেং লৌ, লৌ পরি 'নি।
ফংবিথরো ইপুনা।" হায়রে মনা পিথরে।
লৈরুম অনি থুম্-পোৎনে। খোংলেন মনা ফংজরে॥
খোংলেন মনাইশিংনা মনা অচু পুথোকই
চাওবা খোংলেন থোবকই। চাওবনা মনাইশিংদা—
"হাই হাই কী থুম ককাদো, নোং চোৎতুনা তোককনি।
ঐদি অহিং থাংপোকনি নোংয়ুরোই ঐদা থম্মু।"
হায়দুনা চাওবগীদা থম্মে মনা পোৎ-মথৌ।
চাওবনা খোংলেনবদা—ইতাও মন্ত্রি ঙসিগী
মনা সিদি হংগৎপনিদো ঐনা চুমদরা,
ঙংথাই য়েংমনি।—লৌজৌ চাওবা পুয়োতুম ইবো,
থুমন মচিন মোপাগী পিনবগীদমক্তা
ঐনা তানবা ইয়ম্মি। মনা অসি চাওবনে,

পুমপি পিথোকপদি তুক ফত্তে তুনা নহাক্না
তংথাই 'মদি থাকথো হাই। লৌ পরি অম থাকথো।"
হায়রে তংথাই য়েন্নরে—চান্নৈ নোক্লৈ মুংঙাইনৈ
ফাগি ভৌনৈ হরাওনৈ চাওবা থোংলেন অনিদো ॥
মতুংসিদা নিংথৌনা লৈপাক লোমদা য়েংহুনা—
"খম্ব-নোংবান অনিবু চংব য়ারগনিনা?—
অজ্ঞা ননাই ঐথোইনা পামজবমক ভাকপিরে।"
খুম্নে সুম্না প্রজানা। খম্বা নোংবান কৌশিল্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"তয়ুম নোংবান অপাম্বা
নংঙোন্দা হান্না হায়গেকো—পন্নুং চংবা নবিঙা
ধর্ম্ম কায়নগমুকো পাম্ব মাবু নহাক্না
হান্না থেংনরবস্থু পাংসমুকো নতাওনা।
নতাওনা থেংনরবস্থু নংনা পাংউ তয়ুম।
নংনা করি হায়বগে? - অজ্ঞা ভসিংগি সিদি,
ভাকপিগনি চোরোম্না মাগী মাগী মপাংগন
য়েংনবনা থোকত্রা; অনি য়েংসিন্নহুনা
ফাববদি পাম্ব-সি সনা বুদ্ধি ভৌবিসি,
ননাই ঐদি পামজদে।" সুম্না খুমই নোংবান্না ॥
নোংবান মন্না তাবদা মোমোন নোকই মোইরাংগী
মপু মোইরাং নিংথৌদো। সনা য়াথং—"কোংয়ানবা।
সাগ্রেম-লাংগ্রেম্নগমু। হায়কৈ য়াই, নংনা হায়বা।
নংদি পলেম পম্হৌনা চায়োক লাংগোম ফবগী
কল্লি থৌই চুমইকো।" সুম্না খুমই নিংথৌনা ॥

অতাবনা ঙক্লখি ঙক্ল-ঙক্ল খংনখি ॥
সনা য়াথং খম্বদা—"ভয়ুম খম্বা ।—হৈনিংথৌ ।—
নংনা থেংনবদা, পাম্বা, নত্তাওনা পাংসম্বু
নত্তাওনা থেংনবদা খুমন নংনা পাংবসি,
নোংয়াই করি হায়বগে ?—" লমজা খম্বা খুকউ 'নি
মালেম নৈদা তাত্নুনা মখুৎ অনি লোয়রে,—
"সনা য়াথং তুং-ইয়া ননাই থোইনা পামজরে ।
ঙসি পাম্ব অসিদা ননাই থেংনজদবা,
চোরোন্ বোর পিবিয়ু ।" 'তাওনা লেপ্ল ফাসম্বু ।
তাবাংজবা ওইহুনা ননাই খম্বা লাকচগে ।
ননাই ইত্তাও নোংবায়া পাম্ব অসি ফারগা
সনা কোম্মুং য়োবিবা । খুমন লাইরু-শংদগী
ইবেম্মা লৌখৎহুনা লুহোংলগা কোম্মুংদা
ইত্তাওগী মরান-য়াইদা লেপ্ল য়োব অসিদা
চোরোন কৃপা তৌবিয়ু ।" হায়রে খম্বা য়াজরে ॥
খম্বে মল্লা তাবদা সনা পুক্লিং অহুবু
উনবু হেন্না ইংথরে—"খুমন মনাই খম্বনা
কৈসি ফাবা তাবোইনা ।" খনখি সনা পুক্লিংদা ॥
সনা পমপাক-তুদগী অতাবা প্রজা মথৈ
খুমন মাবু থাগৎনৈ ।—"নিংথিজৈদা লাইরবা
মঙ্গল ওইয়ু নহাক্লা -" বোর পিনৈ লোইনমক ।
সিগী মতুং অত্তুদা—হুইরোই, লম্বোং অনিবু
সনা য়াথং কৌসিল্লে । সনা য়াথং—"নখোইদি

অঙাং অনি অসিগী মমাং থানা চিংবিয়ু।
হোরেন পাম্বা অহুবু সিদা লৈরে হায়হুনা
ভাকপিরম্মু অহুগা খোরকউ।" ভাকপিখরে॥
খম্বা নোংবান খুরম্মে। "জোয় ওইবা পিনসম্মু
চিংউ থাংজিং মহাক্লা, ধর্ম্মনা জয় ওয়ুকো।"
সনা য়াথং ভাকপিরে। নিংথৌ সনা পুক্লিংদা
খুমন মাবুনা লূমই। নোংবান মপা খুরম্মে।

১৪

# খম্ব-নোংবান অনিনা পন্নুং চংবা

জোয় ওয়্ হায় নানবিরে। ছুইরোইগী তুং-ইন্দুনা
অঙোম নোংবান চংলকই। খম্বস্থ মপা মকু
মবাই, অতৈ অঙম্বা পুম্বা লোইনা খুরম্মে।
নোংয়াই মখুৎ থাংগৎলে মায়কৈ মরি ওন্দুনা
লৈপাক প্রজা খুরম্মে। লৈপাক য়া হেক লাওরকই
"মঙ্গোল ওম্ম ইবুংঙো।" লাওরে লৈপাক্না পেল্লে।
থম্ম্ থোইবী অনিগা নুরা অছুম তাথরে।
পন্নুং চংবা তারেনা সুম্না লেপ্পে থংনখি।
খুমন চম্ন পোঞ্জেম্বী মমায় থোইরেন তাকলোমদা
ওল্লে—"ইছু নিংথৌ। 'চেমগী ইবুংঙো লাইরবা।
পোকপদগী ধর্ম্মবু কাইরক্কবা নংনিদো।
হা ইমা ইবেম্মা! পম্বৌ ইপা ইবুংঙোগা
অনিমকপু লাকপিয়্ নচাই মতেং পাংবিয়ো।"
হায়না থম্ম্ কপ্লকই। নৌনা উল্লেন নংলবী
য়াবা মৈনা কারবী থম্ম্ খুরমজথরে
শিব দুর্গা অনিবু। পামেন য়াংবা উকাদা
কংঙমদানা শাংলবী মজাইবেম্মা থোইবীনা
দুর্গা কৌবী লাইরেম্বী নুরা থাগোয়থরে॥
মমিং সনা লকাদা পিগী ইরা হৌ'মথৈ।
থাদোই মমিং উইশিল্লি। "থাদোই করি য়াবগে

খোইনৌ ইতা কিরুম্নু।" হায়গুম ৎতৌই নাকোংদা
তুর্গা মূর্ত্তি অতুবু গাঙোই মাগী মাংতুদা
তুবং তুবং চৎপগুম্ উই ; থোইবী মিৎ পাংথোকই।
য়েংদ-য়েঙ উথিদে সুম্না লাইবু নিংথরে ॥
মনা পম্মাংদগীনা লৌ পরি মরি য়োম-'তুম
চংলে নাপী নমতুনা। তুইরোইনা মাংদ, লম্বোং
অতুই মথংদা, নোংবান থম্ব থংন থংননা
সুম্না লাকই। থাংজিংনা নিংথরে "চাং-য়েংলগে ॥"
লোক্রুংদগী থংহৌদে মুংশিৎ অমা থাম্নকই।
নোংবানগী মাঙ-ওইননা—য়ারা-পুচ্রুক-লাংচ্রুক্রে,
শিংগ্রেং লাংগ্রেং থোইমোয়ে, মতু-য়াংগেন্ তেক্-চাকতা
অমুক্তং মুংশিৎতুনা নৈরকপবু নোংবান্দো
কৈ লৈরে হায়না নিংখ্রে চপ-য়ুংনা—"অচ্চা অচচা
নহাদে" হায়না নোংবান হাকথং তা-তু অমুক্তং
থিল্লকপবু মুংশিৎতা, তুইরোই-লম্বোং অনিদো,
ফন্-ফন্ চোংথোকচহৌই। কুদগী সৎচহৌই।
স্বাই স্বাই লাওই অনিদো। "হি হি শিরমগনিদা।"
হায়নৈ দংদং চোংনরে মিহুন্দো। তুইরোইতুনা—
করিনো! ঐথোইদবু সেলুংবা তানা থিনগে
তৌবদে?—কৈনি হায়'না তৌবনি নারেংব-তু
উবদা। তৌজ্রা উজ্রা?— করি রানো মাতুবো!
মাং মথারি ঐথোইনা, লাংনা-খুদম লাকথিনি।
হৌনবরা অতুম্না?— হৌনবরা হায়বদে

হৌনবী তাকইবরা ?— হো হৌনববা ছুম্না ?—
শাগী শারম্ থংদানা, লানগী লান্নম উদানা
লানগী লানবু ওইনিংবা, শাগী শাবু ওইনিংবা
পাম্বা মপা মমাবু ওইনিংবদি কৈদৌনি,
শিগে শিজৌ কৈদৌনি। মপাং থিনা তাথোক্লা
ফুগেদো মতোইনরা ? সুম্না খুম্মে নোংবাম্না
ছুইরোই লম্বোং অনিদা। ছুইরোইছুনা—অছুদি,
ঐথোই অনিদা থিল্লু হায়রকপবা নিংথৌনা।
"থিল্লুদনা" হায়বদা নোংবান্দো 'থিন্দবদে'
হায়ছুনা তাছু হেক্তা মচিংই। খম্বনা—'হিঃ
হৌনদে' হায়। নো'বানগী তাছু ফারে।
চি'থোকই। ছুইরোইছুনা—"ইবোতোন্।
থাম্বিরুম্ন থিহ্লনগে।" হায় শাওই মৈগুম ওাংই।
'শাওবিগনু' হায়ছুনা খুমন মানা থামজরে॥
ছুইবোই লম্বোং অনিনা পাম্বা মাবু কৌরক্লে—
"কৈরেন নংদি ঐথোইবু নপা নমা শকপনি !
নোংবান হায়বা জীবসে নংগী চিঞ্জাক ওইজোকো।
নোংয়াই মথু-বাক সিদা য়াইবী মাংবা ওইবকউ।"
হায়না শিন্নৈ পাম্ব-দা। ছুইরোই লম্বোং অনিনা—
"মোইরাং নিংথৌ তাবিযু—ননাই ঐথোই ঙমদরে
মাং-থাবা য়াথিদরে, মুংশিং-তবু তা-থারে।
ননাই থোইদি ঙম্মরোই।" হায়না লাওরে লৈপাক্তা॥
"কনানো" সনা য়াথংদি হংবিরকই। "নোংবাম্নি"

"চুমই চুমই তৌরিনি"—সুম্না হায়নৈ লৈপাক্না।
মপু সনা য়াথংদো—"তুদি ফরে থোরক্লো।
মায়কৈ য়েনবিরম্মগা খম্বা নোংবান অনিদা।"
হায়রে। হুইরোই লম্বোংনা—ফরে তুদি খুমন অঙাংনা
অরাং পাংনা চংখংলু। নোংবান মথা পাংথরো।
ঙসি শানা লৈবদি অরাংলোমদা লৈরেকো।
ঐথোই অনি থোক্লগে।" হায়রে। নোংবান্না—"ঙাইথো।
অরাংলোমদা ঐ চংকে। হান্না কোক থেংনদনা
কোক হেক ফাদোকপনা কৈ, হুমিং থেংনবদনি।
হাক্না চাওবসু নত্তে।" সুম্না তৌই য়াঙাংহু।
"য়াদে নোংবান সেলুংবা মপু সনা য়াথংনি,
হুইরোই লম্বোং ঐথোইদি য়াথং হোংবা য়ানদে।
খুমন নত্তাও খম্বনা অরাং মায়কৈ সোমদগি
তাম্বক্লসম্লুনে! ঙসিগীদি পাম্ব-সে
হোয়বা চংপা শানিকো—খুমন ইবুংঙো নংনা
হোয়থরকউ অসুম্না। ঐথোই থোক্লে" হায়হুনা
থোকখ্রে অনি অসি। নিপা অনি অহুনা
নোংয়াই মাবু য়েংহুনা খুবাক খুনম ওল্লমই।
খম্বা রাখন ভৌহৌই। ভাবসি ফংলে খম্বনা।
পাম্ব খুংত্তা শোইগনি ঙসি শোইরোই নোংবানদি
সুম্না থংথি অনিনা। কৈ অসিনা লৈবদি
মথা পাংনা লৈথরে। হুইরোই-লম্বোং-অনিনা
নোংবান মাবু শিসহু খনবদগী মায়কৈসি,

ওন্ন-থৈনা তাকপনি পাম্বা য়াহিপকমসিবু ॥
মমা লৈম লৌন-তা পম্মৌ মাগী খুৎসু-তা
নোংয়াই হাকথং তান্থবু অঙাং য়েৎনা পায়ন্থনা
যুবরাজগী তানা তারোন তাদি ওইনা পায় ।
মমায় অন্নাং পাংন্থনা খুমন মানা তুংদা ইল,
ভক্তি মাংদা থান্থনা পাম্বা মাবু থিথরে ॥
উচেক 'মতং তুবৎনা, জীব অমা লেংবদা
খুমন মানা—"ইবুধৌ ! তোল্লবনি নম্মুদি
ঐগী মাংদা লৈবিমু—পাংগন কনবা ইত্তাওগী
মায়কৈরোমদা লেংবিয়ু।" হায়না খম্বা খুরমই ॥
অশেংবা নোল্লুকপগী লমচৎ অসি উৎলকই ।
থমোই লুবা খম্বগী মমাংদগী থৈদোক্লে,
তুমিৎ কাং হয়িং ফাওবা । "লান্দবা লাকই ঐখোই
য়োল্লু লাল্লুগনিকো।" স্মুম্না ঙাংনৈ জীবশিং ।
য়ুরান অমা কাওববু নোংয়াই মাংদা পাইশিন্দে ।
ধর্ম্ম মানা লাকপদা তুমিৎ কাওবা লাবদি
ভক্তি তৌনা থৈদোক্লে । মথোন কাবী জীবশিং
নূরাগুম্বী শিংন্থনা থোকই য়েংই মঙ্গোল-পি ॥
জীব অমা খম্বগা খেংনখিন্রে স্মুমদোমা ॥ ,
নোংবান মথা পাংবদা থিরকপদি প্রলয়নি ।
মখুৎ-স্মু তা অনিদা থৈনা পুল্লপ পায়ন্থনা,
নাপীশিংবী অপুম্বা পোরোক পোরোক নমন্থনা
সনা পম্পাক মপাদৈ ছাওরৌ পরি'ম য়োমগী

ময়ুংদা সুম্না লাকএ ।। থোংয়াংবম্ চন্থু নূরা
কুঞ্জমালা কৌবিনি, থোইরেন্‌তাক্কী পাম্বগী,
মুজা কৈথা থাখিবী নোংবান মাগী মাং-ওইনৈ ।
কুংভক তৌবা অমদা—লৈরাং খম্বাল কৌবীবু,
অঙাং নরা ওইবনা সেগাইদুনা মথুংনা
মালেম থক্তা হুন্দোকপা অদ্ধগুম্না তাদুনা
কুঞ্জমালা লৈরম্মে । শাদু ফংতবদগী,
নূরা মাবু পাম্ব-না লোইনা চাখিদে, মঙক
অদু থদংলে—তোঙান মুজা তারমই । মশা
তোঙান লৈরমই । নোংবান লাইবক খিবী মুজাদো
নোংবান্না খেংনরে । নূরা মশক উরগা
নোংবান্না—হাই-হাই মপোক ফংতবী, নংনা করম্
চংউরিবা ; নহান-মুক্কী মপোক্তা নংনা তৌবা
কর্ম্মদুগী ফোম্ননি—হান্দক ফংজরবনি ।।
মীনদি নংবু নতোম লৌঙাকপদা চাবনি
মাদু ওইরম মোইন-হাই । ফংতবী মুপী-লমচং,
লৈরাং মনম মুংশিবা খিক্করিনি চংদুনা ।
নারক জঙ্গোল অসিদা—শাগী ময়াদা নংনা
নশা শদুম হুজিনবা ।। নহাক থক্কী কয়ানো
য়ানরিবা ময়ামসে ! চংউদ্রবদি নংনা
ঙরাং বিচার লোইদুনা নিংথৌ মচা ইবেম্মা
লৌরদৌবনিদোসে ঐনা, নংনা পম্ললে ।
চংথোকউ ননম্ নমথি পানা চাবা য়াদে হাই

নশক অদু উবদা মঙ্গোল ওইনিদি নিংদে।"
হায়রদুনা নোংবান্না লৈরাং উতুপ ওইরবী
নূরা লমজা তোন্নবী কুঞ্জমালাই হকচাংদো
সেগাইরবা লৈরাংগুম তাজরিবা অদুবু
নোংবান নিঙ্গা তৌবকই। মখুৎতা পান্নবা তাগী
তাখোক-তুনা কোৎতুনা হকচাং অদু লংথোকই।
কুঞ্জমালা কৌবিসি তাইবং মপোক থিবিনী।
মপা মমা অনিনা মুজা মদোম পোকপিনি।
পিশক পিক্না মহাকপু পলেম পম্বৌ অনিনা
হুন্দোকলম্বী অঙাংনি মুজা মীরোন থংদানা॥
কৈরোই লৈকাই পুম্বগী চাক্লেম লুথাক চাদুনা
লেনজরকপী জীবনি। মুজা লক্কা তিল্লক্তে
মীগী মীনাই ওইদুনা। মপুই থোদা থাংবদা
রাজরকপী মহাক্কি। নূজা মপোক ওইবনা
সংসারগী হৌনবা মথোন কারক্লবদা
নিপা মপোক নদোংগুম মদোম লেপসি লেপকদা।
হৈরে থংঙে হায়দুনা থংবা হৈবা ওইকদা,
উরি ওইবা লৈরাংনা শিঙেন মদোম লেপ্পুগুম্
মপুং ফার ফাওবদা মীগী মীনাই ওইনা লৈ॥
কোরৌ খুদিং খুদিংগী মপুই য়াথং শোইকদা
মুতি খুদিং লৌ-ডাকই। কেগে মোইরাং লমদমদা
পারি পুরি থিবদা মমি তাদরবিনি।
ডাক্কা ডাক্কা লৌদুবু মুমিৎ খুদিং মচৈবী

মপু ওইবা অতুনা—"লৌঙাকপদি চৎলগা
কোরৌ চুপ্প অসিবু উচেক তান্দরমাল্লে,
তুম্ন-তুম্ন লৈমাল্লে কৌসি ইপান পান্দরে
চারে লোইনা উচেক্লা।" ঙাক্লা ঙাক্লা মহায়বি॥
নুরা মাগী মুমিৎতো পাম্বা কৈথা থাথিবা,
উচেক্কুম্ব তাবনা তানবা লাকপা ঙমথিদে।
কোরৌ মমৈ ওইরবা মুমিৎ তার ফাওবসি
উচেক য়াম্না তাথরে। "ঙসি কৌবা মুমিৎসি
উচেকমক্সু তাখ্রেদা মুমিৎ থেঙেঙ হায়তুনা
হন্দোক্তুনা চৎলগা য়েংবদদি হয়েংদা
উচেক তান্দ্রে হায়তুনা ঐবু য়ৈনি চৈরনি।"
হায়না কিথিবদগী সন্ধা নারন হুনখ্রবা
মঙম অসি ফাওবদা লৌঙাক সগাই মথক্তা
লৈরে উচেক লাওতুনা। উচেক তারকত্রবদা
মাবু লোইবা মপুগী অকিবতু কোক্লক্লে।
মুমদা হনগে হায়তুনা নিঙঙকপদা মুমিৎতো
পুম্নমম মমখ্রে কিরক্লে অমম্বগী অমুক্তা॥
সুরা মানা মমখ্রেনা সিদৈ য়ুম য়োবসিদি
লমদম মতা অসিগী ইমুং থেংবা তাথরে।
"য়াংদৌ ময়াই চনবদা, পাম্বা ঙাভবা মঙমনি
থেংনরনি চৎলরোই য়াইবী মাংনা তোক্লনি।
ইমুং অসি লেল্লগে সগাই মথক অসিদা।"
নুরা অসি থম্মুনা ইমুং অসি লেল্লকই।

মিকুপ পুংজা থিজ্নু ইনুং অসিদা লেনগে
হায়না রানা ঙাইথরে। লোইবী অনকপত্তুদা
পান্বশিংনা খোংবত্তু তাথি কুঞ্জমালানা
ইনুং অসি ঙাইবদা কিখিবনা নূজাদো
হোন্দে মুংশা সোরবু। ইনুং মিকুপ অমদা
চহি অমা ঙাইগুম্মে। "কোরৌ নংগী নশকতো
উনিংঙেদা অঙানবা" হায়না থম্না মমায়দো
নোংপোক লোমদা থম্মকই। ইমুং কাংথন মন্নুংদা
পম্ফৌ নিঙোন কাহুদা—মবুং মোপ্‌া অয়াম্বা
পলেম পম্ফৌ ওইবনা, ইমুং থম্না লৈববু,
কাংথোন য়াইরি পাবম্ভক নিঙোন ইনুং লেনববু
কিগল্লবী মহাকনি। খোইরেনতাক্পী লমদমদা
লৌঙাক সগাই মথক্তা কুঞ্জমালা লৈবসে—
ইদি ইথোকথরগা বিধি মানা অমুক্তা
য়েংবা ঙমদ্রে মতোমদা। "বিধি কৌবা ঐসিবু
খোয়ুম শিংগী খোদাদা সিবু শিল্লু হায়ত্নুনা
পিনবিবা থুংবিবা বিধি ঐগী লাইবক-সে
থিথরেদা" হায়ত্নুনা মদোম নিন্দা তোথরে ।।
থম্না থক্পী ইশিংগুম কুঞ্জমালা লৈরিঙৈ
মতম সিদা ইনুংগী চিংখৈ নাতৈ কাংলক্লে।
নোংপোক থংবা মায়কৈদা ঙাল্লকপত্তু উবদা
"ইনুং ঙানগদোরেদি কুঞ্জমালা হল্লাওই।
ইনুং শোইবা অহুবু মিৎকী কল্লা অমত্তা

কুঞ্জমালা উইরুদে। পুক্রিং পোংথারকপদা,
সগাই মথক অত্থুদা থবেং উইরে নূরানা।
মিকুপ অমৈ মতমদা কুঞ্জমালা মমঙদা
পাম্বা অমা লাকতুনা নূরা মাবু ফাররে।
মমিং থংবাং পাংথোকই হুমাং কাংই মুজাদো।
মুংশা মপী হোন্দোকই। নূরা কোইনা য়েংওকই।
থোইরেনতাকী পাম্বদি কৈরেন মাবু থুঙভরে,
থাংডৈশেংনা উররে। মুজা মদোম নিকথরে।
কৈরেন মানা লাকপদো চিংশা নাপোমদোগুম্না
সগাইমথোং য়োরকই। কুঞ্জমালা কৌবিদো
'মুনবা তাওজিং ওইথরে --কৈরেন মখুৎ অত্থুনা
সগাই মথোং পায়ররে। মৈবুন ওইবা মমিংনে
মমায় লোংখৎলত্থুনা মুরা মাবু য়েংলগা
সগাই অত্থু নিরুকই। নূরা মখুৎ অনিনা
সগাই মথক অত্থুদা কোল্লে সগাই রাত্থুদা।
নূরা মানা নপসিঞ্জে কুঞ্জমালা তারক্কে।
তারক্কেদি কান্নদে থল্লুহ্নুনা পাম্বদো
সগাই মথোং থাদোক্লে। সগাই মথক তাম্নদি
পাম্বা অঙ্কোং চোংথংখ্রে। কৈরেন মখুৎ অনিনা
মুরা সুপকোন কোন্দুনা ফারে, পাম্বা মনমদা
কুঞ্জমালা থোংগৎখ্রে। নূরা খুৎতা পায়রকপা
নূরা হোরী মখুৎসু পাম্বা কিথিবদগী
মালেম লৈদা তাথোকখ্রে নূরা খুৎলাই লৈত্তরে।

লৈরাং ওইবি খুৎতনা পাম্বা ভাকথোকচবদি
কুঞ্জমালা কাম্নদ্রে। কৈরেন মানা ফাবদা
মশক মশা থংজবী উজহৌবা লৈত্রবী
মাবু পোকপী পলেম্বু "হা ইমা" হায়রম্বা
থোঞ্জেন ম্নাংনা ফিংনদি নুরা মানা কৌরকই।
ওম্থোকপনি নোংদমবা। জীব ওইনা পোকপনা
পাংগন লৌশিং কনবম্বু—লৈরাং ওইনা শোনবম্ব,
পাংগন কনবা মপাম্ব মবুং মৌপ্‌া অমবু
কন্‌বিসম্বু হায়নদি কৌজবম্বু নৎতানা,
থাবুম তরা পুম্বুনা পোকচবকপী অশোনবী
অরাবদৈ কম্নবা পাংগন্দম্বু ম্নাংলবী
ইমাতবু কৌনবা চিংউ নংনা তম্বদা
কবি উপায় ফংনবা করি ভাবপু লৈরবা॥
পাম্বা অতুক চাওরবা, যোমগী চেম্বু অম্বুনা
থাব ফাওবা মহাক্তি শিনি হায়রবা নিংজরবা
কৈরেন মনংগম্-দ্বুদা কুঞ্জমালা কৌবিনা
"হা হুমা" কৌবদি পলেম মাদি খুমথিদরে॥
সগাই মথক-তুদগী নুরা মাবু পোম্বুনা
পাম্বা মাদি চোংথরে। পাম্বা শাথুপ ফাম্বুনা
নুরা মাবু পুরকই। চংনা ফাবা ওইবগী
নুরা শিদরিবনা শিনিংদবা ওইবগী
নুরা হোংনরকপদা কৈবেন মানা শাওম্বুনা
পাম্বা খুম্বুম অম্বুনা নুরা মাবু থারকই,

মকী মরোন অপুন্বা শেগাইদুনা হুন্দোকই।
নিংথু ফান্দেং য়ৈরবী নুরা শম্মাং অপুন্বা
কোইদংতুনা হুন্দোকই। মরি মরি তাথৌই।
থম্বান ওইবী মায়থোংদি নুরা মকোক অহুবু
কৈশী খুজিন অতুনা থদংথরে লৈথংলে।
কৈনা ঈবু চুপথরে। নুরা মশা অতুদি
শান্থ-ফত্তে হায়তুনা হুন্দোক্লমই পাম্বনা॥
সিনা তাত্থনা লৈবা নুরা মাগী হকচাংনি।
কুঞ্জমালাই মথরাই মডা চুদি চংথিত্রি,
নোংবান কৌবা নিপানা শাথি থোক্লা হায়রকপা
তৌরকপত্থ উবদা—ঐনা সিজিন্নরম্বা
অমনবা পোৎপু ঐনা হুন্দোক্লবা ফাওবদা
ইপোং হায়বা ওইরমই হায়না থম্বক্লবদৈ,
মাবু মুংশিরুবগুম কায়ত্রবা অমদি
হুন্দোকখ্রবা চুমকপু—মুংঙাইজরে বারৌরে।
শিথ্রবা ওইবা মথৌ তৌদরিবা লাল্লিবা
মুরাই থরাই মডানা—হকচাং চুবু য়েংদুনা
কপ্লক্লে,—"ওস্নোকপনি ইবেম্মা নুরা হকচাং,
মমল লাইবী নহাক্তে। নংবু পোকপা মুমিংদৈ
কায়নরকই ইমাগা, নংগী নমল লাইরকই।
চাওরে লমজা ওইহৌরে মীগী মীনাই ওইরকই।
চুম্থ মমল লাইরকই। তাইবং লৈরাং লক্ষ্মী
চিন্নদবী লৈরাং ওই য়াওরকতরে মমন্দো॥

পাম্বা কৈথা থারকই—কান্নদবা হকচাং-ও
নুরা হকচাং নহাক্তি কবি নমন মরাইনো।
পাম্বা মানা কাওবদা চাবিদবা হকচাংনি।
নুরা ওইবী হকচাংদি গংগা গুম্বা শেংই-হায়।
থরাই ঐগী তুংনক্ষম মনজরবা হকচাংও
মমল লাইদা হবেম্বা মুক্তা ওইবি নহাক্তে।
নবুং নৌপুরা 'মনা নুরা নংগী থোংগুনবু
লিবিনবা লৈতরে। থোইরেন-তাক্তা তাতুনা
মুক্তা নংদি লৈরেদো।" হায়না কোই থরাইনা
নুরা হকচাং অতুবু মুংডাইথিদে উবদা॥
নুরাই থরাই অতুনা হকচাং তুবু তাংথিবা
নোংবান মতৌ অতুদা বপ্পুববা মতুংদা
হকচাং অতুবু য়েংনা—নো'বান মাবু অমুক্তা
কৌরে। "নোংবান কোংয়ানবা। পাংগন শোনবী সুগ্রীবু
পাম্বা মানা লাকচথি। তুগী লমন শিংনবা
লাকএ লৈপাক অপুম্বা। লৈপাক মানা পনবু ওই
কোয়না ভাক্তে নহাক্তা মুরাই লমন শিংলগে,
খুংতা খুংলাই পায়তুনা পাম্বা থিরকপতুদি—
মবুং মৌপ্‌া লৈতবী কুঞ্জমালা কৌবিগী
মৌপ্‌া মবুং মপানি। পাম্বা মথুক্তিন্‌-তুনা
নুরা লৈরাংগুমবী ডকশম তোংদম থংপবু
তুগী লমন থুমতুনা কৈরেন ময়া অতুদা
নখুংম্নদি লমবুনা থিনম্না কৈরেন কাবদো

য়েংগে হায়না থরাইনা ভাইরম্বনি। অসিদা
ওক্কবিদি মুপীনি লৈরাং খিবা চংবদা
শিজবনি চৈবিরে। মাহূ নত্তে মুজাদো—
মপু য়াথং কিবগী লৌভাকপদি চংপনি।
অহিং ইমুং শোইববু কৌব-য়াইরেক তম্বদা,
চিংমুং নোংদাই চন্দুনা লৈরুবদা চাবনি।
শামাল্-লেংমাম্ববনি, করোং খুকুম্-মগনি
ভাইথোং তোম্বা ইনানি লৌশিং নংনা হেনগনি
তাইবং মীদি ওইবগী মাদি শানি খন্দুনা
পুক্নিং লুম্মই নোংবান-ও। কৈ কৈ হায়কো, মুজা
লাঞ্জদবদা পাম্বা মানা চাব ওইরবা,
হে নোংবান্ অপানব-গু অতোম শাগৈ লক্কগী
অরাবা সাগৈ মৈভান-ও ঐনা হান্না কৈথা থায়।
তাইবং বাংমা অসিগী লখী উবা হাল্লম্মে।
নংনা হোরেল লাকপদা হাওবা য়ুমথুং থংজবা
মতমহৃদা ঐহাক্না য়ুমথুং চিংগে অপাম্বা
ঐগী ইতুং ইল্লক-ও। শোইরকল্লু নোংবান্-ও।”
হায়রে থরাই মভানা। কুঞ্জমালাই থরাইনা
তোরকপা শাপ-সে—ইমুং লিক্লা নদোংগুম
পাইথোরক্লে তাররে নোংবান মাগী মকোক থক
শমজিন উকং মতোন্দা। নোংবান হল্লা য়েংওমদে॥
নোংবান পাম্বা খিরকই। নূবা হক্চাং অচুনা
ফুহোৎবদি হুদগী লৌসেল-মুক-তুম্ চংলগা

কৈরেন অহু লৈরম্মে, থেংনরম্মে নোংবান্না ॥
অহিং ইমুং শোইবদা শাবুম ভাপুম চারুবৈ
তুমদবনা—তুম্মই—দোলাই কীদি অমনবা
হুন্দোকপগী মতৌগুম মরাং মরাওভতনা
ইপাকপাক্লা ইশাং-শাংনদি ভারতুনা
সুক্লাংননা পাম্বদো। নোংবান মানা উরুরে ॥
নোংবান শুংডাই থোকথবে।—"শিরে শিরে কৈ শিরে,
নোংবান মপোক কৈদকো। থোইবী হায়বি ইবেম্মা
শিমক্তবু নোংবানগী মরাইবক্তা ইশ্রবোই,
লাইনা লৌবা তাখ্রেদা।" শুমা নিংই—হায়বকই।
"মপু সনা য়াথংনা তা পাংনৌ হায়বিবদা
নোংবান ঐদি য়াথিদে থম্ব-সনা য়াবনি।
কৈ অনি শুরবোইরে। অম্মাংলোমদা লৈ হায়বা
অসি মমা ওইব-তায়। মুগী অসিনা মাবু
হৈজ্জাংনা থিল্লবোইরে—শিমিন্নরবোইরেকো।"
কৈগী মথা অতৌবা অহু থাংনা শোকপনি
হায়না নিংভে—নোংবানদো। কৈগী মন্না অতুদা
হুম্রিংথোংয়ানবী মগ্রাম চংইবতুসু উরকই।
"ইহে কৈসি পুম্মেনা মনম নম্মে।" থম্লকই।
মীওইবগী হৌনবা মাগী মক্তম লাকপদা
ওঙ্গ-কৈল-কৌরবা লাইথুং হুবু পিনবা
থোয়ুম মাদি থুংডরে—লেপখ্রে নোংবান মনাক্তা ॥
নোংবান অমুক থম্লকই—"অদিবা পাক্লা নং-সে,

ইচিন্না হৌ-হায়রক্লা থোংগে ত্থগা তা-সিনা
থিনগে 'শিবা নংঙোন্দা, পুনগে মথোং মন্নিসি
ত্থগা সুম্মা থনমগে। মমা অত্থ কাবদা
থম্বদা তা পাংউগে। মাত্থদা মানা হায়নি—
কৈ ঐনা কারে থোইবী মানা লৌগনি হায়নি
কৈ মপী অত্থবুনা কৎলরনি থম্বনা।
অশিবা পাম্বা নংবু চৎকে পুত্থনা ঐনা।
ইতাওগী তাম্ব পাংবা তোপ্পা অমগা কাবা,
সিনদি ঐনা কাবা কৈ-সি অমগা মতেক
তারে শোইত্রে ত্থদি থোইবী ঐনা মরোরে।
সুম্মা নোংবান মুংঙাইখ্রে। থোইবী মাগী দমক্তা
মোংবান পং-থল-থল্লকই—"আহা—হাই হাই মুংঙাইদ !
ঐদি ইকাইবিখ্রেদা থোইবী নংগী দমক্তা !
ওরাংথাংবা নহাক্তা কুথী লৈশোক পুংত্থদা
ইতৈ ইতৈ কোরমই। ত্থদৈ ঐবু অমুক্তা
পামদে পামদে হায়রক্লা চৎখ্রে থম্বা লমজাবু
পামই পামই হায়রক্লা থম্বই য়ুমদা চৎখরে।
মানা লৈথিবসিদি অহিং অনিক্তা ভাইরি।
ওসি থম্বৈ য়ুমদগী মশম লাক্লা চিংবা,
পামদে পামদে হায়রক্লা লাকদৌরি ঐগীদা।
পামদে পামদে চৎখিবী—ইয়ুম কেগে লোক্তাকী
পোইরৈ থংবা মায়কৈদা উথুম্মা তুম-তুম্ হায়না
মোইরাং উথুম থোংউবা পোইরৈ রোমগী উচেক্তা,

মোইরাং নংনা করিগী মৈতৈ ঐগী লমদমদা
ইকাইদরা থোংবিস্থ চৎপিখরো হায়রুনা
ভাম্থোরকপা উথুম্না – ইয়ুম মোইরাং মায়কৈদা
ইকাই ইকাই লাকপগুম—পামদে পামদে লাক্-অনি।"
নোংবান অসি হায়রমই। থিনদে নোংবান অপাম্বা
হাকথং তাদি তারোন-তা থুহুম চেৎনা পায়খরে
খুবাক প্রোক প্রোক খুরমই। কৈ থিল্লগে হায়রুনা
মথোং ত্রং ত্রং থিল্লক্লে। পাম্ব তুম্মিন্তৈসিদা
মালেম পৃথি লেংউরে। য়াকৈবগুম থোকউরে,
পাম্ব মাগী মফমদা। মীকপ ফোংদি থোকথরে।
পাম্বা মমিং পাংথোরকপা কৈগী মমাং তুদা,
নোংবান-চাওখোক লেপ্লম্বা কৈনা নোংবান মূর্ত্তিবু
উরকপদা—কৈ অদো ওক্তক তোই নোংবানবু
চিংশা নাপোম নদোগুম উরে পাম্বা মমিংতা॥
অকিং অফাই ওইহুনা কৈনা হৌ হায়রহুনা
পাম্বা খুক হেক হোৎগৎলি। পম্লুং অহু নিকথরে।
নোংবান কোকচাওবী ফুং-কায়। পাংদবগী নংথিদে
কৈগী মওং অহুনা ওম্নৈত্তনবনানি॥
"কৈসি নত্তে কৈজংনি – অচ্চা নহাদে" হায়খি
নোংবানস্থ অথংবগা লোইননা। তাপ্রে লোইন
নোংবান-পাম্বা অনিগী থেংনবগী খোম্কমসে॥
মতাংসিংদা নিংথৌনা—"মথা চৎপা কনানো?"
লৈপাক্লা অয়াং—-খম্বা, খাম্বা চৎপা নোংবান্না

থেংনবা তারে কৈজি।—মানি মানি।" লাওখরে।।
সনা চিন-থোক্লা লাওরকই—"ভয়ুম অনি হায়রম্ব
শমজি খাইনরগম্ব চংসিল্লরো অনিমক।
খুবম চোইনরগম্ব মিংকম চেৎনা,—ওক্কম্ব।"
সনা য়াথং তৌবদা খম্বা নোংবান লৈপাক তাই।
কৈনা মথোন তাক্রিবৈ সনা পুক্লিং অম ওই
কৈথোন তারকপসিদা নিংথৌ পুক্লিং য়ারকই।
লৈপাক কয়া মাংবদি নিংথৌ কয়ানা য়ানদে।
লৈপাক মৈগুম তারবা মনাই মাবু মাংবনা
লুনা থমৈ। অহুগী মোইরাং নিংথৌ লাংভৈ।।
"ভয়ুম অনি পুকচেন শেপ্পরগম্ব যোতোন-তৌ"
হায়দুনা 'মুকা হন্না লাওরকই।। খম্বদো:—
নোংবান কৈ থেংনবসি তাবে। "হি অহুদি ঐ
লৈথোকপা য়াদরে সুম্। মপু সনা য়াথংস্থু
কাইদনবা অহুগা ইতাও মাগী উপায়স্থু
ওইননবা চৎলগে, ইতাওগী তা-বাংউগে।।"
হায়না পুকচেন তিংনদি খম্বা খোংকাপ য়ায়রকই।।
ইচম চমই নোংয়াইদো ঐনা কৈসি ফারগা
খোইবী লোগে হায়বগী মফারগেস্থু খম্দো,
পাম্বা অমি ফাররোই অশোক-অপন্-খোকনি
পাম্বা মাবু মকিয়ে—হায়বগীস্থু খল্লুদে।
খম্বা মাগী পোকপদৈ অনিং সুংখিন অমিদা
মিকুপ খোংখাং খুদিংগী খঞ্জবদি—সুয়া

ইচেম লাইরবী মাগী লমন অসিবু কদৌউঙে
শিংলসিবা অসিতা রাখল্লি খম্বা মাগী ॥
মোংবান মতাও অহুবু পাম্বা মাগা খেংনরে
শোইদ-ভামদ ওইসনু কৈরেল লেপ্ন-ফাসনু ।—
থল্লি খম্বা মবুক্তা । মথা পাংনা কুমমকই ॥
নোংমাই মানা লাকপনা লৌ পরি অম-রোমগী
মমুং রাংশিভৈছুদা মতাও নাক্তা য়োদোবা ।
কুঞ্জমালাগী তুকম্ খেংনরুরে খম্বনা ॥
লাংনা উনা কয়াদা ঈ তৈবঙ্গ উরকই ।
কৈনা সেগাইরম্বদি মুবা মাগী, মথাং-চেং
মনমদা ইঞ্জরম্বা, শমদোং শমদোং তারম্বা
খেংনৈ পুম্নমক অসি । "হি কৈনা শোকপী ইচেম্,
লাইবকথিবী মহাক্কী চবৈ শয়াং ওইরবোই ।
মল্লেদকো ফনেক্লে ইম্নফীনা মল্লিবা,
নুরা নংগী শয়াংসে পাম্বা মানা ফুক্তোকপোই ।
মুজা পাংগল ওইবগী রাখররিনিদকো ।"
থুমন অসি থন্দুনা মিংতা পিবু তারকই ॥
"মুজা ওইবী নহাক্কী হৈনা তুংইন্‌বিনবা
মোমু নক্ক থিবিবা লৈথিজ্রবোই কনামু ।
নুরা তোন্‌থরবোইদা লমজা ওইরবোইরেকো ।
থুমন ইচিন ইপ্‌াওম ॥" খম্নুহুনা রাখরে ॥
অরাবগী মথক্তা অম্রাবদা ওইথয়ে ।
অসুম অমুক য়েংবদা, নূরা হকচাং অহুনা

লিক্লাং চোয়না তারম্বা উরে লমজা মমিংতা।
লমজা মুপী অতুগী মতৌ অতু উবদা
প্রলয় হায়বা মতমদা খুৎতা ত্রিশূল পায়রবা
মহাদেব অতুবু খুমন মানা ওইখবে।।
খম্বা মথোং থাংদোকপা ওয়মকত্তরে মতমদো—
"করে অতু মওাইরে, করি দোষদগীনো,
ইচেম শকপী নহাকপু নোংদম্বিবা মানরা,
হুন্দোক্নুনা ঐসিনা নংবু করম্ চৎসিগে।—
নিপানিদনা মাস্থ থোকপা তৌরমখিসনু।
খম্বা হায়বা ঐসিগী শোকহৈ-শোকহৈদববু
খিজরবোই ঐহাক্না মঙ্গল ওইহ্রে তোকখ্রগে
হরি মাগী কৃপানি। নংগী চাইথোকইবসি
লোইসিনখিগে ঐহাক্না।।" হায়না নোংম্বাই লেপখরে।
চাইথোকইবা ফী, শম্নাং, ঈৎ তৈরিবা নাপীনে
উশা উনাদা পকপা পুয়মকসি খম্বনা
মখুৎনা লোইনা ফোইরে, উনা উশা থেকখরে।
খুৎনা য়াবনা খুৎনা খুৎতা পায়বা তাদোম্না
থৎ-থৎ থৎলি পুন্সিল্লে। অমোনবা নৈপাক য়েংহনা
নোংম্বাই তা-না তৌথোকই। কোম্-হুদা নৈরোন্-চল্লে।
খুদোং চাদবা নুরা মচেম হুগী হকচাংনা
অচৌবদি মথৈদি উগী উশা মথৈনা
মতম থরগীদমক খুমজিল্লম্মে খম্বনা।।
মখুৎমশা শেংদোক্লে, লাইজ থর খিহুনা।।

নোংমাই মবুক অছুদা—নূরা পাংগন শোনবীবু
লাকচখিবা, নুপীচা ওইবী অশোনবী নিনা
কিগনবী থমোই ওইবা—মচেম লেংমাম্নরবী
নুরা মানা য়াখিদ্রোবা সিবু থল্লুবদা
থম্বা লৈবা য়াখিদ্রে ॥ খোইরেনভাকী কৈ অদো
অশুক চাওই হায়বস্থ নোংমাই উহোরগনি।
থংনা উনা কছুবু তুমিং ওইনা থনথরে
"খুবাক অনি ফুছুনা হাংকে কাং হাংপগুম্না।"
থম্বা অশুম থনথরে—মথুং অনি লোম্নরে।
লৈরোল-চম্নিবছুদা ওন্সিন্দুনা থম্বনা
ছিক্না কপই মপি ভাই—"পলেম ইচেম লাইরবী।
নূরা নংগী য়ুম্নাক্তি, থোংম্নাংজম্-চমু-নি—হায়।
ইচেম-শিদ কোলোইনা কুঞ্জ-মালা কোই-হায়।
ঐদি পাংগল লৈজদে অছুমকপু ইমা-ও
কোম্নৌ মতম অছুদা থেংনজহৌদ্রে ঐনা।
নংগী সেবা থরদং তৌজরিবা অসিনা
লমন শিংলে হায়নদি লৌবিয়ুকো ইচেম্না।
কোরৌ থক্তে ইমানা পিনবিবু নোপ্নাবু
কিৎ-থুকপা লৈতবা ইতাও তেংবাংজবদা;
হোয়েন পাম্বা অতুনা পাংজদবা ঐভোন্দা
খৈরক্লবা মতমদা পাঙ্গল লৌশিং পিবিয়ু।—
খোইরেন-ভাকী লাইও দা থৌমৈ খেংবোর্বিরনোকো।
নূরা ইচেম্-ইবেম্ম' মুজা ওইবী মচাকী

করোং খুকুমজগেকো পাম্বা মাগী কাহু-দা।
পাংগল সোনবী নুয়ানি পাম্বা লাকচখিবদি,
থোয়ুম ময়াম চংহুনা পাম্বা খুহুম চনবিয়ু।"
হায়না খম্বা কপ্পকই। মচেম মতম গুম্বিনি
কুঞ্জমালা কৌয়াইএ থল্লুবদা রাখরে॥
নুরাই থরাই মভানা উরে থম্বে মতৌসি।
পেম্লে, লৈচিন থরদং কম্মে থোমজিঞ্জহনা
জীব মশা অসিনা গোলুক লোমদা ওন্দুনা
হরি মাবু কৌরক্লে—"থোজানগী মপু-ওইবা
পিনহৈবা নংনি হায়, গুসি ইহু-নিংথৌনা
মচেম পাংজদবিবু লাকচখিবা পাম্বনা,
তুগী লমন শিংজগে নিজরিদো ইবুংঙো।
ঐদি কৈথা থারবী তোল্লবিদি ঐহাক্না
বোর অসি পিবদি ইতিক চাক্রে। হরিনা
পিনবিরো বোর-সে।" হায়না নিরে হরিদা।
অহুদগী খম্বদা ওন্সিল্লক্লে—"ইবুংঙো।
লমজা নচেম ঐহাক্কি লাঞ্জরুদে পাম্বদা
শাগ্রেম লাংগ্রেম্নরুদে লাঞ্জদবি নচেমনি।
লান্দানা পাম্বা মানা চাবমক্তা ওইরবা—
ইহু নিংথৌ ইবুংঙো ধর্ম্ম কায়দবা, নংগী
ধর্ম্ম অহু মক্তনা নোংয়াই পাংগল ওইজবা,
পাম্বা মাগী লমচংনা পাম্বা মথোং য়েংনবা;
মাগী লাংদি ওইসনু। নুরা নচেম অশোনবী

মুক্তা জাতি ওইবগী করি ওমজদরবী
মাবু লাকচখিবগী লমন শিংবা ওমজবা,
খুমন নংগী নখুৎতা পাম্বা— য়াইবী মাংববু
ওইরসমুনে খম্বা। পিনসমু হয়িনা।।
নোংমাই চিংনরগনু নোংবান চায়বা নত্তাওসে,
ওসি কৌবা কোরৌদা লোইরগনি খংউকো।
নংগী খুত্তে ত্তা-অদো অচম্বসু তা-নত্তে।
হোরেন নংনা পাম্ব-দো কাবা মত্তমদা ইচেম,
তাগী মতোন অত্থুদা তোংজগেকো ইবুংঙো।
কৈরেন অহু খিনবদা, ইচেম য়াওজগে খম্বা।
ইহু নিংথৌ 'তুংদা নচেম্বু লাকচখিবগী,
ইচেমগী মাংদা নংনা লমন অহু শিংজরো।।
নিংথৌ মচা মুপীদো লেপ্প-লৈপুল্-ওইজোকো।।"
হায়না বোর পিনরে কুঞ্জ মালাই খরাইনা।
বোর অসি খম্বগী লরাই কোয়রেন খক-তুদা
লিক্লা নোংকেন ওইত্নুনা মজোল লাইজ তাররে।।
বোর অহু কংবদা খুমন মাগী মবুকতো
ইরিং য়িংই ফিংগৎতে। খুমন মানা হায়রকই—
"ইচেম শকপী ইবেম্মা নহু-নিংথৌ ঐহাকপু
য়ারৌথিনু শাওখিল্ল। পাম্বা খিগে হাল্লনা
নিংথৌ সনা য়াথংনি। মজোল ওইগে ইচেম্মাল।
নুরা ওইবী লৈরমথো। লৈরাং মচেং ওইত্নুনা
তারবদি ইচেমগী হকচাং অহু ঐচাল্লা

হৎগোইজবা লৈতনা পুথোক্লুনা নহাক্কী
নথৌ নওম তৌগেকো য়ারোথিনু ইবেম্মা ॥"
হায়রমহুনা খম্বদো মথোং থাংদোকচরক্লে।
মতাও মনাক য়োদৌবা লৌথাই মুক্তো মডাইরে।
খুমন মানা —"হো-ইতাও। বুদ্ধি লৌশিং ওকপিনু,
সনা য়াথং ইন্দুনা ইতাও নতেং পাংজগে,
তা-বাংগে ঐ লাকচরে। পাথৌ নোংবান হনুগনো।
ইতাও 'বুংঙো ঐ লাকএ।" লাওবকই ; নোংবান তারে ॥
খম্বে থোক্ষম তাবদা নোংবান্ন—"মাঙেও কয়ো,
লাকএনা পাপী অসে! 'ঐনা তা পাংলকপনি,
ইতাও নোংবান মাতনা ফাব নত্তে হায়রনি।
বিচারদি লোইররোই। ফক্রবা চাওব-থোংলেন
সিনা চক্রি হাপ্পুনা, মজাইবেম্মঃ থোইবীদি
বিচার লোইত্রিমথৈ, লৈবা মাগী ময়ুমদা।
চহি কয়া বিচার লোইরোই, থোইবী কংদরে।
চহি মরিফু শুবদা ময়াং কোল্লগদি,
মউল-লোগদবদা মডাই থোইবী। কায়দে,
মানা থুংঙত্রিভৈদা ফাহোবগে পাম্বসি,
খল্লে নোংবান।' তারোন-তা সর ইন্সিল্লকে কৈদা
তাঙ্গা সিদা পাম্ব-না, খম্বা মথোন তাবদা—
"হিঃ লাকএ কয়ো—বৈষ্ণব অসি লাক-অবোইনা।
কনখিবনা হাল্লনি। মানা থুংত্রিভৈসিদা,
চাহৌরগে নোংবান-সি শোইব-তারে" হায়হুনা,

পাম্ব-ভকুপ ভরেংদুনা পোকপা কৈরেন সণ্ড
সোয়াবগী মচা নিপা, পাম্বা কৈরেন্দি
য়াংনা থৌবা মহাক্নি, পাম্বা খুৎনা শোয়রগা,
কৈরেন্-য়ানা হৈবা শা, কৈরেন-য়ানা শোয়রগা
পাম্বা খুৎনা হৈব-কৈ,—ইন্সিন্নকপা নোংবানগী
ভা-দো পাম্বা মখুৎনা, থৎ-থৎতোকই, লৈপাক্তা,
লৈপুংদা কীয়ান য়ুং-শুম য়ুংঙে—তাখ্রে ভা-অদো।
নোংবান্না—"পাম্ব-সিদি হৈখ্রেদা হৈজৌ নংনা
কৈদৌনি থৎতোকচৌ হাই! য়াংপা মীয়া এৗনবো,"
হায়রে। নোংবান অমুক্তা খুতুম চেৎনা পায়থরে,
হাকথং ভা-দো পাম্বদা অরৈ মথৈ থাত্নুনা
মথা চিক্তুনা সর হেক ইন্সিন্থরে কোংয়ানবা।
পাম্ব মাগী মখুৎতো অথুবা নোংথাং-শুমই।
অকন্বস্থু, নোংথাংগা লোইনরবা বক্সানি।
কৈরেন মখুৎ অত্নুনা ভা-দো ভাপ হেক্তা য়েথৈ।
নোংবান ফিংই শুমিৎতো থিল্লে ভাদো লৈপাক্তা।
নোংবান মখুৎ নাম্বোকই। ভা-দো লৈপাক্তা তাখ্রে।
পাম্ব-মাংদা কোংয়ানবা, চপ-লেপই মশা ভাক্তা।
থোদ কন্দবা নম্বে য়ৈশুম্না অতোম মচা,
মোইরাং নোংবান মহাকনি, জায়কম্নি ক্ষেত্রিগী।
নোংবান কিন্না কিবিদে, ফাক্-কাক নোকথোকই।
নোংবান পাম্ব য়েংদুনা—"নংগুম্বগী অত্নুনা
কৈদৌয়নি নোংবান্দা খুতুম-দনা থাত্নুনা

হাৎকে নকোক ৱৈথাইগে থাংউ ঙসি থংগনি।”
ঙায়রে ; নোংবান অপানবা তুবুম অমা নিকপিদে।
নোংবান চরৈ তাথৎলে, থুংলাই য়াওন্ন-য়াওন্নগা
নোংবান থোইনা থোরক্লে। খম্বা য়ৌরকত্রিঙৈদা ;
পাম্ব-সি-মক্তা ফাবগে ঙসিদি নমহুনা,
হায়না ফীহুপ শেম্মক্লে। কৈনা “হি নোংবান-সিদি
চোংসিল্লকদৌরেনা” থল্লে। মতম সি-মক্তা।
খম্বা ফোং-ফাওদোরক্লে। খম্বনা—“মাঙেঙ! হাই হাই!
ইতাও থুংলাই থারেনা! শোকপা তারে করয়ো।”
হায়না তাংথক লৈতানা চেন্সিল্লক্লে নোংবান্দা॥
হাকথং তা-হু খম্বদি থোঙঙহুনা লেংবান্দা
তাঙ্গিল লোংনা পুরকই—খম্বা মাহু কাওথোকউই।
ওইগী তাদি লুক্কা পুই। হন্না য়েংদে নোংবান্দি।
খম্বা উবদা কৈদি থল্লে—“বৈষ্ণব লাকএনা।
কনখিবনা হাল্লনি।” হায়না পাম্ব মহাক্তি
থুমাং থুহুং মরিনা মালেম-লৈদা কাওরমই।
লাংদোন-সয়ি সংগমগী মতোল লায়া চোংথরে॥
কৈগী মতৌ উবদা—“ইতাও পাম্ব চোংথরে,
ফীবম তাওয়ু।” হায়হুনা চেন্সিনক্লে খম্বদো,
থোংফম য়াংনা অমুক্তা। পাম্ব-কৈনা সুন্দরী,
নোংবান মকোক তমহুনা ময়া কানা তারকই।
“মাঙেঙ উমখিগদৌরে” হায়না চেঙোং ওইনদি
চোংসিনবনা হানথরে—ওইদা পায়বা তা-অহু,

থাদোক্তুনা খম্বনা নোংবান নামৈ—লামথরে।
নোংবান চিংথোকখিবগা পাম্ব হুখিল্লকপগা
চপমান্নে, সুন্দা লাকপা পাম্ব সাহুন-কমছুদা
লোংনা পুবা খম্বগী ভাদোনছুনা মতোমদা
তারে ; ভাদোন অছুনা থেংউবদা কৈরেন্দ্রো,
সুন্দৈ অমুক থৈথরে। চোংথোকখ্রে অমরোমদা ॥
অস্তুম তৌনা নোংবানবু মোংয়াই মানা কহেল্লোরে ॥
খুমন মানা—"ইতাওবু! কৈদৌ' খুংলাই থাবগে!
সিরমগনি ওসিদি, ইমাই পেম্মা ইতাওনে!"
হরাওদুনা লোংশান্দা হরাও হরাও হায়রকই।
ওম্বোকপনি! হুগী পাক চাওরবা ইপাক থক্তা
অমৃতগী পিক্লবা মরিক মচা অমতং
কায়দানা তারুবা থোক্লে থৌদৌ অছুম্না।
নোংবান মমিং শুক্লুনা য়েংই—"হাই খম্বা-হায়বা!
লমজা পিভং-পাতংপা! ইকাইদরা নমায়দো!
ঐনা থেংনজরবা শাবু নসিন্ করি-লৈ!
নপাংগন্ লৈজরগা কাজোদনা হাই—নংসো!
চংনা ফারগা কৈসি হায়া কৎকে থাংজিংদা!
হুগা নিংথৌদা কৎকে ভোজরগা করিগী
কৈ তাম্বোকই নংনা! হাই লাইরবা লমজা মচা।
পা-নাইদবগী মচা পু-নাইদবগী মস্থু!"
হায়না চৈরে খম্ববু তৌওমদবা নোংবান্না।
খম্বা, স্বাই তিং-তিং হেক লাওই, ইওক্-হেক ওকই—"হিং!

করি নোংবান্ কোয়োনবা। লিংথরা নং—'কাইখ্রে!
কৈগী ময়াদা তারে, খুংলাইস্রু য়াওরমদরে।
নথম্নাইদো মাংলবা নংত্রা হাই? করি হায়রে!
সনা য়াথং তা-বাংউ হায়বগী ঐদি চুম্না
তাবাংগে হায়না নংগী লাকপদনি অহুগা—
করি হায়রে কোংয়ানবা। খুম্লক ইরক ওইবদা
পংহায় হায়নবগীনা অমনি-হাই, মাসিদি—
থংজ্রো-হাই! শাকম লাম্ফম হায়বত্তুনি, কাওরত্রা!
পিবন্-পাবন ঙাংবদি থাংউ ঙসি থংগনি।"
হায়তুনা খঙ্ম্বদো—শঙ্ঘ য়াদবা মুং-গুম্বা,
মমা লৈম লৌন-খোক নোংয়াই মাগী খুংসু-তা,
হাইথরক্লে নোংবানগী মকোক তম্না স্নন্দগী।
অচম্বা তা নক্ত-বৈ তাখোক অহু ঙ-ঙঙ-ক্লে।
তাজিন্ মৈরিক কাপ্লক-এ। নোংবান তাহু য়েঙ্ঙকই।—
"হি তাসি কৈদগীনো! শুল লৈদা, থম্বগীদি
পাংগন অসিগা তাগা মায়রেনা অসিদে!"
থল্লে নোংবান মতমদো। হুং-হুং-য়ং-য়ং হায়তুনা
হাইথরকপা অহুদা—অঙোম মাগী চম্ত্রবা
থাংশ্রিক কৌবা তাহুবু, নোংবান মাগী মখুং-স্নু,
নোংবান সং হাইগথখ্রে॥ নোংবান লম্নাই মপাদা
শোকদোবা লম্-অহু খুবোম 'মতা ঙাইব-দৈ
ঙাকখ্রে, কেরেক-লাওহুনা। তাখোক অনি থেংনবা
মৈথু হৌই, হুদগী তা অমি চিক্লবদা,

কেরেক হায়রবা অঙ্গুগা মতম চপহেক মাম্বনা,
কাপ্লেল অমা শাংনদি মৈ হোৌই নোংথাংগুম্বা।
মৈশাক প্রজা পুম্বনা—ওক্লে "হিঃ হিঃ করিনো।
নোংথাং কুপই করম্লো—নোংমংদে নোংথাকইনা।
অঙ্গুম হায়নৈ ওক্লরে। সোমদা নোংবান অপাম্বা,
মঙক থুপ্পুনা থোংকম শেম্মঙ্গনা ভাকপদৈ,
তাহ্ তাখরবদা লেপই কন্ চোংথোক্লুনা।—
"হি করিনো ইতাওবু। পাওসিন্নরগা নংদি
শাওরবোইরে খম্বা।" হায়রে নোংবান হুমাং কায়।
"ঐনা তাকথোকলমগ্রদি শিরম্ মোইত্রা।" হায়রকই।
খম্বা মানা—"ইতাওবু কৰি য়ানো! ফাগিবু -
অঙ্গম তৌন-হৌনত্রা! ঐদি য়ানিংদে নোংবান!
য়েনরনি স্নামাংদা।" হায়রে খম্বা য়াথিজ্রে।
মখুৎ নাম-নাম্মনা তা-অনি অনি পায়রে।
মখুৎ ওইদা নোংবানগী খম্বা য়েংনা পায়ঙ্গনা
পাবোৎ সন্গুম অনিদো, মপু সনা মাংহ্নদা
অঙাং অনি থোরক্লে। "কৈগী মথোন মীথোন-স্নু
তারম্বু তাথিজ্রে, তুমিন্ তুমিন্ লৈনথি॥
করিননো? ইদাইরেম্-খম্বা-নোংবান অনিবু
অমতম্নু নৎতানা শোইরবরা করিনো।"
হায়না মোইরাং নিংথৌনা সনা য়াথং তৌরকই।
অরাংবদা হোংইবা—লাওই ময়াম অমনা—
"শোইদে ননাই অনিদি. নারেংইবা অসিনি।

খুংসম্নহৌনা অনি থোক্লকই, শক-উদোরে ।।"
হায়নরকই । "কম্বিনো, পাম্বা কার-বনরা ।—
নত্তে কৈদি য়াওরক্তে ।" লাওনরকই অস্নুম্না ।
হায়নরিঙৈমক্তদা নিংথৌ হৌইথোং হুদগী
লিংথোরক্লে অনিদো । অনি নিংথৌ খুবম্মি ।।

---

# অনি খৎনদুনা পন্নুংদগী থোরকপা

মপু সনা য়াথং-চু— "তযুম অনি করিনো ?
পরম-খুরৌ চেনবদি লৈরবগে করম্বা ?"
হংবিরকই অনিদা। কৈরেন মাগুম থৌবকই
নোংবান অকোং চোংথোকই- "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ !
মুংঙাইতরে ননাই ঐ " হান্না খুমই, নোংবান্না।
সনা য়াথং—"করিনো, নোংবান কৈদৌরবগে ?"
হংবিরকই মপুনা। "অজ্ঞা ননাই নোংবান্না
হান্না থেংনৈ কৈ অসি। কৈ অসিগী মকোক্তা
নোংবান ঐগী তাথোক্না ফুরে মঙাবক হন্না ;
মতম সিদা কৈ অসি য়াম্না শোক্লে ইনিংথৌ!
পান্থ-চংনা অহানবা কৎকে চিংউ থাংজিংদা,
ছুদৈ মপু চোরোন্দা অমুক কৎকে থগুরুই ॥
কৈগী মথোং মরিসি পুক্সিল্লগে হায়দুনা
হাওনা কোইজৈ, অম্নুম্না হোৎনরিডে সিদা,
ননাই ইত্তাও লাক্লগা তাম্মোকপিররে কৈ-সি।
থৌদৌ অসিদা ঐথোই-অনি নিংঙাই তৌনরে।
ননাই ইত্তাওদি য়াদে—ননাই ঐনা 'চৎলসি,
সনা চোরোন য়োননি' হায়না ইত্তাও কাদুনা
পুরকইবা অসিনি।" হায়না নোংবান হংগৎলে।
ইগ্নি-মুংঙা থম্ব-দো মৈ হৌরে, পিস্তুম লৈরে।

মোমোম-নোকই। থম্বগী মিহুন্-অপুম্বা হোৌথরে,
মাগী মাগী মক্তমদা ক্রং-ক্রং চোংই ॥ থম্বনা—
"হায়খিসন্নু শাওখিরোই, লমজা লমচৎ নাইদেদি
হায়খ্রগনি ঐহাকপু। খুমন ইপা ইপুগী
শুন-বু য়েংবা, ভাক্তবা য়াদে।" অসুম্ থম্বনা
মপু সনা মাংহুদা খুরু খুদক্ কুম্বুনা
অশাওবহু কাহুনা থাংই ভাইরে রা অসি ॥
মপু সনা য়াথংনা যুবরাজনচিংবা,
লৈপাক পুবা অওম্বা অতৈ পুম্বা কৌসিন্নে।
লৈপাক কোয়রে নোংবান্না—অসাই রাহু অমুক্তা
লম্মে নৌনা লৈপাক্তা। 'তৌরিগনি' অসুন্না
নিংই যুবরাজদি। মপু সনা য়াথংনা—
"তারবরা লৈপাকপু?—ননাই ঐথোই তাজরে।"
হায়নথরে অসুম্না। থোংলেন্দদি চৎপক্তে।
ফৈরোইজাম্বদা থোংলেন, হংদোকই কৌথোক্লুনা।
নোংবান মপাও তাবদা মীনম্মে হায়বা অসি
থংঙ থোংলেন অথৌবা। থোংলেন মথা চিকথরে,
নাকন্দগী থাং শংলে: ফুরিৎ খুদাং তাথংলি।
ময়া থাংই থাং অদো থোংলেন মখুৎ খুদাংদা।
লেপই থল্লি থোংলেনবা—"তৌখিসন্নু য়েংখিগে,
নোংবান মানা চুমইদা, হায়রকসন্নু থংগনি।
পন-অসি য়ানুথাইহুনা তাঙোকখিগে কৈ অসি
কাররোই মজাই 'বেম্মা, কনানো লৌরসন্নু,

থোংলেন ইথুনাক্তগী" হুম্না থোংলেন লৈথরে।
ময়াম সিনা কনাস্ু থোংলেম—কৈদৌরে হায়না,
ভম্ব-লৈত্রে হংনবা।। মতৌ অসি উবদা
খংনৈ রাখল অমদি—তৌরে হায়বা উনরে।।
লৈপাক্লা "ননাই 'খোইদি সনা বুঙ্কিনা তাবা
স্ুম্না থোকই তাকপিবা য়ানিংই মাহুত্তবু।"
হায়না লাওনৈ, মতমহু খম্বা, মপু রাখংদা
হংবিরকপা হায়হুনা শৈরিস্ুম্না ভাইহুনা।।
মোইরাং চাওবা নোংথোম্না নোংয়াই মমাক য়েংহুনা—
"হাই! করিনো মাক্লোরেল! খম্বা করি কিবগে।
কনা লৈতে খন্দুনা চিংনরবোইনা নংদে!
মপু সনা চোরোস্বা পাও তম্বদা, নোংয়াই!
নপা লৈরি উদরা, করি তৌগদগেদি
খন্দুনা নপা থোংলেন লাক্তবনি অসিদা,
কৌদবনি ইকুনা! করিগী কৈ তাম্বোকউই!
নংবু নতাও নোংবায়া, পন্নুংদগী অসিদা
পুরকই হায়রি ফাহুনা! হায়ু হায়ু তাসি,
চুম্বরনে?" হংলকই। লৈপাক মমাং অসিদা।
মোইরাং নিংথৌ মপুস্ু থুমন মরা অহুদি,
ইথোলাংবা চেক্লাগুম ভাইবিরমই মতমসি।
লৈপাক তিনূব মথৈস্ু অরাম্-চাক-ভাইবগুমই।।
মপু সনা য়াখংস্ু "হায়ু খম্বা চুম্বরা?"
হংবিরকই। খম্বনা—"ননাই ঐবু ইথক্তা

য়াকৎপগুম ইতাওনা লাওরি সনা চোরোন্দা।
লৈপাক প্রজা ভিনবদা য়াংগোন নিংথৌ কম্বদি,
লৈপাক গুম্বা অগুম্বা অসুক য়াম্বা মাংসিদা।
খ্বাইবু কিজবদগী হংবিরকত্রি হায়রুনা
হংগৎচত্রি ননাই ঐ।" হায়না খুমই, নিংথিজৈ॥
"কজৈ কজৈ" হায়রুনা লৈপাক য়ারা লাওথরে।
খগৈ থোগল-লোন-সিদা ময়াম পুম্পেন পেম্নরে।
অঙোম্ মথৈনা লাওই—"করি কজরুগনি,
তাম্বোকলমগনি কৈসি" হায়। চাওবনা—"হাই করি!
অঙোম মচা শিগেরা, করি নসিল্-লৈরুনা!
নথোইভরা অঙোম-বো ঐদি অঙোম নৎতরা!
য়াগী য়াগী মহায়নৌ ইচা-মীচা করি-নাই।"
লাওই; অঙোম নিংথৌনা—"করি য়ানো! হায়দনা!
তৌবৈ ভোই হায়বনি, তৌদনবু হায়গত্রা!—
করম থংই অহুদে? খম্ব' কৈ তাম্বোকপসি
অঙোম নিংথৌ উবরা, পম্মুং চংবা য়াওরুত্রা?"
হায়না খুমই চাওবনা। মীচং ইথাই থাইদানা,
মীচং অনি লেপ্তুনা থংনৈ অস্নুম লাওনরে॥
মপু সনা য়াথংদি—"ভাবোক থংনবিগন্নু।
ইচা মীচা নাইনবা য়াবা বিচার নত্তে।
শাগী লানগী মকমনি।" সুম্না হায়না থামজিল্লি॥
লৈপাক মীয়াম ওইবগী কারকপদি অমোংপা,
য়াগী মক্কোন অহবু মপু সনা য়াথংনা

মালং নোংবৈ ওইছুনা হুমদোয়কই। লৈমরে
ময়াম তুমিন্-তুমিন্না। মপু সনা য়াথংদি—
"ঐনি 'পংবা হায়বব, অমৈ মরা তাদরি,
অমগীদা মতারি—অয়ুম-থম্বা নহাক্তি,
অখোবগী মচানি চুম্বা হায়ু। চুম্বরা?"
হায়না হুণ্ডেঙ থম্বদা। থম্বা ফুক-হেক হৌগৎলি,
মপু সনা য়াংছুদা তকুপ তয়াং তৌছুনা,
লম অম হেক চংসিল্লি, থগাই অমা হুন্দোকই।
খুক খুদেক কুনজরে, মখুৎ অনি লোয়রে।—
"সনা চোয়োন কিবদৈ, পাকহেক ননাই ঐহাকপু,
ননাই লমজা ওইবগা, খোগল লোন্দা কায়গত্রা
থগ্রবদৈ ননাই ঐ হংগৎনিংবা হংগৎপা
ওন্মুজরে ইনিংখৌ। মপু সনা য়াথংবু,
লমজা কোক্তা খোংছুনা ননাই হংগচ্চগনি।"
স্থম্মা খুমই থম্বনা॥ লৈপাক তিমবা অপুম্বা
মপু সনা পুক্লিংস্থু—ওল্লাং থাগী হকচাংদা
লৈরাং মনম পুরবা চন্দোন-লাইজ খিকপগুম,
ইংবৈ লোইনা পেয়খ্রে। থাগৎনরে লমজাবু—
"মজদরা য়েংউ হাই! ফীদম ওইনা থমজিজৌ,
লায়বস্থু চোপ্তবা য়াডাং পাওদম্ অসিবু।
লায়বস্থু হৌনদে স্থম্বা নিপা অসিনা।"
অস্থুম হায়না য়ায়কনৈ। নিংথিজরে থম্বদো॥
স্থম্মা খিংতা ডাংনবা লিদা লৈপাক ওইবনা

অত্থক চাওবা থোইরেম্ভাকতো নিংরে ওরং লাওবা ॥
লৈপাক ভাইহাক্তা' হায়না—হুম্ভ খামই নিংথৌনা।
খম্বনা—"ননাই নোংবান ইতাওনা কৈ থেংনরে।
সনা য়াথং চেন্নিজন্নু তাকপিরকপা য়াথংসি,
ননাই খম্বা তাক্লে। অতৃদগী ছিদাক ওাস্থক
অমা অনি লৈরগা ইতাওগী নাক্ত থুংজে।
ইতাও খুংলাই থারম্মে। লৈরম্মে, তা য়ুংহুনা
কৈগী নাক্তা লৈপাক্তা। ঐগী ইশক উবদা,
চোংখ্রে কৈস্রি। মাংবা তারে হায়হুনা ননাই ঐ
চেন্সিন্নুনা, ইতাওগী নাশৈ পায়না চিংথোকই।
চোংসিল্লকপদি কৈনা, ননাই ঐগী তাদোন্দা
লোংনা লৈরম্বা তানা থিংলে কৈগী মশাদা।
মতোমদা চোংখ্রে কৈ-সি। পাম্বা মদোম খিল্লবা
মখিস্নি, স্নুমা তৌনে। অতুগা ঐবু নোংবান
ইতাওনা চৈরে, থিনা পিবন্-পাবন্দুনদি।
ননাই মুংঙাইত্রহুনা তাথোক্লা য়ৈথবদা
ওাকথোকই। মতুংহুদা 'নং শাওরবোইরে, ঐদি
চুমা ফাগি তৌবনি' হায়বি ননাই ঐঙোন্দা।
ইপা ইমা পনখিবা সিগী মুংঙাইত্রনা,
সনা নোংদম অমতং ননাই পামজরহুনা
ইতাও খুজেং পায়হুনা পুজরকপনি ঐনা।"
হায়রে সনা চোরোন্দা ॥ তারে য়াসি লৈপাক্লা,
য়াকম অসি তাবদা থাজৈ লৈপাক পুম্বনা ॥

নিংথৌনা--"নোংবান।-- অজ্ঞা।-- কৈনো হায়রিবসিদে।—
নত্তাও থম্বা অসিবু কারকইবরা নংনা,
মানা কারকইবরা?— হৌজিকতদি ইনিংথৌ।
মানা মানা থোকপদা পংহায় হায়নরবনি।—
তমুম থম্বা কম্‌দৌই?—অজ্ঞা ননাই ঐগিদি
হংগংচরিবসিনি, সনা নোংদম মঙাইরে।
অচুম্বম্ন ওইবিনি ননাই নোংবান ইত্তাওনা।
থম্বা লমজা মচানি; খুৎ-ফবগি চুমগত্রা,
অসি মঙাই নোংবান্না। পাম্ব-মাবু ফুথবে,
হায়রি ইত্তাও ননাইনা, শোল্লম্মনি কৈ অসি,
ফাহনবিরো ইত্তাওবু। নজাই-ইবেম্মগীদি
বিচারগী বিচার লোইনি লোইরোই হায়বদি
সনা নোংদম মঙাইরে, হংগংচবা ওমদরে।
তোল্লবদি লমজানি য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু
লাল্লবস্থ কনবিয়ু।— মাত্থ নত্তে ইবুংঙো।"
শুম্না তাকপি লমজাদা মরক সিদা যুব্রাজ
সনা চোবোন য়েংহুনা—"চুমই ননাই থম্বনা
হংগংলিবা রাফমসি। থাজম্দুনা নোংবানবু
ফাহল্লসি কৈ অসি; তুগা ইমোম থোইবীবু
পিথ্রগনি নোংবান্দা।" নিংঙাইদানা হায়রকই।
রাকম অসি তাবদা নিংথৌ সনা মায়থোংদো
ওলাং থাগী অয়ুকী কোয়ৌ মায়থোংনদৌওম
ঙাংখ্রে; মনাও য়েংহুনা—"শানৌ তোনবু। করয়া।

থোকহল্লিবা অপুম্বা, ইনাওনা ডাক্তনিদো।
অমুক্তদি খম্বথো, য়া ঙাংখিম্ব ইনাওদি ॥
ইয়াম্বা নিংথৌ ওইরি।" হায়না মোইরাং নিংথৌনা,
থোংনা য়াকপা য়াঙাংনা যুব্রাজবু য়ৈথংলে ॥
তুম্নিল-লৈখি যুব্রাজ। "লৈপাক ঙম্বা অপুম্বা
খম্বা নোংবান অনিগী ভৌবিয়্ব বিচারসে।"
স্মুম হায়না লাওরকই। অতৈ 'ঙম্বা ময়ায়া—
"ননাই ঐথোই খংদরে, উক্কবদি য়াওদবা,
মনিং ভম্বা অনিগী য়াহৈ য়াকম সিনদি
মহৈ মহৈ পংহায়দা হায়নরবা অসিদা"
স্মুম্মা লাওই ময়ামদো ॥ মপু পুক্লিং য়ায়ৌই
য়াকম পাওখুম অসিদা—"লাইবক খিবা হায়হুনি
লৈপাক পুব অঙম্বা, নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না
বিচার ভৌবা ঙমদবা অরেম্বদা লৈরবা।"
হায়রে, সনা মায়থোংদো চাওব-রোমদা থাঙক্কই—
"ইপু নোংথোন কৈদৌরি! ভৌবিয়্ব বিচারসে!—
(নোংথোম্বনা) ইনিংথৌ! ননাই চাওবা তাজরি,
থংই ভৌবা ঙমগনি বিচারসি ঙসিগী।
অশ্বুম্নদি ওইববু—অমরোমদা ইম্নাকনি।
অমরোম্না ইচানি ননাই ঐদি অডোমনি।
শাগী লানগী মরম্নি। মীচং মীথাই লৈত্রবা
থাংনা তুবং ককপগুম চুম্না য়ায়েল শম্মবা;
ননাই মস্ত্রি ইতাওবু—সনা য়াথং ভৌবিয়্ব।"

লাওরে সনা চোরোম্বা ;   চাওবা লৈপাক তাহল্লি ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা—“ইপু মন্ত্রি !— ইনিংথৌ।—
লাকপিয়ুনা করিনো বিচারসি তৌবিয়ো।—
অজ্ঞা, বিচার অসি মতা কয়া চাদবা
বিচার ওইনা তৌই, তানিংদনা তৌবনি,
অরানবা ’মা ভসিদি লৈরম্মুদো ককথৎকে ॥”
ছায়না থোংলেন চংলকই।   নোংবান মুংশা থিথরে।
অত্থমকপু নোংবান্দো মশক ওন্দে, অরানবা
মান্দে করি অমত্তা ;   মীনথগী মহৌশা
ওইরকলবা মীশক্কি।   নিংভাইদানা লৈথোকই ॥
অমুক হয়া থোংলেয়া থম্বা নোংবান অনিগী
মক্ক হংলে তাথোক্লে।   থোংলেন মানা—“লৈপাক্তি ?
ইনিংথৌনা করথা ?”—হংই সুম্না ময়ামদা।
লৈপাকা নিংথৌগনা—“এথোইগীদি ছাৱথরে,
নংগী রাদা মভাইরে।— ছুদি এনা তৌরগা
লোইরনিকো বিচার-সে ?— মানি মালি মাহুনি।
অত্থমকপু তাথিসি।—অনি লিগী সাথীদি ?—
ইপু মন্ত্রি করিনো! সাথী লৈত্তে, লিনবু
রানরিবনি ইপু—নত্রবদি করিগী।—
থংই পংলিয়রনি, ইচা মুংশিলবদে,
থোইবী পিনিংঙবগা—তৌরিবনি চক্রিলসি।
করি সাথী লৈতনি।   মোইরাং ছায়বা অসিদা
মাগী কনা লৈজদে ইপা ইচাদনিদো।”

ম্বুয়া ঙাংথোকই থোংলেন ॥ মোইরাং নিংথৌনা--"ছিঃ ছিঃ।
করি ঙানোদা ইপু" হায় ।। চাওবনা—"ইতাওবু।
লাইজ-কংকাল অনিদা নাথৈরবা জীবনি।
নাওসেক্লুবনি ঐসে।" ম্বুয়া পংলাও লাওনরে ।।
থোংলেন্না—"কৈদগীনো, ওসি কাদবা য়াদে
পাম্ব অসি লৈপাক্তা বাকোই য়োমদা পুথোক্লে,
বিচারসি লোইররোই—সাথী লৈরি হংবিয়ু
বিচারসি য়ানিংঙে।" হায়না লাওই থাক্তানা।।
সাথী লৈরি হায়বসি তাবদা মৌয়াম্-পুম্বা,
পুমুওক ওইনা ঙক্লরে। নিংথৌনা—"ইপু মন্ত্রি
কদায়নো ?—ইনিংথৌবু। হংজরবদি কৈদগী
থুম্‌গদগে সাথীদো।— হংঙো ছুদি।— হংগনি।"
হান্দক বিচারসিগী সাথী তানিংবদগী
অহুক চাওবা লৈপাক্তো, পেকমক্ত লাওথিদরে।
তুমিন তারকই—। নিংথৌনা "ইপু মন্ত্রি
তারসি হংবিরো ইপুনা।" থোংলেন্না— "নোংবান।—
ইমান্ ইবুংঙো।— কৈ-সি, মঙারক ফুরে ছুগা,
অহুমলক্ থিন্‌থিবনি ?— য়ানি ইমান ইবুংঙো।—
ইনিংথৌবু তাবিয়ু। লৈপাক পুম্বা তাবিয়ু।
নোংবান মাগী তা-সিনা মাগী সাথী ওইগনি,
থম্বগীনু মাহুনি। লৈপাক নিংথৌ পুম্বনা,
মশা মশাই শাথীবু করি য়েংবিরমদবা।
বিচার-রা অহুবো।— ইপু মন্ত্রি করয়া ?

নোংবানগী তানা থিজি হায়রি কৈদা। খম্বম্ম
কৈদা মাগী তাদোন্দা, কৈনা মদোম্ থিজরে,
হায়নরিদো অনিমক। তুগা অমুক খম্বনা—
নোংবান মাগী তাদি মুংলম্মি হায়রি লৈপাক্তা।
খম্বনা নোংবানগী 'মুক মকোক্তা ফুদৈ, ওাকই,
হায়রি অসি নৎতরা ?— মানি।— তুদি হংবিরো
মখোই 'নিগী তা-সিদা, কৈবু থিনবা নিপাগী
তাদোন-তুদা শোইদানা কৈগী ঈদি পকনি।"
হায়না থোংলেন লাওরকই॥ থোংলেন মরা ভাবদা
লৈপাক পুম্বা হরাওই। থাগৎনরে খ্বাইহুনা॥
অওম্বা নিংথৌ প্রজা পেমৈ অতা মখৈদো॥
মপু সনা য়াথংনা—"য়েংউ। অঙোম চংশিল্লু.—
ননাই ঐখোই হায়জদে, লৈপাক্লা য়েংবিবম্মু
অহু মভাই।— য়েংউ য়েংউ কৈরোই জাম্বা নং য়াও।"
তাকপিহুনা নিংথৌনা অঙোম মানা য়েংবদা,
খুমন মাগী তাদোন্দা কৈ মতু-হু পল্লম্মে।
ঈশ্ন পকই। নোংবানগী য়েংউবদা
লৈপাক পকুই। অম্সুম্না মথং-মথং চংহুনা
দোলাই পাবা, নিংথৌ সেনবা, অঙম অথৌ য়েংই।
চুম্মে। লৈপাক নিনৃথরে। "অসাই কেরেক হায়বগা
নোংথাংগুম্না লংথিবা—অহু কৈনো ?" অমুক্তা
হংনরকই। নোংবান্না—ইভাওদা হংবিয়ু ঐ
থংজহোত্রে।— খুমনবু। করিনো ভোমপোক হায়ু।—

ননাই ঐনা হায়জবা—ননাই ঐনা ফুথবা
তাদা, ইতাওগী তা-না ভাক্পা' চৌবা মখোম্নি।
মতা অসিনা থেংনবা দুদা। মৈরিক হৌবনি।—
মানি চুম্মি চুম্মি হো।" অমুম হায়না চুম্নরে॥
খোংলেম্না- "লৈপাক তিনবা। বিচারসি তৌবিরো,
ইচা' লাম্লে ইচাম্ভু, মীচানা লাম্লে মীচা,
পম্নুং চংবা য়াদরে, বিচারসি তাবিরো।"
লাওরে। লৈপাক মীয়াম্না—"নোংবাল লাম্লে" হায়নরে।
"বিচার লোইরে 'তুদি নুহোংনবা তৌরসি।
কৈ কাবসি তোক্লসি, পন-য়ানথাইরসি"— হায়রে।
খোংলেম'। কনা 'মত্তা ভমদরে য়াকম সিদা
য়াম্লুবা। ভুমিন ভুমিন মরু ইরুক শুরুরে॥
থনুকম্ কাওবা থোক্লা মোইরাং নিংথৌ য়ারক্লে॥
মতম সিদা নোংবাম্না—"লৈপাক তিনবা অপুম্বা।
মপু চোরোন তাবিসি। ননাই নোংবান কৌবনা
লানবা নত্তে — ওসি 'সি।- কনামো নোংবান-ও"
হায়বি হংবি নিংথৌনা। "করি হায়না অপাম্বা?- -
থাংজিং লাইনা লানবনি। ঐগী থবাই কনবিবা
মরম ইচুম্-চুম্ববু থাংজিং মানা ঐভোম্দা
তোংবিদুনা হানংথৌ। ফৈরেং ভুরেং হায়থরে।
মীনম্মুরে ননাই ঐ। পম্নুং সিবু 'মুক্তদি
চংজখিগে ননাই 'খোই।"—য়ারম অসি তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা য়াম্নু মথা তায়জদে,—

"নংদি অতো" হায়হুনা হুন্দোক্লমই নোংবানবু ।
লৈসিনখরে থোংলেন্দা—"ইপু খোংলেন মন্ত্রিবু ?—
অজ্ঞা !—কৈ অসি ইপু, ভাওরে মহাও খঙেংদো ।
ভাওবা হেল্লে অসিনা চিংয়া তময়া অসিদা
মীতাবদি য়ায়রোই । সিম্ন খোক্ল-খোক্লবা—
লাইরহুনা,—অঙম্বা ! নং ঐমক চংলবদা,
পাম্ব-অসি ফাদনা করম্নস্ন তোকসিগে ।
নিংথৌ ইমায়বনা নোক্লগনি অঙম্বা ।—
য়ায়া চুমই ইনিংথৌ ।— লৈপাক প্রজা অপূম্বা ।
হেনখিবা য়াদে কৈসে ।" হায়না থোংলেন লাওখরে ।
থোংলেন মরা তাবদা সেন্নখরে পন্‌শিংসি ।।
থোংলেন্না "অতোন্‌-নোংবান ! পন্নুং চংভো"।—হায়রক্লে ।
মোইরাং নিংথৌনা— "ইপু করি রানো ঙক্লেনা,
ঐ রা অমা হায়জগে—ইপু রাথন তৌবিয়ু ।
অনি থাজিনবিবনা ফংলোইদরনে ইপু ?—
মাহ্ন অকবা রানি,—ননাই নোংবান অসিগী
মতৌ সিগা কদায়নো । খর তৌরে মাইবীনি—
সনা বৃদ্ধি তৌবিয়ু থৎনহুনা তোক্লনি ।
পাম্বা মাদি ফাদনা শিনহুনা পন্নুংদা ।
কিরে ননাই ঐসিনা—মতোম মতোম থাজিনগে ।
ইচাবু হায়া পন্নুং চংহনজগে হায়জদে ।
নোংবায়া ফাম্রে ফরে ; কোর চংগে হায়বরা ?
নোংবান নংনা পাম্বস্ন হায়, ইকু রাজগে ।—

ননাই ঐ হান্না চংগে, ইমান্নসু হায়বিরি।—
ছুদি অতো নংদি মাইবীনিনা থংইগনি।
কনা ফানি কৈ সিদে?—কৈদি ঐনা ফাগনি,
দুনা হান্ন চংজগে হায়জরিবা অসিনি।—
ফরে করে অছুদি ফাগদবা নিপানা
ফারুরগা ছু-মণ্ডাই : ফারোইদবা মানদি
করি খোইনা কান্নদে।" হান্নরে খোংলেন য়াথরে।
খোংলেন-নোংবান ঙাংনবা থাকম অসি তারগা,
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"শাগ্রেম-লাংগ্রেম,—কোংয়ানবা
তৌমু তৌমু হৌনদে—ইপু মন্ত্রি লৌবিন্ন
নোংবান মাগী মন্নাসে। মতেং লৌনজসমু
থাজিনবিন্নু অনিমক?—সনা য়াথংনা লোইরে,
ননাই করি হংগংতে। ননাই ঐগী ইচাসে,
পাংদে মপা মান্সেনে।— মাসিতবু য়ৈরগা,
লোইরেদা, থর তৌরে থংনরে চৈনরেদা।"
হায়রম্নগা মপুগী মাং'ছু মজুদা খোংলেন,
চিংশা নাপোম্-নদৌনা তাজরিবা থম্ববু,
হমুরবা মহাক্না "য়ৈনি মাসি" হায়ছুনা
খোংলেন খোংফাপ কান্নকই। খোংলেন মাগী থম্মোইদি—
থম্বা পোকপা মরুপ্নোই পুরেংদি মতাওবু
খোংলেন কৌরি, কন্নকই।—"ইতাও 'বুংঙো নচাসে,
উকু খোকুম্ খোকহৌরে, লকা হুগুম হুহৌরে।
মখুংতা লমু পান্নরে, খোইরেন তাকতা লেপ্পসে,

অছৌবা নহারা পাম্বা মঙা কাবদো
মূর্তি অদো পুরেম্বা ওসি উরে অমুক্কা।"
হায়া থয়া, চৈহুনা খম্বা ফুনি হায়সিল্লৈ,
খোংলেন চৎসিন্নরকপসি, উরে মোইরাং চাওবনা।।
নোংখোন চোংসিনখিহুনা খোংলেন মাবু কাখরে।
খুমন মাদি লৈপাক্তা থুরুথুদক কুম্দুনা
অহুক চাওবা মশাদো খুবি মুক্তা চাওথরে।
মপা খোংলেন কিবনা, থাংই লৈপাক মাংহুদা।।
খোলেন্ন চাওবা ন্নেংই—"করি নশিন্ লৈবগে।
ইচা ন্নৈজগে তৌরগা" হায়হুনা খোংলেন্দো,
মন্নিং তুদি মপীনা মতুম মতুম তাবকই।
থম্বা রোমদা ওনৃসিল্লে। চৈত্রে—"পারি ইবুংঙো।
শাদা জান্দা চংবসি—অরুবনি, অহুবু
ইপা নংবু চৈরুরে। হুন্দক চংবা অসিদি,
কীগৈ অমা খঙেওাকো, ইচানা চংবা সিদা
য়োংচিন্ সৌজিন্না নংবু মুকা থোক্লবদিনে,
ইপা নিংওম-মোইদোরে।" হায়না মচা কোন্দুনা
চেক্লা মপী মচানা তৌবগুম্না চিঙ্গেংলৈ।
খোংলেন মানা শায়রিবা পানা ইল্লে থম্বদা।।
মতম সিল্লোরকপদা লৈপাক মীয়াম শাওনরে।
"চাদ-থক্তা ঐখোইনা অম্ভুক হানা খাওগা,
অওোম মচা অসিনা চক্রি তৌহ্" হায়হুনা
নোংবায়ন মাবু চৈনবা ঙাংনরকপা অমিনা,

ওরং লাওখ্রে লৈপাক্লা। য়াসি চাওবা তাথরে।
মথুং অমি লোয়রে - লৈপাক মীয়াম য়েং-হুন্না—
সুক্লা মংবা নোংলৈক্তে কোয়ৌ নোংনা থোংবগুম—
"লৈপাক য়ারৌবিগন্থু অহিং লিক্লা থাওগক্রে,
য়াবগীদি য়ানরে, তপথবিথো অমুক্তা।"
চাওবা মানা লাওরকই। লৈপাক শুম্না' ইংনরে॥
'থম্বা নোংবান অনিমক চংমিন্নবনা কনি,'
হায়বা সনা য়াথংদা য়ানহুনা অনিমক্
মপু চোরোন থুরম্মে, পাবোং শনগী মওংনি;
তায়-হিগুম মায়বা, থম্বা-নোংবান চংথরে॥

# অকোনবা পম্নুং চংবা

ছইরোই লম্বোং য়াওদরে। 'কোনবা চংলক-পসিদি—
নাপন্‌গদি লোইননা, নোংবান খোংকাপ পন্দরে—
কৈনা অসাই লৈহৌবা মকম অদু য়োনবা
প্রেপ-প্রেপ অদুম খিরক্লে, মমায় নোংচুপ পাংদুনা।।
থম্বা নোংপোক পাংলকই; অস্নুম লৈথরক্লুনা
অরাং, অরাংদৈ কৌক্ক, কৌক্ক নোংচুপ ময়কতি—
নোংয়াই লমজা য়োরক্লে। কৈ অসি হায়গীদা
লৈরমদরে থৈরম্মে কৌক্ক ওইরপ নোংচুপসু
নত্তে চৈরক অসিদা, সদু য়াংগেন হৌরবা
য়াংদোও 'মদা কমদুনা, নোংবান মাবু ওাইদনা
পাম্ব সুন্না লৈরম্মি।। নোংবান, পাম্বা উত্রিদৈঙ
খেংননিংবা ইখৌরাং—"পাম্বা কৈদা লৈবগে?
চোংথোরকউ লোংকদু। অসাইদবু, ঐসিনা
নংগী লৌশিং থংউদে। হন্দক্তি কৈদৈ য়ানি।
থোরকউ পাম্বা নংদি কৈরেন কৈদৌরিবগে।"
হায়না নোংবান কৌরকই। কৈদুনা ওারে—"নোংবান!
নাপন্ চাওইদা নংদে। ঐদি সিদা লৈরে-হাই।"
হায়না পাম্বা লাংনা-খোম, কৈরেন মমৈ অদুনা,
মখুৎ থুমাং অদুগা মালেম থক্তা য়েরকই,—
'দম্-দম্ দুপ দুপ স্বাই-স্বাই স্বাই' থংহন্নকই নোংবান্দা।।

নোংবান—"লৈরে" হায়দুনা হুইদেম লংবগুম চংখ্রে,
অনি মশক উনরে। কৈনা "নোংবান! চেকসিল্লু!
নংগী নশক অদুবু ঐনা অসাই উবদি,
কয়া হৈজিং ফাকাংতে; মপুং কারে হান্দক্তি।"
হায়না গুগই পাম্বদো। "পাপী অরাংবা গুসি,
থাংউ ইভিক থংগনি, নোংবান ইথুবাক্তগী
লিংথিবরা য়েংসিদো" হায়না নোংবান মায়োক্কে
থোংথোং শানা লেপথরে। অনি শংত্রিক য়েংনরে।
কৈরেন মানা শাওথিবা চাংদমনিংঙাই লৈথিদে।
ওরং ওরং ওওওকপা লোকমায় অহু নিরুকই;
পাম্ব-কৈথোন্ থোক্লক্লে। নোংবান মানা—"অঙোম
শাগৈগিদি লক্তগী উমি ভোন্দা হুন্গুম্বা,
নোংবান্দে" হায়না লাওরে। কৈনা গুংবা, নোংবান্না
লাওবা সগাই পমপাক তায়। "কনানো" হায়না হংনৈ,
নিংথৌ যুবরাজ অনি। অনিসিগী সগাইনা—
নোংপোক, অতৈ অঙম-বৈ মথং মথং লৈথরে॥
চাওবা-থোংলেন মৈরমদা। অঙোম মাগী চিংথেম্বা।
স্বুম্বা সগাই পমপাক্লি॥ কৈরোই-পম্বান্-কৈরুম্বা,
তাজিন্-পংথোং-লৌবু-শা সগাই পুম্বা শেম্নরে॥
"কৈথেংনরে কনানো?—নোংবাম্নি,—নত্তে—হুদি
থম্বা ওইবা তারেদো। মায়কৈ অসোমদনিনা,—
নত্তে সোম্দনি,— মানি, কৈদৈ সোমদনি" স্বুম্না
লৈপাক লাংথরে নিঙ্গে। লৈপাক নিংথৌ অনিনা—

"খুমন অঙাং ইথুংঙো। অঙোম নোংবান অপাম্বা।
লাইরেকয়, চেকসিল্লু, পুক্লিং ইংখৌ হাগন্নু।"
লাওনরক্লে। লৈপাক্না নিম্নরকপা খোম্ফম-সি
চিংখোঙগী ওময়া কাও, লমদম্ তুনা শিংলকপা
লোক্তাক তাম্না হন্নকপা, মালংবনা
পুন্নপ পুন্না পুরক্লে। লৈপাক মীয়াম নিন্নকপা,
খোম্ফম অসি ওশেংনা খম্বু-থোইবী-সেম্মুনা
পুমক্তা ওইনা তাথরে।। থোইবীনা "তারবরা,
ইনম্মা?—ইবেম্মা তায়।—ইনম্মা কম্দোগনি?—
করি গত্তি ভৌরুনি, লাইহুম নিংউ ইবেম্মা।"
হায়নজরে অহুমদো। মুন্না লৈথাং মেৎতুনা
চিম্বান মোইগাই অনিনা, 'মুবা খেঙুম লাংসিন্না,
নিঙোন চুবা ঙাইথিং-থক্, শাইনোন্ ইতাই-থাহুদা,
হম্মাং লৈরিক্কি কানা, থম্বাল-লকা মান্নবী,
মিং অহুদা নোংয়াই মম্নুংলাংগী মঙ্গাইবেম্মা,
পিদি-মতুম মতুম-বু সিন্থরক্লে য়ারক্লে।।
নুঙ্গা ওইবী পাংগন্দি কপচবদা মঙাক্টবা
কপ কপা থুরম্মে চিংউ লাইথোং শুনবু।।
লাইনিং পরৈ চেৎতুনা মুন্না অহুম লৈরকই।।
থোংলেন-চাওবা—কৈরোইজাম্বা অহুম শসিমম্নু
সগাক্ট থক্তা লাইনিংখ্রে। থোংলেন মক্ষিৎ উইসিনখ্রে।
সাগী লানগী মবেম্ম তুর্গা—চোরোন কোনথরে।।
লৈপাক্না নিম্নরকপা ইনিন অসি তারকই

নোংবান মনা সেগাইগদৌবগুম, মুংশাথিরে।—
"অসাইস্সু অস্সুমদৌনা লৈপাক নিস্নরগা হেক,
লমজা পাপী থগদো, ইরেন চংবিরক্তনা
ইচাই চাইনৈ কান্নদে। মানা চংঙকত্রিভৈদা
কাহৌরগে কৈ অসি" স্সুম্না লেপই নোংবান্না।
থিন্দে নোংবান কোংয়ানবা—"নহাদ" হায়রস্নগা
পান্বা মায়কৈ পাংনদি তারোন তা-হু হুনজিনখ্রে।
পাম্ব-খুংনা শোইরগা কৈরেন য়ানা হৈরবা
নোংথাংগুম্বা মথুংনা পাইসিল্লকপা তা-হুগী,
তাজিল অহু মথুংনা তাপ-মৈথৈ, থিন্দে তন্না
তা-'হুনা মালেম থক্কা তাত্রিভৈদা তন্না-'মুক,
তল্-ওক্ ওকই মথুংনা। "পাম্ব-ইগুণ থংহনগে"
থল্লহুনা, কৈহুনা খেরে হুগা লোইননা,
তা-হু কৈরেন ময়ানা উমই পুমচিক চিকথাইরে,
উফুন শারে ইতোই-তোই, তাগী মকুপ অপুম্বা
কৈগী ময়া হুদগী নোংবান লোমদা কামশিল্লে।
নোংবান্না "অচ্চ'-চা কৈ। হৈশিংখ্রেদা মাসিদে,
ঐতোন্দবু কাম্শিল্লি অসাইস্সু-স্সুম্ মতোই।
তোজো তোজো থাংউদো, য়োংচম ওইনা তোবনি।
হান্দক্কী তা অসিদি,—হুনখ্রবদা তা-সিনা
জীব অমা থিন্দনা তোকতরবা তা-নিদো,
সৈত'সাখী ওইসম্নু, থাংউ থাংউ থংগনি।"
হায়না নোংবান চরৈবু তাখংলক্লে সেমথরে।

নোংবান মখোং থিল্লক্লে। কন্দ' নত্তে নোংবান্-দো
মখোং নাম্ম থিনবদা খোইরেন-তাক্তো নিকখরে॥
সগাই .তাংবা মীয়াম্মা 'মুহারাইনা' হায়নখি।
তাগী তাজিন্ অহুদা বিষ্ণু মন্ত্র শোল্দুনা
'জয় বিষ্ণু' হায়হুনা লংসিল্লক্লে হাকথং-তা॥
পাম্ব মাদি চম্বরা, কৈরেন চমদে লাইগুমহ।
কৈ নিঙোন্না পোকপদি নত্তে হান্দক্কী কৈসে।
শক্তিনা ওন্‌বা কৈনি, ইকোপ-পুংগী কাওহুগী
মথন্নাইনা ওন্‌বনি, .খায়ুম মাগী বোরনা॥
খোয়ুম থাংজিং লাইহুদা নিথি কাওরেন মহাক্না—
"খোয়ুম থাংজিং .মহাক্না কাওরেন ঐবু চাগেম্নু
হায়দবদা, নোংবান্না মাহবী চংলে মীনম্মে।
ইকোপ-পুংদৈ ফারক্লে, চংনা সরেন তুবিরে,
হচা কাদা য়েৎপগা, ইচাই লমন শিংজগে।
লীলা লংদিং লোইসিকো॥ থব্রাই মরি অমনা
লাইরৈপাক্তা চৎলগে, কৈ ওহগে থব্রাই অমা,
খোহরেন তাক্তা নৈরুগে শুম্না ব্রাবেপ থিহুনা
ঙাংব-নিংথি পাম্বোবা লাহ-ওচবা শন মহাক্না
ওম্বরকপা পাম্বনি। নোংবান মাগী কাদাদু
মনিং তৌবা ঙম্নবা খোইরেন তাকী পাম্বনি॥
নোংবান মানা খংবদৈ কৈনা হেন্না থংজল্লি।
বিষ্ণু মন্ত্র শোল্লকপা নোংবান মাগী তা-অদো
পাম্ব ওক্কে নিংলক্লে। পাম্ব মবুক্লিং হুদা

বিষ্ণু চোরোন খুরম্‌থি। নোংবান ম্যাপী তা-অদু
পাম্ব মাবু ভমদুনা নোংথাংগুম্না পাইরকই।
পাম্বা ময়া কাথোকই—ভৌসিন্নরে কৈদুনা।
নোংবান মবুক অদুদা ময়া মক্তা খিনখরে,
সুম্না নিংই। কৈদুনা পাম্ব চিন্দোন ম্নোদৌবা,
শম্ফে অম লৈরিভে কৈগী মখুৎ অদুনা
ফারে নোংবানগী তাদো। নোংবান মানা উবদা
পুম্ভক্‌ ঙকই—"হিঃ কৈনো! কেসিদে! হৈদা হৈদা!
হে কৈ! করি কৈনো তরাং-কৈ, কৈরৌ হৈনবু
পোকপরা, কৈ নহাকপো!" সুম্না নোংবান ভাওঙকই॥
কৈনা "উম" হায়না ঙংদুনা "নোংবান ভোজোন ভৌরো!
নিংগদবা নিংজরো" হায়খি। মাদু নোংবানগী
আত্ম মক্তা পান্নুরে। নোংবান মবুক ঙনখরে—
"নোংবান হায়বা ঐসিবু পাম্ব-নখুবাক-সিদা
মাভেডা মতম-খরবোই! হে কৈ নংস্মু ক্ষেত্রি-নি,
নোংবান ঐস্মু ক্ষাত্রনি, ঐদি খুৎলাই থারেদো।
পাম্ব-নখুবাক্তগী মুনবা ভস্মে খুৎলাইদো,
কৈরেন নংবু ফারেদো, নৎত্রবদি ঐগীদি
খুৎলাই লৈতবা তারে। মাসিদা নংনা ঐবু
মায়থিবা পিরবদি শাদু-কনা তুদুনা
চাওকো। নংবু ঐনদি ভম্বা থোক্লবা ভসি—
থোংপাক্তা খুত্তুমগদনা নৈত্তুনা চাৎকেকো।"
হায়না নোংবান লেপখরে। কৈনা—"নোংবান-নংমক্তি

খংদবা নিপা মক্তি খোক্তবোইরে" খল্লকই।
তাখোক্তা খেরেংদি তাইনবা হুদা কৈনা,
পায়রে মথুং অনিনা ; কৈদো ফীবম চেংথরে ।।
কিব-লৈতে নোংবানদো ওক্লেন তোমচং শাণ্ডমই।
চোংসিন্দুনা নোংবান্না তাখোক লোমদা পায়থরে ।।
পাংগন্ লোইনা থানরে,—কৈগা নোংবানগা অনি,
চিংনরক্লে তা-অদো। পাংগম কনবা অনিনা
চিংনরকপা অহুদা তংফদবৈ তাখোক-তো
তংতবদা মতাই-রে। অমরোম-স্থ চংতরে,
অমরোমস্থ চংতরে য়োংকী য়ুগী অমদা
ভাকপগুম্না লেপথরে অনি হুগী ময়াইদা।
চমদরবা তাখোক-তো মত্তাং অহু চংলকই,
হায়বা য়ানা অনিনা মুন্নরক্লে তা অদো ।।
"তা-সি কংদরবদি শিবা তারে নোংবান-ঐ,—
তা-সি মুনথরবদি শিবা তারে পাম্বা ঐ"
অসি খন্ন অনিনা তাবু মুন্নরকপদি,
তা-মুন্নবা নংথিব্রে, পাম্মুনরবা থন্নাই,
মুন্নরক্লে অনিনা ।। মতা অমা ওইরক্লে।
থাগা য়াংগা অনিদা চিংনরক্লে তা-অসে।
চিংমায় অহু নিল্লকই। অনি হুগী মখোংনা
খুযম খিনরহুনা নেংনরকপা কাওরকপা,
চিংগী নাপোম লৈপাকতো নিংথাইরকই ফোং-ফোংনা ।।
"খেংনপ্রে নম্নরিব্রা করিনো থংথিদরে।

নৈনবদি লোইরে ; তু ! য়েংউ শিংগ্রেংনচিংবা
নৈনরিবসে তু-তু, উ মচা ককা আসে !
কনানো নোংবান-নি ; হাই হাই ! নোংবান-লাইরেকম্ন !"
অস্নুম তৌনা লাওনরে ।। খম্বা তারে । "করম্নো !
চংসি হায়র-কদায়নো ! হোরেন অসাই নদৌনা
থিনা হায়রক্লবদি—কক্রে জোয়-পোরা জোয় 'মা,
হুক য়েংথিবা থোক-মা'ম্ল ।" খল্লে নোংয়াই মতোমদা ।।
মুংকান অমা থিরে, খম্বা লৈরে কমতুনা ।।
সোমদা তাদো কে 'তুনা খজিক চিংথরে ।
নোংবান মথুবাক্তগী তা-তু পুমসং সংথরে ।।
কৈনা, তাহু মতুংদা ইস্থোকতুনা খমথরে ।
কৈনা নোংবানগী সোর-অকাইবা থিরতুনা
লাকদৌগুম য়েংতুনা পাম্বা মমৈ অতুনা
লৈপাকতা কুই, ঙাইরকই । "থোইরেনভাকী পাম্ব-নং,
করে করে থাঙজুদো খুতুম-তনা কুতুনা,
হাংকে কাগে নোংবান্না ।" লেপই, লৈরে ঙাইগুনা ।।
মিকুপ মঙাই মমুংদা কংলে কৈনা অকায়বা
নোংবান মাগী ; কে অদো চোংখ্রে লাংদোন লান্দুনা ।।
আঃ—চোংখ্রে হায়তুনা নোংবান্না মঙক থুগুনা
চোংথংথরে । উকংনা কৈগী খদাংদা ভাখ্রে ।
মথাদা মকোক তারে । নোংবান মখুং অনিনা
হাইগংতুনা কৈরেনগী মখ্‌্রাং অচেংবতুদা
সেম্বী কবো পন্নানা শিংজা মপুন লাকপগুম

লাকখ্রে করক ফাখরে। কৈগী মথুং অনিনা
লেংবান ফাওথরক্লুনা নংগন্দা খুজিল তরা,
য়্রৈসিনখবে ফাখরে। মথোং খুতুং অনিনা
নোংবান কৈগন অনিদা খুজিন য়্রৈসিনখরে॥
নোংবান মমাম্নবনা খুজেং চন্না মথ্াংদা,
লাকশিল্লকপা কৈ অদো সোব হোনবা য়াখিজ্রে॥
খুবিং খুবাই কৈ চুনা নোংবান মনং-গন্-চুদা
হোংখিবা, ফুরিং ফীরোন তংতনা হকচাং শোকখ্রে।
নোংবান্না পাম্বা মাবু হাইহৎকে খুদোং শেংকে
তৌবদা নপখ্রে য়াদে॥ পাম্বা মকোক ঙাওহনগে,
খুদোং শেংপা য়াদবে হায়না নোংবান লৈরক্লে।
কৈনা ইলেপ-লেপ্তুনা নংগল-লোমদা হোংলকপা,
নংগন পুমতং তংথরে, সোব ফাওগদোবক্লে।
কৈগন অনি অত্থমা কৈগী খুতুং অসিনা •
কাওথংলকপা অত্থনা,—লৈপাক অপেংপ-চুবু
খুংনা কোংপা লংথোকপা মতৌ অত্থম চংলক্লে,
সদোং সদোং চংথরে। নোংবান মথুং অনিনা
লাকসিনখিবা অত্থনা মথ্াং চুস্থু পাম্বগী
তুপ্তে হায়বদা ঙাইবে। লোইরে পাম্বা মহাকস্থু।
শিরমদায়গী থোংগাওগা পাম্বা খুংনা শোইরগা
কৈবেন য়ানা হৈবা-শা, কৈবেন খুংনা শোইরগা
পাম্বা য়ানা হৈবা-কৈ ; কাওবগা হোংলকপগা,
নোংবান পুমতং-তংথরে। নোংবান লেপ্পা য়াখিজ্রে

নোংবান লাইবক য়েংলগে পাম্বা হাইহংলগেদি
মুংপাক 'মদা হায়দুনা য়েংলকপদা উখিদ্রে।
নোংবান ঙকচানখরে। কৈস্থ লৈবা য়াখিদ্রে
লাকশিল্লকপা নোংবানগী কনসিল্লকপা থুংলাক্লা।
কৈনা সোব ফুন্‌বনা শিরমদায়গী মতমদা
পাম্বা মশা ফক্তুনা খুতুং অনি কাওখরে॥
পাম্বা লোংনা হুনখবে। নোংবান মখুৎ নাম্থোক্লে,
লেপ্প-য়াখিদতুনা হাইথরক্লে। নোংবান-দো
পাম্বে মথা থংলক্লে। 'ঙোবা লাংনা তারক্লে।
তাবকপগা কৈ তুনা—চবম অচৌবা মক্তা,
লাক্লে কৈনা নোংবানবু। নোংবান মখুৎ অনিগা
পাম্বা মখুৎ অনিগা য়েংনরক্লে। নোংবান্না
খুকউনা পাম্বা মাবু থৈদোকতনা তন্না—'মুক
ওংখৎলক্লে মথক্তা। কৈনা চিকপা থাদোক্লে।
অমনা 'মুক মথক থং, অমন 'মুক মথক-থং
থরো লবো ওনমিন্নৈ। অনি চে জেৎ কোন্নখ্রে॥
শুম্থমিন্নৈ অনিদো লয়েন খোইরেন-তাকিদি—
শামু নাতান শারবা, চিংমায়—লাইমনাই হাম্‌জিগী,
তমুয়া থুদেং শাবদা, কুৎতক তৌবা মফাম্ন,
ভাম্বুরম খেংখাং শাবা, অহিং চোংখু চাকৃতাকম্,
পুলৈ নাপাক্ হোৌবা হরোই লাবা লয়োন্-কোম্
ককৃষ্ণ হরাং থাংবা মফমনি, খোৌখু-রোকতবু
নোংবান লোংনা তাখবে। পাম্বা মানা নোংবানগী

কমথরে মবুক থক্লা। নোংবান মণ্ডক লুচাওদো
কৈনা প্রোক-চিকথেকথরে—ঈদো চ্রুপ-চ্রুপ চুপ্লকই।
খুজিল ভরা খবাকতা থমখ্রে য়ৈসিল্লহুনা॥
নোংবান "ইক্" লাওই, কৈনা—উম্, খোন্-অনি মায়ৈ।
মরিন কবা নোংবাম্নি, মবুক নিংদা ষুংঙাইতে,
লাকচৈদা হায়না থল্লি—অচ্চা হায়গে তৌবদা -
থিংথি ইক হায়না সোর॥ মতুং সিদা অনিদো
তুমিন তুমিন লৈনখ্রে, হিদাক ভাগ্বক অম-রোম॥
"তুমিন তুমিন লৈনখ্রে, প্রলয় দোনা অসাইদি
শোরুথিনা কবিনো। কৈগা মীগা অনিমক
কোয়-রব-নরা, য়েংউ, কৈ ফারবনরা।
মী শোকথরবনরা। নোংচুপ থংবা। য়েংউ। তাউ।"
হায়না লৈপাক নিয়রে। নোংচুপ থংবা সগাই-দে—
"ননাই ঐথোই মাতুগী থংবা ভমত্রে অরেপ্পা।
জলোন-নিনা, তৌবদি থেংনখ্রে কৈগা, হুগা
নমশ্ন নম্লখ্রমাল্লে; নোংবাম্নি।" হায়, লাওরকই॥
অঙোম মথৈ নিকথরে, য়ায়ম অসি তাবদা,
থম্ংনি তাইবংনি লেপ্প-ভমদরে মম্-থরে॥
মমায় ভয়-মুসিয়ৈ তানরক্লে—"করয়ো"॥
লৈপাক লাওনরকপসি লমজা থথা তারক্লে।
"হিঃ চুম্মিনা" হায়হুনা—তাথথলে চরৈ-য়াংগোল,
খিনুদে থথা খিরক্লে, মতাও থোংঙল-লীয়কই॥
থম্বা-চর-চর লাকপনা অহানবদা মতাওগা

কৈগা থেংনখিবগী থেংনরুরে মক্কমদো ॥
"অনি থানখিদরে, হিঃ কয়ো কদোমদনো।"
হায়না খম্বা থিল্লমদে— পরপ-পরপ লাকপনা,
মতাও নোংবান অহুগী ঈনা ইভাং-ভাংভমই ॥
থোওইরমদে খম্বনা—মতাও মশক উনবা
চোংনা য়াংনা চৎলকই, নোংবান মশক উরক্রে,
কৈনা নোংবান মতাওবু, লাকচ-খুহুম চল্লিবা,
নমহুনা থমইবদো, হাওরৌ কৈদোম ভরেৎরোম
লৈরিঙৈদগী খম্বনা, কৈস্ন খম্ববু উরে ॥
কৈনা "থুনা লাকইদা! বৈষ্ণব নংদে করিনো!
ভাহাকতস্ন মভায়। পাপী নোংবান অসিবু
য়াইবী চুপ্পনববু ভোগে নিংবনি ঐনা।"
থল্লগা কৈ অহুনা নংহোররোই হায়বগুম,
চুপ্লকই ঈদো চ্‌প-চ্‌প ॥ নোংবান্না কৈ মথাদা
মরাক তৎলবা চরৈ, মথোক লোয়রবা লৈরাং—
নদোগুম্না তাবা-হু উরকপদা লমজাদো—
অহুক চাওবা কৈহুবু মরুপ প্রেয়া কনবনা,
উরে হোদোং মুক্তা চাওনা। অহুমকপু থম্বা,
ভক্তি স্নককাই কাইখিদে। নোংবান মতো উবদা
মিংতা পিবু ভাথরে—"ইতাও 'বুংভো" হায়রকই ॥
নোংবান থনম্মহুনা কৈরেন মাবু কোয়রক্রে।
ভক্তা মখী য়েংভনা—"থাংজিং লাইগী শাদোং-ও
চাম-লাকএ চামনি, পাম্ব নংগী নপাংগন।

নংগী নথা থারেদো ; ইতাওদো ! ননাই ঐদি,
অশোনবদি লমজানি। ইমাগী অমৃতনা
য়োক্লক্ত্রবা থম্বনি। ইবুধৌগা পাবদি
ইঙিক ওইবা নৎচদে। মাবু ঐনা কয়ম্না
থনম্‌সিগে সিদা চংমিন্নরকপা মরুম্বি।
মপু মোইরাং নিংথৌনে, মাবু পোকপা ইনেম-নে
সিবু 'মুক্তা, ইতাওসে মশক উহনজরগে।
পাম্ব-নচা থাক, কৈরেন-নচুথাক থুঙ্গগেনে
পিনৌগবা ইবুধৌ। নিরি ননাই লমজানা।"
তায়—কৈদো, কোংয়ানববু থাদোক্লে চুপ্পম্বদো।
কৈনা থম্বা য়েংহুনা—"ওম্মোকপনি নং-অসে!
নংগী কা-দা বৈরী ওইনা মাবু পম্লুং সিদা
প্রান-লৌগে লোইরগেদি নিংবনিদো ঐহাক্না—।
ষরে অহু মডাইরে, নতাও-সে নংগী পুক্লিং
থুংনবা কঙ্গলোরো। মাগী শাগৈ নাতৈগা
পুকমেন পাওমেন্নবদি হুগী মতম থনমগে।
নতাওনা পুন্সিবদি ওইররোইকো থংজরো।
ঐনা শুম তৌত্রবদি নডোন্দা মানা অমুক
হায়জরর-রোইদনি— চিকথেকপনি অহুগী।
মানা লানথিবহুমা নংমা কোকপিত্রবদি
মাদি লানবা ওম্মরোই। কোক্কদৌবা মরমদি—
মাগী ঈ-সে নডোন্দা কামসিনগেকো ঐহাক্না ;
সিনা কোকপা ওইনন্ত লংমবা নক্তে ঐনা।"

হায়না পাম্বা মহাক্না নোংবান ঈছু চুমখ্বা
ক্-ক্ লাওনা কাময়িন্নে। তাইবং পুম্নিং ওইবনা
লমজা শাওরে কৈছুবু। "ঐদি নংবু লংনদে
পাম্বা করি মতৌমো! করে করে খংউকো
লমজা ঐগী পাংগন-সে।" হায়না খম্বা তাথোক্না
কৈগী তুংদা হৌরিবা তেরা পাম্বী অমদা,
দম্ লাওনা ফুথ-ক্লে। লম ছুম শামা তেরাদো,
মকু সেগাক কায়হুনা কৈগী তুংদা দম্ তারে।
অফিং অকাই চোংথোকখ্রে চোংগে নিংবহুগা
চপ-চানা থোক্লক্নরে। কৈদো কৈস্ত শাওখিদে।
চোংথোক্লগা ফমহুনা খুমন মাবু য়েংথরে—
মূর্ত্তি অহু উবদা "ফজৈদকো নহাক্কে!
ওসি নংগী নথুংতা লানবা ওইগে লমজা-ও।"
খল্লি কৈগী মবুক্তা।। খম্বা কৈবু য়েংউদে।
মতাও নাক্না চংথরে। মতাও মশক য়েংলকই।
মচু হাইফেং তাইরম্মে। "ন্নারম্মবো ইতাও-বু!"
হায়না খম্বা নোংবানবু কৌই মিংতা পি সিন্থে।
মতৈ থক্ থক্ নিক্লুনা তারম্মে নোংবান মাদি।
নোংবান মানা ন্নারিবা লৈথোন্ অসি উবদা
নিংশিং-নিংশিং কপ্লকই খম্বা লৈবা তমদরে।
"করম্-বদা শোইহুনা অসি য়ৌরম্ মিথনো
লৌশিং চাওবা অকনবা পাখৌ ইবুংঙো মংদে।
ঐদি করি ওইরমি—ঐস্ত্র মংওয়া ইতাও

দোশা অসি ফংগনি নিংঙই ইতাও ইবুংঙো।"
খম্বা খমোই শোকমথৈ চিক্লা হিক্লা কপ্লকই।
লিক্লাং চোইনা তারবা কোংঙ্গানববু খম্বনা
লোক্লৌ শানা কোংখংলে তেরা মোম্পাক কুম্ববা
লমজা মতম-বাক-তুদা। "ইতাও-পাখৌ ইবুংঙো।
ঐ লাকএনে খম্বনি, লমজা নতাও খম্বনে
ইতাও ইবুংঙো নংবু ঐগী ইথোন খংজ্রব্রা।
ইতাও নমিৎ পাংথোকউ—চেক্লা গুম্না মরুপ্লোই
মায়োক্লথিসিগবা। ইতাও খুমথিত্রবদি
খম্ব ঐবু শাওবরা—ইতাও 'বুংঙো তাজ্রবো।"
হায়না নোংবান মত্তাওবু কৌনা কপ্লকই খম্বা॥
ধর্ম্ম কাইদবা খম্ব ইতিং তিংবা পুকচেল্লা
স্বরূপ প্রেমদা লুপ্তুনা চন্দোন মনম পুরবা
মূলয়াগী সুংশিংকুম ইংনা কৌজরকপসি
তায়—নোংবান। ভমথিদরে—"ইতাও লাক-অবরা"
হায়না খুমগে নিংবস্মু মিংস্মু পাংবা ভমদরে।
নোংবান খুমগে নিংবদা নিকই মঙৈ থক্-থক্লা॥
"ইতাও-লাই শোক্লু" হায় খম্ব। নোংবান খদাং নিকই।
মরৈ তিংথোরক্লুনা লেকই মচিল্লান হুদা।
"হিঃ—তাংজ-নরৈভোম্না চিস্নান লেকপদি, ইতাও।
ইশিং খকে হায়বরা?" হায়না হংই খম্বনা॥
খুম্বা ভমদে কোংয়ানবা—"মানি ইতাও" হায়রক্লুনা,
ঈংপিৎ ওইনা তৌরকই। "করে ইতাও অহুদি,

শোকউখিগে" হায়রদুনা মতাওবু ইরেন খাংথে।
পাম্বা মাবু য়েংদুনা—"তুরবা লান্নি মাসি
ধর্ম্ম কায়নগন্নুসি। নমজা ঐগী তুংসিদা
শোক-অমৃগম্ম নহাক্না" হায়রকই। হুদৈ অমুক—
থোংলেন মপানা তাকপা কৈনা চংবা চৌনদে
হায়খিবা ধর্ম্মনা মতাও অমুক কোইরম্মে।
পাম্বা মানা ইউ-উই। মবুক ইপেন পেনখরে।
"চংডোই খম্বা" হায় হৌই। মমায় অৱাং পাংলক্লে।
নোংবান-তাংজ লৈনৌবনা ওন্নবদি-লা, লপ-লি
হাকুম্, কৌশাং-থক্তা লিনা-লা, লৈহৌ খাংগরা
নামিবা লাতোন-তরেং থংলদুনা নোংয়াইনা,
লিক্লাই মহি গুম্মবা লোক্তী লাইজ অদুবু
ইমু-ময়োন-শংলক্লে। মতাও নাক্তা পুরক্লে।
"ইতাও নথুংনা থকেরা—ঐবু ইল্লু হায়ত্রা?"
হংই মতাও য়েংদুনা—ইল্লু হায়না নোংবাক্লা
ইঙ্গিং তৌই। ইশিংদো ইল্লি খম্বা মতাওদা॥
"ইতাও—থোয়েক্লগনি—তপ্পা থকউ" খাম্মকই।
চাক্লবা নোংবান মাগী তাত্রে ইল্লি হুংদুদা।
কৈনা কৈগী য়াখুন্দা লাইজ অদু থোরক্লে।
হিঃ—হায়দুনা খম্বনা মতাও খদাংচেং মরি
লোয়ে য়াখুন অদুবু, নোংয়াই খুৎকা লোইননা
মেক্লে লাইজ ইল্লকই। ইশিং চনিং তারক্লে।
লাইজ দুনা তাবদা নোংবান মক্লিং পাংলক্লে।

য়াহু ভাংবা থোরক্লে কাং-থোক্লেন-মুক্তা চাগনা।
নোংবান মমিং পাংলকই। নোংয়াই-মতাও য়েংহনা
"ইতাও ইবুংঙো খঙ্বা। নংডোন্দা ঐনা লানবা
নিংশিঙজিদো মরুপ্লোই। খংদবা নত্তে খংই।
উদবা নত্তে উজেকো। য়ারোৌপম্ব নহাক্লা।
নং-ঐ নংতরবদি লীলা লৈত্তবদগী
ঐখোই 'নিগী কুম্মেবু ওইরম্মেদো ইতাওবু।
নিংথিজবা ওইরৈদি ফগদোনি অত্বু
য়েরুবগী কুম্মেদি ওইরম্মেদো মরুপ্লোই॥
লৈ হেকপ্রা হুমিংতগী হোৌরবনিনে ইতাও।
ঐনা লাল্লি লমজেনম্ব -তুম্ব নংনা মখোইদো
লাল্লিবদি নংনিদো—মুরান্সু নংনা মথাই।
কাও-কাই ঐনা য়েংলি তুম্ব নংনা মকাইদো।
উকাইদি ঐ য়াওদ্রেদো নপু-ননাই অনিদা
থোকপনিকো মরুপ্লোই। হৈজিংম্ব ঐনা লাল্লি।
শামু থোংম্ব ঐ লাল্লি, হৌবদি চিংখুবনা
হৌরকপনি মাতুম্ব। লোইশী বিচার অত্থু
ঐনা লাল্লিদো খঙ্বা। হৌজিক কাওবা ঐ লাল্লি।
ইরান-ইপোং—ফাহুনা কৈথা থারে হৌজিক্কি,
ইতাও-ইবুংঙো ঐদি পাঙ্গনা চিংগোইরে-দো
কৈরেন্না য়াথোং লোক্লে, পারম-করা মরুপ্লোই
কৈরেন-চিন্ফু নরেকো— মরুপ নংদি বৈরুন-নি
ঐদি মহামূর্খনি। লোংবান্না য়াইবী-মাঙ্বা,

থম্মুং-মীরৈপুং সন্নায়-মীরেপাক চৎপা কান্দা
পিনৌ নহাক্না লপী। কোকপিম্মু নংত্রবদি
থংলরোইদো লম্বীসে। 'থম্মুং লৈপাক মোরগা
শাকম-লাক্ষম অহুদা নমায় ওল্লক্তবগী
মহৈদি বৈকুণ্ঠদা নয়ুম ওইফ্না লৈজৌ'
হায়না পাখৌ ইবুংঙো বোর পিনবিরোবা।"
হায়না মোইরাং নোংবান্দো য়েঙঙমদানা খম্ববু
চিংনা চিংনা য়েংহুনা, মমিৎ অনি অহুদা
চাক্লবা মপি তারে হিক্না নৌনা কপক্লে।
ইপান্ থানা লোইরবা, তুরেন-পাংগন-শোক্লবা,
মবুক শিংপা লাইজদি নিংথম্ ইচেন অপিকপা,
অক্লবদি লাইজনা নোংবান খমোই কোয়রকলে।
খম্বনা "ইতাও 'বুংঙো! করি য়ানো—মক্লমোই।
শোয়ন-হৌনৈ, শোকপা হৌনবগী শোকপদনি।
মশিরনি হায়হুনা নিংঙবোইনা নহাক্তে!—
ইতাও ইবুংঙো ঐদি শিজরগে অসিদা
ঐনা কল্লুথিহুনা করি কায়গদগে!
চোপ্প-থৌদাং ওইরবা ঐনি পাপ চেক্লবনি।
হিংজনিংদে মক্লমোই হায়বিরগ্ন পিবিরো,
ঐনা অম্মুম লৈরগা হেংগৎকনি পাপ-অসে।
পাখৌ 'বুংঙো পিনরো—লানজরগেনে খম্বা—!
খম্বা করি খুমদবা? নংগী মুংঙাইজববু
লৈরিবরা ঐঙোন্দা কোকপিরোবা নহাক্না!

বোর অচু 'মতদি পিবিয়ুনে নতাওদা ।
য়েরুবনি হায়না নংনা থাংবিবা তৌবিরম্ু ।"
হায়না নোংবান কপ্লক্লে । খম্বা থাংবা ভমক্লে,
হিক্ল কপ্পা হায়রকই—হরিনা কুপা লাইজ
খিকপিতুনা ইতাও অয়াবা কোকপ-তুবু
ওইরসম্ম মরুপ্নোই । বৈকুণ্ঠবু হরিনা
পিনবিরসম্নকো ঞাহে কারন চম্লবা
নংগা ঐগা মমাংঙৈ লৈনরম্বা পুম্বদো
কোক্লরসি" হায়তুনা খম্বা মথুবাক-তুনা
মতাও নোংবান-নাল্লক্লে । নোংবান্দো খম্বে খুৎনা
নানবদা থর ইংগুম তৌই কনবগুমস্ু হেক ।।
নোংবান্না "পাথৌ 'বুংডো মুংঙাইদা নংগী থৌজান,
নোংবান কংজবমক্তা থর কল্লে ইশাসে ।—
ঐনা নত্তেনে, হরি মাগী থৌজান মক্তনা
ইংবনিনে মরুপ্নোই । ইচন খম্বান মানবি-শিং
ইনেম-ইবেম্মথোই—থ্বাই উনরনি য়ারমু ।—
খম্বা ! ঐদি হরেম্নি হয়েংনিম্ু খংদরে ।
ঐগী প্রান্না লৈরিঙৈ শিন্নরগে নংডোন্দা,
নচন-অহুম অক্তবু ।" হায়রে নোংবান, খম্বদা ।
খম্বনা "ইতাও হায়ন্ু" হায়না থামি নোংবান্দা ।
নোংবান্না—"সিনি মরুপ ঐনা হায়বা য়াকমদি,—
ইয়ন-ইথুম থরদং নোংবান ঐগী লৈবদো
য়েনবিয়ু মতিক চানা । নচন অহুম অক্তবু

মীনা লাকচরকপদা 'ঐ লৈরি' হায়রমছুনা
.চাংখোকপিয়ুনে নংনা। মচা মরা লৈখিত্রে
হায়রমছুনা মখোইবু লাকচ-খুমম চনবা
মীনা তোঁহনবিগনু।" হায়রকই। খখনা হায়—
"করি লাকচগদগে ঐ লৈরিদো ইতাওবু।"
খুম্না খুমই খখনা। নোংবান অমুক খত্নদা—
"ইতাও ঐনা নঙোন্দা থ্বাইদৈ লুনা অমগা
শিন্নজগদবা 'মা পাখৌ 'বুংঙো তাবিয়ু।
মাবু ঐনা খুংশিবগী নত্তে, মনাও তোম্বী
কুমাবম নিঙোন অদো, লোইদাম থাবুম খুদোবা
তরানিদা মঙাইরে। তৈরাং মপুং কাপ্পবী
তাউজিং মরু পনপ্পবিনি। নচমা, খোংনাং
কাওবী মনা নিক্লকপা মতমদা মপুরোইবা
নিংশিংলকনি ঐবু, চিন্দি খোক্তা খমোইদা।
মিৎতা পি তারকনি। রাম-মতম অসিদা
পাখৌ ইবুংঙো নংনা—হুজা করি রাবগে,
নোংখান হায়ববু ঐনি, ঐন্ম নোংবাদি হান্না,
রাবা কোক্নো হায়ছনা নখোং-হু থাংগৎতুনা,
নচন-কোক্তা শোকপিয়ু। ইতাও 'বুংঙো কাওবিয়ু।
পুরুংহ্নগী মুনিদো থাংজি-চিশাৎনববু,
লোইমোম্-কৌগৎনববু খোকহনবিগনু নংনা॥
খুপী ওইরো অঙাংদো—ইতাও 'বুংঙো পুকন্নবা।
ইমান-খোংলেন-খোংলেনবীনা, ইতৈমা-ইবেম্মা,

মুঙ্গা থম্মু কৌবিবু লুনা তৌবা অহুঙুম,
পুয়োক-লাংগোনবিহুনা য়োকপিগনি মহাক্না।
শাংবা-লেপ-কারবদা নংনা পাম্বা নমাক্তা
থাজৌ য়োনজৌ ইতাওনা। পাথৌ 'বুংডো মংঙোন্দা
শিন্নগেদো নতাওনা! নিপা ওইবা থোক্লগা,
থোংলেন চাওবা অনিনা, ইতাও নংবু চানবগুম
নচাহুবু চানবিয়ু। পাথৌ নংনা পানব-গুম—
শেম্বিয়ুকো পাম্নবা। মাহু তৌবিদহুনা,—
ভাংজ মাগুম কংভবা মহু চাওবা নোংবানগী
মচানিদি থন্দুনা মপা হাক্তক অহুদা
অসুম অন্নম তৌশিবা হায়না পাথৌ ইবুংডো!—
করোং খুকুম-মুগনু!" হায়না নোংবান মহাক্না
মতাও থম্বা য়েংহুনা চিংগোই মপাও মেল্লকই॥
খুমন মানা—"ইতাওবু নিংহৈহেদেনা করিনো!
কার য়ানো হায়হৈহেদে। ঐ হায়ববু নহাক্নি
নোংবান হায়বম্নু ঐনি করি য়াকরিবগে!
মাহু ভোকথো মতমসি, পাম্ব-কৈনিংচিৎ লৈরি।
চৎসি ইতাও হায়হুনা পোত্রে থম্বা নোংবানবু॥

---

১৭

# থম্বনা নোংবান পোত্নুনা পম্নুংদগী থোরকপা

লমজ্জা থম্বা মতাওগী প্রেম্-ত্নুনা কনথিবনা
পোদবশুম য়াংনদি থম্বা থোংকাপ হ্রাত্ররকই ॥
মতম সিদা নিংথৌনা—"কৈনো কুইমন্থরেনা।
মরাক মথোন তাথিজ্রে।" মরাম লাওনৈ অম্পুম্না ॥
চিংথৈদা সগাই তোংবা কাংবুনা উরে—"লাকয়ে,
পোয়ে করিনো পোয়ে। শোকপা তারে পাম্বা।
থোংনা কনানো অত্নুগা নংগম্না কনানো?
থোংনা থম্বনি—নোংবাম্নি, মানি কৈনা শোক্লে।
হায়নরক্লে। তানরে, অতোম শাগৈ, মম্নরে—
অমুনবা মরোং কেন-বশুম্ তানথরে সগাইদৈ।
হায়না হায়না থম্বনা মতাও নোংবান পোত্নুনা
সনা মাংদা থুংগুরে। মপু সনা য়াথংনা—
"থুমন ইবুংগো থম্বা থোইরেন তাক্কী পম্নুংদা
চোইনা তাবা লিক্লাংবু চোইথোম থোম্না পুরকপা।
লিক-মপুদি ঐ নত্তে। লিক্কী মপু অতোম-নে"
তাকপিরকই মনাইদা। লমজ্জা থম্বা—"ইনিংথৌ!
সনা মাংদা থারগা সনা য়াথংনা কোম্না
খিনবিবনা—! নিংথৌগী শানিনা মাংবা য়াদে
ননাই ঐখাক্ক মপুই সনা মাংদা থাজবদি।
ইনিংথৌগী মনাইনি ননাই ঐম্ভু মক্কপনি ॥"

স্নুয়া মতাও নোংবানবু সনা মাংদা থাম্নে।
থোংলেন মপাই মনাক্তা নোংম্মাই তম্না কম্মুরে॥
হৈরাং অনৌবা চারে মকু মবাই মপানে
পোৎথাহুনা লৈথরে॥ ওস্তোকপগী মিংয়েংকম
উথলি তাইবং অসিদা ওসি থোইরেন তাকসিদা।—
অঙোম শাগে মথেনা নোংবান পাম্মূবদগী
থন্নুং থিৎনা মিন্দুং চাক্ল কপই য়ারি 'সোমদা॥
লিক্লাং চোইনা তারবা নোংবান মশক উবদা,
শিনক পিকৈ মনাইনি, সনা চোরোন থল্লকপা,
থল্লুহনা নিংথৌগী সনা পুক্লিং লাংথরে।
"পাম্মুই হাই, নোংবান! সিবু থোকনি হায়হনা—
য়ালেদো নোংবান নংনা" হায়না শোল্লি নিংথৌনা॥
মতম কুইনা লাংলবা কৈচিন থেংনা য়াংলবা
কুয়া কোলান অঙোমগী নমথখরে লৈথাদা।
সনা মনি মুক্তাস্নু পাইথ্রে উকুল ওইহনা॥
"শানা কৈনা শোকপদা হৈবা কনা লৈবগে?
নোংবান কনবা ওম্বদো মকোক সনা য়োম্লগে।"
হায়না লাওই নিংথৌনা পাম্মুথরে নিংথৌনা॥
চোংথোকখিক্সে কনাস্নু চংই নিংথৌ মাইবনা।
মিকন য়েংবা মতাইরে। "কৈনা শোকপনিনা পুক
স্নুবনদি কায়রোই।" হায়রৈ লৈপাক মীয়ামদো।
"উপ্লাই ইবুংঙো উপাদি থংদে স্নুম্ থোকনি
হায়বনেদো ইপানা, ইপাদি মাঙও নোংবান!

সুম থোকনি হায়বসি থংজরদি ইশানা
ইচাই খুজেং পায়দুনা খামগদনিদো।—
ইনিংথৌ! বিজুনিদো। ইচাই থরাই-সিদদি,
কনবিয়ুকো মপুনা। অতেনববু শাংহনবা,
অশাংববু তেহনবা মপু সনা চোরোয়ি।"
হায়না অঙোম নিংথৌনা মপু সনা মাংহুদা,
মচাই মশক অমুক-য়েং, সনা চোরোন অমুক-য়েং
ইঁদ্র পুবা কায়দুনা হংগংলকই নিংথৌদা।।
"অঙোম নিংথৌ রাগবু হরি কৃপা তৌবিনি
মাগী কৃপা মঙাইদো" তাকপি মস্তুয়া হায়না।।
লৈপাক মীয়াম ওইবনা "মাইরেন থোমমু" হায়নখি।
লাই-মনাই- হামজিগী হাওখুন্দগী মাইরেন-লৌকই।
তয়া থোমই, নোংবানগী মশা অহু পোমখৎলে।
কুৎলগা থোমগদবা সুগাইদুনা থোম্বনা।
ইরোইমুক চাওরে নোংবানগী অশোকপা মশাদো।।
কায়দে হায়দুনদি মাহু তয়া লৌথোকই।।
নোংবান পোকপা মপাদো প্রলয় মৈঙম শাথরে।
থোইরেন তাকনা ইকং ওই—মচাই প্রেয়া থাগী ওই,
থোংনা লাওনা চাক্লবা লমমৈদুনা কোয়সিনখ্রে।।
হংগংলকই —"ইনিংথৌ! মনাই ইচাই থরাইবু
কনবি-ওমগদবদি মনাই ইবাই অথৌবা
থোংলেন-মন্ত্রি মঙাইরে, চোয়োয়া অয়ুক্তদি—।"
নিংথৌনা "চুমইনা-হে।" হায়না মপু চোরোয়া

লোংথংতুনা কৌরক্লে—"হো ইপু মন্ত্রি,—অজা,—
মোমৃদঃ-মুক্তা-লাওগবা।—মনা য়াথং তাকপিসি
ননাই ঐদি 'হুন্নদি চংনিংদরে ইকুংতো।—
ইপু শাওশু, অশাওবা মৈ-মুৎপিয়ু মন্ত্রিবু।
ঐবু পুক্লিং মুংতাইত্রে, কল্লো, নোংবান-মথন্নাই,
ঐ নকোক মনা য়োমগে।— মুংতাইদা ইনিংথৌবু।
ননাই থোংলেন ঐহাক্তি—অথংবা থংদে হায়বা,
উরগা উদে হায়বা হায়জরক্তি, ইনিংথৌ।
ঐনা য়েংলবদি মতুংগীদি থংজদরে,
তরানি মতানিসি তমগনি পোংথাহনবা।।
সিবু হায়নথিবনা কল্লি হায়নথরেদো
চৈরাওবা ; অসিদসু হায়থি—অকোনবা চংবা
সিদা ইচানা লায়ে মরান্না শোকপা থোকলে
মীচাদা থোক্লে করে য়েংথররোই হায়তুনা
য়াশকথরে ননাই ঐ থাং-চিকুনা ইয়াদা।।
তুরবদা লোংবান্না থুমন ইচা অসিবু
ঊনা ইতাং-তাংতুনা মনংগন্দা পোত্নুনা
পুথোরকইবা সিনা লোইরে ঐথোই য়োমগীদি।
তুরম্বা থোকও ইচানা, পুথোরকপদি হায়মু,
শিকাংতবা থোক্লবা তানা থিন্দুনা শোইদে,
হাংলমগদবনিদো। তৌজররোই ননাই ঐ।।"
হায়রে থোংলেন য়াথিত্রে। "থোংলেনগী য়াসি চুমই
তৌবা য়াই লোংবান মাদি " থৈয়ে মরাম অম্মুয়া।।

নিংথৌনা—"চুমই ইপু। অমখদা জেল্-কাম্না,
ইশিংদা সিন্নুক তম্না, ঙানি মন্ত্রি মাহুস্থ,
ওইবা ওইদবা অনি ইম্না য়ারিবনিদো।
সিবু উরি ঈশ্বর-না। তুরেদো নোংবান অসে,
আতুর-ওইরবদদি য়েংবিবা হায়বা অসি
হৌনৈ মন্ত্রি চংলকউ।—অজ্ঞা! তাকপিরগনু!
মাংগী লমদাং শাংখরে, হোরেন হয়েং থংদরে॥
অঙাং ওইরিঙৈমস্থ্ রাকম হোঙক্ত্রবদা,
শিরমদায়দা থোংলেম্না করম রাশক কায়সিগে
সৈতনা হান্দোকখরে হোরাইনা থাইরবস্থ,
ছু-মঙাইরে ননাই ঐ।" - "হাই-হাই, সে-অঙোম নিংথৌ!
গুরু থন্দবা নংদে? মচা রাররুনবা
হায়রি মপা মমাবু, ওঝা গুরু হায়রিনা
নচাবু রারক্কেদি নিংদয়গা নহাক্না,
নংনা কেগে চৈরাপ্তো 'ঙম্বা ওইনা ফম্মগা
নচাই মীচং চংবদো কাওরবরা নহাক্তে!
করি কপহ হৌজিক্তে। ক্কেত্রি নংত্রা করিনো!
শাদা লান্দা কপ্পদি নিপা নংত্রা কপকনু।"
হায়না মোইরাং থোংলেনবা পুকচেন কনবা যোম্-গুয়া।
অওইবহু লাওরক্লে। মচাই মৈনা চাক্তনা
মৈতাল-ওইনা নৈরিবা অঙোম নিংথৌ মকোক্তা;
য়োংম্বক-কুমা লুম্ববা থোংলেন য়াথং অহুনা
হুবিরুজে অমুক্কা। নোংবান পোকপা মপাদো,

মোইরাং নৈপাক মমাংদা উকুল ওইনা তোইথরে।
অরাবনে ইকাইবা অসি' পোৎলুম মক্তনা
চৎনা শিরে নৈতরে॥ থোংলেন নিংথৌ য়েংছুনা—
"ঐবু লোয়বা ইবুংঙো। ননাই থোংলেন হুংগৎকে,
চিংনছুনা কায়রোই, মোংবান কনবা ওম্মরোই
সিদৈ মিকুপ অমত্তং চোত্থিবা থোক্লদি
মরম নৈরি, মতমসি হেনথিগদৌরে সিনা,
হোৎনহৌসি ওম্-মথৈ।" হায়রে। মোইরাং নিংথৌনা
কনা উত্রে অথৌবা, নং নক্রবদি ঐসী,
করম তৌগনি মক্রি।— করি রানো ইবুংঙো
নৈরি ঐবু হেনবা মী।— হিঃ ইপু! কনানোনে?—
পংইদকো ইবুংঙো। ঐবু হেনবা মীশক-তি—
আহু, আদা নিল্লিবা চিংথক্তা সেম্বুং মথোন,
তাবিদনা, তাবিত্রা?— তায় ইপু।—মসিনিদো,
সনাং মায়বা কৌবিরু। মঙোন্দগী তৎনি
ঐদি কৈস্থ থংত্রবা— মাতনা ওমগদনি।
ননাই ঐনে সনাংনে, ননাই খম্বা পোকপনি,
ইতাও 'বুংঙো পূরেম্বা ননাই ঐথোই অহুমনে,
গুরু তিরজবনি সনাং মানা অহুমি,
ননাই ঐনা মথংনি। খম্বা হায়বা ননাই-সি
মপা অহুমগী মচানি, থৈবি রা অপুম্বা
লোইনা তাবা সনাংনি। লাক-অম্মি অসাইদম্ব!
মোইরাং হায়বা অসিদা ঐথোই নৈরি হায়বগী

লাকথিদবনি পংনা। ঐথোই নৈত্তরবদি
খম্বা য়োক্লগদৌনি ॥ খুমন অঙাং ইচাবু
যুব্রাজ-নোংবান 'নিনা মোইরাং থোরি কৈথেন্দা
হাৎতোকপিরম্মবদা থব্রাই মঙা ইচাগী,
কৌরুত্নুনা মপানা লৈহৌরবা থব্রাইবু
হাপ্পী অমুক হিংহনবি, ঙসি কাওবা হিংজরি ॥
অওইবনি ইবুংঙো সনাংমাগী মগুন-সে
হংবিয়্ন ননাই চাওবদা হৈখ্রবা নিপানি ॥
চুম্ন হায়রুবনদি সনাং লাক-ওই কাম্নরোই।
খম্বা কৈনা শোক্লেদি হায়হনবিরু চু-দদা
কুম্মকনি মাসিদা য়ারোই মীনম-মুবদি
উনি মানা শিং-শিংনা, সিমকপু থোংলেন ঐনা
লাও হায়রকই হায়রুরো। শাওনা লাকনি সিদা।
লাক্লগা কোম্না সিদা থেমগে ঐনা থোক-থোকপা।"
হায়রে থোংলেন মন্ত্রিনা। সনা য়াথং পুত্নুনা
চেনখ্রে দোলাই পাবনা। সনাং নাক্তা য়োবদা
হায়গদৌবু ঙমদরে, হাও ময়াম চংলত্নুনা
মপু মোইরাং নিংথৌদা তৌবা থৌগন ত্নুদগী
তৌরি হেন্না লুনদি, মাত্নু উরুবত্নুদা ॥
লোক্তা তাবা হি-য়াই-গুম সনাংগুম্না নিংথিরি ॥
অহল-ওইরে সনাংদো। দোলাই পাবা শিংত্নুনা
করি হায়না কৌগনি অজ্ঞা ছায়সি হায়-ঙমত্রে।
জ্ঞান মাংলে খুরু খুদক কুম্লরে সনাং মাংদা,

মখুং লোটে ঙকখরে। তুমিন অহুম লৈথোক্লে।
সনাং মানা "কনানো" হংবিরক্লে। "ঐথোইনি,
মোইরাং দোলাই পাবনি—নমান্নবা নিংথোগী
মোইরাং নিংথৌ মপুগী সনা য়াথং পুক্নুনা,—
করিব্রানো হায়রৈদে, ঐদি করি লৈতবা
হাওনি নিংথৌ মনাই-শা—হায়ু করি মরমগি -?
সনাং নিংথৌ ইবুংঙো, মপু সনা য়াথংতু
অশেংবা মক্তি থোক্তে পাওথাং ওইরে, অথৌবা
নতাও 'বুঙো থোংলেম্না ভাকপিরকপা য়াথংনি ।।—
কৈনো করি হায়রকই।— মজাই-ইবুংঙোনি হায়।
খমুই মৌপুবা খম্বা, পমুং চংবদা শোক্লে,
নচাই মথয়াই কল্লো নহাল মুক্সু কনবিরে,
হায়জরকই নতাওনা।—হিঃ করি! করি য়ানো!
ইপাদদি তাক্তানা, মীনমৃই কনা লাইনা
নশক থংগে ঙসিদি!" হায়। সনাং মিং উইসিনখ্রে।।
সনাং মানা হংবদা—"নচাদি শোকস্ু শোকতে,
অ:শোকপদি নোংবাননি" হায়না খুমই। সনাংদো
মমিংতম্না পাংথোকই। নোকই। দোলাই পাবদা—
"মোইরাং নিংথৌ মনাইশা ইচাদি শোক্তে, শোক-ওই।
করি মতিক শোক্কনি। শোকইবদি নোংবাগ্নি।"
হায়রে কিরে মহোয়দো। সনাং নিংথৌ মমৈদা—
"করে অহু মঙাইরে—য়ৈগে ঙসি থোংলেনসি,
তৌবগীদি মামক্তি লাকহন্নিংঙ্নুনা ঐবু

ভৌরবোইরে পাপী সি মীনম্বনি অসিনা।"
সুন্না থনথি মবুক্তা চৎসি চৎসি হায়রক্সা
খোংশাল-লক্সে সলাংদো। খোংলেন মায়কৈ য়েংহুনা
সলাং মাইবা লাওরকই—"হো ইতাও অথৌববু।
ইচা ভাইরমখো হায়ু। ইচা থৎলমখো নংনা।"
হায়বা সলাং মখোন্-সি—তারে লৈপাক মীয়াম্না।
তারে খোংলেন মহাক্সু। সলাং খোংলেন তমহুনা
তাংথক লৈত্তে চংলকই। খোংলেন নিকই কিবনা।
সলাংনা—"খোংলেন হায়বা! ইকাইদবা মীনম্বা
ইচা শোক্লে হায়বদায় ?" খোংলেন মানা—"ইতাওবু,
শাওস্নু নংদি নিংথৌনি ননিং তৌবা নবুক্লি।
ঐদি মীগী মীচেংচা মী-ভা কংবা ওইহুনা
নভাও থাংবা ভম্মুক্রে—মীনমথরে। করিনা—
ঐনা কৌদরবদি লাক ওইদৌরি হুননি।
শাওস্নু ঐনা ব্রাকোংগে॥" হায়না খোংলেন কুমথক্রে।
সলাং মভাও মমাংদা থুক্লথুদক কুম্লরে।
সলাং মানা—"হন্নুবা! মীনম্বদি নহাক্সা"
হায়না থুংভা পায়রকপা খৌর তৌরথাং হুনা
মথুং অনি থাহুমা হাইগৎ-হাইগৎ মভারক
য়াক্লে খোংলেন মনমদা। "দৎ-নাদরদো পাপী।"
হায়না চৈরে খোংলেনবু। হুদৈ অনি কোয়রে।
অউ-মথৈ ভক্লথি। নিংথৌনা—"করিনোদা"
হায়বদা সলাং মানা—"ইবুংভোবু—ননাইসে,

মীনমমিনে ঐঙোন্দা চুপী য়ারকইবনি।”
নিংথৌ য়াসি তাবদা গংগা ইচেন ওইরবা,
সলাং-থোংলেন অনিগী লাইজ ছুনা চোংবদা,
মপু সনা মায়থোংদো চোংথ্রে লোইনা পুমচোংপু।
মনাই অনি অসিবু চাক্লথরে ওঙ্গোক্লা।
সলাং মাবু নিংথৌনা—“ইপু সলাং নিংথৌবু!—
অজ্ঞা!— ঐগী ইমাংদা হেক্ প্রানমক্ মাংব-সিবু
ঐবু ইপু করম্না ইমিংসিনা য়েংসিগে!
ইপু থোংলেন নতাওনা ছায়জরু হায় ইপুদা!
চুপী ঐনা কৌবনি। ননিং তৌবা নিংথৌনি,
নমায়বা ওইরবা ঐনা করম কৌগনি
ছুনা য়াথিদবদৈ কৌহনবনি নতাওবু।
চুপ-কৌরুরবদি লাক্লয়োইদি থনবগী,
ইপুই থয়াই ওইরবা খুমন নচা খম্ববু
পল্লিংদানা পল্লুরে। য়ারৌগন্নু ইপুনা।
মোইরাং ঐগী মন্নুংদা নোংবান কন্বা ওম্ববু
নকোক সনা য়োমগেদি থিরে ইপু থংদরে।
নোংবান ছায়বা অসি নস্থু ঐগী পাম্বোমনি
ওইথংবনি ইপুবু! নচা খম্বা লৈবদি
সয়েং অনি স্নুদরে নোংবান অসে কনবিয়ু।
ইপু করি হায়বগে?” ছায়রে মোইরাং সলাংদা।
মপু মোইরাং নিংথৌগী তাংনা তাবা থোঞ্জেনদি
মুংশিরবা কোকিনশুম্, কোয়ৌ থঙ্গা য়াংনদি,

তাংনা শাংপা লৈনমদি শিঙেন মাগুম লুমবনে,
মপু কোনগী মপুগী সনা য়াথং অহুবু ;
অহল-ওইবা সলাংনা তাকবদা ইংথরে।
সনা লুপা পামদবা সলাং নিংথৌ মহাক্না
লোইনা খংই য়াথংদো—"ফজৈ ফজৈ ইবুংঙো।"
হায়না হাওগী পুক্নিংদা নিংথৌ মাবু থাগৎলি।
"করি য়ানো ইবুংঙো। করি লৈজৎৰবনি
হাওগী তাংতা পোকপনি। তৌজৌ হায়বিরে লোইরে।
ইমান্নবা নিংথৌনি করি তাকপিরুবগে,
সনা লুপা হেন্নবা সনা চোরোন থৌগন্নি
ইতিক চাদৈ তৌবনি।" সুন্না খুমজৈ সলাংনা।
নিংথৌ অনি থাগৎনৈ। নিংথৌ খুরুম্-লমতুনা
সলাং মাইবা চংথরে—নোংবান মাবু য়েঙগন্নে।
নোংবান মাগী মশাদৈ কৈগী হু-অপুম্বদো,
মন্ত্রতগী পাংগন্না লোইনা পুম্থোম থোমজিন্নে।
সবেং মচি থাতুনা লৌথোকথরে হু মথৈ।
হুজম্ হিদাক হাপথরে কৈগী য়াখুন খুদিংদা ॥
মায়কৈ নিপান য়েংতুনা নোংবান মাগী লোক-তায়দা
য়াতোন উত্তোন্দা পহ্লোবা জীব পুম্বা কৌরে।
থুংলবদা মন্ত্রনা য়ানা উন্না থরাইবু
ফারে। সলাং ওংতুনা লরাই কোয়রেন উমতুনা
জীব পুম্বা হাপথরে। শিদ-নাদ-য়াই-হুনা
মশা পুম্বা নানবিরে—মতম হুদা কোংয়ানবা

শোকবগুম পাম্ব-না মমিৎ অনি পাংজরে ॥
চোংথোক্লনা কমথরে সলাং নিংথৌ ॥ নিংথৌনা—
ইপু সলাং নিংথৌবু ?—অজ্ঞা সনা মিৎয়েং-ভুক
তাবিগন্না, ননাইশিং অঙোম মপা মতোন্দা—।—
অঙোম নিংথৌ কমদোই ? সনা য়াথং হংবিরে।
অঙোম নিংথৌ চোংথোকই—"ননাই ইচা শোক্তরে
পাম্বা মানা হৈনিংথৌ।" সুম্না থুমই। অঙোমগী
চিক্ফেল হায়না কববু থর করে কা হায়দে।
নিংথৌনা "ইপু সলাং। ঐনা নংবু মৌনিদি
হায়নিংদরে ইপুবু। লাইনি হায়গেকো ইপু।"
হায়। সলাংনা— "ইবুংঙো। সনা চোরোন্ কৃপানি।
হৈজবা নত্তে ঐদি।" হায় নিংথৌনা—"লৌবিয়
পাংদবা নিংথৌ ঐনা দান্-থরদং ইপুদা
তৌজগে ? - করি য়ানো চোরোনগী দমক-তবু,"—
হায়জৈ সলাং নিংথৌদো। মোইরাং নিংথৌ য়াথিদে।
অঙোমদগী কয়ানে নিংথৌদগী কয়ানে,
সনা থাঙেন—লুপানে মীপোৎ অমা সলাংদা
পিরে দণ্ডি ওইনমক, লৌরে সলাং নিংথৌনা।
হন্‌ফদবা ওইহুনা সনা অহু লৌহুনা,
মতাও থোংলেন মনাক্তা চাওবা কৈরোইজাম্বনে
খম্বা ময়াম কমইবা চংথ্রে মাহু য়োনবা ॥
সলাং ময়াম য়েংহুনা—"হাই হাই থোংজেন-চাওবা, তাও।
ঐনা ওসি কংলকপা সনা লুপা পুম্ব-সে,

থোংলেন চাওবা-খম্বস্মু, নহোই 'মত্তা লৌকদে।"
হায়। থোংলেম্না—"তুদি ইবো! য়োম্মগেরা-হাই নকোক্ত,
হাই হন্নুবা সনা পাম্বা!" হায় সনাংনা—"থোংলেনবা!
ঙম্-ঙন্ থুংদবা 'ঙাওবা! ইমোম ইচা ইবেম্মা!
খম্বু লুহোংঙবরা হানা-হাই য়োং ঙক্চাক্ থোক্!"
হায়রকপদা থোংলেন—ম্নাগী মখা তাম্রিদৈ,
হিক্-হিক্ কপথোকখরে "ছিঃ" হায়না খন্বা চপ-মায়ৈ।
চাওবা-খম্বা কপ্লকই। কৈরোইজাম্বা মমায়দো—
নাকল-লোমদা লৈথোকখি। সনাংনা,—ইতাও থোংলেন!
চাওবা!—খম্বা! নচেমদা পারি 'বুংঙো পিগেকো!
( হিক-হিক কপই সনাংদো ) পুরেম্বা ঙাম্ব-রৈমা!
ইচন্-ইতাও অনিনা লৈথিদবা মুমিৎ-তৈ,
মুরা নচেম অতুদি শেৎপা চাবা খুদিংদা,
পারি-ইবুংঙো খম্বা! মনিং থুংঙক্ত্রবিনি।
পারি খম্বা শাওগন্নু ঐগী শরুক থুংবিদে
ঐবু মীরাই ইপানা ঐদি পিদে—হায়তুনা
খন্গনুকো নবুক্তা নচেমদা ইপা পিগে॥"
হায়। "নোংবান-দখিনা সিদি মতিক চারে ইচাগী"
হায়না ভগোই শাখরে সনাং মাইবা মপানা॥
উরে লৈপাক্লা—"কৈনো!" হায়নৈ পুম্নিন নিনখরে।
নোংবান হিংবগী জগোই শারিবনি হায়নরে॥
সনাং মাইবা লাওরক্লে—"ঙসি কৌবা কোরৌদা
ঐগী ইচা খম্বনা পাম্বা ফারবা তুংদা—

চাক্-থাবগী তোরৈ-থেক, নোংব-হন্‌বা-উন্না-থেন্,
শিঙেন-থম্বাল-লৈকানা লাইজ থক্তা ভাও-গুম্বী,
চিংলাং মৈগী উথম্বান, থোইমু' পাম্বা লৈগুম্বী,
নজাইবেম্মা থোইবীবু,— সনা সংগাই মুংঙাইবা,
ইংগ্রি লৈমায়-ঙৈরবা, পসোৎ লৈঙোই তারবা,
সম্থি কাংগ-নান্‌বা-সং, সংগাই স্নুমাং নিংথিবা,—
মপু সংগাই স্নুমাংনি হরি' রাস মণ্ডোপ্নি,
বিষ্ণু মংগী সংগাইনি নংগী মন্দির হায়গে,
সিদা মাঙোব চাওন-থন্ লিক্লাই মুন্দী নিপাম্না
মাঙোব মাগী মথোং-ওই, ফীজং নোংশং লৈনা-থন্,
ভাবোক চোম্না তিনবদা সনাই সেম্পাক থক্তগী
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং লৌতুনা
ইশৈ শৈদা পুং-লোন্‌গা থোংথাং চানা থাংতুনা,—
থাগী ফরাংজি থক্তা পসোৎ ফীঙৌ থারবা,
ফানগী নাকন মরিদা লৈনা-লৈতেংনথ্রবা,
চিথেক মরি ফীরাম্না নিংথিজনা লৈতেংবা,
ফান-অসিদা থম্বনা। নুরা মজাই 'বেম্মনা
ভরেৎলকপু কোয়তুনা লৈরাং অতু হুকনি
লুহোংগনি অস্নুম্না॥ মজাই বেম্মা থোইবীগা
খুমন ইচা তোমপোক্না লুহোংঙবা তুং-সিদা,—
লম্নেন কনা হৎব-কোন,— মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো।'
সজুং-নিংথৌ-সদাং-লাংমৈ-লেন্‌বা মাগীদি,
পাম্ফক্-পাম্ফোই লৌ, শিংগা শিন্দম মরোবুকীদি

চিংলাইবক্তা হৌবা উ, মনা-না হেনগবরা
হেন্দ্র-উ, রাংকবরা মউ-না রাংচদবা ;
তদা মাগী কোলোইদি—নাম্বা-উচান কৌব-উ।
পামেল-লক্তে খোইব উ, পামেন মাগী মতৌগুম,
চুম্ন-নাপুং-ফারবী . মরম লম্নেন-লৈতাং-শোয়,
লম্নেন-লালোই পাওবী তেক, ভাংজ-চৈহল্-লম, হপ-লৌ
কারন্ পাংতা লাইজ-ইরোন্-মুংদা পোমজরগা,
ইপান-ফাওনা শাংপ-লৈ। থাজ মরূপ ওইবা-লৈ,
শিংঙেন থরো লৈ-গুম্বী লুনা ফবী ইচাদো
ইমোম থম্নু ইবেম্মা। পলেম-পম্ফৌ অনিনা
ছন্দোক্রমে পিরুদি—মন্থু নিংথৌ ম্লোকপদা
মমাম্নবা নিঙেঙান্-শিং নূরা লক্তা তিম্নক্রে।
জগোই তান্ স্নু হৈররোই। অঙৌবা কৈরোইজাম্বা
মম্নুম মাক্তা ইচাবু লুহোংবদা, ইচানা
ইমাক অঙাং ডক-তুদা লৈরাং পরেং হুকপদা
তাঞ্জা মেঞ্জা থংঙরোই, খুংথেক খুংপু হৈররোই,
স্নুম্না হায়না তম্বিয়ু—হায়না ননাই সলাংনা
ভাকইবনি ইনিংথৌ ননাই মপা থোংলেন্দা।”
হায়না লাওরূকপসি নিংথৌ তারে মীরামন্থু ॥
থাগংনখি লৈপাক্না তশেংবা জগোই হুগী
অর্থ থংনখিদরে। সলাং খোয় পিরম্মে
খুমন মচা নোংয়াইবু সলাং তম্না হনথরে ॥
“তৌরি মথৈ ফয়নি থুরৌ চেনবা লৈতরে”

ছায়বিরমই সনাংনা খুমন মজাই মরমদা ॥
মতাং অসি য়ৌবদা—পাম্বা কৈবাও ঙাইবিরী
নুরা অছম, নোংবানবু শোকপগী নিম্নরকপা
মীথোন অসি ভারক্লে ॥ লৈয়াং কোংবা লৈরিক-চাম্,
মজাইবেম্মা থোইবীনা নমজা খম্বু কৌরকই—
"ইনম্মা ইবেম্মা !"—খম্বুনা—"ইবেম্মা !"— "ভাত্রা ?
হা ইবুংঙো হায়বস্থ হায়নরিনে ইনম্মা ?—
ভাইনে ।— নৌপুন্নাবুরা ? শোক-পনবরনে ইনম্মা ?—
ইবেম্মা খংদরনে !— কম্‌দৌসিগে ইনম্মা !
অতৈ অমা শোকপদি কপ্পগনি নিংদেদো
নহু নিংথৌ মাদবু স্তুংশিনৈদো খ্বাইসিনা !
রাবেদকো কয়ম্নো থোরি হোৎলু ইনম্মা
লাংনা পাদম্‌বিয়ুবা ।" হায়না থোইবী রারকলে ॥
খম্বু, থোইবী সেম্বুস্থ সিনা রাংলি হায়বসি
হায়নিংঙাইবু লৈতরে চপ-মাম্নৈ রানখরে ।
খম্বু লাংনা পাদমূলে—থোরি থোংলে, চং ভারে
লাংনা কাংথন ভারকই—কোকই অরাবা খম্বু
"ইপুরাদি কৈদৌদে, পাম্বোম চোংদে ইবেম্মা
মিং চিংদেদো অহুপা থোরি চং,—লাংনা কাংথন্
ভারি মজা ইবেম্মা । স্থংশাথিবিরুপগু,
ইহু নিংথৌ কৈদৌদে ।— স্তুংঙাইরেদা ইনম্মা"
হরাওজরে থোইবীদে । মমৈ হুদা খম্বুনা—
"পম্নিংদেরে, মমিংদি অহুমকপু মহায়গে,—

নোংবান মাপ্লি হাগনু।" স্নুয়া তাংনৈ লৈরক্কই ॥
মজাই 'বেম্মা থোইবীদি মুয়া মাগী মথুং-শু
হৈজ্রাং মঙ্গ্রাম শোইন থাং, চন্দ্রা মথোই লেপ্প-থাং
পিথ্রাই য়াংগু লৈবা-থাং থাংলেন মাগী ময়াদা
সয়া অমা থম্মগা সোয়না হেক কাপ্পদা
শয়াং মাবু তংলবা, থৌজরবা ছোয়িদো
স্নুকথা থাদে থোইবীনা। থোইবীদো ক্রং-ক্রং চোংলমই।
ইয়াং-য়াংই মবুক-তো। "ওসি কৌবা কোরৌদা,
পাম্ব-মথুবাক-তুদা থংলেন্—য়াইবী-মাংখরে
হায়বা হেক তাব-মক্তা নুরা ছোরি ইথুং-শু,
থাংলেন সিনা থোইবী ঐ, ইমু ফীরাক থাইহ্নুনা,
থয়ুং-সোয়া তানজগে থংলেন হৈনা ইনথিগে ॥"
লৈরকপনি ঙাইহ্নুনা। থোইরেন তাকী মীথোয়া
অমুক অমুক লাকপদা—থংগোন মানা পুহ্নুনা।
তপ্প-চাকপা মৈ-হুদা মালংবনা য়েবদা
মৈনা থংহৌ হৌবগুম, থমোই মৈচাক অহুবু
কোরোং কোয়োং হৌবদো। মজাই 'বেম্মা থোইবীবু
মালেম মাগুম হাদবী নূয়া থুমন চম্নুনা
নোংদোন লীক্লা ওইহ্নুনা কাথহ্নুনা থমকই।—
"হৌনদেকো ইবেম্মা। লাইনিং পয়ৈ চেৎপিবু
পুক্নিং তপথো নিংহৈদে। ইপাগী মনাই লৈরি,
পম্বৌ মাবু য়াওথরি ইমান্-চাওবা লোইনথি,
ফৈরোইজাম্বা চংথিদো ইহু নিংথৌ থম্ববু

সুম্না তৌরে হায়রবদো পাও লাকনি রাথিনু।”
সুম্না থন্মি থামজনা মমা ওইবী রাহৈনা ।।
চিংখুং-চাদি নোংপৌবী চেক্লা মানা থৌরাংনা
নোংদোন লাইজ ঙাইবগুম—থোইরেন তাকী কৈবাওবু
লমহাং লমদম অসিদা ঙাইহৌরি সুম-তৌনা ।।

---

# পম্লুং মৈ থারকপা খম্বা অমুক চংলকপা

রারি লীবা অতুগা লাইরিক ইবা হায়বনা,
মতম অমতদদি থোক্লকইবা থবকপু,
মতম অতুগীদি চপ-চানা উৎপা হান্নবসি,
ওইবা য়াদে মহৌশা—দৃশ-কাব্যদম্তুনি ॥
অশকপনা শক্লিবা পুংম্বৈবনা ম্বৈরকপা
বাশী বিনা খোংবনে তান্-থাননে পুন্নমক,
তাঙ্গা মতম অমদা চপ-মান্ননা থোকপগী,
মহৈ মহৈ থোক্লকপা ফজবদি অপুম্বা,
তাবা থংবা য়েংবম্তু ওমই ঐথোইসিনা—
মতৌ অতুগুমতুনা রারি লিবা, ইবদি
ইননবা পাংগনম্তু তাননবা খুদোংম্তু
চানা পিদে ঐথোইবু থোকতে মরম অসিনা ॥
মজাই বেম্মা থোইবীখোই মরোল অমা অম্তুন্না
রারী ঙাইরি কৈবাওবু মতমসিদা অমরোম
থোইরেন তাকী লমদমদা চাওব-থোংলেন অনিনা
মপু সনা চোরোন্দা হংগৎলক্রে—"ইবুংঙো!
ইমু-চিংথোং লমুগাই-ওম্বা ইনিংথৌ ননাই! থোই—
নিংবদি, হৌখিবদি হৌখরে—। অনিদি
চৎলিবৈদদি 'মনা শোইরে অমনা পোয়ে
মুম্না তৌনা পুরকই। হৌজিক 'মতা মঙাইরে।

মদোম চংবা ভাৱিদো পাম্বা মাদি নোংবানম্বী
ঈদি থকথরবম্বী হেংগৎলে মন্নাই কাবা।
অরুবা মতাং থোক্লে।" অনি' রাসি তাবদা
নিংথৌনা—"ছদি করি করম তৌসি হায়বগে?—
করম তৌবা হায়থবু, কৈস্থু লৈতে ইনিংথৌ।
চংদ-য়াদে চংগনি। ননাই ঐথোই পাম্বদি—
পম্লুং মৈ থাজনিংঙে। কোল্লবদা কৈ অসি
থেংনসম্ব থম্বনা। কৈনা ঙস্মে নৎত্রগা
থম্বনা ঙমই হায়বা উরসম্ব লৈপাকস্থ।।
নৎতদনা উচুংদা নায়ক সিদা থোক্লবা,
তুমিন কনা থংদনা থম্বা মানা ফাজরো
পাম্বা মাবু মাছদি থোরকনি অসিদা
পাম্বা মাবু পুত্থনা। কৈনা ঙম্বা থোকথরো,
পাও হন্দোকপিনবা লৈত্রবনি। মাসিদি—
লাইজ মুংদা থাদবা লৈপাক্কুম্না লৈগ্রনি।
অকোকপদা তুরবদি ইচাবু ঐথোইনা
ঙমজগনি লোথোকপা লৈপাক চংনা কৈ অসি
ফাগনিদো পুরিক্লাই।" অনি' মরা তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—"করে ইপু অনিমক
য়ায়া চুমই 'তুমকপু লৈপাক প্রজা কম্-দৌই—?
—ননাই ঐথোই য়াজরে পাস্মে পাস্মে।" লাঙরকই।
পম্লুং থাম্বী মৈ-থারো—হায়না মৈবু থারক্লে।
মৈমা ঙং-না চাক্লকই। কোয়সিনথরে মৈ অদো

কৈনা নৈবা মায়কৈদা। উপসিনথরে লাং-শুম্না ॥
খাম্বী মতা উবদা পাম্বা খুরূপ মাখল লায়থরে,
হৌ হৌ লাওনা চোংলকই—"বৈষ্ণব মাগী মখুৎতা
থরাই খাগে থনবদি মৈনা চাত্তুনা ঐবু
মাংবা ভারে।" হায়ত্নুনা পাম্বা ছুর্গা খুরমমে।—
"মৈদা সিহন্‌বিগনু।" হায়না ঙং ঙ্রুং ঙংঙকই ॥
"ঙ্রুং-ঙ্রুং-হৌ-হৌ" হায়রকপা পাম্বা কৈথোন অহুনা
থাংজিং চিংজাও নিংথাইরে, লাই-মনাই হামজি লম্‌দম্‌,
লৈপাক কোং-কোং কিম্থরে ঙুং-উ 'পুৰা নিংথাইরে
ভেকলে। চিং থক্ থক লিকথ্রে। সগাই হাইরে। মীতোংবা
য়াত্রে খুবম চোইনরে॥ নাকোং মেল্লা খাংলরে।
মৈথোন কৈথোন অসিনা স্বর্গ নিংথাইগদৌরে।
প্রলয় শুম্না ঙঙঙকপা থমোই ফুকথিগদৌরে ॥
নিংথৌনা—"ইপু থোংলেন। চাওবা ইপু নোংথোম্বা!
মী শোক্লনি করম্নো মৈমাঙ-শেংঙো।" হায়রকই।
নুরা অহুম ঙকথরে "হি কৱিনো।" হায়ত্নুনা
য়েঙঙকপদা মমথরে। থৌরী মরৈ ভাবগুম
মৈখুনা নোংদোন ফুনথ্রে। থোযোম্ য়াংগেন সন্থ-স্থ
চাক্লকপগী মৈখুনা থোইরেন তাকী মায়কৈদো ॥
মৈ-থোম্না ফুবালা, থিক্লংগৈ, মোইরাং তাথরে ॥
মৈথোন-কৈথোন অনিনা ঙমমত্তরে খাংলবা।
লোক্তাক ইশা মাপলগী তাওখৎথরে-ঙা-মৈখৈ।
শিন্নে অপিকপা লোইনা। জীবগুম্বা মমলরে।

নোংদোম্বা পাইবা উচেক মশা থপ্লা কাওনরে।
মায়কৈ-সলাই খংদরে-লোইনা সুন্দা লৈনম্নে।
উচেক মখন কয়াদি নোংদোন থকভা পায়নবা
থাম্বী মানা চাকপদা পাইথোরকপা জীববু,
চানবনি ফাহুনা। মাহু কাওবা পাইখিত্রে ॥
চিংদা তোংবা উচেকস্থু পাংতা তাবা পুন্নমক,
মৈথোন কৈথোন কিবনা পাইখ্রে 'মতা লৈতরে ॥
শক্তি লৈবা পাম্ব-দো মকম সিদা থুপকনি
হায়বা লৌশিং মাংলক্লে। মৈনা শক্তি অমনি।
শক্তি অনি তান্নরে। পাম্বা মাংদা থারকই,
পাম্বা মমৈ মাই-মাইনা তান্নরক্লে থাম্বীনা।
মায়কৈ নিপান থুং-মথৈ চেক্লে কৈহু কোয়-কোয়না ॥
থাংজিং হুর্গা অনিনা খম্বা-পাম্বা অনিগী
কুম্মে য়েংসি হায়হুনা মৈরকতুদা চংলকই।
পাম্ব মমৈ পায়গেদি তিংথোরকপা থাম্বীগী
মরৈ অহু হুগীনা—তুবৎ তুবৎ থাংশাংনা
ককথংলকই। থাংজিংনা অচোংপা উনা পায়রে,
উনা ইশিং লুপ্তুনা ককথংলম্বা মৈরীদো,
মুৎলি কোয়চেন-চেন্দুনা ॥ মৈগী মরৈ তরেংতো
মকক্-মকক্ ককথম্নে রন-চণ্ডী ইমানা ॥
লৈপাক মীয়াম অহুনা উবদদি মৈ অদো—
পাম্বা মমৈ অহুনা খিংজিল্লগা ময়াদা,
মমৈ চোংলি মতিন্না— মদা ফুই-দম-দম্না হেক।

মুংলি মুংলি তৌই শ্রু শ্রু নোই—মথুংনা হেক-'মুক।
সুম্না তৌনা তৌনমক্ মহেক্লকই মৈক্ষুনা।
তুংগী মৈচাক-থাক মৈরিগী তুংদা লৈহৌবা লমদম,
মায়কৈ অঙু য়েংহুনা পাম্বা শাক্ষুন তমথরে।
মৈরি মরক অসিদা নোংথাংদগী হেন্স-থুই,
মৈগী তুংদা পাম্বনা সং-চোংখিবা হন্দুনা,
সামিন অসি ফংবদা তাম্নরকই পাইহুনা,
চপ-লেপই মৈরি-অঙু, হম্না য়েংই কৈহুবু।
মৈদো গতি লৈতরে হম্না তানবা ম্নাদয়ে
তাংগোই ভাক্তা ওইহুনা ময়াম চাকসিন্নরকপা
ফুজিন্নরে মৈ মথৈ, ভুরুং ভুরুং লাওথরে।
কৈদি মৈ-তুং তাহৌরে। মৈনা লৈরিবদগী
লম্নি লম্-হুম্ লাপ্পনা তাংগোই লক্তা তাররে।
পাম্ব-সজ্জাং তিংথোকই। পোংথাহুনা লৈথরে॥
মৈদো অহুম্ মুংথরে। মৈশা থাংবা ভমদ-বৈ,
লৈপাক হন্দোরুরুরে, ভংভাইফদব-হুদা
থাংনরমই, হৌজিকতি—মুংশ্রবদা মৈ-হুনা
ভেংগোম হঞ্জিন্নরক্লে। কোংয়ানবসু অভোমগী.
লৈখ্রে সগাই থক্তুদা। হায়জহুনা মপাদা—
"পম্বৌ! ঐবু ইভাওনা, পাম্বা কাবা য়েংজগে।"
মাগী কৈনা শোকপগী লৈথিদরে মৈচাক্তি।
নোংবান মানা মপাদা—"ইপাই-বুংভো ঐসিবু
পাম্বা-মথুবাক্তগী কল্লকপগে কনানা।"

হংই। অতোম নিংথৌনা—"ইপাই 'বুংতো নত্তাওনা।—
ইত্তাও বুংতো মুংতাইদা, লান্দবা নংগী কুপা।
ইপাই বুংতো ইত্তাওবু পস্থৌ কৌসিনবিয়ুবা।"
হায়রহুনা খম্ববু নোংবাম্না কৌসিনখরে॥
নোংবাম্না—"ইত্তাও 'বুংতো। চংতকুউগবা খম্বা।
থুমন নংগী নপান্দগী অসি য়ৌরে ঐনা।
ইত্তাও নংগী নকমদা লানখ্রেদকো মরুপ-লাই।
নংদি ঐবু—পোকপদগী মরুপনি খল্লকই।—
ওস্থোকপনি কে বিধি! নোংবান হায়বা ঐসিবু
কুরমদৌনা শেমখ্রবা অসুকপুদি কৎতনা।—
ইত্তাও নংগী লমন-সে শিংলসিগে করম্না
নোংবান কৌবা নত্তাওনা! হিংলরোইদো ঐদিনে।
হিংসু হিংজনিংদরে। মাংখ্রগদৌ নোংবান্নি,
পম্লুংদনে মরুপ্লোই! অসি য়ৌহল্লবকো!
করম শিংসিবা ঐনা নংগী লমন অসিবো!
মপোক কয়া পোকলগা নংগী নকম অসিদা॥
নংগী বৈরী ওইরবা নোংবান কৌবা অহুদি,
মাংখ্রে তসি পম্লুংদা পাম্বা কৈথা থাহুনা।
তিক্ষা কাকফৈ মরক্তা শাগী চিঞ্চাক ওইহুনা॥
মরুপ লোইদি লান্দবা! ঐদি নোংবান অমনি
নংনা অমুক পোকপিবা থনবিরোবা নহান্না!
রাহৈ অমতদি হায়বিয়ুগবা ইত্তাও।
ঐবু লমন কোকপিরো। লাঞ্জবা মরুমোই!"

নিংখিজবা অইংবা যোনগী লমদম অতুদি,
ইন্নুং-শোইদি চৎখ্রগা কোরৌ মানা থোকপদা
নিংথিজবা পুন্নদো থ্‌াইনা উনৈ হুংঙাইনৈ ॥
জীব পুম্বা হিংনৈদো লমদম মপান তাংহুনা।
লৈঙোই লমদম ওইরবা লৈহাও য়াওদ' লমদম্না
নোংবান মাগী থমোইনি, অমম্বদা ইংইবা
অভানবদা শারবা। ফৎচদবা মশাগী
মপাপ-ভনা চাকইবা মৈচাক অসি কোকপিয়ু.
নোংদোন লাইজ ওইরবা ইতাও নম্না হৈ-হুনা ॥
ইংহনবিয়ু নংনা ঐগী শারবা থমোইসে ॥"
হায়জবকই খম্বদা ॥ খম্বা মপি ভারকই,
নোংবান মতাও য়েংহুনা। খুমন্‌-মানা—"ইতাওবু।
করি পংথন্‌-থনবগে। নহাক্‌ লৈতরবদি
ঐদি করি ওইরনি। ইতাও ইবুংঙো নংগী
লমন্‌ তোনবা থম্বনি ঐদি নংনা শেম্বিবা
লমজা খম্বা ঐহাক্সি—থনবিয়ুদো ইতাওনা।—
নংনা চিংথোকপিহুনা মীরক তিল্লি খম্বনা ॥
ইপা ইমা ও'হুনা ঐগী কৈরাক থারিবা
মরূপ নংনি। করিগী খম্বা ঐগী ইকমদা
তোনগদগে লমন্দি নংগীহুম্‌ তোল্লি ঐনা।
অসিমকপু ইতাওনা লমন তোইন্নে হায়নদি
মিংলবম্ম মরুপ্পোই কোক্সরসি, খম্মু ॥"
হায়হুনা নাম্লে মতাও নোংবান্দা। খম্বনা-হেক

নানব-মক্তা নোংবান্দো পুমকোক কোকই অন্নাবা।
নোংবান, মপা য়েংহুনা—"ঐ কমগে" হায়। মপানা—
"ভাইখো ভাইখো নতাওনা হোরেন পন্নুং চংলগা,
চৌগৎসি।— ঐগী খুজি নচিংবদি ?" হংই নোংবান।
মপানা—"নতাওনা পুরকই ইপায় খুৎতদি
লোইনা লৈদো কোংয়ানবা।" হায়না খুমই। নোংবান্না—
"পুবিরকউ কদায়নো।" হায়না নোংবান মখুৎনা,
মাগী নিংথম শমজিয়ে সনা খুজিনচিংবা
পুন্নমক-তু পায়হুনা খুমন মতাও থম্বদা
পিরে, নোংবান হায়রকই,—"খুমন্-ইতাও-ইবুংভো!
ঐদি কৈস্থ নভোন্দা লৈজদেদো পিনিংভাই,
ঐ-দি ওসি লোইরেদো, কাম্নদরে ঐভোন্দা,
নং লৌরো, অতৈ লমন্ শিংবদি ওমজদরে।
সিনা ঐগী লমন-দো কোকপিয়ুকো নহাক্না॥"
লৈচিন-থেংনা য়াংলবা পামেন মানা লৈমায়-থক
শাংনা মপান মরাবু ফক্লহুনা তুব-গুম্,
খুরমহুনা থম্ববু, মপি তারে নোংবান্না
কংলে। নোংবান পোকপা মপা থান্নাকপস্থ কপ্লে।
খুকমজরে থম্বদা॥ থম্বনা "ওকএ-ওকএ
ইতাও লৌসিন্বিরোসে।" হায়হুনা পিরে অমুক।
নোংবান্না—"খুমন ইতাও লৌবিয়ুগবা মংনা।
নোংবান ঐগী ঈ তৈবা নিংথম্-শমজিন্নচিংবা
হুংগোইবনা অসিবো ? শ্রুদোকহন্নু কৈজোগে।

ফুগা শেংনৌনে ইতাও কংলা হংগংহল্লা কাবা।
ঐনা লাইরৈপাক-ভগী য়েংজগেবা মরুপ-লোই।"
হায়না নোংবান কপথরে। নোংবান ময়াত্রবদা
থুরু খুদক কুম্মুনা নোংবান মপা মচাগী
মথুংভগী খম্বনা—সনা খুজি নচিংবা
নোংবান মাগী পোংলোইদো লৌরে। নোংবান্না—"ইতাও।
নতাও ঐবু লাকচবা থোইরেন-তাকী পাম্ব-সে,
নংনা করোংথকুম-মু। ঐনা কুম্মৈ য়েংগেকো।"
হায়জহৌই। খম্বদো থোংলেন মপাই মনাক্তা
লাকএ। থোংলেন্না—"খম্বা!—ইপা ইবুংঙো!—করিনো!
ইতাওনা পিরকপনি!—করিগী লৌই?—য়াদে!"
হায়রে। চাওবা-থোংলেন্না ঙাংবিরে। থাত্রাকপবু
য়েংঙে থোংলেন্না—"হাই-হাই! থাদারাকপা করিনো।
মশিরনি হায়ববু থংবগে হাই করম্না?—
ইবাইবু মাহু নত্তে, মতাওনা পিনিংহুম্বা।—
করে করে।" হায়নরে। নোংবান মতাও অহুগী
চরৈ অদো খম্বনা লুনা ভৌজে থমথরে
চেংনা য়োমসিনজদনা॥ চাওবা-থোংলেন অমিনা
হায়রকই—"ইনিংথৌবু! লৈবাক মীয়াম রাবনি।
মতম অসি থেংলক্লে। পম্মুং চংহল্লসিম্না?—
'থোইদি অসাইনা পাম্মে।'" হায়না লৈপাক রা লাওই।
মতম অসিদা চাওবা, ফৈরোইজাম্বা য়েংলকই—
ঈজিং ভৌরকই—"চংলু সনাংগী পম্ণাক লোমদা।

হুইখোঙ্গো চংখিহুনা মসেনগী তাবাংবিরুরো।”
হায়হুনা তুমিন চৎখ্রে। সনাংনা—“কমাঙ্গো” হায়
কৈরোইজাম্বা উখদা হংলকই—“মনাই ঐনি--
করিগীনো অঙাংদে?—আসোমদৈ চংলবদি
ইমান-থোংলেম্না উনি—চৈরকনি, অসোম-দৈ
চংগে খুমন ইসেনগী তা-বাংগে।—ফয়ে চংউ,
সেম্না শোইর-পাই-য়োক, পাইনা শোইর-সেম্না-য়োক্
পুয়োক-লাংগোয়মবা, হৌনৈ চংউ ইকু-লৈ,”
হায়না মথৌ শংবিরে। কৈয়োইজাম্বা মসেনগী
তাঙ্গা ঙাইহুনা লৈরে॥ সোমদা খুমন মচানা
মপা মকু অনিগী য়াথং ফংবা মতুংদা,
পম্ফৌ খুৎসু তা-হুনা নোংয়াই য়েংতা পায়জরে।
যুব্রাজগী তং-হুনা তোলেন ওইদা পায়থরে।
নিংথৌ যুবরাজবু—মপা-মকু-অঙম্বা
অঙোম-নিংথৌনচিংবা, লৈপাক প্রজা পুম্নমক,
খুরমজরে লাওহুনা। “জয় ওইয় ইবুংঙো”
লাওবিরকই ময়াম্না। সুম্না থোর পিবিরে।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—থবাই য়াওনা মনাইবু
“লেখা মঙ্গল ওইয়ুকো” হায়না থোর পিবিরে।
হোয়-মাই-ইহায়-হায়দমা চিংখুবদি লৈথরে,
নোংবান শোইখিবহুদা মাগীদমক য়াবনা
হুংবং-মরি, চিংখুবা থম্বা—খুরমজবদো
ওক্তে য়েকদে তুমিল-দৈ॥ মসি থোংলেন-চাওবনু

লৈপাক প্রজা পুম্নমক নিংথৌ কাওবা উরক্লে।
প্রজা পুম্বনা—"অচ্চা। ফজদেদা মাসিদে।
মপু মোইরাং নিংথৌগা পোকমিন্নৈজ হায়বদা,
থাজদেদা তোন্নিদা অসুক য়াম্বা পুম্বসে
থোকহনবনি মাবা-ঙাক, মানা নোংবান হাৎতোক্লে,
নোংবান মাবুসু খুইশিবা কৌবা য়াবরসে।
মূর্খ সিনা হাৎপনি। পাপ্ পুইনা হায়হৈবা,
হায়হৈদবা, করিনো। হায় চৈয় পাপী সে।
মপা মপু অপুম্বা নোরোক য়েংন-পোকপনি।
মোইরাং হায়বা অসিদা অকন্‌বা অনি সুবা,
মানা অমা মাংহল্লে পাবোৎ সন্দি কায়রেদো।
মানা ঙাক্লি পাপীসে; থম্বন-বু মঙোন্দা
করি লাঙক্লবগে, মজাই বেন্মা খোইবীবু,
মচিন-মন্না পিবনি। অন্নগবু মহাক্না—
মচিন্দনা অমা-ঙাং, মবুক্তনা অমা-ফুম্,
ময়াম্ববুসু হাৎপা মহা মূর্খনি মাসে,
করিগুম্বা মাসিনা নিংথৌ ওইবা থোক্লবা,
পানবা য়ারোই লৈপাক-সে। ময়াম্বনা শিবগা
য়েংউ মানা ভৌরকপা—নিংথৌ অমা ঐখোইনা
থিহৌসি হৌজিকতগী লৈপাক ঐখোই মান্নসি।
পৃথি লুম্না-পোকপনি, পাপী ধর্ম্ম লৈজবা।
রাজঋষি ওইবনা সুম্বা লিচৎ চৎপাসিদি।
হৌনবন্না পাপী-সে।" চৈনরকই অসুম্না।।

মনিং মম্লাং পল্লনা—“মানা পিনিংদবদো
নম্না লৌবা মত্তিক-চায়—ইবুংঙো। লেপ্পা কাজৌ।
তুবুম 'মত্তা তেকনু। লাই-য়াম পুম্বা নথোইনা
লমজাই অম-বু পিনৌকো। লৈপাক-'থোইনা লাওজরি।”
হায়না চপ-মান্নবা লাওরকপগী থোঞ্জেন-অদু,
পৃথি নিকই শুং-লাওই। তানি তারোই হায়বা-কাও
অকি অখং-খংথিদ্রে। যুব্রাজগী মনাকোং
মনাক অদু মতুদা “পাপী চিংথুবা নংনি”
হায়বা অসি সং-সং-না তারে যুবরাজদো॥
তাজৈ হায়বদু মতায়। রাবৈ-মথক্তা রাবা—
চিংনা-মনুবা পাংথকনি যুবরাজ লৈথরে।
থন্না থন্না চিংথুবা –“নোংবান হায়বা নিপাসে
অমুক হন্না পন্নুংদা চংবা য়ারক্লরোইকো।”
হায়বা রাথন অসিবু হেক ফংবদা যুব্রাজ—
মাগী মবুক মমুংদা লৈতাত্না লৈরম্বা
“সনি” হায়বা লাই-অদো, সং-চোংথোকখ্রে, থাগুনা
চিংথুবগী সগাইদা লৈরে ইরেন তোংত্না॥
চিংথুবগী মবুক্তো নিংজিং মাংজিংনরকই।
সনি অমুক চোংথোকখ্রে, উম্নুং পাম্বী অমদা
তোংখ্রে সনি মহাক্লা—চংলগে হায়না নিংবদা
মমাংদৈ নোংবান কৌবদা হাপ্লুবা প্রেম্-অদো
সং-হাইদোরক্কনা চংথরে খঙ্গদা পুমচং।
পাপ্-পুইনা অনি সিনা কায়নরকপা অসিদা

স্বাই লাওই যুবরাজ। -হাইগংলক্লে মমাম্নদো ।।
খম্বা মশক উবদা লৈবা ঙমক্রে যুব্রাজ!
চুপ্পিংবনা লোইরক্লে। চাগদোবগুম য়েংলকই।
"হরি হরি! ফজৈদা! হে পুক্লিং নংনা লিবু,
করম্-তাংখিক্লরিবা! লৈত্তে স্বম্বা মী সিদি!
ইমোম-থোইবী থাংবদি, কবো লোই-না য়ৌবদি
য়ৌনিংঙাইনি চুম্‌ইনা, য়াম্বু য়ামদে ফজৈদা
মুংশিদা অঙাং সিদে।" খক্লে চিংখুবা—লেপখরে।
যুব্রাজগী মতৌসি থোংলেন-চাওবা উরকই।
অনি হৈংগিৎ তৌনরে। "পারি খম্বা চংঙনা"
থোংলেন য়াথং পিরক্লে। লম্ মরি মঙা খম্বা
চংলকপদা থোংলেন্না—"ইত্তাও চাওবা থামগন্নু
ঐ তৌগে থবক অমা কৈ অসি ফারবদি,
মচা পিন্নগদৌবি। মুংঙাইনদবসিদি
হান্না কোকথোকনহৌগে।—করম হায়না থোংলেনবা ?—
ঙাইথো য়েংদা ময়েংউ!—করে তৌরো।" অন্মুম্না
চাওবা থোংলেন তানরে। থোংলেম খুমন মচাবু
লৈপাক প্রজা তাহল্লি কৌরক্লে—"পারি-"বুংঙো!
খম্বা তাবরা, 'হুইঙৈ নংবু পোকপা নপানা,
কৈ ফাবদি তৌর্বগুংদা ঙা-মমঙা পান্নহুনা
তান্নরগুদগী ঙা হুন্দোক্লুনা কৈমঙা
নমহুনা ফায়—মখুৎনা, খুহুমদনা থাহুনা।
নঙং নত্তৌ য়েংবদি নপা মাক্লি অহুবু

লিন্দা নপাংগন্দদি নপা ইপাও কংক্রবোই !
নং'দি কৈস্থু অমত্তা পিকস্থু পিখক পিকইদো
কৈজেং-লাংনি কৈ অদো, নপা' কাখি কৈছুদি
অম-মম্না চাওবনা নংগী অছু-গুম্বদি
তরেং তরেং চাওইদো, স্থম্না কৈসি কাবদা
তা পায়রিবরা খম্বা ! নপা নমা অনিদি
'ইচানা কৈ কাদৌরি' হায়বা শার-ছুনদি
কোরৌ নোংখোং হাংছুনা য়েংঙিগনি ইবুংঙো !
ইপা-শিরপা তমমুগে খম্বা তা পায়গনু
তা খনস্নু নখুৎনা নোংয়াই ফা-ও নমছুনা।"
হায়না থোংলেন-লাওরকই। বা অসি হেক তাবদা
যুবরাজ পাখৎলে—"মচা হাংকদৌরেনা
থোংলেন অসি ঙাওরক্লে—অহল-ওইনা তৌবনি।
কনবা থোকই ঐহাক্না" স্থম্না খল্লে চিংখুবা ॥
খম্বা য়েংনা লাওরকই—"হো তয়ুম অদোন-খম্বা !
নংবু পোকপা পম্বোদো পাম্বা কাবা মতমদা
তা-পায়খি নংস্থ পায়ু। মীনা হায়বা লৌরুস্থ।"
থোংলেন্না—"পারি-'বুংঙো লৌরুস্থ ঙাংইবসে।
যুব্রাজদি মতমদো অঙাং ওইরি উহৌদে।
পায়দে নংস্থ পায়গনু।—কৈদগী মাহু হায়নু !
খাজরুগনু ঐদি চাওরে মতমদো ঐ উই পায়ু।—
পায়দে।—পায়।—পায়দে" হায়না থোংলেন যুব্রাজ অনি
লাওনখরে। কুমৈ ওইরে। "যুবরাজ অসি

মমাংডৈগী নত্তরে খম্বদা প্রেম্ লৈরেদো"
হায়রবা লৈপাক চপ-মান্নে য়া লাওবা মিয়্যখরে ।।
খোংলেন্না অমুক হন্না "পান্নত্থ" হায়না লাওবদা
খম্বা ডাসি খমদোরে। খম্বা নিংজিং মাংজিংনৈ—
"হোরেন ডাসি য়াওরগা লাকচত্থনা পাম্বনা
লোক্করজ্ঞা লৈপাক্কা।" খল্লি। মাত্থ উবদা
পাখংতুনা যুব্রাজ—"হো অঙাং ডা পায়্থ।"
অঙাং হায়রবা তাবদা নাকোই সিংপা মুংশিংকুম
খোংলেন্না—"অঙাং মচা নদোনা অঙাং হায়ে,
পায়্থ ওসি পায়র'দি য়ৈনি।" পায়ত্থ হায়রকই।
মপা শাওরে হায়ত্থনা খম্বা ডা-ত্থ মুংশিল্লে
খোংলেন মপাই মমাংদা, মশা ডাক্কা চংখরে ।।
মতম অসি মক্তদা থাংজিং লাইগী খুজিন্না
নোংলৈ অচৌবা অমা পন্নুংদা থুংওরে।
মৈগী ভাংগোই অপুম্বা লোইনা পুম্-হুম হুমদোকখ্রে।
পুমকোক কোক্লে পন্নুংদো। খম্বা ডা পায়রদনদি
চংলকপত্থ উনরে। "ছিঃ ডা পায়খিদরেনা।"
হায়ন-খরে লৈপাক মীয়াম -"ত্থমিল-লৈয়্থ ওসিদি
খোংলেনগী থাং চাজনি।" হায়না মহৈ মহৈদি
খায়রকই লৈপাক্কো। যুবরাজ পাখংখরে—
"মত্থং কোম্থ কোবনি পেন্না কোজকৌরগে—
হো ইমাক ইবুংঙোবু। ডা পায়্থ ইমাক ইমাক।"
হায়না ল্লাওরকপা লেপ্তে লোয়-ককা শংখিল্লে।

ইমাক ইবুংঙোদগী থুমনথিবা অহুনা,
"ইমা ইবুংঙো" ভারে। "ইমা ইবুংঙো তা পায়ু"
যুবরাজ লাওথরে। চিংথু-মতৌ উবদা
খোংলেন-চাওবা পেনথরে মোইরাং নিংথৌ হুংঙাইরে॥
তিন্-কাং উচেক রায়া-কাও লোইনা পুম্হা-হরাওরে।
থুমন মানা পাম্ব-বু কাবা মতম অহুদা,
চাইথগনি হায়রুনা পায়নরম্বা পারিজাত
মতাং সিদা চাইথরে। প্রজা পুম্বা হরাওরে॥
থৌদৌ অসি উবদা মোইরাং পোংলেন অথৌবা—
মশোং উনা লৈরক্লে—থুমন মচা কৌরুনা,—
"পারি-ইবুংঙো-খম্বা! করিনে! তা পায়দানা
কৈ কায়-হায়বদি, মচিন থিবা ৎনানা হায়?
পারি-খম্বা তা পায়।" হায়না লাওরে খোংলেম্না।
মপায় রাহু ভাবদা খম্বা অমুক চংহুনা
তা অনি শংথরে। চাওবনা -"ইতাও খোংলেন
শিংইদকো নং অসে" হায়না খোংলেন থাগৎলে।
নিংথৌনা—"ইনাওদি ইমাক হায়না কৌথরেকো
ঐদি কৌহৌদরে ভৌঙমদবা খোংলেন-অসে
শোইদে কৌনি ঐহাকপু ইশেন অহন হায়রুনা।"
থরি। থল্লিঙৈ মক্তা নমহায় ওইনা খোংলেম্না—
"মিং চুম্থোকনহৌরসে" হায়না নিংথৌ কৌরকই।
নিংথৌনা - "ঐদি ওম্মোই, নিংঙোন পোকপা মপাগা"
সনা য়াথং থম্মকই। "করে করে অহুদি"

হায়না থোংলেন কৌরকই—"ইসেন্ যুবরাজবু।
নমাক্কী অত-তায়নি, ইসেন ইবাই ঐখোইবু,
য়েঙবা মলোম কোঙ্গরসে।—ইবাই মক্সিবু
কোঙ্গরসি" হেক খুমই। কিবোই থংবোই যুবরাজ।
"কেগে থংদবা থংঙো মোইরাং তাদ-তাহৌরো
ঐখোই মলোম কোঙ্গরে" হায়না থোংলেন লাওথরে।
থোংলেন চুম্না লাওখিদে সিঙ্ক টরোইনরবা
থোক্ফম 'মগা লোইননা থোইরেন-তাক্কা লাওথরে।।
মুরা অহুম তারকই—মুংশাখিব মাকোংনা
মরোন ইশেং শেংঙমদে। "করিনো লাওনথরে
লাই নিংউ" হায়ডুনা লাই-দা পংনিং নিংনখ্রে।
সোমদা থোংলেন, খম্ববু ছুইগোইশিং—এংগোই-নাম্রে।
ময়াদা শায়বা পাম্ন চিম্না ফংনা ইনথরে,
থাংনা তানা চংদবা কৈশী হু-মু কাত্রবা
মন্ত্রপদি লোইননা।। "পারি ইবুংঙো চঙেডা!
তারোন-তা-দো থনম্মো! হাকথং তা-তা মপায়রো—
করি কায়গবনো।" হায়রে। খুমন মচাদো
হাকথংতা-দা পায়ডুনা পুরেম্বশী খুংসু-তা,
পমুং চংখ্রে খম্বদো। থোংলেন তম্না লাওরকই—
"হান্দক থম্বা চংবদা কনা 'মতা চংগনু,
তাবাংবনি হায়ডুনা।" মুম্না তৌনা খিংলকই।
ময়ুংদা লৌথাই অমা চংখ্রবদা খম্বনা।
চাওবা ফীরান হাইডুনা ফৈরোইজাম্বা মচাদা

চঙেঙা হায়না ভাক্লকই। কৈরোইজাম্বা চংলক্লে।
খোংলেম্না উরে—"হাই হাই! লৱাই মচা কনানো?
খুমন ইচা খম্বগী মনা য়েঙগে হায়না
চংইবরা খোরকউ।" হায়না খোংলেন লাওরকই।
মুবনা—"ভুম্বশিং ভুক খোক্লগদি ওসি,
সগাইদগীমে খোক-হেক ইম্বরমগদবনি।—
করি মুবা।—ইবুংঙো! নমাক ইবুংঙো।" হায়।
"হো কৈরোইজাম্বা।—ইমান ইবুংঙো! ঐদি
চংজনিংবা নংচদে। হোরেন খুমন মচেম্না
'কনা লৈজদববু ইন্‌বিদবোইরেদকো'
হায়না খন্‌থিগবরা— কনাগুম্বা অমনা
ভম্মু খোৎলুমগদি মুজা পুক্লিং মুংশিনি
'কুশৈম্ম য়েংনা লৈবোইরে' হায়থিগনি হায়বগী
নমোম মমায় য়েংবগী চংজবনি নবাই ঐ।
ইমান করি নংভবা খনবিবগে ঐহাকপু!
হৌজিক মক্তি চংখিরোই। অসোই-অভাম লাকপদা
চংজগনি নমাক্লা।" হায়, কৈরোইজাম্বনা॥
মমাক্কী বা ভাবদা খোংলেন পুমপেম পেন্‌বিথি,
খুমন চম্নু লাইরবী মাবু কাওরমদবন্থ
মত্রি মানা উবদা। খোংলেম্না—"চুমই চুমই
ইবুংঙো অহুমকপু, অঙোম হায়বা নহোয়-সি
মক্কবু কিদি কিদে খরদি মখোই।" হায়॥
চাওবনা—"ভানিংদে-হাই! হিঃ হিঃ অঙোম লৈবোইনা।"

সুয়া হায়নৈ মুংঙাইনৈ। খুমন লমজা খম্বনা
ঙায়রক্লে পাম্বদো। কৌ হৌ হৌ। হায়না চেল্লি।
ইচা মীনৌ থোম্বাংনৈ, মতৌ অমা ওইরক্লে।
মুকথ্রবী নোংথাং-পাইগুমই, থোইরেন মশা খম্ব—
মঙম গুম্বা ঙায়রে। পাম্ব-মানা খম্ববু
হম্না হম্না য়েংঙকই "বৈষ্ণব নংদি লাক্লবোই"
হায়না কৌ কৌতুনা চেল্লি। লৈপাক পূম্বা উরে॥
"হাইমাই পেমা চাওরেদা, খুজিন সিনা শাংইবা,
মথা সিনা পাকইবা," ভাংনরকই লৈপাক্না॥
ভাংথক-লৈত্তে খম্বদো ভান্নরকই কৈ-হুবু॥
লৌ-সঙম্ অমগী লমদা মঙাইরক্লবদা
চপ-লেপই গু্রং-গু্রং ভংই, পাম্বা চোংসিন-গদৌবা
মতৌমক হেক মাহুলল্লি। "ইপা মচা নোংখাইগে"
হায়না খম্বা লৈপাক্তা, দম্-হেক ফুবগা, ভাজিল
হাইগৎলকপগা কৈদো চেনখ্রে অমুক হন্দুনা॥
পাম্বা মানা চেনবসি কৈগী মতুং ইন্দরে।
কোইনা কোইনা খম্বনা থংলক্লে পাম্বা মাংদা॥
কৈনা য়ানা শাং-মথৈ চেল্লি খম্বনা ভম্না
লম্বী শম্না হেক থংলি। মমৈত্তুদা কৈ অদো—
সগাই মথোং কোয়তুনা চেল্লকই লৈনা লৈনা॥
খম্বা—চৎপ-চৎপদা মবাই কৈরোইজাম্বসু
মসেন-মতুং ইল্লকই। লৈনা লৈনা ভানবদা
কৈরোইজাম্বনা মাংদা অমুক হেক ভারকপম্ম

য়াওই স্নুম্না তাম্নরি। নোংয়াই মবাই য়েংলুনা—
"ইবাই-ইবুংঙো মাংদা চেনবিগন্নু" হায়রকই।
কৈনা মাংদা থম্বগা মসেন মবাই অনিনা
তুং থংনা তান্নরকই। পন্ অসিনা চাওবদি
চিংনা কোয়বা লোক্নুংনি, তম্পাক মচা অমনি॥
থম্বনা কৈ তান্নরকপা, কৈ ফংগদবসি,
পরি য়াংথৈদগীনা পরি নিফু মঙাইরে,
নিফুদগী কুনথরা; কুম্থরাদগী কুম্নি,
কুনদগী তরা স্নুম্না, তরাদগী মঙাতা,
মঙাদগী মরিতা, মরিদগী অহুম্নি,
অহুমদগী অনি-নি, অনিদগী অমদা,
অমদগী লৌরাকতা, লৌরাকতগী সংঙমনি॥
মতম অসিদা কৈনা নিংথৌগী পম্মাং য়োরে॥
কৈনা—অসিরাইদা প্রান্-থারগে-হায়না নিংখ্রে।
পাম্বা ফুজিল্লকই কৈরোইজাম্বদি কৈ অতুগা
লৌরাক অমা লাপ্পরি। নিংথৌগী সগাই তমখ্রে॥
পাম্বা থুংচাও অনিনা সগাই থাচেং পায়থরে॥
কৈনা প্র প্রেপ কাথংলি। "মাংঙে করম্মো কৈসি
নিংথৌ তমখ্রে করম্মো! পারি ইবুংঙো! মাংঙে
লাইরেকন্নু শাজোবা!" হায়না মচা কৌহুনা
থোংলেন-চাওবা অনিদো হোৌগংখ্রে সগাই-থক্তা॥
ফুজিল্লহুনা থম্বা, কাথংলিবা কৈহুগী
মমৈ পাক শায়হুনা চিংথখগদি, কৈ অহুনা

লৈমাক [illegible] অবশা, নোংথাংবুরা [illegible]
খুংকা খোংলো শিল্লন, পাম্বা মবৈ [illegible]
নোংমাই-খোংনা নেংশগা, কৈ মণ্ডকা মখুংকা
লোইশহুনা লৈরকপা চিকে হাবনা কৈ-হুনা
মতুংলোমদা [illegible]কপা,—পাম্বা সণ্ড লোয়াবা
কৈরেন খুংনা শোইরগা পাম্বা য়া-না হৈরবা
পাম্বা য়ানা শোইরগা কৈরেন খুংনা হৈরবা
চামা-লাকএ চামাগী অমা লাকএ অমগী
অহৌবদা পাম্ব-নি নোংথাংদগী হেন্নদি
থুথরবা কৈহুনা খম্বা মানা হায়থরে ॥—
খম্বা উমংগে হায়হুনা কৈনা ময়া কাহুবা
সং-লৈশিল্লকপমক্তা নোংমাই খোংকম লৈ-দা-খিদ,
খুথম-চেং-নপ-সিন্দুনা কাখোরকপা ময়াদা,—
থাংগ-খোকতি করাং-খোক, পম্বৌ মাগী মখুং-দু—
নোংমাই খুংদু-তা-হুনা থুম্না থিল্লে কৈ-অদো ॥
কৈগী মখুং অনিনা খুমন্ তাখোক—তাপ-নায় ।
মবাই কুজিল্লতুনা মসেনগী-তা পাংথরে ॥
থেকংলকপা পাম্বগী মণ্ডক-শমদা মবাইগী
অথৌবদি হুইহুনা অকিবাইবা লৈতনা
চোংসিন্দুনা লাকউরে । কৈরোইজাম্বা—তাম্বোকই ।
থাম্বী মানা চান্নবা মমৈ কারম্ কারুবা
কৈগী 'হুদা অমুক্তা লাকএ হুইদো তাম্বোকই ।
হুইহু কমহুনা লৈরে । মতম থর অনিদা

চিংশা নাপোম শুম্মবা খুমন পাংগল চাওবা
মাপী তাপী চৈথানা পাম্বা লেঙ্গ য়াদরে।
কৈরো মসিং উররক্নে। খম্বনা—"ইবাইবু।
থাদোকও" হায়দুনা তা অনিমক থাদোক্লখরে।
কৈ থরাই থাক্লিডৌদা—পাম্বা মথোং মরিদা,
শুম্মাই-পায়সিল্লদুনা থাংগৎলকই খম্বনা।
মবুথৌ থাংজিং লাইদা কৈরেন অহু কৎখরে॥
কৈহু লৈপাক্কা খম্বা খম্বগা পাম্বা অদো
মথল্লাই অহুম থারে॥ মপা থোংলেন সগাইদৈ—
"কৈ চংনা ফারে ইচাম্বু" হায়না মোইরাং লৈপাকপু
লেগাক তানা লাওখরে। মোইরাং নিংথৌশু য়ারে।
হুইরোই লম্বোং চংলক্নে। পাম্বা তেংথা না-য়াইরে।
উনা থাংবম্ থেৎখরে—ময়া কবাক খনখরে।
মমৈ ফীরান শানদি পুল্লে-পাম্বা অহুবু,
সগাই খক্তা হাপখরে। কৈরোইনা পুথোরক্নে।
শারাও-লা-লাওথোন লাওরে, কৈ থারে সনা মাংদা॥
নোংয়াই মসেন মবাইগা লোইনহুনদি—ময়ুম,
কেগে লৈপাক পুম্নমক লাওরে "জয়" ধনিবু॥
তেংগোল তকসিন থিহুনা পৈরে সনা মাংদদি।
লৈপাক মীয়াম অপুম্বা পাম্বা মাবু য়েংনখ্রে।
"মাংজম-চংডা মপানা 'থৌবা মহাক খক-তুদা
অমুক থোকথি অহুগা হান্নক মচা হাক্তকা
থোক্লবসি মতাইদি মতুংদদি উররোই"
থাগৎনরে অপুম্বা লমজা খম্বা মহাকপু॥

১৯

# ফুবালাগী কৈবাও পুরকপা হন্নুবা

খঙনা কৈ হেক কাবা মীয়াম চাইজিংশিদা
ফুবালাদে অশোমবা অকন মতম ওইরবা,
অমা ফুগৎলকই "এ্রৈ পাংগন শোক্লবা মীনি,
ময়াম সিপা হোরেম্দি খুদোং চায়োই। অচৌবা
নিপা অমদি হোৎলে, কৈনা, শিবা ভারেসে।
অচৌবা অমনা কারে।" লাকই ওাংন-ওাংনা।
খোইরেনজাক-তনা খোংলেন-চাওবা অনি চংলুনা,
কামু-কাইথেং-উচুং-সৌজুং মুবরা হায়লুনা,
নোংয়াই মাবু য়েংনরি। কৈরোইজাম্বা মমাকপু
মকু খোংলেন-মন্নিনা—"মাকলোরেল ও সেলুংবা।
ইমোম থয় কৌবিবু য়োনজলুনা নংওোন্দা
পিজবদি মতিক চাই।" থাগৎপিরে মুংঙাইনৈ।
খোংলেন-চাওবা-সলাংনে ভিক্লে মখোই অপুম্বা।
পান্না-তপ্লাই ইমরি, উন্বী কচক্ হৌলুনা
খোংলেনবনা—"ইবুংঙো। ইমোম থয় কৌবিনে
নূরাশিংদি থরবু ফুবালাগী লোকোক্তা
পাম্বা কৈবাও তারি-হায়। বারয়গনি নং ফুক্
লাংগোই অমা তোংথো কৈবাও অসি হারবিক্ল"
হায়না মমাক ইবুংঙো কৈরোইজাম্বদা খৌদায়।
মকুই হাসি ভাবদা কৈরোইজাম্বদো কিংই,—

অহুক অকল ওইরবা চহি মশিং থঙ্করবা।
থোক্কম অহু লিকনা পাইজ ময়া ডারবা
থোংলেন কৌবা মকুপী থোজেন থোন থোক অহুম্
ওসি নিকুপ নিদদি কৈরোজাবরই মনাম্না—
বসন্তগী মপাও-দা পুকরবা কোকিলগী
মতা মুখা থোঙ্গাংদে হেন্না নৌনা থোকথরে॥
কৈরোইজাবা হৈনিংদে অহন মাথং ওইবগী
ইন্দ-মাধ-ইনথওম—লাংগোই থৌরাং তৌথরে॥
অসোয়বদি ইবেম্মা নিংথৌ মচা থোইবীদো,
লোম্বান মানা তুখিবা—পাম্বা অমুক কারকপা,
রা রা-জাওবা অসিদা—"কমি ওইরমিগবা"
হায়বা সিগী থবুখদা রাখিবনা তোংইবা,
তেন্না মকোন ওইহনা পুময়াং মাংনা লৈরকই।
নোংমাই শকথংহৈদগী লোইন-মকপা অপুম্বা
মথং মথং নিংশিঙেঙ—মায়থোং থাজ মানবীদো
পিনা কংবা লৈরকতে। চিন্দি থোক্কে থোইবীদো
খুমন মাবু কৌমকই—"মাঙেঙদকো ইবুংঙো।
ওসি কৌবা মুমিংডা পাম্ব-মধুবাজুদা
মাইবী মাংবা থোক্লদি ননাও কমি ওইগনি।
খংনজরমমবদি ননাও রায়োইদনিকো।
ননাও কমি থবেনা পম্মৌ লৈরাং লৈকোন-মুং
ইমোম শাংচমবগী কোয়ৌ মৈম্মা থাগ্নেনা
ইমোম কৈজরম্মদি মমু রায়োইকখনি।

পাথং ওইবা মহাকপু থংলেন কয়া য়ারবা ॥
নুরা ইস্থংলাংশিদি য়াইবী মাংগলৌবশা
মাঙ কয়া ওইরবা। ইপাই মাঙোন লাংছনা
ননাও করি থংদানা লৈজরবা হুমিংজো—
পাথং ওইবা নহাক্তা লমজা শিয়াংগনিদি
থুমন-মংমা লাকপিদো—ননাও থমোই লকাদা
চুজহৌবা হুমিংনি, মঙদা থুনবা মনিঙম
নিঙোন ইরল্ ওইজরুই। দাইম-থাংগোক শকহনা
মাঙ ইরেন হনথরে ॥ পাথং মপাও থোন-ঙুবু
ননাও ভাখিত্রবদা চহি কয়া কয়াম্নি,
ননাও ঐনা ভাঙরবা ॥ থুমন চঙ্গু নচেয়া
মোইরাং থোয়ি কৈথেন্দা মূরা মপা চাদানা
শিংজা য়োয়-লৈরম্মে। ননাও ঐনা নমহনা
নূরা ইতা শায়মে। নোংমাই চঙ্গু নচেয়া
লংদা লংজিন ওইহনা পাথং শকপু উঠৈজদো
অমুক হয়া থোইবীনা, নিঙ্গোল-লাকপে কাংশংদা ॥
কেগে লোক্তাক লমনমদা শরি নামুং শোয়জে ॥
মোইরাং কাংজৈবুংহদা লৈপাক য়াকোং শকপিরে।
পাবুং পামা পাম্বোম-ওই, মাঙ চোংথোকপিমর্দি।
নোংমাই মতম নংতানা কারে লাহঙে মোইরাংদা।
থাংজিং লাইদা হুনাংদা থংজেন মাক্তা চংহনা
জগোই শাজে মনাওনা। থপু মোইরাং নিংথৌনে
ঐবু লোকনা ইপানে—লাইদা লৈরোং কংগঙম

খরাই খক্তা লৈহাপ্লে, পিনবনি নমাওবু
মাঙ্গ নংগী কা-হুদা ।।  মমাও ইস্লুং লাংগীদি
কাক্তা লমজেন চেনবনি ।  মুক্লা যাত্রা থারেদো ।
অহুদস্থু পিখনি ।  থংলেন কাদা অহু কাও
মমাও য়াইথুংজদরে ।  ইকোপপুংদা কাও কায়ে
লাইমল্-লাংদা ভেমশিঙ্গে মমাও ইস্লুং লাংগিদি,
য়াইবী খুবাক ছাপ্তুনা ।।  পিনবিরে হুদস্থু
মাঙ্গ নংগী কাদদি থুংখিদরে ইবুংভো ।।
উকাই কালেন কায়দি থংলেন য়াইবী মাংকবা
খুমন নংগী দোশানি ।  হৈজিং পুরে, হুদগী—
তোর্ব্বুং শাদানবহুদি থংলেন করি হায়সিগে,
অচৌবদি লাংকমনি—মমাও ইস্লুং লাংগিনি ।।
থোইরাং থোরি কৈথেল্দা ইপুং মমৈ ওইবদা
শামু থোংদা য়েংপবু য়াইবী মাংউবহুবু,
কনাই মস্লুং লাংগীনো—মমাও ঐগী দমকনি ।
খুমন নংগী কাহুদা লাম্নবগী ইপাবু
কৈস্নুম সংদা থম্বদা শাওরক্নুনা ইপানা
মমাও ঐবু থাবিরে—কবো লোইদা চৎহল্লে ।
থোয়ুম মাগী নোংদমদি সেম্থি লোইদৈ লাকচরে ।
থংলেন নংগী কাহুদা থুংলগরা নিংববু,
অঙোম মচা ফংত্তবা পাপী নোংবান মহাক্লা
পায়মা থাবা ইপাগা অনিমক্লা য়েংলেদো ।।
মাঙ্গ কাদা মমাওবু থুজ্ঞরোইজা ইবুঙ্গো ।

লৈপাক ৱায়েন তৌবদা তাইবং-মীনা ঙমদরে
ননাও ঐগী বিচার অয়োইবদি ছোৌজিক্তি
থোয়ুম মথুৱাক-তুদা লৈথরেদো লোইনবা ॥"
ৱাখল অসি তৌবদা থোইবী পুমঙাও তাওথরে।
নূরা মাগী ৱাখনদো স্বর্গ পাতাল অনিদা
মিকুপ অমৈ মমুংদা চামরক হন্না কোয়রে।
সোরি থুংতা পায়হনা ৱাখন সুন্দা লৈরকই।
মুরা মনিং-থম্মূনা চিংগুম লুম্না খাম্মকই,—
"হাথিগম্নু ইবেম্মা পাম্বা কৈবাও তারগা
শিরে নত্তে নথস্তা শিগদনি থম্মু্মু,
নিংহৈদেদো থনথিম্নু" হায়না থোইবী মহাকপু ॥
সুম্না ৱানা লৈম্লিঙৈ ফুবালাগী লোকোক্তি
নূরা শিংনা লৈরিবা লমদম হুদা হম্নুবা,
ফুবালাগী নিপাদো কোং-লাওনা ফক কাওরক্লে।
নূরা অহম্না উরে মজাই বেম্মা থোইবীনা—
"ইনম্মা।—ইবেম্মা।—হংসিদো 'হম্নুব-সিদা।—
হংসি মজা ইবেম্মা।" হায়নৈ। নূরা থোইবীনা—
হা ইপু।—কনানো হায়। লৈপাক নিংথৌ কুম্মৈনা।
শাগী লানগী মতমদা করিদৌরি অহুদা
সিনা ঙাক্কি মোইরাংসে লৈপাক ৱাথোক ওইরিবা
কুমথি কুমপাংঙিবনে কনা কনাই মচানো ?
হায়বিরক্লে চৈমক্লে। নূরা মম্নুং লাংগীদি
মোইরাং ৱাথোক ওইবনে হম্নুবনু শাওজদে,

নুরা মনোম ইকাইরে। খিখি-খাবু মিংশিংই।
মজাইবেমা থোইবীনা—"হা ইপু শাওবিখিগনো।
ঐখোইনিনে ইপু-ও। পেরুক পেদায় খিজবা
লাইয়' মচা ওইবগী চাদ-য়াদবগী
লাক্লবনি ঐখোইসে। কৈবু কনা ফাবগে?—
চাওক্লে-কৈদো?— অহুবু কনামবু ফাবগে?—
চাওখরেদা ইছু-শা অমা কৈনা শোকহৌরে,
অমনা মুক-কাহোরে।" হায়, হনুবা চংখরে।
মতম অসি কাওবসি মজাইবেম্মা থোইবীগী
মথুং পায়না-থম্বসি থাদোকতরি খমুনা॥
থোইবীনা—"ইনম্মা। পাওদম অসি মুংঙাইতে,
থাদোকপিয়ু অমুক্তা।— করিগীনো ইবেম্মা?—
হনুবসি থাম্মুগে।"— হায়রহুনা থোইবীনা
প্রপ্রপ চেনসিনখিহুনা মতুংলোমদৈ তাম্লকপা
নুরা থোইবী মথুংনা অহন হুগী লুপমদা
তাপ-পায়বদা অহন্দো শোন্নবদি ওইবনা
থুরু থুদক কুনথরে তুথোকথরে অহন্দো॥
অহন্নুনো খংখিবা হায়নিংঙাইদি লৈখিত্রে।
নোংবান কৈনা শোকখিবা খুমন মানা পাম্বু
তায়খিবা, কানবা, মতৌ অহু উয়কপা,
হুগী মিহুন অহুবে—অথংবগা লোয়ননা—
"লোনোগী মচা কনানো হাই?—ঐগি ইপু!—
ঐ-য়াইব-দে?—ঐনিবে, কৈ কনানা ফাবগে?—

নংদি কৈকদৌনগেগে ?—থংনিজিঙদনা—ইপু !—
খুমন্-ইবুংঙো খম্বা অঙাং সিজ মরানা,
কারে কৈদো, নোংবান্দি পাম্বা কৈথা থাদরে,
নোংবান শোকলে হাই অঙো—ধর্ম হান্নবনে লৈ-হাই।—
শোইত্রবরা ইপু ? কারে।—ইপু পান্না চাওনে”
হায়না মজাহংবেম্মনা পান্না খুদপ পিজরে।
“হবেম্মা ইপুদিনে শোইত্রবদি ওমদরে।—
হুদি ইপু শোইগেকো।” হায়না শোঙরে পান্নাদো
থোইবী সনা খুৎ-মক্না। পিজরে। “মাবোগন্থ
সুংডাইরে, ইপু! সেসে কৈবাও-পুখিরক-পৈনি”
হায়না সনা খুৎমক্না অহনবা পোনদেন অমা,
অহন হুগী মথ্‌ংদা ইরেন পুনশিনবিরে॥
“নিংথম কৈজুপ ওইয়ুকো সুংডাহরে ইপু চৎলো”—
হায়রে থোইবীনা। অমুক—“ইপু ঐবুদি, য়েঙ্ঙো,
ইপুদি থংবরা ?—নংবু কনানা থংজিনি।—
ঐনে থোইবী হায়বিদো, ইপু মমিং তাদরা ?—
হীঃ ননাই ইপুদি থংউদরেনা ইবেম্মা!”
হায়না ইবেম্মবু খুরম্মে। “ইবেম্মা মাবোম্থ,
অপরাধ তৌবিয়ু! ইপু লোইশং কাদরে,
অহল ওইরে হায়হুনা ইথৌ কোকপিরে থ্‌ইনা।
লৈপাক মীরক ফিজরে—কোক্কৌ বক্তা কোন্নবা
থাজওগী ইবেম্মা! নূরা মংগী খক-হুবু
থংউদরে—অসিনা। তোঙানি ইপুদি ;

ফুংগাই-য়াইবী মরাং-কাই, খুমন নাক্তা য়াইথঙ্গৈ
ইপুই পুন্সি কংজুনা নপু ননাই পাল্লকো।
ইপু থোর পিগেকো।।" হায়রে অহল অচুনা
থবাই মঙা য়াওনমক থোর পিরে থোইবীদু।।
পাল্লা মতপ অনি 'মা অমুক সোইরে থাদোইনা
মতপ অমা ইনবীরে মতপ অমা লমথাংদা
'ইপু চাখো' হায়দুনা কিশিনবিরে ফিজিদা।
হান্না মানা য়েংলকপা খুদৈ অহু লৌথোক্লে।
হৈনম্ লৈনম্ চুরবা সনা খুৎনা পায়রকপা
খুদৈ অমা য়েৎপিরে। ফুবালাগী অহন্দো
মন্নুম লোমদা চংথরে। থর চংলি অহন্দো
হন্না হেক হেক ময়েংই। হন্না য়েংব মক্তদা
মঙক অহু পৈদোরে। "করি মনিং-থিজনো
নিংথৌ মচা ইবেম্মা, মাসিনা ফজবসি
মাংলম চংজা উথিজ্রি ফজৈ ফজৈ নিংথিজৈ।"
অহল অদো মতোমদা মুকম্ মুকম্ হেক-শোল্লি।
মপাম্বোম্ হেক্ তিংথোকই মতোমদা য়েংই ওাংই—
"নহা ওইরিবৈশিং তুক থোক্-অমৈদি ঐথোইম্ব,
লাইবক য়েংগনি-হাই। থেংনবা য়াইনা কৈনো।"
হন্না খনখি অহন্দো। মতম কুইনা কংলবা
উক্রোং উরাং ওইব-দৈ বমজুনা লাকপদা
পামেন এনঙ্গিং চোংথওম অতন য়াথন পোকচখি।।
"ওসিদি, ঐপী ফুপী কমুবীদো থোইবী মুক

হেক-মজ্জিত্রি কাওবদি য়ৌ.গ লৈয়মথিসন্নু"
থম্না থম্না লাকপনা মম্নম কোম্মোং য়োরক্লে।
থোংগান্দগী— "তো মুপী। হম্নুবী নং ঙসিদি
লৈরম্মুদো থংগনি।" হায়না তোমনা লাওরকই ॥
চাক থোংলমবা হনুবী ভারে মাংগোন থোরকই ॥
হম্নুবীতুনা লেপ্পা মাংগোন দাম্নি অতুদা,
উরে হম্নুবতুনা—মানা নিংঙকপ-তুগা,
মজাইবেম্মা থোইবীগা, হম্নুবীগা য়েংবদা,
অহন মতম ওইরবী লাইরম্নবী ওইবগী
পোমক্রী হাওদি শেংপনে চাথুমদৈগা থোরক্লে,
হম্নুবগী মমিংতা শক-তু থম্ন থেনরে ॥
"হায়ম্নিউে মক্তা তোরে" হায়বা অহল অতুনা
চৈস্থু থাংগংলতুনা চেনসিন্নক্লে কোম্মোংদৈ।
মতম কুইনা মহাক্কী মনাই ওইজরকলবী
মুপী অহল অদো ঙসি মুমিং অসিদি
করিগুম্বা অমতং তোরে হায়বা হম্নুবী
থংঙ্গে উরে ভপেংনা। তোরেন মপাম-বোম অদো,
শৌক হাইগংচতুনা ঙাকপা ঙমজহৌজ্রবদি
মকোক কাইনি হায়তুনা হাইগংলকপা থোংগান্দা
চৈস্থু, হম্নুবী তুনা ঙাকপা হৌরে মাংগোন্দা ॥
অমনা চৈ হাইগংলে অমা' মথুং থাংগংলে,
হম্নুবা হম্নুবী 'নি মাংগোন-তুদা লৈলরে ॥
হম্নুবাতুনা হায়—"নিংবম্না নং ?—নিংতুনবু,

নবাই ওইরিমন-ঐ।— ভং। অহল-ওইররবা
মতম সিবা করম্না তঙনগনি হন্নুবা।—
করগে হায়্ নহাই? হায়্ থিরে হায়ুনে?—
করম্নগে।— লৈম সিজবী পাম্নদি খুদোল্,
খুদল করবা হায়্-হাই।” তন্নু হন্নবীহনা,
হায়্ হায়্ হায়রিবা হন্নুবগী মাথংদো,
লোইনা পুম্ ইন ইজরে। স্নম্না লৈন লৈমনা
হন্নুবীদো ইমুংদা চাখুম্ন লোমদা চংলকই॥
হন্নুবাহন্নু চংখ্রে। তেংকোৎ লৈজদবগী
চাকখুম্ লৈমায় ’কুংপদা থাংগরা থাজহনা
ইনশাং হৈদোকচরমই হন্নুবদো মাহুদা
লুথম য়েনা নাম্বুরে। ইনসাংন্নু পান্ থোংঙমই
মূর্তি থিরে অঙন্দো মঙৌ ময়া কাথরে।
হন্নুবা তিংদম শিরে—মুজা ঙমদাই ওইবীনা
থংলেন নাক্তা কমথরে—লয়াই কোইরেন থক্তুদা
লাইজ চাইজরহনা হোংনথরে মদোমদা॥
শিংথৌ মজা ইবেম্মা থাদোই মাগী মতাম্না
কেগে লৈক্নু লৈরাই-ওই, স্নকুম মম্বা মকম-কাও,
নূম্না মতান চংথরে অহন লোশা ওইরকই॥
সোমদা শুম্না হানম্নি অমরোমদা—কোনা—
চুদাই হেনবা লাংগোইবু, খৈরোইজাপা তোংহনা,
মুজা থম্নু লাইখমী মূম্ন-তাইবা মরমদম্,
চুবালাগী লোকোক-লোম থোইবেন-তাকতনী লাকই,

মহু নিংথৌ খম্বনা পান্বা কারে হাক্সবগী
কৈবাও হনগে হায়হুনা থোংজেল চাওবে মাথং-পু ॥
কোরৌ মৈনা শারবা ইথৌয়াংবা জীবনা
কংথিক্রবা লাইজবু কংলবদা মথুংতা,
থক্লগনি হাক্সবদি উরবদা মখিংতা,
থক্তি্‌ ঙৈগী পুক্লিংগুম্ মুরা অহুম অতুদি,
হন্নুবগী পাওদগী ভংথাই অমা ইংতল্মে।
অহল অদো থোইবীবু মশক থংলবহুদা,
থম্বা নোংবান অনিবু ওয়বরা হাক্সবগী,
য়ারম্বদা ভাইরম্মে। অশেংবদি থংমিংবা,
লৈজরমই অহুমদো ॥ কৈরোইজাম্বা লাকপদি
থাদোই মানা উরকই—"ইনম্মা ইবেম্মা অদা
লাংগোট তোংবা অময়থক লাকইবসি কনানো ?—
থংদে 'বেম্মা কনানো ?" হায়নরকই অহুম্না।
হায়নরিঙৈ অসিদা মবাই কৈরোইজাম্বা-দো,
চংনা চংনা থল্লকই—"এরা মুগী অময়,
উজরকতরি 'মিংতা। হৌজিক্তি ইসেন-'বুংতো,
ইমান থোইনা নিংবদো থুংবা য়ারে ইবেম্মা ॥"
স্তম্মা থল্লকপসিদা চায়নমক ইশৈ-হু
মশকলগে হায়বম্নু থোইনা কম্মা থল্লুদে
শকতোকথরে—"কেগে চেংগৈ পাংজুগী
অবাং ভাংথৌ থা-থবো, মায়কৈ লিগী স্নুংতোক্সদা
স্নুংদায় পাকন-লমদমজি, ইংথোদ্ চাওগোই তারিবা,

ইমান-'বুংঙো পুরেম্বা ; পুরেন-পুখ্রি লাইজ-থক্,
ইংলা লৈরাং শাৎচবি। ইমান-দি ঙাম্মরেম্বা
য়ুরেন-তোম্পোকপি 'বেম্বা, মাপ্পী লোইদাম্-গর্ভ-থুং
থাক্লৌ কীয়ান্-কম্, থোয়জৌ থাগা মিরুন-কম্,
লৈরাং ঙাংজ ইহুন-ভম্বা লৈ। শিঙেন নংনদি,
নহু নিংথৌ য়োকপদা লৈরাং ঙাংজেংনরবী।
ঙসি নহু নিংথৌদো লাবা পাংগন চাঙরেদো।
য়োকচ-মন্দো কংঙলি ; লৈরাং লৈকা ফন্জবা
শিঙেন ননিং তৌজবা, নঙান থোকপা মতমবু
লৈরাং নংগী ওইরেদো। সুম্বা মতম অসিদা
অঙোম চিংদা তোংবা-থোই লৈরাং পাম্বা ঐসিনা
লৈরাং নবু মুক্তুনা পন্থৌ পরিকোর-দা
থাজগেদি নিংঙকপা লোইদাম কুইরে ইবেম্মা।
ঙসিদগী হয়েংবু ইমুং অসি তৈরগা
কেগে উন্ঙম্ ইংগনি। মোইরাং য়াথোকপু লোক্টরে
চিংখু-য়াংগোন পুখ্রিদা শাৎচরবী লৈরাংদো
থুমন ইংথোন-মুংহুদা লৈরাং হোংজিন্নগনি
ইমুং থাংমৈ নদোৗঙম ঙান্নগনি খুমন্দা॥
থাংমৈ মৈরি য়েংলম্বা তমখিরবা মালংবা,
থিংখ্রে ঙসি মথোংবু। সেম্মোরেন-থম্বা মাস্থ
ইমান্-ইবুংঙোগী মোংবা-ময়ান-মাই ঙান্নলি,
অনিম্নুবা কাম্ঙম্না ঙাইবং মিন্নৌ চংঙরোই॥
পু-য়াংকোক্লুম ওন্-থোইনা, শান্নলি—লৈরাং-ও

তরেং শেন্না শেরেঙ্গুম লোংলগনি হান্নজ্জি ॥
পিক্ক উন্নেন নংলবী নংবু অতোম শার্গৈদা
শাংলগদৌ কোরোম্বু কন্না নিদি ম্নাংলিবা,
হাবু বিধি নোংন্দম্বা ॥"   হান্নরা ফৈরোইজাম্বমা
পাখং মদোম শকতোকখ্রে।   নুন্নাশিংনা শক-থডেও।
থাজ মায়থোং শিংহুদা নোংদোন লৈচিন থাওভম্বা,
ফৈরোইজাম্বা মপাওথোন মালংবনা হুমদোকখ্রে ॥
থাদোই মানা—"ইনম্মা।   তাদৈ 'বুংজো সেলুম্বা
নংভরনে অসিবো।   ঐথোই সিদা লৈ হান্নবা
থংবা তারে তাদ-না ভাবম্ন হুংঙাইনা-উই।
কুম্মৈ ভোসি লোংলুদো ?— ইনম্মা লোংলু হান্ননি
কৈ কান্নগবনোদা ইকাইজৈদা !—কৈদৌগে,
হেন্না 'নমা লোংলু-আইনি ?—করি ম্নানো ইবেম্মা।
ইকোক কোকপা অসিদা কদায়-লোংলুদগেনে ?—
লোংপদা লোংপিন্নবা, উপ্রাকমনা হিপ্পিন্ন।"
হান্নরে মচাই 'বেম্মনা।   নুন্না থম্ন, কৌবিনা
লম্-মরি মঙা ন্নোমদং হন্দোকতুনা নৌকোন্ধী
লবুক লৈরী' লম্-মেংবী, নুন্না পাংথক্ ওইনদি
হুংশিরবী লৈরাংনা পুক্লিং হুনা শাংলিবা
মালেম লৈদা শিন্দুনা, অতুই মথক অহুদা
হিপ্নে থম্ন উপ্রাক্না।   লাংতু্রা ফীবুম অমনা
থোইবী ইমেন কুপসিন্নে।   মুন্না অহুম লৈফসি
ফৈরোইজাম্বা অহুদি আদন্নীনা উন্নক্লে।

কৈরোইজাবা সগোলদা থোজিল্লকই অদোমদা ॥
থোইবীনা—"হো তদ কৈবু, কনা কাম্বগে ?—
ইবেম্মা ! মাচু নাইরি।—করি মিনা তুরি'-দে ?—
থৌজিন্তা অসি য়াইদা নুরা অহম স্রুমই।
অমদি ?—হাইবা ঐখোই অনিদনিনে তাদ।—
কোক অহুম উথিদা ?— হোয়—চুমই তাদা সেলুংবা,
চৌনৈ লৈশাবী গিদি-অথাম্বদৈ য়েঙ্ঙগা
মকোক লোংনা উবনি।— আদৈ সিদি করিনো ?—
ঐখা কৌ খমজবনি।— কৈনো কৌসি শাংইদা।—
ঐনা হনখিলহুদা শাংনা তাজ-খিবনি।—
মী মাজিদা মসিবো।" মতাং অসি য়োবদা
খম্বনা খন্নি— "ওসি হাইদোকুনা য়েংঙদি
চোম্বরনি শোইদেকো" নিংউবদগী খম্বদো
খজিকতংদা লেংউরে। মবাই কৈরোইজাম্বনা—
"বেম্মা কৌসি লেংইনা।—লেংজসহু করিনো।
লেংদবদে কৌবুদে স্রুংশিংননি কৈদোগে।—
হাংদোক্কেদো অহুদে ?—অমাংবা কৌনি তাদ।—
করিদগী মাংইবা ? - য়োং সেমু অভাওবীসে,
মমিং ওনজখিদরে, ঐথোইনা স্রুম্ লাকপদা
তাংখজয়াইদা চাইথ-শং 'মদা তাকরেনে সে,
অমুক তোইনা লোইরবনি শোকউবকা য়াঙ্গে।
লোঙ্গে ঐন্ত কৈ 'শিবা, মাখঙ্গে, চৈনা কোংথোকে।
য়েংগে শোরুপা য়াগদনি।" কৈরোইজাবৈ বাংসিদা

খুন্দকম শৈজে থোইবীদো "লেং-লাক্কনা" থিরম্ব
ইনম্মনিনে কৈদোৌনিগেদো। ইনম্মা সে,
হৌগংলু ময়ুহল্লোলাও।—করি বানে। ইবেম্মা।
ঐনা মৈগে হায়বরা?—" কৈরোইজাম্বা শাওশিমে।
"ইনম্মা, হৌগংলু" হায়বদা খম্ব হৌগংলে।
মোমোন-মোমোন্-নোক্তুনা মাহু উনদা মবাই
নোকই কৈরোইজাম্বসু খোয়রকম্ ভোই খম্বদা॥
ভাংবদি থোইবী য়োমদা মিংতি খম্বদা থমই।
কৈরোইজাম্বা মবাইদো—অনি নোক্নথিবসি
উরকপদা থোক্চবীনে সেন্নু কোবী মনাইনে
মুরা অনি মমিংতা চেল্লি পিশী ইরাবু॥
"লোং-লাকতুনা ভোববু করিগীনো?—লোংচদে
কোক-ভাওতুনা হিপ্পনি" গায়নৈ, অনি অম্ভুম্মা॥
থোইবী সেন্নু অনিদি খাথন অমা য়োমদদি,
লৈরুতুনা ভাহৌজে, চংখ্রে নাসোয় ওইনা॥
কৈরোইজাম্বনা য়েংথোরকপদা ইবেম্মবু
মিংতা পিবু ভাবদো টরে মুংশা থিরুরে,
শাওরবোইনা খঞ্জরুই। থাদোই মাপ কৈথোকই—
থোইবীনা "ভাদ ভসি কৈবু কমদোয়বগে?—
কম্দোবা হায়বা লৈতে পাম্বা ফারে গমাইল।—
করম হায়না ফাবগে?— ভামহুনা থিন্দুনা
ফাবনিদনা 'বেম্মা।— ভাদ উবিবরনে?—
করিনো উবাইবো, ভাবাংইবনি ঐনা॥—

য়েংনিংইদা অহুদে। নসেন্না পাম্বা ফাবা,
তাদ-'মুক্তা তম্বিন্নুবা ?—ইকাইদা ইবেম্মা !—
কনাবু ইকাইবগেনে ?— ননম্মা ইকাইনে।—
সেন্নু কী খজিন্নু হাই, ইনম্মাবু।" হায়রহনা
কী খজিরে। থোইবীগী, সনা ময়ুং কারবা,
লুপা মকেল ওইরবা, ইরফীহু, থোইবীনা,
কুপসিন্নুরে চরোংকী হাবুং অমদা, শিংনাং
থর শাংবা অমথক্ পিরে কৈরোইজাম্বদা ॥
"তাদ! সিনা তা ওইয়ু থিনবিন্নু কী অসিদা,
নচন-য়েংজগেকে" হায়। কৈরোইজাম্বা শিংনাঙদো
পায়রে চরৈ তাথৎলে।—"পুরেম্বগী মস্তুদে,
পুরেম্বগী মস্তুদে, পলেম-ঙাম্খরৈমগী
মপারিদে নহাদে। খুমন্ চন্নু খম্নুগী,
মৌপুরাদে খম্বদে, কৈরোইজাম্বি মসেন্দে,
থোংলেন-মন্ত্রি মচাদে— নোংথোম্বগী-মমাক্কে,
সনাং মাইবৈ মপারি, কেগে মোইরাং নিংথৌগী
মদাই-রেমদে খম্বদে, যুবরাজে পানাদে,
নৈরাং মকুম নঙানা কাক্লে-মেলৈ লাংবদে,
লম্দম্দানা লম-থোইবা এন্দম্দানা থাবদে,
ইকোপ-পুংদা তেম্-শিংবা লাইসা-লাংদা থৌশাবা,
ঙাংবা-শনবু-কাবদে, থাংমায় কৈথেন মচিদা
নিপা কুম্হা থেংনবা, মায়-ওন্দবা নহাদে,
কেগে থোরি কৈথেন্দা তম্বা নিফু মঙাগা

লান থেংনবা মতমদা তাওজ লৈরক্লবদে
য়াইশ-খোংদা পুন্দুনা কথেন-সোম্ম কারন্-থা
চিংখ্রবদা হিংলকপা, মোইরাং য়াংগোন লাইজ খক
শাৎচরবী অভোবী কবো তাবি মতৈদে
নহাদে লাঞ্জদবা খুমন্ মচা খম্বদে”—
হায়না কৈরোইজাম্বনা চোংসিন্দুনা শিংনাভ-না
খিন্দংলুরে কী অদো। খবং-ভংলে কী অদো ॥
মুংঙাইমনখরঙুনা মজাইবেম্মা খোইবীনা,
“হাহা য়ো” হায়ঙুনা নোকই খুবাক খুরঙুনা।
চরোং লাংনা অঙুদা পুল্লিবদি সগোন্দো
খংঙে বং-খদংতুনা চেম্মথরে খারোমদা ॥
খোইবী কৈম্ম থৌওইদে। খিনদংলবা কী অদো,
লৌশিল্লুরে অমুক্তা খুদোম্বীনা লৌশিল্লে,
অহোয়ননা সেগাইরে, হুকচিনবিরে কী অদো,
খম্বই মঙক-শম-হুদা—“বিচার তৌননি য়াদে,
হুমাং সৌহ হায়ঙুনা ফৌজরগা ফি অসে,
খিন্দংপিরে ভাদনা, ’নম্মা য়ারোই শিংবিয়ু।—
করিগীনো ইবেম্মা?— করি হায়দি করিনো?
ভাদনা তৌবিবনি। নৌপ্‌ানা তৌরবদি
শিংগদনি ঐহাক্লা।— অঙুবুদে। ইনম্মদি
অঙুদি করি শিঙেঙাই?—হোয় শিংগনি ইবেম্মা।”
হায়না লৌরে চরৈদো। খম্বু মমায় লৈখোকথি।
ফিহু মারি শাজিল্লে। হায়গীবু হেন্নদি

ইক-কনা পুখোকলে। খোইবী মানা "ইনশ্মা
শিংবিরম্ব" হায়রম্বনা চরৈ অম্ব লৌরগা
"লৌজরো সেম্ব" হায়না পিখোকখরে সেম্বনা ॥
ওগাক হরাওনরগা—"মনা পিবা য়াওরুগে"
হায়না কৈরোইজাম্বদো হনখ্রে খোইরেম্বাক লোমদা ॥
খোইবীনা ইনশ্মদি শারম্ব ঐ শাজগে,
"ইনশ্মা লাই শাবিরো ; সেম্ব নং পেনা খোংউ"
হায়রম্বনা খোইবীনদি শিল্লে, থম্ম্ব্ কৈপুংদা
ফম্বহল্লে লাই শাহল্লে। পেনা কৈতে হায়রম্বনা
সেম্বনা হুই খোংখরে। জগোই অসি হৌরক্লে।
সেম্বনা হুই খোংঙে, থম্মনা লাই-শারে, ওসি
খোইবী' শাবা জগোইসি ভাবোক প্রকৃতিনি।
লাই হরাওবগী অমুক, খুমন-মপা খোংলেম্না
জগোই তম্বীরকপদা পুং য়াওই, পুংখোল অদো,
সেম্ব খোইবী অনিনা য়াংগোন পৃথ্বি রোমদদি
খোরকপদা ইরুবা, তারে জগোই পুংখোন্দো ॥
অনি হংনরকপদা থম্বা মাবু খোংলেম্না
জগোই ওম্বি হায়বসি তারে মতম অম্বদা।
"ঐগা তারম্বগনি জগোই ওরাইরগেদি"
হায়না নুরা মহাক্না ওরাইখিবা জগোইদো
ওদি শারে অমুকা। ওসি জগোই অসিদি
খাংজিং লাইগী সুমাংদো শাখিদবা জগোইনি
জগোই অসি উবদি, উথি সেম্ব মতোমদা,

লাইবক-কবী খম্লো ওসি উরে জগোইসে।
স্বর্গ লাইরৈবাক-তগী লাইগী জগোই লেপ্লুনা
খোইবী জগোই য়েংনখ্রে।  খুমন মচা খম্বনা
পাম্বা কাবা মওমদা কুমৈ য়েংবা লাই-মাম্ভা
খোইবী জগোই য়েংতুনা পক্লে অমুক নমথাংদা।
শুম্মা ওাহাক শারগা হনখ্রে মুরা অহমদো।
মাংওইনবা চৎতুনা মোংবা মরান ম্লাই-মুদা
খম্বা হম্লকপগীদি লাংখ্রে অহুম অতুনা॥

# কৈগী মনা পিবা

খোইরেন তাকী লমদমদা প্রজা চোয়া তিনবদা,
য়েংতা চৎপা খোংলেপ্লি ওইদা মপা চাওবনি
খোইগী শাগল অনি-ওই। তুংদা চৎপা মবাইনা
খোইমু মমৈ ওইত্থনা খোইরা ওইবা য়াইদা-থং,
চিংজাও খোইমু খম্বনি; মপা মবাই মকুনে
অহুম সিনা য়োমত্থনা চংলকপনা নিংথিবা
পান্দম লৈতে য়েংবদা। ওক-লেন তোমচং শাগুম,
লাংগোই সামু য়াপনবা নোম্-নোম্-নোম্দি-লাকপদি
পেনবা লৈতে উবগী য়েংজবদা প্রজানা॥
সনা মাংদা চংলক্লে—খুমন অঙাং খম্বদো।
"য়ায়োই-চিংগী খোইরাবা—ভয়ুম খম্বা চংলকউ।
ইপু অনি কজেদা, কৈয়োইজাখা সেলুংবা।—
তংত মুহি থ্‌াংনোবা, খোইরা মানা তোবগুম্,
গুংথিন চুপ্পা খোই মানা লৈরাং কৈদা লৈবগে,
থিরুবদৈ মুমদাংরাই শিঙেন মকম থংত্থনা
খোইমু মানা লাকপগুম নিংথিজেদা ইবুংঙো॥
কমজরিবা ঐহাকী ইতিক চাদে-সিমকপু,
লৈরাং খম্বান ওইজগে। অঙাং নংগী নগুয়া
মহেন্‌বনি চঙ্ককউ।" হায়না নিংথৌ কৌরকই॥
সনা মাংদা খম্বনা খুরুখুদক লৈদা কুল—

ননাই ঐদি লমজানি, ইপা হাক্তকতনীনা
পম্বৌ মাবু শেম্বিবা, শেম্বিরকপা মপুনি,
নাঋা ইহাক থক্তম্মু শেম্বিরিবা মপুনি।
কৃপা বিন্দু অমত্তং কংজনবা আশাদা
মপু সনা চোরোন্দা চংজরকই ননাই ঐ।—
তম্নুম থম্বা নঙোন্দা পিনিংবগী ঙমথেদো
থিবা কংদে ইবুংঙো। অপিবনা মন্নাংপা
নংগী গুন্না মহেনবা থোক্লে থম্বা ঐঙোন্দা॥
তোল্লবা নিংথৌ ঐনা ন্নারোঁগম্নু চংলকউ।
ইন্নকইবা নথোইস্নু ন্নারোঁবিন্নু ঐহাকপু।
হোরেন বৈষ্ণব অসিনা মনিং থুংঙকত্রবদা
মেনবিন্নকো থ্বাই-হুনা। লা-না ন্নাংলে, লৈনা-শিল;
লৈনা ন্নাংলে, লা-না শিল, শিনবিন্নকো থ্বাইসিনা।"
তাকপি সনা ন্নাংথংদো॥ সনাই-সনা ওইরবা
মপুই ন্নাথং তাবদা পি তানরে মিৎ মিৎতা॥
"মীয়োক-মীচান কজবা নিংথোরেন্দি" হায়হুনা
থমোই ন্নাথং অমৃত—থোইগী মশক ওইরবা
থকই মন্নাম অসিনা। চুপচে মতৌ অম্মুন্না॥
থুমন্ মানা থুমজরে—"কেগে নিংথৌ পুন্নিক্লাই,
কেগে-শিংথোং-লমগাই-গুম্বা-ইনিংথোবু। ননাই
লমজা ওইরবনি সনা মনি মুক্তাগী
গুন্দি সারা থংজদে। সনা ন্নাথং অমৃত
থকচবনা ঐগীদি লমজা থমোই ইংজরে।

মাসিতগী অমাংনি" খুমজে কোংঙাই অঙম্বা।
থোংলেন-চাওবা অচৌবু, খুমজৈ ঙম্না লোইনবা ॥
"মুংঙাইদা 'চানবা মরিমক, সিমকপু ঐনা পিনিংবা
পিজগে থর-ফংদি ;" হায়রি মোইরাং নিংথৌনা ॥
সনা ম্নাথং হেক তাবা মতম অদু মকতদা
মকু"মপা মবাই খম্বা নিপা মরি অসি
কৌগাও"লাজে।—"ওসিগী কোরৌ সিদগী খম্বা—
নপা-পাথাং ফংবা, নপু-পুরেপ, নমা-মাথাং
নবেন-লেম্বাং ইরা ফংবা ওইজরোকো খম্বা।
ওসিদগী হৌরুন', মোইরাং ফমথোন মাপন-দো
সিরজগে ম্নাথিয়ু।— পুথ্রমবা, নোংথোনব-সু,
লমবোং হজবা, ওাংডৌরাকপা, ওকচিল্লাকপা, চুপা
খাথ-হনবা, লাইথ-য়াকপা, চেংলৈ হনবা, ডাওৌ-
লাকপ, ওইরোকো ফম-সে। অসি মতুং ইনবদা
অকাবদা দোলাই তোং—অকুম্বসু, অচানবা!
কায়গম্বুকো। অসিগী মতুংইরবা পে-দি
তোরে-মারেকপা পেনি মতৌবনা নারেকপা।
নোংয়াই মাংদা অরংগী অলঙ্কার থানবসু কায়রু।
পেজগেকো ঐহাক্না ঐনা লৈরিঙৈসিদা।
অচেং অকোম্ ব্রাকম-চু হায়নিংবদা ঐঙোন্দা,
ঐগী দারি কাওবদা চংলকপদা নহাক্না
কায়বিগম্ন অবিম্বু—নাক য়েংতা থাং অনি 'ম্না,
মাংদা কৌরান অনবিবা; খুমন ইঙাও নিংঙৌনা,

পেনবিসমু তাবদা। ইকোপ পুংদা অচৈ
শন-কাবদা হাপথুবা নিংথৌনিদো ইবুংঙো ।।
নিংথৌ থুবমদো ঐস্মু পিজরবনি থর
ওমজ মথৈ ঐগীস্ম। ওসিদগী হৌছনা
মাক্লৌরেন্দি কৌরগে। ইমোম থোইবী ওসিদৈ
নাথৈ শেংজরবনি। মাক্লৌরেন্দি ইবুংঙো।
খুমন অভাং অতোমপোক—ঐগী কোক্তা হাপলিবা
সনা মপুং ওইরবা সনাই লুহুপ অসিবু
লৌরো। নাইন্ সনাগী লৌজরোকো সিমস্মু।"
পিনবিরে থম্বদা। মতাং অসি য়োবদা—
মবাই কৈরোইজাহনা, থম্বৈ শমজিল লৌথোকই।। *
সনাই কোকথোন্ লুহুপ, সনাই থাংচেৎ নমথাং পিরে।
সনা কাম্-তৌরবা ফুরিৎ লিৎলে থম্বা। সনাই-
চিংলাই শাবা কুন্দোর নাইন পিরে মনাইদা।
সনাই চোমায়-থাকতরে। দোলাই থৌগল-লাংগল
ফংজরে লোইনা স্নুরে। অয়ুক মুমদাং-নাই চামা,
শন-চামা অম পিরে। ছুগী নাই চামা-অমা
মচা মস্মু লোইননা পিনবিরে ছুমস্মু।।
মপুই থুদাংদা শিবা সমজোকওমবা খুজি-দি
মীরাইবনা কংওম-দা পোংলাইবনা উওমদা
সনা খুজি পিবিরে - সেম্বক সেংগা সনাগী,
কাগোক লুপা সনাগী পিনবিরে। নিংথৌনা—
"খুদোং সনা য়োম্বদি ইনাওগী থাককে ছুপা

মানা পিজ্রে পিগনি ঐনা খম্বা।" হায়রিবে।
"লুপাই ভাম্বক থকউ সনাই ঝিল্লুর মরিম্নু
তোংজে থবুং শাবা থকচৌ" হায়রক্‌না তাকপিরে॥
"অচা-চাদ-মরোং লৌ, লৌদি সঙাই-কোম্বী-রৌ,
মকু হুইসোল-লৌ, তেকপী একক্কারৌ, খুম্ব-পাম্ফেল
লৌ, কেগে মোইরাং থম্বান-নোংশ্যারৌ, অসিদগী,
পরি চামা চাজরো। ইচাগী মতুং ইনবা
পরি চামা অমনে চারো পরি চনিসি।
ইনবা সিগী মতুংনি শনস্থ চামরি লৌজো।
খুমন অঙাং কংজরো—ইপু চাওবা কমদৌই?—
ননাই মপা ইতাওদা।— ইপু খোংলেন কমদৌই?
ননাইনা নিংবা থুংজ্রি।—নিংশিংউনে অচানবা।—
তোর্ব্বুং থুমগোং।— চুমইহো, * থুমগোং মাপন—চাজরো,
ইপু চাওবা কমদৌই।— ননাই মপা ইতাওদা।—
ইপু মন্ত্রি হায়ুদা।— নিংবা য়ৌদে ইনিংখৌ।—
হি কৈনো, করি য়াংলি?— ননাই মপা' চারম্বা—
কবুই লোইশাং মাপন্নি কনা পুনি দোলাইদে?—
চুমই থম্বা চাজরো। চাওবা করম?—মপাদা।—
ইপু করি—? য়ৌদরি।— নিংশিংওকউ।— ইনিংখৌ
তাংবল্‌-লোইদি?— চুমই হো, চাজখরো।
চাওবা?— ননাই মপাদা।— মন্ত্রি ইপু কমদৌই?—
ননাই নিংবা থুংজরে।— হুদি ইমোম পোকপম্ব

* থুমগোং মাপন ইকুং মাপন কাওবা হায়বনি।

চৎলো—" হায়রুনা খম্বা চংজরকলে মরিদো।
কোরৌ মঙান লাকপদা কোকখিবগুম অমম্বা
তাকখিবগুম লৈচিনবু, চিংখু মবুক নিংহুদা,
মলোম পুখা কোকথরে লৈতরে মুংঙাইতবা।
নোংয়াই মশক উবদা সুংশিবনা চিংখুবা
নিকই মরোন কাইথরে। খম্ববু শংজিক য়েংই
ঙাইহুনা লৈরমই। "চংলকউ ইবুংঙো খম্বা।
ইকু পমগে মাক্লৌরেল। চিংউ মিনম্বনরা,
মুংঙাইরুদে ইকুনা মুংঙাইতবা কোক্কে লাও।—
ননাই ঐ স্থম্বা।—কৈনো পাম্রি ইবুংঙো নংবো।
মচা পম্বা মপানা লৈতে দোষ করিস্থ।
কেগে লৈপাক তাহোরো উদবস্থ উহৌরো।"
হায়না চিংখু চোংথরে। খুমন খুজেং পাল্লোইনৈ।—
"নংনা ঐগী ইচানি থোইবী মাদি ইমৌনি।
ইপাই কর্ম্ম নংনা তৌ। নত্তে ঐতগীস্থুনে,
য়াম্বুং-ইবুংঙোগীস্থ পুন্নমক্ অসিপীনি।"
হায়না খম্বা পমহুনা হুইগোই সিং লাংগোই নাল্লে।
খুমন মাবু চুপ্পকই, খাগৎনরে লৈপাক্লা।
নিংথৌ প্রজা পুম্নমক "জয় ওইরে" হায়রুনা
লাওরে মীয়াম হোহুনা। পুক্লিং মকা লায়রে॥
ইকু পিগে ইবুংঙো—নাই চামা, ভওৎ-চামা,
তমং চামা, শন্-চামা—পিগে সিনা ইচাগী।
নাই-য়াখৈ শন্-য়াখৈ লো-য়খৈ-সি তোম্মা লোয়রো,

মাসি কৈকা মননি কো। পকইবা ইকুপীদি
হকচাংদগী পুম্নমক—লোলাই পেগা কোম্না
পিরবনি পুম্নমক। মনা য়োখা ইকুপী
হিদাক কুসে—য়াবুংনা থাক্লক মাল্লে, মাসিস্থ
লোজখল্লো ইবুংঙো॥" হায়না লোইনা পিখরে॥
যুত্রাজৈ মনা লোইরে॥ খুমন মাদি যুত্রাজৈ
কমই মাংদা; লৈপাক্কী অওম্-মথৈ চংনরে,—
মানা মানা ওম্নবা মনা পিরে। কনানা—
নাই হুক্ক পিরকই। য়াথৈ নিফু অম্ভুম্না
অমা পিবা য়াওরকই॥ অওম্বগী লোইবদা
সনাং মপা নিংথৌনা কবুই লোইশাং, নাই-অহু
চামা চামা পিনরে পিরে মনা অম্ভুম্না॥

---

## ২১

# কোন্নুংদা হল্লকপা

কেগে নিংথৌ মপুনা—"প্রজা পুম্বা কমদোই !—
অজা লেংবা য়ারনি" হায়রনৈ। হরাওনরক্লে,
পুংয়ৈ সেঙগোংনরক্লে।—শায়াও-লাল্লাও থোন্‌-হুনা
লাওরকই কুইনা কুইনা নৈপাক ভরা কাবক্লে॥
পু:য়ৈবা বাশী খোংবা মাংদা,- অহুই মথংদা—
মাংদা নিংথৌ, ময়াইদা যুব্রাজ চৎলি, হুগী
মথংদা প্রজা পরেং চৎলকই। অভোম মথৈ
য়োমহুনা চৎলি অভোম নোংবায়া॥ থম্বা মাদি
নৈহৌরে। থম্বা চরৈ হোংলে পন্নুং চংথরে॥
নূরা কুঞ্জমালাগী মশা অহু থিরক্লে।
নূরা মাগী মশাদি থাম্বী মৈশা কংহুনা
ভাসিল্লম্মে তুম্পরা। লাইবক থিবী মহাকী
মবুং মৌপুরা শক্লা লমজা মাগী মবুক্তি
লমজা দনা থংবনা, কুঞ্জমালাই মশাদো
পুরোৎ মথৌ য়াংগেনথরে—লমজা মথৌ ওইনা॥
মমৈ ভাবা হাওশিংনা সিদোকহৌরে সপাইদো।
মশা ভম্না শেংদোকই সনা থৌগল নংনবা,
অমুক দোলাই তোংহুনা কুপংলক্লে থবদো॥
কুঞ্জমালাই থনবদা সুংঙাইনদে ময়ামদো।
মনাই ময়াম য়োমহুনা কৈনা মাংদা থাহুনা

খুমেন মচা কায়রকই শান্নাও থোনবু লাওরকই,
লান্নাও থোনবু লাওরকই। শা-দা ইশৈ শক্লকই
লান্দা ইশৈ শক্লকই ॥ য়াংদা নিংথৌ লেংখিবা
অহুমগী থনিনে তুংদা লাকপা খম্বগী
অমম্নোমগী থনিনে থনি পুন্না চংলকই।
ইথক হৌরে লোক্তাম্ন্ পৃথি থক্ থক্ নিকথরে ॥
থনি অসি তাবদা তাথরিবা খুন-শাংদি—
ওাঙ্খ-লয়াই, উঙ্খুং লয়াই খুম্নক মীয়াম-সিনা
মীনা কাঁওৌ কৌথরে থোক্তুনা য়েংনবনা ॥
য়াত্তোম উত্তোন কাওবম্ন উয়োক সংগু তোংব-গুম
কখোক লৈয়াং শাংপগুম শাংলে লয়াই মশাংদো ॥
"হাই হাই! কজৈ, কজৈদা মোইরাং নিংথৌ য়াইকবা!
য়ুবরাজ ইবুংঙো! থর্মগী মচা খম্বা!
নিংথিদকো কজৈদা! উথিজি মাংলম-চংঙা,
মতুংদম্ন উয়রোই! লাওনয়রক্রে ময়াম্না ॥
কেগে খুনজেম্দি নিপান—মোইরাং লৈকাইদি মাপল্,
খা-য়াং, নোংপোক-নোংচুপ তাবা কাংবু থনমদরে,
য়ুমঙাক কৈঙাক পুম্নমক চেন্নরকপা কুমৈগী,
তিংথং লাংথং য়েংনম্নে, ইশিং কংকাম থংদরে।
মোইরাং কৈথেন্‌দগীনা পুয়োম-নোমে মীতম্না।
অথেম পোংনা লেংথরে। য়াওরে থোট থাংমৈ'চিংবা
মতম সিদা অত্তোমগী নোংথাম তালোই অহাঁয়,
মপুরোইবগী পাওসি 'চারে, অহম থোরকই।

অমোংপা কী অমমম্—হৌজক্না লেপ্লখরে,
তাম্ব কৈথেল মজিদা ।। হৈরাব লৈরাবে-নখরে,
নিংথৌ চৈরাপ চংখরে ।৮ যুবরাজ অঙম-অকৌ
চংল্লে প্রজা খো-খোংপা ।। কৈনা মাংদা, খুব্না—
তুংদা পুন্নং লংতুনা উনরক্লে লাকপদো ।
কুটৈন্ম য়েংবা মীয়াম্না— "অকৈজদা—সোয়ারেম্না
থুংগুম্বগুম হৈবুংতো নিংথিকৈদা কনৈদা"
হায়না কৌনৈ থাগৎলে । খুমন মানা—"পঙৌশিং,
ইমা ইবেন থিবিকপু—দ" মুন্না ভক্তি ইরোইবে,
নোঙ্বদি য়াহৈনা খুমজরকই । মপান্না—
"মজোল ওয়্ম হৈবুংতো ।" হায়না বোর পিব্বিরে ।।
ওম্ভোকপনি অন্নাবা মপুরোইবৈ মৈতুবু
জীব কনা থাংগনি । পৃথি তুম্না চাকপদি
থাম্বী মৈচাক অতুবু শাবা থাংবা ইলাই-লাউ ।
মপুরোইবৈ মৈশাদা থাংগদবা মুপীদি
মুপী থমোই লক্তদি য়াওদে মুপী কনাম্নু ।।
অতুগুম্বা মৈ অদো কোলোমদনা ইদোবা
কনাই মতিক লৈবগে ৷৷ পোইবৈ ইশৈ হায়তুনা
লৈরে হান্না চংতুনা থাকী লিশিং অমদা
থম্বিরম্মে হাণ্ডুনা । পেনা খুৎতা পায়তুনা
পেনাতুম্বী মুরনে ; মীয়োইবগী মশোক্তা
পুক্না জৌবা নিপাকী লাইনা থাবা থৌনাওবী,
থোনথোক মরিক্ মকোনুনে, পেনা-তুম্বী থরিকনে ;

মীওইবগী পুক্নিংগী অন্না মুংশি, ভোংথাবা,
অকন-অথৌ, অকিবা, তুকচবা হৎগোইবা,
অচাল-অয়াই হায়রুনা-নৈনরিবা রাগীনী,
মথল লথা কন্নাদা শৈদাত্তুগা পান্নিল্লে।
সিনা পুমনোম য়োন্নবা স্বরগী ইপাক অতুদা
রাকৈর মাবু ওইহুনা শ্রুতাশিংনা তাওহুনা
তানগী ইথক অত্তুনা ইপোম নাইনা পুরকই।
মৈতৈ ইশৈ শকপগী থমোই য়াওবা "কলা"গী
থুংহাই-ওকপু শাথেক্লে পুন্নমকত্তু উবদা,
পেনা ইশৈ হায়রুনা ফাওরি মৈতৈ লৈপাক্না।।
"খম্বা-থোইবী-শৈরেং" বু কাওবা ওমদে কনাশু ।।
মৈতৈ ঐগী নাকোংদা তারি ওসি ফাওবদা
পেনা ইশৈ শৈশকপু —থমোই লুপ্পা মুংশিনা ।।
রাহৈ পরেং থম্নবু রাগ-স্বর পান্দুনা
ইশৈ ওইনা শকপা রাই, হায়রুবগী মাহুবু,
"শৈরেং" হায়রুবদনি। রাহৈ পরেং অত্তুবু
পারুবদা ইশৈগুম্—ওইরোই-মুংঙাইথত্তুদি ।।
সিগী অমুক মথক্তা, লাইরিক সিদা ইরিবা
শৈরেং সিনা লেপ্পদি—থোন্‌থোক তরেং তরেৎনা
মত্তুপ অমা ওইবনি, সোয় হোনকম অমদা
মশিং অমা লৌরগা তাংকক্ জিপান জিপান্না
পরেং শাবা শৈরেংনি, থুাইদৈ লাইবা মওংনি।
শৈরেং শিংগী মমুংদা রাগ-রাগিনী হুগী,

মথন মথল, কোটীনি। খম্বা থোইবী শৈখকপু
শরুবগী মতম্দা স্থরিবনি ময়াম্সি ॥
লাইরিক সিবু ইবনা—শৈরেং শাজং অমতা ॥
অতুনদি করম্না পেনা ইশৈ তাবদা
কংবা শরুক মুণ্ডাইবা হুবু করম কংগনি।
লাইরিক অসি পাক-না ওইরোই মাচু কণ্ডরোই ॥
রাহৈ অমা অনিদং লৈগী লৈশক থক্তবা
অপংবা—"অরাং" ঐনা, লৈবাং ওইনা থম্মুনা,
নাচোম-মি তুক-নিংবা—শা, নাচোম ওইনা পুন্‌বনি ॥
জাতি জাতি খুদিংগী মাগী মাগী ওইবদু,
মতিক চাবা মন্দির শান-তুনা লৈবরে।
নোংথাং থাংবৈ থান্দুনা মমা পূজা তৌনরি ॥
লৈজদবা অপংবা ঐগী ইপা চাবদি,
য়েংদো মপান ওইসহ, শিংউৎ চরোং ওইসহ,
মোথরে মথৈ মোংজয় থিংজদবু ওইরম্ব
ইমাই চোরোন্-উনবা মৈরা 'মতং পারবদি,
অপংবগী আশানি ॥ থাওগী থাংবৈ অহুবু
থাংবৈ-থাওবৈ হায়নবি—কালি কাপে কাসয়
ঐদি উচান-চম্‌গনি। ভাগ্য-ফবা নহাক্না
মোংথাং থাংবৈ কংলকউ। নিংথিরবী ইমাগী
তুথোং, মায়থোং খুদিংদা লাইরবা মচানা
মোংজবা অপুম্বা, চক উচান মৈজিনা,
উরমদরে ঐহাক্তি। খুংলিজবা ইমাগী

প্রেমতুনা কনবদগী খিরবস্থু ইমানি,
ফজরে ইমানিদি থনখিবনা ঐগীদি,
ইমায় চেংলৌ অসিবু ফজবোইদা নিংথরে ॥
অমম্বদা ইমানা অমৈ খুংতা মচেং 'মা
নমথাংনা মকম 'মদা, কোক্কী লুছপা 'মদা,
মচোই মচোই লৈরকপা, মকম অমতদদি
ইমাই চোয়োন উজগে থংথিদবা অত্তুদা,
ইমাই শাওং অমতং লিংথংপনি ঐহাক্না,
তুংদা লাকপা ইনাওনা পলেম মশক থংনবা ॥
ইনাওশিংনা "ঐখোইবু ইমা লৈত-মচারা"
চিংনগনি হায়বগী "ইয়াম্বা ইপি লৈথি"
কাওদনবা হায়তুনা—ইমায় শাগৈ য়েকপনি।
লৌশিং চাওবা নখোইনা নয়াম্বগী অপংবা
চাওরাকপসি য়েংলগা ইমায় চেংলৌ শেন্মকউ।
থাওগী থাংমৈ থাল্লকউ অচৌবদি ইমাগী
গুন ময়াম ওইবদগী লাইরজবা ওইবনা
ইনিং থুংবা ওন্মমত্রে। নহোয় ননিং থুওজয়োই ॥

* * *

* * *

ময়েক পরেং ব্রাহৈবু স্থুর-তাল-কোয়না
হায়ববু ইশৈ কৌই। ব্রাহৈবু মতম হুদা
কয়া মুংশিবগে, গুন কয়া ওইবা, লৈবা।
মাহু হায়ত্রবস্থু থংই থাইনদগীনি ॥
খম্বা থোইবীগী ব্রারি অসি মৈতৈ পেনা-না

করি ওইহনবগে হায়রবা অতুদি অঙকপনি—
স্বর-তান্গী ইপাক্তা—থম্না থম্বাল হৌরবা,
থরো, থারিকথা শাৎপা, থাবল কবা অহিংগী
অয়িংবদা, অস্থকপা চিংগী লোক্তা, অয়াংবা
অভিয়া, অকনবা লান, অমম্বা অহিং মঙান,
অয়াকপা য়াকচিং, কালেন স্থংশাদা, বসন্তগী
লৈরাং মরক্তা পুবা, শ্রুতা চিংবসি—ওমই।
মপুরোইবা কাইনবা মৈগা, যজ্ঞগী মৈগা,
অনিনে, শিরবদি মিপা, শিজিবা মুপী,
পোৎশক মরি অসিগী মরক্তা থম্বা ওমই—
অস্থক ফজবা মৈতৈ পেনা সিগী শৈশক্কি॥
স্থম্বা শৈশক অসিনা ওসি অঙোম নোংবানগী
মপুরোইবা তুরবা তালোই অহুম অসিবু,
মোইরাং ওাংথা কৈথেনগী মচিদগী পুথোকপা
অয়াবগী মূর্ত্তি অহু ইরুগনি কনানা।
ইরুবগী য়োবদা ওয়দবৈ তৌবনি।
অয়াবগী স্থরদা শৈশক পায় শকপদি
থমোই কায়ন-মশকনি। মুপী অহুম অসিবু
থম্বা মানা উবদা থমোই পুবা য়াদয়ে।
যজ্ঞ কুণ্ড মথুংদা হুম্বরবা লৈরাংগুম
অয়াবগী মৈহুনা পুমুকা কানা উথরে॥
মুজা অহুম অহুনা মপুরোইবৈ মতাওদি,
মবুং থম্বা য়েংহুনা—“ইবুং-’বুঙো-য়াইফবা।
নতাও শোকপা কৈহবু—মুজা ভেয়াং-ইথুং-সু

ননাঙ-থুংভা পায়রূনা য়ানজহৌগে ঐথোইনা।
নভাও লাইবক থিবগী করোং-থুংকুম্-জহৌগে,
ভাইখোং-ভোন্‌বা-ইনাগে, তাকপিয়ুকো ইবুং-ও।"
চোংথোকচরক্লে—কপই ॥ লমজ্জা মপুক ফবনা—
"ইচন খম্বান-মানবীশা। খম্বান মানবী অহম-মক
ইভাও শোকপা পাম্ব-দো, ময়া কবাক্ থন্দুনা
মমৈ কৌয়ান শাহুনা লম-লেন থোইরেন-তাক-তগী
পুরক্লবা অসিনি। হায়নরিবা পাম্ব-দো,
ইভাও মাগী লম্মন্দো নবুং ঐনা শিংভক্লে।
পাম্ব-অসে হৌজিকত্তি—ওইথরে থোয়ুম মাগী।
হায়হৈদরে ইচন্-শা। য়ারুরম্নু হৌজিক্তি—
ইভাওনস্নু নত্তেদো - নত্তে পাম্বা মান-স্নু।
বিধি ব্রহ্মা কৌব লাই, চিংউ মাগী নোংদম্নি ॥
শাওহৈদরে শাওরুম্নু—তুংগী শরুক ওইনবা
নিজহৌকো বোর-ক্লুম!— হা-তাদ, ইবুঙেভো-ও
পাম্বা মাগী মফমদা নভাও লমন শিংভকপা
ঙুংঙাইজরে পেঙ্গরে। য়াইফবগী মথক্তা
য়াইফবদি ওইবিয়ু—খুরমজগে পাম্ব-দো
ইবুং-য়াথং ইন্দুনা।" হায়না মুপী অহমদো
খুরমজরে পাম্ব-বু।—"ইবু-ধৌ মুজা 'থোইদি
লুখ্রা ওইরে মাখক্তেদো" হায়না কপই মুজাশিং ॥
মুজা অহম হক্তিমখ্রে। চৈরাপ হোজং য়োবদা
পাম্বা মাখু থারে। খম্বা চৈরাক্তা চংলক্লে।

নিংথৌ মচিন্-মনাওনা—“হা-ইবুংঙো পুখ্রম্বা।”
হায়না কৌরে থম্বব। নোংমাই চংলে কমথরে।
ঙাহাক অস্মুম লৈনরে। মপু সনা চোয়োন্দা
মথুং লোয়ে থম্বনা।—“হায়রসি পুখ্রম্বা” ত্তাকপি
মোইরাং নিংথৌনা। “ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ।
ননাই ইচেম লাইরবী ম্রাজমক্সে, ঐহাকপু
য়োকপিরকপা, ইচেমদা—কম-অমতা ননাই-ঐ
উনজনিংই ইনিংথৌ?— হায়ু হায়ু অচানবা?—
পুখ্রম্বী পুখ্রম্বা হায়বা অনি অসি ননাই—?
য়াম্না ফরে উজরো।” হায়বিথরে নিংথৌনা॥
থুমন মসেন মবাইনা খুরুমজখ্রে নিংথৌবু॥
কেগে চৈরাপ অতুদা ফৈরোইজাম্বনা য়েংত্তা,
মথং মসেন থম্বনা য়েংকা ওইগা অনিদো,
মুমিৎ থাঙ্গম ঙান্দুনা ফমখ্রে মুমিৎ-তুদগী॥
নিংথৌনা থম্বদা হায়—“ঙাঙৌরাকপা।— ইনিংথৌ।—
কৈয়াং থেকও।” থম্বা “অজ্ঞা” হায়রহুনা কৈ-কৈয়াং
থেকপদা, ঙমত্রে থম্বদো। মপা থোংলেন চোংথোক্লে—
“ইচা ঙমদরবদি মপা ’পোকপা লৈরিদো।
ঐনা থেক্কে” হায়রহুনা থেক্লে থোংলেন মন্ত্রিনা॥
থম্বনা হুইরিল্ থংলে। ইম্নুং থোংকাপ ম্রাজমক্লে,
ত্তাইবং পুন্সি শাদোং-ওই, কোয়ৌ নিংথৌ মহাত্মা
নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লেংসিন্থরে ত্তাথরে॥
লৈপাক চাইথ-য়াকুমমে, থম্বা কুমথজরক্লে॥

মমা সকপি মচেম্নে থাদোই মনেম মচানে,
মনাই সেম্নু কৌবিনে—মুরা কাংবু অসিনা
খুমন মাগী হোজংদা লৈরাং থম্বান শিংহুনা
কোয়ৌ মায়কৈ য়েংবগুম—লৈজরমই ভাইহুনা ॥
খুমন মচেম উবদা কুমথজরে দোলাই-দৈ।
মচেম চোয়োন শোক্তুনা খুরমজরে থম্বদো ॥
নোংয়াই মচেম য়েংহুনা—"ইচেম কৌগে ইমানি।
পলেম পম্বৌ অনিগী থয়াই মাগী কায়দোংফম
পামুজবা হকচাংনা ভিনখিবগী মকমদো
ভাকপিয়ুবা" হায়জরে। নোংয়াই-মচেম'—ভাকপিরে
থম্মু থোইবী থম্বনে—অহুম অসি চংথরে,
য়েং-ওইননা তয়েং-লক কোইরে খুরমজক্করে ॥
লুপা সনা কয়াদি খুজোক থম্না থম্না লৌ
চাইরে মপা মমাগী—সোসান্ লমদম অহুদা ॥
খুরুম্নম্মে অঙৌদৈ মোংবা সংগাই মুংনান্-চান
হজিময়ে পোংথারে। মুরা মনেম্মচানা
খুমন চোয়োন শেংজরে। মনাই সেম্নু কৌবিনা,
চাকশং য়াংগোই নোমথরে, থোইবী মপু মনাইনা
সিনি হুনি হায়নজৈ—তয়া মথেল্-লুকোয়-লাং,
ভয়া লুকপু হাথরে। হয়াওনরে ময়ামদো ॥
থম্মু জগোই শাথরে—ইহুনিংথৌ কা-দদি
য়েংলগদোবা মীদি উজদরে মোইয়াংদা
থজ্জথরে মচেয়া। ইমুং শোয়বু লেনথরে ॥

# খম্বা থোইবী লুহোংবা

ইমুং সোরা থৈভরক্লে, চিংথৈ লংলা-চিন্না চিক্ন,
কাইরৈ এঙথোং-নেম্বনা ইমুং চিংথোং-য়াকৈরে।
লোক্তাক-উথুম্-থুম্বী চানা, ফুম্দোঙ মতা ফবা
কায়দোংত্থনা য়াকৈরে। লোইবী হেম্পাৎ অমুবা,
চেক্লা পাওহন্-চেকশিংনা, কাকী পাওজেন-অরক্লে।
তাইবং চিঞ্জাক থিনবা—লোইমু-মরল্-থান্‌ববু
চংনরক্লে তাইবংনা।। তিন্ কাংদগী চিংবম্ব
উচেক রাম্বা অপুন্বা চিঞ্জাক থিবা পাইনরে।।
নুরাই 'বেম্মা লেংথংলে, মনাইশিংস্থ হোগংলে।।
মনেম শকপী লাইরবী নুরা খম্ন্ হোগংলে।।
ঙরাং খুমন্ মহাক্তি, পাম্ব তান্নরুবগী
খর্ম রারে অত্নুনা মিংতি পাংঙে খম্বদো,
হোগংঙরি। মচেম্মা—"ইত্থনিংথৌ হোগংলো।
কোয়ৌ মানা নম্‌গনি" হায়না মমা ওইবীনা—
নাম্বা মচা য়াকৈবা অত্থুগুম্মা হৌদোকচৈ।
নুরা মজাই 'বেম্মনা সেবা লাংবা তৌজরে,
মচিন মৌপুন্বা 'নিগী। খুমন ম্নাংগোন থেঞ্জং-লাং
মাবু পোকপা মপাগী কমকম হুদি শোক্তানা
নোংয়াই মাদি কমজরে। মমা ওইবী মচেম্মা
ঙাম্বরৈমা মমাগী শোক্তে কম্কম মক্তুদি

কন্মে অনি স্নুমদৌনা ;— অরাবদি লোইদরে,
ওন্থোকপনি হা বিধি !! থম্বান হায়বী লৈরাংনা
কোয়ৌ মঙান থোংলিঙৈ অয়ুকতদা শাংকাইজে।
থবো কৌবী লৈরাংস্থ—ইংবা লাইজ থক-তদা
ইংবা স্নুমদাং থাবন্দা, মালং ইচিক ভাবদা,
ইংবা থাজ মরূপ-ওই, ইংবা থাজ মায়থোংবু
স্নুম্না লৈরাংশিং য়েংজহুনা শাংনজবনি ।।
থম্ম্ কৌবী লৈরাংসি হান্দক মোইরাং লৈপাক্কা
শাংলরিবা অসিদি ওন্থোকপগী নোংদম্নি !!
থোয়ুম মানা শিনবদা—পুকচেন কন্‌বা যোগী,
ব্রত কয়া অমনা থাংবা রারগদৌবা,
অহুগুম্বা মৈরক্কা শাংহনবিয়ে লৈরাং-সে ।।
থম্ম্ পোকপী মমাদি থোয়ুম লাইগী মচানি,
ভাষৈরেমা হায়বিদি থোয়ুম লাইগী নিঙেঙাম্নি।
মমা মপা লৈথিদে, রামগী সীতা কৌরবী,
রঘু শাপৈগী মৌগী মপোক অহুগুমহুনা
সম্বোং থোইবা চংপদা ভাম্বরাকপা কৌজবা
মোইরাং নিপা অমনা হেক পোকপদা ভাইরিবা
অঙাং অমা ওইনদি খুল্লকপনি লবুক-তৈ ।।
মাবু য়োকপা নিপাগী মিংবু লৌহনা "ভাম্ব-
রৈমা-মুরেন তোম্পোকপি" কোলোই স্নুম্না কৌখনি।
লাই-নিংঙোন অসিগীবু থোইথা সুংদা পুহনা,
নিংথৌ সনা ঈ-হুবু, পোকপিরম্বা থম্ম্নি ।।

থোইবী পোকপী মমাদি খম্বু মমা ফংজদে।
মপা রোমদা হায়রগা ফপ্পান মচা হায়র-মক
থোকচদবী থোইবীনি। মাগী মুগনা ওইবনা
থোইবী থোইবী হায়ছুনা কোরৌ দৌশুম ভানবনি।
মাগী মতম নৎত্ত-বৈ নুরা খম্বু কৌবিনা
অচিকপা ইন্নং মথৈ নিন্দুং থোকপা খাজগুম্
ইংনা লৈখিবদনি॥ সাগন তুকাং পানবনি,
কোরৌ থক্তা কোয়বনি, কোয়না পাইখা অম্বানি,
থোইমু মানা ভোংবদা খাংবা ভমই হায়ছুনা
লৈরাং ওইবী শিংহুদা তোংগুছুনা টচেক্লা
খাংনা ভম-হৌনদে। শম্লাং কোয়কক্ররিবী,
নুরা লৈরাং ওইরিবী য়াথংরেদা খম্বুদো॥
ইচন-ইনিং হায়ছুনা করি খংজদছুনা
লৈজগদৌ' খম্বুনা—মমায় ফম্ফম লাংদা-কম্
অসি পুথা খল্লগা—"ইমা ইপা লৈরৈদি,
এৈনা ভাভোইদনিকো হা ইমা" ভায়রছুনা
চিন্দি থোক্তে মমিৎতা পিগী ইরা হৌরকই।
মচুনিংথৌ য়েংছুনা—"ইচু নিংথৌ ইবুংঙো!"
হায়না খম্বা কৌরকই। "ইমা শকপী ইচেম-হল,
করিনোনে ইমাবো! করি থোরবগেনে?
'চেম্গী অরাবসিবু কোক্লগম্রা হায়রবু,
পুক্নিং করি লাংবগে?" খম্বা চোংথৈ ফম্ফম-দৈ।
মচে মাংদা কুন্দুনা হংজরকই মচেমদা॥

মতম অসি থোইবীদি লৈত্তে মাংগোলজ-লাংজুদা।
মনাই মথৈ উনদা ইঙক ঙকই "করিনো।
ঙমিং চুপ্পা অনিদে, ঙুংঙাইববু হৈজ্রবোই।
মতম কুইনা ৱারকপা ঙুনা সিঙাং ওইঙুনা
কপ্প-ঙুংঙাইরবোইরে ঙুংঙাইবগী হায়রুবা,
ঐথোইদি নিংথৌ কাদি ওয়্যু হায়বস্থু পাযজ্রে,
থখা ওইজনিংঙেদো নিংথৌনবু কৈদৌনি
থম্বা হায়বা নিপাসে। সিদা ঙুংঙাইতরিবা,
অনিসিগী মবুকসে মতা অমা হায়ঙুনি॥"
ঙম্মা ঙাংনৈ। কনানা—"থিত্তি হাকমনথরে হাই।"
হায়না শাওনরকপস্থ, য়াওই, ঙুংশি কনানা॥
মমাই থল্লবহুদা—থয়ু চিষান্দা লেংই,
ৱাঙাং থোকপ ঙমজদে মমায় চেংলৌ অদো
সংসং সংসং—উরকই মহু নিংথৌ উবদা
মপাই মূত্তি ওইথরে। থম্বা সংত্রিক য়েংঙগা—
খুমল ইবুংঙো!—'চেম-হল!—পলেম-পম্মৌ লৈরৈদি
ঙাঙোইদনি ইচেম্মা!—ইচেইবেম্মা ঙাকপিয়ু।
সেংনিং চানিং অপুম্বা নিংবা থুংবিরক্কবা,
নহু নিংথৌ য়োকপদা ঙীক্কা সিথা ঙোরকপা,
ঐনা ঙম্বা মথৈদং, মংগী সেবা তৌজগে,
ইমা শকপী ঙাকপিরো।—ইচেম কৈস্থ ৱাংজরে,
মাহু নত্তে ইবুংঙো নোংম্রাই নংঙ্গীদমক্কি॥
ম্না লেংখিরক্রে ঐপীদা।

মাসি থংই, অসিবু, ভালোই তুখি তম্নাইবা,
লংমাই চেংনা য়ুমশাবা অম্ম্ হায়নৈ ইবুংঙো।
শাগৈ মাতৈ তিনবদা—লৈপাক কম্না কাল 'মদা
হৈনাউ-লুং-নাইদবাইবা হায়নৈ য়াকম অসিমা।
পুগোংবা হায়বা অসি ইচেম পামই ইবুংঙো।
মমাংতৈঙদা হৈজিং পুরে ;— নং করি হায়বগে ?—
ইচেম ইবেম্মা ঐনা ইচেগী য়াকা য়েংবা
মতাং চানা হায়জবা নত্তে নচু নিংথৌনা।
তাকপিরিবা য়াথংদো য়ায়া পামজরে ঐনা।—
তুদি ইপাই 'বুংঙোইদা চংলে ইচেম। ( থোইবীদা )—
"হা ইবেম্মা! ইবেম্মা। বাংগোন চমু মাইকবী।—
খুমন-চমু-থৈয়োইরোন- নোংয়াই চমু পোন্‌জেবী
ইমম্মা ইবেম্মা।— চান-থক্ক-পুয়মক-তো,
সেমু নপু ননাইনা তৌরম্মুকো ইবেম্মা।
ইনম্মদি পম্মোগী সংগাই ভাহাক য়োকপে।—
করি 'নম্মা ইবেম্মা।" হায়রে থোইবী সেম্মুনা
সোয়দা অহুম নোয়হৌরে। খম্ব্ থোংলেন—ভয়থরে।
কেনা মৌনা চংচদে মনাই অমা লোয়নদে।
য়াটৈ লমজা অতাকৈ মক্ক লৈদা লুকথকৈ।
লৈচিল-লকী থাজঙম লাকই ইমোং মোংবা-হুম॥
থোংলেন থোংলেনবী অনি তৌই ভক্কা অনিদা
খুমন মাইদা চংনবা ভাংনরমই মাংগোম্মা।
অহল-অনি উবদা খম্ব্ থোইদৌ কুকথরে।

মমাই মপাই শুন-স্থব মচাশিংগী মকমদা
অস্থম্ কুইর-কুইরগা শুন্-হেংগৎলকই হায়বা,
ধর্ম্ম লৈবা মচাদি খম্ব্ খম্বা অনিদা,
খোকএ খম্ব্ কপথরে। কোরৌ নোংগাখরবা
পলেম-পম্ভৌ নিংশিংই। সুমাং চিথেক য়েৌবদা
খম্ব্ মপি তৈথোকই মচা লাকপা উবদা
থোংলেনবীনা কোন্দুনা পুসিনবিবে খম্বুবু।
"ইমোম 'বেম্মা কপ্পবো—করিদোরে ইচাবো"
হায়না চেৎলৌ চুপথরে। মপা মমা অনিদা
খম্বা লুহোংনবগী য়ারম অচু ভমজরে॥
"ইপা থোইস্ন খল্লমই—ইমোম লাকপনা হান্নে—
য়োং নমা য়াহৌথেংসে, ভস্ত চৎলু হায়রগা
মাননিনে ইপাদি, ভরাংনা চৎলো হায়বা।
থংঙে ইপা নমানগা ভানরক্কে লাক্লগে,
নমানচা য়েৌরম্মো। অরৈমথৈ পুথরো।
নংগী ভাক্কি ইপারদি থাদোক্লনি মুম অসি,
ননাইশিংসি য়ারকপা ভমজে নহোয় য়ারক-ও॥
—হাই হাই মুবা।—ইবুংঙো। চৎলো 'তাওগা ইচনগা
মবাই কৈরোইজাম্বসু থিজ্জে কৌক য়োত্রিত্রা?—
য়োরে অজ্ঞা" হায়রুনা নোংখোন য়ুমদা থুংখরে।
নোংথোনবী মোংথোনবা ভানরমুই খম্বুগী য়া।—
"খুমন মৌপুরাগীদি লোইরে বেরা লৈভরে।
ইমৌ 'বেম্মা খম্বুবু লুহোংনবা তৌবনি।"—

ঙাংনরিবিও অসিদা মুখা চর চংহনা,
থোংলেনগী পাও তম্মুরে। থোংলেনগীদা নোংথোনবা
লাকএ নোংথোম্বনসু। মকু খুংগল্লিবিগুদা,
মনাই মশন থরগা থম্মু মমুম য়োথরে।
থোংলেনবীদি লৈহোরে। থোংলেন-চাওবা অনিনে
তালোই অনি, মরিনে, থৈরোইজাম্বা মচানে,
মরি য়াত্তানরকই। থোংলেনবীনা—"ইচানা,
পলেম পম্বৌ অনিবু 'নিংঙ্গোম ঐনা হৌদোকই
হায়না য়ারোবিগনু' হায়না ঙাংঙমবদবু,
করম কাওনি মুংশিল্লে" 'সিনচিংবা য়াদগী
ঙাংনরকই য়াফমসি।। থোংলেনগীদা দরবার,
ওইনা কম্বা কাংবুসি মথল মথল ওইরকই।
কাংবু কাংবু কমহনা খুমন মগুন ঙাংনবা,
অসিদদা নংতরে মোইরাং মুমথোং খুদিংনি।
খম্বা থম্বা হায়বনা উচেক য়ায়া কাওবসি
নাম্বু ওইনা সোন্নল্লে থোংলেন-চাওবা তালোই-শিং,
সিনা মুংঙাইনথিবা পান্দম অমা লৈতরে।।
চাওবনা —"ইতাও মন্ত্রি! করি য়াবা লৈরিবা?—
নোংথোন থর থরদি য়ারি ইতাও, করিনা,—
কপ্পা নোকপ হায়বসি মচিন মনাওনিদো হা! —
মানি ইভাও অহুবু—অনি য়োকপা ভম্মরোই।
মনাওহুদা মযোকও—কপ্পা হায়বা অহনদো,
তাম্বোকথরো মন্ত্রিবু।" হায়রনৈ কাপি জৌনরে।

অনি কাগি তৌনবা রাজাং অসি তারগাই
তারোই অহল-ওইরবী নোকচৈ অনি অচুম্ব ॥
মরি সিনা চারবা পান্দম লৈতে। থমোইদি
অমত্তনি হাররবা য়াই। য়োংলেম্না—"তাওনে ইত্তাও!
মনাও য়োকউ "কম্মিংবা" মম্বাম্বা থাদোকখো হায়।
মচেম চান্না পোকপনা হোংদোনা করি হায়না—
থম্বা লুহোংপদগে অসিবু হান্দকীসে
মত্তা অমা হায়তুনি—মোংমা নিনি থম্ববু
হানখিবনা চুম্মোইদ্রা? থম্ম থম্ম নোংথোম্বা।
হায়রে। রাসি তাবদা। নোংথোনুবা নোংথোনবী 'নি—
"শুংঙাইরেদা ইত্তাওবু—তাদৈ 'বুংঙো শুংঙাইরে।"
জগোই শারে অনিদো॥ জগোই শারে হায়বসি,
লাইরিক সিগী রাহৈনি,—জগোই থেকপা তৌরদে।
য়াম্না হয়াওজথরে হায়রুবগী রাতানি॥
"ঐথোইস্থ 'ছুনা পাম্মে থোইদোক্লা" স্থম্ হায়নরে।
খুয়োন্ পাজি, ভাম্বয়াকপা পাজি, কেগ্রেহনবা,
অহুম অসি ফোরুরে। অওম্বগী শুন-ছুনে
থম্বা মুর্ণশিবগীনে লাকই হয়াও হয়াওনা॥
পক্ক রায়না য়েংবদা হোদে সুম্না অমত্তা।
কালেন থাম্বী শিদৌবা মঙামি লৈমিটৈঙবা,
কবো লোইদৈ-লাকপনি। ছম্নি কংলা বিজার,
নিনিদা কৈ কাবনি। "পাংথংককপা ইমাইদা
কৰে" হায়না কুমিং পিনথরে পাজিশিনা॥

"থৈম্নে-দৈ বার্তোন হোৎন্নে" হায়রে। চাওবা-খোংলেম্না,
মনাই মখল অরৈবা লোইনা লোম্নমহুনা
খরগীদা লৈথরে। থৌরাং পুম্বা তোথরে।
অহনবা সং মখলি অৱিবদৈ শেৎশু
থৌরাং পুম্নোই লোইথরে। পম্বৌ হাতক-অহাদি
শরুক কয়া হেনথরে। নিনুংখোংবা অসি লৈরে
অহিং হুংথিল নাইথিজে। খোংলেন-চাওবা-কাথরে।
সনা চোয়োন খুরমখ্রে। নিংথৌনা হেন্না পাম্মই।
যুবরাজ য়োথরে। "তোম্নি যুব্রাজ ঐদি—
তরা পোকপ-নংতবা ইমোম ইচা ইবেম্মা।
লোইদা থাক্কই ঐসিনা। লাজনবা নোংয়াইবু,
সমুখোংদা য়েংলুইকো।" হায়না যুবরাজদো—
মবুক নোবা অত্তাংগুম কপ্নে নিংশিং নিংশিংনা॥
খোংলেন চাওব অনিদা—"ইপু অনি তাবিয়ু—
নিংথৌ ইচিন ইনাওগী, ওইহনগু লাকইবা,
ওইবিরিবা হৌজিকস্থ তুং-স্থ অদু মত্তাইদো
পাংগল সয়েং ওইবিনি। ঐখোয় হায়বা থাকপিয়ু।
য়াম্বুং-ইপু অনিনা ফরে হায়র-লোইরেদো।
খুমন মাদি ইচানি থোইবী হুনা ইমৌনি।
নিংথৌ ইচিন ইনাওনা অমন-থরৈ কুমপ্রবা,
মতম হুদা ইমাক্না ইথৌ তোগদবনি॥"
হায়না যুবরাজনা মিৎতা পি তাব-মথে
থমোই শোক্ন লাওথরে। "শনি কোবা লাইহূী

চক্রি 'মনা ভৌথোইরে" খল্লে মমাম অঙুস্থ ॥
যুবরাজনা নিংথৌদা—হংগংলক্রে—"চোরোন্দা ?—
হায়ু ইনাও করিনো ?—চোরোন কৃপা ভৌবিয়ু ।—
ইপু থোইস্থ ভাবিয়ু। ইমোম থোইবী মহাক্না
য়েংঙমদয়ে ঐখোইবু। সিস্থ ইরম-চৎমনি,
ইচানত্তে। অসিবু খুমন মমুম নাক্তদি
লৈনা লুহোংবা হায়বা মাসি মতং ঐহাকপু।
অপংবা যুবরাজ সনা চোরোন—ঐথোইদি
নিজগেনে খ্বাইদগী।" হায়। নিংথৌনা—"ইপু-থোই।
শাগৌ তোয়া নিরিবা।— অক্সা। ননাই ঐথোইনা
থোইনা পাম্ই ইনিংথৌ।— ইনাও করে। করেদা,
মক্সান ভরা মরিগা লোইনদনা ইচাবু,
খুমন হুমদৈ লৌক্করো।" হায়না য়াথং তাওথরে।
সনক্কপ্পা দোলাইনে—চোং-সেকপিন্নর্থ—থোইবীগীদি
পোৎলোই সুনা পুহনা—নিংথৌ ভাগোই মক্সান-শিং,
তম্পাক য়ুমগী লিপাননে—কৈদা চৈগা .লাইননা
কোম্মুং কাংবু থুংথরে। খুমন মরান য়াইহুদা ॥
মীওই-পোকপা হায়বসি বিশ্ব পিতাগী থৌজান,
প্রকৃতি শিক্ষা মৎতানা কৈস্থ ওইবা নত্তে ॥
বিশ্বপিতাগী কৃপানা মীওইবা ঐথোকদা
তাবা উবা হায়বদি—য়েংলনবা ইমিৎলনে,
খন্নবা য়াথয়ে অমম্-অতান অনিগী,
পাইদ্বে অনি শিবিন্নি—সিনা থোরজৈ কোর্কাক্কি।

পাম্বৈ অনি সিজনা জীব মরাম সিদগী,
মকোক ওইবা হায়রুনা সোয়-শক্লমিথনি ॥
অরাবা, নুংশাইবা, পোকপা, শিবা হায়রবরুনা
শিক্ষা পিরি ঐথোইদা লাইরিক অনি অসিদা ॥
লাইরিক হায়বা অসিদি প্রকৃতিগীনা লীলানি,
মীওইবগী মপোকনি। মীগা লাইগা অনিনা
সাহিত্য হায়বা য়াম্বৈসে পোৎচং ওইরুনা থোকই।
প্রকৃতিগী লীলাদা ভাবোক ওইজরবগা,
লীলা তুগী মতাংদা অরাবা নুংশাইবা তাজা
উজ-তাজরবদা ভাবোক তুগী মমিংতা
তাবা মপি অরুনা সাহিত্যগী মরুনি ॥
লাইগী, মমিং ফাওরবা কুঃবরগী লংগৈদা,
লাইগী নিংথৌ ওইরবা সোয়ারেনগী কোম্নুংদা,—
সংসারগী মপানি নারান্ লথী অনিগী
গোলুক্ হায়বা অরুদা, লন্মী মপু ওইরবী
লথী মাগী পুক্কৈদা "সাহিত্য-মনি" ফংদে ॥
পাংগন, মিৎয়েং শোল্লবা মীওইবদি তোল্লবা
মাগী থাংপোক শংতুগী, য়াগী কাংথক-চক্র-লক্,
হিয়কমগী কম্-থাদা, সাহিত্য মনি মহাক্তি—
ফংই থুজোক থুজোকপু ॥ লাইরবা মীগী ইংথোন
চাওগোই মুংগী লৈকোন্দা সাহিত্য কৌবী লৈরাং,
শাংলি ফুগাই ফুগাইন' ॥ অদ্ব্রাপুর কোম্নুংদা,
নন্দোন্ কানোন্ লৈকোন্দা ফংদে "সাহিত্য" লৈরাং ॥

"সাহিত্য হায়বা লৈ-বু—করি মচু মানবগে,
মনা কয়া পানবগে, মপান্ কয়া চাওবগে ?"
হংলবদা তাকনবা চপ-চাবমক্ প্রমাদ্দি—
মখিং সিমা হায়রগা খংননবা পোংশকত্তো,
মীনা শেম্বা ওইবনা য়াওদে লাইগী খুৎসেমদা ॥
থোকইবা লীলা ছগা য়েংভিবা ভাবোক ছগা,
চৈরক লমদম অচুদা, অনি অসি শয়না,
ভাবোকতুগী থমোইগী লোক্লুংদগী হৌরকপা,
লাইজ-ছুনা থুম্বা ; ইত্তোপ-তোপ্প নহাক্না
য়েংথিবদা উবিবা—ইপাক সিদা শাৎলিবা
থরো থম্বানশিং অদো, অচুনি, সাহিত্যগী—
লৈরাং লৈরাং হায়রিবা শিঙেল লৈশক শিং-অদো ॥
মতম কুইনা ইরিবা পয়া ইকোয়-কোয়রবা,
লমদম ছুগী ভাশিংনা ইনৌ থোরাং শুকপদি
লাংতকনবা থয়াইনি। থোয়ুম মাগী নোংদয়া
কুমগী ইনৌ তারক্লে। পল্ অচুবু নমথাইরে।
তোরৈ তুখুল-ইন্দুনা হাদোয়ক্লে ভাশিংদো ;
ইনৌ মচুং ইন্দুনা 'নৌবা হুপ্পা লক-তুদা,
লাইজ ইনৌ অচুদা—অথেল অরু থংদানা,
চৎনরকপা অচুদি মিংতানরে য়েংবদা ;
অয়েংবনা মুংডাইরিবা, অচৎপনা পেনবা,
মত্তৌ ছুগুম ভসিদি—মোইরাং ভাঙৌ-লমদমদা
কোম্বুং-ইবেম্মশিংনা—থৌরাংবদো থোইবীবু

কোম্নথরে উম্নরে। অয়েংবনা পেম্নরে।
লাইজ ইনৌ ওইবীনি মজাই বেম্মা থোইবীনা।
মমাশিংনা লেম্নৈ ওই, হরাওনবা লোইনরে॥
হরাওনরে কম্নৈ নোংকৈ পুম-য়ান ওইনা য়ামরে।
য়ারমসি হায়নথরে। থোংলেন চাওবা অনিনা
হায়রে য়াসি থোইবীদা—"য়াম্না ফরে।
ঐবু পোকপা ইপানা হায়বা য়া অহুবুদি,
টকুই য়াথং অসিনা অরুবনি।" হায়জখি॥
মমা নিপান অহুগা মম্মান ভরা মরিদা
থৌগল লাংগন পুম্বগা সনারুপ-দোলাইদা
কাম্রে মপাম কোম্নুংদা সনা চোরোন য়োংথরে॥
থোইবী লৌথংলুবদা মম্মান মহারাণীনে।
মাবু পোকপী মমানে এংথুরাংবী কৌবিদি,
য়াওদে অনি অসিদা। মচাই চেংলৌ উদবা
লোইদাম মশিং য়াম্নবা মহারাণী মম্মাম্না
থোইবী কোম্না কপথরে। হুইগোই-শিং এন্‌গোই নাম্না
মচাই-মায়থোং চুপথরে। নিংথৌ সনা পুক্লিংদা—
"অমোনবা নৈরাং শিংগুম্‌—নোজরবী ইচাবু,
কবো চেম্নবাক-লম্ভা থারুইদকো ইচাবু,
নোজরবী মথোংনা করম চংলুরিগবা,"
থম্নুবদা কপথরে মমোম থোইবী কোম্নুনা॥
হুরা থোইবী মচাবু নিংথৌ মহারাণীনা
লাম লাম চুপপিরে। গৌথিববু খম্নগা

কপাই। তুগা ওসিগী থম্নমগা করাওনৈ।
অমুক কপাই অমুক নোক—ওসি মোইরাং লীলাদি
লীলাসিগী মথক্তা লীলা অম্না ওইরকই॥
নুরা মাগী মরান য়াই—য়াংগোন-সংদা খিক্লক্লে।
মচা লাকএ হায়বগী পাও অত্তু তাক্ববদা,—
এংখুরাংবী মমানে চিংথুবদি মপাগা,
চেম্থোরক্লে অনিদো—সন্জেন্বুং য়াংবী কাওবা।
মমা মপা অনিদো উকথু উকথু তুরকই,
মচা উনিংবদগী ক্ষিংনা চেক্সরকপদা॥
"ইচাবু ঐনা, করি লাইনা ইন্সিনবিবনো,
কবো লোইদা থারুবা ইমোম 'বেম্মা ইপাবু—"
হায়না চিংথু কপ্পকই। এংথুরাংবীনা—" 'চাবু
ইথা মুংদৈ শেংতনা থোয়ুম কনায় খুজিন্না—
ইমাই 'বেম্মা হা থোইবী লমদম কৈদা লৈরুবা।"
হায়না কপ-কপ্লুনা চেনসিন্নক্লে থোইবী তন্না॥
মমা মপা উবদা ইবেম্মম্ভু ভাওথরে।
মরিক মকোন থংখিল্লে—দোলাই থক-তৈ চোংথরে॥
সনাই-লৈতেং অপুম্বা লোইনা পুম-চাই চাইহৌরে।
নুরা চেন্সিনখিদ্রনা মপায় থোংদা তুক্লরে॥
সমু-থোংগী পুমিংতা ইম্মুং চিংথৈ মমাংদা,
নুরা ছোরি মথুংম্ভ পায়হুনা থোকখিবা,
মুমিংতুদৈ থোইবীদি তমপাক য়ুমদা লৈখিল্লে।
কংলাদগী অহুবা খম্বা মাগী মক্লমদা,

থাথিবনি খিচায়দা খম্বা লাইকয়বা ॥
খম্বা ময়ুম নাক্তগী ইন্নুং অমা লেন্দানা
কোথংলগা চিংখূবা, মচা লোইদা থাবনি ॥
কবোদগী কায়ক্লে মপায় নাক্তা লাক্তয়ে।
কুম্বী লৈশোক পুংদগী লাংগোই মাবু তোংহনা
য়োখ্রে খুমন নাক-তুদা—লোইদাম কুইরে উদবা ॥
অহুম অসি উনবা ওসি কোয়ৌ অসিদা
কপ্পথিবা অসিদি—উচেক ৱায়া কাওবনি—
কপ্লে মখোই মতৌহ্ উরকপদা ময়ামন্থ ॥
মপা মমা অনিনা য়েংকা ওইগা কোন্দুনা
মনাই ময়াম—য়োমহনা চিংখূ সংগাই য়োথয়ে ॥
মপায় হোজং অহুদা থাদোই মখোং নাম্বনা
হেক থাংজিল্লপদা—ইংখোন হুদা হৌরিবা,
সংগাই হৈকোন লৈকোনগী—মরৈ ভন্ন-লৈরম্বা
মপুং-ফাদবা লাতোল ; লৈরাং শিগংনরম্বা,
সনাও মথৈ মমাগী মখোম থক্লরমদবা,
উনাশিংনা অপুম্বা, পামেল কুচু খোকভবা
মিকুপ অসি' মন্নুংদা লৈরাং ফোং-ফোং শাংকাইরে।
সনাও শিংনা চংহনা মমায় মখোম থকথরে,
ইমা ইচা হায়হনা কাওরেল, লাংগোই অপুম্বা,
খোংনরক্লে খোং খোংপা। পামেন নাপুং ফাথরে।
উচেক ৱায়া অপুম্বা পোম্বী মতু খিংখরে,
থৱাই য়াওদ-হকচাংদো অমুক থৱাই হাপথরে ॥

সেম্ব মপু মনাইদো নুরা নিংঙোন কাহুদা
মমা ময়াম কোয়হুনা পোৎথাখরে অসুম্না ॥
খম্বগীরোমদা থোংলেন-চাওবা কৈরোইজাম্বনা
মপামগী ওইখরে। নোংথোনবী থোংলেনবীনা
মোইরাং কৈথেন মাপন্দে মনাই নিকু য়াংথৈগা
কোয়রৌ কয়ানিদগী হৌখ্রে পোৎ-চৈ লৈবদি।
কোম্বুং লোমগী মরোল 'মা অয়োনবা মীশিংবুদি
অরৈবনা হেন্নক্রে। থোইবা থৈম্ব লুহোংবা
থৌগী মকম অমত্তা থৌকাংনবা মতাঙুম্
পোংলৈবীশিং অহুবু তাম্নরকই ময়ামসি ॥
মুপীরোমগী নিপাইস্ম মুমিৎ কয়াই মাংদগী
বার্তোন্ তৌবা হৌখরে। কৈরোইজাম্বা সেলুংবা
মকু সলাং নিংথৌগী বার্তোন পুদনদি,
কবুই থেম্বুং য়ৌখরে। বার্তোন্ অসি ফংবদা
মন্ত্রই মপা ওইরবা সিদ্ধই মপু থোক্লবা
সলাং নিংথৌ মুংঙাইরে - সলাং মাইবী হরাওরে।।
কৈরোইজাম্বনা "থুমন্ ইসেন খম্বগী হান্দক
কুজ পোৎসি ইনেম্বু য়াহনগনি শোইদনা
লেংঙকত্তবা য়াদেদি হায়রকই" হায়না তমই।
ৱারম অসি তাবদা সলাং মাইবী হরাঙরে ॥
মুংঙাইবনা অনিদো সলাং মাইবা মাইবীনা,
পুরেন-ভাম্বইরেমবু কৌয়ে কপই—"ইবুংঙো!
হা ইচন ইবেম্মা নুজা পুন্জি তেনথিবী।

নংহোয় অনি নৈরৈনি শুংঙাইদনি" হায়রকই ॥
"ইমাক হায়বা নহাক্তি পারি নংবু ইচানি।
শুংঙাইরেদা ইবুংঙো।" হায়রে কৈরোইজাযবু
সনাং মতৌ মনাওনা চেংলৌ চুপই কোনথরে ॥
সনাং মতৌ মনাওনা পোকপদগী পৈরকপা
মরম মথৈ পুথোকলে। নোংয়াই মপা মমানা
সনাং মপুংয়াইহৃদা লাংলম্বদা থনম্বা
মরল নৈরি মাহুম্ন সনাং নিংথৌ থিরক্লে।
কবুই লোইশং মাপনদো পাও চেনথরে নিংথৌনা।
অরৈ মথৈ থুংঙরে। মোইরাং তমগী নৈপাকন্তা
কঙেডাইদবা হৈ-নৈ-নে, অচা অথকী জাংনে,
ফজবা পোংকী জাংতা চিংদা সিনা মরোইরে,
হায়বা পোংতা পৈরকই। চিংথোং লাঙ্লৌ কীদগী
মুপীগী থাংচেং কাওবা নৈরুম ওবোং কীদ-কাও
চিংগী কীগী জাং সুরে। লিকী কোনগী জাংতনা
অরাংপাইবা নৈতানা পৈরকই সনাং মাংদা ॥
থাং মম্না থাংনবা মুং কাওবা য়াওরে—চিংথক্লে ॥
থাংগী তাগী জাং-তনা তুম-শং-কাওবা য়াওথরে।
শল-ইরোই-হামেং কজবদা পৈরে লোইথরে।
হুইগী জাংতা থোরবা খুমন মমুম শংনবা
অহু কাওবা য়াংতরে॥ হাওয়াম তিনবা হৌরক্লে ॥
থম্বা মপা সনাংবু সমু-নমদা পুহুনা,
নমজেন তায়খিবা, হৈ হেকপা চংপা—হৈজিংগী,

হাও নিপা কুম্বরানে, শায়োকপা ক্তরা মঙা
খম্বা মাপা থেম্বুংদা মুক্রা শামখিবশিং—
মন্নুং চন্থবা মপাগী হাওশী মথৈ তিনখরে।
কবুই লোইশং মাপনদৈ অকনবদা থম্মুনা
পৈরে হাও-পাখং পুম্বা। মশক কজরবদা
সিনা লোইরে হায়রবা লৈশাবীম্ভু মোগী জাংত্তা,
মীরাই ওইবা দম্বীনা হাওচুপী নিপা পৈরে।
"অরৈ মথৈ পুগনি ইচাউ মরল শোকহল্লোই"
হায়না—ময়ামচুগী মুক চাক্লবা কাওবচু
সনাং মানা লাংচুনা তোংডান অমুক শেমখরে।
হাও চনি অমনা খ্বাইগী পুরকই চানবা
হাও চামরি অমনা নোংম্বাই মাগী পোংপুনৈ।
খৈরোইজাখনা, মাংদা ময়াম তুংদা ইন্দুনা—
সনাং মইবা মাইবীনা দোলাই-থক্তা-য়াইদা—লেং,
কবুই মপুং য়াইদগী মোইরাং মায়কৈ পাংলক্লে॥
লুহোংবগী কীজোন্দা শেংলক চারক লিবনে।
থাংগ তাগা ইলংলাং থাম্লম্ল-দৈ য়েংবদা
মুতক তাংনা শংইবা চিংগী চিংমায় অসিদা
হাওয়াম সিনা লাকপ-চু পুক্লিং হরে য়েংবদা,
লুম্না স্নক্না কজরে। ময়ামচুনা নিল্লকপা,
হোই হায়বা থোম্কয়ে সেম্বুং মৈরকই চুই-মখোয়ে।
থাংজিং চিংমায় পাইদোকে, থাংজে থক্-থক নিঙ্কুনা॥
মোইরাংলোমদা—মরোল 'মা, খুমল লোমগী বার্তোয়ে

ঐবু চাল্লি, অহুদি চেনবা থোকই” হায়রুনা
খম্বইদগী হেক লাকই—তবি তবি হেক চেল্লি,
য়াম্না লুবা মানহন্নী - মপু সনা য়াংহুদা।
অহুগুম্বা মতুনা কোম্মুংদগী খম্বই-কাও,
কয়া অমা চেল্লিবা। চেন্‌মন্দুনা থৌরাংঙে,
চুহি সংগোম হৈরাদে—হৌরে মহোয়না চাবা ৫
মহোয়তুগী ময়ক্তা হুরানবসু য়াওরক্কে।
অরাংফম তুক য়াওনবা, থম্বৈদবু ওইরগা
কোম্মুং মঙং লোমদরা দথিনা-দা তৌরগা
সিগী মুয়রকই চিরোন তৌনরকইবা।
মহৈ মহৈ হুয়রকই, ঐনা লৈবা পোৎনা
হোংই ফৈদি হায়সমু—লৌশিং তৌনরকই।
মঙা পিবা পোৎ-তুদা অমা মানা হাপ্নগা,
মরি পি হায় উৎলরে। মীনা লৈবা পোৎ-তুবু
অশেংবদি মমনদা অতাংবদি ওইহল্লে॥
অহোংবদা লৈনবা হৌনবনা মথৈদা
চিরোন হৈবা মহাক্না পোৎতু লৈবা তারকই।
মানা সুম্না তৌহনা লৌশিংনা ময়ল তাল্লি।
সুম্বা কাংবু কয়া ’মা কোম্মুংতুদা তৌহিবা।
অরাংপদি লৈতবা মপু মাপী ওইবনা,
থোইনা মহাক্ তাথিদে কোম্মুং সুম্না চৎনরে॥
হান্দক থোইবী লুহোংবা কোম্মুং থবক অসিদা
ঐদি য়ারবদি পুক্নি সিমগী চানবা,

লোহৌরুগে থোরাংনৈ। সোমদা 'রাম্বা তোংহুনা
মপুই খোগন ভৌবসি অরাম্বগী ওইনৈ॥
মপুই খোগন তৌরগা, লৈপাক মুংভাইননবা,
হিরম্ থবক হৌদোকে লৈপাক সিবু য়োকচগে।
নিংথৌ হায়বা অসিদি থিজু মাগী অংশ-নি
মাগী খোগন তৌরগা ঐগী পুইনা ওইজগে,
মাসি থনবা, মপুগী মনাই হায়বা অহুদি,
য়াওদে পংনা কনাম্নু। হান্দক থোইবী মহাক্কী
লুহোংবদা লাংনথিবা, সোম্‌দস্নু কয়া 'মা॥
বার্তোন—মায়কৈ স্নুরক্লে, খুমন্ সনা কোম্নুংদা
থম্বৈ বার্তোন য়োথরে। ,খুমন নিংথৌনা—" 'ভম্বা!
নহাক্না হোংলবরা হায়বু হোংজিবোইরেকো?—
অজ্জা থোইবী হায়বীদো মতম থর নাক্নরে,
অচুনা পনবনি" হায়না খুমই করাং তাবা॥
মুবা করাং তাবা হায়বা বার্তোন চৎপা সিনা,
খুমকইবা য়াকমসি চাওবনা মেনথিবনি,
থম্বা মীরাই হায়হুনা নিংথৌ শাওনি হায়বগি॥
"ময়েক্কীদি ইনাওনি ঐনা নোম্মুগদোনি।
অহিং লেম্না চৎপদি ফত্তে হয়েং চৎলগে"
হায়না নিংথৌ লাংথরে। হৈগুম য়াংবৌ লমদমদা
হি চনি থাবক লাকখ্রে, নিপা য়াংথৈ শংহুনা
অহিং লেকএ। খুময়া—মনাও লুহোংবদদি
লাকদৌরিবসিদি লাকতে হায়নি হায়নগী,

লাকপা মরাক নংতরে চংনিংবনা মাংঙোইনা
চংকে নিংনা খোয়াংনা, সুম্না তোবা থোংকমনি ॥
লুহোংবগী অমুক্তা নিংথৌ মহারাণীনে,
হৈরোইরিমু কৌবী মানে—লৈপাক তেংগোন পুন্নুনা--
খুমন-সজেন-থোং লায়ে, সত্রী থোংনাং লাকুনা
খুংলাক-পাং শয়কই। হৈংগম য়াংবৌ লাকুনা
পংথাদা থাংইবা হিদা—নিংথৌ কাথংখরে।
নিপা চামরিনা হি হোয়ে তেংগোল্ পুন্নুনা,
ইমুং চিংথৈ মমাংদা মোইরাং পাংনা হোয়রক্লে।
পুংয়ৈ শেংগোং লকপনে মীয়াম নিয়রকপন্নুনা
লোকতাক ইথক হৌরকই ॥ মোইরাং লোমদা নিংথৌনে,
যুবরাজ মনাওগা লৈপাক প্রজা থোক্নুনা।
থোংজিন হিথাংকমদা মোইরাং মথৈ তাইরকই।
নিংথৌ অনি' নিয়রকপা পুংথোন কাংসি বীনা-না
লোকতাক পুম-তাও তাওথংলে—লাইজ থক্তা খুমন্না,
কংকান থক্তা মোইরাংনা অনি মশক উনরে।
অঙম অথৌ কয়ানা য়াকয়ৈ তোংঙে ওকউরে,
খুমন নিংথৌ মপুবু। হুমিং থোকপা অমুক্তা,
লিক্লাই গুম্না লুরবা লোক্তাক লাইজ থকুদা,
কোয়োসনা মচুনা, য়েজাম চয়াং-এয়িদা
মপান-মনা খিবিক্তা য়ৈরকপনে, মীয়ামগী
কীজোল্-নিংখিবা মচু, মথল-মথা কয়ানে
মতা অসি উবদা—য়েকথোংলবা সনাগী,

লেম্পাক থকী লৈরাংবু য়াম্ৰে মীয়াম পুম্বদো ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌ মত্তাওবু,
কাওকাওঙেদা মোইরাংবু লুনা তৌথিখিবদো,
হাক্লক লাকপিবসিদা লমন শিংগে নিংজরি ॥
থম্মোই য়াওনা মুংশিনা ওকই মোইরাং নিংথৌনা ॥
মোইরাং কোপুং মক্তংদা খুমন নিংথৌ থুংখরে।
মহারাণী থোক্লুনা মহারাণী ওকখরে।
খুমন মনাও হংওকই—"ননাও 'বুংঙো থম্বদি
ওসি কৌবা মুমিংতি মাগী পুংজা মৎতানা,
লাকপা য়াদে হায়রুনা—মযুম মোংবা য়াইহুদা-
খুমই মোইরাং খুমন্দা ॥ খুমন থম্বই য়ুমদম্বু
চাইরেন নিংথৌ য়াওকুরাকপা প্রজা লোইনদনা
মত্তমহুদা থুংওরে। অরৈ মখৈ পুরকই,
কীনা লোয়া পুরকপা মীপোৎ চামা চামনি।
খুমন য়ুমদা লৈথরে। সনাং মাইবই মরল্নে,
থোংলেন চাওবা অনিনে, চাইরেন নিংথৌ মাগীনে,
মোইরাং নিংথৌ, চিংখুবা—মচিন মনাও রোমগীনে,
মায়কৈ ভরা অসিগী পুকৈ মখৈ হোন্দুনা,
থম্বা মাইদা পুনথরে—মপুং কারে থম্বগী ॥
মপু মোইরাং নিংথৌগী সনা সংগাই সুমাংদা
মথোং নিপান মপুং ওই, থন্থিবা মাঙোব অস্তু
শেল্লৈ লোইবা লৈথিদে, হৌজিক কাওবা মশেম্মি ॥
ভপথখিবা মাঙোব-স্তু কোয়ুং খুংনা থনথরে।

যাত্রাগনি খুম্নাংদা য়ুংজরবা শাখনি,
মাঙোব ওইনা তোঁদরে 'হুম পুন্খন্ খনখরে।
অসুক চাওই হায়রদি হায়রবদা কাঙ্গদে
লৈপাক মরিগী মীনা কয়নবা মাঙোবনি ॥
খুমন লৈপাক অসিনা উনিংবদা মঙ্গবা
মীশক অমত্তংদবু মশক ইউ উরক্তে—
খুমন চম্বু খয়্বু। খুমন নিংথৌ মতাওনা—
"ইত্তাও নিংথৌ ঐখোইবু, খম্বা ইনাও উনগে
চৎকে মাইদা ?—" হায়রকই। করে ইতাও হায়রুনা—
খুমন মহারাণীনে হৈয়াইমুনে নিংথৌনে,
খুমন মোইরাং অনিগী থৌগল লাংগল থরনে
খুমন লাইর-শং-লোমদা লাকএ অমুকী পুংজাদা ॥
পাও অসি হেক তাবগা মচিন মৌপুরা অমিদো,
মপা, মকু, মনেম থোইগা ভাইরে, খুমন্ নিংথৌ
মহারাণী অমিবু ভাঙৌ পাংকী অরাংদা
লাইখুরেম্বী থোংজিন্দা, পুজা পোৎলম পায়রুনা ॥
খুমন চম্বু খয়্বু নিংথৌ মহারাণীনা,
হৈয়াইমুদি কৌজবি নোংয়াই চম্বু অহুগা,
পোকপদগী উদরি—উজনিংনা লাকপনি ॥
খুমন লোমগী কাবুহু অরাম্বা চাকথিবগুম,
থোংনা মাংদা থারকই। থোংজিনহুদা উনরে ॥
ময়াম নিংথৌ খুরমমে। হায় খংনরবগী,
খম্বা মাগা কৌনরে—হংনরক্রে খয়্বু।

মবুং খুমন নিংথৌনা লমজা থম্ম্ কোন্দুনা
কপ্লে। সনা খুৎভগী মুন্নে মহারাণীনা,
মচন খুমন লাইরবী থম্ম্ কোম্না চুপথরে
হৈয়াইমু-না মনেম্ম্—চোরোন শোক্ল-খুরমই।
থম্ম্ মমৌ কোন্দুনা কপই লাইরবী লমজা ॥
মকোক্লা থম্বে মথোংদা শোক্লা খুরমজরে,
খুমন হৈয়াইমু অমুক; লাইরশংদা মরামদো
চংখ্রে। অইংবা চন্দোন চাইরে পোংথানথরে ॥
পোন্দা হাপ্না উচেকপু থাদোকপগা পাংথক্লি—
খুমন্ মহারাণীবে নুরা হৈয়াইম্ন কৌবী
অনিসিনা হরাওবা—খুমন লমজা মরান-রাই,
য়েংই কোয়না চৎতুনা, থম্ম্ কৌবী মহাক্লা
তাকই সিনা অচুনি, স্নম্না মুংঙাইনজরে ॥
মোইরাং লৈপাকতা খুমন্ মোইরাং কোম্নুং অনিবু
পানুবগুম্মে ঙসিদি। খুমন লাইর-সং অদো,
হায়ই ফীবম মাংথরে। থুমন কোম্নুং ওইরক্লে ॥
মরু মরু ওইবদা থাদ য়াদে থাবনি,
ঙসি লুহোংবসিদা তিন্নরিবা লাকইবা,
মীসি অমময়া য়াংপা য়াদরবা ঙাক্কা,
কোম্নুং অছু লোথাইনা তিনগদৌরিবা মীনি ॥
নিংথৌ অমা লাকপগী লোইনরকপা ঢৌনবা
লাম্মী থোংমী কয়া'মা—সেথ্ম লাংবা কয়া 'মা।
হায়রুবনা কোমরোই মহোয়দনা মরামই।

অসিগী লাংনখিবা মতৌ লাংওন অমনি ॥
খুমন লোমদৈ চংখিবা কোম্নুং লোমদৈ থোরকপা,
তমপাক য়ুমদা খাইখিবা, তমপাক য়ুমদৈ থোরকপা,
খুমন লোমদা চংখিবা, লৈকাই খুদিং খুদিংদৈ
সনা কোম্নুং কারকপা, ইন্নুং য়াইরেকপা কয়া,
থবক তাঞ্জা য়েংহনা য়ুমদা তাহাক চেন্নকপা,
ময়ুমদা লেকপা কাংবু-হুনা তম্বা ইরুরে।
ইন্নুং মচিন্দ ওইনমুক হুগী চেংথংনরকপা,
পোংকী অপুং অরাইগী মেন্নবা খিনবা।
কৈথেন খুদিং চেন্নিবা—সিনা মোইরাং লৈপাক-তো
হাওা অমা ওইরক্কে তুপা হিপ্পা লৈরক্কে।
ওসি লুহোংবগী মাঙোবতা চিংথৈ মমাংদৈ
মী ফম্‌বা হৌরে। হুগী লৈ চন্দোন্দগী নিপা
চামরি-চামওানি, মুমিং য়ুংবা মতুংদা,
নিংথৌ অনি ফমথরে, পাত্র মন্ত্রি পৈথরে।
মীনা পুমক্কুন কুনথরে। খুমন লোম্‌গী হৈ-কবোক,
ওাসি অয়ুকতগীনি সনা কোম্নুং লোমদদি
হোনবৈ লেপ্পা লৈতরি—মীয়াম তিল্লকপসিদা
পুনরকপা পোংশিংদি—মতম চানা পুদবা
য়াদবদা মপুরে। মীতম্ ওানে যাত্রানে,
থর সিদৈ মীতনা মোইরাং কোম্নুংদগীনা
মোইরাং চেংগৈ অনিহু অহুম পুমশম্ শয়রে ॥
চিংদা হাওনা য়েংনরে মোইরাংনা লাংইবসি।

ওসি মোইরাং লমলমসি মরক মরক থরদা
অচৌ 'চৌবা ইরাগী অশং অশংবা ছুলা
উরে, অতৈ লমদমদি পুমণৌ ওৌনা উথরে।
লৈপাক মশক উদরে। লৈনা ফুরা শাংলবা
লৈকোন অমৈ মতৌগুম—মরক্তা কনাগুম্বা
কয়াই কায়াইবগী পে-দোলাই ফীরায়চিংবা
ছুনা নিংথিজবনা পুক্নিং অমুক নোইহল্লি।
লৈয়াংশিংগী মথক্তা খোইমু কুরাক কয়ানা
মচু মখল মখলগী পাইবগুম্মা নিংখিরি॥
খুমন মানা কারকপা সনা কোম্বুং য়োথরে।
মোইরাং খুম্নক্তগীনা সনা কোম্বুং লম্বী ফাও,
চাইথোক্লম্বা মীয়াম-দো, ত্তিনখ্রে মাগোব মম্বুংদা॥
খোম্বুম লাইবু য়াওরক্লে। লাই-কোটী কুহ্ুা ছমদোই।
মীগী মশক ওইছুনা মাগোবছুদা কমথরে।
'মগা 'মগা থংনদে- খুমন্দগী ওইরিনি,
মোইরাংদগী ওইরিনি, হৈরেম খুজাম্ লোমগীরা,
স্যুম্না মহৈ মহৈবু থন্দোকনখি থিনদে।
থাংজিং মাগী খুজিয়া মাগোব মম্বুং অছুদা
লোইনা পুম্চন্ চন্থরে। ভাবোক মথৈ য়াংথংলি
ময়োন ছুনা কুংথরে। অমত্তস্থ থয়দে,
লোইনা পুমউ উনরে। খুমন লমজা থোক্তুনা
লুহোংকান্দা কমথরে। মজাইবেম্মা লেংথোক্লে।
খুমন মোইরাং নিংথোনা ছুমিৎ থাদি ওইরক্লে।

মহারাণী অনিনা সজিক থবা ওইথরে।
পাত্র মন্ত্রি পুম্বনা থরানুমিচাক ওইরক্লে॥
নিংথৌ তুরেনগুম্নদি মশিং লাকওমথিদরে।
হৈগী লৈগী মনম্না মপুং ফারে মোইরাংদো॥
মাঙোব ময়োন অতুনা পুখ্রি লাইজ ওইথরে।
থোম্নম লাংওন চংথোনবী নুরা থম্বাল ওইথরে।
চিংউ মাগী শাইওন্দা থোইনা মপুং ফারবা,
খুমন মচা থম্বনা চিংজাও থোইমু ওইথরে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং খুৎতা পাই।
সনাই সেম্পাক মথক্তা সনাই থম্বাল ছাপ্নগুম
নিংথিজবা সভা মাং—সনা' মনি থাম্বগুম,
থম্বা য়েং-লোই নাতৈনা খুমন মাবু কোয়্‌রক্লে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং অতুবু
খুমন ওকতা হুকথরে। য়েংওইননা চংতুনা
লুহোংফানগী মথক্তা থম্বগীদি ওইরোমদা
লৈমরেল লাংওন চংথোনবী, নুরা ভাঙোই ইবেম্মা।
চোংলেল্-লিলেন থাদগী, তম্ফা য়াইরং-চান, ওইবী,
নোংয়াই লৈপুন ওইতুনা ফমথ্রে মজা ইবেম্মা॥
খুমন মাগী ওক্তগী লৈরাং পরেং থোইবীনা
হুকথিবতু অমতং লোথোকথরে, মবাইনা
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা, মসেন খুৎতু শেম্বিরে,
লৈরাং পরেং অতুবু পায়হন্দুনা অমুকতি,
থাদোই লৈরাং ওইবীগী নুরা মওকতা অমুক,

খম্বা মানা হুকখরে। লৈপাক মীয়াম ভিনববা
থোয়ুম ময়াম কম্বনা—থাংজিং লাইনা চিংবনা
পুমপেন ওইনা পেনখরে। "থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা সংলিং ওইজরে"— লাওথোকখরে লাইয়ামদা।
লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎখ্রে।
খম্বা থোইবী অনিগী মপুং ফাখ্রে লাংওনদো।।

লোইরবা

।২৪।।